১। "ঈশ্বরবু মূর্তি লৈবা অমসুং মূর্তি [illegible] মতৌ মীংশেল অমসুং [illegible]-বত্তা ওইনা [illegible] হাপ্পিবা অনি, ঈশ্বর মশা মতোম্ [illegible] মীংশেল অনি অসিগী মহুত্তদা অমহা মশা [illegible], [illegible] অতোপ্পা অমসুং, ভক্ত [illegible] মীতোপ্পা [illegible], অহুমক শ্রদ্ধা লৈরবনি হায়রবা লৌগনি। মৈ-না, মাগী অপুম্বা হায়বা সগুণ অহুমা খাদোকনা য়াদবা লোয়নৈ। সঙ্কোমগা, মাগী অতৌবা হায়বা [illegible], অহুমা খাদোক্কবা য়াদনা লোয়নৈ। নত্রগা, শাস্ত্র অমা য়াওরবদি সঙ্কোম ভাক্তা লৈবা য়াদে। মতৌ অদুগুম্ব-হুনা, মূর্তি অমসুং গুণ লৈবা সগুণ ব্রহ্মন হায়রিবা খণ্ডন-বা অদুগ, মূর্তি অমসুং গুণ লৈতবা নিগুণ-ব্রহ্মন হায়বা খণ্ডনবা অদুগা, মশা অমত্তনি, খাইদোক্কবা য়াদে, অনি ভদে। অনি অসিগী মহুৎদগী অমখক্কনবু খাইদোক্‌না, অতোপ্পা লেমহৌরিবা অমহুবু সুকৃয়াও য়াওহন্দনা, ভাব-না শাহুনা পুক্লিংদা খনবা হায়বা অসি, ওইপোক্তে"।

২। "শব্দিক খীংবদা, খীংবা খুদিংমক্তা তোপ-তোপ্পা মওংগী ওইবা অমত্তা মাপ্পরবা তোঙান্-তোঙানবা মখোল (sound forms) লৈজে। শব্দিক খীংবা হেক তোক্‌-খিবগা, মতৌ-মওং অমুম তৌই হায়না লেপ্পা ওমমবা মখোলদু (formless sound), মতম [illegible] এখোয়-না তাগনি। মতৌ অদুগুম্বহুনা, ঈশ্বরনা মূর্তি লৈবসু লৈতবসু অনিমক পুম্বা ওইবনি"

৩। "ঈশ্বরদি মূর্তি লৈবসু ওই, মূর্তি লৈতবসু ওই, [illegible] অমসুং, তাইবংপানবা [illegible] য়াখলগী [illegible]

(মথংগী মথুম [illegible]রদা লেপ্লিবু।)

# লাইনিং লম্বেল

## ( SYSTEM AND PATH OF RELIGION )

## VOLUME TWO

শ্রীকারাম গৌরকিশোর সিংহ

# লাইনিং লম্বেল

# ( System and path of Religion )

**Written by**

**Karam Gourakishore Singh**

Yumnam Leikai, Indo-Burma Road,

Imphal — 795 001

IN TWO VOLUMES

**( VOLUME TWO )**

**Published by**

K. G. ENTERPRISES ( PHARMACY )

Deulahland, Stadium Road,

Imphal — 795 001

First Edition — 1995

500 Copies





*Books are available*

1. K. G. Enterprises (Pharmacy)
   Deulahland, Stadium Road,
   Imphal — 795 001

2. Iboyaima Printers
   Moirangkhom Loklaobung
   Indo-Burma Road,
   Imphal — 795 001

**Price Rs. 100/—**

***Printed at :***

**Iboyaima Printers**
**Moirangkhom Loklaobung,**
**Indo-Burma Road,**
**Imphal — 795 001**

# লাইনিং লম্বেল ।

# ( System and path of Religion )

## Vol. II

## Contents



**Part—1**

হৌরম লামায়

# Part—2

**হীরম** **লামায়**



## Part—4



## Part—5

# লাইনিং লম্বেল

# ( System and path of Religion )

## Vol. II

"ক্লীং কৃষ্ণায় নমঃ।"

## (A) ঈশ্বর অমখক্তনি, ধর্ম্মসু অমখক্তনি।

মিহুল হুন্দুনা অমস্তুং brain work তৌদুনা ক্ষোংদোক্কবা অয়্বৈবা অহিংবনি হায়না মীওইবা ঐখোয় ইশা-ইশাদা ফাওহন্দুনা থংহল্লিবা, অমস্তুং অহুগুম্বা ফীভম-মতা অহু.হকচাং লৈবা জীব থূদিংমক্কসু ওইবনি হায়ন' উৎতুনা (দেহিনোহস্মিন্যথা – as in the embodied soul— গীতা ২॥১৩), মপুঙ ফাবা অমমম্তা ওইবা (a complete unit or entity) ক্ষোংদোক্কবা অয়্বৈবা অহিংবমক্কনি, হায়বদি unmanifested existence of individual spiritual identity অমমম্ ওইবনি, হায়নসু ঐখোয়দা তশেংনমক্ থওহল্লিবা অহুগুম্বা মশীং থঙ্জবা অমস্তুং মূর্ত্তিসু লৈতদুনা মমিংসু থোক্দ্রবা অহিংবা ইবুংঙোময়াম অহুবু, ঐখোয়না ধরায় নত্রগা জীবাত্মা (Individual soul or self) হায়না থঙনৈ। জীবাত্মানা হকচাং লৈবা জীব অমগী মপুনি। মহাকপু অধিদৈবত, হায়বদি হকচাংগী মপু (গীতা ৮॥৪) নত্রগা ক্ষেত্রজ্ঞ, হায়বদি ক্ষেত্র

ওইরিবা হকচাংবু খঙ্‌বা—(গীতা ১৩॥১) হায়নস্মু, ঐখোয়না খঙ্‌নৈ। অসিগুম্বা কীভম-মতা অসিনা ঐখোয়দা খঙ্‌হল্লি, মত্থুদি time space and causation গী মনুঙ্‌দা ওইবা material atmosphere হায়না খঙ্‌নবা, অমস্মুং ব্রহ্মা লাই অমনা মত্থুগী controller ওইবা, পোক্‌পা শিবগী লম্‌দম্‌স্মু 'ওইবা জগৎ সংসার (মৃত্যু লোক—গীতা ৮॥১৬) অত্থুগী মনুংদা লৈবা হকচাং লৈবা জীব পুম্মমক্কী, হায়বদি শিব নায়বা খ্বায়দগী চাওথ্রবা লাই ব্রহ্মাদগীনা (ব্রহ্মা লাই শিবা নায়বা জীব-নি, মাগী আয়ু লাইরম্‌লেন্‌গী চহিদা পারবদা চহি ১০০ নি—ভাগবত ৩॥১১॥৩৩,৩৬)মাগী মখা হন্থবা লাই, মী, শা; উচেক, তিন, কাঙ্‌-নচিংবা হকচাং লৈবা জীব খুদিংমক্কী মপু অত্থুবু (গীতা ৮॥৪), জীবাত্মানি হায়বনি। অত্থুগুম্বা জীবাত্মা খুদিংমক অত্থু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মতম পুম্মমক্তা থানজবা সনা ৎন অংশনি (eternally unseparated part and parcel or constant companion of Shri Krishna Bhagavan--গীতা ১৫॥৭)। মসিনা ঐখোয়দা অমুক্‌স্মু খঙ্‌হল্লিববু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না খাইদোক্কবা মপুম ওইরবস্মু খাইদোক্‌পগুম্না হকচাং লৈবা জীব খুদিংমক্কী থম্মোয়মুংদা (গীতা ১৩॥১৬,১৭) জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা (শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী plenary portion না অন্তর্য্যামীন হায়না মমিং থোল্লিবা পরমাত্মাগা) পুন্না লৈমিন্নত্থুনা (কঠ উপনিষদ—১।২।২০, ২।২।১৩), শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না হকচাং লৈবা জীব অমগী controller ওইত্থুনা লৈ হায়বনি। অসিগুম্বা কীভম-মতা অসিবু, অতোপ্পা মাম্নবা রাইৎ থবা শিল্লিন্নত্থুনা গীতাদা অমুক হন্নস্মু খঙহল্লি, মত্থুদি জীবগী হকচাংদা অধিদৈবতগা (জীবাত্মাগা) অধিযজ্ঞগা (পরমাত্মাগা) পুন্না লৈমিন্নত্থুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না হকচাং লৈবা জীব খুদিংমক্কী controller ওইত্থুনা লৈ, গীতা (৭॥৩০)(৮॥৪)। য়ায়া শন্না হায়রবদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না হকচাং লৈবা জীব খুদিংমক্কী ঈশ্বর ওইনা (Lord or Indwelling Reality of all sentient beings, গীতা ৪॥৬) লৈ হায়বনি।

২। Soul গা body গা খেন্নবা লৈতন্থুনা spiritual body or Absolute Truth ওইবা (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ ৬॥৮)শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতি (energy or spiritual sparks) মথল অনি থোকই, অমনা অতোনবা মওংগী প্রকৃতি (মে ভিন্না প্রকৃতি—My seperated material energies—গীতা ৭॥৪) অদুগা অতোপ্পা অমনা, অথোইবী জীব কোৌবী প্রকৃতি(প্রকৃতিং বিদ্ধি মে পরাম জীবভূতাং- My superior energies which are all living entities—গীতা ৭॥৫)। অদুগুম্বা অথোইবী জীব কৌবী প্রকৃতি অদুনা হায়বদি living entities না অতোনবা মওংগী প্রকৃতিবু, হায়বদি material nature বু মখোয়গী কান্নবগী মওংদা শিজিন্নহুনা জগৎপু পুরিবনি হায়না মথা অমুক্ম্নু তাথ-হুনা, ঐখোয়দা খঙহল্লি (যয়েদং ধার্য্যতে জগৎ—Living entitiesare exploiting or struggling with the material nature and thus they are sustaining the universe—গীতা ৭॥৫)। রাক্ষম অসিবু খবা অমুক্কা শন্দোক্না ঐখোয়দা অমুক্কম্নু খঙহল্লি, মদুদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতি মচেৎ মচেৎনা ওইবা জীবাত্মানা হকচাংগা তিন্নশন্দুনা, হায়বদি অথোইবী জীব কৌবী প্রকৃতিগা অতোন্বা মওংগী প্রকৃতিগা তিন্নশিন্দুনা, তোঙান-তোঙান্বা মপোক্কী হকচাং লৈবা জীব কয়া অমা ওইহন্দুনা (গীতা ১৩॥২১) সৃষ্টি তৌরিবা (creation made by the application of the spiritual touch in the material world or body, which is known as all living entities in the material atmosphere including subordinate demigods, men,beasts, birds etc.. etc (গীতা১৪॥৩,৪)and thus making us known that ShriKrishna Bhagavan is the original seed giving father (বীজপ্রদঃ পিতা) of all living entities, অদুগুম্বা হকচাং লৈবা জীবশিংহুনা মা-মানা ওমজবা শক্তিনা material nature বু exploit তৌহুনবা

লৈরগা, মখোয় মশেল অমগ-অমগা মতেঙ্ পাংমিন্নহুনা পূল্লা হিংমিন্নরিবা অমসুং মুংঙাইমিন্নরিবা অসিগুম্বা খোঁদোঁ-মত্তা অসিনা মরম ওইহুনা, লেঙ্হুনবা লৈবা অমসুং হোংদোক্-হোংজিন্ তৌহুনবা লৈবা জগৎ সং-সার অমা ওইহল্লিবা অসিবু (Dynamic world or universe ওই-হল্লিবা অসিবু) জীবাত্মানা; হায়রবদি অথোইবা জীব কোবা প্রকৃতিনা জগৎপু পুরিবনি হায়না গীতাদা ফোংদোক্লি (গীতা ৭।।৫)। হকচাং পূম্নমক্পু অমথক্তা ওইবা মিংথোলদা material atmosphere; হায়রবদি অতোন্বা মওংগী প্রকৃতি (গীতা ৭।।৪) হায়না খঙ্নৈ। অদুগা হকচাংগী মপু পূম্নমক্পু (ক্ষেত্রজ্ঞ নত্রগা জীবাত্মা পূম্নমক্পু), হায়রবদি তোঙান্ তোঙান্বা মশীং খঙ্গবা হকচাং লৈবা জীব খুদিংমক্কী মনুঙ্দা ফোংদোক্লনা লৈ-রিবা জীবাত্মা পূম্নমক্পু, হকচাং থাদোক্লনা un-embodied ওইবা spiritual identity অমমম্ ওইরবা মতমদা, অমথক্তা ওইবা মিংথোল্দা spiritual atmosphere, হায়রবদি অথোইবা জীব কোবা প্রকৃতি (গীতা ৭।।৫) হায়না খঙ্নৈ। অসিগুম্বা প্রকৃতি মথক অনিমক শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতিনা ওইবনিনা, material atmosphere গী মনুঙ্দা লৈবা পোক্পা শিবা নায়রবা হকচাং লৈবা জীব পূম্নমক্কীসু (গীতা ৮।।১৬), অমসুং spiritual atmosphere গী মনুঙ্দা লৈবা পোক্পা শিবা নায়দবা অথোইবা সিদ্ধি ফংগ্রবা মহাত্মাশিংগীসু অমসুং ইবুংঙোগী মথা হন্দবা লাই পূম্নমক্কীসু (গীতা ৮।।১৫), হায়রবদি ফরিগুম্বা অমত্তা চিংথদনা অচৎ-চত্ত পূম্নমক্কীসু controller ওইরিবা অদু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি হায়রবনি, গীতা (৭।।৬) (১৩।।৩০)। অদুগা অমুক্সু, ব্রহ্মা লাই অমনা material universe কী controller ওইহল্লবনিনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না supreme controller ওইবা তারে (গীতা ১০।।৩৯) (ভূতভাবন ভূতেশ, হায়রবদি পূম্নমক্কী হৌরকফম্ অমসুং পূম্নমক্কী মবুংঙো অমসুং দেবদেব, হায়রবদি লাই পূম্নমক্কী অথোইবা লাই, গীতা ১০।।১৫)। Soul গা body গা খেন্নবা লৈতহুনা Absolute whole ওইরিবা

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতিনা মায়কৈ পুম্নমক্তা unlimited ওইনা শন্দোকপা অদুনা ময়ম ওই দুনা (ঈশোপনিষদ মন্ত্র ১৫ গুবা, ব্রহ্মসংহিতা ৫॥৪৯), অর্জুনগী দিব্যচক্ষুনা উরুম্বিবা ইবুংঙোগী দিব্য রূপ অদু (গীতা ১১॥৭, ৪৭) universe of Infinity or Absolute Truth or Absolute Reality গুম্না all-pervading, unmanifested and eternal existence নি হায়না খঙনৈ (গীতা ২॥১৭)। রাক্ষম অসিবু য়াম্না তেল্লবা রাহৈ খরতনা গীতাদা খঙহল্লি, মদুদি—

"শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ঐঙোন্দগী তোঙানবা ঐ নত্তবা অমতা লৈতে। লংশুংদা মণি ময়াম লেংশিনবগুম্না পুম্নমক অসি ঐঙোন্দা লেংশিন্দুনা লৈ।" (গীতা ৭॥৭)

"ফোংদবা মশক ওইনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ঐনা পুম্নমক্তা শীন্‌বা থুংই। লেংলি পাল্লিবা জগৎ পুম্বনা ঐঙোন্দা লৈ। অদুগা ঐহাক্তি মখোয়দুদা লৈতে।" (গীতা ৯॥৪)

"জীব পুম্নমক্কী মনুংদসু মপান্দসু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান লৈ, অচৎপসু চত্তবসু মহাক্তি, কুপ্‌মন্দুনা খঙ্‌বা ঙমদে, অদুগা মহাক অসি ওন্থোক্না লাপ্না লৈরবসু নাকৃমক্তদা লৈ।" (গীতা ১৩॥১৫)

"শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ঐ অসে মাঙ্‌বা লৈতবা অমসুং হোংবা লৈতবা Impersonal Brahman গী (মওং অমসুং মূর্ত্তি লৈতবা ইবুংঙোগী ব্রহ্মজ্যোতিগী), সনাতন ধর্ম্মগী অমসুং একান্তিক সুখগী তুঙ্‌নফম্‌নি।

(গীতা ১৪॥২৭)

৩। ব্যক্তনা খঙ্‌নবদি ফোংদোক্‌পা (manifestation), হায়-বদি হকচাং লৈবা জীবশিংগী সৃষ্টি অমসুং স্থিতি তৌবা, খুদম ওইনা হায়রবদা, ব্রহ্মা লাইগী মুংথিল ওইরবদা জীবাত্মানা হকচাং লৈবা জীব ময়াম ওইনা material atmosphere গী মনুঙ্‌দা (অতোনবা প্রকৃতি-গী মনুঙ্‌দা, গীতা ৭॥৪) থোরক্‌পা (গীতা ৮॥১৯) অদুগা লোয়ন-লোয়-ননা; হকচাং লৈবা। তোঙান্-তোঙান্‌বা জীব ময়ামগী সৃষ্টি অমসুং স্থিতি

তৌবা (গীতা ১৪॥৩,৪) হায়না খঙ্নৈ। অদুগা অব্যক্তনা খঙ্নবদি ফোংদোক্তবা (unmanifestation), হায়বদি হকচাং লৈবা জীবশিংগী প্রলয় তৌবা, খুদম ওইনা হায়রবদা, ব্রহ্মা লাইগী অহিং ওইরবদা হকচাং মচুঙ্দা লৈবা জীবআত্মাশিংনা হকচাং থাদোক্লুনা অশেঙ্বা জীবাত্মা ওইনা (spiritual individual identity or spiritual sparks ওইনা) ইবুংঙোগী spiritual atmosphere গী মনুঙ্দা (অথোইবী জীব কৌবী প্রকৃতিগী মনুঙ্দা, গীতা ৭॥৫) চঙ্লুনা লৈখিবা (গীতা ৮॥১৯) অদুবু প্রলয় হায়না খঙ্নৈ। অসিগুম্বা ব্যক্ত অমসুং অব্যক্তগী থৌওং অনি অসি, ব্রহ্মা লাইনা controller ওইরিবা material atmosphere হায়না খঙ্নবা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী inferior energy (অতোনবা মওংগী প্রকৃতি, গীতা ৭॥৪) অদুগী মনুংতদনি(গীতা ৮॥১৮,১৯), মদুগী ম্রাংমদা লৈবা spiritual atmosphere হায়না খঙ্নবা ইবুংঙোগী superior energy (অথোইবী প্রকৃতি, গীতা ৭॥৫) অদুগী মনুঙ্দদি নত্তে। মরম অসিনা, ব্রহ্মা লাই অমনা controller ওইরিবা লমদম অদুগী মনুঙ্দা লৈবা হকচাং লৈবা জীব পুম্নমক্কী প্রলয় (অব্যক্ত) তৌরুনা মাঙ্খ্রবসু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পরমধাম ওইরিবা spiritual atmosphere অদুদি eternal (অক্ষর) ওইনা অদুম্মক লৈ (গীতা ৮॥২০,২১)। অদুগুম্বা ভাবনা শাবা গোলোক বৃন্দাবন হায়না খঙ্নবা পরমধাম অদুদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননা লেঙ্দনা অদুম্মক লৈরবসু (ইশোপনিষদ মন্ত্র ৪ শুবা), মহাক মফম খুদিংমক্তা শীনবা থুংনা লৈ, অদুগা অমুক্সু পুম্নমক্না মহাক্কী মথা মনুঙ্দা লৈ, গীতা (৮॥২২) (৯॥৪)। মরমদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদি soul গা body গা খেন্নবা লৈতবনা (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ ৬॥৮) মায়কৈ পুম্নমক্তা অরৈবা ফোংদোক্তবা অহিংবা ওইনা (unmanifested, infinite and eternal existence ওইনা)অমসুং কনা অমত্তনসু মহাক্পু মাঙ্হন্বা ঙমদ্রবা অমা ওইনা, শঙ্দোক্লুনা অদুম্মক লৈরবনি (গীতা ২॥১৭)। মরম অসিনা, ইবুংঙোনা ফোংদোক্তবা

Absolute Truth or Reality ওইনা মতম পুম্নমক্তা অমসুং মফম পুম্নমক্তা শীনবা থুংনা অমসুং cause of all causes ওইনা, মতোমতা ভাস্থোয়রতুনা লৈ (গীতা ৭॥৬,৭)! য়াম্না শম্না হায়রবদা, সর্ব্বব্যাপী universe of Infinity ওইবা(Absolute and complete whole ওইবা) শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মতম পুম্নমক্তা তুমিন্না, চীংলেম্না অমসুং মুংভাইবা মওংদা লৈরগা, ইবুংঙোগী jurisdiction মনুঙ্দগী করিগুম্বা অমত্তা মপান্দা হেন্দোক্হন্দনা, জগৎ সংসারগী মনুঙ্দা লৈরিবা অহিংবা অমসুং হিংদবা পুম্নমক্পু, whole organic Being অমগী মনুঙ্দা অহিংবা individual cellময়াম্না unifiedওইনা লৈবগী ফীভম-মতা অতুগুম্না, ইবুংঙোনা মতম পুম্নমক্তা অতৎপা লৈতনা শেম্লি, য়োকলি অমসুং চুপশিল্লি (ভুতভর্ত্তৃ চ তজ্ জ্ঞেয়ং গ্রসিষ্ণু প্রভবিষ্ণু চ—Although He is the maintainer of every living entity, it is to be understood that He devours and develops all—গীতা ১৩॥১৬)। ময়ম পুম্নমক অসিনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মতোম্‌তা ভাইবা supreme personality of God head নি (গীতা ৭॥৬,১৯)।

এসিগুম্বা রাখল্লোন অসিবু শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংসনা খুদম ওইনা উৎতুনা রাহৈ খরদংনা খঙ্হল্লি, মতুদি "গুরুনা শিষ্যদা ধর্ম্মগী উপদেশ ইহান হান্না তাক্‌পা হৌবদা, খুদোম্বীগা খুৎয়াইগা তিংথোক্তুনা উৎকনি। অতুদগী ওহাক লৈরগা খুৎয়াই কোনশিন্‌খিগনি।" খুৎশা অনিগী থোদো-মতা অসিনা ঐথোয়দা খঙহল্লি, মতুদি খুৎয়াইনা তিং-থোক্লুবদগী কোন্‌শিন্‌খিতুনা উহন্‌খিদবা অতুগী মতোগুম্না, জীবাত্মা হায়বসি Relative Existence নি। হায়বদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতিগী পীক্‌থবা শরুক্না material atmosphere দা চংলগা (গীতা ১০॥৪১) হকচাং লৈবা জীব ওল্লিবা জীবাত্মানা (গীতা ১৪॥৩,৪), নত্রগা ইবুংঙোগী সনাতন ওইবা অংশনা জীবলোক্তা হকচাং লৈবা

জীব ওল্লিবা জীবাত্মানা (গীতা ১৫।৭), ব্রহ্মা লাইগী সুংখিল অমস্থুং মুমিদাং ওইরকপা থুদিংমক্তা অমুক কোংদোকপা, অমুক কোংদোক্তবা তৌদুনা লৈরিবা অদুবু (গীতা ৮।১৯) Relative Existence হায়না খঙ্‌নৈ। অদুগা থুদোম্বীনা হায়গী ফীভমদগী সুক্কায় কায়দনা লৈব-গুম্ব, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না Absolute Existence or Reality নি। হায়বদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না material atmosphere অমস্থুং spiritual atmosphere অনিমক পুমকোন কোন্‌শিন্দুনা ঙমখৈ লৈত্রবা পোক্নফম অমস্থুং তিন্নফম (substratum) হায়বদু ওইদুনা (গীতা ৭।৬) হায়দগী হৌনা সুকুলেঙ লেঙ্‌দনা লৈবদুনা মরম ওইদুনা, মহাক্পু কনামত্তনা মাঙ হনবা ঙমদ্রবা অক্ষর (indestructible—গীতা ২।১৭), হায়বদি Absolute Existence or Reality নি হায়না খঙ্‌হন্‌বনি। মরম অসিনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না লাই, মী, হিংচাবা, অচৎ-চত্ত পুম্নমক্কী Supreme Controller নি।

৪। বেদ বেদান্ত উপনিষদ গীতাদা তাক্লিবা পাওতাক অদুবু confirm তৌবা ওইনা, সংহিতা অমস্থুং পুরাণ-নচিংবা ধর্মগ্রন্থশিংদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না খ্বাইদগী চাওবা মতোম্‌তা ঙাইবা ঈশ্বরনি হায়নস্থু মীয়াম্না খঙ্‌ননবা, থুদম্‌গা লোইননা তাক্কুনা খঙ্‌হল্লি, মদুদি—

স্বপ্রকাশ ওইদুনা মশাগী মরম্নায ওইবা অরংবা মঙাল্‌ লৈজবা (self-effulgence, ভাগবত ১।৩।৬৮) (সুমিৎ কুম্না ঙানবা, গীতা ৮।৯) (মঙাল্‌গী মঙাল্‌, গীতা ১৩।১৭), অমস্থুং soul গা body গা খেন্নবা লৈতবা spiritual body ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী transcendental body দগী (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ, ৬।৮) natural activity অমা ওইনা মায়কৈ পুম্নমক্তা infinity ওইনা ফুদোক্লিবা ব্রহ্ম-জ্যোতি (spiritual sparks—ব্রহ্মসংহিতা, ৫।৪৯) অদুনা মরম ওই-দুনা, material atmosphere (অতোনবা প্রকৃতি নিপাল — গীতা ৭।৪) অমস্থুং spiritual atmosphere (অথোইবী জীব কৌবী

প্রকৃতি, গীতা ৭॥৫) ওইহল্লি। অদুগা অমুক্তম্, প্রকৃতি মথল অনি অসিগী মন্নুংদা লৈবা পুম্নমক্পু, ইবুংঙোগী মথা হন্নবা লাই, মী, হিং০ চাবা, হকচাং লৈবা অহিংবা জীব অমস্যুং হিংদবা পোৎ পুম্নমক ওলহল্লুনা গীতা (১৩॥২১) (১৪॥৩,৪), মথোম্নদা ইবুংঙোনা তোঙান্- তোঙান্বা শক্তি পিশিল্লুনা —গীতা (৭॥১২)(১০॥৮) মথোম্নগী through দা অত৽পা লৈতনা সৃষ্টি, স্থিতি অমস্যুং প্রলয় তৌহুনা (গীতা ৯॥১৮), শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মতম পুম্নমক্তা স্নুকলেং লেঙ্দনা, অমস্যুং infinite ওইনা মফম পুম্নমক্তা শন্দোক্লুনা লৈরগা, infinite ওইবা জগৎ সংসার পুম্নমক চলাইরি, (ঈশপনিষদ মন্ত্র ১৫, ১৬) (বিষ্ণুপুরাণ, ৬।৭।১১)। মরাহৈ অমরোমদা হায়রগা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মতোমতা ঙাইবা, পুম্নমক্কী supreme controller নি হায়রবনি (গীতা ১০॥৩৯)। য়াম্না শন্না হায়রবদা, ভাব-না শাবা complete and Absolute whole ওইহুনা, infinite ওইরিবা জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী দিব্য-রূপ অদু (গীতা ১১॥৭, ১০,১১) অতৈ অমা নত্তে, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী spiritual body দা unlimited ওইবা spiritual sparksকা তিনশিন্নহুনা ওইখিবা সৎ-চিৎ-আনন্দ বিগ্রহ মূর্ত্তিনি, অমস্যুং cause of all causes ওইবা অনাদিস্যুনি (ব্রহ্মসংহিতা, ৫॥১), অদুগুম্বা ভাবনা শাবা দিব্য মূর্ত্তিদুমক শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি। অদুগুম্বা ভাবনা শাবা মূর্ত্তিদুগী শরুক $\frac{1}{4}$ না, হায়রবদি এক-পাদ বিভূতিনা material atmosphere নি (গীতা, ১০॥৪১,৪২), অদুগা লেমহৌরিবা শরুক $\frac{3}{4}$ না, হায়রবদি ত্রি-পাদ বিভূতিনা spiritual atmosphere নি (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥৪৪,৪৯) (গীতা ১৫॥৬)। মরম পুম্নমক অসিদগী ঐথোয়না হৌজিক্তি খঙ্লে, মদুদি মথোয় পুম্নমক অসিগী হৌরকফম ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না all-pervading, undivided, unmanifested, infinite and eternal existence নি (গীতা ২॥১৭)।

(Commentary- (১)Spiritual or transcendental অমস্যুং (২) body হায়বা মরাহৈ অনি অসি, অমগ-অমগা contradictory

ওইবা মরম্না, পুম্না শিজিন্নবদা অর্থ থোক্কে। মরমদি, spirituality or transcendence না খঙ্‌নবদি মূর্ত্তি লৈতববুনি, অদুগা body না খঙ্‌নবদি মূর্ত্তি লৈববুনি। অদুবু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মকমদদি, body গা soul গা খেন্নবা লৈতবা মরম্না, হায়বদি ইবুংঙোগী body অদু, হকচাং লৈবা জীব মীওইগী মতোওম্না spirit কা অমাংবা পোৎ-চাক, পঞ্চভূত হায়না খঙ্‌নবা লৈপাক্, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ অমসুং অতি য়াগা তিন্নহনা শেম্থিবা অদুগুম্না নত্তবনা, (হায়বদি, ইবুংঙোগী খোঙ, খুৎ, মিৎ, নাকোংনচিংবা ইন্দ্রি পুমনমক অদু, material atmosphere গী রাংমা, লাইরমলেনগী ওইবা পুমশেং শেংবা spirituality ওাক্কা ওইবা মরম্না) (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ ৬।৮) (ঈশপনিষদ মন্ত্র ৫ অমসুং ৮) (শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অথোইবা ঈশ্বর-রূপ পরং ভাবম—transcendental nature গীতা ৯।।১১), ইবুংঙোগী মকমদদি, spiritual body হায়না শিজিন্নবদা, অর্থ অদুম্মক থোক্কই, করিমত্তা কায়দে।

৫। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দি মতোমতা ওাইবা স্বয়ং বিরাট পুরুষ ভগবান-নি (ভাইবং পুম্না ইবুংঙো মাগী মশক ওইবনি, ভাগবত ১।৩। ২৮)। অতৈ অতোপ্পা অবতার পুম্নমক, হায়বদি বৃদ্ধি শাগৈগী রাম অমসুং কৃষ্ণ, কপিল, ইন্দ্র, ঋষভ, নরসিংহ, বামন, বুদ্ধ, কল্কি, কূর্ম্ম, বরাহ মৎস্য-নচিংবা পুমনমক ইবুংঙোগী অংশ নত্রগা বিভূতি-মক্তনি (ভাগবত ১।৩।৫-২৭)। শ্রীকৃষ্ণগী (পরমাত্মা নারায়ণগী) হকচাংগী ওইথংবা শরুকগী বিষ্ণুমায়া (নুপীগী রূপ ওইবী, রমা নত্রগা রাধা হায়না খঙ্‌নবা) পুথোক-খি অমসুং লক্ষ্মী, সরস্বতী, দুর্গা, জগৎধাত্রী, সিন্ধুকন্যা, পার্ব্বতী-নচিংবা জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী দেব-কন্যা পুমনমক রাধাগী কলা অংশমক্তনি (নারদ পঞ্চরাত্র, ২।৩।২৪-৪৩)। ইবুংঙোদগী পুথোক্পা ব্রহ্মান-চিংবা মূর্ত্তি লৈবা লাই, নুপা-নুপী পুমনমক সৃষ্টিগী মহিমা উৎননবা, অমসুং ইবুংঙোগী লিলা শান্নবা পুথোক্পা মক্তনি। মরম অসিনা, material atmosphere গী মনুংদা লৈবা মূর্ত্তি লৈবা, মথা হন্থবা লাই, মী, হিংচাবা,

শা-নচিংবা পুম্নমক অসি মিথ্যানি, হায়বদি মায়ানি, অচুম্বা অরেপ্পা অমত্তা নত্তে (উৰ্দ্ধমূল মধঃ শাখা— মথক্লোম্ দা মরু, মখারোম্ দা মউ মশা শব্দোক্পা, হায়বদি ওম্নতৈনহুনা মিথ্যা ওইবা, গীতা ১৫॥১)। Soul গা body গা থেন্নবা লৈতবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মতোম্ তনা Absolute Truth or Reality ওইবনি; হায়বদি মূর্ত্তি লৈবম্ন লৈতবম্ন অনিমক্কী অপূনবা অহু ইবুংঙোতনা ওইবনি, (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ ৬॥৮)(নারদ পঞ্চরাত্র ২।২।৯৯-১০০)। অসিগুম্বা ভাবনা শাবা spiritual idea and perception ওইবহুনা মরম ওইহুনা, মীওইবগী লোম্না নিংথিথিজনা ফোংদোক্পা য়াত্রবা ইবুংঙোগী Absolute ওইবা ফীভম-মত্তা অসিবু, গীতাদা অসুম্না খঙ্ হল্লি, মহুদি "ওইদবনা অওইবা ওনবা হৌনদে, অহুগা অওইবনম্ন ওইদবা ওন্ বা হৌনদে, তত্ত্ব খঙ্ বশিংনা অওইবা ওইদবা অনিমক্কী অরেপ্পা অশেংবহু খঙই, (গীতা ২॥১৬)।"

৬। God is all and in all— জগৎ সংসার পুম্নমক করিগুম্বা অমত্তা চিৎখদনা পুমকোন কোন্শিন্নগা ঈশ্বরগী স্বরূপ-নি, অমম্নুং অহুগুম্বা স্বরূপ অহুগী মত্নুঙ্ দা লৈবা পুম্নমক্তম্ন, মত্নুঙ্ থিৎনা ঈশ্বর লৈ, তৈঃ উঃ— (৩॥১), গীতা— (৬॥৩০, ৩১), (৭॥৬,৭) (৮॥২২) (১০॥৮,৩৯) (১৩॥১৫,২৭,৩০), বেদান্ত সূত্র ভাগঃ ১।১।১), (ঈশপনিষদ ৫শুবা মন্ত্র)। অহুগুম্বা কোংদোক্তবা অরৈবা অমম্নুং অহিংবা Infinite Existence ভগবান অহুবু vedantist শি'না Absolute Reality or Absolute Truth or Absolute Existence— knowledge —Bliss or Brahman or self or Atman হায়না খঙ্ নৈ। অহুগা হিন্দু ধৰ্ম্ম চৎপা ভক্ত, বৈষ্ণব, সাধুশিংগী মফম্ দদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান, নত্রগা শ্রীহরিভগবান, নত্রগা গোবিন্দ শ্রীভগবান, নত্রগা শ্রীনারায়ণ ভগবান, নত্রগা শ্রীবিষ্ণু ভগবান, নত্রগা শ্রীবাসুদেব ভগবান হায়না খঙ্ নৈ। তোঙান্-তোঙান্বা মুংগী ওইবা ভাব অমম্নুং মাথক্তগী মতুঙ্ ইন্না, মীনা ঈশ্বরবু তোঙান্-তোঙান্ বা মমিং থোন্নবম্ন, ঈশ্বরদি

অমথক্তনি, গীতা (২॥১৭) (৭॥৭) (১৮॥৫৫)। অদুগুম্বা অমথক্তা ওইবা ঈশ্বর অদুগী মনাক য়োজনবা, মীওইবগী তোঙান্-তোঙান্বা লাইনিং লম্বেলগী নিয়ম ময়াম, হায়বদি কর্ম্ম যোগ, জ্ঞান যোগ, রাজ যোগ, আত্ম জ্ঞানগী ওইবা ভক্তি যোগ, দাস্য ভক্তি, মধুর রস, গোপী প্রেম-নচিংবা লৈজয়বমু, ধর্ম্মদি অমথক্তনি, হায়বদি ইবুংঙো মাবু থঙ্জবা অমসুং ফংজবা হায়বা ধর্ম্ম অদুতনা, মীসু য়াওনা জীব পুম্নমক্কী অমথক্তা ওইবা ধর্ম্মনি [সনাতন ধর্ম্মনি]। Scientific ওইবা রাথলয়োমদা হায়রবদা, মৈ অমদগী মৈ অমা চম্মী, অদুগুম্বা complete unit ওইবা তোঙান্-তোঙান্বা মৈ ময়াম লৈহুনমু, মৈ-দি অমথক্তনি, অদুগা অদুগুম্বা অমথক্তা ওইবা মৈ অদু ফংননবা তোঙান্ তোঙান্বা method ময়াম লৈহুনমু (নুঙ্ অনি তক্লবদগী থোক্পা মৈ, electricity গী মৈ, মৈথেৎতগী ফংবা মৈ-নচিংবা) মৈবু থঙ্জবা অমসুং ফংজবা হায়বা ধর্ম্ম অমথক্ অদুতনা, মী পুম্নমক্কী ধর্ম্মনি। নত্রগা, centrifugal system গা centripetal system গা পুন্নপ পুন্শিল্লগা মপুঙ্ ফাবা system অমথক্তা ওইহন্‌বগুম্বনি। অদুগা অদুগুম্বা system অদু ওইহন্নবগী ধর্ম্মগী ওইবা তোঙানবা method ময়াম, হায়বদি manual,mechanical, electrical নচিংবা method কয়া লৈজয়বমু, system অদুবু থঙ্জবা অমসুং ফংজবা হায়বা ধর্ম্ম অমথক্ অদুতনা, পুমনমক্কী ওইবা ধর্ম্মনি। নত্রগা, whole organic Being অমগী নমুঙ্দা complete unit অমমম্ ওইহুনা লৈরিবা অহিংবা cell ময়ামা, মা-মাগী হৈজ-শিংজবা তোঙান্-তোঙান্বা ধর্ম্মগী শক্তিনা unified ওইনা থবক তৌহুনা whole organic being অদুগা পুন্না হিংবিন্নবা, মুংঙাইবিন্নবা অমসুং মুংশিনবা অদুগুম্বনি। হিন্দু ধর্ম্মগী রাথলয়োমদা হায়রবদা, "পুম্নমক অসিগী পোক্লকম্ শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ঐ-নি, অম্বমনা তিল্লকম্ সু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ঐ-নি [গীতা ৭॥৬]।" নত্রগা "বাসুদেব সর্ব্বমিতি—পুম্নমক্ শ্রীবাসুদেব ভগবান-নি

[গীতা ৭।।১৯]।" নত্রগা "কৃষ্ণ ঐগী অথোইবা ঈশ্বর-রূপ (মম ভূতমহেশ্বরম) অমসুং মীওইবগী হকচাং পুম্বুনা মীওইনা পোক্লিবা কৃষ্ণ ঐবু [মানুষীং-তনুমাশ্রিতম্ ] অপংবশিংনা খঙইদে [গীতা ৯।।১১]।" রাহৈ অমরোমদা হায়রগা, [১] ঈশ্বর, [২] spiritual atmosphere গী মনুঙ্দা লৈবা ভাবনা শাবা গোলোক বৃন্দাবনগী শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অমসুং [৩] যোগ মায়ানা মরম ওইদুনা, মীগী গর্ভদগী পোকপা হকচাং লৈবা জীব অমগুম্না মীয়ামদা উহন্দুনা মর্ত্তদা পোক্লিবা গীতা-গী শ্রীকৃষ্ণ ভগবান (বাসুদেব), মথোয় অহুম্মক মশা অমত্তনি অমসুং অহুগুম্বা ইবুংঙো অত্তবু অপংবশিংনা খোঁওইদে হায়রবনি। নত্রগা, "Absolute Truth পু (অনিগুদবা জ্ঞানবু) উপনিষদ হৈবশিংনা ব্রহ্মন, হিরণ্যগর্ভবু উপাসনা তৌবশিংনা পরমাত্মা অমসুং ভক্তশিংনা ভগবান হায়না কোংদোকই (ভাগবত ১।২।১১)।"

৭। মথক্কী নৈনরিবা পুম্নমক অসিদগী ঐখোয়না হৌজিক্তি খঙ্লে, মত্তুদি ঈশ্বর অমথক্তনি, মত্তু হিন্দুশিংগীদমক্তদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি, অত্তুগা ধর্ম্মসু অমথক্তমি, মত্তু হিন্দুশিংগীদমক্তদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু পুক্লিংদা তরু তরু ফাওত্তুনা খঙ্জনবা অমসুং জ্ঞানগী মিৎয়েংনা Infinity ওইবা ভাবনা শাবা ইবুংঙোগী শ্রীমূর্ত্তিবু দর্শণ ফংজনবা হোৎনবা অত্তবুনি।

## (B) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী দিব্য রূপ।

(১) মাঙ্বা নায়রবা, মীৎনা উবা হকচাং (গীতা ২।।১৮) অমসুং (২) কোংদোক্তত্তুনা মীৎনা উত্রবসু ঐখোয় ইশা-ইশাদা মিত্তুল হন্দুনা অরৈবা অহিংবা অমনি হায়না খঙ্হল্লিবা থরায় (আত্মা—গীতা ২।।২০), অসুম হায়না অনিখোক্না মী অমগী মশাদা পুম্না লৈরগা মূর্ত্তি লৈবা অহিংবা মী অমা ওইহল্লিবা অত্তুগুম্বগী ফীভম মতা অত্তু নত্তে, শ্রীকৃষ্ণ

ভগবানগী দিব্য-রূপ-তি। অহিংবা soulগা মাওংবা নায়বা bodyগা খেন্নবা লৈতবহুনা ময়ম ওইহুনা (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ ৬॥৮); transcendental body ওইহুনা পোকপা-শিবা অমসুং অমাঙ-অতা লৈত্রবা (গীতা ৭॥২৫) অমসুং অহুগীসু মথক্তা, স্বপ্রকাশ ওইহুনা (self-effulgent— ভাগবত ১।৩।৬৮, ঈশপনিষদ মন্ত্র ৪শুবা, মঙালগী মঙাল ওইবা— গীতা ১৩॥১৭) মশাগী মরম্লায় ওইবা মঙালসু লৈজয়বা অহুগুম্বা ইবুংঙোগী ব্রহ্মজ্যোতিনা (spiritual sparks না) মপান নায়দনা মায়কৈ পূম্নমক্তা শন্দোকই (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥৪৯)। জগৎ পুম্বা শন্দোক্না লৈম্বিবা ইবুংঙোগী ব্রহ্ম-জ্যোতি অহুবু, ঐখোয়না material atmosphere (অত্তোনবা মওংগী প্রকৃতি— গীতা ৭॥৪) অমসুং spiritual atmosphere (অখোইবী জীব কৌবী প্রকৃতি —গীতা ৭॥৫) হায়নসু খঙনৈ। প্রকৃতি অনি অসিগী মপান থোকপা করিগুম্বা অমত্তসু লৈতে (গীতা ৭॥৬)। অহুগুম্বা ইবুংঙোগী ব্রহ্মজ্যোতি অহুনা মথা হুম্বা লাই, মী, হিংচাবা অচৎ-চত্ত পূম্নমক ওলহল্লুনা, গীতা (১৩॥২১)(১৪॥৩, ৪), মখোয়দা ইবুংঙোনা তোঙান তোঙানবা শক্তি পীশিন্দুনা, গীতা (৭॥১২)(১০॥৮), ভমখৈ লৈত্রবা জগৎ সংসার পূম্নমক function তৌহন্দুনা (জগৎপু পুবা— গীতা ৭॥৫), ইবুংঙোনা supreme controller ওইহুনা চলাইরী (বিষ্ণু পুরাণ ৭।৬।৬১)। য়ায়া শম্না হায়রবদা, জগৎ সংসারগী মনুঙদসু মপান্দসু, হায়বদি মনুঙ থিংনা অমসুং মনুঙ মপান নায়দনা (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥৪৪), ফোংদোক্পসু ফোংদোক্তবসু, অহিংবসু হিংদবসু, মূর্ত্তি লৈবসু, লৈতবসু করিমত্তা চিথদনা পূল্লপ কোনশিল্লগা য়েলহৌত্তদগী হৌনা অহুম্মক লৈরক্লিবা অমসুং তুংদসু লৈখিগদবা, হায়বদি eternal ওইবা অহুগুম্বা ইবুং-ঙো অহুবু (গীতা ২॥১৭) য়াহৈনা ফোংদোক্পা য়াজহুনা কনামত্তনা ইবুংঙো মাবু খঙহনবা ঙমজ্রবা অমসুং মাঙহনবসু ঙমজ্রবা, গীতা (৭॥২৬)(১০॥২, ১৪), মায়কৈ পূম্নমক্তা শন্দোক্না ফোংদোক্তবা অয়েবা অহিংবা অমত্তু ওইরিবা (An unmanifested infinite and eternal existence),

ভাবতনা শাবা complete and absolute whole হায়না খঙ্‌নবা অহু (গীতা ৭॥৬,৭) (An imaginary circle having its centre every where, but its circumference nowhere available) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী দিব্য রূপ-নি (গীতা ১১॥৭,১০,১১,৪৭)।

ইবুংঙোগী ব্রহ্মজ্যোতিগী মিৎথক্রবা মঙান্না ইবুংঙোগী মাইথোং কুপ্‌ শিল্লিবা (ঈশোপনিষদ মন্ত্র ৫শুবা) অমসুং কারণ পূম্নমক্কী কারণ ওইরিবা সৎ-চিৎ-আনন্দ বিগ্রহ রূপ অহুমক্না (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥১), শ্যাম-সুন্দরগী রূপ ওইনা (দ্বিভুজ মুরলিধর— ব্রহ্মসংহিতা ৫॥৩৯) অমসুং আনন্দ চিন্ময় রসনা থল্লবা জ্যোতীরূপ কামবীজসঙ্গত ওইবা নবীন মদন, হায়বদি মন্মথ— মন্মথ কামদেবগী রূপ ওইনা (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥৪,৫১), ভাবনা শাবা spiritual atmosphere গী মনুঙ্‌দা লৈবা গোলোক বৃন্দাবন্দা (পরমধামদা— গীতা ৮॥২১); নত্রগা হক্চাং লৈবা জীবশিংগী থম্মোয়মুংদা (spiritual heart—গীতা (১০:২০)(১৩॥১৭) মতম পূম্নমক্না ঙাম্মোয়হুনা লৈ হায়না, ভক্ত বৈষ্ণব সাধু গোস্বামী-শিংগী পুক্নিংগী মত্তান্না দরশণ তৌবা ফংজে। অহুগুম্বা শ্রীরূপ অহু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী দিব্য রূপ-নি।

## (C) লাইনিং লম্বেলগী মরমদা ৱাহৈ খরদং।

বেদ, বেদান্ত, উপনিষদ, গীতা, শ্রীমদ্ভাগবত— নচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্র-শিংগী মতেঙ্‌দগী তোঙান্‌-তোঙান্‌বা মুংগী ওইবা পুক্নিংগী ৱাখল্লোন; অমসুং খুদমগা লোয়ননা উৎহুনা অনৌ-অনৌবা ধর্ম্মগী লাইরিক ইহুনা ফোংদোরক্লিবা পূম্নমক পারবগী তুংদা, মহুদগী ফংলক্লিবা ভাব অহুবু ঐখোয়না practical ওইনা থবক্তা চৎথনবা হোৎনরগা, phenome-nal world গী মনুঙ্‌দা ওইবা মীওইবা ঐখোয়গী অজ্ঞান (material

knowledge— অবিদ্যা মায়া) কোক্লুনা, One Absolute Reality or Absolute Truth না ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু, মতৌ করম হায়রনা করম্বা লাইনিং লম্বেলগী নিয়ম শিজিন্নদুনা, ঐখোয়গী পুক্নিংদা তরু-তরুনা ফাওদুনা খঙ্জগনি (god-realised or self-realised person ওইগনি)। অদু নত্ত্রগা, ইবুংঙোগী ওমথৈ লৈত্রবা দিব্য রূপ-না (গীতা ১১॥৭), রাহৈ অময়োমদা হায়রগা, রাখন্না লাম্বা কংবসু কংদবসু পুম্নমক কোনশিন্দুনা all-comprehensive absolute form ওইবা, হায়বদি কনামত্তনসু মাবু মাঙ্হনবা ঙমদ্রবা অমসুং কনানসু খঙবা ঙমদ্রবা, গীতা (৭॥২৬)(১০॥২,১৪), জগৎ পুম্বা শীনবা থুংনা হায়দগী হৌনা যুগ যুগ খুদিংমক্তা করিগুম্বা অমত্তা হোংবা লৈত্তনা অদুম্মক লৈরবা eternal existence হায়না খঙ্নবা (গীতা ২॥১৭), মতোমৃতা ঙায়বা কারণ পুম্নমক্কী কারণ ওইদুনা ultimate cause নি হায়নসু খঙ্নরবা (সর্ব্বকারণ-কারণম্—ব্রহ্মসংহিতা ৫॥১), অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অদুনা মহাক্কী body গা soul গা খেন্নবা লৈহন্দবদুনা ময়ম ওইদুনা, spiritual body ওইরিবা অদুমক্না (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ— ৬॥৮ infinite ওইবা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক চলাইরিবনি (বিষ্ণুপুরাণ—৬।৭।১১)। অদুগুম্বা শ্রীরূপ অদুবু অমুক্সু সৎ-চিৎ-আনন্দ বিগ্রহ রূপ-নি হায়না ব্রহ্মসংহিতাদা (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥১) খঙ্হল্লিবা, ভাবত্তনা শাবা ইবুংঙোগী ওমথৈ লৈত্রবা কোংদোক্লবা অহিংবা দিব্য রূপ-পু (unmanifested universal form of Infinity of Shri Krishna Bhagavan consisting of both spiritual and material atmosphere— গীতা (৭॥৪,৫,৬,৭)(৮॥২০,২১,২২) (৯॥৪), মতৌ-করম হায়না অমসুং করম্বা লাইনিং লম্বেলগী নিয়ম শিজিন্নদুনা, ঐখোয়গী, জ্ঞানগী মিৎয়েংনা দয়শণ তৌবা ফংজগনি (ইবুংঙোগী পাদ-পদ্মবু ফংজগনি) হায়না, মদুগী ময়মদা নৈনদুনা ইবা ধর্ম্মগী লাইয়িকমক্তনি হায়না, ঐনা লৌজে।

## নত্রগা,

১। হৌখিবা মপোকী কর্ম্মগী ফল মতুঙ্ ইন্না— গীতা (৬॥৪০) (১৮॥১২), অমসুং ঐখোয়না হিংলিঙৈদা পাম্জনা নিঙ্জখিবা অহুগীমু মতুঙ্ ইন্না (By the application of the scientific law of cause and effect combined with the principle of transmigration of soul or the evolutionary process)— গীতা (২॥১২,১৩,২২)(৮॥৬)(১৮॥১২),শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অংশনি হায়না ঐখোয়না খঙ্নরিবা eternal ওইবা অহিংবা অমসুং ফোংদোক্তবা জীবাত্মাগা (গীতা ১৫॥৭) হকচাংগা পুন্শিল্লগা, হৌজিকী মপোক অসিদা হকচাং লৈবা অহিংবা মী অমা ওইনা পৃথিবী অসিদা পোক্লরিবনি (গীতা ১০॥৩৯) (১৩॥২৬)(১৪॥৩,৪) হায়না খঙ জরবা ;

২। মী অমা ওইনা হেক্ পোকপদগী হৌহুনা conditioned living entity or conditioned soul নি হায়না খঙ্জরবা, হায়বদি প্রকৃতিদগী থোকৃপা সত্ত:, রজঃ অমসুং তমঃ কৌবা গুণশিংমা মাঙ্দবা জীবাত্মাবু হকচাং মনুঙ্দা ফাবগুম্না থম্ম্রে (গীতা ১৪॥৫) হায়না খঙ্জরবা ;

৩। মী অমা ওইনা হেক্ পোকৃপদগী হৌর্হুনা প্রকৃতিগী গুণ অহুম্না ওইবা পোৎশিংনা শুমহৎপ্ৰবনি (গীতা ৭॥১৩), নত্রগা মায়ানা শুমহৎতুনা জ্ঞান মাঙ্হল্লবনি (গীতা ৭॥১৫) হায়না খঙ্জরবা ;

মথক্তা হায়রিবা বেদান্তগী পাওতাকৃশিং অসিদা পুক্লিং লুপ্তুনা থাজপ্রবা ভক্ত অহুনা, পোকৃপা শিবা লৈতহুনা unconditioned life ওইননবা, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা চংজহুনা free life ওইননবা (গীতা ৭॥১৪, ৮॥১৫; ১৮॥৬৬), ভক্তি যোগ কী লাইনিং লম্বেল পাম্জবদগী (দ্বৈতবাদ—Dualismগী লাইনিং লম্বেল পামজবদগী), মশানা Krishna consciousness ওইনবা হোৎনজে। মাহৈ অমরোমদা হায়রগা,

Krishna consciousness কী লাইনিং লম্বেল পাময়জবদগী, প্রেম-ভক্তি নত্রগা মধুর রস, লাইরম্ লেন্গী ওইবা নুংশিবা — divine love, পুক্চেল শেংবা, কায়নবদা নুংশিবা—love in separation, অমসুং clairvoyance and clairaudience কী মতেঙ্ না, মন্দিরদা লাৎ-জিবা মীৎনা উরিবা ইবুংঙোগী শ্রীরূপ-পু practical ওইনা পূক্নিংগী ইন্দ্রিনা দরশণ ফংজনবা ধ্যান (introspective method) তৌজে। Unselfishness or God-centred activity ওইনা থবক পুন্নমক পাঙ্থোক্লনবা হোৎনজ্জনা— গীতা (৫।১০) (১৮।৪৬,৫৭), কর্ম্ম যোগী অমা ওইনা থবক্সু তৌজে। অতুগীসু মথক্তা, ইবুংঙোগী নাম শোন্জ-বা, ইবুংঙোবু খুরুম্জবা অমসুং সেবা তৌজবা, অসিনচিংবা অতৎপা লৈতনা তৌবজ্জনা মরম ওইজ্জনা, unconditioned soul ওইহল্লনবা হোৎনজ্জনা (মপানগী হকচাংনা অমসুং প্রকৃতিগী গুণশিংনা মাগী অশেঙ্বা শক্তম ওইরিবা জীবাত্মাবু ফাজ্জনা থম্লে হায়বদি free ওইরে হায়না ভাবনা খন্দুনা) ইবুংঙোগা মাগা অতৎ-অথম লৈতবা মরী থম্মনবসু হোৎনজে (eternal relationship with God)। অসুম হায়না ভক্ত অজ্জনা নিংজে, মতুদি মাগী হৌজিক্কী মিং অমসুং মপান্থোংগী হকচাংনা মাগী অশেঙ্বা শক্তম নত্তে, মাগী অশেঙ্বা শক্তমদি (real individual identity নত্রগা স্বরূপ-তি) মুপাসু নত্তে, মুপীসু নত্তে, জাতি-বিজাতি থায়দে, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতিনা ওইবা সনাতন অংশ জীবাত্মানি (গীতা ১৫।৭), হায়বদি eternal individual soul or individual self having no birth and death as human beings নি হায়না ভশেংনা খঙ্জে। অসুম হায়না ভক্ত অজ্জনা ভাবনা শাবা মাগী অশেঙ্বা শক্তমগী স্বরূপন', হায়বদি জীবাত্মানা Absolute Reality ওইরিবা, ভাবনা শাবা soul গা body গা খেন্নবা লৈতবা (শ্বেতাশ্বতর উপঃ ৬।৮) supreme personality of God head শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দা আত্মসমর্পণ তৌজজ্জনা — গীতা (৭।১৪,১৯)(১৮।৬৬)

God realised person অমা ওইরকনবা (শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পাদ-পদ্মবু ফংজনবা), মতুগী মরমদা নৈনহুনা ইবা ধর্ম্মগী লাইরিক্লি হায়না, ঐনা লৌজে।

নত্রগা,

১। মীওইবগী material-relative-sense knowledge গী মতেঙ্না হৌজিকমক ঐখোয়দা খঙহল্লিবা ফজবা, নুংঙাইবা, হয়াওবা অমসুং নুংশিবা, মখোয় অসিগী হৌরককম অমসুং তুঙনফমদি সৎ-চিৎ-আনন্দনা পূর্ণ ওইবা (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥১) শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি হায়না খঙ্লবা গীতা (৭॥৬) (১০॥4 ৫,৮);

২। ঐখোয় মীওইবা খুদিংমক্কী অশেঙবা শক্তমদি মপান্গী মীৎনা উরিবা হকচাং অমসুং মিংগা কোয়বা অসিনা নত্তে, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অংশনা ওইবা জীবাত্মামক্তনি হায়না খঙ্লবা (গীতা ১৫॥৭), অমসুং মতুদগী চৎথরকপা corollary অমা ওইনা, ঐখোয়গী অশেঙ্বা শক্তম্দি, ইবুংঙোগী আনন্দচিন্ময়রস (উজ্জ্বল শৃঙ্গার-রস স্বরূপ) হায়না খঙ্নবা Absolute divine love, beauty and bliss অতুগী পীক্ প্রবা শরুক মচা-মচা অতুনা জীব খুদিংমক্কী থম্মোয়দা য়াওশিল্লবা (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥৫১), অতুগুম্বা শক্তম ভাক্তনি হায়না খঙ্লবা;

৩। য়াহৈ অমরোমদা হায়রগা, ইবুংঙোগী মপুম অমথক্তং ওইনা পুমকোন্ কোনশিল্লবা নুংশিবা, ফজবা, হয়াওবা অমসুং নুংঙাইবা অতুদগী (Absolute and complete whole অতুদগী) থোরক্পা নুংশিবগী ফজবগী হয়াওবগী অমসুং নুংঙাইবগী unit মচা অমমম ওইবা অতুনা(গীতা ১৩॥১৬)(সংসারিক্কী অমাংবা পোৎশক অমত্তগা শয়দবা অমসুং Influence লৈতবা অতুগুম্বা লাইরমলেনগী ওইবা নুংশিবগী ফজবগী হয়াওবগী অমসুং নুংঙাইবগী unit মচা-মচা অতুনা), ঐখোয়না অতুগুম্বা unit শিং

অহুবু. Individual Divine love, beauty and bliss হায়না খঙ্‌নবা অহুনা, ঐখোয়গী অশেঙ্‌বা শক্তম্‌নি হায়না খঙ্‌লবা ;

৪। য়েল্‌হৌঔেদগী হৌনা ঐখোয় পুম্নমক্না ইবুংঙোগা লাইরম্‌-লেন্‌গী ওইবা মুংশিবগী ফজবগী হৃয়াওবগী অমসুং মুংঙাইবগী মরী ভংন-থানবা লৈতবা অহু (units having eternal relationship with God— ইবুংঙোগী সনাতন অংশ— গীতা ১৫।৭), মীওইনা হেক্কু পোক্‌পদগী মায়ানা শুমহুৎখিবনা মরম ওইদুনা (গীতা ৭।১৫) মমি-শামিতা ওইনা লৈরে। হায়বদি, মপানগী মীৎনা উম্বিবা হকচাং, পোৎ-চৈ, শাগৈ-নাতৈ, মমি-মতা অমসুং worldy affairs কী in-fluence না মরম ওইদুনা, ইবুংঙোগা য়েল্‌হৌঔেদগী হৌনা লৈনরক্লিবা মুংশিবগী ফজবগী হৃয়াওবগী অমসুং মুংঙাইবগী মরী অহুবু থদৎপঙ্গুম তৌনা, মমি-শামিতা ওইনা লৈরে (প্রকৃতিদগী থোক্‌পা সংসারিকী সত্তঃ রজঃ অমসুং তমঃ কৌবা গুণশিংনা purity and perfectness ওইবা জীবাত্মাবু হকচাং মনুঙ্‌দা কাবগুম্না থম্লে, (গীতা ১৪।৫), হায়নসু থাজৈশেংনা খঙ্‌লবা ;

মথক্তা হায়রিবা বেদান্তগী পাওতাক্‌শিং অসিদা পূক্নিং লুপ্তুনা থাজগ্রবা ভক্ত অহুনা, প্রেম-ভক্তি, মধুর রস, কান্ত প্রেম নত্রলা গোপী প্রেম (spiritual conjugal love for unity) হায়না খঙ্‌নবা দ্বৈত-বাদকী লাইনিং লম্বেলবু পাযজহুনা practical ওইনা থবক্তা চথৈজে। অশুম হায়না ভক্ত অহুগী ভাবনা শাবা individual divine love, beauty and bliss না ওইরিবা জীবাত্মা অহুনা (ক্ষেত্রজ্ঞ— গীতা ১৩।১), Absolute and complete whole of divine love, beauty and bliss না ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু (ব্রহ্মসংহিতা ৫।৫১) মুংশিবনি হায়না উৎহুনা, হায়গী মতৌগুম্না য়েলহৌঔেদগী হৌনা ইবুংঙোগা লৈনরীবা মুংশিবগী ফজবগী হৃয়াওবগী অমসুং মুংঙাইবগী মরী অহুবু মপুঙ্‌ ফানা লৈনহন্নুনা অমথক্তা ওইহল্লী। হায়বদি,

মুংশিবা, কল্লবা, হয়াওবা অমস্তুং মুংঙাইবগী unit মচা মচানা ওইবা শক্তম অমনা মুংশিবা কল্লবা হয়াওবা অমস্তুং মুংঙাইবা পূময়ক অসিগী হোরকৃকম অমস্তুং তুঙ্ নকম ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দা আত্মসমর্পণ তৌজে গীতা (৭।১৪, ১৯)(১৮।৬৬)। (Individual divine love merges to Absolute divine love.)। য়াম্না শম্না হায়রবদা, লাইনিং লম্বেল অসিগী নিয়মগী মথাদা চৎচনা ভক্ত মশামক অমুবু ভাবনা ওইহল্লিবা, ইবুংঙোগী অশেংবা মুংশিবা মচেৎ, কল্লবা মচেৎ, মুংঙাইবা মচেৎ অমস্তুং হয়াওবা মচেৎনা ওইরিবা অদুগুম্বা মায়া পক্ত্রবা লাইয়মলেনগী ওইবা অশেংবা শক্তম অমনা (Individual spiritual Identity অমনা),নবীন মদন ওইরিবা (Young cupid God—মন্মথমন্মথ, কামদেব-ব্রহ্মসংহিতা ৫।৪,৫১) শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দা ভাবনা আত্মসমর্পণ তৌজে। অদুগুম্বা সাধন প্রেম-ভক্তিগী ময়মদা নৈনদুনা ইবা ধর্মগী লাইরিক্কি হায়না, ঐনা লৌজে।

নত্রগা,

মীওইবা হায়বা অসি absolute sense তা থাজৈমক শেংনা লৈজিল্লরবদি eternal ওইবনি অমস্তুং শিদবনি, অদুগা মওংতদা শিবা হায়বা জীরনি— গীতা (২।১৩, ২১, ২২, ২৭), অদুমীম্ব মথক্তা, মুয়া লৈজিল্লরবদি, মীওইবগী অশেঙ্বা স্বভাবতি ঈশ্বরগী ওইবা থোংনি হায়না সাত্বিক জ্ঞান্না (spiritual knowledge না গীতা ১৮।২০, আত্মাবু ধ্যান তৌদুনা দর্শন কংজরবা — গীতা ১৩।২৪) খঙ্লবা যোগী অদুনা, অদ্বৈতবাদকী লাইনিং লম্বেলবু পামজদুনা মহাক মশামকী transcendental শক্তি, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী সনাতন অংশ, নত্রগা ইবুংঙোগী ব্রহ্মজ্যোতিনা ওইহল্লিবা জীবাত্মা (গীতা ১৫।৭), নত্রগা

থরায় হায়না থঙ্‌নবা অদুগুম্বা অদুগা পরমাত্মাগা (অধিযজ্ঞগা—গীতা ৮।।৪) অমথক্তা ওইবা ফীভম্‌দা রাজ যোগকী নিয়ম শিজিন্নদুনা, Practical ওইনা তিন্‌শিন্নবা হোৎনৈ (গীতা ৬।।১১-১৪)। শন্না হায়রবদা, রাজ যোগকী লাইনিং লম্বেলবু পাম্‌জবা যোগী অদুনা, জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা তিনশিন্নবগী ফীভম-মতা অদু মশামক্তা ওইহন্নবগীদমক, মছাক্না রাজ যোগকী নিয়ম মন্নাম, হায়বদি য়ামা, নিয়মা, আসন, প্রাণায়ামা, প্রত্যাহারা, ধারনা, ধ্যান অমসুং সমাধি practical ওইনা হুমিৎ থুদিংগী তৌজে। মীপুম থুদিংগী খা-দা মুলাধার চক্রগী থম্বাল মমুংদা লৈবা animal energy or sexual force অদুবু, ভাবনা শাবা কুন্দলিনী কৌবা লিন অমনা কোয়শিন্দুনা লৈ হায়না যোগী অদুনা থল্লি। অদুগুম্ব লিন অদুবু, য়াংলেন শক্তগী মমুঙ্‌দা ঈচেল নায়না অতৎপা লৈতনা চেল্লি হায়না ভাবনা থল্লিবা সুসুম্নাগী ঈচেল্‌গা লোয়ননা প্রাণায়ামাগী সাধন্‌-না, হায়বদি breathing regulation গী মতেঙ্‌না, থাক্‌-থাক্ নায়না থকলোমদা brain তাম্না পুথৎলি (গোরক্ষ শিবসংহিতা)। অসুম হায়না brain গী মমুঙ্‌দা লৈরিবা সহস্রদল অদুগী থম্বাল মমুঙ্‌দা লৈবা পরমাত্মাগা (আত্মপ্রভুগা) খা-গী মুলাধারদা লৈবা animal energy or sexual force অদুগা তিন্‌শিন্নবা হোৎনৈ (গীতা ৬।।১৫,২০)। অহিংবা জীব হায়বদুবু ওইহল্লিবা খায়দগী মরু ওইবা শক্তি animal energy or sexual force অদুবু, অসুম হায়না রাজ যোগকী নিয়ম মন্নাম শিজিন্নদুনা (self introspective method along with regulation of breathing exercise শিজিন্নদুনা) যোগী অদুনা spiritual ওলহল্লি (sexual force অদুবু oja or Real man ওল্‌হল্লি)। শন্না হায়রবদা, যোগী মশামক পরমাত্মাগা মশা অমথক্তা ওইহন্নবা ধ্যান তৌজে — গীতা (৬।।২৮)। অসিগুম্বা লাইনিং লম্বেলগী মরমদা নৈনদুনা ইবা ধর্ম্মগী লাইরিক্কি হায়না, ঐনা লৌজে।

## নত্রগা,

মীওইবগী অশেঙ্বা শক্তমগী ওইবা "ঐ" হায়বা অহুদি, অহৌবা অরোয়বা লৈতবা, পোকপা শিবা লৈতবা, material-relative—sense knowledge গী রাংমদা লৈবা (ময়াগী রাংমদা লৈবা—গীতা ৭॥২৪), philosophycally হায়রবদা time, space and causation গী or law of cause and effect কী রাংমদা লৈবা, অনি ফাওবা শুদবা, মতোমতা ওাইবা, কনামত্তনা মাবু মাঙ্হনবা ঙমত্রবা, জগৎ পুম্বা (both spiritual and material) শীন্বা থুংনা লৈবা, মাবু হেন্গৎহন্বা নত্রগা হম্বহনবসু ঙমত্রবা ( Infinity ওইবা ) — গীতা ২॥১৭, অহুগুম্বা অহুবু Absolute Truth or Reality or Unity or Self or Brahman or Atmanনি হায়না সাত্বিক জ্ঞান ( spiritual knowledge না — গীতা ১৮॥২০) খঙ্লবা জ্ঞানী অহুনা, আদ্বৈত-বাদকী (monism গী) লাইনিং লম্বেলবু পামজহুনা, মহাক মশামক অতে অমা নত্তে, self নত্রগা Brahman অহুমক্তি হায়না নিঙজে,হায়বদি "The Truth of Truth নি।" মরমদি Supreme না (অহান বগী রাহৈ the Truth না) হিংননবগী শক্তি vital force হায়না খঙ্নবা প্রাণগী (অকোন্বগী রাহৈ the Truth কী) Essence নি (মচিনি) —বৃহদঅরণ্যকা উপনিষদ মন্ত্র ২॥৩ (৬), ৩॥৯ (২৬), ৪॥২ (৪), ৪॥৪ (২২) ৪॥৫ (১৫)। অসিগুম্বা রাখল অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদসু কোং-লোক্লি, মহুদি "ঐগী ভক্ত কনাগুম্বশিংনা মখোয় মশাবু ঐঙোন্দগী তো-ঙানবা নত্তে, অমত্তনি খল্লি। গীতা ৯॥১৫)।" রাহৈ অমরোমদা হায় রগা, জ্ঞানী অহুনা খঙ্গে তাল্লিবা অহু, মসিসু নত্তে, মহুসু নত্তে হায়না negative method (নেতি, নেতি) শিজিন্নহুনা; মপানগী হকচাং, পুক্লিং, বুদ্ধি,আনন্দময় কোশ,মীৎনা উবিবা অমসুং উত্রবসু পুক্লিংনা অরৈবা finite ওইবা পোৎনি হায়না ঐখোয়না খঙ্জিবা পুন্নমক, আত্মন নত্রগা

ব্রহ্মন নত্তে। অস্থুম হায়না আত্মনগী মথক্তা কুয়োম ওইনা কুপশিন্দুনা, নত্রগা নন্দুনা লৈরিবা, ঐখোয়না মত্থবু অবিদ্যা মায়া হায়না খঙ্নবা শেংদবা, চুমদবা, ভাহাক ওহাক্কী ওইবা মীনম্বা, শেয়াম্বনা মীয়ামদা উহনবা, ভুমখৈ লৈবা পোংনা নপশিন্নকপা, মখোয় অত্থবু খাদোক্লক্পদা, মত্থংগী মথা তানা খাদোক্পা সুকৃয়া য়াত্রবা লেমহৌরিবা অমখক্তং অত্থবু, সিদ্ধ নত্রগা ব্যপাকা ওইবা (Infinity ওইবা) নত্রগা সৎ-চিৎ-আনন্দ ওইবা আত্মন নত্রগা ব্রহ্মন-নি, নত্রগা Absolute Truth or Reality নি হায়না জ্ঞানীনা নিঙ্ক্ষৈ। য়ায়া শম্যা হায়ম্বদা, Brahman নত্তবা অতৈ পুম্নমক লৈতবা মক্তনি, Brahman মতোমতমা অয়েবনি হায়-বনি। মী-সু য়াওনা অচৎ-চত্ত পুম্নমক্না করিগুম্বা অমত্তা চিখদনা all comprehensive ওইনা পুল্লপ পুম্না, self নত্রগা Brahman ওইত্থনা হায়না অত্থম্মক লৈজরবনি, মীনা Brahman অমুক ওক্লকদবা নত্তে হায়না জ্ঞানী অত্থনা নিঙ্ক্ষৈ, গীতা (৬॥৩০-৩১) (৮॥২২) (১০॥৩৯) (১৩॥১৫.২৭,৩০) (বেদান্ত সুত্র ভাগ: ১।১।১)। অজ্ঞান ওইত্থনা মী-না অসিগুম্বা জ্ঞান খঙ্দত্থনা লৈরিবা অসিবু (অজ্ঞান-না জ্ঞানবু কুপশিনবা অসিবু —গীতা ৫॥১৫) খঙনবগীদমক মাগী intellect কী পাখৈনা reasonig, anaiysing, discriminating, reflecting, probing and contemplating তৌত্থনা জ্ঞাত্তগী পাখৈনা,অমসুং ময়ম অচুম্বতনা মুক্তি কংনবা, হায়বদি অচুম্বা জ্ঞাত্তগী মতেঙ্না, পূক্লিং চপ মুংনা হোৎ-নত্থনা অজ্ঞান কোক্তুনা self-realisation ওইমবা হোৎনবা গীতা (৫॥১৬) (৬॥৭) (১৩॥২৪), মত্থগী ময়মদা মৈনত্থনা ইবা ধর্মগী লাইরিক্কি হায়না, ঐনা লৌজৈ।

মত্রগা,

১। ঐখোয় মীওইবা পুম্নমক্না অহিংবা মী অমমম্নি হায়না খঙ্-নম্নিবা অসি অতৈ করিগুম্বা অমনা তৌহনবা নত্তে, মীনা মখা-মথানা খঙ্দবন্নু খঙ্জবন্নু, প্রকৃতিদগী খোকপা গুণশিংনা মিকুপ অমত্তা

ফাওবা কাংদনা, নমহুনা থবক তৌহুনতা লৈহল্লি (গীতা ৩॥৫), নত্রবদি হকচাং ফাওবা লৈবা য়ায়োই (গীতা ৩॥৮) হায়না গীতাদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না ফোংদোক্লিবা অহুবুনি,,হায়বদি থবক তৌবনা লেঙ্‌হুনতা লৈবা অছিং-বা ওইহল্লি; থবকপু তৌত্রবদি হকচাংসু লৈবা য়াত্রবা অশিবা ওইহল্লি হায়বনি। Scientifically হায়রবদা, মীহুগী মিহুল হল্লিবমখৈ অমসুং brain work তৌরিবমখৈ অছিংবা মী॰নি, নত্রবদি অশিবা মী॰নি হায়-বনি।

২। মীওইনা পোক্‌নুনা হৌজিকমক্ ওইরিবা ফীভম-মতা অসি মীহুনা হৌথিবা মপোক্তা পামজনা নীংজয়ক্‌পা অহুগী ফলনি— গীতা (৮॥৬)(১৪॥১৪,১৫)। মরমদি, জীবনা হকচাং চঙ্‌বা অমসুং থাদোক্‌পা মতম্‌দা মন অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু লোয়নহুনা পুই (গীতা ১৫॥৮)। হায়বদি, evolutionary process কী মতুং ইন্না, হৌথিবা মপোক্তা তৌথিবা কর্ম্মগী মশেল-ময়াং তৌনা mind stuff তা লৈহোবা মমি ময়াম অহুগী পুন্নপ পুনশিনবা ফল ওইনা, হৌজিক্কী সংসার অসিদা ঐখোয়দা ওইহল্লিবা ফীভম মতা অসিনি।

৩। হকচাং হোংদোক-হোংজিন মশীং থঙ্‌দনা তৌরিবা (গীতা ২॥১২, ১৩, ২২), হায়বদি পোক্‌পা শিবা চক্র মনুংদা কোইরৈ লৈহুনা লৈরিবা অসিসু (evolutionary process— গীতা ২॥২৭) মীহুনা হৌ-থিবা মপোক্তা পামজনা তৌথিবা কর্ম্মননি (গীতা ১৪॥১৪,১৫)। হায়বদি, মী অহুনা তৌথিবা কর্ম্মগী ফল, মী মশা অহুনা কংজে (গীতা ১৮॥১২)।

৪। মী অমা ওইনা পোক্লবদি হিংননবগীদমক থবক তৌদবসু য়াদে (গীতা ১৮॥১১), তৌইগুম্বসুং পোকপা অমসুং শিবগী চক্র মনুঙ্‌দা চংহুনা অমুক হন্না পোক্তনবগীদমক, হায়বদি সিদ্ধি স্বরূপ ওইহুনা "অমৃত" ওইনবগীদমক (গীতা ৮॥১৫), তৌরিবা থবক অহু "অকর্ম্ম" গী মওংদা পাঙ্‌-থোক্‌পা য়াই, হায়বদি থবক তৌরবসু করিগুম্বা অমত্তা তৌদবগুম্বা তৌবা য়াই (গীতা ৪॥২০)।

মথক্তা হায়ৱিবা বেদান্তগী পাণ্ডিতাকশিং অসিদা মুক্তিং লুপ্তু্না থাজ্ঞবা কর্ম্ম যোগী অমনা freedom কংনবগীদমক (মুক্তি কংনবগীদমক, নত্রগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পরমধাম কংনবগীদমক— গীতা ৫।৬, ৬।৩, ১৮।৫৬), মানা মীওইবগী মপোক্তা পোক্তুনা হিংলিঙৈগী পুন্সিগী মতুংদা য়াথল থন্বদা, য়া ভাংবদা অমসুং তৌথোরকৃপা থবক খুদিংমক্তা কর্ম্ম যোগী অমগী লাইনিং লম্বেলগী নিয়ম পুন্নমক practical ওইনা চৎননবা হোৎনজৈ। হায়বদি, (১) থবক তৌরিবা পুন্নমক প্রকৃতিদগী থোকপা সত্তঃ, রজঃ অমসুং তমঃ কৌবা গুণশিংনা নত্রগা হকচাংনা তৌজবনি (গীতা৩।২৭, ৫।১৪), অশেঙ্বা শক্তমগী ওইবা মহাক্তি, হায়বদি জীবাত্মাদি থবক অমত্তা তৌদে হায়না থনবা তঙ্গা (গীতা ৫।৮–৯; ১৮।১৭), (২) আসক্তি য়াওদনা (unattachment ওইনা — গীতা ১৮।৬), চুপ্পা মীওইবগী মঙ্গলগীদমক (গীতা ৩।২৫), হায়বদি unselfishncss ওইনা থবক তৌবা, (৩) থবক পুন্নমক ইবুংঙোগী সেবাগী ভাবত্তা তৌবা (God centred activity or dovetail loving devotional service of God ওইনা থবক তৌবা—গীতা ৫।১০, ১৮।৫৭), অদুগা মহুগী ফলসু ইবুংঙোদা কৎচবা, (৪) বেদ-দা তাকপা অকবা থবকতু থল্লগা তৌবা, অসিনচিংবা কর্ম্ম যোগ-কী লাইনিং লম্বেলগী নিয়ম পুন্নমক practical ওইনা চৎননবা হোৎনদুনা, অদুগুম্বা কর্ম্ম যোগী অমনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পরমধাম, নত্রগা পাদ-পদ্মবু ফংজনবা হোৎনজৈ (গীতা ১৮।৫৬)। অদুগুম্বা লাইনিং লম্বেলগী মরমদা নৈনদুনা ইবা ধর্ম্মগী লাইরিক্তি হায়না, ঐনা লৌজৈ।

নত্রগা,

১। জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙ্দা লৈবা ( In both spiritual and material universes) অহিংবা জীব অমসুং হিংদবা পোৎ অমত্তনা মশা মশাগী মরয়ায়গী ওইবা মতাম লৈজদে, তৌইগুমসুং শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দি

স্বপ্রকাশনি (self-effulgence মশাগী অহংবা মঙাল লৈজবনি), মুম্বিৎ কুম্না ওানবা মঙাল্‌গী মঙাল্‌নি (গীতা ৮।৯, ১৩।১৭) (ঈশোপনিষদ মন্ত্র ৪শুবা) (ব্রহ্মসংহিতা ৫।১) (ভাগবত ১।৩।৬৮) হায়না খঙ্‌জয়বা ;

২। ইবুংঙোনা spiritual atmosphere গী মনুঙ্‌দা লৈবা থ্বায়দগী য়াংলবা ধাম গোলোক বৃন্দাবন্দা থোঙ্‌কাপ অমত্তা ফাওবা চৎথোক্তনা Absolute Reality ওইনা eternally অচুম্বক লৈরবস্নু (গীতা ৮।২১, ১৫।৬ পরমধামদা লৈরবস্নু), ইবুংঙোগী transcendental ওইবা হকচাংদগী, হায়বদি soul গা body গা খেন্নবা লৈতবা spiritual body দগী (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ ৬।৮) natural activity অমা ওইনা ফুদোয়ক্‌পা ওমথৈ লৈতবা মঙাল অহুনা মরম ওইদুনা (spiritual sparks or energy or ব্রহ্মজ্যোতি অহুনা, ব্রহ্মসংহিতা ৫।৪৯), মথা হুম্ববা লাই, মী, হিংচাবা, অহিংবা অমসুং হিংদবা পোৎ পুম্নমক ওলহল্লুনা, (গীতা ১৩।২১) ইবুংঙোনা মথোয়দা শক্তি পিশিল্লগা, মথোয়গী through দা, অতৎ অথম লৈতনা অমসুং natural activity গী থৌদৌ-মত্তা অমা ওইনা, জগৎ ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমকী সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং সংহার তৌদুনা (creation, maintenance and annihilation তৌদুনা) ইবুংঙোনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক চলাইরী (ঈশোপনিষদ—মন্ত্র ১৫ অমসুং ১৬ শুবা) (বিষ্ণুপুরাণ ৬।৭।৬১) হায়না খঙ্‌জয়বা ;

৩ শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না তাক্‌পিবা গীতাগী মতুং ইন্না, ইবুংঙোগী energy মখল অনি থোকই ; মহুদি—(১) অথোইবী প্রকৃতি (Superior energy or spiritual atmosphere — গীতা ৭।৫), অমসুং (২) অতোনবা মওংগী প্রকৃতি (Inferior energy or material atmosphere— গীতা ৭।৪)। প্রকৃতি মখল অনি অসিদগী মপান থোক্‌পা কয়িগুম্বা অমত্তসু লৈতে— গীতা (৭।৬,৮) (১০।৮) হায়না খঙ্‌জয়বা ;

৪। Spiritual atmosphere গী মনুঙ্দা লৈবা মখা চত্থবা লাই পুন্নমক spiritual body ওাক্তনি, হায়বদি পোকপা শিবা লৈতে। ভোইওখক্সুং material atmosphere গী মনুংদা লৈবা অহিংবা জীব পুন্নমক ব্রহ্মাদগীনা পীকপ্রবা ককচেং ফাওবা, শিবা নায়বা জীব মক্তনি (গীতা ৮॥১৬), হায়বদি মখোয়গী হকচাং মাঙ্বা নায়বনি (গীতা ২॥১৩) হায়না খঙ্জরবা,

৫। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না Absolute Reality ওইনা eternally অহুম্মক লৈবনিনা (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥১) (গীতা-২॥১৭), মাগী ব্রহ্মজ্যোতিনা ওইহল্লিবা অখোইবী প্রকৃতি হায়না খঙ্নবা জীবাত্মাসু (সুমিৎনা লৈরি-বমখৈ মাগী মঙালস্থ ভৎন-থানবা লৈতনা অহুম্মক লৈবগুম্না) অনি থোক্না ভোপ্না-ভোপনা, পোকপা শিবা লৈতনা eternally অহুম্মক লৈগনি (গীতা ২॥১২, ১৫॥৭) (ভাগবত ১০॥৮৭॥৩০) হায়না খঙ্জরবা। হকচাং লৈবা জীব অমগী থম্মোয়দুংদা জীবাত্মাগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অতোপ্পা মমিং থোল্লিবা পরমাত্মাগা, জীব অহুনা হিংলিবমখৈ, মতম পুন্নমক্তা থানবা লৈতনা, তোঙাল্লা অহুম্মক লৈনৈ (কঠ উপনিষদ ১।২।২০) হায়না খঙ জরবা,

মখক্তা হায়রিবা বেদ, বেদান্তগী পাওতাক্শিং অসিদা পুক্নিং লুপ্তুনা থাজপ্রবা ভক্ত, বৈষ্ণব, সাধু, গোস্বামীশিংগী মত (opinion) মতুং ইন্না, জীবাত্মাগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা অতৈ-অথম লৈতবা মরী লৈনৈ, থদৎপা য়াদে, হায়দগী অহুম্মক লৈরকই, হৌজিকসু লৈরী মতুংদসু লৈথিগনি, হায়বদি eternal নি (গীতা ২॥১২), মখোয় অনিগী তিন্শিন্নবা হায়বা নুকলৈ লৈতে। অসিগুম্বগী রাখল অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদসু কোংদোক্লি, মহাক্নি "ঐপা মখোয়গা তোঙান্-তোঙান্বনি থল্লি—গীতা ৯॥১৫)"। অমুম হায়না দ্বৈতবাদকী (Dualism গী) লাইনিং লম্বেলবু পামজবা ভক্তশিংনা supreme person (spiritual body গী মূর্তি

লৈবা) অমস্তুং মহাক্কী ব্রহ্মজ্যোতি (spiritual sparks মূর্তি লৈতবা) মথল অনি অসিবু পূরূপ পুনশিল্লগা ওইখিবা (positive relativity না ওইখিবা) ভাবনা শাবা Complete Absolute Whole or Reality অদুবু, সৎ-চিৎ-আনন্দ বিগ্রহ স্বরূপ ওইবা (মূর্তি লৈবস্তু লৈত-বস্তু পুন্না অমথক্তা ওইবা) The supreme personality of God-head শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননি হায়না নিঙ্‌ঙৈ (ব্রহ্মসংহিতা ৫।১)। ভক্তশিংনা নিঙ্‌ঙৈ, মন্থুদি material atmosphere গী মনুংদা অহিংবা জীব অমা ওইনা পোক্‌না লৈরিবা মীওইবগী হকচাংদি, প্রকৃতিগী পোৎচাকনা শেম্বা শেংদবা অমস্তুং অমাংবা হকচাংনি (Contaminated body নি), অমস্তুং মাঙ্‌বস্তু (শিবস্তু) নায়বনি (গীতা ২।১৭, ১৮,২২)। অদুগুম্বা হকচাং অদুনা মাঙ্‌বা লৈতবা (পোক্‌পা শিবা লৈতবা) মায়াগী রাংমদা লৈবা spiritual atmosphere গী মনুঙ্‌দা চংলুবা শুকয়া য়াদে। শম্না হায়রবদা, ভক্ত মশামক্ অদু মীয়াম্না থঙ্‌নরিবা মিং অমস্তুং হকচাংগা কোয়বা মূর্তি অসি নত্তে, মহাক্কী অশেঙ্‌বা হকচাংদি জীবাত্মানি হায়না ভাবনা থন্দুনা, spiritual body ওইহন্দবা য়াদে। মাহৈ অময়োমদা হায়রগা, লাইনিং লম্বেলগী তত্ত্ব জ্ঞান-না (গীতা ১৩।১১) মরম ওইদুনা, মপান্থোংগী হকচাং (apparent or physical body) অমস্তুং পুক্নিংনা শেম্বা হকচাং (astral body) মাঙ্‌বা নায়বা, লৈতবা মক্তনি (গীতা ২।১৮) অমস্তুং মখোয়না জীবাত্মাবু কুপশিন্দুনা ওকহনবনি (গীতা ২।২২, ৫।১৫, ৭।২৫, ১৪।৫) হায়না ভাবনা থন্দবা শুকয়া য়াদে। ভক্ত অদুনা অসিগুম্বা লাইনিং লম্বেলদা চংশিল্লক্‌না থাক্‌-থাক্ নায়না অরাংবা থাক্তা কাথৎলক্লগা, হায়বদি Darwin গী theory গী মতুঙ্‌ ইন্না, অতোন্‌বা থাক্কী জীব ভীল কাওদগী অরাংবা থাক্কী জীব মীওইবদা ওল্লকপা, অদুগুম্বা physical evolutionary process নত্তবা, Vedantist কী theory গী মতুঙ্‌ ইন্না, ইচম, চম্বা মীওইবগী পুন্সি মরেল ওইরম্বগী Divine Life কী পুন্সি মরেল ওইরক্‌না, মথং মথং

জ্ঞানী, যোগী, ভক্ত, বৈষ্ণব, সাধু, মুনি, ঋষি, God-man গী পূর্ণিদা মথং মথং অরাংবা থাক্তা কাখৎলক্লগা (গীতা ৮॥৬), spiritual atmosphere গী মনুঙ্‌দা (ব্রহ্মলোকতা) spiritual body ওইনা, হায়রদি সিদ্ধি ফংলবা মহাত্মাগী স্বরূপ ওইনা;পোকপা শিবা লৈতনা (গীতা৮॥১৫), শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী devotional service ভৌথুনা অহুম্মক লৈগ্রগনি হায়না থম্লে। (শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মশামক্তা ভক্ত অহুগা অমথক্তা ওইশিনখিগনি হায়না। আদ্বৈতবাদকী লাইনিং লম্বেলবু পাম্‌জবা জ্ঞানী অমসুং যোগীশিংনা হায়বা অহু, দ্বৈতবাদকী লাইনিং লম্বেলবু পামজবা ভক্তশিংগী রাথল্দ সুকলৈ লৈতে।) অসিগুম্বগী লাইনিং লম্বেলগী মরমদা নৈনহুনা ইবা ধর্ম্মগী লাইরিক্কি হায়না, ঐনা লৌজে।

### নত্রগা,

বেদ, বেদান্ত, উপনিষদ, গীতানচিংবদা তাক্লিবা জীবাত্মা, পরমাত্মা ব্রহ্মন, পরংব্রহ্মন, ভগবান, ঈশ্বর, মুক্তি লৈবা অমসুং লৈতবা, Absolute Truth, Reality, হকচাং, পূক্লিং, ইক্লি, পোকপা অমসুং শিবা, মতম, অচৎ-চম্ভ উরিবা অমসুং উত্রবরম্নু পুক্লিংনা থঙ্‌লিবা; অমসুং মী, শা, অতৈ অতোপ্পা জীব পূম্নমক, মখোয় খুদিংমকী constitutional position, অহুগীম্নু মথক্তা, মখোয় খুদিংমক অমগা অমগা মরী লৈনরিবা অসিনচিংবগী মরমদা করিমত্তা থঙ্‌লুবা পামজবা, অনুগুম্বা ভক্ত, সাধু অমসুং বৈষ্ণবশিংগী রাথলদদি, শুপনতগী সর্ব্বব্যাপী অমসুং সর্ব্বশক্তিমান ওইবা ঈশ্বর শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অহুনা ভাবনা শাবা গোলোক বৃন্দাবন বৈকুণ্ঠ হায়না থঙ্‌নবা, খ্বায়দগী রাংথ্রবা পরমধামদা সুকলেও লেগুদনা লৈরগা, ইবুংঙোগী শকৃলোন ভোঙান্-ভোঙান্বা মপান্দা পুথোক্তুনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড শেম্বনি, অমসুং যুগ যুগ খুদিংমক্তা ইবুংঙোগী লিলা মথল মথলগী ওইবা মশান্না পুথোক্তুনা; জগৎ সংসারদা লেঙ্‌লি পাল্লিবা অক-কল্পবা পূম্নমক অসি ওইরিবনি হায়না নিংজে। অসিগুম্বগী রাথল অসি কোংদোকৃপা ওইনা গীতাদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্‌না হায়রি, মহুদি—

"ঐ অসি তোঙান্-তোঙান্বা শকুক্ম পুই হায়না থজ্নুনা ওইরবস্নু, পুম্নমক্কী মশক ওইবা ঐবু জ্ঞানগী মশক ওইবা যজ্ঞনা উপাসনা তৌই।" (গীতা ৯।১৫)

অমুগা ভগৱান মহাদেবনস্নু মহর্ষি নারদ-তা মথক্কী অসিগুম্বা জ্ঞান অসিবু ফোংদোক্লনা নারদ পঞ্চরাত্রদস্নু হায়রি; মমুদি—

"ব্রহ্মা ফাওবদা লৈরিবা অচৎ-চত্ত পুম্নমক অসি; শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দগী অফোংবা মশক পান্বা ওইনা পুথোরকপামক্কনি। পুম্নমক ইবুংঙোনা অমুক মশা মনুঙ্দা লৌশিল্লি (চুপ শিল্লি), অমুগা অমুক হন্নস্নু মপান্দা পুথোকই। ইবুংঙো মতোম্‌তনা অখিল ব্রহ্মাণ্ডগী মপুনি। পুম্নমক্কা লেঙ্‌থোৎপা ওমুহন্দুনা কর্ম্ম তৌরিবা পুম্নমক, ইবুংঙোগী মপাস্তননি। মহাক্কী মায়ানা মরম ওইদুনা, পুম্নমকপু শুমহৎলি।"

নারদ পঞ্চরাত্র (২।১।২১-২২)

মথক্কী অসিগুম্বগী রাখলদা লুপ্পবা ভক্ত, সাধু অমস্নুং বৈষ্ণবশিংনা দাস্য ভাবতা ইবুংঙোগী পাদ-পদ্মবু ফংজনবা (কৃষ্ণ পাদ সেবা ফংজনবা) ইবুংঙোগী নাম শোন্‌জৈ, পরমপরাদগী চৎনরক্লিবা মন্দিরদা লাৎলিবা ইবুংঙোগী শ্রীমুর্ত্তিবু মুংশিনা সেবা পূজা তৌজৈ, থুরুমজৈ অমস্নুং নিংজৈ। অসিগুম্বা লাইনিং লম্বেলবু পাম্রজবা বৈষ্ণবশিংনা মখোয়গী নিয়ম অমা ওইনা চৎচবা ওয়নবা (রস চুপ্পা ওয়নবা) ইবুংঙোনা যুগ যুগ খুদিংদা শান্নরিবা লিলা পুম্নমকপু ধর্ম্ম গ্রন্থশিংদা উৎতুনা, মমুগী মরমদা নৈনদুনা ইবা ধর্ম্মগী লাইরিক্লি হায়না, ঐনা লৌজৈ।

নত্রগা,

হৌজিক্কী মতমগী Scientific যুগক্কী রাখলয়োমদা থন্নরবদি, whole organic Living Being অমগী মমুঙ্দা লৈবা অহিংবা cell খুদিংমক্কা individual complete unit ওইবদুনা মরম ওইদুনা, মখোয়

পুম্নমক্না unified ওইনা থবক তৌমিন্নদুনা, complete whole অদুগা লোয়নননা পুন্না হিংমিন্নদুনা হন্নাওমিন্নদুনা অমসুং সুংশিমিন্নদুনা লৈমিন্নবগুম্না, মীওইবা ঐখোয় খুদিংমকসু, universal form of infinity না ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী jurisdiction গী মনুঙ্দা, হায়রবদি ভাবনা শাবা spiritual body গী মনুঙ্দা লৈদুনা, ইবুংঙোগা নুকথা থানবা য়াম্নবা মপুঙ্ ফাবা অহিংবা unit অমমম ওইহনগদবনি। শম্না হায়রবদা, ইবুংঙোগী dovetail loving devotional service তৌদুনা, পুন্সি লেম্নবা ( A complete human life with full value having eternal relationship with Shri Krishna Bhagavan অমমম ওইহন্নবা), অমসুং ঐখোয় মীওইবা অমসুং অহিংবা জীব পুম্নমক্না অমগা-অমগা মতেঙ্ পাংমিন্নদুনা হিংমিন্ননবা, হন্নাওমিন্ননবা অমসুং সুংশিমিন্ননবা; মদুগী মরমদা নৈনদুনা ইবা ধর্ম্মগী লাইরিক্কি হায়না, ঐনা লৌজে।

নত্রগা,

ধর্ম্মগী য়াহৈদা হায়রগা, হকচাং লৈবা অহিংবা মী অমা ওইনা পৃথিবীদা পোক্কুনা হিংলিঙৈগী পুন্সিগী মনুঙ্দা, মীদুনা মশা হিংননবগীদমক (গীতা ৩।৮, ১৮।১১), অমসুং মানা পোক্লুরিবা লমদম অদুগী সমাজ অমসুং environment অদুগা চান্নবা standard oi living থম্না ঙম্নবগীদমক, essential ওইবা, অদুম্নদি ওইরগা selfishness কী মতৌ-মওং মান্‌বা থবক মতৌ অদু তৌদবা য়াদদুনা তৌরবসু, য়াথল থন্‌বদা য়া ঙাংবদা অমসুং তৌথোয়কপা থবক খুদিংমক্না, ঐখোয় খুদিংমক্না অমগ-অমগা মতেঙ্ পাংমিন্নদুনা unified ওইনা অমসুং মীওইবগী মঙ্গলগীদমক unselfishness or God-centred activity ওইনা থবক পুন্নমক পাঙ্থোক্কুনা (গীতা ৩।২৫, ৫।১০, ১৮।৬)

শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননগী complete unit অমমম্ ওইহন্‌গদবনি। রাইহে অমরোমদা হায়রগা, পোক্‌পদগী লোয়নরক্লবা ইশা-ইশাগী হৈন-জবা শুকথা থাদোক্‌পা রাক্সবা অদুগুম্বা professional work অদু তৌবদা (স্বধর্ম্মগী ওইবা কর্ম্ম থাদোক্‌কদে— গীতা ১৮॥৭,৯), ঈশ্বরদা পূক্লিংনা কখোক্তুনা কর্ম্ম যোগী অমগী থবক মতৌ অদু তৌদুনা লৈন-লৈনা (গীতা ১৮॥৫৭), ঈশ্বরবু পূজা তৌজবা, মাগী নাম শোন-জবা, খুরুমজবা, নিঙ্‌জবা অমসুং ইবুংঙোবু মুংশিজবসু পুন্না চৎমিন্নহন্দুনা, অদুগুম্বা পূন্সি মরেল অমা ওইননবা, ঐখোয় খুদিংমক্কা হোৎনগদবনি। অসিগুম্বগী রাথল অসিবু শ্রীকৃষ্ণ-ভগবান-না গীতাদা কোংদোক্লি, মদুদি মতম লৈবা খিবিক্কা spiritual knowledge ওইবা ইবুংঙোবু নিংশিংঙু, অদুগা material and scientific knowledge ওইবা লাল শোক্লবা গুম্বা professional work অদুসু কর্ম্ম-যোগী অমা ওইনা পাঙ্‌থোক্‌উ (গীতা ৮॥৭)। অসিগুম্বগী লাইনিং লম্বেলদা নৈনদুনা ইবা ধর্ম্মগী লাইরিক্লি হায়না, ঐনা লৌজে।

মথক্তা হায়রিবা অসিগুম্বা লাইনিং লম্বেলগী মরমদা নৈনবা, তোঙান্‌-তোঙান্‌বা মুংগী ওইবা ধর্ম্মগী রাথল্লোন অমা ওইবা মরম্মা, অনৌ-অনৌবা ধর্ম্মগী লাইরিকশিং পাররগা, মী অমগা অতোপ্পা মী অমগ-গী মশা-মশাগী ওইনা হাম্না মরম্মাইগী লৈজররিবা spiritual ideas and thoughts অদুগা exchange তৌনদুনা, সাত্ত্বিক জ্ঞান (spiritual knowledge) ফংননবগী মরম অমসু ওইহন্দবা নত্তে। মরম অসি লৈবনা, মীয়ামদা motivation পীবগী মচাক্ অমা ওইনা, অনৌ-অনৌবা ধর্ম্মগী লাইরিক পানিংনবা, অমসুং মীয়ামগী খুত্তা অয়ায়বা মওংদা লাইরিক অদু য়োহন্নবা, ঐখোয়না হোৎনফমসু থোক্‌ই, অমসুং দরকাররসু ওই। অহিংবা মী অমগী-মশাদা, ঐখোয়না soul গা body গা অনি থোক্লা উরিবা মউ অমসুং খঙ্‌লিবা মথঙ্ অসিগুম্বা নত্তবা, soul গা body গা খেন্নবা লৈহন্দদুনা spiritual body

ওইরিবা the supreme personality of God head শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু, মপুঙ ফানা নত্ৰবস্থু, ভাবনা শাহনা মথি শামিত্তা ওইনা খঙ্জনবা ইথিবা ধর্ম্মগী লাইথিক পূময়ক, unselfishness, prayer, meditation, love and devotional knowledge না মরু ওইরবস্থু, scientifical, philosophical and psychological ওইবা knowledge গী মতেঙ্ লাওনা নৈনত্ৰবদি, অয়াম্বা মতমদা অন্ধবিশ্বাস (superstition) ওইরক্না, মপুঙ্ ফাবা ভক্তিগা জ্ঞানগা কোয়বা (Devotion combined with reasoning) ধর্ম্মগী লাইথিক ওইহন্দে। মৱমদি মপাম্বোংগী মীৎনস্থু উত্রবা, থাম্নদগীস্থু চুম্নবা, অমস্থুং ভগেংনমকস্থু ফোংদোক্কবা (উহন্দবা) অবৈর্বা অহিংবনি হায়না ঐখোয় পূময়কপু ইবুংঙো মাগী মপান্না লেঙ্-খোৎপা ভমহন্দুনা ইশা-ইশাদা ভগেংনমকস্থু ফাওবা, মতম অমত্তদা মফম খুদিংদা শীনবা খুংনা লৈবা, অন্ধবুস্বা ইবুংঙো অন্ধবু, জ্ঞানগী মিৎয়েংনা উননবা অমস্থুং খঙ্জনবা হোৎনবা হায়বসি, অউবা অখঙ্বা পোৎনা, নত্ৰগা ভাবনা শাবা মওং লৈতবা phantom গুম্বনা লংলা-লংঙিন ওইহনা হোৎনবা ভবা সুকম্না লাদে। (Outward worldly things or imaginary phantom-like things are the suggestions or doors for doing a research work scientifically, philosophically and psychologically with the help of vedas, vedantas and upanisads to get a glimpse of the Absolute Truth or Reality or God.) রাইহ অমঙোমদা হায়ররগা, ভোঙান্ ভোঙান্বা মথলগী লাইনিং লম্বেলনি হায়না ঐখোয় না হৌখিক খঙ্নখিবা কর্ম্ম যোগ, জ্ঞান যোগ, রাজ যোগ, ভক্তি যোগ, মূর্ত্তি লৈবগী লাইনিং (দ্বৈতবাদ—dualism), অমস্থুং মূর্ত্তি লৈতবগী লাইনিং (অদ্বৈতবাদ—monism), মখোয় পূময়ক অসি অমগ-অমগা য়ান্শিন্নবা মথম্না, পূন্নপ পূম্না নৈনত্ৰবদি মপুঙ্ ফাবা য়াদবনা,

লাইনিং লম্বেলগী মরমদা ইবা ধর্ম্মগী লাইরিক অহু কনমক্ কন্না হোৎনহুনস্থ, পিকৃশিন্বা স্থকয়া য়াদে। ওইনিংবা অমা ওইজরস্তুম্ন, ঈশ্বরনা তম্বা অমা লৈবন্নগনি হায়না খল্লোক্না, volume অনিনা শাবা লাইনিং লম্বেল (system and path of Religion) হায়না মমিং থোনবা ধর্ম্মগী লাইরিক অসিনা, spiritual knowledge বু পাম্জবা নহারোল ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা ঈশ্বরগী মরমদা research তৌবদা, মচাক অমা ওইগন্না হায়না খল্লুনা, ঐনা ইজবনি।

"শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু জ্ঞানগী মীৎয়েংনা দরশণ তৌজবা অ-স্থং খঙ্জবা হায়বা অসিনা মীওইবগী অমথক্তা ওাইবা লমথুংফম্নি। অহুবু লুরিবদি, ইবুংঙোদগী পুথোকৃপা প্রকৃতিগা লোয়নবা সত্ব রজঃ অমস্থং তমঃ কৌবা গুণ অহুম্না তিনবী দিব্য মায়ানা (Divine illusion) ঐথোয় মীওইববু শুমহৎতুনা, ইবুংঙোবু জ্ঞানগী মীৎয়েংনা দরশণ তৌজবা অমস্থং খঙ্জবা ওমূহন্দে (God-realised person ওইহন্দে)। মায়া হায়বসি রাথল চুমদবদগী থোকৃথিবনি, পোৎশক ওইনা লৈবমক্তি নত্তে। পূক্লিংনা শেম্বা অরান্বা অহুগুম্বা রাথল অহুনা, ঐথোয়বু শেয়ায়না থাজহন বা পুন্নমক মায়ানি। খুদম— মাঙ্বা নায়বা পূক্লিং, মিং অমস্থং মপাম্ফোংগী হকচাং পুল্লপ পুল্লগা, ঐগী অশেঙবা শক্তম্নি হায়না মীয়াম্দা থাজহল্লিবা অসি (সংসারিকী body consciousness অসি), ধর্ম্মগী মীৎয়েংদা য়েংলুববদি, মায়ানি। মরমদি, ইবুংঙোনা (জীবগী হকচাং মমুঙ্দা লৈবা অধিযজ্ঞ নত্রগা পরমাত্মা নত্রগা অন্তর্যামীন নত্রগা Indwelling Reality না) মহাক্কী Reality অহুবু লোৎশিল্লগা মপাম্ফোংগী হকচাংনা শকৃতাকৃপগী কীজেৎ ওইনা মপান্দা উৎপনি(ইবুংঙোগী অশেংবা শক্তম নত্তবা হকচাংনা অশেংবা শক্তম ওইবা ইবুংঙোগী superimposition নি।) ঐগী হায়বা selfishnessগী idea (ego)পূক্লিংদা লৈরিবমখৈ মায়া কোক্তে। সাত্বিক জ্ঞানগী মীৎয়েংনা ঐথোয়গী হকচাংগা থল্লায়গা (body গা individual soul গা) তোঙান্-তোঙানবা পোৎশক অনিনি হায়না খন্বা তম্সি।

সংসারিকী মতুংদা লৈরিবা অহিংবা নত্তবা পোৎ পুরমক (Worldly things) or body পুম্নমক zero নত্রগা cipher শুন্যা অশেঙবা-রা লোৎপা, হায়রবদি শেংদবা শকতু মীওঙন্দা অশেংবা শাহ্রনা ভাব তাহন্দবা খুৎইশুরনি। মরমদি, zero না মতোমতা লৈরবদি value and importance য়াওদে। অতুবু, zero না number one গা link and influence (positive relativity) লৈনহল্লবদি, মহাক্কী value and importance লৈরকই। মতৌ অতুশুমলহুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতিনা ওইবা জীবাত্মাগা হকচাংগা link and influence লৈনহন্দুনা ঐখোয়বু অহিংবা embodied living beings ময়াম ওইহন্দুনা, zero শুমলবা senses না ওইহনখিবা মায়াগী হকচাংবু, value and importance লৈহল্লি। মরম অসিনা, হকচাং লৈতুনা অহিংবা জীব ওইরিবা মীওইবা ঐখোয় খুদিংমক্কী হকচাংগা (body গা) জীবাত্মাগা (শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতিনা ওইবা eternal relative existence হায়না খঙনবা অতুগা) অতুপকী মতিক নকৃশিন্নবা link (proximity) লৈনরিবমথৈ "হকচাংগী শকৃফমগা মিংগা কোল্লবা ঐ— apparent self" লৈরক্কবগী (মাঙখিবগী) চাংস্থ হেনগৎলক্কুনা, মমৈ ইকোন কোনবদা হকচাং লৈবগী য়াথল পুম্নমক পুঙমাং মাঙ থহুনা, ভক্ত মশামক অতুনা individual spiritual identity অমা ওইরক্নি। বেদ, বেদান্ত, উপনিষদ, গীতা, ভাগবত-নচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্রশিংগী মতেঙদগী মীওইবগী পুক্লিং শেংহন্দুনা অমস্তুং অচুম্বা লাইনিং লম্বেলদা চংশিনহন্দুনা, হায়রবদি ঐখোয়না হৌজিক চাংবায়ক্লা খঙনরিবা লাইনিং লম্বেল মথল মরি — কর্ম্ম যোগ, রাজ যোগ, জ্ঞান যোগ অমস্তুং ভক্তি যোগ-কী মতুংদগী, ভক্ত অতুগী পোকপদগী লোয়নরক্লবা temperament কা চান্নবা, মানা পামজবা যোগ অমনা primary ওইরগা, লেমহৌরিবা যোগ অতম অতুনা secondary ওইতুনা চান্ন-চান্নগদবা কীভম-মতাদা তিন্নমন্দুনা, হৌজিকী physical World,body অমস্তুং mind মায়া তাক্তনি হায়না খঙনবা

তোৎনরগা, মাগী অশেঙ্‌বা শক্তমদি "হকচাংগী শকৃকমগা মিংগা কোয়বা ঐ — apparent self" অসি নত্তে, মাগী vision of life ওটম্নিবা জীবাত্মানি হায়না তক্ত অহুনা তশেংনা খঙ্‌জবা ওমগনি। মহুদগী মথা তান! চৎথরকপা অমা ওইনা, অদুগুম্বা মাগী অশেঙ্‌বা শক্তম ওইরিবা জীবাত্মা অহুনা (Individual spiritual identity অহুনা), আত্মজ্ঞানগী ওইবা ভক্তি যোগ অমসুং অশেংবা নুংশিবগী মতেঙ্‌না (Divine love কী মতেঙ্‌না) শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দা (অধিযজ্ঞ নত্রগা পরমাত্মা নত্রগা অন্তর্যামীন নত্রগা Indwelling Reality দা) আত্মসমর্পণ তৌহুনা চংজরবদি, ইবুংঙোবু (Absolute Truth or Absolute Reality or Eternal Existence পু) জ্ঞানগী মীৎয়েংনা দরশণ তৌবা অমসুং খঙ্‌জবা ঙম্‌গনি।"

"হৌখিবা মপোক্তা পামজনা নিঙ্‌খিবা (গীতা ৮॥৬) অমসুং অদুগীসু মথক্তা, হৌখিবা মপোক্কী কর্ম্মগী ফল মতুং ইন্না (গীতা ১৮॥১২), হৌজিক্কী পৃথিবী অসিদা সত্বঃ রজঃ অমসুং তমঃ কৌবা গুণ অহুম্না তিনবী প্রকৃতিনা (হকচাংনা) ফাজিনবগুম্না থমহুনা (গীতা ১৪॥৫) conditioned embodied being ওইনা পোক্লবা মীওইবা ঐখোয়না, অত্তাং ওইরম্বদগী মপুঙ্‌ ফাবা মী হেক ওইরকপদা, সত্বঃ গুণগী চাংনা রজঃ অমসুং তমঃগুণগী চাংদগী হেনবা মীওই ওইরবদি, অদুগুম্বা মী থুদিংমক্কী মথা-মথাদা খঙ্‌নিংবা কয়া অমা ফাওরকই। মহুদি (১) মীসু য়াওবা অহিংবা জীব অমসুং হিংদবা পোৎ পুম্নমক অসিগী হৌরকফম কদাইদগীনো? (২) ঐখোয় মীওইনা পোকপগী মপুঙ ফানা মহৈ য়ায়নবা তৌদবা য়াজবা real purpose অহুনা করিনো? (৩) ঐখোয়না হিংজিঙৈদা অরা অনা অমুক য়ায়া থেংনরিবা অসি থেংনহন্দহুনা নুংঙাইবতা ওইহনবা য়াত্রা? (৪) ঐখোয়না শিবা হায়বা অসিনা করিনো অমসুং শিদবা য়াত্রা? (৫) শিদবা য়াজবদি, ঐখোয়না শিরগা করিগুম্বা অমত্তা লৈহৌদনা, অহিংবা মত্তবা পোৎ অমনা পৎতুন্না পুমহুনা মাঙখিবগুম্না, তুম্না অহুম্মক

মাঙখিগনুৱা ? (৬) ঐখোয়না শিয়গা তুয়া মাঙজবদি, করি পোৎতি লৈ-হৌই, অমসুং অতুগুম্বা লৈহৌরিবা পোৎ অত্ত্ব কদাইদা চৎখিবগে ? অসি-নচিংবা ৱাকম কয়া অমা থংনিংলক্ই। হায়বদি, জগৎ সংসার অসিগী মনুংদা লৈরিবা মীৎনা উরিবা অমসুং উত্রবসু ভাবতনা লৈ হায়না খঙলিবা অহিংবা জীব অমসুং হিংদবা পোৎ ময়াম অসিগী constitutional position অতুগা, ঐখোয় মীওইবগী constitutional position অসিগা, করি থেন্নরিবগে, অমসুং মখোয়গা ঐখোয় মীওইবগা কয়ম হায়না মরী লৈনরিবগে খঙনিংই। ময়ম অসিনা, ব্রহ্মসূত্রদা "ব্রহ্মজিজ্ঞাসু:" হায়বা য়াহৈ অসিনা (গীতা ৭॥১৬) খঙহল্লি, মতুদি Absolute Truth or Absolute Reality গী nature খঙননবা খিদোক্ বদি, মীওইনা পোক্নু অহিংবা জীব অমা ওইবগী মহৈ য়াজ্রবনি। মাবু খঙলবা ওদ্র-বদি, ঐখোয়না খঙনিংলিবা পুন্নমক অমত্তা চিথদনা খঙবগা চপ মান্নৈ হায়না বেদ, বেদান্ত, উপনিষদ, গীতা, ব্রহ্মসংহিতা অমসুং ভাগবত-নচিংবা ধর্মশাস্ত্রশিংনা ঐখোয়দা খঙহল্লি। মতুদি, ওমথৈ লৈতত্বনা Infinite ওইবা Absolute Truth or Absolute Reality (অক্ষর) গা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা করিমত্তা থেন্নদে, মপা অমত্তনি। ময়মদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী স্বরূপ-তি, universal soul ওয়া infinite ওইবা ময়য়া, মহাকী infinite ওইবা ভাবতনা শাবা হকচাং পুরূপ অতুবু [ trans-cendental or spiritual body অতুবু ] চন্বা infinite ওইবা অহাওবা জাগা অমত্তা ঐখোয়না খিক্লবদা কৈদৌউদসু কংলরোই। Physical universe কী মনুংদা ঐখোয়গী মীৎনা উরিবা সিমানা লৈত-বগুম্বা অহাওবা অসিসু, মুয়া থম্বত্বনা খিজিনুরবদি, সিমানা লৈবা অহাও-বনি, ময়মদি planet অমগা অতোপ্পা planet অমগ-গী, নক্ষত্রগা star অমগা অতোপ্পা star অমগ-গী মরক্তা লৈবা অহাওবনি। Infinite ওইবা অহাওবা জগা অমত্তা material atmosphere গী মনুঙদা লৈতে। মকম খুদিংমক্তা চৈবুংওানা শীনবা থুংনা (সর্ব্বব্যাপী— all pervasiveness)

লৈবত্নুনা মরম ওইত্নুনা, ওমখৈ লৈতবা অহাঙ্বা জগা (Infinite space) হায়বা অত্নুমক্তা ইবুংঙো মহাক্না মশা অমত্তনি হায়না ঐখোয়দা খঙ হল্লি। মহাক্না জগৎ সংসার পুম্নমক্কী (Both material and spiritual atmosphere) আধারনি (Sub stratum নি) (গীতা ৭॥৬)। শম্না হায়রবদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী স্বরূপ-ভি অন্সুম হায়না কোংদোক্পা য়াই, মত্নুদি ইবুংঙোদি ভাবতনা শাবা circle অমগুম্বনি, মাগী centre দি মফম খুদিংদা লৈ, অত্নুগা মাগী circumference ভি মফম পুম্নমক্তা থিকবদস্লু থিবা ফংজবা, হায়বদি unlimited ওইবা অত্নুগুম্বা কীভম-মতানি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী soul গা body গা খেন্নবা লৈতে (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ ৬॥৮) হায়বদি Infinite অমস্নুং Absolute Truth নি। অত্নুগীস্তু মথক্তা, স্বপ্রকাশ (মরম্নাইগী মঙাল লৈজবা-ভাগবত ১।৩।৬৮, গীতা নুমিৎকুম্না ভানবা ৮॥৯, মঙালগী মঙাল ১৩॥১৭) হায়বা মগুণ অসি, ইবুংঙোগী মথা হুম্ববা লাই মী, হিংচাবা, থরায় পানবা জীব অমস্নুং হিংদবা পোৎ অমত্তদস্লু লৈতে, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মতোমতদা লৈ। ইবুংঙোগী natural activity অমা ওইনা, spiritual body দগী infinity ওইনা ফুদোরক্পা ব্রহ্মজ্যোতিগী মঙাল অসিনা material and spiritual atmophere (গীতা ৭॥৪;৫) অমস্নুং মখোয়গী মনুঙ দা লৈবা মশীং খঙ্জবা material and spiritual universes (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥৪৪, ৪৯) গীতা(১০॥৪১,৪২) (১৫॥৬), অমস্নুং universe শিং অত্নুগী মনুঙ দা লৈবা ইবুংঙোগী মথা হুম্ববা লাই, মী, হিংচাবা, অহিংবা জীব অমস্নুং হিংদবা পোৎ পুম্নমক ওইহন্থি (ঈশপনিষদ মন্ত্র, ১৫, ১৬) (বিষ্ণু পুরাণ ৬।৭।১১)। হায়বদি, ইবুংঙোগী infinite ওইবা Jurisdiction গী মনুংদগী করিগুম্বা অমত্তা হেন্দোকহন্দনা (গীতা ৭॥৬, ৯॥১৮, ১০॥৮, ১৩॥১৩) supreme controller ওইত্নুনা ইবুংঙোনা লৈরগা, জগৎ সংসারগী সৃষ্টি, স্থিতি, অমস্নুং প্রলয় অত্তৎপা লৈতনা, natural activity অমা ওইনা,তৌত্নুনতা লৈ। Class মনুংদা লৈবা ছাত্রশিংনা লাওখোংত্নুনা

অমসুং লাও্থুনা লৈরম্বদগী, মখোয়গী ওঝানা class মরুপ্পা চেক চংলক্পা উবদা, ওঝানা করিমত্তা হায়রক্লবসু, মখোয় পুম্নমক্না তুমিন্না লৈখি অমসুং মা-মাগী লাইরিক তম্বাহোমদা পুক্নিং চংখি। মতৌ অদুগুম্বনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান না পুম্নমক্কী supreme controller ওইরবসু, মশামক্না থবক অমত্তা তৌদে,তৌজাগ্নি পুম্নমক্না অমত্তা শম্নদনা লৈ। অদুম্নদি ওইরগা, মাগী direction গী মতুং ইন্না, প্রকৃতিনা অচৎ-চত্ত পুম্নমক শেম্বনি (গীতা ৯৷১০) ইবুংঙোগী অসিগুম্বা থৌদৌ-মতৌ অসিবু মপুঙ্ ফানা খঙ্হন্নবগী-দমক, theological or moral science নত্রগা science of God হায়না খঙ্নবা বেদ, বেদান্ত, উপনিষদ, গীতানচিংবা— ধর্মশাস্ত্রশিংদা basic truth মঙা লৈনরি। মখোয় অদুদি (১) ঈশ্বর (২) জীব, (৩) প্রকৃতি, (৪) মতম অমসুং (৫) কর্ম। মুক্তি লৈবা অমসুং লৈতবা অনিমক্কী অপূনবা অমথক্তা ওইবা মপুম শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী jurisdiction গী মনুংদা basic Truth মঙা অসিনা আধার (sub-stratum) ওইনা লৈরগা, অমগা অমগা মতেঙ্ পাংমিন্নদুনা জগৎ সংসার অসি ওইরিবনি। য়াম্না শম্না হায়রবদা, পুম্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মতৌমতগী নিঙ্বা মতুং ইন্না, লিলা মথল-মথেল শাম্নবগী ফীভম-মত্তানি, অদু করিমত্তা নত্তে। মীওইবা ঐখোয়না সদগুরু (God-realised person) অমদা চঙ্জরগা, মাগী কৃপা ফংজরবদি, অমসুং মুংদা হন্জিনুনা য়েংবগী method (introspective method) শিজিন্নদুনা practice তৌরবদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু জ্ঞানগী মীৎয়েংনা ময়েক তৌজবা অমসুং খঙ্জবা ঙমগনি হায়না, বেদনা লাওরি।"

শ্রীকারাম গৌরকিশোর সিংহ
য়ুম্নাম লৈকাই, ইম্ফাল ব্রহ্মা রোড,
ইম্ফাল।

# লাইনিং লম্বেল।
# ( System and path of Religion )

## Vol. II

### Part I

"ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়।"

"হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে।
হরে রাম, হরে রাম, রাম রাম, হরে হরে।"

## ১। সৎ-সঙ্গ

সৎ-সঙ্গ হায়বা রাহৈ অসিনা ইচম চম্না খঙ্ হন্‌বদি, অফবা মীগা সঙ্গ ওইবা হায়বনি। ঈশ্বরগী মনাক নকৃশিন্‌বা ঙমজনবা অমস্যুং ঈশ্বরবু খঙ্জনবা অমস্যুং ফংজনবা সৎ-সঙ্গনা মীওইবগী মরু ওইবা সাধনা মথক্ত অমনি। সৎ-সঙ্গগী পাম্বৈনা মীওইবগী পোকপদগী হৌনা লোয়নরক্লব অবিদ্যাবু (মায়া-বু material, relative and sense knowledge বু) ময়েং তাহল্লী, অমস্যুং মতুগী ওন্নতৈনবদা, বিদ্যাবু (সাত্বিক জ্ঞানবু Spiritual knowledge বু) চাওখৎহল্লী। ধর্ম্ম লৈবা অফবা মী, সাধু (god-man) অমস্যুং বৈষ্ণবশিংগা (god realised persons) সঙ্গ ওইজহনা, মখোয়গী মচিন্দগী মমল য়াম্লবা ধর্ম্মগী পাউতাক্ অমস্যুং রাহৈশিং তাজরগা, নত্রগা মখোয়না ইবা ধর্ম্মগী লাইরিক্‌শিং পাহনা খঙ্জরগা, ঐখোয়গী ফত্তরবা মচু শঙ্লবা অমোৎপা থম্মোয়বু (অপাম্বা, মিহৌবা, অশাওবা, চাওথোক্‌পা)

শেংহল্লি। মথোয়না তাকৃপীবা ধর্ম্মগী পাউতাকৃশিংবু থবক ওইনা পাঙ্থোকৃপা ওন্নবা মতম্দা, মবৈথঙ্দা, হোৎনজবগী মপাম্দা, ঐথোয়না ঈশ্বরগী পাদ পদ্মবু ফংজবা ওম্মী।

**[ "নারদ ভক্তি-সুত্রগী স্লোক ৩৮, ৩৯ অমস্বুং ৪০ দা হায়বা সৎ-সঙ্গগী মগুণ।" ]**

"ঈশ্বরগী মনায় ওইবা সাধু অমস্বুং বৈষ্ণবকী থৌজাল্তনা মরম ওইদুনা, ঈশ্বরবু মুংশিজবা ওম্মী। নত্রগা রাহৈ অমরোম্দা হায়রগা, ঈশ্বরদা পূক্নিং লুপ্লবা মীশিংগা সঙ্গ ওইজবদগী ঈশ্বরবু মুংশিজবা ওম্মী। ৩৮॥"

"ঈশ্বরগী মনায় ওইবা সাধু অমস্বুং বৈষ্ণবশিংগা সঙ্গ তৌবা ফংজনবা হোৎনবা, য়াম্না অরুবা থবক অমনি। করম্বা মতমদা অমস্বুং করম হায়না, মীওইবনা মথোয়গা সঙ্গ তৌবা ফংজগদগে হায়বা অসি, খন্ফম থোক্তবা রাফম্নি। অদুবু, অমুক্তং মথোয়গা সঙ্গ তৌবা ফংজরবদি, পুন্সিগী মহৈ য়াল্লে। ৩৯॥"

"ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবা কান্দতা, মাগী মনায় সাধু অমস্বুং বৈষ্ণবশিংগা সঙ্গ তৌবা ফংজগনি। মরমদি ইবুংঙোগা মনায়গা করিমত্তা খেন্নবা লৈহন্দে। ৪০॥"

**[ " হৌজিক্কী মতমগী Practical ওইবা সৎ-সঙ্গ। " ]**

ঐথোয়না অয়ুক্তা, নত্রগা নুমিদাংরাইরমদা মী খরা তিল্লরগা group meditation তৌরিবা অদু, সৎ-সঙ্গ মখল অমনি। হৌজিক্কী মতমদা ঐথোয়না সৎ-সঙ্গ হায়রগা খঙ্নবদি, সাধু, বৈষ্ণব, ভক্ত অমস্বুং লাইবু থাজবা মীশিংনা (theists) ঈশ্বরগী মরমদা চর্চ্চা তৌবা সভা, নত্রগা ধর্ম্মগী লাইরিকশিং হায়বদি শ্রীমদভাগবত, গীতা, বেদ, বেদান্ত, উপনিষদ, রামায়ণ, মহাভারত, বাইবল, কোরানচিংবা ধর্ম্ম গ্রন্থ অমদগী মী অমনা

পারগা ময়ামদা তাইনবা অতুগুম্বা সভা অতুবুম্সু, সৎ-সঙ্গ হায়না খঙ্‌নৈ। হরিনাম কীর্ত্তন, গুণ-কীর্ত্তন, লিলা কীর্ত্তন-না চিংবা তৌবদা তিল্লীবা মীয়াম সভা অতুস্সু, সৎ-সঙ্গ মখল অমনি। শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী মন্দিরদা অস্টকালগী মতুং ইন্না, নুমিৎ খুদিংগী আরাতি মখল ময়াম কৎলিবা, হায়রবদি মঙ্গল আরাতি, ধূপ আরাতি, সিঙ্গার আরাতি, ভোগ আরাতি, গোয়াল আরাতিনচিংবা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীদা কৎলিবা, অতুগুম্বা আরাতি অতুদা ভক্তশিংনা ইবুংঙো-ইবেম্মবু দরশণ ফংজরীবা, ঐখোয়না মন্দির খুদিংদা নুমিৎ খুদিংগী শ্রীরাধাকৃষ্ণগী সন্ধ্যা গৌরী তৌরিবা, christian শিংনা নোংমাইজিং খুদিংগী church তা চৎতুনা prayer তৌরিবা, mohomaden শিংনা ইরাই খুদিংগী mosque তা চৎতুনা নামাজ তৌরিবা, Jain শিংনা জৈন মন্দিরদা চৎতুনা prayer তৌরিবা— পুম্নমক অসি সৎ-সঙ্গগী মনুঙ্‌ চনবা ওাক্তনি। অসিগুম্বা মখলগী সৎ-সঙ্গদা য়াওরিবা মীশিং অতুগী পুক্নিং অতু, ওহাক্কী মতম অতুতদদি, হায়রবদি মখোয়না য়াওরুরিবা থবক অতু লৌইত্রিবা ফাওবতংদদি, সংসারিক্কী রাখল পুম্নমক কাওথোক্লনা, ঈশ্বরগী মরমদা থরদং খল্লবা ওম্মী। অসিগুম্বা সৎ-সঙ্গদা নুমিৎ খুদিংগী য়াওতুনা মশাদা অপাম্বা পোক্‌লক্লবা মী অতুগী সতঃ গুণগী চাং হেনগৎলক্লনা, রজঃ অমসুং তমঃ গুণগী চাং হন্থরক্কই। মতৌ অসুম তৌতুনা, ঈশ্বর ফংনবগী লম্বেলদা পুক্নিং চংশিল্লক্কই।

## [ "অশেংবা তম্‌জনিংঙাই ওইবা সৎ-সঙ্গ" ]

সৎ-সঙ্গ হায়বা রাহে অসিগী অরাংবা থাক্তী মনুঙ্‌দা লৈবা অর্থদি অসিনি, মহুদি ভশেংনমক্ মায়া চংব্রবা, মায়া অতুবু মানা পুখোক্পা, অতুগা অতুগুম্বা মপান্দা পুথোক্লবা ময়া অতুবুম্সু মানা অমুক হন্না control সু তৌবা খ্বায়দগী শক্তি হেনবা (omnipotent), পুম্নমক পুমখঙ্‌-খঙ্‌বা (omni scient), মফম খুদিংদা অহিংবা ওইনা লীনবা থুংনা লৈবা (omnipresent) অমসুং ওমথৈ লৈতবা, অমথক্তা ওইবা অনি গুদবা,

লেঙ্‌লি পাল্লিবা জগৎ সংসার অসিগী সৃষ্টিকর্ত্তা ওইবা অমসুং সৎ-চিৎ-আনন্দ ওইবা (Absolute existence, Absolute knowledge and Absolute bliss), অদুগুম্বা ঈশ্বর অমা মীৎনা উত্রবসু, মীওইবগী পুক্নিংগী জ্ঞানা উবা ফংবা অদুগুম্বা ইবুংঙো মহাকপু, মতম পুম্নমক্তা ভক্ত অমুনা পুক্নিংগী জ্ঞানা উহুনতা লৈবা, হায়বদি সঙ্গ ওইবা হায়বনি। মসিগী অমথক্তা ওাইবা, অনি ওদবা (One Absolute Existence, One Absolute Reality or Truth, One unity, One Brahman), মচোক্কা জ্ঞান পুম্নমক, ঙ্গাইবা পুম্নমক, মুংশিবা পুম্নমক, অমসুং ফজবা পুম্নমকী ভুচন্‌কম ওইবা ঈশ্বর অমা, মীৎনা উত্রবসু মীওইবগী পুক্নিংগী জ্ঞানা উবা ফংবা অদুগুম্বা ইবুংঙো মহাকপু, মতম পুম্নমক্তা ভক্ত অমুনা পুক্নিংগী জ্ঞানা উহুনতা লৈবা, হায়বদি সঙ্গ ওইবা হায়বনি। অমুম হায়না ঈশ্বরগা মতম পুম্নবক্তা সঙ্গ ওইবা হায়বসিবু কো'লোকপা ওইনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদা হায়রম্মী মথুদি—"অচোম্মা অমবু থম্বা' তৌদনা কুমিৎ চুম্না' ঐহবু খন্‌বা অমসুং ঐহবু উপাসনা তৌবা অমসুং মখোয়গী মন বৃত্তিপুম্না ঐঙোন্দা লুপথ্রবা ভক্তশিংগী যোগক্ষেম পুম্নমক ঐনা পুবি (ঈশ্বর ফংনবা তোৎনবদা যোগক্ষেম, হায়বদি requirements পুম্নমক ঐন' য়েংশিনবী)। (গীতা ৯।২২)", মসিগা "মতম চুম্না ঐঙোন্দা লুপথ্রবা অমসুং ভক্তি প্রেমনা ঐবু পূজা তৌজবিবা মখোয়দুদা ঐন' বৃত্তি যোগ পী, মদুনা মখোম ওইদুনা মখোয়না ঐবু ফংই। (গীত' ১০।১০)", মসিগা ঐগী অংশঙ্‌বা শকমচি হকচাংগ' লোয়ননা থোক্লিব' মিংথোল (form and name) অসি নত্তে জীবাত্মানি individual soul) নি হায়না তশে'না থঙ্‌খ্রবা মী অমুনা, জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা (individual soul গা god কা) মতম পুম্নমক্তা সঙ্গ ওইনা লোয়নন্দুনতা লৈমিন্নৈ হায়না কঠ উপনিষদ-তা কোংকোক্লিবা অদুগুম্বনি, মথুদি "Super soul (পরমাত্মা) সু individual soul (জীবাত্মা) সু living being গী heart অমথক্তগী মফম,দা পুম্না লৈমিন্নৈ। মী অমুনা material desire অমসুং অত্তা-অনা কোক্লবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণ

ভগবানগী থৌজান্দগী soulগী মতিক মগুণবু মপুঙ্ ফানা খঙ্বা ঙম্মী।" (কঠ উপনিষদ ১।২।২০)।

["সৎ-সঙ্গ অমদি সদ-গুরুগী কৃপানা মরম ওইদুনা, ভক্ত অমনা পুক্নিংগী ওয়াম্না ঈশ্বরগী শ্রীমূর্ত্তিবু দরশণ ফংই।"]

কনাগুম্বা মী অমনা সৎ-সঙ্গ তৌরগা, মতুংগা লোয়ন-লোয়ননা god realisation ওইরবা সদ-গুরু অমদা চঙ্জদুনা, মাগী সেবা ফংজদুনা গুরুগী কৃপা ফংজরবদি, মী অদুনা জগৎ সংসার অসিদা লৈরিবা অহিংবা অমসুং হিংদবা পুম্নমকী অশেংবা শক্তম, অমসুং মখোয়গী মহৌশাদগী ওইরকপা constitutional positions, মীওইবগা অতোপ্পা খরাই পানবা জীবশিংগা খেন্নবা, জীবাত্মা, পরমাত্মা, ব্রহ্ম, ভগবান (supreme godhead), মখোয় পুম্নমক্ অসি, মাগী ওয়াম্না খরা মথৈ খঙ বা ঙম্‌জরক্লে। মতুংদসু নত্তনা, মী অদুনা অমখক্তা ওইবা খ্বায়দগী মকোক্ ওইবা ভগবান (supreme godhead) অদুনা পুথোক্পা, মাগী খুত্থুম মখাদা লৈবা মখা হুম্বা লাইময়াম (subordinate gods), অমসুং মখোয়গী তৌবা ঙম্বা শক্তিশিং, মীওইবগী লমথুংকম অমসুং হিংলিউদা তৌগদবা মথৌ, spiritual knowledge versus material and scientific knowledge, spiritual love versus material love অসিন-চিংবা খরা মথৈ খঙ্বা ঙম্‌জরক্লে। মতুঙ্দা মঙোন্দা বৈরাগ্যগী রাখল ফাওরকই, হায়রবদি জগৎ-সংসার অসিদা হৌজিক মীৎনা উরিবা পুম্নমক, অমসুং মতুঙ্গী মপোক অমদা ওইরকদোরিবা পুম্নমক অরেম্বনি, কান্নদবনি খল্লকই। মরম অদুনা মখোয় পুম্নমক অমত্তা পাম্লক্রে। মী অদুগী অপাম্বা হায়রববু সৎ-চিৎ-আনন্দগী মশক ওইরবা, অমখক্তা ওইবা ভগবান অদুগী খুয়া থম্বালদা চঙ্জবা অদুভনি। মতম অদুদা মহাক্না প্রেম-ভক্তিগী পাম্বৈনা ঈশ্বরবু ফংজনবা হোৎনজরক্লে। অসিগুম্বা প্রেম-ভক্তিনা মরম ওইদুনা চংশিনজরক্লিবা পুকচেল শেংলবা মনায়বু ইবুংঙোনা চানবীরবা

(grace) মতমদা, হায়বদি ইবুংঙোগী মীংথরুবা ব্রহ্মজ্যোতিবু মনার ভক্তগী মাঙ্‌দগী লৌথোকপিরবা মতমদা, মাহৈ অমযোমদা। হায়রগা, ইবুংঙোগী মায়াবু লৌথোকপিরবা মতমদা, হান্নদগী হৌনা ভুকলেং লেঙ্‌দনা ভক্ত অহুগী থম্মোয়দুংদমু লৈরিবা ইবুংঙোগী শ্রীমূর্তিবু (Indwelling Reality বু), হায়বদি থম্মোয়দা লৈবা আত্মানা ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণভগবানবু গীতা(১০। ২০)(১৫।১৫), ভক্ত অহুনা মাগী পুক্নিংগী আত্মা, মায়োক্না, ভগেং-ভগেংনা ঙাহাক্কং দয়শণ তৌবা ঙংজে। অসিগুম্বা ভক্ত অমবু হৌজিক্কী জগৎ অসিগী God-realised person, নত্রগা god-man নি হায়বদা কদি কায়বগে ? অসিগুম্বা সাধু, বৈষ্ণব অমবু ইবুংঙোগী কৃপাদগী ফংজহুনা, ঐখোয়না মাগী সৎ-সঙ্গ তৌজবা ঙংলবদি, হায়বদি অহুগুম্বা সদ-গুরু অমত্তং ফংজরবদি, মথক্কী নারদ ভক্তি-সূত্রদা ফোংদোক্লিবা অসিগুম্বা, ঐখোয়দু মীওইনা পোক্লিবা পুন্সিগী মহৈ মানপনি।

["মায়া হায়না খঙ্‌নবা ইচা, ইচু, শাগৈ-নাতৈ, বাক্তি-সম্বন্ধ, লনথুম থাদোক্তুনা লাইনিং লম্বেলদা চংশিন্নবা হোৎনবা য়াম্না লুই। মতম কুইশিন্নরুগা, মহুবু থাদোক্লবা হোৎনবা অয়ুক্পা হেন্না লুশিন্নকই। মসিবু ঙম্বদি, সদ-গুরু অমগী কৃপাদগী লায়না ঙম্মী। মহুগী মরমদা বারী মচা অমা।"]

## বারী মচা অমা।

মণিপুরগী নোংমাইজিং চিংথোংদা প্রেমদাতা হায়না মীয়াম্না খঙ্‌নব-বা, লাইনিংবা মুনি অমগী আশ্রম লৈরম্মী। সুবসিং কৌবা ইস্কালজগী পাথং অমা মুনি অহুগী শিষ্য ওইনা আশ্রম অদুদা লৈরকপা, চহি অমথোম কাররে। নোংমা সুবসিংনা গুরুদেবদা হায়জরম্মী। "গুরুজী! ঐনা সংসারিকী দুঃখাইবা অহু কাওনবা চহি অমুকলোম কানা গুরুজীনাক্তা

লৈজরকপা অসি, য়াম্না য়াম্না থোক্লে। ঐগী পুক্নিং অসিদা মওন্-মওন্ থরক্লুনা, গুরু তাক্লমদনা, লোয়্না চেন্থ্রগে হায়না মরক-মরক্তা থম্লকই। অতুম্নক ওইহ্নন্নু, গুরুগী পাদ-চয়নবু থাদোকপা ইওম্ ওমজদে। মরম অসিনা, ঐগী অম-তৈনবা য়াথল মরক্-মরক্তা পুক্নিংদা কাওরক্লিবা অসি কোক্লবা, গুরুনা পাওতাক পীনবিয়ু।"

প্রেমদাতা গুরুনা হায়রম্মী। "সুখসিং! নহাক্কী লমচৎ-শাজৎ, নপুক্নিংদা নিঙ্‌লমগদবা মওং-মতৌ, সুমিৎ থুদিংগী ঐস্থ মুন্না য়েংহ্নুনা লৈরক্লিবনি। পুক্নিংদা চুহ্নুনা লৈথ্রবা মীওইবগী অনিঙ্‌বা অমসুং অপাম্বা (desire) কোক্লবা হোৎনবা, য়াম্না য়াম্না থোক্পনি ( গীতা ২॥৫৯ )। কিরুগনু, নহাক্কী অনিঙ্‌বা অপাম্বা অহু থুংননবা সংসারিক্কী পুন্সিদা চঙ্‌হ্নুনা, নহাক মতম থরা নয়ুম-নকৈ পাল্লুখো। অহুগা ভৌবতদি, নহাক্কী নপুক্নিংদা ঈশ্বরবু কাওগনু, মাবু মতম পুম্নমক্তা নিংশিংউ। অসুম হায়না নহাক চহি ১০ মুক্ সংসারিক্তা চঙ্‌হ্নুনা নয়ুম পাল্লুখো, মহুদগী হেন্না মতম শাংলক্কনু, ঐগী আশ্রমদা মতম অহু হেক লোয়্নবগা, নহাক অমুক লাকউ।"

সুখসিং অসুম হায়না গুরুদগী বিদায় লৌহ্নুনা, সংসারিক্তা চঙ্‌লক্লুনা ময়ুম পাল্লম্মী। মহাক্না হাম্লনা গুরুগী সেবা চহি অমরোম ভৌজরকপা অহ্নুনা মরম ওইহ্নুনা, গুরুগী কৃপা ফংহ্নুনা, মহাক্কী য়ুম পান্বগী পুন্সিদা সুংঙাই-য়াইফবা চাওথৎপা অমা ওইথিরম্মী। মহাক্কী সুংশিজরবা সুপী অমসুং মচা থরগা লোয়্ননা ফজথ্রবা পাক্কাগী দলান অমদা লৈহ্নুনা, ইম্ফাল সহরগী অফাওবা ইনাক্-কৈয়াক্ থুনবা মী অমা ওইনা লৈরম্মী। অসুম হায়না সংসারিক্কী য়ুম্বানবগী লম্বেলদা সুখসিংনা থোংদারক্পা চহি তরা শুথরে।

ভিক্ষা নিবা সাধু অমা সুখসিংগী বাঙ্গলা মমাঙ্‌দা, নোংমা লেপ্লুনা লৈরম্মী। মাবু উবদা, অঙাংশিংনা কিরহ্নুনা ইমুং-মহুংদা চেনশিনলম্মী।

সাধু অহুদা সুখসিংগী মুপীনা লাওখোংহুনা চৈরবসু, সাধু অহুনা কন্নিমত্তা ভাশিন্নদে। মানা মুম অহুগী মপু উন্নবা পাম্লম্মী। সুখসিংনা সাধু অহুবু শক্ খঙ্লক্লহুনা, ইমুঙ্দগী চেঙ্খোরক্লনা গুরুবু ভরাম ভরান্না খুরুমলম্মী, অহুগা আসন অমা থাহুনা ফম্হল্লম্মী। গুরুনা হায়রম্মী, "সুখসিং! হৌজিক্তি চহি ভরা ওখয়ে, অহুনা নহাক সংসারিকী ফুংভাইবা পেল্লব্রা?"

সুখসিংনা গুরুদা হায়জরম্মী, "গুরুজী! ঐহাক হৌজিক সংসারিকী ফুংভাইবা পূম্নমক ফংজয়ে। মমম অসিনা, ঐহাক ইশা ইরোমদোম্না গুরুজীগী আশ্রমদা লাক্চরগনি। অহুবু, ঐনা অভাংমচাশিংসি হন্দোক্লম্হুনা গুরুগী আশ্রমদা লাক্লবদি, মখোয়বু লাইরিক-লাইসু তমহন্দুনা, মপুন্সিগী অফবা মী ওইহনবা কনানা য়েংশিন্বিহৌগদ্রগে? মমম অসিনা, চহি থরদংগা মখোয়গী মনাক্তা লৈহুনা, মখোয়বু অফবা মী ওইনবা শেম্জররক্খিগে। মতুগী মতুঙ্দা গুরুজীগী আশ্রমদা ইশানা ইখোংথাংনা লাক্চগে।"

অসুম তৌহুনা মতুঙ্গী চহি ভরা অমসু সংসারিকী মুত্থানবগী লম্বোলদা মুখসিংগী মপুন্সি লেল্লম্মী।

হন্দমুক্তি, য়ায়' অহল ওইরবা মপাঙ্গল লোল্লবা মী অমা ওইনা, সুখসিংনা মাগী গুরু প্রেমদাভাবু ভরাম্-ভরান্না মাগী বাঙ্গলাদা ওক্লম্মী। সুখসিংগী মুপী মপুন্সি লোয়রহুনা শিরে। মাগী মচাশিংসু মমুম-মকৈ পান্দুনা, মমৌশিং অমম্সুং মত্ত থবা অমপসু লোয়রনা, চায়গী মশিংদগী হেনগৎনা, হায়রগী বাঙ্গলা অমনবা অহুদা, পূম্নপ্ পুম্না লৈমিরে।

সুখসিংনা মাগী গুরু প্রেমদাভাদা হায়জরম্মী, "গুরুজী! ঐহাকী সংসারিকী মুত্থানবগী লম্বোলদা তৌগদবা ইথৌ লোয়রে। ঐগী ইচাশিং মপুঙ্ ফাবা ফুংভাই-মাইকবা মী ওক্তা ওইরে। অহুমমক ওইহুনসু মখোয় অসি নত্তা ওইরিবনিনা, সংসারিকী ফুংভাইবদা পুক্নিং নুম্মনা মমম ওইহুনা, অসুক্ নানা ঐগী পুন্সিদা ভানজনক্লবা, মখোয়দা শিন্নমুনদবা

ইয়ল্-ইথুম পূম্মক অসি, মখোয়গী নুংঙায়খোক্পদা শিজিন্নখিহুনা লোয়না মাঙ্হনবা ভারে। মখোয়বু য়েংশিনবা অমা য়াওদনা মখোয় মতোম্তা থাদোক্লবদি, মখোয়গী ময়ল্ মথুম পূম্মক মাঙ্খিহুন চান্না হেনবা, নত্রগা লায়রবা মীওই ওইহোবা ভারে। মরম অসিনা, চহি খরদংগা মখোয়বু ঙ'ক্শেনবা ওইনা লৈজরক্খিগে। মহুগী মতুঙ্দা ঐহাক শুকশোয় শোয়দনা গুরুগী আশ্রমদা ইখোঙ্-থো'না লাকচগে।" অসিগুম্বগী ফীভম-মতা অসিনি, আশা চাম চামগী পৌরিনা পুনবা হায়না গীতাদা ফোংদোক্লিবা অহু (গীতা ১৬॥১২), নত্রগা মায়াগা শুমহৎতুনা জ্ঞান মাঙ্লবা মীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দা চ'জবা ভম্দে হায়না গীতাদা ফোংদোক্লিব অহু (গীত ৭॥১৫)। অসুম ভৌহুন' চহি ভারেৎ অমগা অমুক হৌথ্রে।

প্রেমদাতা স'ধুনা সুখসিংগী বাঙ্গলাদা মাগী শিষ্যবু অমুক হন্না উন্নবা লাকলম্মী। হন্দমুক্তি সুখসিংগী থোঙ্গান্দা হুইজাও অমনা ঙাক্লুনা লৈরম্লে। হুইজাও অহু সুখসিংনা ওল্লকপনি হায়বা দিব্যচক্ষুগী মপান্না সাধুনা খঙ্বা ওম্মী। সুখসি' চহি থরগী মমাঙ্দা শিখিরম্মী। অহুগা মাগী জীবাত্মানা সুখসিংনা শিরম্দায়দা পামজখিবা অহুগী মতুঙ্ ইন্না (গীতা ৮॥৬), হুই অমগী হকচাংদা চংখিহুনা (evolutionary process or transmigration of soul হায়না খঙ্নবা —গীতা (২॥১২), (১৪॥১৫), সুখসিংনা হুই ওন্দুনা মাগী মচা-মগু, ময়ল্-মথুম, পূম্মক মাঙ্খিদনবা হায়হুনা থোঙ্গান্দা ঙাক্লুনা লৈরম্মী। অসিগুম্বা মওং অসিনি, মীওইবনা মায়াগী লাংদা থুখিহুনা, মায়াবু অমুক কল্প থাদোকপা ঙমজবা হায়বা অহু (গীতা ৭॥১৪)। ঈশ্বরদা চংজরবতদা (শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দা আত্মসমর্পণ তৌরবতদা —Self surrender to supreme god vasudev) অসিগুম্বা মায়া অসিদগী মীওইবনা নাম্থোক্লুনা পাপ পুম্মক কোকনি (গীতা ১৮॥৬৬)।

প্রেমদাতা গুরুনা মাগী শিষ্য সুখসিংগী জীবাত্মাগা উন্নহুনা হায়রম্মী, "সুখসিং! নহাক হৌজিক্তি ঐগা লোয়নহুনা ঐগী আশ্রম ভাম্না চৎপা য়াররা?" হুই ওন্দুনা লৈরীবা সুখসিংনা খুমলম্মী, "গুরুদেব! চহি খরদংগী মতুঙ্দা ঐ ইশানা ইথোঙ্-থোংনা গুরুগী আশ্রমদা লাক্চরগে। ঐগী ইচা ইশুশিংসি হৌজিক্তি মরল মথুম মতিক চানা লৈহুনা, সুংঙায়-য়াইফবা মীওই হায়বা অহু ওইরে। অহুবু হৌজিক্মক্তি, মখোয়বু য়েংথিবা মী য়াম্না লৈত্রে। চহি খরগী মতুঙ্দদি মখোয়গী য়েংথিনবা মী, নত্রগ মখোয়দ কিবা মী অমত্তু লৈরোই। মতম অহুদ, ঐহাক গুরুগী আশ্রমদা লাক্চগে।"

মথং চহি তরা অমম্তু, অম্মুম তৌহুনা মতম লেনগ্রে। প্রেমদাতা সাধুনা মাগী শিষ্যগী মযুমদা অমুক্তা হন্না লাকলম্মী। হন্দমুক্তি হুইস্তু লৈরমক্রে। সাধু অহুনা মাগী দিবা দৃষ্টিনা (intuitional vision না) থঙ্লম্মী, মহুদি মাগী শিষ্য সুখসিং হৌজিক্তি হুইগী শকও থাংলাক্তুনা (evolutionary process) মহু পুব খারো অমগী হকচাং লৌহুন (গীতা ৮॥৬)(১৪॥১৫), মাগী মযুমদা লৈবা য়োংকী শেল হাপ্না উপু অহু ভাক্তুনা লৈরে। প্রেমদাতা সাধুনা মাগী শিষ্যবু হন্দকুমুক্তি মংমদগী নাম্থোক্হল্লগে খল্লম্মী। মরম অহুনা, মানা মাগী শিষ্য সুখসিংগী মচা মশুশিংদা ওনশিন্দুনা হায়রম্মী। "ইবুংঙোখোয়! নখোয়গী শেল হাপ্না য়োংকী উপু অহুগী মনাক্তা লৈবা অহোবা মথুল অহুনা, মহু পুবা খারো অচৌবা অমা লৈরে। মহু য়াম্না শাথিবা খারৌনি, মাবু হাৎপদি ভৌরুগনু, মপ্মাংদা চৈকুপ্না থাহুনা মপ্মাং থুদক্লগা, ঐগী নাক্তা মাবু পুরক্উ।"

নাহা পাখংশিং অহুনা য়োংকী উপু অহুগী মনাক্তা চৎবিহুনা খারো অহুবু উরুবদা, সাধু অহুগী রা অহু অচুম্বনি হায়না খঙ্লম্মী। মতুঙ্দা মখোয়না খারো অহুবু চৈকুপ্না থাহুনা মপ্মাং থুদেক্লম্মী, অহুগা সাধুদা পুরক্তুনা শিররম্মী। সাধুনা খারো অহুবু লুংশিনা, লুনা তৌহুনা

মওকৃশমৃদা য়ানশিল্লগা, সুখসিংগী মচা-মশুশিংগী মনাক্তগী লাপ্প চৎখিন্নম্মী। নহা পাখংশিংহুন্থ তৌরিবা খোদোক অহুদা হয়াওজরম্মী, মরমদি মখোয়না থল্লম্মী, মহুদি তমৃখিরবা খারোনা মখোয়বু চিক্কদবদগী সাধুনা কনৃবিখ্রে।

লশ্বেলদা চৎনা-চৎনা, সাধুনা সুখসিংনা ওল্লিবা খারোদা হায়রম্মী, "ঐগী নুংশিজরবা শিষ্য সুখসিং! ময়াগী মশক্ ওইবা সংসারিক্কী হুংভাইববু (sense gratifications and sense enjoyments বু) মী কনামত্তনা পেলহনবা ঙম্লোই। মরমদি সংসারিক্কী খোৱাংবা অমস্থং অপাম্বদি মপান নায়দবনি, অপাম্বা অমা পেলহন্নবা হোৎনরিবঁদা অংগাম্ল অমা অমুক হাইহুনা লৈরকনি (গীতা ৩॥৩৭)। অস্থম তৌহুনা লোয়বা থম্বা নায়ন্ত্রবা অপাম্বা অমস্থং খোৱাংবনা থল্লা লৈরবা মফমবু জগৎ সংসার হায়না খঙনরীবা অসিনি। মরম অসিনা, সংসারিক্কী নুংভাইবা অমস্থং অপাম্বা পুম্নমক্সি য়েক্লবনি অমস্থং কাম্লদবনি (গীতা ৩॥৩৪) হায়না মখোয়বু থাদোক্লবা কান্দতা, নহাক্কী চংজফম অমস্থং মুক্তি হায়বদু ওইগনি। অহুগা মহুঙগী মপোক্তা নহাক ঈশ্বরবু ফংগনি।" (গীতা ৪॥১০)

সুখসিংনা গুরুদেববু খুরুমজহুনা খোজেল থোঁক্লা কপ্লম্মী অহুগা হায়জরম্মী, "ঐহাক্ন গুরুদেববু থোওইত্রবা ফাওবদা, গুরুদেবনা ঐবু অশুপকী মতিক চানবী, মহুদি ইবুংঙোনা ঐবু শুক্কাও কাওবিদে, অমস্থং ঈশ্বরগী চরণ য়ৌনবা ইবুংঙোনা ঐঙোন্দা অতৎপা লৈতনা পাওতাক্ পীবী (গীতা ৪॥৩৪), অহুগীস্থ মথক্তা, থবক ওইনস্থ ইবুংঙোগী নাক্ য়ৌনবা তৌবী।" গুরুগা শিষ্যাগা নুংশিনবগী মরী লৈনরিবা অসিগুম্না, মশাগী ওইজবা থাদোক্কুনা নুংশিজবা, অহুগুম্বা নমুনা অমত্তা জগৎ সংসারদা লৈরোই। মরম অসিননি, অচানবা শিষ্য অর্জুনগী মফমদা (গীতা ২॥৭) শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গুরু অমা ওইনা, ঈশ্বরগী অথুপ্প তত্ত্ব পুম্নমক খঙহনবা ওইনা গীতাগী অধ্যায় পুম্নমক তাক্লিবনি (গীতা ১৮॥৬৩)।

["পুক্চেল পিকপা, ৱাখল ফত্তবতা খনবা, মশাগী অশোয়বা ফত্তববুদি থুমজিন্নুনা মীওঙ্গা খঙ্হন্দনবা হোৎনবা, অদুগুম্বদি ওইরগা, মীগী অশোয়বতবু উবা, অচুম অরান খল্লূদনা, মানা মহেক্লবনি খন্নুনা মরৈ পংয়েৎতা য়েৎকন্বা, মশাদা নোঙ্মৈ কূপগী ৱাখল অমত্তা পোক্তবা, চাওখোক্পনা মাঙ্ওইনবা, অদুগুম্বা মীওইবনা মাগী সদ-গুরু অমা খিবা কৈদৌঙৈদসু ফংলোই। ঈশ্বরগী থোজান ফংলবদি, অদুগুম্বা মীওইদুসু সদ-গুরু লায়না ফংই। মসিগী মরমদা ৱারী মচা অমা।"]

## ৱারী মচা অমা।

ঈশ্বরবু নিঙ্জবা অমসুং পুক্নিংদা মতুগী মখি তাবা, শোনস্না কৌবা লাইরিক লাইসু হৈবা নিপা অমা লৈরম্মী। মানা সৎ-সঙ্গ তৌনা য়াওজদুনা, নাম সংকীর্ত্তন তৌনা তাজদুনা, অমসুং ধর্ম্মগী লাইরিক্ লাইসু তম্বনা পাদুনা অমসুং তাজবনা মরম ওইদুনা, মাগী পুক্নিংদা তশেংনা কাওজরক্লে, মতুদি সদ-গুরু অমগী কৃপা নৎত্রবদি ঈশ্বর ফংবা (god-realisation) কৈদৌঙৈদসু ভমলোয় (গীতা ৪।৩৪,৩৯)। মরম অসিনা, মাগী সদ-গুরু অমা ফংজনবা কোয়থী খিবা চৌরক্লে মীনা তাংনবা সাধু ওইবা মীশক কয়াগী মফমদা মশানা চৎতুনা থুরমজক্কই, অমসুং ধর্ম্মগী মরমদা ৱারী-রাশাই কয়া অমা শাগ্রদুনা মথোয়দগী ধর্ম্মগী পাওতাক কয়াসু লৌশিন্জরক্কই। মতুদসু নত্তে, মানা লৈরিবা লমদম অদুগী রাংমা লায় চৎতুনা, অফাও-অফাওবা তীর্থ অমসুং লাইফম কয়াদসু চৎতুনা, মতুদা লৈরম্লিব সাধু, বাবাজী, ভক্ত, বৈষ্ণব, গোসাই, স্বামী, পরমহংসনচিংবা কয়া অমপা উৎত্রদুনা, মথোয়গী পূজি মরেল, ঈশ্বর-সেবা, ধ্যানচিংবা কয়াসু থংজরক্কই। অদুগুমক ওইদুনসু, মাগী পোক্পদগী লোয়নবকপা পুক্চেল পিক্পা, ৱাখল ফত্তবতা খনবা, মীগী

অশোয়বভবু উবা, মানা নিঙ্ জরিবা মাখল অছুনা চুম্নবনি, মানা মহৈহৈয়বনি অমসুং খঙ্ লবনি নিঙ্থুনা মশাদা নোম্মুকপগী মাখল অমত্তা পোক্ত্রবা ( no submissive attitude ), মশাগী চাওখোকপনা মাঙ্ ওইনবা— অসিগুম্বা ময়াম অসিনা মরম ওইদুনা, মানা উম্নরুবা সাধু, বৈষ্ণব, ভক্ত, স্বামীশিং অদুগী অশোয়বা ময়াল অনময় পুখোক্লুনা, মখোয় পূম্নমক্ অদু মাগী গুরু ওইবদা মতিক চাবা মী অমত্তা নত্তে হায়না, মশানা খল্লে। মরম অদুনা, মাগী গুরু ওইনবা মতিক চাবা মী অমত্ত, মানা ফনা কম্না থিরুবদসু, ফংবা ঙমদ্রে। মী অদুগী মাখলদা, মানা খ্বায়দগী জ্ঞান লৈরবনি, ধর্ম্ম খঙ্ লবনি, লাইরিক হৈরবনি হায়না মশাদঃ চাওখোক্চবা অমা ফাওরিবা অদু চপ্থায়দুনা মাঙ্হল্লিবা মখৈ, হায়বদি পাপ পুম্বগী হোৎনকফম ওইবা জ্ঞান বিজ্ঞানবু মাঙহল্লিবা অপাম্বা কাম হায়না খঙ্নবা অদুবু মাঙ্হল্লিবা মখৈ (গীতা ৩॥৪১), অমসুং মদুভসু নত্তনা, সংসারিকী জ্ঞানদা মপুঙ্ ফাল্লিবা ইচম চম্বা অঙাংমচা অমগী মাখলগুম্বা ঈশ্বরদা শ্রদ্ধা পোক্হল্লিবা মখৈ (সাত্বিকী শ্রদ্ধা গীতা ১৭॥২), মীওইবনা মাগী মতিক চাবা গুরু অমা কৈদৌঙৈদসু ফংলোই।

নোংমগী সুমিত্তা তোনম্নানা মতোম্তা পূক্লিংদা য়াম্না অয়াবা অমগা লোয়ননা কপ্লুনা, ময়ুমদা ফম্দুনা লৈরম্মী। মদু উবদা মাগী মুপীনা করি তৌরবগে হায়না হংলম্মী। মাগী মুপীদা মানা খুমলম্মী, "ঈশ্বর ফংননবগী লম্জিংবা গুম্বা গুরু অমত্তা ঐনা থিরুবদা ফংবা ঙমদ্রে। মরম্ অদুনা, পূক্লিংদা সুংঙাইত্রদুনা কপ্লিবনি।" অসিগুম্বা কীভম মতা অসিনি, মীওইবনা ঈশ্বর ফংননবা তম্ব খঙ্নিংবনা মরম ওইদুনা পূক্লিংদা লাংতক্লবা (জিজ্ঞাসু-গীতা ৭॥১৬) হায়বা অদু। মাগী মুপীনা মঙোন্দা suggestion অমা তৌরম্মী, মদুদি "ঐখোয় অনিমক মী-পোং ভুম্রবা নোংমা সুমিদাংগী অচিক্পা মতমদা, জঙ্গল অমগী মনাক্তা লৈবা লম্বেল মপাল অমদা ভুমিন্ন' ফম্দুনা লৈরুসি। অদুম হায়না লৈরিঙৈদা, ঐখোয়গা ইহান হান্না উম্নবা

মী অহুবু, ঐখোয়গী গুরু ওইহল্লসি।" মাগী মুপীগী suggestion অসি তোনম্না-না য়ারে।

থংনবা নুমিৎকী মুমিদাংদা মখোয় অনিমক্না পাম্জরীবা থবক অহুম্মক তৌরে। ঈশ্বরন অম্মুম্না থোকউ হায়বনা মরম ওইহুনা, মখোয়না নিঙ্জরিবা অহুগী ওম্ন-তৈনবা মওং অমা ওইনা, নুমিৎ অহুগী অহিং অহুদা, হুরানবা অমনা মীগী ময়ুমদগী সনা-লুপা থন্না হুরাম্লুরগা, য়াম্ন থুন' মী উন্নদনবা মায়কৈ যেংহুনা, মখোয়ন' ফম্হুনা লৈরিবা লম্বেল অহুদা, অফিং-অফাই ওইনা লাকপদা, মখোয় মতৈ-মনাও অনিহুবু থেংনরুরে। মতৈ-মনাও অনি অহুনা হুরানবা অহুগী মখোঙ্দা কোন্দুনা, মখোয়গী গুরুনি হায়না হায়জরে। অহুগা গুরুগী দিক্ষা মন্ত্র পীনবিয়ু হায়না কপ্ল কপ্লহুনা হুরানবা অহুদা হায়জরম্মী।

হুরানবা অহুনা মখোয়গী মতৌ অহু উবদা ইওক্-ওক্রম্মী, অহুগা মানা হুরাম্লুরিবা পোৎ অহু মখোয়না উখিগনি হায়বগীস্ু কিরম্মী। মতৈ-মনাও অনি অহুনা মখোয়গী মতিক চাবা গুরু অমা কংদবগী রারী পূম্নমক হুরানবা অহুদা লিথোক্লম্মী। মখোয়না অম্মুম হায়না মপূক্নিংদা লৈবা অচুম্বা রা পূম্নমক, অমস্তা থাক্তনা তেংনা থাজবগা লোয়ননা ভগ্না অহুদা, হুরানবা অহুগী পূক্নিং পেথরক্লে, অহুগা মিন্নুংশিস্ু মাগী পূক্নিংদা ফাওরক্লে। মরম অহুনা, মহাক হুরানবা অমনি হায়না মহাকী অশেংবা identity অহু, মতৈ-মনাও অনি অহুদা তাক্থোক্লম্মী। অহুম তৌরবা ফাওবদস্ু, মতৈ-মনাও অনি অহুনা হুরানবা অহুবু মখোয়গী গুরুনি, মখোয়দা গুরুগী দিক্ষা মন্ত্র পীবিরম্মু হায়হুনা মাবু থাদোক্লে। আলে-জালে তৌহুনা, মতম কুইনা মফম অদুদা রা ওাংনহুনা লৈয়বদি, মাবু থিয়ক্লুনা মীনা ফাগ্রগনি থল্লহুনা, অমস্ুং মখোয়দগী থুনা য়াংনা নাম্বোক্গ্রগদা লোয়রে থল্লহুনা, হুরানবা অহুনা হায়রম্মী, মহুদি "নখোয় অনিমকী নমাম্ন লৈবাক্তা ওনশিন্দুনা ফম্থয়গা লুক্থো,নমিৎ অনিমক উইশিল্লু, অহুগা ননা অনিমক নথুং নাম-নামনা পায়ম্মু। নমিৎ পাংথোক্লো হায়না, ঐনা

অমুক হায়রক্তি্রবা ফাওব', নখোয় অনিমক ফিভম অসিদা করিমক্তা কায়হন্দনা অত্তুম্মক লৈগদবনি।" গুরু বাক্য অসি,মতৈ-মনাও অনি অত্তুনা য়ায়া থাজবগা লোয়ননা য়ারে (গীতা১৭॥৩)। মরম অত্তুনা, মখোয়না অহিং চুপ্পা অত্তুমস্তু, অত্তুগা মতুংগী মুমিৎ চুপ্পা অমগস্তু হায়রীবা ফিভম অত্তুদা, করিমত্তা চাবা-থকপা তৌদনা অত্তুম্মক লৈগ্রে। অস্তুম হায়না তৌরিডৈগী তাপ্পা অসিদা, হুরানবা নিপা অত্তুস্তু ফাখিত্তুনা, জেলদা লৈগ্রে।

ভগবান বিষ্ণু অমস্তুং লক্ষমী দেবীনা মতৈ-মনাও অনি অসিগী শ্রদ্ধা ভক্তি অসিবু খঙ্লত্তুনা, মখোয়বু মুংশিবিরে। লক্ষমী দেবীনা শ্রীবিষ্ণু ভগবান্দা হৈবুংতোগী দরশণ মখোয়দা পীনবিয়ু হায়না হঙ্গৎলম্মী। মরম অত্তুনা, শ্রীবিষ্ণু ভগবান্না মতৈ-মনাও অনি অত্তুদা দরশণ পিবিরম্মী।

মতৈ-মনাও অনি অত্তুগী পুক্লিংগী জ্বাল্লা শ্রীবিষ্ণু ভগবানবু দরশণ ফংজবা অত্তুদা, মখোয়না গুমথৈ লৈতনা হরাওজরম্মী। অত্তুম্নদি ওইরবদা, মখোয়গী গুরুগী বাক্য নস্তুনা, মমিৎ পাংথোকউ হায়বত্তদি, মখোয়না ময়ারমগ্রে।

মরম অসিনা, শ্রীবিষ্ণু ভগবান্না লমদম্ অত্তুগী নিংথৌগী মমঙ্দা, হুরানবা অত্তুবু জেলদগী থাদোক্লনবা হায়রম্মী। মিংথৌ অত্তুনা মঙ্ হায়বসিদি মঙ্গুম্বনি, করিস্তু নত্তে, হায়না থাজদত্তুনা থৌশাদনা লৈখোক্লম্মী। অত্তুবু অহিং অত্তুমক্তদা, অত্তুম্লক্ হন্না শ্রীবিষ্ণু ভগবান্না নিংথৌগী মমঙ্দা হুরানবা অত্তুবু জেলদগী থাদোক্গ্রো হায়বা অত্তুদা, নিংথৌগী পুক্লিংদা মাগী মঙ্ অসিদি ইচম চম্বা মঙ নত্ত্রে, করিগুম্বা ঈশ্বরগী ওইবা খুদম অমনি হায়না খঙ্লত্তুনা, হুরানবা অত্তুবু জেলদগী থাদোক্লম্মী। অহিং অত্তুমক্তদা, শ্রীবিষ্ণু ভগবান্না হুরানবা অত্তুগী মমঙ্দস্তু হায়রম্মী, মত্তুদি "নহাক্কী য়াথং মতুং ইন্না, ভক্ত মতৈ-মনাও অনি অত্তু মমিৎ উইশিন্দুনা, নহাক্না হায়না তাক্লম্বা ফীভম অত্তুদা, অত্তুম্মক্ হৌজিক্স্তু লৈরে। মরম অত্তুনা, নহাক্না মফম অত্তুদা চৎতুনা মখোয়গী মমিৎ উইশিল্লিবা অত্তু তোক্তুনা হান্নগী মতৌগুম্না লেপ্থৎননবা হায়রুচো।"

হুয়ানবা অহুনা জেলদগী থাদোক্লবা অহুদা থুনা য়াংনা চৎথিদুনা, মতৈ-মনাও অনি অহুবু মমিৎ পাঙ্‌থোক্কুনা হায়গী মতৌগুম্বা লেপ্‌থৎ-ননবা হায়রম্মী। মতৈ-মনাও অনিমক মমিৎ পাঙ্‌থোক্লম্মী। অহুগা মতৌ করম হায়না, মখোয়না শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী শ্রীমূর্ত্তিবু পূক্নিংগী জ্যাগা দরশণ ফংজখিবা হায়বা অহু, মখোয়গী গুরুগী মফমদা হুয়াওজবগা লোয়ননা তমজরম্মী। হুয়ানবা গুরু অহুনসু, মতৌ করম হায়না মহাক্তী মমঙ্‌দা শ্রীবিষ্ণু ভগবান লেঙ্‌লক্লম্ব', অহুগা মাবু নিংথৌনা মতৌ করম তৌহুনা জেলদগী থাদোক্লম্মী হায়বা য়ায়ী পূম্নমক,অমত্তা চিথদনা মতৈ মনাও অনি অহুগী মফম্‌দা লৈরম্মী।

তাঞ্জা অসিমক্তদা আকাশবানি অমা তৌরক্লম্মী, মহুদি "নখোয়না নখোয়গী গুরু অহুবু শ্রদ্ধা-ভক্তিগা লোয়ননা থাজবা,অহুদা (গীতা ৪৷৷৩৯), ঐ য়ায়া পেল্লে। ঈশ্বরবু ভজন, তোপ, ধ্যান (meditation) অমসুং থুরুমজবা অতৎপা লৈতনা, মতম চানা নুমিৎ থুদিংগী তৌ (গীতা ৯৷৷৩৪)। অহুম তৌরবদি, ঐহাকপু নখোয়গী পূক্নিংগী জ্যাগা উজনবা, দরশণ পীবিগনি। অহুদসু নত্তনা, অমুক পোকপা অমসুং শিবা হায়না খঙ্‌নবা জগৎ সংসারগী অরাবদগী কোক্কুনা নখোয় মুক্তিদু ফংগনি।" (গীতা ১৮৷৷৬৫)

নুমিৎ অসিদগী হৌহুনা হুয়ানবা অহু মাগী মহৌশাগী হৈনবী হুয়ানবা হায়বা থবক অহু থাদোক্লম্মী। অহুগা শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী মনায় ভক্ত অমা ওইথিরম্মী। তোনসু মতৈ-মনাওসু ঈশ্বরবু ভজন, তোপ, ধ্যান অমসুং থুরুমজবা অতৎপা লৈতনা তৌহুনা, মখোয়গী পূক্নিগী হিংলিঙৈগী মতমদগী মুক্তি ফংলবা অমসুং ঈশ্বরবু পূক্নিংগী জ্যাগা দরশণ ফংজরবা মীওই (god-realised persons) ওইথিরম্মী।

(গীতা ১৮৷৷৬৫)

ধ্যান তৌবা, লোয়ন-লোয়ননা সদ্‌গুরু অমবু শ্রদ্ধা-ভক্তিগা লোয়ননা সেবা তৌরবনা (গীতা ৪৷৷৩৪), মীওইবগী পূক্নিগী লমথুংকম

য়োহুনা ঈশ্বরবু ফংজে। মরম অসিনা, গুরু ভক্তিনা পূক্নিং শেংননবগী অমসুং ঈশ্বরগী মঙাল ফংননবগী অথোয়বা পাম্বৈনি। সদ-গুরু অমদা শ্রদ্ধা-ভক্তি লৈজবতনা, aspirant অমগী পূক্নিদা মহৈ য়ানবা অমসুং থাঙ্গৈশেংনা নুংঙাইবা (True happiness or blessed) ওইগনি।

## [ "সদ-গুরু অমগী মগুণ" ]

১। বেদ, বেদান্ত, উপনিষদ, শ্রীমদভাগবত, গীতানচিংবা ধর্ম্ম-শাস্ত্রগী জ্ঞান মপুঙ ফানা থঙলবা, ২। Absolute Reality or Absolute truth না ওইরিবা ব্রহ্মান, নত্রগা ঈশ্বরবু, পূক্নিংগী জ্ঞান-দা ফাওহুনা তরু-তরুনা খঙলবা অমসুং জ্ঞানগী মিৎয়েংনা উরবা,। ৩। Mind control তৌহুনা, জ্ঞানেন্দ্রিয় অমসুং কর্ম্মেন্দ্রিয় মাগী মথা পোল্লবা ৪। কর্ম্মদা অকর্ম্ম অমসুং অকর্ম্মদা কর্ম্ম ওইনা উহুনা সংসারিকী অরাবা নুংঙাইবা, অপাম্বা-পাম্দবা, অফবা-ফত্তবা করিমত্তা মঙোন্দা খেল্লবা লৈত্রবা, ৫। জগৎ সংসার অসিগী মনুঙদা লৈন-লৈনা সংসারিকা মরী লৈনদনা পুন্সি লেল্লবা, ৬। নুংশিবা, চানবিবা অমসুং থৌজাননৈব-নচিংবা সত্ত্বঃ ওইবা গুণশিংনা থল্লা মপুঙ ফানা য়াওহুনা, মঙোন্দা করিমত্তা লৌশিন্নিঙাই লৈত্রহুনা, মীঙোন্দা পীথোক্পতনা মাগী মগুণ ওইরবা, অমসুং ৭। দিব্য জ্ঞানবু (spiritual knowledge বু) মীঙোন্দা খঙহনবা ঙম্বা।

২। মীওইবগী ইতিহাসকী ওইবা বাকম, অমসুং চাওখৎলক্পগী মতুঙ. ইন্না, মীওইবনা ঈশ্বরগী মরমদা থাক্-থাক্ নায়না খঙ.লক্পা।

[ "থায়না মমাংঙৈগী ইজিপ্ত অমসুং বেবিলোনগী মীশীংনা থাজনরম্মী, মতুদি মীওইবগী হকচাং মনুঙ.দা মীৎনা উদবা অনিশুবা হকচাং অমা লৈ। নুংগী উদবা হকচাংগা মপাম্বোংগী হকচাংগা য়াম্না মরী লৈনৈ হায়নসু থাজনরম্মী। মথোয়না অশিবা হকচাংবু থাওদা preserve তৌত্নুনা থনম্মী।"]

মীনা শিরগা করিগুম্বা অমত্তা লৈহৌদনা তুম্না মাঙ.খিদে হায়না, থায়না মমাংঙৈদগী হৌনা মীওইবা ঐথোয়না থাজনরম্মী। মীনা শিরবা মতুঙ.দা করিগুম্বা অমা লৈহৌই, অমসুং লৈহৌরিবা মশক খঙ.দবা পোৎশক অদু মতম খরা লৈরম্মী হায়না থাজনরম্মী। ইজিপ্ত অমসুং বেবিলোন লৈবাকী থায়নগী মীশিংনা থাজনরম্মী, মতুদি মীওইবগী হকচাং মনুঙ.দা অতোপ্পা মীৎনা উদ্রবা হকচাং নায়বা পোৎ অমা লৈ, অমসুং অদুগুম্বা নুংগী হকচাং অদুগী মতেঙ.না, মীনা লেঙ-ওৎপা অমসুং থবক তৌবা ঙম্মিবনি। মপাম্বোংগী হকচাং অদুনা শিরবা মতমদা, নুংগী অনিশুবা হকচাং অদু মপান থোরকই, অদুগা মতম খরা হিংলম্মী হায়নসু মথোয়না থাজনরম্মী। নুংগী অনিশুবা হকচাং অদু মতম কয়া কুইনা মপান্দা থোরক্নুনা হিংলম্বগে হায়বগী রাফমদা, মথোয়না থাজনরম্মী, মতুদি—মপাম্বোংগী অশিবা হকচাং অদুনা মাঙ.খিদ্রিবা ফাওবা (তুমখিদ্রি ফাওবা), নুংগী হকচাং অদু মপান্দা থোরক্নুনা হিংলম্মী। অদুগা মসিমসু মথোয়না থাজনরম্মী, মতুদি মপাম্বোংগী হকচাং অদুদা অশোক্-অপন্ থজিক্তুং থোক্পদা, নুংগী হকচাং অদুদসু মতুগা চপ. মান্নবা অশোক্-অপন্ থোক্কনি। মরম অসিননি, ইজিপ্তা লৈবা থায়নগী মীশিংনা, মীনা শিরগা মপাম্বোংগী হকচাং অশিবা অদুদা অশোক্-অপন্ করিমত্তা

থোক্তনবা হায়রুনা, মতুবু থাওদা লুপ্তুনা ভিঙলগা, pyramid অমা শায়গা, মতুগী মমুঙদা থনম্মী। ইজিপ্ত অমসুং বেবিলোন লৈবাক্কী থায়নগী মীশিংনা মীওইবগী নুংগী অনিশুবা হকচাং অসি মতম চুপ্পা (enternally) হিংদুনা লৈতে হায়না থাজনরম্মী।

[ "থায়না মমাংঙৈগী ইজিপ্ত অমসুং বেবিলোনগী মীশিংনা থাজনরম্মী, মদুদি মীনা শিরগা নুংগী ২শুবা হকচাংনা মপান্দা থোরক্কুনা, শিরিবা মীদুগী ইমুং-মনুংগী মীশিংদুগী মমঙ-মহাদা উহনদুনা য়াম্না কিহল্লম্মী। ভারতবর্ষগী Ancient Aryan শিংগী বাখলদদি, ইজিপ্ত অমসুং বেবিলোনগী মীশিংগী বাখলগা ওন্নতেনৈ। Aryan শিংনা নুংগী ২শুবা হকচাংবু spiritual body ওইনা থাজনরম্মী।" ]

অতোপ্পা অঙকপা থোদোক অমনা, থায়না মমাংঙৈগী ইজিপ্ত অমসুং বেবিলোনগী মীশিংনা মসিমসু থাজনরম্মী, মদুদি কনাগুম্বা মী অমনা শিরগা, মাগী নুংগী ২শুবা হকচাং অদুনা মপান্দা থোয়ক্কুনা, মীদুনা শিত্রিভৈদা লৈমিন্নরম্বা ইমুং-মনুংগী মীশিং অদুদা মানা নৈবা-ওৎপা অদুদি অয়াবগী মশক্কি। হিংদুনা লৈহৌরিবা ইমুং-মনুংগী মীশিং অদুগী মমঙদা নুংগী ২শুবা হকচাং অদুনা লাক্কুনা, মাগী চাননবা, থক্নবা, শেংননবা, মহৌশা মানা হিংজিভৈদা ফংলম্বা অদুগুম্না পীয়ু হায়রে। মদুদা করিগুম্বা পীত্রবদি, লৈহৌরিবা ইমুং মনুংগী মীশিং অদুদা মানা ওৎ-নৈ, কিহল্লি অদুগা মী হাৎপা ফাওবা য়াওই হায়না, থায়না মমাংঙৈগী ইজিপ্ত অমসুং বেবিলোনগী মীশিংনা থাজনরম্মী।

থায়না মমাংঙৈগী ভারতবর্ষগী Aryan শিংগী রাখলদা য়েংলুরবদি, মমাংঙৈগী ইজিপ্ত অমসুং বেবিলোনগী মীশিংগী রাখলগা থয়া খেন্নে। Aryan শিংগী রাখলদসু মীওইবগী নুংগী ওইবা ২শুবা হকচাং অমা লৈ হায়না থাজনরম্মী। অদুম্মদি ওইরগা, মখোয়গী রাখলদা নুংগী ২শুবা

হকচাং অসি spiritual body নি। মরম অদুনা, মীনা শিরগা, মপান্থোংগী হকচাং অদুনা লৈরিবা মতম অদুকী মখৈ, নুংগী ২শুবা হকচাং অদুনা হিংদুনা লৈগনি হায়না ইজিপ্ত অমসুং বেবিলোনগী মীশিংনা থজরবা রাথল অদু, মখোয়না য়াদে। মতুংগী ওয়ৈতৈনবদা, নুংগী ২শুবা হকচাং অসি মপান্থোংগী হকচাং অদুগা মরী লৈনদে হায়না Aryan শিংনা থল্লী। মরম অদুনা, মীনা শিরগা ইজিপ্ত অমসুং বেবিলোনগী মীশিংগী মতৌশুম্না, Aryan শিংনা মপান্থোংগী অশিবা হকচাং pyramid তা preserve তৌদে, মৈদা থাদোক্‌ই। মতম অদুদগী হৌদুনা Aryan শিংগী রাথলদা আত্মা ( soul ) লৈবগী রাথল লৈরম্মী হায়না ঐখোয়না খঙ্‌ই। মীনা শিরগা নুংগী ২শুবা হকচাং অদুনা চাননবা পীয়ু, শেংননবা পীয়ু হায়না হিংহৌরিবা ইমুং-মনুংগী মীশিংগী মমঙ্‌দা লাকুনা কিওল্লবসু তৌদে। মপান্থোংগী অশিবা হকচাং অদু মৈ থাবা মতমদা, মৈক্তাও অদুগী মৈরীনা থক্তা হায়গৎলিবা অদুবু, থায়নবগী symbol নি হায়না Aryan শিংনা থল্লম্মী। মরম অদুনা, শিরিবা মী অদুগী spiritual body অদুসু (২শুবা নুংগী হকচাং অদুসু), মতম পুম্নমক্তা অরাবা লৈত্রবা, নুংঙাইবতা ওইরবা ইপা-ইপুগী লৈকম তাম্না, থক্তা হায়গৎলিবা মৈরী অদুনা তপ্না তপ্না পুথিপ্লে, অমসুং মখোয়গা লোয়নননা নুংঙাইনা লৈমিন্নথ্রে হায়না Aryan শিংনা থল্লম্মী।

[ "চাওথৎলকপগী মতুং ইন্না Aryan শিংনা খঙ্‌লম্মী, মতুদি নুংগী ২শুবা হকচাং অদুগী মনুঙ্‌দা থবাই (self) লৈ। মসিমসু মখোয়না থাজনরম্মী, মতুদি মীনা শিরগা self না নুংগী ২ শুবা হকচাংগা লোয়নননা মপান্দা থোক্‌খি।" ]

থায়না মমাংদৈগী ইজিপ্ত অমসুং বেবিলোনগী মীশিংগী রাথলনা pessimistic, অদুগা থায়না মমাংদৈগী ভারতবর্ষগী Aryan শীংগী রাথলনা optimistic ওইরবসু, রাথল অনিমক্ হৌগৎলকপদা ওয়রীবা,

মুল্লিবা, অমদি মপুঙ্ ফাজ্রিবা ভাক্তা ওইবা মরম্না, similar nature নি হায়না ঐখোয়না লৌবা য়াই। নত্রগা Aryan শিংগী system অসি ইজিপ্ত অমসুং বেবিলোনগী মীশিংগী systemগী evolution নি হায়না ঐখোয়না লৌবসু য়াই। ওইবা য়াবা অমনা, ঐখোয়গী মণিপুরদসু ঐখোইনা তাম্লিবা অতুনি, মতুদি মোইরাংগী থম্বা, নোংবান অমসুং থোংলেনখোয়গী হাক্তকৃতা মমাংঙৈগী ইজিপ্ত অমসুং বেবিলোনগী মীশিংনা মপাম্বোংগী অশিবা হকচাংবু থাওদা preserve তৌতুনা থম্বা অতুগুম্না, মীনা শিরগা মপাম্বোংগী অশিবা হকচাং অতুবু কুউ মপুঙ্দা হাপ্ চিল্লগা লৈবাক্তা ফুম্লম্মী। হৌজিকী মতমদা ফাওবা, চীংগী ইচিল-ইনাওশিংগী মফুংদদি, মীনা শিরগা অশিবা হকচাং অতু কুউদা হাপ্ চিল্লগা লৈবাক্তা লৈরোল চল্লী। থায়নগী Aryan শিংগী রাথল্দা, মীনা শিরগা মপাম্বোংগী অশিবা হকচাং অতুগা মুংগী ২শুবা অরংবা হকচাং অতুগা মরী লৈনদে। মুংগী ২শুবা অরংবা হকচাং অতু, শিগ্রবা মমা-মপাগী মনাক্তা মতম চুপ্পা মুংঙাইনা লৈগ্রে হায়না মখোয়না থাজরম্মী। অতুগুম্ব মুংগী ২ শুবা অরংবা হকচাং অতুবু (spiritual body) আত্মানি (soul নি ) হায়না থাজনরম্মী। কোম্বংদা মখোয়গী রাখল চাওথুৎলকপগী মতুং ইন্না, spiritual body অতু অশেংবা আত্মা (soul) নংত্তু হায়না থঙ্লম্মী। মরমদি, মুংগী ২ শুবা অরংবা হকচাং অতু খ্বায়দগী হেন্না পীকলবা হকচাং অমা ওইরবা ফাওবদা, মওং লৈবা material না শাবা হকচাং অমা শোয়দনা ওইগনি হায়না মখোয়না থঙ্লম্মী। মওং নত্রগা মুত্তিবু লৈরবদি, পোৎ অতুগী চাওবা, শাংবা ওমথৈ অমা ( limit ) শোয়দনা লৈগনি, পোৎ অতু ওমথৈ লৈতবা ওইহনবা থক্ য়ায়োই। মওং হোংদোক্-হোংজিন্ তৌবা (change) হায়বা অসি মওং লৈবা পোৎ থুদিংমক্তা মপাদা অতুম্মক য়াওজরবনি। অতুগুম্বা মওং হোংদোক-হোংজিন্ য়াবা পোৎনা eternal ওইবা কৈদৌঙৈদসু য়ায়োই। অতুনা মমৈথংদা মখোয়না থাজনরম্মী, মতুদি মুংগী ২ শুবা অরংবা হকচাং অতুগী মফুঙ্দা করিগুম্বা

অমা লৈ, মহু মীওইবগী থরায়নি। মহুবু আত্মা নত্রগা self হায়না খঙ্নরম্মী। মতুঙ্দা self হায়বা অসিগী মরমদা রাখল্ থনবা হৌরক্লম্মী। Self কী মওং অসি মথল মথা কয়াথোক্লা অথং-অহৈশিংনা পুথোক্লরম্মী। থরনা হায়রম্মী, মহুদি self অসি হৌরক্কম্ অমস্তুং লোইকম্ লৈত্রবা (eternal) অমনি। থরা অমনা হায়রম্মী, self ভি য়াম্না পীকখ্রবা atom মুক্ পীকপা, হকচাংগী মফম অমদা লৈবা অমনি। অহুগা মী অমনা শিরগা, মাগী self অতুনা মুংগী ২শুবা অয়াংবা হকচাং অহুগা লোয়ননা মপান্দা থোক্খি। মমৈথংদা মখোয়না য়াম্না থগ্নবা মতুঙ্দা মুংগী ২শুবা হকচাংবু self নত্রগা soul নি হায়বদা হান্না য়াথিদবগুম্না, soul বু atom গুম্বা অপীক্পা পোৎনি হায়বা মখোয়না য়াখিদ্রে। মখোয়না হায়, পীকপ্রে হায়রিবা atom সু মওং লৈবা পোৎনিনা, মহাক্কী চাওবা, শাংবা ওমথৈ অমা শোয়দনা লৈগনি।

[“মতুঙ্দা Sankhya philosophy কৌবা তোঙানবা opinion অমা পুথোক্লম্মী। philosophy অসিগী মতুং ইন্না soul অমসুং god কী লৈরিবা ফীভম খঙ্হনবা।”]

Aryan শিংগী মনুঙ্দা তোঙান্-তোঙান্বা opinion লৈবা অসিদগী, Sankhya philosophy কৌবা অনৌবা opinion অমা পুথোক্লম্মী। Sankhya philosophy গী মতুং ইন্না মীওইবগী হকচাং material নি। হকচাং অসিগী মনুঙ্দা অপীক্পা অয়াংবা ২শুবা হকচাং অমা লৈ। অসিগুম্বা ২শুবা অয়াংবা হকচাং অসিনা পূক্নিংগী লোজায়নি। ২শুবা অয়াংবা হকচাং অসিগী মনুঙ্দা self, হায়বদি আত্মা নত্রগা soul (থরায়) লৈ। Sankhya philosophy গী মতুং ইন্না self না mind গী perceiver নি, হায়বদি পূক্নিংনা নিঙ্জিবা অদু self না উবি অমসুং খঙ্লি। মহু ঐগীসু, নীগীসু, মী পুম্নমক্কীসু soul নি, হায়বদি মতম অমতুদা, মফম থুদিংমক্তা যানা শীনবা থুংনা লৈ। মওং লৈব্রবদি,

মহাক লৈরগা করম হায়না অহাংবা লম্পা (space) কন্‌বা হায়বা অদু ওইগদৌরিবনো ? লম্পা (space) কল্লিবা পোৎ থুদিংমক মওং লৈবা মক্তনি। মওং লৈত্রবতদা infinite ( সিমানা লৈতবা ) হায়বা অসি ওইবা য়াই। মরম অসিনা, soul থুদিংমক মকম পুম্নমক্তা লৈ। শম্না হায়রবদা, sankhya philosophy গী মতুং ইন্না, soul গী লৈবীবা ফীভম-মতা অসি অসিগুম্বা ভাবনা শাবা circle অমগী মওংনি, মথুদি মাগী circumference তি মকম থুদিংমক্তা থীরুরবস্তু থিকম থঙ্‌ত্রবা, অদুগা মাগী centre দি হকচাং ওইবা অমগী মনুঙ্‌দা লৈ। অদুগা god কী লৈরীবা ফীভম-মতাস্তু অসিগুম্বা ভাবনা শাবা circle অমগী মওংনি, মথুদি মাগী circumference তি মকম থুদিংমক্তা থীরুর-বস্তু থিকম থঙ্‌ত্রবা, অদুগা মাগী centre দি মকম থুদিংদা শীনবা থুংনা লৈ।

[" Ancient Aryan অতোপ্পা কাংবু অমনা থাজনরম্মী, মথুদি মীগী জ্ঞান অমসুং পুকচেল শেংবা হায়বা অসি, soul দগী থোরক্‌পনি, অমসুং মীনা পোক্‌পদগী লোয়নরক্‌পনি। মীতুনা হিংলিউৈদা মাগী mind গী ফীভম মতুং ইন্না মথোয় অদু থরা থরা বিকাশ তৌরকপগী (মপান্দা ফুদোরকপগী) য়ানি।"]

মথক্কী theory অসি নত্তবা, অতোপ্পা theory অমস্তু Aryan শিংনা পুথোক্লম্মী। মথুদি থায়নদগী হৌনা, মীওইবগী মনুঙ্‌দা মী কাংবু থরদি য়াম্না চাওখৎলম্মী। মথোয় অসি মতমগী মতুং ইন্না পুকচেল শেংলম্মী, পাঙ্গল কল্লম্মী অমসুং জ্ঞান লৈরম্মী। মথোয়না চাওখৎলক্‌পগী মতুং ইন্না, য়াহং থরা মরম্নায় পোক্‌লম্মী। মথুদি মীওইবগী জ্ঞান, পাঙ্গল, অমসুং পুকচেল শেংবা হায়বা অসি কদায়দগী থোরক্লিবনো ? অত্তাং অসি হেক পোক্‌পা মতমদা জ্ঞান য়াওদে। মানা চাওখৎলক্‌পগী মতুং ইন্না,

জ্ঞান হেনগৎলকই অমসুং মপাঙ্গল কনখৎলকই। অঙাং অদুনা মাগী জ্ঞান অমসুং পাঙ্গল অসি কদায়দগী ফংলক্লিবনো? মথোয়না য়াম্না নৈনরুরবা মতুঙ্দা খঙ্লম্মী, মদুদি মখোয় অসি soul দগী থোরকপনি। অঙাং অদুগী soul অদুদা জ্ঞান অমসুং পাঙ্গল অদু পোকপদগী হৌনা য়াওরক্লবনি। অসিগুম্বা পাঙ্গল, জ্ঞান অমসুং পুকচেল শেংবা অসি soul না হায়্রা লৈজরবসু, বিকাশ তৌদনা, হায়রবদি মপান্দা উত্তুনা (unmanifested) অদুম্মক্ লৈ। মতুঙ্দা অসুম অসুম থয়া থয়া বিকাশ (manifest) তৌরকপগী য়াতনি। Manifestation অমসুং unmanifestation হায়বা অসি করিনা তৌহল্লিবনো? Sankhya philosophy না হায়বগুম্না, soul খুদিংমক অশেংবনি অমসুং মপুঙ্ ফাবনি (pure and perfect নি), খ্বায়দগী শক্তি হেন্বনি (omnipotent নি), অমসুং পূম্নমক পুমখঙ্ খঙ্বনি (omniscient নি)। অদুবু soul গী মগুণ পূম্নমক্ অসি মী অদুগী mind গী ফীভমগী মতুং ইন্না বিকাশ তৌরকই, হায়রবদি মপান্দা উৎতুনা মী অতোপ্পনা খঙ্নরকই। Mind অসি soul গী শক্‌য়েল মিংশেলগুম্বনি। মী পূম্নমকী mind দা soul গী মগুণশিং অসিগী মমি তায়। মরম অসিনা, পূক্নিং শেংবা মীদা soul গী মগুণশিং অসি হেন্না মমি তায়, হায়রবদি মপান্দা হেন্না বিকাশ তৌই। Individual soul পূম্নমক্তা মগুণশিং অসি মপূঙ্ ফানা হাম্লনা অদুম্মক য়াওজরবনি, তৌইগুম্বসুং মখোয়গী মগুণশিং অদু য়াম্না বিকাশ তৌবা তৌদবগী য়াক্ষম অদুদি, individual person অদুগী mind শেংবা শেংদবগী degree গী মথা পোল্লি।

["Aryan কাংবু কাংবুনা soul গী purity and perfection গী মরমদা নৈনবা। মমৈথংদা পুম্নমক্তা য়ানখে, মদুদি soul না মতম পুম্নমক্তা purity and perfection ওই, অদুবু মীদুগী purity of mind গী percentage গী মতুং ইন্না soul

গী মগুণশিং অদু manifestation তৌই। মপুঙ ফানা পূক্লিং শেংলবা মীদা, soul না মপুঙ ফানা manifest তৌবদগী, মী অদু মুক্তি ফংই।" ]

অতোপ্পা Aryan কাংবু অমা লৈরম্মী, মখোয়না মথক্তা হায়রীবা theory অসি য়ানিংদে। মীপূম খুদিংগী soul অসি মহৌশানা pure and perfection ওইরবস্তু, অসিগুম্বা purity and perfection অসি মতম্ মতম্গী মতুং ইন্না contraction স্তু তৌই, অদুগা expansion স্তু তৌই। মীওইবগী থবক অমস্তুং য়াথল জাৎ-জাৎ লৈ, মখোয় অদু তৌরগা অমস্তুং থল্লগা, soul গী nature স্তু contract তৌই। মতৌ অদুগুম্বদুনা, থবক অমস্তুং য়াথল কয়া অমা লৈ, মখোয় অদু তৌরগা অমস্তুং থল্লগা soul গী nature অদু manifest তৌই, হায়বদি expand তৌই। মসিনা তাকপবু, য়াথল অদুবু থল্লগা অমস্তুং থবক অদুবু তৌরগা, soulগী perfection and purity বু contract তৌহল্লিবা অদু, ফত্তবা য়াথল্নি অমস্তুং ফত্তবা থবক্নি। মতৌ অদুগুম্লদুনা, য়াথল অদুবু থল্লগা অমস্তুং থবক অদুবু তৌরগা, soul গী মগুণশিং অদু manifest তৌরিবা,হায়বদি expand তৌরিবা অদু, অফবা য়াথল্নি অমস্তুং অফবা থবক্নি। মুন্না থম্বক্লরবদি, theory অনি অসি পঙ্খেন খেন্নদে, expansion অমস্তুং contraction হায়বা য়াহৈ অনি অসি শিজিন্নবা হৈবগী য়াফম্তনি। অদুগা য়াথল অময়োমদা অমুক থম্বক্লরবদি, soulগী মগুণশিং expand তৌবা অমস্তুং contract তৌবা হায়বা লৈবা য়াদে, মরমদি soul দি spirit নি। contraction অমস্তুং expansion হায়বা য়াহৈশিং অসিদি, মীৎনা উবা gross material, নত্রগা মীৎনা উত্রবস্তু mind গুম্বদা শীজিন্নবা য়াই। তৌইগুম্বস্তুং matter নত্তবা, space, time and causation গী য়াংমদা লৈবা spiritual ওইবা মওং লৈতবা পোৎতা, কয়ম হায়না contraction অমস্তুং expansion

হায়বা রাহৈশিং অসি শিজন্নগদৌরিবনো ? মরম অসিনা, soul দি মতম পুম্নমক্তা pure and perfection নি (গীতা ২৷৷২১,২৪), অদুগা মাগী মগুণশিং অদু মী-মী অদুগী purity of mind গী percentage গী মতুং ইন্না, manifestation তৌই। মীওইবগী mind হায়বা অসি, ঐখোয়গী মপানগী material world দা তৌরিবা থবক্তা মরী লৈনৈ ( গীতা ৫৷৷২২ )। ঐনা অফবা থবক্তা তৌরগা, পূক্নিংনস্নু অফবা থবক তৌবা মীনি হায়না খল্লে। পূক্নিং শেংফাত্রগা, soul গী মগুণশিং থরদমক্ বিকাশ তৌই, মপুঙ্ ফানা শেংলগা মপুঙ্ ফানা বিকাশ তৌদুনা, মী অদু মুক্তি (liberation) ফংই। মরম পূম্নমক অসিনা, soul গী মগুণশিং অসি মপুঙ্ ফানা মমি তাননবা, অমসুং মীয়াম খঙ্না বিকাশ তৌননবা, পূক্নিং অসি মপুঙ্ ফানা শেংবগী দরকারনি (গীতা ২৷৷৬৫)।

[ "Scientific যুগকী Scientist শিংনা research তৌদুনা খঙ্লিবা পুম্নমক অসি universe of infinity ওইবা supreme soul or supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী material atmosphere গী নাকল অমখক্তংগী মচেৎ থরদং ভাবনা শাদুনা খঙ্বগুম্বনি। Material and Scientific knowledge গী মথক্তা spiritual knowledge য়াওশিনদুনা, অদুগুম্বা combined knowledge অদুনা One underlying unity or Absolute Truth or Absolute Reality না ওইরিবা the supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু খঙ্বা অমসুং ফংবা ঙমগনি।" ]

কলি যুগকী মনুঙ্দা ওইবা Scientific যুগ-কী মীওই scientist শিংগী রাখলদদি, থায়নগী মীওইবনা চাওখৎত্রিঙৈদা লোকনুং অমসুং গুহাদা লৈরিঙৈগী মতমদগী হৌদুনা হৌজিক্কী মতম 20th century ফাওবদা material-relative-sense world or sense universe

অসিবু মথোয়না খঙ্লিবা মখঙ্ অসি,মপুঙ ফানা খঙ্দবা ওইনা অতুম্মক লৈ। হায়বদি both material and spiritual গী শরুক অনিখক্কা পুনশিন্দুনা ওইরিবা ভাবনা শাবা universe of Infinity গী material atmosphere গী নাকল অমখক্তুংগী মচেৎ খরদং, ভাবনা শাদুনা মশেং মরাংতা খঙ্বা ওইনা, অমস্তুং অচকপা অমস্তুং অথুপ্পনা থল্লবা মখঙ্ অমা ওইনা, scientist শিংগী রাখলদা অতুম্মক লৈরী। মদুগী খুদমদি—

19th century গী অফাওবা Scientist Newton না absolute time and absolute space or eternity দা য়ুম্ফম ওইদুনা, motion and gravitation গী জ্ঞান মীওইবদা খঙ্হল্লম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, মদুদি "লেঙ্দুনতা লৈবা পোৎ অমবু মঙোন্দা অথিংবা য়াওরুব্রবদি, মহাক লেঙ্দুনতা অতুম্মক্ লৈরগনি। মতৌ অদুগুম্রদুনা, লেঙদদুনা তুমিন্না লৈবা পোৎ অমবু মঙোন্দা লেঙ্হন্নবা তৌরুব্রবদি, মহাক লেঙদদুনা তুমিন্নতা অতুম্মক লৈরগনি।" Newton গী রাখলদগী পুথোক্লক্লিবা মীওইবগী অনৌবা জ্ঞান অসিগা, গীতাদা (২॥১৬) শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না ফোংদোক্লিবা, হায়বদি "ওইদবনা ( non-existence না ) অওইবা ওনবা হৌনদে, অদুগা অওইবনস্থ ( existence নস্থ ) ওইদবা ওনবা হৌনদে।" হায়বা জ্ঞান অসিগা, জ্ঞান অনিসিগী মনুঙ্দা লৈরিবা রাখলগী ঈচেল অনি অসি, করিমত্তা খেন্নহন্দে। অদুগীস্থ মথক্তা, motion ( লেঙ্দুনতা লৈবা, হায়বদি energy ) হায়বসিদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী eight separated material energies of inferior nature নি, হায়বদি লৈপাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ, অতিয়া, মন, বুদ্ধি অমস্তুং অহঙ্কারনি (গীতা ৭॥৪), নত্রগা motion (energy) হায়বসিদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতিনি (spiritual sparks or energy নি) (ঈশোপনিষদ-মন্ত্র ১৫ শুবা), (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥৪৯), (শেতাশত্র: উপনিষদ), (বিষ্ণু পুরানগী মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী energy মখল অহুম থোকই—

১। Internal energy, ২। marginal energy, ৩। external or material energy।) Newton না মসিমস্থ হায়রম্মী, মহুদি gravitation হায়বসি প্রকৃতিগী property অমনি। (gravitation মীনা শেম্বা ওম্বা নত্তে, অদুগা material nature দি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অতোনবা মওংগী প্রকৃতিনি —গীতা ৭॥৪) অদুগুম্বা gravition অদুনা মরম ওইদুনা, material body খুদিংমক্তী অমগা অমগ-গী মরক্তা force of attraction মতম পুম্নমক্তা লৈ হায়না, Newton না হায়রম্মী। তৌইগুম্বসুং, force of attraction অদুগী source তি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি (গীতা ৭॥৬), মরমদি মৈদা লৈবা তেজ (গীতা ৭॥৯), রাপ য়াওদবা অশেঙ্বা পাঙ্গল (গীতা ৭॥১১), মশেক মঙাল চাওবা সূর্য্য'দব (গীতা ১০॥২১), অমসুং মতিক মঙাল চাওবশিংগী মতিক মঙাল (গীতা ১০॥৩৬) শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি। মহুদসু নত্তে, তেজ লৈবা অমসুং শক্তি লৈবা পোৎ পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী তেজগী পীক্রবা শরুক অমথক্তংদগী ওইবনি (গীতা ১০॥৪১)। মরম অসিদগী ঐখোয়না খঙ্লে, মহুদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতিনা ওইবা material atmosphere গী মনুঙ্দা হাপ্পা অদুম্বক লৈজরিবা material energy and force of attraction অদুবু, ব্রহ্মসংহিতা (৫॥৪৪,৪৯) Newton না scientifically research তৌদুনা, ইহান হাপ্পা খঙ্লকপগী য়ানি।

20th century গী অকাওবা scientist-Einstein না 1915 A.D.দা, Newtonian physics না হাপ্পা পুখোকপ্রবা Law of gravitation গী alternative অমনি হায়বসু য়াবা, নত্রগা space-time গী অনৌবা জ্ঞান অমনি হায়বসু য়াবা, General Thcory of Relativity গী জ্ঞান অমা মীওইবদা খঙ্হনখী। অদুগুম্বা জ্ঞান অদুনা মরম ওইদুনা, energy অমসুং mass কী মতম পুম্নমক্তা লৈনরিবা মরী অদুবু, formula অমা ওইনা পুখোক্লখী, মহুদি $E=mc^2$। মসিদগী মথা চৎথরক্পা অমা ওইনা, General relativityগী theory না ঐখোয়দা

খঙ্‌হল্লি, মহুদি space-time গী continum অসি, খজৎপা অমন্তুং থুগাইবা ঙম্কয়া য়ারোই। হায়বদি Relative Theory গী মতুং ইল্লা, time হায়বসি fixed component নত্তে। space and energy না eternal ওইবগুম্না, time সু eternal নি। মরমদি space and energy দা ওইরিবা কীভম-মত্তা অহুম্মক, time দসু অহুম্মক, ওইগদবনি। তোইগুম্বসুং ঐখোয়না গীতাদগীসু খঙ্‌লে, মহুদি লোয়বা লৈত্রবা মতম হায়বসিদি (time কালঃ হায়বসিদি) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানমক্তি (গীতা ১০॥৩০)। অসুম তৌহুনা,eternal ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না source ওইহুনা, মহাকী ব্রহ্মজ্যোতিনা ওইহল্লিবা material atmosphere গী jurisdiction মমুঙ্‌দগী মরিমত্তা চোইথোক্‌হন্দনা (গীতা ৯॥৬) অমন্তুং অমগ-অমগা মরী লৈনহন্দুনা, হায়বদি তোখায় তানা মরম্লায় ওইনা ছিংজবা, অমদি লৈজবা হায়বহু য়াহন্দহুনা (শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দগী তোঙানবা, ইবুংঙো নত্তবা অমত্তা লৈতে—গীতা ০॥৭), হাম্লদগী হৌনা অহুম্মক লৈরিবা time, space and energy বু Einstein না scientifically research তৌহুনা, ইহান হায়া খঙ্‌লকপগী য়ানি।

Chemical science না ঐখোয়দা খঙ্‌হল্লি, মহুদি ঐখোয়না মীৎনা উরিবা অমসুং উত্ত্রবসু পূক্লিংনা লৈ হায়না খঙ্‌জিবা পোৎ পুম্নমক অসি, য়ায়া পিকপ্রবা তোঙান-তোঙানবা atom হায়না খঙ্‌নবা particle শিংনা পুনশিন্দুনা ওইখিবনি। অহুগুম্বা অপিক্পা particle শিং অহু, অমুক্তা হেল্লা analyse তৌহুনা chemical scientist শিংনা থিজিন হুমজিনবদগী খঙ্‌লক্লে, মহুদি particle খুদিংমক fundamental particles অহুমথক্তা, হায়বদি ১। electrons, ২। protons, ৩। neutrons না পুনশিন্দুনা ওইখিবনি। অসিগুম্বা building block অহুম অসিনা পুনশিন্দুনা ঐখোয়গী material universe কী matter পুম্নমক ওইখিবনি হায়বসিসু, মখোয়না খঙ্‌লে। মখোয়না practical ওইনা থবক তৌবা খুদিংমক্তা, fundamental particles অহুম অসিবু,

তোঙান তোঙানবা পোৎশক ওইনা শিজিন্নরবস্তু, অমুক্তা হেন্না scientist শিংনা research তৌবদগী খঙ্‌লক্রে, মতুদি মখোয় অহুম অসিগী থাদোক্‌পা য়াত্রবা মরুদি অমখক্তনি, অতুগা চপ্‌স্তু মাইয়ে! মরমদি মখোয় অহুম অমগা-অমগা ওম্ব্নোক্‌-ওনশিন্‌ তৌনবা য়াই, অতুদস্তু নত্তনা, মখোয় খুদিংমক্‌ radiant energy দা ওম্ব্নোকপস্তু য়াই। চহি কয়াগী মমাঙ্‌দগী হৌতুনা ঐখোয়না খঙ্‌তুনা লাক্লে, মতুদি তোঙান তোঙানবা forms of energy, হায়বদি motion, heat,electricity, light, sound-wave, image-wave, computarised system নচিংবা অমগ-অমগা ওম্ব্নোক্‌-ওনশিন্‌ তৌনবস্তু য়াই, অতুগা মখোয় খুদিংমক্তা মরু ওইবা source তি, অমখক্তা ওইবা energy হায়বা অতুদগীনি। য়াহৈ অমরোমদা হায়রগা, worldদা লৈরিবা ঐখোয়না অখঙ্‌বা তোঙন-তোঙানবা forceময়াম অসি, electro-megnatic force মতোম্ব-ভদগী তোঙান্‌-তোঙান্‌বা ফীভম-মতৌ ওইনা উৎপা মরুনি হায়না scientist শিংনা খঙ্‌লক্রে। অস্তুম তৌতুনা, ঐখোয়গী material universe অসি basic quality খরদংগী মওং-মতৌ ওইবা ওইনা, হায়বদি space. time. matter, energy and gravitation গী মওং-মতৌ ওইহনবগুম scientist শিংনা তৌহল্লি। তৌইগুমস্তুং বেদ, বেদান্ত, উপনিষদ, গীতা অমস্তুং ধর্মশাস্ত্রশিংদগী ঐখোয়না খঙ্‌লক্লে, মতুদি মখক্তা হায়রিবা basic quality শিংস্তু য়াওনা,জগৎ সংসারদা ঐখোয়না মীৎনা উরিবা তোঙান-তোঙানবা অহিংবা অমস্তুং হিংদবা পোৎ পুম্নমক, অমস্তুং মীৎনা উত্রবস্তু পুক্নিংনা লৈ হায়না ঐখোয়না খঙ্‌লিবা পুম্নমক, পুম্নপ পুম্নগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী স্বরূপনি, অমস্তুং অতুগুম্বা স্বরূপ অতুগী মমুঙ্‌দা লৈবা অমমম্‌ খুদিংগী মমুঙ্‌দস্তু (খ্বায়দগী পীকপ্রবা atom, particle শিংগী মমুঙ্‌দস্তু) মপান্দস্তু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান লৈ। (god is all and in all) তৈঃ উঃ (৩।১), গীতা—(২।১৭,২৪), (৬।৩০,৩১), (৭।৬,৭),(৮।২২), (১০।৮,৩৯), (১৩।১৫,২৭,৩০), (১৫।১৪,১৫), বেদান্ত সুত্র ভাগ :(১।১।১),

ব্রহ্মসংহিতা —(৫।১,৪৪), ঈশোপনিষদ মন্ত্র (৫শুবা)। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না হোৱক্‌ফম, হজিন্‌ফম, পোৎথাফম, ভুংনফম অমসুং মাঙ্‌বা লৈত্রবা মরু বীজ পুৱমক্নি। (Shri Krishna Bhagavan is the creation and the annihilation, the basis of everything, the resting place and the eternal seed) গীতা ৯।১৮।

ঐখোয়না বেদ, বেদান্তনচিংবা ধর্মশাস্ত্রদগী হৌজিক্কি খঙ্‌বা ওয়্ৱ, মখুদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যতিগী শরুক ঙুনা, হায়রবদি ত্রিপাদ বিভূতিনা (ব্রহ্মসংহিতা—৫।৪৯),(ঈশোপনিষদ মন্ত্র ১৫শুবা), গীতা—(৮।২০—২১) (১৫।৬)spiritual atmosphere নি, অদুগা লেমহৌরিবা শরুক ঙু না, হায়রবদি একপাদ বিভূতিনা (গীতা ১০।৪১—৪২), নত্রগা ইবুংঙোগী অতোনবা প্রকৃতিনা, হায়রবদি separated inferior energy of shri Krishna Bhagavan না (গীতা ৭।৪) material atmosphere নি। হৌজিক্কী মতমগী scientific যুগকী মীওইনদি, ঈশ্বরগী energy, law and system না phenomenal universe কী মনুঙ্‌দা অহাঙ্‌বা অমত্তা লৈহন্দনা মনুঙ্‌ খিৎনা লৈরিবা অসিবু, material atmosphere নি হায়না খঙ্‌লৈ। তোঙান-তোঙানবা মওং লৈবা অছিংবা অমসুং ছিংদব পুৱমক time, space and causation গী মনুঙ্‌দা ওইবা, অমসুং ঈশ্বরগী creation নি হায়না খঙ্‌নবা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী material atmosphere গী মনুঙ্‌দা লৈবামক্তনি। শেষতঃ তত্ত্বগী মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী তোঙান-তোঙানবা পুরুষ অবতারশিংবু (plenary expansions) ইবুংঙোগী energy হায়নসু খঙ্‌লৈ। অদুগুম্বা শ্রীবিষ্ণু অমম্মা material universe পুৱমক, অমসুং মখোয় অদুগী মনুঙ্‌দা লৈবা অছিংবা অমসুং ছিংদবা পুৱমকপু শেম্বনি। ঈশ্বরগী creation বু "spiritual touch in the material world" হায়না খঙ্‌লৈ, হায়রবদি matter গী মনুঙ্‌দা spirit না য়াওশিন্‌বনি গীতা (৭।৬—৭),(১৪।৪)। Scientist শিংনা scientific

knowledge না research তৌরিবা পূম্নমক অসি, material atmosphere গী মনুঙ্দা ঙাক্কনি, spiritual atmosphere গী শরুক খঙ্জিক্কং ফাওবা শোক্লুদে। Material atmosphere অসিদি eternal and unlimited ওইবা মরম্না, scientist শিংনা হৌজিক ফাওবদা খঙ্লিবা অনৌবা অহিংবা অমসুং হিংদবা পূম্নমক অসিগা, খঙ্দহুনা লেম্হৌরিবশিংসিগা চাংদম্নরুরবদি, material atmosphere গী নাকল অমথক্কুংগী শরুক অদুগী মনুঙ্দা মচেৎ খজিক্কুং খঙ্লি হায়বদা করি কায়বগে? হৌজিক ফাওবদা scientist শিংগী মতেঙ্দগী material atmosphere গী মনুঙ্দা লৈবা থা ফাওবা মীনা bodily চত্নবা, মাবু মশক খঙ্লে। অদুম্নদি ওইরগা, অতোপ্পা গ্রহ, উপগ্রহ, নুমিৎ থরানমিচাক্নচিংবদি অদুম হায়না মশানা চৎতুনা, মীনা খঙ্বদি ঙমদ্রে। Volcano পোকখায়হুনা, নুহার-হাহুনা অমসুং natural calamities কয়া অঙৎপা লৈতনা থোক্কনা, অহিংবা অমসুং হিংদবা পোৎ কয়া মাঙ্তাক্হল্লিবা, মীওইববু অরাবা হেক্-হেক থোকহল্লিবা অসিবু কম্নবা scientist শিংনা মাঙ্জোননা খঙ্দোক্কনা, থোক্কদৌরিবা মকম, শোক, তারিখনচিংবা মীয়ামদা খঙ্হনবদি ঙমদ্রে। য়াম্না চাওখৎলে হায়রিবা scientific যুগ অসিদা, অহিংবা জীব অমত্তা নাহন্নবা অমসুং শিহন্দবা ঙমদে, নত্রগা মদুগী converse তা, অহিংবা নত্তবা পোৎ অমবু, অহিংবা জীব ওন্হনবা ঙমদে। হায়বদি কনাগীসু মথা পোন্দনা, মশা মতোম্ তা নিঙ্বগী মতুঙ্ ইন্না, লেঙ্গে-লেঙ্লোয় তৌবা ঙম্বা অদুগুম্বা অহিংবা জীব অমত্তা, মীওইবনা শাবা ঙমদে। মীনা ঙম্বদি, হংনা লাইফদিবী লেঙ্হন্দুনা শান্নবঙম্বনি। (spirit is the basic field of creation and matter is created by spirit. Spirit is not created at a certain stage of material development.) Scientistশিংনা material atmosphere গী মনুংদা research তৌহুনা ফংলক্লিবা অনৌ-অনৌবা অহিংবা অমসুং হিংদবা পূম্নমকী মনুঙ্দসু, থাদোক্পা

সুকৃম্না য়াত্রবা মচি অমম্নুং মরু অমথক্তনি অমম্নুং চপ্ স্নু মায়ৈ হায়না খঙ্লক্লিবা অদু অতৈ কয়িমত্তা নত্তে, matter গী মমুঙ্দা spirit না, হায়বদি ব্রহ্মজ্যতিনা য়াওশিন্দুনা creation ওইহনবনি হায়না গীতাদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না ফোংদোক্লিবা অদুবুনি (গীতা ১৪৷৪)। য়াহৈ অমরোমদা philosophycally হায়রবদা, time, space and causation গী মমুঙ্দা ঈচেল অমথক্কা ওইনা one underlying unity না diversity গী মমুঙ্দা eternally লৈ হায়বনি। পৃথিবীগী তোঙান্ তোঙানবা মমিং খোল্লিবা সমুদ্র ময়াম ফাওবা পৃথিবীগী ঈশিংনা one underlying unity ওইনা শম্নহন্দুনা সমুদ্র অমথক্কা ওইহনবগুম্বনি। নত্রগা মী পুম্নমকী খম্নোয়নুংদা অতৎ-অথম লৈতনা নুংশিবগী ঈচেল অমনা চেন্দুনা (one underlying unity of love) ঈশ্বরগী খম্নোয় অদু পুম্নমকী খম্নোয় ওইহনবগুম্বনি। নত্রগ', ঐখোয়গী মীৎনা হৌজিক্মক উরিবা অমম্নুং উত্রবম্নু পূক্লিংনা লৈ হায়না খঙ্লিব', অহিংবা অমম্নুং হিংদবা অমত্তা মাম্নদব' পুম্নমক অসিগী মমুঙ্দ', কনামত্তা খঙ্হন্দনা অমম্নুং উহন্দনা লোত্তুনা লৈবগুম্না, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যাতিনা মরু ওইবা চপ্ মাম্নবা পোৎচং অমা ওইনা পুম্নমক্তা য়াওশিন্দুনা, পুম্নমক্তা হৌজিক্মক্ ওইরিবা ফীভম-মাতা অসি ওইহনবনি (গীতা ৭৷৬)। নত্রগা, অচৎ-চঙ পুম্বগী মাঙ্দবা মরু ওইনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না লৈ হায়বনি গীতা (৭৷১০)(১০৷৩৯)। নত্রগা, জগৎ সংসারগী মমুঙ্দা লৈবা অহিংবা অমম্নুং হিংদবা খুদিংমকী মমুঙ্দা খাদোক্পা সুকৃম্না য়াত্রবা most essential and common essence ওইবা underlying unity অমনা, ( হিংননবা শক্তি vital force অমনা ) কনামত্তা খঙ্হন্দনা লোত্তুনা লৈ হায়বনি— বৃহদ অরন্যকা উপনিষদ মন্ত্র ২৷৩ (৬), ৩৷৯ (২৬), ৪৷২ (৪), ৪৷৪ (২২), ৪৷৫ (১৫)। নত্রগা, লংঙুংদা মণি ময়াম লেংশিনবগুম্না, পুম্নমক অমত্তা চোয়খোক্হন্দনা (both spiritual and material না ওইবা universe of infinity পূমকোন কোনশিন্দুনা)

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না সর্ব্বব্যাপী ওইবা শক্তিনা, one underlying unity ওইনা লেংশিন্দুনা লৈ হায়বনি (গীতা ৭॥৭)। Scientist শিংনা material and scientific knowledge গী মথক্তা spiritual knowledge (ঈশ্বর তত্ত্বগী জ্ঞান—গীতা ৫॥১৬, সাত্ত্বিক জ্ঞান —গীতা ১৮॥২০, সাত্ত্বিক বুদ্ধি – গীতা ১৮॥৩০) য়াওশিন্দুনা, হায়বদি বেদ, বেদান্ত, উপনিষদ, গীতানচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্রগী য়াথল য়াওশিন্দুনা, অদুগুম্বা combined knowledge অদুনা professional research work, worship, prayer, meditation and love পুন্না চৎমিন্নহন্দুনা (গীতা ৮॥৭), ঈশ্বরগী dovetail loving service or god centred activity ওইনা থবক পুন্নমক তৌরবদি, (গীতা ৩॥৯), (৫॥১০), (১৮॥৪৬, ৫৭), মথক্তা হায়খ্রবা one underlying unity or Absolute Truth, or Absolute Reality, or Supreme soul, or Supreme Brahman or Supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু (বাসুদেববু গীতা ৭॥১৯) (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥১) মপুঙ ফানা খঙজবা, অমসুং জ্ঞানগী মিৎয়েংনা উজবা ফংগনি গীতা (৫॥১৬) (৬॥৩০)।

[" হৌজিক্কী মতমগী মীওইবনা, হীরম খুদিংমক্তা অবাৎ-অপা লৈত্রবা, অমসুং peace, prosperity and happiness ওইবা মীওইবা অপুনবগী সমাজ অমা পুরক্নপা পাম্মী। অদুগুম্বা অপাম্বা সমাজ অদু শেম্মনবগীদমক, grass root levelদা লৈদুনা খ্বায়দগী পীকখ্রবা মচৎ ওইবা পোৎচৎ অমা ওইদুনা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক্তা, a complete human life with full value অমমম্ ওইদবা য়াদ্রবনি। অদুগুম্বা মপুঙ ফাবা মীপুম খুদিংমক্কী পুন্সি মরেল অদু, spiritual knowledge না 75% অদুগা material knowledge না 25% ওইহন্নোরদবগী মরম করিপীগনো ? " ]

হৌজিক্কী মতমগী লাইরিক লাইস্নু হৈরবা নহারোল ইবুংঙো ইবে-ম্মশিংসি materialistic, socialistic, artistic and scientific technological development কী হীরমদা নিংখিজনা খঙ্লবা মী-ওইমক্তনি। ধর্মশাস্ত্রগী রাহৈরোমদা হায়রগা, physical, relative and sense world গী মফমগ্ দ' ওইবা knowledge (গীতা ১৮।২১,২২), নত্রগা time,space and causationগী মফুঙ্ ভদা ওইবা সংসারিক্কী knowledge, নত্রগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী স্বরূপ-নি হায়না খঙ্নবা ভাবনা শাবা অহিংবা universe of infinity গী (গীতা ১১।৪৭) শরুক ১/৪ না ওইবা (ইবুংঙোগী একপাদ বিভূতিনা ওইবা গীতা ১০।৪২) material atmosphere গী মফুঙ্ ভদা লৈবা knowledge, নত্রগা প্রকৃতিদগী থোকপা সত্তঃ, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুম্মা য়ান্শিন্নহুনা ওইখিবা পোৎশিংনা শুম্হৎলবা মীওইবগী knowledge হায়না খঙ্নবা (গীতা ৭।১৩, ১৪।৫) অহুম্বা knowledge অহুবু নিংখিজনা খঙ্লবা নহারোল ইবুংঙো ইংবম্মশিং ওৎক্তনি হায়বনি। ঈশ্বর তত্বগী জ্ঞান নত্রগা, সাত্বিক জ্ঞান হায়না খঙ্নবা (গীতা ৫।১৬, ১৮।২০) spiritual knowledge য়াওদবা material atmosphere গী মফুঙ্ ভদা লৈবা knowledge না practical ওইনা থবক্তা শিজিন্নহুনা, মীওইবগী পান্দম ওইনা থম্লিবা, হীরম থুদিংমক্তা অরাৎ-অপা লৈত্রবা, অমসুং peace,prosperity and happiness ওইবা, মীওইবা অপুনবগী সমাজ অমা পুরক্পা কৈদৌউৈদসু ঙমদে। ইতিহাসনা ঐখোয়দা খঙ্হল্লি, মহুদি United Nations Organisation (UNO) কৌবা পৃথিবীগী মী পুম্নমক্কী অক-লুংঙাই পুরক্কবা অমসুং nation পুম্নমক্কী activity পুম্নমকপু control তৌ-নবা central Authority অমা, হায়বদি one global family গুম্বা organisation অমা লেপ্রে। Science and technology গী মতেঙ্না world অসি single body গুম্বা অমা ওইহল্লে। হৌজিক্কী মতমগী economic system না লেপথুম্নগী অমসুং লল্লোন ইতিক্কী

হীরমদা nation অমগা nation অমগা মত্রী লৈনহন্দুনা, অমনা অমগী হিংননবা অমস্থং চাওখৎ-থোরাংগী মপান তাংনহন্দুনা, পুম্না হিংমিন্নবা অমস্থং চাওখৎমিন্নবস্থু ওইহল্লে। মতম-মতমগী অনৌ-অনৌবা intelec-tual idea অমস্থং art and cultural development পুম্নমক ওহাক লৈতনা radio দা, T.V. দা অমস্থং newspapers দা শন্দোক্কনা, মচুদগী হেন্দোক্প্রচুনা, অহৈ-অশিংশিংনা মশামক্না world tour তৌদুনা cultural and scientific programme কয়া অমা মীয়ামদা উৎতুনা মী পুম্নমক থঙ্‌মিন্নরে। অসিগুম্বা world গী ওইবা central orga-nisation অসি লৈন-লৈনা, অমদি art and science না চাওখৎলক্‌-পগী মতুঙ্‌ ইন্না খুদোংচাবা পুম্নমক ফংহন্দুনা, মীওইবা ঐখোয়বু হৌজিক্মক্ ফংহল্লিবা মুংঙাইবসি ফংদুনা পুন্সি লেল্লবা ফাওবদা, ঐখোয়গী পান্দম ওইনা থম্লিবা, হীরম খুদিংমক্তা অরাৎ-অপা লৈত্রবা, অমস্থং peace, prosperity and happiness ওইবা মীওইবগী সমাজ অমা ওইরে হায়বদুদি, হায়বা য়াজ্রি। মরমদি time, space and causa-tion গী রাংমদা ওইবা knowledge, নত্রগা ধর্ম্মগী রাহৈদা হায়রগা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী স্বরূপ-নি হায়না খঙ্‌নবা ভাবনা শাবা অহিংবা uni-verse of infinity গী শরুক ¾ না ওইবা (ত্রিপাদ বিভূতিনা ওইবা) ব্রহ্মসংহিতা ৫॥৪৪, ৪৯— গীতা (৮॥২০, ২১), (১৫॥৬) spiritual at-mosphere গী মফুঙ্‌ভদা লৈবা spiritual knowledge, নত্রগা spiritual consciousness, or soul, or life হায়বা অদুবু নিংথিজনা খঙ্‌লবা knowledge (ঈশ্বরতত্ত্বগী জ্ঞান গীতা ৫॥১৬, সাত্ত্বিক জ্ঞান গীতা ১৮॥২০) অদু রাংপদগী, nation অমগা nation অমগী মরক্তা চন্নাঙ্‌নবা থোক্হন্নবস্থু নত্তে। হায়বদি nation খুদিংমক্না মা-মাগী হৈশিংবা অমস্থং শক্তি তান্নবদগী nuclear or arms race হেনবা তান্নদুনা, মী খঙ্‌হন্দনা অনৌ-অনৌবা অয়োনবা খুৎজু-খুৎলায় পুথোক্ক-না মথোয় অদুবু পৈশিন্দুনা থম্জিন্নগা, nation অমনা nation অমগী

মথক্তা লান তৌননবগী শেম-শাহ্নুনা উংথংনহ্নুনা লৈনদবস্নু নত্তে। হীরম থুদিংমক্তা মা-মাগী nation-state কী কাম্ননবতা থম্মুনা, হায়বদি selfishness কী idea না মাঙ্ থাহ্নুনা nation অমগা nation অমগা হীরম থুদিংমক্তা competition তৌনহ্নুনা competitve world ওই-হন্দবস্নু নত্তে। মীওইবগী peace,properity and happiness পুরক্-বা U.N.O. গী দরকার ওইবা spiritual knowledge, নত্রগা spiritual consciousness or soul or life হায়বহু নিংথিজনা খঙ্লবা knowledge অহুদি, U.N.O. গী individual member ওইরীবা nation থুদিংমক্তা, অমস্নুং nation অহুগী মন্নুঙ্দা লৈবা মীপুম থুদিং-মক্তা পীগদবনি, অতৈনা পীগদবা নত্তে। মরম অসিনা, individual nation থুদিংমক্তা, অমস্নুং মহুগী মন্নুঙ্দা লৈবা মীপুম থুদিংমক্তা, one global family শুম্বা UNO গী দরকার ওইবা spiritual know-ledge অহু পীবা ঙম্ননবা, material and scientific knowledge গী মথক্তা, spiritual knowledge মপুঙ্ ফানা লৈহন্দবা য়াদে। ধর্মগী ম্নাহৈদা হায়রবদ', embodied human being ওইরীবা ঐখোয় মীওইবা পুম্নমক, মী অমমম্নি হায়না খঙ্নরীবা অসি অতৈ অমনা তৌবা নত্তে, spirit না হকচাং মন্নুঙ্দা লৈবননি spiritual touch in the material world or body ওইবননি (গীতা ১৪৷৩,৪)। তৌইগুম্বস্নুং মী অহুগী হকচাং মন্নুঙ্দা কনামত্তা খঙ্হন্দনা লোত্তুনা লৈরিবা spirit অহুগী, নত্রগা individual soul নত্রগা জিবাত্মা অহুগী মপুঙ্ ফাবা spiritual knowledge or consciousness অহুবু, surrounding materials and environments না কোয়শিন্বদগী অমস্নুং ফাজিন্-বদগী (প্রকৃতিদগী থোকপা সত্তঃ, রজঃ অমস্নুং তমঃ কোবা গুণশিংনা pure and perfectness ওইবা জীবাত্মাবু হকচাং মন্নুঙ্দা ফাবওম্না থম্বদগী —গীতা ১৪৷৫), মখোয়গী influence না শেমলক্পা material knowledge না ফাজিন — পুনশিন্থিবহ্নুনা মরম ওইহ্নুনা, মীহুগী

য়েলহৌবৈঙদগী হৌনা লৈজরক্লিবা মপুঙ্ ফাবা,spiritual knowledge অহুবু মপান্দা ফুদোক্হল্লে। য়াম্না শম্না হায়রবদা, মীহুগী spiritual knowledge গী percentage দগী material knowledge গী percentage না য়াম্না রাংনা লৈগ্রে। হকচাং লৈবা অহিংবা মী অমা ওইনবগীদমক, নত্রগা মীহুনা পোকলুপ্নিবা লমদম্ অহুগী standard of living থম্বা ওয়নবগীদমক (গীতা ৩।৮, ১৮।১১), material and scientific knowledge শিজিন্নহুনা মীহুনা হিংনলবগীদক্ essential ওইবা, অহুম্নদি ওইরগা selfishness কী মতৌ-মওং মানবা থবক মতৌ অহু তৌদবস্নু য়াদে। তৌইজম্নসুং অহুগুম্বা standard of living গী থাক্ অহুদগী হেনগৎপা থবক্ থৌওং পাঙ্থোক্পা মতমদা,selfishness কী idea থাদোক্নুনা, material and scientific knowledge গী মথক্তা spiritual knowledge মপুঙ্ ফানা য়াওশিন্নুনা, অহুগুম্বা combined knowledge অহুনা লোকসংগ্রহগী রাথল (গীতা ৩।২৫) অমসুং dovetail loving and devotional service of god or god centred activityগী রাথলগা লোয়ননা(গীতা ৫।১০,১৮।৪৬,৫৭), থবক পুম্নমক ঐথোয়না তৌদবা য়াজরবনি। য়াম্না শম্না হায়রবদা, মীহুনা হিংলিবৈঙেগী পুন্সিদা, রাথল থনবদা, রা ওাংবদা অমসুং থবক তৌবা থুদিং-মক্তা material knowledge, scientific knowledge and spiritual knowledge পুন্না চৎমিন্নহন্বা পুন্সি মরেন অমা ওইহন্দবা য়াজরবনি। (মতম লৈবা খিবিক্তা spiritual knowledge ওইবা কৃষ্ণ ঐতবু নিংশিঙু, অহুগা material and scientific knowledge ওইবা লাল শোক্নবা হায়বা নহাকী professional work অহুসু পাঙ্থোকউ —গীতা ৮।৭) মরমদি অহুগুম্বা পুন্সি মরেল অহুত্তনা, মীপুম থুদিংমক্তা complete human life with full value অমমম্ ওই-গনি। রাহৈ অমরোমদা হায়রগা, complete unit থুদিংমক্তা ওইরিবা কীতম মতা অহুমক্তা, মথোয় পুম্নমক্তা তিনশিন্নহুনা ওইহন্থিবা মপুম

অমখক্কা ওইবা absolute and complete whole অদুগী কীভম-মতা অদুদনুঃ, অদুম্মক্ ওইগদবনি । মরমদি complete unit খুদিংমক্ অদু অতৈ অমা নত্তে, absolute and complete whole অদুগী মচি অমস্নুং মচং মখৈ লৌখৎতুনা, মহাক্কী য়াম্না শমুক্তরবা অপিকপা মওং অমমম্ ওইনা (epitome) মীয়াম থঙ্ননবা মপান্দা উৎলবনি (থাই-দোক্কবা মপুম ওইরবস্নু, থরাইপান্‌বশিংদা থাইদোক্পগুম্না, absolute and complete whole ওইরিবা ইবুংঙো মহাক্না লৈ-গীতা১৩।১৬) । রাইহ্ অমরোমদা, scientific কী রাখলরোমদা হায়রগা, whole organic being অমগী unit খুদিংমক্কা মা-মাগী ওমুক্তবা শক্তিনা অমগ-অমগা মতেঙ্ পাংথিরদুনা, পুক্নপ হিংথিরবা, চাওখৎথিরবা অমস্নুং মুংঙাইথিরবা অদুগুম্বনি । মথক্তা হায়রব্রা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ভাবনা শাবা স্বরূপ-কী (universe of infinity গী ) মনুঙ্দা spiritual atmosphere না ( ত্রিপাদ বিভূতিনা ) 75% অদুগা material atmosphere না (একপাদ বিভূতিনা) 25% ওইবা অদুগুম্না, মীওইবগী পান্দম ওইনা থমলিবা, হীরম খুদিংমক্তা অরাং-অপা লৈত্রবা peace, prosperity and happiness ওইবা মীওইবগী অপুনবা সমাজ অমা পুরক্নবগীদমক্, one global family গী মতৌগুম্রবা UNO গী complete unit অমমম্ ওইরিবা individual nation খুদিংমকী রাখল থন্‌বদস্নু, রা-ঙাংবদস্নু অমস্নুং ভৌখোরক্পা থবক খুদিংমক্তস্নু অমস্নুং অদুদস্নু নত্তনা, nation খুদিংমকী মনুঙ্দা লৈতুনা মীওইবগী অপাম্বা সমাজ অদু শেম্বদা মরু ওইবা থৌদাং পুরিবনি হায়রবস্নু য়াবা, নত্রগা grass root level দা লৈতুনা সমাজ অদুগী খ্বায়দগী পীকপ্রবা মচি অমস্নুং মচং ওইবা পোৎচং অমা ওইতুনা য়াওরিবনি হায়রবস্নু য়াবা, অদুগুম্বা মীপুম খুদিংমকী হিংলিতৈগী পুন্সিদা, রাখল থন্‌বদস্নু, রা ঙাংবদস্নু অমস্নুং ভৌখোরক্পা থবক খুদিংমক্তস্নু,, spiritual knowledge না 75% অদুগা material knowledge না 25% ওইহল্লোরদবগী মরম করিগীনো ?

## ৩। Soul গী লম্থুংফম।

[ " Soul গী লম্থুংফম্দি liberation নি। মীওইবা হায়বা অসি, হকচাং অসি নত্তে, soul বুনি। মীওইবগী (soul গী) nature দি unlimited নি। পোকপদগী কাজিন্-পুনশিনহুনা limited লৈহল্লিবা অসি কোক্লবা, মীওইবনা (soul না) মতম পুম্নমক্তা nature গা লাল শোকনহুনা লৈ। প্রকৃতিনা soul বু control তৌবগুম্না উই, মত্তু অরানবনি। Soul না liberation ফংননবা, হকচাং অমদগী অতোপ্পা হকচাং অমদা trans-migrate তৌবা অড়বু, মীওইবগী পোকপা অমস্তুং শিবা হায়না খঙ্নৈ।" ]

ভারত্তা লৈবা জাতি খুদিংমক্কী মত্তা soul গী লম্থুংফম চপ্ মান্নৈ। মহাক্কী লম্থুংফম্দি মুক্তি হায়বা অসিনি। মীওইবা হায়বা অসি হকচাং অসিবু নত্তে, soul বুনি। মহাক্কী স্বভাবতি (nature দি) ওমথৈ লৈতবা, হায়বদি unlimited নি। ছৌজিক মহাকপু ফাজিন্দুনা, পুন্শিন্দুনা, অমস্তুং কোয়শিন্দুনা limited ওইহনবগুম্না তৌরিবা অসি (গীতা ১৪।৫), মহাক্কী স্বভাব নত্তে। মহাক্কী মহৌশাদগী লোয়নবকপা স্বভাব, হায়বদি unlimited and infinite ওইবা অসি ফংননবা হায়হুনা, মহাক্না মতম পুম্নমক্তা অতত্-অথম লৈতনা মহাকপু পুনশিল্লিবা, ফাজিল্লিবা অমস্তুং কোয়শিল্লিবা অসিগী মায়োক্তা লাল কল্লা শোক্লি(হায়বদি individual soulনা জগৎপু পুরি, হায়বদি function তৌহল্লি (গীতা ৭।৫)। ঐখোয়গী মপান্দা অমস্তুং অকোয়বদা মীৎনা উবিবা পুম্নমক অমস্তুং মীৎনা উজবস্তু পুক্নিংনা লৈ হায়না খঙ্লিবা পুম্নমক, অমস্তুং মখোয় পুম্নমক অসিগী combination ওইনস্তু, নত্রগা re-combination ওইনস্তু খঙ্হল্লিবা অমস্তুং ওইহল্লিবা পুম্নমক,হায়বদি

মীৎনা উরিবা পৃথিবী, নুমিৎ, থা, থবানমিচাক্কচিংবা, অদুগা মীওইবগী জাম্না থগ্ৎলিবা অচুম্বা-অয়ানবা, অকবা-কন্থবা, কপ্পা-নোকপা, হয়াওবা অরাবা পূম্নমক অসি মীওইবগী (soul গী) লমখুংকম নত্তে। মখোয় অসিদি soul না মহাক্কী মংহোৎপাগী ওইবা মপুঙ ফাবা মগুণশিং অদু বিকাশ তৌননবা হোৎনবদা, মাহৈ অমম্বোমদা হায়রগা, মীওইবা ঐখোয়গী (soul গী) infinite nature, নত্রগা unlimited nature অদু মোননবা হোৎনবদা, লম্বেলদা অথিংবা পীবনি। অতোপ্পা মওং অমদা অমুক হায়বা তাবদা, মখোয় অসিনা মীওইবগী experience ফংহল্ল-বগী মওংদা জ্ঞান থম্না থম্না তাহনবনি। হায়বদি, প্রকৃতিগী influence না শেমলকপা material knowledge না মরম ওইদুনা, মীওইবনা সংসারিকী ওইবা অরাবা অমম্বুং ফুংঙাইবা experience ফংদুনা জ্ঞান থম্না থম্না মখোয়দা তাহন্‌বনি (গীতা ১৩।২০)। ঐখোয়না খল্লি, প্রকৃতিনা (nature না) মাগী মথাদা soul বু control তৌদুনা লৈরি। মদু অয়ানবা য়াখলনি। Soul না মপুঙ ফানা মাগী মগুণশিং অদু (purity and perfectness অদু) বিকাশ তৌনবা হোৎনরিবৈ মনুঙ অসিদা, হায়বদি soulনা liberation ফংজিনবগী মথাঙদা, প্রকৃতিনা(natureনা) মাবু control তৌদুনা থম্বা ওম্না, ঐখোয়না উই অমম্বুং খল্লি। Soul না মপুঙ ফানা মহাক্কী মগুণশিং অদু বিকাশ তৌবা ঙমলক্রবা মতম অদুদা (মীওইবনা জীব পূম্নমক্কী মনুঙদগী মপান্দগী soul না লৈ হায়না (গীতা ১৩।১৫) থগ্ৎলক্রবা মতম অদুদা), নত্রগা মীওইবনা মহাক্কী unlimited ওইবা স্বভাব অদুবু ফংজবা ঙমলকপদা, মী অদুদা প্রকৃতিগী law না মনুঙদগী মপান্দগী পুন্দুনা থম্বা ঙমজে (গীতা ২।১৭)। মসিনি soul গী লমখুংকম (goal)। লমখুংকম অসি ফংননবা হোৎনবদা, লমথাংদা থেংনরিবা experience পূম্নমক অসি পোকপা, শিবা হায়বা অসিনা মহৎ শিল্লি (গীতা ১৩।২১)। হায়বদি soul না মথা হুম্বা হকচাং (lower species or life) অমদা চংলগা মহাক্কী মগুণশিং অদু বিকাশ

তৌনবা হোৎনৈ (গীতা ১৪৷৩)। মতুদা ওমত্রগা, মতু থাদোক্নুনা অরাংবা থাক্কী হকচাং অমদা (higher species or life) চঙ্‌দুনা মহাক্কী মগুণশিং অতু বিকাশ তৌননবা হোৎনৈ (গীতা ১৪৷৪)। মতুদস্তু লোয়না বিকাশ তৌবা ওমত্রগা, মতুদগী হেনবা অরাংবা থাক্কী হকচাং অমদা চংই। অসুম হায়না তৌবা অসিবু transmigration of soul, নত্রগা মীওইবনচিংবা জীবশিংগী পোকপা অমস্তুং শিবা হায়বা অতুনি (গীতা ২৷২২)। অসুম হায়না মথা হুন্দবা থাক্কী হকচাংদগী মথক থংবা থাক্কী হকচাংদা চঙ্‌দুনা soul না মহাক্কী মগুণশিং অতু মপুঙ্‌ ফানা বিকাশ তৌবা ওমলকপদা, মী নত্রগা individual soul অতু মুক্তি (free নত্রগা liberation) ফংবা হায়বা হৌতু ওইরে। হায়বদি জীব পূরষকী মনুঙ্‌দস্তু মপান্দস্তু soul লৈ হায়না (গীতা ১৩৷১৫) খঙ্‌লবা মী, নত্রগা ঈশ্বরতত্বগী জ্ঞান না অজ্ঞানবু মাঙ্‌হন্নদুনা (গীতা ৫৷১৬) ঈশ্বরবু মপুঙ্‌ ফানা খঙ্‌লবা মী (self realised person) হায়বতু ওইরে। অতুওম্বগী কীভম অতু soul গী লমথুংফম্নি।

[ "Soul দি all-pervasive নি। মরম অতুনা, soul না হকচাং অমদগী মপান থোকখিবা নত্রগা চঙলকপা হায়বা লৈতে। মসিগী থাক্সেংশংনা তৌরিবা মঙং-মতৌ শুপায়না খঙ্‌হনবা। soul গী nature দি মাগী হাম্না লৈজবা মপুঙ্‌ ফাবা মগুণশিং অদু বিকাশ তৌবতনি।"]

হৌজিক থম্নবা মাবা হীরম অমনা, soul না spirit ওইবা মরম্না, মফম খুদিংদা শীনবা থুংনা লৈ (all pervasiveness)। অতুগা মহাক অসি infinite স্রু ওইরে (গীতা ২৷১৭, ১৩৷৩২)। অতু ওইরবদি, soul না হকচাং অমদগী অতোপ্পা হকচাং অমদা চঙ্‌ই হায়বা অসিগী meaning করিনো? মসিগী মাথলদি অসিনি— soul দি চঙ্‌লকপাস্তু, চংথিবস্তু মুকলৈ লৈতে। অমংবোমদা হায়রগা, soul দি পোকপা

শিবা লৈতে। মফম খুদিংদা শিনবা থুংনা লৈবনা, করম হায়না অমুক পোক্লক্লদৌরিবনো, লৈরক্লদৌরিবনো ? Soul না হকচাং মন্নুঙ্দা লৈ হায়বা অসিস্থু meaning য়াওদবা রাখলনি। ঙমখৈ লৈতবা (unlimited) অমনা, ঙমখৈ লৈবা অহাঙ্বা অপা অমদা (a limited space) করম হায়না লৈগদৌরিব:না ? ঐখোয়না উরিবা অভিন্না অহাঙ্বা অসি মুন্না থান্নুরবদি, ঙমখৈ লৈ। অতুনা মতুগী মন্নুঙ্দা soul না লৈবা য়াদে। soul না লৈবগী মওং মতৌ অসি অস্থুম হায়ন প্রমাণ তৌরম্মী। কনাগুম্বা মী অমনা লাইরিক পারে। মানা চেনা অমা পাবা লোয়রগা, চেনা অদু হাংদোক্লুনা অতোপ্পা চেনা অমা পাবা হৌই। অস্থুম হায়না মী অতুনা লাইরিক অতুগী চেনা মথং মথং পারি। মানা পাবা লোয়রুনা হাংদোক্প্রবা চেনা পুম্নমক্ অদু লাইরিক্নি। মরম অসিনা হাংদোক্প্রিবা, নত্রগা লেঙ্লিবদি চেনানি, লাইরিক্নি,পারিবা মী মহাক্তি নত্তে। মী অতুদি হায়গী মফম অতুদা লেঙ্দনা অতুম্মক লৈ। soul না তৌরিবস্থু অতুগুম্বগী নমুনানি। ঐখোয়না হৌজিক লৈরিবা জীভম-মতা অমস্থুং উরিবা পুম্নমক অসি লাইরিক্তি, মখোয় অতুবু soul না পারিবনি। মী খুদিংগী নত্রগা জীব খুদিংমক্তী পুন্সি অসিস্থু লাইরিক্তী চেনা অমগুম্বনি। লাইরিক্তী চেনা খুদিং পাবা লোয়রগা, মথং মথং হাংদোক্লুনা লাইরিক মপুম অদু লোয়না পাত্রিবা ফাওবা হাংদোক্পগুম্বা, natureগী লৈরিবা experience পুম্নমক অসি লোয়না খঙ্ত্রিবা ফাওবা, রাইহৈ অমরোমদা হায়রগা, soul না মহাক্তী মপূঙ্ ফাবা মগুণ পুম্নমক (pure and perfectness) বিকাশ (manifest) তৌবা লোয়ত্রিবা ফাওবা, পুন্সি অমদগী পুন্সি অমদা, হায়বদি হকচাং অমদগী হকচাং অমদা (from one species or life to another species or life), মহাক্তী মগুণ বিকাশ তৌই। soul দি তৌরিবা থবক পুম্নমক অসিদা, লাইরিক পারিবা মী অতুনা লেঙ্দবগুম্বা স্নুক্লেঙ্ লেঙ্দে, পোক্পা শিবা লৈতে (গীতা ২৷২০)। মহাক্তী থবক্ হায়ববু, মহাক্তী হায়রা লৈজবা

মপুঙ্ ফাবা মগুণশিং অহুতবু (pure and perfectness অহুতবু) বিকাশ তৌবতনি। পোকপা, শিবা মায়রিবদি লাইরিকী চেনাগুম্বা হকচাং অহুতনি (গীতা ২৷৷২২)। অহুবু ঐখোয়না রাথন থেন্‌বদগী, মুমিৎকী অকোয়বদা পৃথিবীনা চৎলি হায়বা অসি থঙ্‌না থঙ্‌না, মুমিৎ-না চৎপদৌনা উরিবা অমস্তুং খল্লিবা অসিগুম্না, ঐখোয় অসি শিরি অমস্তুং পোকলি হায়না নিঙ্‌লি। soul না লৈতবা মফম লৈত্রা (গীতা ২৷৷২৪)? কদায়দা অমুক চৎপা হায়বা অহু ওইগদৌরিবনো? মাগী চৎফম ক্রগা অমা অমুক্ লৈতে।

[ "Evolution গী process তা soul দি হোংদে, হোংলি-বদি প্রকৃতিনি। মসিগী মরমদা শুগায়না থঙ্‌হনবা। Transmigration of soul লৈত্রবা মতমদা individual soul লৈথ্‌রোই, universal soul তমক্ লৈগনি। মীগী পুক্নিং থাক্ থাক্ নায়না শেংলক্‌পস্তু evolution গী process চঙ্‌ই।"]

হৌজিক theory অসি প্রকৃতিগী মওং হোংদোক্‌পা, হায়বদি হক-চাং মওং অমদগী অতোপ্পা হকচাং মওং অমদা ওম্বোক্‌পা (evolution of nature) অমস্তুং soul গী বিকাশ তৌবগী (manifestation) য়াফমদা সাক্লে। Evolution গী process, হায়বদি মথা হস্থবা হক-চাংদগী অরাংবা থাক্কী হকচাং ওল্লক্‌পা হায়বা অসিদা, soul দি হায়া লৈরম্লিবা কীতমদগী করিমত্তা কায়দে, হোংদে। হোংলিবদি, হকচাংনি, প্রকৃতিনি (nature নি)। প্রকৃতিনা অরাংবা থাক্তা অস্তুম অস্তুম মওং হোংলকপদা, soul গী গুণশিং অহু হেল্লা-হেল্লা বিকাশ (manifest) তৌবা হেল্লকই। মসিগী প্রমাণ অস্তুম হায়না তৌই। ঐখোয়গী মাঙ্‌দা মথুন্ মচা অমা ফাৎপা screen অমা লৈরে হায়না খল্লসি। screen অহুগী মতুঙ্‌দা ফজরবা scenery লৈ হায়না খল্লসি। মথুন অহোবা অহুদা য়েংথদা,মীৎনা উবা ফংবা scenery খরদং ঐখোয়না উবা ফংগনি। অহোবা মথুন অহুনা হেল্লা-হেল্লা লাওথোক্‌পা হেল্লক্‌পগী মতুঙ্ ইন্না,

scenery উবগী চাংস্থ হেল্লকনি। Screen অদু পুমনো লোথোক্থিবা মতমদা, ঐনা scenery পুম্নমক উবা ঙংগনি। মতম অদুদা ঐগা scenery গা কয়ি খেন্নবা লৈগিবগে ? ঐনা পুম্নমক অদু ওইরবনি (I am the whole of it.) মরম অসিনা, soul দি হোংদোক্তে, হোংদোক্লিবদি screen নি। Soul দি হোংদোক্পা য়াত্রবা, শিবা লৈত্রবা খ্বায়দগী শেংলবা অদুগা মতম পুম্নমক্তা পুক্তা তৌনবগী মশক ওইবা অমনি (গীতা ২৷১৮)। মতাং অসিদা screen গী অহোবা মখুন্ অম্নম-অম্নম লাওথোক্লকপগা,evolutionগী process তা মখা হন্থবা হকচাংগী মওংদগী, অরাংবা থাক্কী হকচাংদা মওং হোংদোক্পগা চাংদয়ে। অহোবা মখুন অদুমা লাওথোক্পগী থবক লোইথিদুনা screen মাঙ্খিবগুম্না, evolution গী process তা খ্বায়দগী রাংলবা থাক্কী হকচাং য়োৱক্লবা মতমদা. evolution লৈররোই, হায়বদি transmigration of soul হায়বা অদু লৈররোই। মী অদুগী individual soul স্থ লৈপ্ররোই। Scenery অদুবু য়েংলিবা মী অদুগা scenery গা অমত্তা ওইথিবগুম্না, universal soul ভমক্ লৈগনি (গীতা ২৷১৭)।

রাখল অময়োম্দা অমুক হায়রগা, screen অদুগা মীওইবগী mind গা compare তৌবা য়াই। Screen গী অহোবা মখুন অদুনা খয়া-খরা লাওথোক্লকপগা, পুক্নিংনা খরা-খরা হেন্না শেংলক্পগা চাংদয়ে। মসিগী মতুঙ্দা evolution গী process স্থ চঙ্ই। পুক্নিং শেংবা হায়বা অসি হৌজিক্ তৌজিক্ মপোক্ অসিদা শেংলক্লিবা অসিদস্থ নত্তে। অতোপ্পা জীবদগী মতুং লৈবা মীগুম্বা জীবদনা পুক্নিং ফবা, শেংবা হেনশেংলকপা অদুবুস্থনি। অম্নম হায়না অরাংবা থাক্কী মপোক, হায়বদি ভক্ত, বৈষ্ণব, স্বামী, ঋষি, জ্ঞানী, demigod কুম্বা মপোক্তা, evolution process না মরম ওইদুনা পোক্লগা, পুক্নিং শেংজবা মতমদা, soul না মহাক্কী মতুংশিং অদু নিংথিজনা বিকাশ (manifest) তৌবা ঙম্মী। পুক্নিংদু মতুঙ্ কাক্না লুরবদি অরাবা পুম্নমক কোক্তুনা, হায়বদি

প্রকৃতিদগী থোকপা সত্ত্বঃ, রজঃ অমসুং তমঃ কৌবা গুণশিংনা (three modes of material nature-goodness, passion and ignorance না) individual soul বু (জীবাত্মাবু) কাজিন্নুনা খবগুম তৌরম্বা (গীতা ১৪।৫) অদুগুম্বা অরাবা অদুদগী কোক্নুনা, মীচু থীন্দ নমক নৈত্তারকই (গীতা ২।৬৫) হায়রবদি মুক্তি ফংই। মাম্না শম্না হায়রবদা, মীচুগী পূক্নিং অদু মপুঙ্ ফানা শেংলবদি, soul গী purity and perfectness অদু মপুঙ্ ফানা বিকাশ তৌরুনা individual soul নৈত্রবোই, universal soul ভমক্ নৈত্রগনি (গীতা ২।১৭)।

[" জীব থুদিংমক্তা নৈরাবা soul পুম্নমক মতিক মগুণ চপ্ মাত্রে, অদুমনদি ওইরবদা, তান কাওক্না মাগী মগুণ থক্তি-ক্তমক্ manifest তৌই, অদুগা মীদনা য়ামনা তৌই। Manifestation গী চাং মান্নদে।"]

মমৈথঙ্দা theory অসিনা ঐথোয়দা থঙ্হল্লি, মহুদি থরায় পানবা জীব থুদিংমক্তা নৈরিবা soul গী মতিক মগুণ (purity and perfectness) চপ্ মাত্রে। হায়রবদি খ্বায়দগী হেন্না মতিক মগুণ নৈ-প্রবা মীদগী, খ্বায়দগী হেন্না তোল্লবা অমদি ফত্তবা মী ফাওবদা, অদু নত্রগা, খ্বায়দগী হেনবা মপোক্কি হায়না থল্লিবা মীওইবগী মপোক্তগী; খ্বায়দগী হেন্না তোনপ্রবা তান, কৌজেং ফাওবগী মপোক্তা নৈরিবা soul পুম্নমক্তী মগুণ চপ্ মান্নবা মপুঙ্ ফাই (perfect), শেংই (pure) অমসুং infinite and ever-blessed নি। শম্না হায়রবদা, হকচাং পানবা জীব থুদিংদা নৈবা soul পুম্নমক অসি চপ্ মাত্রে, করিমত্তা থেন্নদে। হায়রবদি conditined world গী মনুঙ্দা নৈবা অকিংবা জীব পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী সনাতন ওইবা অংশনা জীব ওইবা মরম্না (eternal fragmental parts of shri Krishna Bhagavan ওইবা মরম্না), গীতা (১৫।৭) চপ মাত্রে, করিমত্তা থেন্নদে। অদুমদি

ওইরগা, জীল-কাণ্ড্দা লৈবা soul না মাগী মতিক মগুণগী মচেৎ খজিক্কং মপাঙ্কা উৎপা ওস্মী। অদুগা অকবা মীদা লৈবা soul না মাগী মতিক মগুণ য়াম্না মপাঙ্কা উৎপা ওস্মী। মরম অসিনা থেম্নরিবা হায়রবদু, soul গী মগুণশিং অদু বিকাশ ওৌবদা (manifest) য়াম্বা য়ামদ্রবগী degree অদুতনি। জীব খুদিংদা soul না pure and perfect ওইনা চপ্ মান্ননা লৈ।

[ ঐখোয়গী জগৎ-সংসার অসি sense world নি। Unobstructed sense-enjoyment লৈগদবা ভাবনা শাবা মকম অদুবু স্বর্গনি হায়না, sense enjoyment পু পাম্বা মীনা খল্লি। অপঙ্বা মীনা মানা পামজরীবা unlimited sense gratification বু limited ওইবা মাপী রাখলগী স্বর্গ অমদা, ফংননবা হোৎনৈ।"]

মভাঙ্ অসিদা মীনা ঙাংনবা স্বর্গনচিংবা মফমগী রা পন্বা য়াই। হায়রীবা মুংঙাইবা মফম্শিং অসি ভাবনা শাবা হুম্বা রাখলগী রানি। ময়ামগী মুংঙাইনকম ওইবা মকম অমা খল্লুবদগী, স্বর্গগী রাখল অসি থোক্লকপনি (গীতা ২।৪২)। ঐখোয়না পঙ্বদগী হৌজিক্-হৌজিক ঐখোয়দা লৈজরীবা intelligence and experience অসিনা, জগৎ সংসার পুল্লপ অসিবু (both material and spiritual world) ওম্থৈ লৈহন্বা পাম্মী। অঙাংশিংনা খল্লি, জগৎ সংসার অসি অঙাংশিংনা পীক্ খল্লী। অঙাওবনা খল্লী, জগৎ সংসার অসি অঙাওবা মখোয়গুম্বা লাংনা পীক্ খল্লী। অদুগুমক্না রাখল, লমচৎ-শাজৎ, রাঙাং-শ্যাঙাং, চাবা-থক্পা, সংসারিকী মুংঙাইবা পাম্বা, মান্ন-মান্নবা কাংবু-কাংবুনা মা-মাগী অপাম্বগী মতুঙ্ ইন্না, সিমানা লৈবা মখোয়না পামলিবা অদুগুম্না জগৎ সংসার অমা লৈ হায়না মপুক্লিংদা নিঙ্জৈ। অদুগুম্বা জগৎ সংসার অদু মখোয়গী স্বর্গনি, লমথুংফমলি অমক্তং মদু

ফংগনি হায়বগী য়াথলদা মখোয়না থবক্ তৌজৈ অমসুং নিঙ্‌জৈ (গীতা ১৬॥১১-১২)। মময় অসিনা, rationality দি থজিত্তুং য়াওজবা, animality না য়াম্না হেন্না য়াওবা, মখোয়গী life ভদি, হায়বদি শা-শা মীগা য়াম্না থেন্নদবা, পুন্সি অসি লেৎপা-চাবা-থক্পা অমুগা sense-enjoyment and sense-gratification না মপুঙ্‌ ফি হায়না থন্বা অদুগুম্বা মী কাঙ্‌বু অদুদদি, মখোয়সু মপুন্সি ভেল্লি হায়রসিদি থঙ্‌জক-নিনা, অমসুং হৌজিকৌ মখোয়না ফংলিবা নুংঙাইবা অসিনা মখোয়গী মপুঙ্‌ ফানা পেন্‌বা হায়বা অদু ওইদবনিনা, মসিদগী হেন্না নুংঙাইবা মফম অমা থিবা মশানা ভাবনি। মখোয়না পাম্জরিবা নুংঙাইবা অসি সীমানা লৈতে। মময় অদুনা, মখোয়না unobstructed sense-enjoyment and sense gratification লৈবা মফম ফংনবা হোৎনৈ (গীতা ১৬॥১১)। অদুগুম্বা মফম অমা থেংনরবদি, মখোয়না মফম অদুদা চৎতুনা লৈরক্ই অমসুং নুংঙাইজরক্ই। মদুনসু মখোয়দা মপুঙ্‌ ফানা পেনহন্‌বদি ওমদবনিনা, মদুদগী হেনবা নুংঙাইবা মফম য়াথম্না থল্লি অমসুং মমঙ্‌দা মঙ্‌ই। অদুগুম্বা মফমশিং অদু মখোয়গী স্বর্গনি। মঙ্‌ অমগী মথংদা মঙ্‌ অমা, স্বর্গ অমগী মথংদা অতোপ্পা স্বর্গ অমা, লোয়বা নায়দনা মখোয়না অসুম থন্‌গনি। অসুম তৌদুনা অপঙ্‌বা মীশিংনা মখোয়না পাম্জরীবা unlimited desire অমসুং unlimited sense gratification বু limited ওইবা মখোয়গী স্বর্গ অমদা ফংননবা হোৎনৈ (গীতা ১৬॥১২-১৬)

[" Infinite and Omnipresent ওইবা soul না soul ময়াম ওইনা কৈদৌঙৈদসু লৈবা য়াদে। Soul অমথক্তনি, অদুসু ময়াম ওইনা লৈবদোনা ঐখোয়দা থল্‌হল্লিবা অসি মতৌ করম হায়না তৌরিবনো, মদুগী মরম শুপাশা থঙ্‌হল্‌বা। Individual soul পুমনমক অমথক্তনি, অদুগুম্বা অমা অদু ঈশ্বর নত্রগা one Reality নত্রগা Truth নি হায়না থঙৈ।"]

Theory অসিদগী soul গী মরমদা অতোপ্পা ৱাখল অমা অমুক থোরক্লে। Soul দি pure, perfect, unchangeable and immortal নি হায়খ্রে (গীতা ২।১৮)। অদুবু soul খুদিংমক infinite and omnipresent ওইরবদা (গীতা ২।২৪), করম হায়না soul মরাম লৈবা য়াগদৌরিবনো ? Infinite ওইরবদি মরাম লৈবা য়াদে। মরামদগী হেন্দোকপ্রদুনা, অনি ফাওবা লৈবা য়াদে। Finite অনি লৈবা তাৱবদি, অমনা অমবু limit লৈহল্লে, অদুনা অনিমক finite ওইরে। Infinite তি অমদগী হেল্লা লৈবা য়াদে (গীতা ২।১৭)। অদুনা মসিগী last conclusion দি—It is but one and not two—"একমেবাদ্বিতীয়ং ব্রহ্ম নেহ নানাস্তি কিঞ্চন—The Brahman, the one without a second, alone exists, nothing manifold exists in the world." সত্যমেব জয়তে নানৃতম, সত্যেন পন্থা বিততো দেবয়ান :—Truth alone triumphs not false-hood. Through truth alone lies the path of Devayan." মসিগী প্রমাণ তৌবা ওইনা উচেক অনিগী ৱারী (এনা ইজবা লাইনিং লম্বেল System and path of Religion Vol. I লামায় ৮৮-৯০) য়েংবিয়ু।

———

# ৪। প্রকৃতি অমসুং মী।

[ "ঐখোয়গী মীৎনা পোৎশক নায়না উরিবা খরা অসিতবু nature নি হায়না খল্লি, অদুগা mind বুদি nature গী মনুঙ. চন্দবগুম ত্তোই । মসি অরানবা বাখলনি। Mind সু freedom of will সু nature গী মনুঙ. চল্লি হায়বগী মরমদা শুগাইনা খঙ.হনবা ।"]

Universe কী শরুক খরা physical plane গী মনুঙ্দা ঐখোয়দা উহল্লিবা অসিতবু প্রকৃতিনি (nature নি) হায়না হৌজিক্কী মতমদা ঐখোয়না খল্লি। মীওইবগী mind বুদি nature গী মনুঙ্ চন্দবগুম ত্তোই।

Mind দগী freedom of will থোরক্পনি, হায়বদি —"ঐনা খল্লিংবা রাখল অমা থুশিদা খনবা য়াই" হায়বা অসি mind দগী থোরক্পনি। Freedom of will বু অচুম্বনি হায়বা য়াননবা, philosopher শিংনা mind বু nature গী মনুঙ্ চল্হন্দে। মরমদি মখোয়না খল্লি, মতুদি nature অসি law গী মখা পোল্লি। করিগুম্বা mind না nature গী মনুঙ্ চনগ্রবদি, mind অসি law গী মখা পোনবা তাগ্রে। অদুম ত্তোগ্রবদি "freedom of will" গী doctrine অসি চুমহন্দবা তাগদৌরি।

ভারতগী philosopher শিংনা চুম্নে হায়না য়ানরবা রাক্মি, মতুদি ঐখোয়না মীৎনা উরিবা অমসুং খীৎনা উক্রবমু পুক্লিংনা লৈ হায়না খঙ্জিবা অহিংবা অমসুং হিংদবা পোৎ পুম্নমক, mind অমসুং external nature — পুম্নমক অসি অমথক্তা ওইবা law গী মখা পোন্নবনি। Mind না law গী মখা পোক্রবদি, হায়বদি ঐখোয়না হৌজিক খল্লিবা

রাখল অসি, হায়া খল্লবা রাখলগী মখা চৎথয়কৃপা result নত্রবদি, অমসুং হৌজিক্-হৌজিক্ ঐথোয়না খল্লিবা রাখল অসিনা, মখা অমুক খম্নবগী মচাক্ নত্রবদি, অদুগুম্বা রাখল অদুবু থোক্হল্লিবা mind অদু মরম চাদবনি (irrational নি)। মরম অসি লৈবনা, mind অসি law of causation গী মখা পোল্লি। অদুগা "freedom of will"সু mind দগী ওইরকৃপা থৌওংনিনা, মাসু law of causation গী মখা পোল্লি। শয়া হায়রবদা, "freedom of will" সু mind সু law of causation গী মখা পোল্লি।

Law হায়বা অসিমক, cause and effect তগী ওইরকৃপনি। মরমদি হৌজিক্মক ওইরক্লিবা থবক অসি, হৌখিবদা থোক্খিবা থবক্তগী ওইরকৃপনি। হৌজিকী থবক অসিনা অমুক হন্না তুংগী ওইরকদৌরিবা থবকী মচাক অমা ওইগদৌরিবনি। রাহৈ অমরোমদা হায়রবদা, পোক্লবদি শিগদবনি, হায়না থাজবা মী অদুনা (গীতা ২॥২৭), হায়বদি হকচাংতনা মাঙ্বা (শিবা) নায়বনি, জিবাত্মাদি শিবা লৈতে গীতা (১৫॥৭), মাদি হকচাং অমদগী অতোপ্পা হকচাং অমদা হোংদোক হোংজিন তৌবতনি (transmigration of soul) হায়না থাজবা মী অদুনা (গীতা ২॥২২), হৌখিবা মপোক্কী পুন্সিদুগী মনুঙ্দা মানা পামজনা তৌখিবা কর্ম্ম অদুনা cause ওইদুনা, হৌজিকী মপোক অসিদা মানা ওইরিবা কীভম-মতা অসিনা effect অমুক ওইরিবনি। অদুগা হৌজিকী মপোক্কী পুন্সি মনুঙ্ অসিদা মানা পামজনা তৌরিবা কর্ম্ম অসিনা cause অমুক ওইদুনা,মীদুগী তুংগী মপোক্কী কীভম-মতা(effect)ওইগদৌরিবনি। অসিগুম্বা শোয়কজবা রাফম অসিবু য়ায়া তেল্লবা রাহৈ থয়দংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদা ফোংদোক্লি, মদুদি —"মী অদুনা হিংলিঙৈদা তত্তনা নীংজয়কৃপা অদু মহাক্না শিয়মদাইদা নীংশিংই। শিয়মদাইদা নীংখিবা য়ায়া পামজবা মওং অদুম্মক শিয়গা ফংলুই (গীতা ৮॥৬)"। হায়বদি cause দগী effect ওইরকই, effect অদুনা অমুক cause ওইরক্লুনা, মদুদগী effect অমুক

ওইরকই। অস্নুম হায়না cause and effect কী লোইবা নায়দনা চম্বরকপা মরী মরী শম্নবা law অসি nature গী মনুঙ্‌দনি। হায়বদি পোকপা শিবা হায়বা(গীতা ২॥২৭)অমস্নুং জগৎ সংসারগী অচৎ-চম্ত পুম্নমকী অতৎপা লৈতনা অমস্নুং eternal ওইনা অমুক্ লৈহল্লকপা (কোংদোক্‌পা) অমুক্ মাঙ্‌হন্‌বা (কোংদোক্কবা) তৌদুনা (গীতা ৮॥১৮) অদুম্মক কোইরৈ লৈদুনা লৈরিবা চক্রসি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী প্রকৃতিগী (natureগী) মনুঙ্‌দনি-গীতা (৭॥৬) (৯॥১০)। মরম পুম্নমক অসিনা, mind স্নু "freedom of will" স্নু nature গী মখা পোন্‌বনি। অদুবু ঐখোয় পুম্নমক্না খল্লি, মদুদি ঐখোয় পুম্নমক free নি। মরমদি ঐখোয় free নত্রবদি, life কী meaning করিনো? অদুগা ঐখোয় হিংবগী করি কাম্নরিবনো? "ঐখোয়" হায়বা রাহৈ অসি, individual soul শিংস্নু মপাম্থোংগী হকচাংশিংস্নু, পুল্লপ পূল্লগা শেম্নখিবা রাহৈনি। হকচাংশিংদি free ওইবা নত্তে, individual soul শিংতনা free ওইবনি (গীতা ২॥১৮)। অস্নুম তৌদুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অংশনা ওইবা শিবা লৈত্রবা জীবাত্মাগা (গীতা ১৫॥৭) শিবা নাম্নবা হকচাংগা (গীতা ২॥১৮) তোঙান্ তোঙান্‌বা পোৎশক অনিনি হায়না সাত্ত্বিক জ্ঞানগী মিৎয়েংনা (গীতা ১৮॥২০) অনি থোক্না ঐখোয়না খন্‌গদবনি।

[ "Mind, matter and will পুম্নমক অসি time, space and causation গী মখা পোল্লি। Nature দি homogeneous নি। জগৎ সংসারদা উরিবা পুম্নমক one-ness of life নি, তোঙান-তোঙান্‌বা ওইনা manifest তৌবগী বাতনি। matter গা mind গস্নু অমত্তা ওইবগুম তৌই, digree of vibration খেন্নবগী বাতনি। মসিগী মরমদা শুগায়না খঙ্‌হন্‌বা।"]

Eastern pholosopher শিংগী doctrine অমা ওইনা য়ানরবা রাকম্নি, মদুদি mind স্নু will স্নু time, space and causation গী মনুঙ্‌দনি। মরম অসিনা, মখোয় অসি law of causation গী মখা

পোল্লি। ঐখোয়না হৌজিক খল্লিবা রাখল, অমস্তুং হান্না খল্লস্বা রাখল পুন্নমক, timeগী মনুঙ্‌দনি। অদুগা অরৈবনি হায়না খঙ্‌লিবা পোৎশক্ পুন্নমক, time and space কী মনুঙ্‌দনি। মরম অদুনা, পুন্নমক অসি law of causation গী মখা পোল্লি।

ঐখোয়না matter অমস্তুং mind হায়দুনা পোৎশক অনিখোক্তা লৈ হায়না খল্লুরিবা অসি, মুন্না থিজিল্লুরবদি, পোৎশক অমথক্তনি। মসিদা খেন্নরিবা হায়ববু, পোৎশক অনি অসিগী degree of vibration খেন্নবা অদুতনি। হায়বদি পোৎশক অনি অসিগী হুঙ্গৎ-হুন্দা লেপ্পা নায়দনা থুনা থুনা লেঙ্‌-খোৎপা, অদুগুম্বা অদুগী চাং খেন্নবা অদুতনি। Mind না মাগী vibration অদু য়াম্না তপ্লবা মতমদা, ঐখোয়না matter নি হায়না খঙ্‌নৈ। Matter দি law of causation গী মখা পোল্লি। Matter না high rate of vibration ওইরবা কান্দদা mind ওইবনিনা, mind সু law of causation গী মখা পোল্লি।

Nature দি homogeneous নি, হায়বদি জগৎ সংসারদা উরিবা অহিংবা অমস্তুং হিংদবা পুন্নমকী মনুঙ্‌ ফাওনা ঈচেল অমথক্তা ওইনা self, নত্রগা one-ness of life, নত্রগা unity of consciousness লৈ হায়বনি, (গীতা ৭।।৬,৭)। তোঙান্‌-তোঙান্‌বা অহিংবা জীব ময়াম ওইনা ঐখোয়দা উহল্লিবা অসিবু differentiation হায়না খঙ্‌নৈ। শন্না হায়রবদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না য়েংশিন্‌বা মপু অধ্যক্ষ ওইদুনা প্রকৃতি কৌবী অসিনা (nature না) অচৎপা চত্তবা পুন্নমক শেম্বনি (গীতা ৯।।১০) হায়বনি। সংস্কৃতা nature বু প্রকৃতি হায়না খঙ্‌নৈ। অদুগা রাহৈ অসিনা ঐখোয়দা খঙহল্লিবদি,জগৎ সংসার অসিদা ঐখোয়না উরিবা হিংদবা অমস্তুং অহিংবা তোঙান্-তোঙান্‌বা পোৎ অমস্তুং জীবশিং অসিবু-মি। পুন্নমক substance অমত্তনি (গীতা ৯।।৬) অদুমদি ওইরগা, তোঙান্ তোঙান্‌বা কাংবু-কাংবু ওইনা মপান্দা উহন্‌বগী (manifestation) রাত্তনি। রাহৈ অমরোমদা হায়রগা, খাইদোক্তবা মপুম ওইরবসু থরায়

পানবশিংদা থাইদোকপগুম্না শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না লৈ হায়রবনি (গীতা ১৩৷১৬), নত্রগা অচৎ-চত্ত পুম্নমক্কী তোঙান্ তোঙান, লৈরিবা অসিবু ব্রহ্ম মতোমতগী মনুঙ্ দা লৈ হায়রবনি (গীতা ১৩৷৩০)। অসিগুম্না থৌ-দৌ-মতা অসিবু, unity in diversity হায়না খঙ্ লৈ। অসিগুম্বগী রাখল অসিবু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মনাই অর্জুনদা মথাগী অস্নুম্না ফোংদোক্লি, মহুদি—

"হে ধনঞ্জয়! ঐঙোন্দগী তোঙান্ বা ঐ নত্তবা অমত্তা লৈতে; লংথুংদা মণি ময়াম লেংশিন্ বগুম্না পুম্নমক অসি ঐঙোন্দা লেংশিল্লুনা লৈ।" (গীতা ৭৷৭)

[ "Mindনা matter ওইরকুই, অদুগা matter না অমুক mind ওইরকুই। মসি degree of vibaration খেন্নবগী বাতনি।"]

Example (I)—ঐখোইনা steel bar অমা Vibrate তৌননবা হায়রবদি কল্লা উঙ্ নবা force অমা শিজিন্নরসি। থবক অদু অমম্বা কা অমদা তৌরবদি, ঐখোইনা ইহান হান্না খঙ্ গদবসি, bar অদুনা উঙ্ বগী মখোল থোক্লকপা "উং লাওবা" মখোল অদুবুনি। Force পীশিন্ বা অদু থন্না অমুক হেন্‌গৎহনবা থোক্লবদি, steel bar অদু ইথংলংনা উগনি। Force অদু অমুকা হেন্না কল্লা পীশিল্লবদি, steel bar অদু উঅরোই, মদুগী মহুৎতা mind দতা খঙ্ হৌবতা ওন্নরগনি।

Example (2)—ঐনা মুমিৎ ১০ নি চুপ্পা কয়িমত্তা চাবা থকপা তৌরবদি, ঐহাক রাথল থনবা ফাওবা ওম্লক্রোই। ঐগী mind দা মতৌ-মতৌ তৌবা অচোম্বা রাথল থয়দংদি লৈগনি। ঐহাক শোন্নল্-খিহুনা, ঐগী ইশাগী ইমিং কাওবা কাওগ্রগনি। মতুঙ্ দা ঐহাক চাক থজিত্তং চারবদি, ওহাক্তং লৈরগা, রাথল থনবা হৌরক্লগনি। অদুম তৌহুনা, mind গী নিংশিংবা অমদুং খঙ্ বগী শক্তি হজিলক্কনি। মরম অসিনা চাকনা, হায়রবদি matter না mind ওইরকুই। মতৌ অদুগুম্নুনা

mind না মাগী rate of vibration হন্দ্বরক্লবদি, mind মশামক্তা মপাম্মোংগী হকচাঙ্‌দা কোংদোম্রক্‌ই, হায়বদি matter ওয়্রক্‌ই।

মখোয় অনি অসি কয়ম্বনা হাল্লি— matter না হানব্রা, নত্রগা mind না হানব্রা? মসিগী ৱাহং অসিদি, য়েরুমগা য়েল্লাওগা কনানা হাল্লী হায়না হংবগা চপ্‌ মান্নে। য়েৰী য়াওদনা য়েরুম লৈহনবা য়াদে, অদুগা য়েরুম লৈতনা য়েৰী ওইমক্‌পা য়ারোই। অমনবু হাল্লবস্নু, অমনবু হাল্লবস্নু করি কায়বগে? হাল্লিংবা অমনা হাল্লবস্নু, ঐখোয়না পাল্লিবা লমথুংকম্‌ অদু ফংলগা লোইয়ে।

[" Truth তি য়াম্না Simple ওই, অদুবু মীনা জ্ঞান য়াৎপদগী complexity ওইহল্লি। মীওইবা হায়বা অসি soul বুনি, mind বু নত্তে। Soul বু করম তৌদুনা mind নি হায়না খন্‌থি্রবনো, অদুগা মমৈখঙ্‌দা মপাম্মোংগী হকচাং ওইনা খন্‌থি্রবনো হায়বগী মরমদা খঙ্‌হনবা।"]

খ্বায়দগী চুম্বা হায়বা অসিদি লায়মন্‌থ্রদুনা মাবু থুনা-থুনা কাও-খোক্‌ই। য়াম্না চুম্নবদি, কা হেন্না য়াম্না চম্মী। মরমদি মদুনা মী পূম্নমক্তা, মদুদগী হেন্দোক্‌থ্রদুনা, অহিংবা জীব অমম্নুং হিংদবা পোৎ পূম্নমক্তা চন্নবা অমম্নুং শিজিন্নবা য়াই। Truth তি য়াম্না চম্মী, অদুবু মীনা জ্ঞান য়াৎপদগী complexity ওইরকই।

মীওইবগী free agency দি mind নত্তে, মরমদি mind দি free ওইদে, nature গী মখা পোন্‌বনি। মীগী হক্‌চাঙ্‌দা individual soul য়াওরগা, মী হায়বা অদু ওইরিবনিনা, মীওইবা হায়রগা mind বু নত্তে, soul বুনি। Soul না মতম পূম্নমক্তা free, boundless and eternal ওইবনিনা, individual soul য়াওরীবা মী অদুসু soul গী মত্তুঙ্‌না free ওই। Individual soul গী মতুংশিং mind দা মমি ওইনা ভায়। অদুবু, mind গী ওহাক ওহাকী ওম্মোক্‌-ওন্‌শিন্

তৌবা রাখল অহুনা (গীতা ৬৷৩৪), time, space and causation গী চময়বদা চঙ্খিহুনা, রাহৈ অময়োমদা হায়রগা মায়াগী লাংদা থুহুনা (মায়ানা শুমহৎপনা জ্ঞান মাঙ্লহুনা —গীতা ৭৷১৫), individual soul লৈভবগুম তৌই, অমসুং mind ভমক লৈবগুম তৌগে। অসুম তৌহুনা, ঐখোয় অসি individual soul নি হায়বা কাওথোকুনা, mind নি হায়না থনগে। অহুগা লোইন-লোইননা, mind দগী ওন্থোরকপা matter নি, হায়বদি মপান্থোংগী হকচাংনি হায়না থনগে। অসুম তৌহুনা, মীওইবগী অশেঙ্বা শক্তমদি individual soul নি হায়বগী মহুত্তা, মপান্থোংগী হকচাং অসিনি (body নি) হায়না ওন্নতৈননা থনগে।

["মীওইবনা (individual soul না) প্রকৃতিগী through দা মাগী মতিক মগুণশিং অহু ফোংদোক্লবা (manifestation) মতম পুম্নমক্তা হোৎনৈ। মীওইবনা প্রকৃতিগা মশা অমগা ওইশিন্‌নদবা নত্তে, অতৎপা লৈতনা প্রকৃতিগা লান তৌনরগা মীওইবগী চাওখৎপা ওইরক্কদবনি।"]

মীওইবগা (individual soul) nature গা কন্নি মরী লৈনবগে? খ্বায়দগী অপিকৃপা হকচাংনা ওইবা থক্লায় পানবা জীবদগী মীওইবা ফাওবদা য়াওরিবা individual soul না nature গী through দা, মাগী মহৌশাদগী লৈরক্লিবা মগুণ পুম্নমক, হায়বদি অশেঙ্বা, মপুঙ্ফাবা, ওমথৈ লৈতবা অমসুং লাইরৈবাকী ওইবা য়াইকবা অহুবু ফোংদোক্লনবগীদমক মতম পুম্নমক্তা হোৎনৈ। অহুম হায়না মতম পুম্নমক্তা লান শোক্লহুনা লৈবা অসিবু, ঐখোয়না evolutionary process, হায়বদি হকচাংগী মওং মতৌ হোংদোক-হোংজিন্ তৌবা, নত্রগা transmigration of soul, হায়বদি soul না হকচাং অমা থাদোক্লগা অতোপ্পা হকচাং অমদা চংহুনা লৈবা হায়না থঙ্নৈ (গীতা ২৷২২)।

হৌজিক্কী মতমদা ঐখোয়না ঙাংনৈ, মতুদি ঐখোয় পুম্নমক মুংঙাই য়াইফনবা nature গী খোংথাং মতুঙ ইন্না থবক তৌপদবনি। মতু অরান-বা য়াফম্নি। টেবল, চৌকি, মুঙ,, উ-রানচিংবগা nature গা অমম্তা ওইনা চুশিন্নবা লৈমিন্নৈ। Nature গা অমম্তা ওইশিনবা হায়বা অসি লেঙ্দবনি, হায়বদি অশিবগুম্বনি। মীনা লৈননবা য়ুম শান্নিবসি, nature গা অমম্তা ওইনা চুশিন্নবা লৈমিন্ননত্রা, নত্রগা মাগী মায়োক্তা লান তৌরিত্রা? নত্তে, লান তৌবগী ফল ওইনা য়ুম অদু ওইরক্পনি। হায়বদি natureগী অইং-অশা, নোং নুংশিৎ অদুবু ঙাক্থোক্নবা য়ুম অদু শান্নিবনি। মরম অসিনা, অতৎপা লৈতবা nature গা লান তৌনবনা, মীওইবগী চাওখৎপা হায়বদু ওইরিবনি। Nature গা অমম্তা ওইশিন্ন-বদি, মীওইবগী চাওখৎপা অমম্তা লৈরোই। রাহৈ অমম্মোমদা হায়রগা, মীওইবদি অহিংবা জীব হায়না খঙ্নরিবা individual soul অমুনা ওইবনিনা (গীতা ১৫॥৭), মাগী অশেঙ্বা, মপুঙ্ ফাবা, ওমথৈ লৈতবা অমম্নুং লাইরৈবাক্কী ওইবা য়াইফবা অদু মতম পুম্নমক্তা মপান্দা ফুদোক্ক-নবা (manifestation), nature নি হায়না ঐখোয়না খঙ্নরীবা হক-চাং অমম্নুং মীৎনা উন্নিবা মপানগী পোৎশকশিংসিগা লান শোক্নহনতা লৈ। অসিগুম্বা খোদৌ মতা অসিবু, মীওইবগী experience ফংনবা হোৎনবা হায়নম্ব খঙ্নৈ (জীবনা জগৎপু পুন্নিবনি হায়বদি function তৌহল্লিবনি গীতা ৭॥৫)।

## ৫। পূক্লিং চঙ্‌বা অমসুং ন্নুংশাস্বর হোনবা।

[ "মীগা শাগা power of concentration থেৱ্রে। মী অমগা অতোপ্পা মী অমগী মরক্তসু power of concentration থেৱ্রে। ঐখোয়না অপাম্বা অমসুং ন্নুংশিবা পোৎতা mind concentrate তৌই। concentration গী মরু ওইবদি অসিনি, মত্তুদি ঐখোয়না mind বু control তৌবা ঙম্লে। অপাম্বা পোৎনা ঐখোয় ইশানদি থঙ্‌জদনা, mind বু নমদুনা concentrate তৌহল্লি।" ]

মী-গা শা-গা মরু ওইনা থেন্নমীবসি, য়াখল থন্নবগী শক্তি (Power of concentration) থেন্নবননি। থবক-থৌওং খুদিংদা ঐখোয়না মায় পাক্পা ঙমলিবসি, concentration গী মপান্ননি। মী খুদিংমক concentration গী ময়মদ: থয়দি থঙ্‌নয়বা য়াকল্লি, ময়মদি ন্নুমিৎ খুদিংগী ঐখোয়না concentration গী কান্নবা থেংনয়ী। ঈশৈ নোংমাই, অংগোয় ভম্বদা পূক্লিং চঙ্‌বা মীনা, অংগোয়-ইশৈদা অকাওবা মী অমা ওইরক্ই। শা-দি concentration গী power থক্তকমক্ লৈ। শা-বু শিকায় তৌবা ভম্বীবদা master না য়াম্না থীনা য়াই। ময়মদি, শা-দা তম্বীখিবা অদু, শা অদুনা থুনা-থুনা কাওই। মসিননি মী-গা শা-গা মরু ওইনা থেন্নমি-বসি। মীদি মানা থঙ্‌খিবা অদু মতম কুইনা পূক্লিংদা কাওদনা লৈ, অদুগা শা-দি থঙ্‌খিবা অদু থুনা-থুনা কাওই। Power of concentration থেন্নবগী মতুং ইন্না, মী অমগা অতোপ্পা মী অমগী মরক্তসু মগুণ থেৱ্রে।

মী খুদিংমক্তা mind না, মতম, থৌওং অমসুং কীতমগী মতুং ইন্না concentration তৌই। ঐখোয়না ন্নুংশিবা অমসুং অপাম্বা পোৎতা concentrate তৌই। Mind না concentrate তৌরবা অদুগুম্বা

পোৎশিং অত্থবু, ঐখোয়না নুংশি অমসুং পাম্মী। করম্বা মমানা মমুমদা লৈবা মচাগী মাইথোংবু উবদা নুংশিদবা য়াওব্রা ? মত্থদা উন্নিবা মাইথোং অত্থু, পৃথিবীগী মী পুম্নমক্তগী হেন্না ফজরবনি। মমাগী পূক্নিংনা মচা অত্থদা concentrate তৌখিবা মরম্না, মমানা মচাবু নুংশিবনি। মীপুম থুদিংনা অঙাং অত্থমক্তী মাইথোং অত্থদা concentrate তৌবা ওম্লবদি, মীপুম থুদিংমক্না মাবু নুংশিগদবনি। মাগী মাইথোং অত্থুনা থ্বায়দগী ফজবা মাইথোং ওইগদবনি। অসিগুম্বা মওুঙ্শি অসিনা মরম ওইত্থুনা, ঈশ্বরবু ফংজনবা লাইনিংবা ভক্তশিংনা mind concentrate তৌই (একান্তিক ভক্তি—গীতা ৮৷২২)। ঐখোয়না অপাম্বা পোৎশিং অত্থদা, ঐখোয়গী mind concentrate তৌই। ঐখোয়না নুংশিরবা ঈশৈ অমা ভাবদা, মত্থদা পূক্নিং লুপ্‌খিত্থুনা, মত্থদগী লাপ্না হন্দোকপা রাই।

ঐখোয়না concentration মপুঙ্ ফানা তৌবা ওম্লদবগী অরুবা হায়ববু অসিনি, মত্থদি ঐখোয়না mind বু control তৌবা ওমদে। Mind না ঐখোয়বু control তৌই। ঐখোয়নদি থঙ্জরবা, করিগুম্বা অমনা ঐখোয়গী পূক্নিংবু অপাম্বা ওইহনুনা, মত্থুনা চিংখিবগুম তৌই। অত্থগা অত্থগুম্বা অপাম্বা অত্থুনা পাম্লিবমখৈ পূক্নিংবু ফাজিন্দুনা থম্খিবগুম তৌই। ঐখোয়না অসুম তৌত্থুনা নুংশিবা ইশৈ অমা ভাবদা, নত্রগা ফজবা অয়েকপা লাই অমা উবদা; পূক্নিংনা মখোয়দা কল্লা লুপ্‌খিবগুম তৌই, অত্থগা ফীভম অত্থদগী ঐখোয়না থাদোকপা, হায়বদি, পূক্নিং হন্দোকপা ওম্লদে।

ঐনা কনাগুম্বা মী অমদা মানা পাম্লিবা থবকী মরমদা রারী শারবদি, মানা পূক্নিং চঙ্না মত্থ ভায়। থবক অত্থদা, মীত্থগী পূক্নিং অত্থু, মশানদি থঙ্জদনা, ঐনা চিংলিবনি, অমসুং ঐনা পাম্লিবা মখৈ থবক অত্থদা, মীত্থগী পূক্নিং অত্থ চিংবা ঙম্মী। অসুম তৌত্থুনা, তোঙান্‌-তোঙান্‌বা থবক অভৌদা, ঐখোয় ঐখোয় ইশাদি থঙ্জদনা, ঐখোয়গী পূক্নিং concentrate তৌই।

**[" ঐখোয়না অপাম্বা মতুঙ ইল্লা concentration সু detachmentসু শিজিন্নবা ঙম্বা অদুবু, mind control তৌবা ঙম্বা কৌই। Mind detachment তৌব্রবদি, অহিংবা মী অমা ওইবা য়ারোই। যোগীনা মখোয় অনিমক ঙম্বদগী, world অসিদা অহিংবা মী অমা ওইনা লৈদুনা, god-realised person অমা ওইরিবনি।"]**

হৌজিক্তি রাহং অমা খোরক্লে, মতুদি concentration অসি ঐনা তৌনিংবা মতমদা তৌবা, তৌনিংব্রগা তৌদবা ঙমব্রা, হায়বদি ঐনা concentration গী master ওইবা ঙমব্রা? যোগীশিংনা হায়—মহু ঙম্‌গনি। মখোয়না হায়, মতুদি পূক্লিং অসি মখোয়গী মথা মপুঙ ফানা পোল্‌হন্‌গদবনি। ঐখোয়না পূক্লিং চংশিনবদি (concentration দি) ঙম্লগা মতুদগী তোক্লকপা (detachment) ঙমব্রবদি, খুদোংথিনিঙাইনি। ঐখোয়গী পূন্সিদা নংলিবা অমম্লং রারিবা পূম্নমক অসি, ঐখোয়না অপাম্বা পোৎ অমদা পূক্লিং চংশিল্লুরগা মতুদগী হন্দোরকপা ঙম্‌দবতুদগী, অরাবা অহু থোক্লকপনি। ঐনা অপাম্বা মতমদা concentration সু detachment সু শিজিন্নবা ঙম্বা অদুবু, mind control তৌবা ঙম্বা কৌই। মসিনি, mind বু নিয়োম চুম্না শিজিন্নবা ঙা হায়বা অহু। যোগী অমত্তনা মতম পুম্বদ mind concentrate তৌদুনা লৈবা য়ারোই, মরমদি জগৎ সংসার অসিদা অহিংবা মী অমা ওইনা মানা লৈর গা, mind concentrate তৌদুনা ঈশ্বর খুম্ব' ফংনবা যোগী অদুনা হোৎনজবনি। মানা mind detachment তৌব্রবদি, অহিংবা মী অমা ওইবা য়ারোই। মীনা শিবা (natural death) হায়বা অসিদি, মাগী হান্নগী মপোক্কী কর্ম্মগী ফল ওইনা, individual soul না মাগী মগুণশিং বিকাশ তৌনবা হোৎনবা (manifestation) অহুগী মতম লোইরবা মতমদা, মপানগী হকচাং থাদোক্‌পগী রানি (গীতা ২।১৩)।

হায়বদি, মীনা শিবা হায়না ঐখোয়না খঙ্নরীবা অসি, অতৈ অমা নত্তে, জীবাত্মানা (Individual soul না) মাগী centre ওইরিবা হকচাং লৈবা থরায় পান্‌বা জীব অমদগী অতোপ্পা হকচাং অমদা চঙ্‌লুনা মাগী centre হোংবগী য়ানি, হায়বদি, হিংদবা হকচাং অমবু অহিংবা জীব ওইহন্‌বগী য়া-নি ( transmigation of soul ) । শন্ন হায়রবদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতিনা ওইবা spirit না' (ইবুংঙোগী সনাতন অংশ ওইবা জীবাত্মানা—গীতা ১৫৷৭) material world or body দা চঙ্‌লুনা অহিংবা জীবা অমা ওইহন্‌বনি (গীতা ১৪৷৩)। যোগী অদুনা concentration সু detachment সু, মানা অপাম্বা মতুং ইন্না তৌদুনা জগৎ সংসার অসিদা অহিংবা মী অমা ওইনা লৈন-লৈনা, god-realised person অমা ওইবা ঙম্মিবনি। হায়বদি, ঈশিং মনুঙ্‌দা লৈদুনসু থম্মাবু ঈশিংনা চোৎহনবা ঙম্‌দবগুম্না, যোগী অদুনা জগৎ সংসারগী মায়া মনুঙ্‌দা লৈন-লৈনা, মায়ানা মাবু শন্নহন্দবগুম্না মংম ঙহাক্তং ঈশ্বরগী র'থন্দা concentration তৌরুবগা, detachment অমুক তৌরক্লুনা, ময়ানা ওইরিবা জগৎ সংসার অসিদা, ইচম্-চম্বা অহিংবা মী অমগুম্না লৈরিবনি।

[ "Mind control তৌনবগী দরকার ওইবদি breathing regulate তৌবনি, হায়বদি প্রাণায়ামা তৌবনি। মসিগী মরমদা শুগায়না খঙ্‌হন্‌বা।" ]

ঐখোয়গী পুক্নিং অসি তোঙ'ন তোঙানবা মপানগী পোৎশিংনা নমুদুনা চিংশিল্লি, অদুগা মখোয়বু পামহল্লি। মদুবু থিংননবা, হায়বদি mind control তৌননবা training দরকারনি। ধর্ম অমবু নমুৎ তানা খঙ্গে হায়রবদি, mind control তৌবা ঙম্দবা সুকয়া য়াদে।

Mind control তৌননবা ইহান হান্না তৌগদবসি, breathing regulate তৌবনি। Regular breathing না হকচাংবু পুক্নিং ইবাং

ত্তৌহন্দনা, ভপ্‌না-টঙ্‌না লৈহন্দুনা, হায়বদি হকচাংগা পুক্নিংগা মশু অমত্তা ওইনা মরী লৈনহন্দুনা, harmonial condition দা মী অহুনা মুংঙাইনা লৈবা ওয়্হল্লি। মহুতনা mind স্লোহন্‌বা ওন্মী। Regular breathing গীদমক ইহান-হাম্না দয়কায় ওইবসি আসন-নি। মীনা মুং-ঙায়না, কুইনা ফম্বা ওম্বা মওং অহু, মী অহুগী অচুম্বা ফম্মনি। য়াংলেন free ওইনা চুম্না লৈগদবনি, হকচাংগী অরম্বা ribs না support ত্তৌগদবনি। কোক্‌নে, লেংবান্‌-নে অমম্মুং নংগন্‌গী শরুক্কে চুম্না লৈগদ-বনি। Mind বু নম্‌হুনা control ত্তৌনবা হোৎনবা য়াদে। Simple breathing না অহুম্মক ফয়ে। অম্মুম হায়না মুংশাম্বয় হোনবা, হায়বদি প্রাণায়ামা ত্তৌবদা শরুক অহুম থোক্না থায়দোক্‌ই। মহুদি ১। ওম্মীব-মথৈ ভপ্পা-ভপ্পা, মতম চঙ্‌না মুংশাম্বয় চিংশিন্‌বা (পূরক), ২। ওম্মী-বমথৈ মতম কুইনা মুংশাম্বয় থিংহুনা পুক্‌-তা থম্বা হোৎনবা (কুম্ভক), ৩। ওম্মীবমথৈ ভপ্পা-ভপ্পা, মতম চঙ্‌না মুংশাম্বয় মপাম্না হোন্দোকপা (রেচক)। Mind দি মিকুপ্‌ অমা ফাওবা কম্বিমত্তা থম্বনা লৈবা য়াদে। প্রাণায়ামা ত্তৌরিভৈদা ঐনা পামজবা ইষ্ট দেবতাগী মূর্তিবু নিংশিংজবা, অহুগা মাগী নামবু থম্মোয়নুংদা শোন্‌জবা অমম্মুং মুংশাম্বগী প্রাণায়ামা অহুদা mind না পূক্নিং চঙ্‌খিবা অহুনা মরম ওইহুনা, সংসারিকী ওইবা অত্তোপ্পা য়াথল পূম্নমক মতম ওহাক্‌ অহুগী মপুঙ্‌ ভজদি, মী অহুনা কাও-বা ওম্মী। Mind concentration ত্তৌনবা হোৎনবদা austerities শিজিন্নবা পুম্নমক, হায়বদি strict য়াম্না ওইবা থবক পূম্নমক অয়ান্‌বনি। মহু ত্তৌবা ফম্তে।

["Body গা mind গা য়াম্না মরী লৈনৈ। Finer body ওইবা mind না body দগী power হেন্‌বা মরম্না, body গী through দা, হায়বদি breathing regulate ত্তৌহুনা, mind control ত্তৌনবা হোৎনবা অরায়বা method ওইগনি।" ]

Mind না body দা act তৌই; body না অমুক mind দা act তৌই, হায়বদি মখোয় অনিমক য়াম্না মরী লৈনৈ। মরমদি পুক্নিংদা করিগুম্বা অমা থন্নরক্পা অমু, হকচাংদসু বিকার অমা মতুগী মতুং ইন্না ওইরকই। মতৌ অমুগুমলতুনা, হকচাংনা তৌরিবা থবক অমু পুক্নিংদসু অমুম্বক্ কাওরক্ই।

Body গা mind গা তোঙান্-তোঙানবা পোৎ অনি ওইনঃ থল্লবসু, নত্রগা অমত্তনি হায়না থল্লবসু করিমত্তা থেল্লদে, মরমদি হকচাংনা মীৎনা উবা পোৎনি, অমুগা mind না য়াম্না কুপ্পা উদবা পোৎনি। Scientific law গী মতুং ইন্না, mind না body ওল্লি. body নসু mind ওল্লি, degree of vibration থেংনগী রাতনি। মরম অসিনা, mind training তৌবদা, body গী through দা train তৌবনা লায়বা হেল্লি। অমুগা body না mind দগী হেন্না থুনা-য়াংনা কাক্সিনবা অমসুং লৌশিনবা ঙম্মী। Instrument অমুনা অমুপকী মতিক finer ওইরগা power কন্ব হেল্লি। Mind না body দগী finer ওইবনিনা, power কন্বা হেল্লি। মরম অমুনা, body দগী concentrate তৌবা হৌবনা, হেন্না লায়বা হেল্লি। ঐখোয়না body control তৌরগা, হায়বদি কুংশাম্বগী প্রাণায়ামা তৌরগা, body গী finer working অমুবু, mind না feel তৌই। অমুগা mind ভংথায় অমনা nerve centre দা থৌজাবিবা অমুবুসু feel তৌই। মরমদি mind না nervous system বু control অমসুং govern তৌই। অসুম তৌদুনা, mind না তোঙান্-তোঙানবা nerve current তা থবক তৌরিবা অমু, ঐখোয়না থঙ্গনি। অসুম তৌদুনা, মপানগী body বু হায়না control তৌরগা, হায়বদি কুংশাম্বগী প্রাণায়ামানা control তৌরগা, মনুংগী মীৎনা উবা finer body ওইরিবা mind বুসু control তৌবা ঙমগনি। অসিগুম্বা breathing practice অসি, ওয়া-ওম্বা থাক্-থাক্ নায়না তৌগদবনি, অমসুং চোক্শিন্না হোৎনগদবনি।

৬। থাঙ্গৈমক শেংনা **absolute sense** তা থিজিল্লু রবদি মী শিদবনি, অতুগা মগুংদা শিগদবা জীবনি।

["মপাম্বোংদা হৌজিক ঐখোয়না উরিবা মূর্তি অসিতনা মী হায়বা অদুবু খঙ্নবা তারবদি, মপাম্বোংগী পোৎ অমগুম্না, মশানা করিমত্তা তৌজবা ঙমজদনা মাঙ্খিবা তাবনি। মতুঙদি নত্তে. মরমদি মীগী বাখল্না অচুম্বা পুখোক্পা ঙম্মী।"]

মীৎয়েং অমম্রোমদা য়েংলুব্রবদি, সমুদ্রগী ঈথক্ অসি মপান্ নায়ল্লবা সমুদ্র ঈপাক্ অদুনি। অদুগুম্লদুনা মীৎয়েং অমম্রোমদা য়েংলুব্রবদি, হায়বদি absolute sense তা য়েংলুব্রবদি, মী হায়বা অসি অমথক্তা ওইবা ঈশ্বর অদুনি। ঐখোয়না হৌজিক উব্রিবা সংসারিকী মীৎয়েং অসি নত্তবা, অতোপ্পা মীৎয়েং অমদা য়েংবদা, অমথক্তা ঙাইবদোনা উই, অনি ক্রাওবা গুদে (গীতা ২।১৭)।

হৌজিকুমক্ ঐখোয়না ঙাংনরিবনি, মতুঙদি মী অশিবা নাব্বা জীবনি (গীতা ~~[illegible]~~ 2//27)। অদুবু মী হায়বা অসি করিনো ? হৌজিক ঐখোয়না মপাম্বোংদা উব্রিবা মূর্তি অসিতনা, মী হায়বা অদুবু খঙ্নবা তায়বদি, মী হায়বা অসিসু অতৈ অতোপ্পা মপান্গী পোৎ-চৈ অমসুং অতোন্বা জীব পূরমক্তী মতৌগুম্না করিমত্তা তৌবা ঙমদনা, মাঙ্খিবা তাবনি। জগৎ অসিদা লৈরিবা পোৎ-চৈ অমসুং অতোন্বা জীব অতৈগুম্না মপাম্বোংদা মায়রম্বসু, মী মহাক্তনা বাখল থন্বা ঙম্মী। অদুগুম্বা বাখল অদুগী মপান্না, অচুম-অরান পুখোক্পা ঙম্মী। মীনা হৌজিক ওইরিবা কীতম-মতা অসিগী মমাঙ্দা, হায়বদি পোক্ত্রিদ্রৈগী মমাঙ্দা করি ওইরম্মী, অদুগা হৌজিক ওইরিবা কীতম-মতা অসিগী মতুঙ্দা, হায়বদি

শিরবা মতুংঙ্দা করি ওইরকনি হায়বা করিমত্তা থঙ্দে (গীতা ২॥২৮)। মীনা পোক্লিঙৈগী ময়াঙ্গী মতম অমসুং শিরবা মতুংঙ্গী মতম, শাংগ্রবা মতম অনি অসিগী ময়াইগী শরুক ওইবা লোয়রবা মতম অতেন্‌বা অতুগী মনুঙ্দা ওইবা ফীভম-মতা অদুত্তবুনি, মীনা থাজৈমক্ শেংনা থঙ্লিবা হায়বনু (ব্যক্তমধ্যানি— ময়াইগী শরুক্তা ফোংকোক্পা অমসুং থঙ্হন্‌বা গীতা ২॥২৮)। হায়বদি, মীনা হৌজিক্-হৌজিক্ হিংলিঙৈগী অতেনবা পুন্সিদা ওইরিবা ফীভম-মতা অদুত্তবুনি, ঐখোয়না থাজৈমক্ শেংনা থঙ্লিবদি। শয়া হায়রবদা, চহি ১০০ মুক্তী মনুঙ্দা, অঙাং ওইরম্বদগী নহা মপুঙ্ ফারক্ই, অমসুং অহল ওইরকই, অদুগা সুংঙায়রবা অমদি অরাবা কয়া থেংনৈ হায়না ঐখোয়না থাজৈমক্‌শেংনা থঙ্ই। অতেন্‌বা পুন্সি অসিগী রাংমদা লৈবা অশাংবা মতম, হায়বদি মীনা পোক্লিঙৈগী মতম অমসুং মীনা শিরবগী মতুংঙ্গী মতম, মতম অনিসিগী অপুনবা অশাঙবা মতম অসিগী মনুঙ্দা মীনা করি ওইরিপদগে হায়বা করিমত্তা থঙ্দবগুম তৌই।

[" Phenomenal universe কী মনুঙ্দা লৈবা অহিংবা অমসুং হিংদবা পুম্নমক্‌পু অপুনবা মীৎয়েংদা য়েংলবদি, মী অশিবা নায়বা জীব নত্তে। পুম্নমক অমথক্তা ওইনা উই। করম হায়না য়েংতুনা অমত্তা ওইনা উরিবনো, মতুগী মরমদা শুপায়না থঙ্হন্‌বা। " ]

মীওইবা হায়বা অদুঙাক্তা তোঙান্না থাইদোক্‌নুনা ইচম্ চম্না সংসারিকী মীৎয়েংদা য়েংলুরবদি, মী অশিবা নায়বা জীবনি। অদুবু মীৎনা উরিবা, অমসুং মীৎনা উত্রবসু পুক্লিংদা লৈ হায়না থঙলিবা, phenomenal universe অসিগী মনুঙ্দা লৈবা অহিংবা অমসুং হিংদবা পুম্নমক্‌পু অপুনবা মীৎয়েংদা য়েংলুরবদি, মী অশিবা নায়বা জীব নত্তে।

মুন্না থন্নুরবদি, হোংদোক-হোংজিন সুকপৈ লৈতবা জগৎ পুম্বা শীনবা থুংনা লৈহুনা, অহিংবা অমসুং অঙেম্বা অমা ওইনা, অমথক্তা ঙাইথদোনা উই, গীতা (৭।৬) (১৩।৩০)। অহুগুম্বা অমথক্তা ওইবা অহুগী মপুঙ্‌দা, মওং নাম্নবা পোৎ কয়া থোরক্‌ই, অমসুং মাঙ্‌খি, তৌইগুমসুং মহাকী লীলাদি মতম পুম্নমক্তা শাগ্রহুনা অহুম্মক লৈ, গীতা (৮।১৯-২১) (৯।৬)। অসিগুম্বা ফীভম অসিবু, সমুদ্রগা ঈথক্তা লৈনম্নীবা মরী অহুগুম্ন', ঐংথোয়না চাংদম্নবা য়াই। সমুদ্রদগী ওইরক্লিবা ঈথক্‌শিংনা, সমুদ্রগী energy না মরম ওইহুনা মতম থয়দং হিংলম্লগ' সমুদ্রদা শিনখিহুনঃ উখিরোই। হাম্বনা মওং নাম্বনা লৈরম্লবা ঈথক্‌শিং, হৌজিক্তা মওং নাম্বন' ওইরক্লবা ঈথক্‌শিং, অমসুং মতুঙ্‌দা মওং নাম্নবা ঈথক্‌ ওইনা থোক্লকদোদ্রিবা সমুদ্রগী ঈরোম্নঙ্‌দা লৈবা ঈশিং ঈপাক্‌— মথোয় পুম্নমক অসি অমমম্‌ নম্নবগুম্বা অমসুং কোংদোক্লবগী মওং ওইনা (un-differentiated and unmanifested form), সমুদ্রগী মপুঙ্‌দা লৈরম্নমক্কনি। মহুদম্মু নত্তে, ঈথক্‌ মথম অহম্মক্‌ লেংম্বনা পুনশিল্লগা ওইবা ঈথক্‌ অহুমশীসু সমুদ্রন' য়াম্না হেন্না চাওই। মরমদি, সমুদ্রগী ঈথক্‌ হায়বা অসি, মপান্‌ নাম্নরবা সমুদ্রদগী কোংদোরক্‌পা অপিক্‌পা শরুক মাচেৎ অমথক্কনি। সমুদ্রগী ঈপাক্‌ থঙা ঈথক্‌ ওইনা লৈরবসু, নম্নগা ঈরোম্নুঙ্‌দা শক্তি লৈন-লৈনা, ঈথক্‌ হৌহন্দনা তুমিন্না লৈহুনা মপাম্দা কোংদোক্‌বসু, সমুদ্রদি মতম পুম্নমক্তা হাম্নগী কীচম-মচা ঈকায় কায়দন', সুকলেঙ্‌ লেঙ্‌দনা, অহুম্মক্‌ লৈরী। (অব্যক্তোহব্যক্তাৎ সনাতনঃ— কোংদোক্‌পা অমসুং কোংদোক্তবা অনি অসিগী তোপ্‌-তোম্না সুকায় কায়দনা হাম্নগী মতৌগুম্না অহুম্মক লৈরবা— transcendental and eternal ওইবা অমা লৈ—গীতা ৮।২০)।

মওং নাম্নবা ওইরিবৈদ্দা ঈথক্‌শিংনা time, space and causation গী মথা পোক্নি। মতম থয়দংগী ওইবা সমুদ্রগী activity অমুনা লৈরিবৈদ্দা, ঈথক্‌ ময়াম লৈরক্নি। মতম অহু লোয়খিবদা, ঈথক্‌ পুম্নমক

সমুত্ত্রদা তিন্ খিনি। ঈশ্বরক্ হায়রবা অসি, মতম পুম্নমক্তা সমুত্ত্রগী মচেৎ অমনি, অদুগা সমুত্ত্রগী ঈমায়মথক্তা মওং নায়না উৎপা সমুত্ত্রনি। মা-ওোন্দগী হৌরক্লিবা অমসুং মতম পুম্নমক্তা মাগী শরুক য়াওজনতা লৈরবা সমুত্ত্রবু কাওথোক্‌না, ঈশ্বরনা মরমগী ওইনা তোঙান্না মতোমতা হিংবা ওমুক্ষরগনি খল্লুরবদি, অমেম্বা কান্নরোয়দবা রাখল ওইগনি, হায়রবদি, ওইদবন' অওইবা ওনবা হৌনদে হায়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না গীতাদা ফোংদোক্লিবা রাকম অদুগা চপ্ মান্নে (গীতা ২।১৬)। মশা মতোমতনা হিংবা ওয়গনি খল্লুরবদি, ঈশ্বরক্ মশ মক্ মাঙ্খিনবা মশানা শীন্জবনি, হায়রবদি ঈশ্বরক্ লৈগ্রোই। ঈশ্বরনা মহাক্কী অমানবা রাখল অদু থা-দোক্‌না, মরমগী ওইনা হিংজবা মুঙ্ম ওয়োম খন্বা মতম অদুদা, মহাক অদু ঈশ্বরক্ পুম্নমক্পু শেমলিবা সমুত্ত্র অদু ওইগ্রে। মপান নায়রবা, মতম পুম্নমক্তা লৈরবা চাওথরবা সমুত্ত্রনা, মতম পুম্নমক্তা নুং-ঙায়বা মওংদা লৈরগা, মশাগী মচৌশাগী স্বভাব অমসুং অভৎ-অথম লৈতবা থোওং অমা ওইনা, মহাক্কী মশা মপুঙ্দা লৈবা মশীং লাকপা ওমুত্ত্রবা ঈশ্বরক্শিংবু শেমলি (creating), য়োক্‌লি, (sustaining), অদুগা অমুক হন্না চুপ্শিল্লি (re-absorbing)। ঈশ্বরক্কি হায়রবা খল্লু-বিব' অদু থ'কৈশংবমক্কি সমুত্ত্রনি, অদুবু মহাক্কী হৌরক্‌ফম্ খঙ্দবদগী ঈশ্বরনা অর্জুন্‌না পুন্সি ওইনা হিংবগুম খল্লী, হায়রবদি অজ্ঞানগী জ্ঞানবু কুপশিন্দুন' জীবশিংবু ওক্‌চল্লি (গীতা ৫।১৫)। ঈশ্বরক্ অদু মহাক্কী consciousness হেন্‌নৎপা ওইসনু,অদুগা মতম পুম্নমক্তা হিংবা (অশিবা লৈত্রবুনা অদুম্নক লৈরবা) হায়রবা অদুসু ওইসনু। মতৌ অদুওম্রবুনা,মী,শা, অহিংবা জীব অমসুং হিংদবা পোৎ পুম্নমক্তা অমগ-অমগা মপান ভাংনবুনা পুন্নপ পুন্নপা অমথক্তা ওইনা লৈমিন্নবনি অমসুং হিংমিন্নবনি হায়রবা রাখল অসি থাদোক্‌না, মরোমদোম হিংবা অমসুং লৈবা ওয়গনি খল্লুরবদি, মী নত্রগা পোৎ মপান্নক্তা শিখিনবা, নত্রগা মাঙ্খিনবা মশানা শীন্জবনি। অহিংবা নী অমমম্রনি হায়না খঙ্নরিবা ঐথোয় মীওইবা মী খুদিংমক্কী

খোঙ্ নত্রগা থুং-নচিংবা part শিংনা, মী মশা অহুদগী কক্থৎহুনা তোঙাম্না হিংহনবা য়াদবগুম্বনি। য়াম্না শম্না হায়মবদা, মূম্না থম্মহনা জ্ঞানগী মীৎয়েংনা য়েংলবদি, মীশু য়াওনা অহিংবা অমম্তুং হিংদবা পোং পূম্নমক্সি inter-knit ওইনা অমনা অমগী মথা পোম্নুনা লৈমিন্নবা, মুংঙাইমিন্নবা অমস্তুং হিংমিন্নবনা মম্নম ওইহুনা, ভাবনা শাবা, অমথক্তুং ওইবা অহিংবাগুম্না জগৎ পূম্বা শীন্বা থুংনা হায়দগী হৌনা অহুম্মক লৈরবা, অমস্তুং কনামত্তনা মহুবু ময়েং তাহনবা অমস্তুং মাঙ্হম্নবম্তু তৌবা ওমলয়োইদৌবা অহুগুম্বা অমথক্ অহুগী মন্নুঙ্দা, অহিংবা অমস্তুং হিংদবা পূম্নমক্কা লৈবা ওইনা, ঐথোয়না উই। গীতা—(২।১৭)(১১।৭,১৩)(১৩।১৩,১৫)। মম্নম অসি লৈবনা, absolute sense তা জ্ঞানগী মিৎয়েংনা য়েংলবদি, মী অশিবা নায়বা জীব নত্তে। মীশু য়াওনা, পূম্নমক অমথক্তুংগী মন্নুঙ্দা লৈবনি, অমস্তুং পূম্নমক্কা অমথক্তুংহুবু ওইবনি (god is all, and in all) তৈঃ উঃ (৩।১), গীতা (৬।৩০,৩১)(৭।৬,৭), (৮।২২), (১০।৮, ৩৯), (১৩।১৫, ২৭, ৩০), (১৫।১৪,১৫), বেদান্ত সূত্র ভাগ :— (১।১।১), ব্রহ্মসংহিতা (৫।৪৪), ঈশপনিষদ মন্ত্র ৫ তুবা।

[ " শিদবগী কীভম ওইগে হায়রবদি পোক্কবগী কীভম ওইরবত্তা ওইগনি। মীওইবগী মপোক্কা হায়না পোক্নুনা লৈরবসিদা, করম হায়না শিদনবা তৌগদৌরিবনো? হৌজিক ঐথোয়না য়েংলিবা সংসারিক্তী মীৎয়েং অসি নত্তবা, মীনা নুংদা য়েংলবদি (self-introspection), Immortal self পু য়েংলিবা মী মশামক্তুম্ য়াওনা অমত্তা ওইনা, পুক্নিংগী জ্যাম্না উবা ফংগনি। মসিগী মরম তপায়না থঙ্হন্বা।" ]

মীশু মাগী inner consciousness হেনগৎহন্বা ওমগনি, অহুগা মহাক্কী অশেংবা শক্তম্ (true nature বু) খঙ্জবা ওমগনি। মীনা মতম পূম্নমক্তা immortality ওইবা লমথুংফম্ পুক্নিংনা পাম্মী। তৌইগদবসুং

মীনা মপানগী Sense object তা অমসুং sense-experience কী মুংঙাম্নবদা অম্বুপ্কী মতিক পাম্মী, মহুদি মহাক্না সংসারিকী ওইবা মুংঙাম্নবদা লুপ্তুনা মতম কুইনা য়াবিবমথৈ হিংবা পাম্মী। অদুমদি ওইরগা, সংসারিকী ওইবা লিলা শান্নরীবা অদুদা, মহাক য়াওদনবা হোৎনবা হায়রবগী য়াথল অদুদি কৈদৌঙৈদস্তু পামদে।

মপান্থোংদা য়েংলুরবদি, মওং লৈবা পোৎ পুম্নমক হোৎকক্‌ম্ অমসুং লোয়ক্কম নাম্নগদবমক্তনিনা, অহিংবা হকচাং লৈবা অতোনবা জীব অমসুং হিংদবা পোৎ অতৈগুম্না, মীসু মাগী হিংবগী অরোইবা মতম নাম্নগদবনি। মরম অসিনা, পোক্লগা শিররোই হায়বা অসি ওইবা য়াত্রবা রাকম্নি (গীতা ২৷২৭)। শিদবগী কীভম ওইগে হায়রবদি, পোক্তবগী কীভম ওইরবতদা ওইগনি। ওইরোইদবা কীভম-মতা অদুবু কদায়দা থিরুরগা ওইগদৌরিবনো? য়াহৈ অমরোমদা হায়রগা, মীওইবগী মপোক্না পোক্লগা করম হায়না শিদনবা ভোগদৌরিবনো?

Problem অসিবু মুন্না খঙ্ননবা হোৎনগে হায়রবদি, অশিবা হায়বা অসি কনিনো হায়না মুন্না খঙ্বা তায়। থবাম্ন পানবা জীবশিংগী মথুঙ্দা, মীতন্না মসিগী problem থিদোক্না খঙ্লগা truth পু খঙ্বা ঙম্মী।

Truth তি অসিনি, মহুদি মপান নাম্নব্রা মতম পুম্নমক্তা লৈবা, পাকচাওমন্‌থ্রহ্না লোয়না উবা ওমব্রবা সমুত্রদগী মতম থবংগী ওইবা মীৎনা উবা ঈশ্বরকী Project অমা থোয়কপাগুম্না, মীসু পীকথ্রবা জীব অমনি। হৌজিক ঐথোয়না য়েংলিবা সংসারিকী মীৎয়েং অসি নস্তবা, অতোপ্পা মীৎয়েং অমদা য়েংলবদি, হায়বদি মুংদা হক্সিন্দুনা য়েংলবদি (self-introspection), মওং লৈতবা (formless), মতম পুম্নমক্তা লৈরবা অশেঙ্বা শকলগী ওইবা মীবু (immortal self পু), য়েংলিবা মী মপাম্ক্ অদুদু য়াওনা, পুম্নমক অমমক্তা ওইনা, পুক্নিংগী আম্না উবা ফংগনি

(গীতা ৫॥২৪, ১০॥১১, ১৩॥২৪)। অদুগা মসিমস্তু খঙ্‌লকনি, মদুদি পাক্-চাওমন্‌গ্রহুনা মীৎনা উবা ফংজবা সমুজ্রগী মনুঙ্‌দা ঈথক্‌শিংনা লৈবগুম্না, জ্ঞান্না উন্নিবা Reality অদু নত্তবা, অতোপ্পা মীৎনা উন্নিবা পুম্নমক, মতম শুহাক্কুংগী মনুঙ্‌দা মাঙ্‌খিগদবা ওইনা উগনি গীতা—(২॥১৪), (৮॥১৬)। Reality বু খঙ্‌বা শুমত্রিবসি, মীৎনা form নত্রগা appearance তা পামলুবদগীনি, অদু নত্রগা, অজ্ঞানগী মায়থুমৃদগীনি (Veil of ignoranee— গীতা :— (৫॥১৫), (৭॥২৫)। মসিগী ফল্লদি, মীনা শিববু কি, অদুগা শিদববু পাম্মী। অজ্ঞানগী মায়থুম লোথোক্কনা name and form গী রাংমদা মীনা খল্লুরবদি, truth পু নিংথিজনা খঙ্‌অহুনা supreme self কা মহাক্কী being গা (জীবাত্মা নত্রগা থৌরায়গা) অমত্তনি খঙ্‌হুনা পোক্‌পা অমস্তুং শিবদগী লাম্মোক্‌পা শুম্‌গনি।

[“হকচাংগা জীবাত্মাগা পুন্নপ পুন্নগা অহিংবা মী অমনি হায়না ঐখোয়না হৌজিক খঙ্‌নরিবা অসিগী মনুঙ্‌দা হকচাংদি মাঙ্‌বা নায়বা অশিবনি, জীবাত্মাদি মতম পুম্নমক্তা অদুম্মক্ লৈরবা অহিংবনি। Spiritual knowledge গী মীৎয়েংদা য়েংলবদি, মী অশিবা নায়বা জীব নত্তে। মদুগীসু মথক্তা, তোঙান-তোঙান্‌বা মী ওইনা সংসারিক্কী জ্ঞান্না উরিবা অসি, অমথক্তা ওইবা ঈশ্বর ওইনা জ্ঞানগী মীয়েংনা উই।” ]

মপাম্মোংদা উন্নিবা হকচাং শুাক্কনা, মীওইবা হায়বা অদু ওইবা নত্তে। মপাম্মোংগী হকচাং মনুঙ্‌দা ফনাম্‌ত্তা খঙ্‌হল্লনা লোত্তুনা লৈন্নিবা থরায় হায়না খঙ্‌নবা জীবাত্মাগা হকচাংগা পুন্নপ-পুন্নগা, অহিংবা মী অমা হায়বা অদু ওইন্নিবনি। হায়বদি, spiritual touch in the material world or body অদুবু অহিংবা মীওইবা হায়না

খঙ্‌নরিবা অহুনি (গীতা ১৪॥৩,৪)। য়াম্না শম্না হায়রবদা, দেহ পুরিবা আত্মাগী হকচাংনি (গীতা ২॥১৩), নত্রগা হকচাংগী মপুবু অধিদৈবত, নত্রগা জীবাত্মা হায়না খঙ্‌নৈ (গীতা ৮॥৪)। Body দি মাঙ্‌বা নত্রগা শিবা নায়বনি—গীতা (২॥১৮,২২),জীবাত্মাদি মাঙ্‌হনবা ঙমত্রবা, হায়বদি সনাতন ওইহুনা অহুম্মক লৈরবা (eternal) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অহিংবা অংশ অমনি (গীতা ১৫॥৭), নত্রগা জগৎপু অহিংবগুম্না লেঙ্‌খোৎহল্লিবা, হায়বদি function তৌহল্লিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অখোইবী জীব কৌবী প্রকৃতি-নি (গীতা ৭॥৫)। মাঙ্‌বা নায়বা হকচাংগা জীবাত্মাগা পুল্লপ পুল্লগা ওইরিবা, মী অমনি হায়না খঙ্‌নরিবা অসিগী মরু ওইবা মচং অমসুং মচিদি, অহিংবা ওইরিবা জীবাত্মা অসিনি, হকচাংনা ওইবা নত্তে। মরমদি, অহিংবা ওইরিবা জীবাত্মা য়াওবতনা মরম ওইহুনা, অভাং ওইরম্বদগী মথং মথং চাওখৎলক্‌না মপুঙ্‌ ফাবা মী অমা ওইরক্লিবনি। (spirit is the basic field of creation and matter or body of human being is created by spirit,known as Jibatma.) Matter গী মহুঙ্‌দা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতিনা ওইবা spirit (গীতা ১৫॥৭) য়াওশিন্দুনা, অহিংবা জীবনি হায়না ঐখোয়না খঙ্‌নরিবা মী হায়বা অসি ওইরিবনি (গীতা ১৪॥৪)। মৎম অসিনা spiritual-knowlege গী মীৎয়েংদা য়েংলবদি, মী অশিবা নায়বা জীব নত্তে। অহুগা অমুকসু, মী খুদিংমকী হকচাং মহুঙ্‌দা লৈরিবা জীবাত্মা পুম্নমক অসি, absolute sense তা য়েংলুরবদি, অমথক্তা ওইবা ঈশ্বর অহুনি গীতা (৭॥৬)(৭॥১৯)। হায়বদি তোঙান্‌-তোঙান্‌বা থন্নায় পানবা পুম্নমক্তা তোঙান্দবা অমথক্তা ওইনা উই (গীতা ১৮॥২০) (১৩॥৩০), নত্রগা থাইদোক্কবা মপুম ওইরবসু থন্নায় পানবশিংদা থাইদোকপগুম্না লৈ হায়বনি গীতা (১৩॥১৬)।

থাক্লৈশংবদি, absolute sense তা য়েংলবদি, মী হায়বা অসি শিদবা জীবনি (গীতা ২॥১২) (১৫॥৭), অহুগা মওংদা অশিবা নায়বা জীবনি (গীতা ২॥১৮,২২,২৭)। অদুম হায়না spiritual knowledge না

মরম ওইদুনা, হুংগী মীৎয়েংনা য়েংদুনা truth পু খঙ্‌নবা হোৎনসি। Truth পু খঙ্‌লবদি, Truth কা অমত্তা ওইখিদুনা immortal self না ওইরিবা ঈশ্বরগস্থু অমত্তা ওইগনি।

---

## ৭। মুন্না থিজিল্লুরবদি, মীওইবগী অশেঙ্‌বা স্বভাবতি ঈশ্বরগী থোওংনি।

[" হৌখিবা মপোক্কী কর্ম্মগী ফল, নত্রগা ঈশ্বরগী থৌজালনা মরম ওইদুনা, হৌজিক্কী মপোক্‌ অসিগী মীওইবনা spirituality গী ওইবা অশেঙ্‌বা থাক্কী লাইনিং লম্বেল পুক্লিংদা কাওই। অস্থুম তৌদুনা, All-perfect, Infinite and Eternal ওইবা ঈশ্বর অমবু খঙ্‌নিঙ্‌দুনা অমস্থুং ফংনিংদুনা, মীওইবনা থিজিল্‌বা হৌরকই।"]

খ্বায়দগী অন্নাংবা থাক্কী ওইবা, খ্বায়দগীস্থু চুন্নবা অমস্থুং ভশেং-নমকপু অরৈবা অহিংবনি হায়না খঙ্‌লবা, মতম অমত্তদা মকম খুদিংদা লীনবা থুংনা লৈবা, অমথক্তস্থু ওইবা, কনামত্তনস্থু মাঙ্‌হনবা ঙমদ্রবা অদুবু (গীতা ২॥১৭) করিনো হায়না খঙ্‌নিংদুনা পুক্লিংদা কাওহল্লিবা অসি, ঈশ্বরনা পীনরবা মীওইবা ঐখোয়গী লাইবক কপ্রবা natural gift অমনি। ধর্ম্মগী অমস্থুং লাইগী ওইবা, মীওইবনা হান্নগী চৎথরক্লিবা থৌদোক্‌-থৌওংশিংদুবু মপুঙ্‌ ফানা অশেঙ্‌বা করিনো খঙ্‌লিংদুনা, মশা-মক্কা থবক অদুদা হ্রাওশিন্দুনা মহুগী মহাও খঙ্‌ননবা হোৎনবগী আশা, অমস্থুং পৃথিবীগী মফুংদা পোক্‌না হককচাং লৈবা জীব অমগীস্থু ওইবা,

মপান্থোংগীস্থ ওইবা অদুগুম্বা সংসারিকী মমুংতাই, ঐখোয়না ছোজিকী মতমদা physical and sensual life হায়না খঙ্নবা অদুবু পেন্দদুনা, মদুদগী হেনবা অৱাংবা থাকী পুন্সি মরেল ওইনিংবগী আশা, অদুগুম্বা আশা মরাম মীওইবগী পুক্লিংদা ফাওহল্লিবা অসি, ইচম চম্বা মী অমগী রাখলদি নত্তে। মসি মী অদুনা পোকপদগী লোয়নবক্লবা, ছোখিবা মপোকী কর্ম্ম ফলনি হায়বস্থ রাই, অদু নত্রগা ঈশ্বরগী থোজালনি হায়বস্থ রাই; গীতা (৬॥৪০), (৮॥৬), (১৪॥১৪), (১৮॥৬২)। অসিগুম্বা ঈশ্বরগী থোজাল লৈবগী মতৌ মওং ওইবা রাখল চেল্লবা মীওইবা অদুগী (individual soul) মপুন্সি অদু অতৈ অমা নত্তে, ঈশ্বরগী খুভম ওইবা শ্রীধাম (spiritual abode—গীতা ১৫॥৬) অদুবু য়োংনবা চৎলিবা (back to god head), হকচাং লৈবা জীবগী কর্ম্ম থোগী অমা ওইনা গীতা (৩॥১৯, ৩০) (৪॥২০) (৫॥৬,১০) (১৮॥১১) থবক তৌফম ওইবা, অমস্থুং "শরীরযাত্রা" পুন্সিগী (গীতা ৩॥৮) থোংচৎকীস্থ মনুঙ ওইবা, মী-দুগী মপুন্সি অমনি। পৃথিবীদা মীওইনা পোক্‌না শ্রীধাম য়োংনবা Pilgrimage চৎলিবা অদুগুম্বা ভক্তদুগী পুক্লিংদা সংসারিকী experience অসি নত্তবা, অৱাংবা থাকী ওইবা spiritual idea অমা ফাও-হনবনি। (জিজ্ঞাস্থ:—গীতা ৭॥১৬)। অসিগুম্বা spiritual idea অসিবু তীর্থ চৎলিবা ভক্ত অদুগী পুক্লিংদা ফাওহল্লিবা অসি অতৈ অমনা নত্তে, ছোখিবা মপোক্তা ভক্ত অদুনা হোৎনজবগী কর্ম্মগী ফলনি হায়বস্থ রাই (গীতা ৮॥৬) (cause and effect ওইবা মওংনি হায়বস্থ রাই)। অদু নত্রগা, মীওইবা ঐখোয়না মপান্দা উৱিবা মওং নায়বা পোৎশক ময়াম-শিংসিগী মনুঙ্ ফাওনা চেন্দুনা ইচেল অমা ওইনা লৈ হায়না খঙ্হল্লিবা principle or one underlying unity (গীতা ৭॥৭, ১৩॥৩০) অম-থক্তুং অদুগী "দয়া" ফংবদগীনি হায়বস্থ রাই (গীতা ৮॥৫)(১৮॥৬২), অদু নত্রগা, তোঙান-তোঙান্‌বা ধর্ম্ম চৎলিবা মীশিংনা তোঙান্‌-তোঙান্‌বা ঈশ্বরগী মমিং থোল্লিবা অদুগুম্বা Great universal spirit অমথক্তুং

ওইবা ঈশ্বর অদুগী "দয়া" ফংবদগীনি হায়বন্সু য়াই (গীতা ৮॥১৪)। মরমদি মীতুনা হৌখিবা মপোক কয়ারক্তা embodied human being ওইনা পূক্নি লেল্লিঙৈদা তৌখিবা কর্ম্ম পূন্নমক অদু, God centred activity ওইখিবননি। (গীতা ৫॥১০, ১৮॥৪৬, ৫৭)। ঈশ্বরগী আশী-র্ব্বাদ অসিদগী ওইখিবা "দয়া" অসিনা মরম ওইতুনা, মী অদুগী পূক্নিংদা discrimination গী রাখল পোক্লকই, হায়রবদি মীওইবনা মপান্দা মীৎনা উরিবা অহিংবা জীব অমস্তুং হিংদবা পোৎ পূন্নমক অসি, করি মরম লৈতুনা অমগ-অমগা স্নুকমান্ মায়ত্ৰিবনো, নত্রগা খজিক্তা ওইরবস্নু অমগ-অমগা খেন্নরীবগী মরম করিগীনো হায়বগী রাখল পোক্লকই। মদু-দগীমানা মখা তানা খিজিলক্‌না(scientifically research তৌরক্‌-না) মানা খঙ্‌জরকই, মদুদি পৃথিবীদা লৈরীবা পোৎ পূন্নমক অসি ঙৈহাক-ঙৈহাক্তী ওইবা, মাঙ্‌বা নায়বনি (আধিভূত-নি-গীতা ৮॥৪) গীতা —(২॥১৩, ১৪) (৮॥১৬), অমস্তুং মতম পূন্নমক্তা মওং হোংবা, থাজনিংঙাই লৈতবা, অমস্তুং মওং নায়বা পোৎশকস্নু ওইতুনা (finite ওইতুনা) imperfect স্নু ওইবনি। অসিগুম্বা তক্ত তরুনা খঙ্‌বগী মখঙ্‌ ওইবা জ্ঞান অসিদগী, মখা তাথরকপা cororally অমা ওইনা, embodied human being ওইতুনা শ্রীধাম য়োননবা pilgrimage চৎলিবা ভক্ত অদুনা খঙ্‌লকই, মদুদি পৃথিবীদা মীৎনা উরিবা অমস্তুং sense know-ledge না খঙ্‌লিবা পূন্নমক অসি spirituality গী মায়কৈয়োম্‌দা য়েংলুরবদি, মতিক মগুণ লৈত্রবা অমস্তুং কায়ত্রবা পোৎমক্তনি। মরম-দি মখোয় অসি নোংমা নত্রগা নোংমদি মাঙ্‌খিগদবা ওাক্তনিনা, ভক্ত অদুদা মখোয়না তশেংনমক পেল্‌হন্‌বা হায়বদুদি কৈদৌঙৈদস্নু ঙম্‌লোই। মদুদগী হেন্দোক্‌প্রদুনা, মখোয় অদুনা ভক্ত অদুবু হৌজিক্ নুংঙাইবা ফংহলক্লিবা experience অদুদি sense gratification and sense enjoyment ওইবা মনুংঙাইনি, নত্রগা physical and biolo-gical process কী ওইবা মনুংঙাইনি, real joy and real

satisfaction নম্বে হায়বসি, ভক্ত অহুনা মুল্লা খঙ্‌জৈ। অহুগীন্নু মথক্তা, মঙোন্দা ফংহৎলক্লিবা মনুংঙাই অহুগী মনুঙ্‌দসু অৱাবা কোঙ্গায় অমা য়ানশিন্নহুনা, মতুঙ্‌দসু অৱাবতা ওইহল্লি হায়বসু মানা মুল্লা খঙ্‌জবকই (গীতা ৫॥২২)। অসিগুম্বা experience অসি ফংলকপদগী, ভক্ত, অহুনা কায়জবা ময়াম অসি থাদোয়রক্নে। মহুদগী মথা চথরকপা অমা ওইনা, মতম কুইনা চৎনহুনা অহুম্মক লৈহৌরগদবা, infinite অমসুং perfection সু ওইদুনা, মঙোন্দা য়ান্‌শিন্নজবা লাইয়মলেনগী ওইবা মনুংঙাই (bliss and satisfaction) পীবা ঙম্বা অহুগুম্বা অমবু, মালা থিবা হোৎরক্নে। অম্নুম হায়না ভক্ত অহুনা বেদ, বেদান্ত উপনিষদ, গীতা অমসুং ধর্ম্মশাস্ত্রশিংগী মতেঙ্‌দগী পুক্লিংগী আন্না অমসুং মশামক্না থবক ওইনা তৌহুনা থিজিনবা অসিবু অচুম্বা লাইনিং লম্বেল থিজিনবা হায়না খঙ্‌লৈ, হায়বদি all perfect and eternal ওইবা অহুগুম্বা ঈশ্বর অমবু খঙনিংবগী অমসুং ফংনিংবগী থিজিনবা হায়না খঙ্‌লৈ (জিজ্ঞাসু :— গীতা ৭॥১৬)।

[ " জীবনা মীওইবগী মপোক্তা embodied human being ওইদুনা পোকপু পোকলুরবদি, ফনমক Super human or geniusman ওইরবা মী-নি হায়না claim তৌরবা ফাওবদা, অহল ওইরকপা, হকচাং মহুরকপা অমসুং মমৈথঙ্‌দা শিবদগী নাম্বোক্‌পা সুকয়া য়াদে।" ]

থায়না মমাংঙৈগী ভারতকী অফাওবা অচৌ-অচৌবা মুনি ঋষিশিংনা মীয়ামদা খঙ্‌হল্লনবনি, মহুদি য়ায়া অভাঙ্‌বা পাক্ ওইথোকন্দবা পোৎশক অহুমথক্তং লৈ, মথোয় অহু ফংনবা হোৎনবদসু য়াম্না লুনা থোকই। মহুদি— (১) মীওইবগী মপোক্তা পোক্তুনা, মী অমনি হায়না খঙহল্লিবা অসি, অহিংবা জীবশিংগী মমুঙ্‌দা মীওইবনা করম্বা থাক্তা লৈহুনা মথোয়গা পুন্না হিংমিন্নদ্রিবনো অমসুং তিন্না লৈমিন্নদ্রিবনো. অমসুং অহুগীসু

মথক্তা, মী হায়বা অসিভদা, অতৈ অতোপ্পা জীবশিংদগী থোইদোক্ হেন্দোক্পা তোপ-তোপ্পা মগুন অমা য়াওহল্লিবা অসি, করি তৌননবগীদমক্তনো ? (২) মীনা মুক্তি ফংনিংবগী থৌরাংহুনবা লৈবা, অমসুং (৩) মীনা মুনি ঋষিশিংগা শয়ন্নহৌবা অহুনা ময়ম ওইহুনা, পৃথিবীগী অফবা শান্তং-সুংচং ওইরক্নবগী পাওতাক্পা কোয়বা জ্ঞান মথোয়দগী ফংঅহুনা পৃথিবী মিকপ্ থোক্হন্বা । হায়রিবা পোৎশক অহুম অসি ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবা মীতনা, মশানা খঙ্জনবা থিজিন্হন্জিন্দুনা হোৎনহুনবা লৈ ।

Material scientist শিংনা মীয়ামদা খঙ্হল্লি, মহুদি মীওইবগী মপোক্তা পোক্লিবা অসি evolutionary process কী থ্বায়দগী য়াংলবা মতোল লোমলবা মওং অমনি। Darwin কোবা scientist না মীয়ামদা খঙ্হল্লম্মী, মহুদি পৃথিবীদা লৈবা অহিংবা জীবশিংগী মনুঙ্দা মীনা থ্বায়দগী অরাংবা থাক্ য়োরবা evolutionary process কী মওংনি। Philosophers and Thinkers খরনদি মহুগী মখা তানা অমুক খন্নহুনা মীয়ামদা লাওরি অমসুং claim তৌরি, মহুদি হৌজিকমক্ ওইরীবা মীওইবগী মপোক অসি থোইদোক হেন্দোক্পা ফীভম-মতা ওইবা superman, অমসুং থোইদোক হেন্দোক্লা লোশিং লৈবা লাইপোক্পা, প্রতিভা লৈবা হায়না খঙ্নবা geniusman নি।

ভারতকী থায়না মমাংদৈগী অফাওবা মুনি ঋষি শিংগী য়াখলদদি, মথক্তা scientists, philosophers and Thinkers না হায়রীবশিং অসিদগীসু থোইদোক্ হেন্দোক্পা মীওইবগী মগুন অমসু হায়রী, মহুদি Superman or geniusman গী ফীভম মতা ওইবা অহু ওাক্তসু নত্তবা, মহুদগী হেনদোক্প্রবা মগুন অমা মীওইবগী থোওংথৌদৌ মতা অসিগী মমুঙ্দা য়াওরি। অহুগুবা মগুন অহুগী য়াখল্য়োমুদা খন্দুনা, মীওইবা হায়বা অসিগী অশেঙ্বা শক্তম কবিনো হায়না থম্হক্ররবদি, ইলং লংবা, মশা মতোম্তনা মওাল ফুদোক্পা ওবা, ঈশ্বরগী

থৌওং ওইবা অহিংবা জীব অমনি (Divine being অমনি), হায়বদি জীবগী হকচাংদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না অধিযজ্ঞ ওইনা লৈ হায়বনি (গীতা ৮॥৪)। নত্রগা, জীব পুম্নমক্কী মনুঙ দমু মপান্দমু ইবুংঙোনা লৈ হায়বনি (গীতা ১৩॥১৫)। নত্রগা, ইবুংঙোনা খাইদোক্তবা মপুম ওইরমমু থরাই পান্‌বা জীবশিংদা খাইদোকপগুম্না লৈ হায়বনি (গীতা ১৩॥১৬)। নত্রগা ঈশ্বরনা অহিংবা জীব পুম্নমক্কী হৃদি মনুঙ্‌দা লৈদুনা লেঙ্‌হল্লিবনি, হায়বদি হিংহল্লিবনি (গীতা ১৮॥৬১)। মীওইবা হায়বা অসি human being ওইবা অতুগুম্বা অহিংবা জীব ওাক্তমু নত্তে, নত্রগা superhuman or supergenius man ওইবা অতুগুম্বা লাইপোক্নুবা প্রতিভা লৈবা অহিংবা জীব ওাক্তমু নত্তে। মরমদি human being,superhuman being and supergenius being পুম্নমক অসি পোকপা অমসুং শিবা শোয়রবনি, অহল ওইরক্পা, মরায় চায়থরকপা অমসুং হম্বরক্‌পা শোয়-রবনি গীতা (২॥২৭)(৮॥১৬)। অতুগীমু মথক্তা, মী অতুনা হীরম অয়াম্বদা মপুঙ্‌ ফারবনি হায়না claim তৌরবা ফাওবদা, মীতুনা হকচাং লৈবা জীব অমা ওইদুনা bodily and mental consciousness কী জগৎ সংসার অসিদা হিংদুনা লৈরীবা মথৈ, রাইে অমরোমদা হায়রগা, অমনা অমদগী মপান ভাংনদুনা পুম্না হিংমিন্নবা অমসুং সুংঙাইমিন্নবা relative and sense world অসিগী মনুঙ্‌দা হিংদুনা লৈরিবা মথৈ, অহল ওইরকপা, হকচাং মন্থরক্পা অমসুং মমৈথঙ্‌দা শিবা হায়বা থাদোক্পা য়াত্রবা লায়না মথলশিং অসিদগী লাম্থোক্পা শুক্‌ওম ওমদে গীতা (২॥২২, ২৭)।

[ "থায়না মমাংদৈগী ভারতকী মুনি ঋষিশিংনা Self-introspective কী method শিজিন্নদুনা ধ্যান তৌবদগী, মখোয়-গী পুংক্লিগী জ্ঞান্না মীওইবগী nature দি divinity নি হায়না উরম্মী। অতুগুম্বা divinity অতু embodied living being থুক্তিংমক্তা ওইবনি হায়না মীয়ামদা লাওথোক্‌লম্মী।" ]

চাওথোক্চনিঙাই ওইবা উপনিষদপু পাম্জবা থাম্বনা মরাংঙৈগী ভারতকী মুনি ঋষিশিংনা য়াম্না মরু ওইবা কন্বিগুম্বা থম্নু পুথোক্লম্মী। মদুদি মখোয়না self-introspective কী method হায়না খঙ্নবা লুংদা হুজিল্লুনা পুক্নিংগী জ্যোম্না য়েংদুনা intuitional and spiritual vision গী মতেঙ্না, মীওইবগী থম্মোয়দা লৈ হায়না খঙ্নবা, Reality গী centre ওইবা heart (গীতা ১৩।১৭) অদুমক্তদগী ফংলক্পা direct experience তগী মখোয়না খঙ্লম্মী, মদুদি মীৎকা মীৎকা য়াম্লোক্লবগুম্বা, থাম্বদগী মরু ওইবা অমসুং অর্থ লৈবা অদুগুম্বা ফীভম মতা অমা পুক্নিংগী জ্যাম্না উরে। অদুম হায়না উন্নিবা মদু অতৈ অমা নৎলমদ্রে, মীওইবগী মরু ওইবা স্বভাবতি (essential nature) ঈশ্বরগী থৌঙনি হায়বনি (divinity) (গীতা ৫।১৬, ১৩।২৪)। মদু হেক্ খঙ্লক্পদা মখোয় পুম্নক্ ঙক্লম্মী। মখোয়না খঙ্লক্লিবা অদু মখোয়তগী মপোৎ ওইনা থম্লম্দে। নখোয় মশামক্ divinity নি হায়বসু খঙ্জরে, মখোয়গী immortality ওইবা nature সু খঙ্জরে, মখোয়গী all perfect ever free ওইবা nature সু খঙ্জরে, অমসুং অদুগুম্বা ফীভম অদু মখোয়দতা নত্তনা, থল্লায় পানবা জীব পুম্নমক্তা ওইবনি হায়বসিসু, মখোয়না খঙ্জরে। মদুদগী মখোয়না মপান নাম্লবা হয়াওবগা লোয়ননা মীয়ামদা খঙ্হল্লম্মী, মদুদি "হে অশিবা লৈত্রবা থল্লায় পানবা জীব পুম্নমক্! নখোয় অমুক হন্না কপ্পগনু অমসুং ক্রায়গনু, নখোয়না পৃথিবী অসিদা অহিংবা জীব ওইনা পোক্লিবা অসি কাজিন-পুন্শিনবা বন্দিগুম্বা নত্তে, নখোয়দি ever-free and immortal spirit নি, নখোয় পোক্পসু লৈতে, শিবসু লৈতে, নখোয় eternal নি অমসুং permanent নি। (গীতা ২।১৮,২০)। সৎ-চিৎ আনন্দ হায়বদি Existence absolute, Consciousness absolute and Bliss absolute না নখোয়গী অশেঙ্বা স্বভাবনি (true nature) অমসুং অশেংবা শক্তমবু তাক্পনি। মীনা মশাদা কী লেৎপা অমসুং

লোথোক্পগুম্না, মিং অমসুং মূর্তিনা নহাক্কী Real self অদুগী মথক্তা নম্মুনা মতম থয়দংগী ওইনা কুপ্শিনবনি। হায়বদি spirituality গী স্বাথলয়োমদা থমুরগা, মতম পূম্নমক্তা অমসুং মফম পূম্নমক্তা থাঙ্গে- মক শেংনা চুমথুনতা লৈরবা অহিংবা কোংদোক্কবা পোৎশক অমবু, মপা- ম্বোংদা কনামত্তনা থঙ্দনবা অমসুং উদনবা হায়দুনা, ঈশ্বরগী যোগ মায়া হায়না থঙ্নবা কুয়োম অমনা (গীতা ৭৷২৫) নশা পুম্বা য়োম্শিন্দুনা লৈবনি। নখোয় divinity নি অমসুং deathless নি হায়বগী জ্ঞান অসি ফংদুনা, মতম পূম্নমক্তা free নি হায়বসি থঙ্উ। মসি নখোয়গী পোক্পদগী লোয়নমক্কবা অশেঙ্বা অধিকারনি। নখোয়বু হকচাং লৈবা অহিংবা মীওইবগী পুন্সি ওইহল্লিবা অসি (embodied human being) অতৈ করিমত্তা নত্তে, নখোয় নশা-নশানা অচুম্বা লম্বেল অশোয়্দা, হায়বদি পুমলংলংবগী মওং-মতৌ ওইবা god-consciousness গী মায়কৈয়োম্দা, থৌনাগা লোয়ননা চংশিল্লক্কবগীদমক ওইহল্লিবনি।"

[" মীওইবগী থুংদা (Spiritual heart) divinity না ভুম্বগী ফীভমগুম্না কনামত্তা থঙহন্দনবা লোৎতুনা লৈরীবা অদুবু থঙ্ননবা অমসুং ফংননবা হোৎনবগী মতুংতা, সংসারিকী অমসুং মপাম্বোংগী ওইবা Sense gratification and sense enjoyment ফংননবা হোৎনদুনা, মীওইবনা মতুংগী ইরাঙ্দা তাওদুনা লৈরী।" ]

মীওইবদা ঈশ্বরনা পীনবিরক্লিবা মমল্ স্বান্নবা খুদোল্পোৎকী মশক ওইরবা human life অসিবু শিজিন্নদুনা, খ্বায়দগী অৱাংবা থাকী ওইবা experience অসিবু ফংননবা, হায়বদি মীওইবা ঐখোয়গী অশেঙ্বা nature দি divinity নি হায়বা অসি থঙ্ননবা, ঐখোয়না অহৎপা লৈতনা হোৎনসি। মাহে অময়োমদা হায়রগা, অধিভূত (জীবশিংগী হকচাংগী স্বাগনা থাঙ্বা নায়বা পোৎ পূম্নমক), অধিদৈবত (হকচাংগী

মপু, হায়বদি জীবাত্মা), অমসুং অধিযজ্ঞ (পরমাত্মা) মখোয়শিং অসিগী ফীভম্ অমসুং থৌওং-থৌদো মতা (constitutional positions and activities) মীহুনা মুন্না খঙ্লবা (গীতা ৮॥৪), অহুগীস্থু মথক্তা, হকচাং লৈবা অহিংবা জীবশিংগী থম্মোয়সুংদা ( spiritual heart তা —গীতা ১৩॥১৭) জিবাত্মাগা পরমাত্মাগা মতম পুম্নমক্তা সুকথা থানদনা পূন্না লৈ-মিন্নৈ (কঠ উপনিযদ—১।২।২০) হায়নসু খঙ্লবা অহুগুম্বা মী অহুনা, মী-ওইবগী অশেঙ্বা স্বভাবতি ঈশ্বরগী ওইবা থৌওংনি (divinity নি) হায়না থাজবগা লোয়ননা জ্ঞানগী মিৎয়েংনা উননবা অমসুং পুক্নিংনা খঙ্ননবা মীহুনা অতৎপা লৈতনা হোৎনগদবনি হায়বনি। মীওইবগী থম্মোয়দুংদা (spiritual heart তা— গীতা ১৩॥১৭) divinity না ভুম্বগী ফীভম-দা, লোৎতুনা কনামত্তা খঙ্হন্দনা, তুমিন্না লৈরিবা অসিবু (গীতা ১০॥২০) হৌদোক্না, ঐখোয়গা মশা অমত্তা ওইশিন্সি, অমসুং অহুম তৌহুনা ঐখোয় মীওইবগী পুন্সি অসি মপুঙ্ফানা মপান্দা ,ফাংদোকসি। ঐখোয়না হিংলিঙৈগী পুন্সি অসি অহুগুম্বা divine experience ফংনবগী-দমক্তনি। মহু নত্তবা অতৈ লমথুংফম পুম্নমক, মীওইবগী secondary goal ওইবা, মথা হুম্থবা লমথুংফম মক্তনি। মরম অসিনা মীওইবনা খঙ্দতুনা মথা হুম্থবা লমথুংফম্সু ফংননবা করিগুম্বা মতমদা ভাল্লুরবসু, supergoal বু কাওথোক্পা অমসু' থৌওইদবা চুমদে। মরমদি মী-ওইবগী পুন্সিগী real goal বু থৌওইজরবদি, থ্বায়দগী হেনবা অরানবা হায়বা অহু ওইরবনি, অমসুং পুন্সিগী মাঙ্জবসু ওইরবনি। ঐখোয় জ্ঞান তারসি, মীকপ্ থোক্লসি অমসুং superhuman and genius-man ওইননবা হোৎনবতা নত্তনা, divinity ওইননবা অতৎপা লৈত-না হোৎনরসি। মরমদি divinity না ঐখোয়গী পনথুংফমনি, অহুগা Divine consciousness কী মতেঙ্না ফংগদৌরিবা অহুগুম্বা পম্থুংফম অহুন্সু, ঐখোয়দা হান্না অহুম্মক লৈজরবনি, তৌইগুম্বসুং মহুবু ঐখোয়না অজ্ঞান ওইবদগী খঙ্দবগী রা-তনি (অজ্ঞান-না জ্ঞানবু কুপ্শিন্দুনা

জীবশিংনা ওক্নপনি—গীতা ৫॥১৫)। পোমথৎলক্লিবা লৈ অপোম্বদা লৈ য়াওবগুম্না, মরম মচা অমদা ওইরকদৌরিবা পাম্বী অচৌবা অমা য়াওবগুম্না, উচেক মরুমদা উচেক অমা য়াওবগুম্না, ঈশ্বৈগী লাইরিক্তা সুংশিরবা সুমগা কোম্লনা খোম্থ্রবা তাল্-লয়্ য়াওবগুম্না, Higher Divinity না ঐখোয়দা হায়না য়াওত্তুনা লৈরবনি। (গীতা ১০॥৩৯, ৪১)। ঐখোয় divine perfection নি হায়না খঙ্ননবা হোৎনবসি য়াম্না অরুবসু ওইরোই, মরমদি ঐখোয়দগী য়াম্না লাপ্না লৈথ্রবা পোৎ অমা ফংননবা থিরুবগুম্বস্মু নত্তে। মতুগী ওয় তৈনবদা, ঐখোয়গী খ্বায়দগী হেম্না নক্নরিবা তুকচাং ফাওবদগীসু হেম্না নক্নুনা লৈবত্তুনা মরম ওইত্তুনা (গীতা ১৩॥১৫), ঐখোয়না মাবু উদবা অমম্সুং খঙ্দবগী য়াতনি। পিক্লিবা অত্তাংমচা-শিংনা মখোয়বু পোক্লিবা মমাগী মগুণবু, মগুণ অমত্তা লৈতবগুম্না নিঙ্ত্তুনা, মখোয়না অপাম্বা পোৎ অত্তু ফংননবগীদমক্ মম্রাগা ফুনবা অত্তুগুম্না, ঐখোয়গী অশেংবা nature দি হায়না divinity ওইরত্তুনা লৈরবনি হায়বা অত্তুবু খঙ্দত্তুনা, মত্তুবু খঙ্ননবা অমম্সুং ফংননবা হোৎ-নবগী মহুৎতা, সংসারিক্কী অমম্সুং মপাম্থোংগী ওইবা sense gratification and sense enjoyment ফংননবগী কম্না হোৎনত্তুনা, মত্তুগী ইয়াংদা পুক্লিচুম্না তাওত্তুনা লৈরী (গীতা ১৬॥১১)।

[ "মপান্দা লৈবা মীৎনা উবা পোৎশিংবু মশক খঙ্ননবা অমম্সুং ফংননবা ঐখোয়না হোৎনবা অত্তুগুম্না, ঐখোয়না ইশা-ইশানা ঐখোয় ইশা-ইশাবু খঙ্ননবা হোৎনরুদে। Self পু ইশামক্তা খঙ্ননবা হোৎনরুরবদি, শিরবা মতমদা খুৎহাংনা করিগত্তা পুদনা, য়াম্না লায়রবা মী অমগুম্না শিখিগনি।" ]

বেদান্তনা হায়রম অসিদা মীওইবা ঐখোয়দা শুগায়না তাকৃলি, মহুদি ঐখোয়না ভাবোক অমগুম্না, নত্রগা ঋষি অমগুম্না ঐখোয়গী মপান্থোংদা লৈরীবা জগৎ সংসারগী পোৎ পুম্নমকপু মীৎনা য়েংলি, অমম্সুং মখোয়শিং

অহুগী মরমদস্থ পুক্লিংনা থলহল্লী। উম্নিবা মউ অসিগুম্না, ঐখোয়গী মীৎনা ঐখোয় ইশা-ইশাগী মীৎপু উবদি য়াদে, মরমদি উগদোরিবা মীৎ অহুম্মক, মীৎ অহুনা য়েংগদোরিবনি। মীৎ অহুম্মকপু মীৎ অহুনা য়েংগে হায়রবদি, শকয়েং মিংশেল অমা দরকার ওই। ঐগী মীৎতা কয়িগুম্বা অমোংপা পোৎ অমা চঙ্প্রবদি মহুবু লৌথোক্লবা, অতোপ্পা মী অমনা রুমাল অমা পায়হুনা ঐগী মীৎকী অমোংপা অহু লৌথোকই, ইশা ইতোমতনা তৌবা য়াদে। ইশামক্কী " ঐ " (self) হায়বা অহুগী লৈয়ীবা ফীভম মতাংসু মতৌ অহুগুম্বনি। মরমদি self তি মপান্দা উম্নিবা পোৎ পুম্নমক অসিবু য়েংলিবা ভাবোক (witness) ওইনা লৈহুনা, অখোয়বা ভাবোক অমনি (গীতা ১৩৷২২), মহাক্ন পোৎ পুম্নমক্কী অখঙ্বা (knower) হায়বহুনি। অহুগীস্থ মথক্তা, মহাক্ন supreme subject ওইহুনা পোৎ পুম্নমক্কী experience ফংলবা experiencer নি। অহুগুম্বা self অহুবু ইশামক্লা হনজিন্ হনজিন্না য়াঙা, খুদিংমক্ক অমস্থং তৌম্নিবা থবক খুদিং-মক্তা "ঐ" হায়না ফোংদোক্লুনা হায়রী। তৌইগুম্বস্থং মপান্দা লৈবা মীৎনা উবা পোৎ অমবু খঙ্ননবা হোৎনবা অহুগুম্না, "ঐ" হায়বা অহুবু খঙ্ননবা কৈদৌঙৈদস্থ হোৎনরূদে। মপান্দা মীৎনা উবা পোৎ, অমস্থং মীৎনা উত্তরবস্থ পুক্লিংগী জ্যান্না লৈ হায়না খঙ্লিবা পোৎ অহুংবু, ঐনা খঙ্ননবা য়াম্না কল্প হোংনৈ। অহুম্নদি ওইরগ , পোৎ পুম্নমক অহুবু য়েং-হুনা পুমখঙ্ খঙ্বা হায়বহুস্থ ওইরীবা অখোয়বা ভাবোক অহুবু খঙ্ননবা হোৎনক্লরবা অহুনা মরম ওইহুনা, self না ঐখোয় খুদিংমক্কী খায়দগী নক্লনা লৈবা হায়বহু ওইরবস্থ, মাবু খায়দগী লাপনা লৈবা পোৎ অমগুম্না থল্লি। অহুনদি খায়দগী মক্ন ওইনা হংগদবা য়াহংদি, মসি কয়িনো ? মহু কয়িনো ? হায়না হংগদবা অমস্থং খিজিনগদবা নত্তে। মহুগী মহুৎতা, "ঐ" কনানো ? হায়না হংগদবনি অমস্থং খঙ্ননবা খিজিনগদবনি। মীওইবা ঐখোয়না মপান্দা মীৎনা উম্নিবা পোৎ পুম্নমকপু খঙ্ননবা হোৎনদবস্থ য়াদে। অহুম্নদি ওইরগা, ইশাবু ইশামক্লা খঙ্ননবা হোৎনক্লবদি,

খঙ্লুরিবা পূরমক অয়েম্বদা ভাহুনা মীওইনা পোক্পগী পূন্সি মহৈ য়াল্লরোই। মরমদি গাধানা মনঙন্দা সনা,লুপা,শামুময়া, মণিমুক্তানচিংবা মমল য়ামলবা পোৎলুম পুহল্লগা, মানা পোৎলুম অহুত্তবু খঙ্বা, মানা পুরিবা পোৎশিংহুগী মশক, মওং, মগুণ, মমলূনচিংবা করিমত্তা খঙ্দবগুম্বনি। মতৌ অহুগুমলহুনা, মপান্দগী উরিবা পোৎশিংতবু খঙ্উহুনা মহুগী experience লৈরবস্সু, ইশামকপু ইশামক্না খঙ্ননবা হোৎনরক্রবদি, মপান্গী মীৎনা উরিবা পোৎশিংগী experience অহুনা মীওইবগী পূন্সিদা, মতম খরদংগী ওইবা, সুংঙাইবদা অরাবস্সু য়ান্শিন্নহুনা য়াওরবা অহুগুম্বা মসুংঙাই ওইহল্লি গীতা (৫॥২২)। অহুগুম্বা মসুংঙাই অহুনা মরম ওইহুনা, মীহুনা শিবদগী কনবস্সু ঙমদে, অহুগা মীহুনা শিরগস্সু অহুগুম্ব মসুংঙাইবু ওইহল্লিবা পোৎশিংহুবু, মানা পুহুনা চৎপস্সু য়াদে। Self পু ইশামক্না খঙজনবা,থুপ্পবদগী থুপ্পবা নির্গূঢ তত্ত্ববু (secret of all secrets or supreme spiritual philosophyবু) থিদোকচজ্রবদি,মপানগী সংসারিকী ওইবা experience পূরমক্পু ভান্শিল্লুরিবা মীহুনা খুৎহাংনা, য়াম্না লায়রবা মী অমগুম্না, করিমত্তা পুদনা শিবগী মতম য়োরক্রহুনা, শিখিগনি।

[" Self পু খঙ্ননবা অমদি ফংননবা হোৎনজ্রবদি, Selfishness কী idea হেন্না হেন্না পাকৃচাওথোরকই। মতুদগী material desire অসুম্-অসুম্ হেনগৎলক্কুনা, মীতুগী শান্তি (peace and happiness) ফংহন্দে। Desire অতুবু right direction দা লমজিংতুনা spiritual desire ওইহল্লবদি, material desire মাঙ্হনবত্তা নৎতনা, Divine Reality বু, হায়বদি self পু জ্ঞানগী মিৎয়েংনা উবা ফংজৈ।"]

Self পু ইশামক্না খঙ্ননবা হোৎনজ্রবদি, মপাম্বোংগী ওইবা সংসারিকী খঙ্লুরিবা experience পূরমক অসিনা brain দা পোৎলুম

অমা ওইহল্লুনা egoism হেনগৎহল্লি, হায়বদি ইশাগীতা য়েংহুনা পোৎ পুম্নমক ঐগী ভাক্তা ওইনিংবা selfishnessকী idea অমু হেন্‌-হেন্না পাক্ চাওথোক্‌হল্লুনা, অদুগুম্বা মপান নায়ক্কবা information য়ামখিংহুনা brain দা পুম্নপ য়েঁবদুদা, spiritual ignorance ওইবা, হায়বদি মজ অমস্তুং তম গুন্না মপুঙ্ ওইবা সত গুণ মুকয়া ও য়াওদবদি নত্তবা থক্কিং-জমক য়াওবা, brain ওইহল্লি। অদুগুম্বা ফীভম মতাগী brain লৈবা মীঁহুগী knowledge না practical ওইনা থবক্তা চৎথরক্‌পদা সংসার অসিদা imperfection ওইনা হিংহুনা লৈরীবা এসিদগী মুক্তি ফংবা কৈদৌঙৈদস্থ ওম্লোই (গীতা ৭।১৩)। অদুগুম্বা selfishness গী knowledge না মপুঙ্ ওইরবা মী অদুদি, মাগী হিংলিঙৈগী পুন্সি অদুদা থোক্লিবা, অপাম্বা অমসুং তুক্কচব, অশাওবা অমসুং পাথৎকন্‌বা, কপ্লকপা অমসুং মিহোবা, মত তিন্নদবা অমসুং চুশিন্নদবা, অকিবা অমসুং অন্নাবা অসিনচিংবা, (হায়বদি spiritual knowledge ফংনবা হোৎনজবদা মীঁহুগী য়েঁথায়বা পাঁরিবশিং) অসি কোকহন্‌বদি লায়রবহুনা, অঙোয়ংনতুম হেন্‌গৎহল্লি। অতুম হায়না অতৎ অথম লৈতনা হেন্‌গৎলক্‌পা অতুনা মরম ওইতুনা, মীঁহু পোৎথাবা ফংহন্দ, মরমদি material desire অমগী মথ ০। material desire অ'তোম্না অমা অমুক থোরক্‌ই। করিগুম্বা material desire অমবু পেলহন্নবা হোৎনরবদি, মহুগী ওন্নতৈনবদা, মৈদ ঘী পাও হৈজল্লগ হেন্‌-হেন্ন চাক্‌থৎলক্‌পগুম্না material desire অমু হেনগৎলক্‌না, মীঁহুগী থরায় ফুকতোক্‌পগী থোওং ফাওবা ওইরক্‌প য়াই (অপাম্বনা মৈগুম্না মবুক থনবা নাইদে — গীতা (৩।৩৯)। হায়রীবা material desire অসি শান্তি ফংনবগী লম্বেলদদি য়েক্কবনি। শান্তিবু লৈত্রবদি real happiness মু লৈত্রে। Desire হায়বা অসিমক্তবু মুক্‌ফং ফত্তে হায়বদি নত্তে, মরমদি desire অমু wrong directionগী desire, হায়বদি material desire ওইহনগনু হায়রবনি। Right direction গী desire, হায়বদি spiritual

desire ওইরবদি, মতুনস্তু material desire বু মাঙ্হনবা, হায়রবদি transcend তৌহনৃবডা নত্তনা, true happiness অমসুং Divine Reality, হায়রবদি self পু খংজবা অমসুং ফংজবা হায়রবহু ওইহল্লি। অসিগুম্বা spiritual desire অসিতনা lesser desire ওইরীব: material desire বু অয় তৌবা ঙম্গনি। খ্বায়দগী অফবা হায়রবা অতুদি Divine Reality বু ফংজবা অত্তুতনি, হায়রবদি Realisation of Divine Reality অত্তুতনি (গীতা ৬।৪৭)। মরম অসিনা মীওইবগী পুন্সি অসিদা God-consciousness পু ফংজবতন খ্বায়দগী মরল য়ামলবনি। অসিগুম্বা experience অসি য়াম্না অরাপ্পা লম্দমদা চৎতুনা থিরুগদবা নত্তে, নত্রগা মীনা খঙ্বদা য়ারগদবা অঙকপা অমসুং অথুপ্পগী মওং ওইবা লাইগী লম্দম্ অমদা, নত্রগা চিংসুং মাপুংদা থিরুগদবসু নত্তে। হৌজিকমক ইশ্বা ইশাদা য়াওহ্লনা লৈরীবা, তৌইগুম্বসুং কনামত্তা খঙ্হন্দনা লোৎতুনা অমসুং ফোংদাক্না লৈরিবা ( latent form ) divine Reality ওইরীবা self পু জ্ঞানগী মীৎয়েংনা উজনবা অমসুং খঙ্ননবা হোৎনগদবনি।

[" হৌজিক্‌মক ওইরীবা মীওইবগী মপোক অসি, self পু জ্ঞানগী মিৎয়েংনা উজনবা অমসুং ফংজনবা থুদোং চারবা মপোকনি। থম্মোয়নুংগী খোঙ্জাও অমসুং মিহুৎখোং পূমনমক হাংদোক্কুনা ঈশ্বরগী grand eternal call বু তানবা হোৎনসি। অতুপা লোয়ন-লোয়ননা হকচাংগা কোন্নরীবা agency ময়াম শিজিন্নতুনা, self পু পুক্নিংগী জ্ঞান্না উজনবা অমসুং ফংজনবা হোৎনসি।"]

অতোপ্পা অতৈগা চাংদম্নিঙায় লৈত্রবা, মতোম্দা ভায়বা Vedic philosophy গী জ্ঞান হায়বহু অসিনি, মতুদি Divine perfection

অমম্মুং মুক্তি ফংগে হায়রবদি, জীবনা মীওইনা পোক্তুনা পৃথিবী অসিদা embodied human being ওইরিবা মতম অসিমক্তদা (গীতা ১৪।৩), ইবুংঙো মাবু ফংনবা অতৈ-অথম লৈতনা কয়া হোৎনগদবনি। মকম অসিমক্ তময়জনকম্ ওইবা অমম্মুং লমথুংকম্মু ওইবা অমম্মুনি। অঙ্গীস্তু মথক্তা, ঐখোয় অসিমক অতৈ অমা নত্তে, খ্বায়দগী হেন্না নক্শিন্নরবা পোৎশক ওইনা ইশ্ব-ইশ্বদা পক্শিন্দুনা য়াওরবা Divine Reality or self অস্তুমক্নি। হৌখিবা মপোক্কী কর্মগী ফল মতুঙ ইন্না, নত্রগা ঈশ্বরগী থৌজাল্লা মরম ওইহুনা, হৌজিক্কী পৃথিবী অসিদা মী ওইনা পোকতুনা, পুক্নিংদা spiritual idea অমা ফাওহন্দুনা ঈশ্বরবু ফংনিংবগী আশা লৈরিবঙেগী মতম অসিমক্তদা, self পু খঙ্জনবা হোৎনবগী চপ্চায়বা মতম্নি। তাঙ্গা অসি নাম্বোক্হল্লগুমসি। মীওইবগী হকচাংপা কোম্বরীবা Agency ময়াম, হায়বদি পুক্নিং, প্রাণায়ামা, হায়বদি মুংশাম্বর হোনবগী নিয়ম নায়হনবা (breathing regulation), মিঙ্গংশিখঙ্বা, মুংশিবা, জীববু হিংসা তৌদবা, তাক্পীবা অমম্মুং থৌজান্ হৈবা, ঈশ্বরবু থাজবনচিংবা divine will না মরম ওইহুনা মীওইবদা পীনরিবা মখোয় ময়াম অসিগী মত্তেঙ্না, মীওইবগী থম্মোয়দুংদা লৈবা Centre of our being য়োকন্দুনা, খঙ্হন্দনা লোৎতুনা লৈরিবা (latent form) self পু (গীতা ১০।২০), পুক্নিংগী মাল্লা খঙ্জবা অমম্মুং উজবা ঙমগনি (গীতা ১৩।২৪)। অদুম তৌদুনা, Supreme abode য়োনবা চৎলিবা (back to godhead) জীবগী শাংগ্রবা pilgrimage গী থোংচৎকী মসুঙ্মস্ম ওইবা, পৃথিবীদা পোক্লিবা মীওইবগী পুন্সি অসি অতৈ অমা নত্তে, pilgrim's soul না ইবুংঙোগী eternal call গী (ঈশ্বরগী পাদ-পদ্মবু ফংজনবা থোঙ হাংদোক্উ হায়না খিন্থীরক্পা) মখোলবু তাজনবগী থুদোংচাবা ফংজনবা মীওইবগী পুন্সিনি। মসিগী মরমদা রাষ্ট্রী মতেক অমা।

# ৱারী মতেক অমা।

লাইনিঙবা ধৰ্ম্ম চেন্বা, লাইয়েকপা কৃষ্ণদাস কৌবা নিপা অমা লৈরম্মী। মানা থৱায় য়াওনা ঈশ্বর ফংনবা করম হায়না হোৎনগনি হায়বগী মরম উৎপা লাই অমা য়েক্পা লোইরে। মাগী লাই য়েংহল্লবগীদমক, মাগী মরুপ লাইয়েক্পা ময়াম মাগীময়ূমদা চা-থক্পা লাক্পীয় হায়না হায়জরুরে। মাগী মরুপ ময়াম লাক্লা মাগী য়ুমগী কময়ম কাদা ফমলে। চা-নচিংবা চান-থক্লবা থবা serve তৌবা হৌরে। ভাজা অহুদা মানা ইয়ুমদা চত্থিদুনা মাগী অয়েক্পা লাই অহু ময়ামগী মমাঙ্দা পুথোক্লম্মী। লাই অহু উবদা ময়ামনা য়ায়া থাগৎনরম্মী। "লাই অসি য়েংবদা ফজৈদ, colour না কজরীবা, মীৎনা উবা অহিংবমক্ মাল্লী" হায়না ময়ামনা থাগৎনরম্মী। লাই অহু চীং-মান, উ-রা হৌবা scenery গুম্বা লাই নত্তে। মহু মুমিদাংগী অমম্বা মতমগী দৃশ্যনি। মুনি অমনা মথুৎতা মৈ থাঙ্গৎলবা lantern অমা পায়দুনা, থাংপোক্পাং অমগী থোঙ্জাও মপান্দা লেপদুনা লৈরী। থোঙ্জাও অহু কয়া লেংনখিল্লি। মুনি অহুগী মায়থোং অহু উবদা, কয়িগুম্বা রা থবা হায়নিংবগুম তৌবা মতৌ মাল্লি।

লাইয়েকপা মরুপ ময়াম অহুনা লাই অহুবু উবদা, মা-মাগী মত (Opinion) পীনরম্মী। ফজৈ, অহিংবমক্ মাল্লী হায়না থাগৎনরম্মী। মথোয়গী ময়ুঙ্দা নহা পাথং লাইয়েক্পা অমা, মথোয়গী সঙ্গ ময়ুঙ্দা হন্দক্তা হিল্লজরীবা অমা য়াওরম্মী। মাগী মপুক্কিংদা দুংঙাইতবা অমা ফাওরম্মী। মানা নিঙ্লিবা অহু লোৎতুনা থম্বা য়ায়রক্তুনা হায়রকই। "মরুপ কৃষ্ণদাস! নহাকী লাই অসিগী অশোয়বা মচা অমথকুং লৈংরে।" "কৃষ্ণদাসনা মঙোম্বা ওন্শিন্দুনা নোক্না-নোক্না খুমলক্ই। "কদায়দা কয়ি শোয়বা য়াওরবগে?" পাথং অহুন হায়রকই।

"থোঙ্জাও অসি য়েংবদা য়াম্না ফজে। অদুবু মশা অসিদা য়েংবদা পুমছাং হাংবগুম্বা অমা তৌই। থোঙ্গী handle অমা পাল্লবদি য়াম্না ফয়োইজরনে? অদুগা থোঙ্ অমা লৈরবদি handle অমস্তু পান্‌ফমস্তু থোক্‌ই।" কৃষ্ণদাসনা খুমলক্‌ই। "ঐনা মসি খঙ্না খঙ্না তৌগে হায়দুনা তৌরিবনি। থোঙ্ অসি মপান্দগী হাংগদবা নত্তে, মনুঙ্দগী হাংগদবনি। মরমদি খাংপোক্‌শঙ্ অসি মীওইবগী জীবাত্মাবু represent তৌবনি, থোঙজাও অসিনা মীওইবগী থম্মোয়বু represent তৌবনি। মীওইবগী অমম্বা পুন্সি অসিদা, ভগবান্না থাওমৈগা লোয়ননা লাক্কুনা, থোঙজাও অদু হাংদোক্লবা থৌন্নি। অদুগা থোঙ্দু খাংপোক্‌শঙ, অদুগী মনুঙ্দা লৈবা মীতনা হাংদোক্কদবনি। মীওইবনা মশা:মশাগী থোঙজাও, মিচুংথোঙ্ পুম্নমক লোন্‌শিন্দুনা থম্বনা মরম ওইদুনা, মখোযগী জীবাত্মাশিংদু অমম্বদা তৌফম খঙ্দনা থাঙ্দুনা অদুম্মক লৈরে। থোঙ্জাও হাংলগা মপান্‌গী থাউমৈ মঙাল চংলক্কুনা অমম্বা কোক্‌পগুম্, মীওইবগী থম্মোয়গী থোঙ্জাও অমস্তুং মিচুংথোং পুম্নমক লাওনা হাংদোক্কুনা, থম্মোয়স্তুংদা লৈবা জীবাত্মাবু (Individual soul বু) জ্ঞানগী মিৎয়েংনা উনবা অমস্তুং খঙ্নবা হোৎনসি।" য়েক্লিবা লাই অদুগী মনুঙ্দা লৈবা অর্থ পুম্নমক অদু কৃষ্ণদাসনা ফোংদোক্লকপা অদুদা, ময়াম পুম্নমক্না অমুক্না হেন্না মাবু থাগৎলম্মী।

মরম অসিনা, মীওইবা ঐখোয়গী থম্মোয়গী থোঙ্জাও মিচুংথোঙ্ পুম্নমক্ লাওনা হাংদোক্কুনা, য়েন্‌হৌডৈদগী হোৌনা ঈশ্বরগী eternal call তৌরিবা অসিবু তানবা হোৎনসি। হায়বদি মীওইবগী হক্‌চাংগা কোম্নরীবা, মথক্তা হায়থবা Divine will না মীওইবদা শীনরবা agency ময়াম শিজিন্নদুনা, থম্মোয়নুংদা লৈবা centre of our being য়োৌহল্লগা, কনামত্ত খঙ্হন্দনা লোত্তুনা লৈরীবা self পু পুক্লিংগী জ্ঞান্না উজনবা অমস্তুং ফংজনবা হোৎনসি গীতা (৫॥১৬)(১৩॥২৪)। মীওইবগী পুন্সি তেন্নি, মতমদি অয়েপ্পা লৈতনা অদুম্মম্ হোৌগ্রে, অমস্তুং হক্‌চাংনা

অহল ওইরক্পা, লায়নানা নারক্পা অচুনা মরম ওইচুনা, অস্থুম অস্থুম শোন্জিন্লক্লগা শেয়দনা জ্ঞানস্থু মাঙ্লকনি। পাঙ্গল্না কল্লিবৈঁদা, বুদ্ধি লৌশিং ফরিবৈঁদা, মপান্গী মীৎনা উরিবা অরেপ্পা মওং নায়বা, অচুম্নদি ওইরগা, অমত্তা মাম্নদবা তোঙান্-তোঙান্বা পোৎশিং-সিনা ঐখোয়গী পূক্নিং মখোয়গী মায়কৈরোম্দা অপাম্বা পোকহন্দুনা গীতা (৩।।২৯), (৫।।২২) চিংশিন্খিজ্রিবৈঁদা ( হায়বদি mind না তরু তরুবিবৈঁ অমস্থুং মপাঙ্গল কল্লিবৈঁদা ), অপাম্বনা ঐখোয়বু পুন্শিন্দ্রিবৈঁদা, হায়বদি selfishness কী idea না (গীতা ১৮।।২৪) মপুঙ্ফানা থুমৃহৎতুনা Sense gratification and Sense enjoyment তনা পূন্সিগী অরোয়বনি অমস্থুং পন্থু্ংফম্নি ( গীতা ১৬।।৮ ) হায়না খল্লিবৈঁদা, ঐখোয় জ্ঞান তারসি, গীতা (১৩।।১১) মিকপ্ থোক্লসি। ঐখোয় গা খ্বায়দগী নকুনা ঐখোয় ইশা-ইশাদা হান্ননা পক্কুনা লৈরীবা; অচুম্নদি ওইরগা, ঐখোয়না জ্ঞান রাৎপদগী (ignorant) খঙ্জ্রিবা অমস্থুং উজ্রিবা self পু, অচুম্বা লাইনিং ৮ম্বেলনা অতৎপা লৈতনা চংশি-ন্দুনা, পূক্নিংগী জ্ঞাম্না খঙ্ননবা অমস্থুং উননবা হোৎনসি (গীতা ৫।।১৬)

[ "অবা নুংঙাই, অফ ফত্ত, contradictory ওইবা event শিংনা থন্না লৈরবা মীওইবগী পুন্সিগী লান্ফম্ অসিদা, অহিংবা মী অমা ওইনবগীদমক্ তৌদবা য়াদ্রবা professional work তৌদুনা লৈরিবৈঁদা, মীওইবগী-নুংদা লৈবা self পু জ্ঞানগী মীৎয়েংনা খঙ্ননবা অমস্থুং ফংননবা হোৎনগদবনি।"]

মীওইবা ঐখোয়গী হৈ-শিংবা, লৌশিং অমস্থুং জ্ঞান শিজিন্নদুনা, wisdom হায়বা অচু ওইননবা, অমুক থিন্থবা তৌদনা হৌজিক্মক্ তৌগদবা থবক অচুদি অসিনি, মতুদি হৌজিক্মক্ ওইরিবা মীওইবগী পুন্সি অসি Divine perfection ফংননবগীদমক্তা ঈশ্বরগী থৌজাম্না

মরম ওইদুনা, ঐখোয়দা পীনরবা অমনি হায়না খন্দুনা, অমুক থিজ্বা তৌদনা, মীওইবা ঐখোয়গী হৌজিক-হৌজিকমক্ ওইরীবা ফীভম-মতা অসিদা, হায়বদি জাতি-বিজাতি, অচৌ-পিশক, লায়রবা-ইনাক্খুনবা, নিপা নুপী, শিন্ফম, লাইরিক হৈবা-হৈতবা, নহা-অহল অমত্তা থায়দনা, self কী লাইনিং লম্বেলদা চংশিন্নবা হোৎনসি। জীবনা-হকচাং লৈবা জীব অমা ওইনা পোক্নুনা পৃথিবীদা লৈরিবনি হায়না খঙলিবা মীওইবা ঐখোয়না, গীতা (১৪।৩), হকচাং ফনা লৈননবগী অমস্নুং হিংননবগীদমক, লম্দম্-লমদম্ অদুদা হায়না পোক্নুনা লৈরম্লিবা মীশিংদুগী চৎনরীবা environment and circumstances কা চান্নবা standard of living থম্নবা, ইশা-ইশাগী ওইজবগী মওং মানবা, তৌদবা য়াজবা professional work নচিংবা তৌরবস্থু (গীতা ৩।৮, ১৮।১১, ৪৭), অদুগুম্বা সংসারিক্কী ওইবা activities তৌদুনা লৈরিঙৈগী মনুঙ্দা, ঐখোয়গী থম্মোয় মুংদা কনামত্তা খঙ্হন্দনা লোৎতুনা লৈরগা ঐখোয়বু অহিংবা জীব অমা ওইহন্দুনা লেঙ্খোৎপা অমস্নুং য়াথস্ থনবা ভমহল্লিবা self পু (গীতা ১৩।১৫) জ্ঞানগী মীৎয়েংনা খঙ্জনবা অমস্নুং ফংজনবা হোৎনসি (গীতা ১৩।২৪)। সমুদ্র স্নান তৌদুনা পাপ কোক্কনি হায়না খল্লরবা শ্রদ্ধা লৈয়বা ভক্তশিংনা, সমুদ্র স্নান তৌবা চৎপদা, সমুদ্রগী ঈথক্ নেমৎথবা ভায়দে, হায়বদি ঈথক্ চৌন-হৌনা মতুগী মনুঙ্দা স্নান তৌনবা হোৎনৈ। মরমদি সমুদ্রগী ঈথক্কি স্নুক্লেপ লেপ্লোয়, মতম পুম্নমক্তা ঈথক্ হৌদুনতা অদুম্মক লৈগনি। মতৌ অদুগুম্লদুনা, সমুদ্র ঈথক্কী মতৌ-মওং মানবা, মীওইবগী অচৌবা লান্থমগী মওং-মতৌ ওইবা পুন্সিগী মনুঙ্দা, হায়বদি তৌক্হন্বা স্নুকম্বা য়ারয়োইদোবা অরা-মুংঙাইবা, অফ-ফত্তবা, থাজবা-থাজদবা, অকন্বা-অশোন্বা; contradictory ওইবা পোৎ অমস্নুং থোদোক-শিংনা পুঙ্বা-পুঙ্বা লৈদুনা, অফ-ফত্তবা activities না মথুম্-মরাং হৌরিবা মীওইবগী পুন্সিগী মনুঙ্দা, মীওইবনা অহিংবা জীব অমা

ওইনা লৈনা-লৈনা self কী লাইনিং লম্বেলদা পূক্নিং চংশিনসি (গীতা-৬॥১১,১৪,২০) (৭॥১৯) (১৮॥৬৫) (৯॥৩৪) হায়রবদি, সমুদ্রগী ঈথক্ লৈন-লৈনা, সমুদ্র স্নান তৌননবা ভক্তশিংনা ঈশিংদা চোংথবগুম্না, self কী লাইনিং লম্বেলদা চোংশিন্‌সি। অস্তুম হায়না জীবগী হৌরক্‌ফম ওইরীবা অহুদা হল্লিন্নবা ( back to godhead ) লমথুংফম (supreme abode) য়ৌনবা চৎলিবা; pilgrimage গী মওং ওইবা মীওইবগী পুন্সি অসিদগী হেন্না নুংঙাইবা; হেন্না লাইবক ফবা. করম্বা জীবগী পুন্সি অমা লৈরম্‌থিগদগে ?

[ "হৌরকৃফম ওইবা Self তগীতোঙান্ তোঙান্‌বা embodied living being ওইনা মতম কুইনা চৎথোকৃলুরবস্, মমৈথঙ্‌দা Self তা হল্লিন্নকপা মক্তনি। মুনি ঋষিশিং অসি, মীওইববু Self য়ৌনবা অচুম্বা লম্বেল তাকৃপিবা মীওইমক্তনি। Darwin গী theory of evolution গী অরোইবা মফম্‌দগী, Vedanta গী theory of evolution গী হৌরক্‌ফম্‌নি।" ]

ঐখোয়গী মাঙ্‌দা লৈরিবা লমথুংফম অহু য়ৌনবা, ঐখোয়না অতৈপা লৈতনা চংশিন্‌গদবনি। সমুদ্রগী ঈশিংদা নুংশানা য়ৈরগা, ঈশিংনা মনিল ওইনা থক্তা পায়খৎলি, অহুদগী থক্কী অইংবা নুংশিংকা থেংনহুনা লৈচিন-নোংফাই ওন্‌থি, মমৈথঙ্‌দা লৈচিন অহুবু নুংশিৎনা কংফালগী মায়কৈরোম্‌দা পুরক্তুনা হুম্‌থরকৃই। লৈচিন অহুদা অথিংবা অমা য়াওদ্রিবা মথৈ, মানা অতিয়াগী অহাঙ্‌বা মফম অমদগী অতোপ্পা অহাঙ্‌বা মফম অমদা কোয়পায় পায়হুনা লৈ। লৈচিন অহুনা অরাংবা চিংজাউদা থেংবা মতম্‌দা, নোং ওইনা লৈপাক্তা তাথরকৃই; অহুগা ঈশিং ইচেল নায়না লৈপাক্তা চেল্লি। অহুগুম্বা ঈচেল নায়না চেল্লিবা অহুনা, ঈশিংগী হৌরক্‌ফম ওইবা সমুদ্রদা তিল্লত্রিবৈগী মতম, হায়রবদি

থবক অনি অহুগী ময়ক্ অহাঙ্বা মতম থরদংগী মনুঙ্ অহুতদা, মতম ওহাক্-ওহাক্কী ওইবা অহিংবাগুম্বা পুন্সিগী মওং মানবা অমদগী অতোপ্পা মওং মান্বা অমদা ঈশিংনা ওস্থোক্-ওন্শিন্ তৌবগী-থবক (evolution-ary process from one species or life to another spe-cies or life) অহু লোয়রে। হায়বদি ঈশিংনা সমুদ্র ঈপাক্তগী মতম থরা কায়নহুন' তোঙাম্না লৈবগী মতৌগুম্না তৌকরবস্নু, মতম পূম্নমক্তা কায়নহুনা মরী-সুকলে লৈনদনা তোঙাম্না লৈবা হায়বহুদি ওইদে (গীতা ২॥১২,১৩॥২,১৫॥৭)। মরমদি ঈশিং অহু অতোপ্পা মফম অমদা চৎথোক্খিহুনা অমুক হন্না হল্লকত্রবা হায়ব' অহু ওইবা য়াদে মমৈথংদা সমুদ্রগী ঈশিং ইপাক্তা অমুক হল্লিল্লক্ই (গীতা ৮॥১৯)। মতৌ অহুগুম্ব-তনি, individual soul শিংগা (মীওইবগা) self ক লৈনরীবা মরী, মতৌ-মওং অমস্নুং ফিভম মতা (constitutional position) (তৈত্রিয় উপনিষদ-৩॥১), (গীতা-৭॥৬,৭,১৯)। মীওইবা ঐখোয়না ঐখোয়গী হোরক্ফম ওইবা natural abode or eternal existence হায়না খঙ্নবা, মপান নায়রবা সমুদ্রগুম্বদগী থোরক্ই। Divine ocean গী ফিভম ওইবা অহু অমুক হন্না হেক ফংদ্রিবা ফাওবা ঐখোয়না পোৎথাবা য়াদে। লৈচিন্না অরাংবা চিংজাও থেংনরুবা অহু অতৈ অমা নত্তে, মীওইবা ঐখোয়গী পুন্সিদা মুনি, ঋষি, god-realised person শিংগা থেংনজরুহুনা মখোয়গা তিন্নজবা, হায়বদি সৎ-সঙ্গ তৌবা ফংজরুবগুম্বনি। মখোয়না ঐখোয়দা পাওতাক পীবিরকই, (গীতা ৪॥৩৪,৩৯) মহুদি "ভাইখো! নখোয়না চৎলিবা অহু কদায়দনো? নখোয়না চৎলিবা মায়কৈ অহু অরান্বা মায়কৈনি, সমুদ্র য়ৌবা মায়কৈ নত্তে। মরম অহুনা, মায়কৈ অসোম্দা হল্লকউ"। ওন্নতৈনবা মায়কৈদা কোয়-পাই পাইহুনা চৎলিবা লৈচিন্না, মাগী চৎলিবা মায়কৈ ওন্থোক্তুনা অচুম্বা মায়কৈদা হল্লকই। চাওথরবা চিংজাওগী মতোন্শিং অহুদা কোয়পাই পায়রিবা লৈচিন্না য়ৈহন্দুনা, মহুদগী থক্তোক্লপগী মওং ওইনা,

সমুদ্রগী মায়কৈ তম্না লৈচিনবু পাইহনল্লক্রীবা, অদুগুম্বা চিংজাওশিং অদু মুনি ঋষিশিংগা পাংখকুনি। মুনি ঋষিশিং অসি ঈশ্বরনা থারক্পা দুত (messenger) ওাক্তনি, অদুগা মখোয়গী পাওতাক্না (wisdom teachings) ধর্ম্ম গ্রন্থশিংদা মচা খায়না মীওইবতবু খঙ্হল্লি। মুনি ঋষিশিংগা তিল্লজরুবদগী মখোয়গী পাওতাক্কী মতুঙ্ ইন্না Individual soul শিংনা ওন্ন-তৈনবা অরান্বা মায়কৈদা চৎলম্বা তোক্নুনা, অচুম্বা মায়কৈ ওইবা Ocean of Divinity য়ৌনবা, অমুকহন্না মখোয়না চৎপা হৌরকই।

মরম অসিনা, অসিগুম্বা Spiritual wisdom অমস্তুং মীওইবগী evolution গী রাখল অসিগা পুন্নপ পুন্নগা ঐখোয়দা খঙহল্লিববু, মীওইবা ওইনা হৌজিকমক্ পৃথিবী-অসিদা ঐখোয়না পোক্লিবা অসি খ্বায়দগী অরাংবা থাক্কী ওইবা highest state of evolution নত্তে। হায়বদি জীবনা অতোন্ব থাক্কী ওইবা Species or life ভগী মথং মথং অরাংবা থাক্কী ওইব Species or life ওইরক্নুনা, খুদম্ ওইনা হায়রবদা, তিল কাঙ্দগী হৌদুনা ভা, শা, য়োঙ্, মী ওইনা মথং-মথং ওইরক্নুনা, মীওইবন খ্বায়দগী অরাংবা থাক্কী ওইবা জীবনি হায়না Darwin গী theory of evolution না claim তৌরিবা অদু নত্তে। Darwin গী evolutionary theory না লোয়খিবা পল্মে ওইবা মফম অদুদগী বেদান্তগী theory of evolution না ইনৌ-নৌবা অমা অমুক হৌরি। বেদান্তগী theory of evolution গী মতুঙ্ ইন্নদি, মীওইবা ঐখোয় অসি Spiritual life কী থাক্-থাক্ নায়না মথং-মথং কাথৎলকপগী মতৌ-মওং ওইবা খ্বায়দগী ইহান হান্বা হৌনবা Species or life নি। Darwin গী Physical গী মতৌ-মওং ওইবা evolutionary theory গী মতুং ইন্নদি, মীওইবনা খ্বায়দগী অরাংবা থাক্কী Species or life

ওইরম্বদি-য়াই। তৌইগুম্বম্নুং Spirituality গী মতৌ-মওং ওইবা বেদান্তগী evolutionary theory মতুং ইন্নদি, মপান্থোংগী হুকচাংদি ওহাক্ লৈতনা হোংদোক্-হোংজিন্ লৈবা, থুনা মাঙ্খিগদবা পোৎ অমা ওইবা মরম্না, মতুদা থোয়দোক্না মরু ওইনা লৌরুদে অমম্নুং য়াথলম্নু থল্লুদে। মতুগী মতুংতা, SPiritual life ওইবনা মরুনি। মরম অসিনা, বেদান্তগী লাইনিং ল্ম্বেলগী evolutionary theory গী মতুং ইল্লবদি, ইচম্ চম্বা মীওইবগী (ordinary or common man) পুন্সি মরেল্ ওইরম্বদগী divine life কী পুন্সি মরেল্দা চংলক্না, মথং-মথং জ্ঞানী, ভক্ত, বৈষ্ণব, সাধু, মুনি, ঋষি, god-man ওইবগী পুন্সিদা থাক্-থাক্ নায়না evolutionary Process কুম্না অরাংবা থাক্না কাথৎলক্না, মমৈথঙ্দা Self মতোম্তা (শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মতোমতা) ভায়হৌবা অতৈ করিমত্তা লৈহৌদবা ঙায়বনি। গীতা (৭॥৭,১৯) (১০॥৩৯) (১৮॥৬৬)।

[ " মীওইবগী Personality and faculties বু সংসারিক্তা ওইবা Sense-gratification and Sense enjoyment তা শিজিন্নবগী মতুংতা, Supreme truth ওইরীবা Self পু জ্ঞানগী মিৎয়েংনা থঙ্জনবা, মখোয়বু শিজিন্নবা হোৎনবনা, ঐখোয়গী right direction ওইগনি। " ]

মীওইবগী পুন্সি অসি ঈশ্বরনা পীনরবা থৗয়দগী মমল্ য়াম্লবা অঙকপগী পুন্সি অমনি। মসিগীদমক্ত ঐখোয়না হৈরাওগদবনি; অতুপা ঐখোয়গী তৌকম থোক্পা থৌদা, হায়বদি Self পু পুক্নিংগী জ্ঞাননা উজনবা অমম্নুং ফংজনবা অতৈপা লৈতনা হোৎনগদবনি গীতা (৫॥১৬) (১৩॥২৪)। ঈশ্বরনা ঐখোয়দা পীনরীবা শক্তি য়ম্লাম অসি শিজিন্নতুনা, হায়বদি ১। পুক্নিনা য়াথল থনবা ওয়বগী শক্তি, ২। হুকচাংনা

লেঙ্‌খোৎতুনা থবক তৌবা-ঙম্নবগী শক্তি, ৩। পুক্নিংদা ফাওতুনা অচুম-অরান খংনবগী শক্তি, ৪। পুক্নিংদা লাংতক্নতুনা মুংশিবা ফাওনবা শক্তি, ৫। বুদ্ধি শিজিন্নতুনা অচুম্বা কংননবা ন্যায়বিচার তৌনবগী শক্তি, ৬। পুক্নিংনা ময়োশিন্ন অমথক্তদা থন্দুনা intuition ময়োনবগী শক্তি, অসিনচিংবা শিজিন্নতুনা Self introspection গী মওং ওইবা ধ্যান তৌতুনা; মীওইববু হিংহল্লিবা মচি-ওইবা innermost essence or individual Soul অতুনু থাক্‌-থাক্‌ নায়না মথং-মথং থঙ্‌লকনি। (গীতা ৫॥১৬, ৮॥১৪, ১২॥৮, ১৩॥২৪)। অহানবগী থাক্তা মপাম্থোংগী হকচাং (Physical body) লৈতবগুম্না তৌরকনি, অনিশুবগী থাক্তা মুংগী ২শুবা হকচাং (astral body) লৈতবগুম্না তৌরকনি, অহুমশুবগী থাক্তা Causal body (Physical and astral body ওইরক্লবগী cause ওইবা গীতা ১৪॥২০) লৈতবগুম্না থঙ্‌লকনি। হায়রিবা পোৎ-শক অহুম অসি থিংঙ্গায়তুনা মপান্দা থোক্‌ত্রিবমখৈ, হায়বদি ভক্ত অতুগী রাখন্দা অসিগুম্বা জ্ঞান অসি ফাওত্রিবা মখৈ, ভক্ত অতুনা Supreme truth ওইরিবা Self পু জ্ঞানগী মিৎয়েংনা উজবা অমসুং ফংজবা ঙম্লোই।

হৌজিক্কী মতম্‌দদি, মীওইবদা ঈশ্বরনা পীনরিবা শক্তি ময়াম অসি অয়াম্বা মীনা ওন্নতৈনবা মায়কৈদা শিজিন্নরি, হায়বদি সংসারিক ওইবা মুম্বান-কৈথানবগী পূজিদা চাওখৎননবগী; ওইজ-ওইথক্‌ য়াম্না ফংনবগী, অমসুং Sense gratification and Sense enjoyment কী হিরম্‌দা শিজিন্নরী (গীতা ১৬॥১১)। মতুগী ফলদি অরাবতা ওইরকই (গীতা ৫॥২২)। শক্তি ময়াম অসিবু অসিগুম্বা হন্থবা মওংগী ওইবা ওন্নতৈনবা মায়কৈদা শিজিন্নবগী মহুৎতা, মীওইবা ঐথোয়গী মুক্তি ফংনবগী মায়কৈদা শিজিন্নসি। যদ্যপি মীওইনা পোক্‌না, মীওইবগী Constitutional Position গী মতুঙ্‌ ইন্না তৌফম

থোকপা থবক্তি, divinity and liberation ফংনবা তৌবতনা ওইগনি (গীতা ৯॥৩৪)। অসিগুম্বা মীওইবগী অচুম্বা ইথৌ অসিবু মুম্না থঙ্‌ত্ত্রবদি, ঐখোয়গী পুন্সিদা Problem and complication কয়া থোরক্কনা অরাবতা ওইগনি। অতুগীসু মথক্তা, ফত্তবা হুম্বা মপোক্তা embodied living being অমা ওইনা পোকনি (গীতা ১৩॥২১,১৪॥১৫), মরমদি ঐখোয় ইশা-ইশানা পামজবগী মতুং ইন্না, মতুঙ্‌গী মপোক্তসু অচুম্বক ওইরকই। অসিগুম্বগী শোয়কত্ত্রবা থৌদৌ মতা অসি গীতাদসু ফোংদোক্লি, মতুদি :—

"হে কৌন্তেয়! মী অমুনা হিংলিঙৈদা তত্তনা নীংজরকপা অদু মহাক্না শিরমদাইদা নীংশিংই, শিরমদাইদা নীংখিবা য়াম্না পামজবা মওং অদুম্মক শিরগা ফংলুই।" (গীতা ৮॥৬)

অসিগুম্বা অচুম্বা থৌদৌ-মক হসিবু ঐখোয়না থঙ্‌নবা হোৎনজনা খ্বায়দগী খুদোংচাবা ফংলিব মীওইবগী পুন্সি অসিদা, অচুম্বা লাইনিং লম্বেলদা মায় ওনশিন্নবা হোৎনসি। মীওইবগী Personality and faculties অসিনা ঐখোয়গী liability and problem ওইহনগুমসি, মতুগী মহুৎতা, মখোয় অসিন ঐখোয়গী real assets ওইহন্দুনা, ঐখোয়গী মুক্তি ফংনবগী উপায় (medium) ওইহনসি।

কনাগুম্বা মী অমা থোং লোনশিন্নবা ক' অমগী মনুঙ্‌দ' লৈরে হায়না থল্লসি। থোং অতুদা শো অমসু য়াল্লি। শো অতুগা মী অতুগা লৈনরীবা মরী অদু ঐখোয়না করম হায়না উরি? মী অদুনা মুক্তি ফংবা, হায়বদি মানা লৈরিবা ক' অদুদগী মপান থোক্‌খিবা হায়বা অসি, মী অদুনা শো অদুবু শিজিন্নবা মশিজন্নগী মথা পোল্লি। শো অদু লৈথোক্কনা, শো হাংলবদি থোং হাংদোক্কনা মী অদু মপান থোক্‌খিগনি। মদু নত্তদুনা, শো অদু লৈশিন্দুনা, শো লোল্লবদি,

থোং লোন্‌শিন্‌খিজ্ঞনা মী অমু মপান থোক্লমোই, কা-মনুঙ্‌দা অহুম্বক্ অম্বাবা থাঙ্‌হনা মী অমু লৈগ্রগনি। মতৌ অমুগুম্বহনা, মীওইবগী personality and faculties অসি, ঈশ্বরনা ঐখোয়গী থুক্তা শিন্নহনা পীনরবা শো-গুম্বনি। মখোয় অসিবু শিজিন্নবা মশিজন্নগী মতুং ইন্না, মী-ওইবা ঐখোয়বু হৌজিক লৈরীবা কীতম-মতা অসিদগী হেন্না-হেন্না ফাজিন পুন্‌শিন্‌হল্লবা, নত্রগা পুন্‌শিন্‌হন্দনবা ভৌবস্মু য়াই, হায়বদি মুক্তি ফংহনা ঈশ্বরবু ফংজনবা ভৌবস্মু য়াই।

[" Mind না মীওইববু bondage ওইহন্নবগী মরম ওইহল্লি, অমসুং free ওইহন্নবগী মরমসু ওইহল্লি। God consciousness কী মায়কৈরোম্‌দা মায় ওনশিন্‌বতনা, ঐখোয়গী real life হায়-বত্থ ওইরে। পৃথিবীগী মনুঙ্‌দা অহিংবা মী অমা ওইনা লৈন-লৈনা, মপানগী ওইবা মীৎনা উবা পোৎশিংদগী ওইরকপা সংসা-রিক্কী রাখল পূমনমক থম্মোয়নুংদা চংহনজনা মমি তাহন্‌গুম্‌সি। ঐখোয়গী থম্মোয় অসি ঈশ্বরতগী মফম ওইহন্‌সি।" ]

ফাওরবা মুনি ঋষিশিংনা লাওরি, মতুদি mind না মীওইববু ফাজিন্‌-পুন্‌-শিন্নবগীসু অমসুং মুক্তি ফংহন্নবগীসু মরম ওই। মীওইবগী personality and faculties শিজিন্নহনা, য়াম্না মুপ্প থম্বহনা, মীওইবগী স্বভাবতি (nature দি) ঈশ্বরগী ওইবা থৌওংনি (Divinity নি) হায়বা থঙ্‌ননবা অমসুং জ্ঞানগী মিৎয়েংনা উননবা হোৎন্‌সি। মখোয়শিং অসি শিজিন্নহনা, eternal Reality ওইরীবা ঈশ্বরগা ঐখোয়গা মিৎকুপ অমত্তা ফাওবা থানদে হায়বসি থঙ্‌বগা লোয়ননা spiritual progress লৈননবা, অমসুং অমুগুম্বা ঈশ্বরগা মরী লৈনবা থবক্তবু ভৌহনা পুন্সি লেন্‌বা তম্‌সি। পৃথিবীদা লৈবা মীৎনা উবা অমসুং মীৎনা উত্রবস্মু পুক্নিংনা লৈ হায়না থঙ্‌বা পোৎ লিশিং লিশিংবু থঙ্‌ননবা পূক্নিংনা রাখল থন্‌বা অমুগুম্বা,

ঈশ্বরগী মরমদা হেন্র-হেন্না খঙ্‌জল্লনবা অমসুং ঈশাগী হৈনবী ওইবা থবক অমা ওইনা চৎথরক্লবা, অতৎপা লৈতনা হোৎনসি। মপাম্বোংগী ওইবা মীৎনা উবা মতম থরদংগী ওইবা, থুনা মাঙ্‌খিগদবা পোৎশিংগী অচুম্বা শকতম খঙ্‌ননবা হোৎনবদা শিজিন্নখিবা বুদ্ধি অমসুং মিৎয়েং অচুম্বা, ঈশ্বরবু জ্ঞানগী মিৎয়েংনা উননবা অমসুং খঙ্‌ননবা faculty of intellect and reasoning বু শিজিন্নদুনা, মীওইবা ঐখোয়গী হিংলিঙৈগী পূন্সিদা, রাখল থনবদা, রা গাংবদা অমসুং থবক তৌবা খুদিংমক্তা god centred activity গী খোঙং ওইবা habit অমা ওইননবা হোৎনসি (গীতা ১৮॥৫৭)। (১) মীৎনা উবা, মঙং লৈবা, ঐখোয়গী মপান্দা মশীং থংদবমখৈ লৈরীবা, মাঙ্‌বা অমসুং তুম্বা নায়রীবা পোৎশিংবু খঙ্‌লিবা জ্ঞানগা (material knowlege) মীৎনা উদবা, মঙং লৈতবা, ঐখোয়গী মপান্দসু মমুংদসু মফম পুম্নমক্তা শীনবা থুংনা অহিংবা ওইনা লৈবা, অমখক্তসু ওইবা, অনি গুদবা, করম্বা মতমদগী লৈরকপা হোঙি অমসুং করম্বা মতমদা লৈতবা ওইখিনি খঙ্‌দবা (eternal), অচুম্বা অমখক্ অচুবু খঙ্‌লিবা জ্ঞানগা (spiritual knowledge), জ্ঞান অনিসি করম হায়না খেন্নহল্লিবনো, (২) ওহাক্‌-ওহাকী ওইবা মীৎনা উরিবা পোৎশিংগা permanent Realityগা করম হায়না খেন্নহল্লিবনো, অমসুং (৩) Non-self কা Real self কা করম হায়না খেন্নহল্লিবনো— অসিগুম্বা খেন্নহল্লিবশিংগী মরম পুম্নমক মুপ্না খিদোক্তুনা, ঐখোয়না খঙ্‌ননবা হোৎনসি। অমুন হায়না রাখন থনবা মঙং-মতৌ অসিনা, ঐখোয়গী পুক্নিংবু য়াকাইহনদুনা (জিজ্ঞাসুঃ — গীতা ৭॥১৬) হাপ্না অমম্বনা কুপশিন্দুনা ফক্‌চিল্লবা বুদ্ধিবু (গীতা ৫॥১৫) ওয়াম্বোক্হনবা ঙম্মগনি। অমুম তৌদুনা, ঐখোয়বু ফাজিন পুনশিনবদগী নাম্বোকহনদুনা, ঐখোয়গী রাখল্দা spirituality গী থাক্‌-থাক্ নায়বা জ্ঞান যয়াম খঙ্‌বা ঙম্মগনি। অসিগুম্বা থবক মতৌ অসিনা, ঐখোয়না পৃথিবীদা অহিংবা মী অমা ওইনা লৈনংলৈনা, ঐখোয়গী তৌদবা য়াক্কবা ইথৌ পাঙ্‌থোক্পা হায়বগুম্ব ওইরে,

অমম্বদা ভূমহুনা লৈরবা রাখলবুসু হৌদোকপা ঙাম্বরবসু ওইরে, লেঙ্-হুনতা লৈবা অহিংবা অমসুং সুংগী ওইবা পূম্নিগী মহিং ওইনা হিংবা ঙাম্ব-বহুসু ওইরে,অমসুং মিনিট খুদিংগী অরাংবা থাক্তা god consciousness কী মায়কৈরোম্দা অসুম অসুম কাখৎলকপা ঙাম্বরবহুসু ওইরে। মসিভনা Real life নি, অমসুং মসিভনা অহিংবা জীবশিংগী মসুংদা খ্বায়দগী হেন্না অর্থ লৈরবা, মীয়ামদা উৎহুনা থঙ্ হল্লবা মহিং ঙাম্বরবা অহুসু ওইরে। ( Real iife with full value. )

•

অসুম ঙাম্বনবু ঐখোয়না তৌরবদি, ঐখোয়গী লাইবক ফবা অমা ওইরকনি, অমসুং মহুনা ঐখোয়গী পূম্নিগী মসুংদা peace, Prosperity and happiness পুরক্কনা, ঐখোয়গী লম্মথুংফম ওইরীবা divinity দু ফংজবা অমসুং থঙ্জবা ওইগনি। ঈশ্বরনা ভরাম্-ভবাম্না ঐখোয়বু খুৎ হৎহুনা কৌরিবা মায়কৈরোম্দা মাম্ব-ওন্শিন্সি, তৌজিমক্কী ওইরিবা physical world অসি god world ওইহন্সি, মহুভনা ঐখোয়গী পূম্নিগী অচুম্বা মায়কৈগী ওইবা রাখল ওইগনি। পৃথিবী অসিগী মসুঙ্দা ঐখোয় অসুম্মক লৈসি, মপান্দা থোক্কুম্সি। হি-না ঈশিংদা তাওহুনতা লৈ, তৌইওম্বসুং মানা ঈশিংবু করিমত্তা থম্বুদে অমসুং নাচুংদে। অহুম্মদি ওইরগা, হিংসুগী অমথক্কুং ওইবা রাখল ঙাম্বরবনু, মাগী মসুঙ্দা ঈশিংনা চংলক্কনবা হোৎনবা অহুভনি। মরমদি ঈশিংনবু হি-দা চংলক-ন্ববদি, হি ওইবগী কাম্বরবা ঙাম্বরবা অহু লৈত্রে, অমসুং অর্থ লৈভবা ঙাম্বরবা অহু ওইরে। মতৌ অহুওম্বহুনা, মপান্দা ঐখোয়গী মীৎনা উরিবা পৃথিবী অসিগী মসুঙ্দা লৈবা পোৎ পূম্মক্কী রাখল পূম্মক অসিনা, ঐগী থম্মোয়দা চংহন্নুনা মমি ভাহন্শুম্সি (গীতা ২॥৫৭) (৬॥৪)। মহুগী মহুত্তা, ঐগী থম্মোয়দা ঈশ্বরবু নিংশিংজহুনা, ঈশ্বরগা অমত্তা ওইবা ভমসি (গীতা ৮॥১৪) (৯॥৩৪)। অসুম তৌহুনা, ঐখোয়গী হকচাংনা পৃথিবী অসিদা লৈজসনু, মহুনা ঐখোয়দা করিসু কায়রবা লৈতে। ঐখোয়গী থম্মোয় অসি

ঈশ্বরগী মকম ওইহল্লি, অতৈ অতোপ্পগী মকম ওইহল্লুবসি। (ঈশ্বরনা অহিংবা জীব পুম্নমক্কী হৃদয়দা লৈ—গীতা ১৩॥১৭)

[" Negative spiritual Quality ওইবা রাথল অমত্তা থম্মোয়দুংদা চংহন্দনবা হোৎনসি। পুথিবী অসিদা অহিংবা মী অমা ওইনা লৈরিঙৈদা, ইবুংঙো মহাক্তা ঐহাক্তা eternal and permanent Companion ওইনা লৈমিন্নে, কৈদৌঙৈদস্ত ইতো-ম্‌তা তোঙান্না মিৎকুপ অমত্তা কাওবা লৈতে হায়না থনগদবনি "]

হকচাং লৈবা অহিংবা মী অমা ওইরুবদগী (embodied human being), ঐখোয়না হিংনবগীদমক্‌ লৈরুরিবা মক্কম, surrounding circumstances and environments কা চান্নবা standard of living থম্নবা তৌদবা য়াদত্তুনা, ঐখোয়গী temperament কা চান্নবা, ওইজ ওইথক্কী মওং মান্নবা professional work তৌদবা য়াদত্তুনা তৌরুরবস্তু (গীতা ৩॥৮, ১৮॥১১, ৪৭), ঐখোয়না মী অমা ওইনা হিংলিঙৈগী মতুত্‌দা, রাথল থনবদা, রা ঙাংবদা, অমসুং থবক তৌবা থুদিংমক্তা, worldly affairs অমত্তা থম্মোয়দুংদা চংহন্দনবা হোৎনসি। মরমদি spirituality গী রাথল্লোয়দা থল্লুরবদি, negative spiritual quality ওইবা মখোয়শিং অসিবু ঐখোয়গী থম্মোয়দুংদা চংহল্লুরবদি, spiritual evolution গীদি ওয়্যৈতেনবা ওইনা থোক্কনি (গীতা ১৩॥২১) (১৪॥১৫)। মথুগী ওয়্যৈতেনবদা, positive spiritual quality ওইবা অহুতবু থম্মোয়দুংদা পুশিন্দুনা, ঐখোয়না রাথল থনবদা, রা ঙাংবদা অমসুং থবক তৌবা থুদিংমক্তা শিজিন্নবা হোৎনসি। য়াম্না শম্না হায়রবদা, হিরম থুদিংমক্তা god centred activity ওইহল্লি গীতা (৩॥৯, ৩০) (৫॥১০) (৯॥২৮)। মথুতনা inner spiritual life পু মতেঙ্‌ পাঙ্‌বা ঙম্‌গনি (গীতা ৮॥:৪,১৪॥১৪)।

ঐখোয়গী জুমিৎ খুদিংগী ভৌরিবা থবক্তা spiritual quality ওইহন্নপে হায়রবদি, খায়দগী অথুপ্পা য়াথংদি অসিনি, মহুদি ঐগাক্তা ঈশ্বরগা সুকথা থানদে, মতম পুম্নমক্তা, মফম পুম্নমক্তা অমসুং খোদোক্ খুদিংমক্তা ঈশ্বরগা লোয়নহুনন্তা লৈ। অসিগুম্বা ফীভম-মতা অসিবু কঠ-উপনিষদতা অমুম হায়না কোংদোক্লি, মহুদি—

"হকচাং লৈবা অহিংবা জীবগী থম্মোয় মনুঙ্দা লৈবা উ পাম্বী অমদা super soul (বিভু আত্মা) নত্রগা পরমাত্মা অমসুং individual soul (জীবাত্মা) পুন্না লৈমিন্নে। সংসারিকী পোৎকী অপাম্বা লৈত্রবা মী অমুতনা ঈশ্বরগী খোজান্দগী soul গী মতিক মগুণবু থঙ্বা ঙম্মী। (১/২/২০)"

পৃথিবী অসিদা অহিংবা মী অমা ওইনা ঐ-না লৈরিঙৈদা, ইবুংঙো মহাক্তা ঐহাক্তা eternal and permanent partner ওইনা লৈমিং-ন্নৈ, কৈদৌঙৈদম্মু ইতোম্তা ভোগাঙা মিকুপ অমত্তা ফাওবা লৈতে। অসিগুম্বা য়াথংনা মতম পুম্নমক্তা লৈরবদি, spirituality গীদি ওন্নবৈনব ফত্তবা থবক অমা তৌগে হায়না করিগুম্বা মতমদা ঐগী পুক্নিংদা ফাওব-ক্লবসু, থম্মোয়নুংগী ঈশ্বর অহুনা (Indwelling Reality হায়রবদি, আ-ত্মানা ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান বাসুদেবনা—গীতা (১৩।১৭) (১০/২০,৩৯) (৭।১৯)—কঠ উপনিষদ—১/২/২০), পুক্নিংদা অশেঙবা অমসুং অচুম্বা জ্ঞানবু ফাওহন্দুনা, অহুগুম্বা ফত্তবা থবক অহু কৈদৌঙৈদসু তৌহল্লোয়। নত্রগা, ইশানদি করিমৎতা থঙ্জদনা, মফম-ময়াং করিমত্তা থঙ্দনা, করিগুম্বা অনৌবা খোদোক অমা খুদক অহুদা খোকচিল্লক্লনা, spiritua-lity গীদি ওন্নবৈনবা পুক্নিংদা থল্লকলিবা অনৌবা ফত্তবা য়াথং অহু নম্হৎখিগনি, হায়বদি কাওহন্খিগনি। অহু ওইরবদি, মীয়ুগী অহুগুম্বা পুন্সি অহুম্মক, spirituality or divinity গী মায়কৈদা থাক্-থাক্ নায়না কাখৎলক্লবগী খোঙং অমা ওইরকনি। পুম্নমক অসিবু য়ায় শয়া

হায়রবদা, অচুবা অমসুং অশেঙ্বা লম্বেল চত্নবা মীওইবনা হিংনবগী-দমক, হায়রবদি a complete humanlife with full value অমমম্ ওইবা মী ওইননবগীদমক art, science and religion তুনা ওইবা হিংবা মহিংগী পুন্সিনা, ঈশ্বরবু খঙ্জনবা অমসুং ফংজনবা হোৎনজবা হায়রবনি। ধর্ম্মগী রাখলয়োমদা হায়ররবদা, মতম লৈবা খিবিক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু spiritual knowledge গী মতেঙ্না নীংশিঙ্, চায়বদি devotional service,prayer andmeditation তৌ,অহুগা লোয়ন লোয়ননা material knowledge and scienceকী মতেঙ্না লানৃস্থ শোক্কৌ (গীতা ৮॥৭), হায়রবদি লানকয়্শুন্নবা মীওইবগী সংসায় অসিদা হকচাং য়াওবা অহিংবা মী হায়রবহু ওইননবা কর্ম্ম যোগী অমগী থবক মতৌ অহু তৌতুনা লৈন-লৈনা (গীতা ৩॥৮), ঈশ্বরবু মতম পুম্নমক্তা ভক্তি অমসুং পূজা তৌতুনা খুরুমজগদবনি (গীতা ৯॥৩৪) হায়রবনি। অসুম হায়না মন অমসুং বুদ্ধি অনিমক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নিঙ্জয়গা, কর্ম্ম যোগী অমা ওইনা God centred activity গী রাখলগা লোয়ননা ঐখোয়গী হিংলিঙৈগী পুন্সিদা তৌরিবা ইশা-ইশাগী পোকপদগী হৈনজবা profe-ssional work (গীতা ১৮॥৬০)অমসুং অতোপ্পা থবক পুম্নমক, ইবুংঙোগী dovetail loving devotional service ওইনা পাঙ:থাক্লবদি—গীতা (৫॥১০) (১৮॥৪৬,৫৭), শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু শোয়দনা ফংগনি হায়না গীতাদা ইবুংঙোনা কোংদোক্লি (গীতা ৮॥৭)।

———

# মাইনিং লম্বেল।

# ( System and path of Religion )

## Vol. II

## Part 2

" নারায়ণং নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমং।
দেবীং সরস্বতীঞ্চৈব ততো জয় মুদীরয়েৎ ॥ ১ ॥
গণেশ-শেষব্রহ্মেশদিনেশ-প্রমুখাঃ সুরাঃ।
কুমারাদ্যাশ্চ মুনয়ঃ সিদ্ধাশ্চ কপিলাদয়ঃ ॥ ২ ॥
লক্ষ্মী সরস্বতী দুর্গা সাবিত্রী রাধিকা পরাঃ।
ভক্ত্যা নমন্তি যং শশ্বত্তং নমামি পরাৎ পরং ॥ ৩ ॥
ধ্যায়ন্তে সন্তং সন্তো যোগিনো বৈষ্ণবাঃ সদা।
জ্যোতিরভ্যন্তরে রূপমতুলং শ্যামসুন্দরং ॥ ৪ ॥ "

## ৮। জ্ঞান যোগ।

### (ক) অহানবা শরুক

(জ্ঞান যোগ করিনো, অতুসা জ্ঞানী অমগী মীৎয়েংদা জগৎ সংসার, হকচাং, পুক্নিং, থাখল অমসুং খঙ্নবা পাঙ্গল (consciousness) করিনো খঙ্হনবা ।)

"জ্ঞান যোগকী লাইনিং লম্বেলদি পূক্নিং য়াম্না কনবা, যুক্তিবাদ নত্তবা (rational and reasoning নত্তবা) করিমত্তবু থাজদবা মীগী-নি। মসিগী লমথুংফম Self-realisation নি। জ্ঞানী মশামক্ ব্রহ্মন-নি। Sense knowledge না শেম্বা জগৎ সংসার অসি self কী মমি ওইবা related world নি"।

জ্ঞান যোগনা তাল্লিবা লমথুংফমদি, ভক্তি যোগ নত্রগা রাজযোগনা তাল্লিবা লমথুংফমগা চপ্ মান্নে, অদুমদি ওইরগা, লাইনিং লম্বেলগী নমুনাদি থেন্নে। জ্ঞান যোগ অসি ইন্দ্রিয় য়াম্না কন্বা লেপ্ খিবদগী পূক্নিং হোংল্লবা, অদুমনি ওইরগা, যুক্তিবাদ ওইবা ( rational and reasoning) অদুগুম্বা মীতগীনি। ভক্তি যোগকী ভক্তশিংনা অশেঙ্বা লুংশিবনা (spiritual love) অমসুং ভক্তিতগী মতেঙ্না, ঈশ্বরবু ফংই, গীতা (৮॥২২) (১২॥২,৩) (১৮॥৬৫)। রাজ যোগীশিংনা স্বর সাধনগী (প্রাণায়ামাগী) মতেঙ্না mind control তৌদুনা, জীবাত্মাগা পরমা-ত্মাগা অমত্তা ওইনা ভিন্নহন্দুনা ঈশ্বরবু ফংই, (গীতা ৬॥১৩—১৫)। অদুগুম্বদুনা, জ্ঞানীশিংনা অচুম্বা জ্ঞানগী পান্থৈতনা অমসুং মরম অচুম্বতনা ঈশ্বরবু ফংবা ঙম্মী, (গীতা ৫॥১৬, ১৭, ২৪—২৬)। মহাত্মা হান্নদগী চৎনরক্লিবা লাইগী মূর্তি নিঙ্ববুস্ন পামম্লুদে, হৌজিকী অমসুং তুংগী মপোক্কী অপাম্বা পূম্নমক করিমত্তা থল্লুদে (গীতা ৫॥২২) (২॥৪৫)। মহাকী হায়রবু মুক্তি অদুবু তশেংনা খঙ্দুনা, মশামক মুক্তি ফংননবা অচুম্বা জ্ঞানগী মতেঙ্না, পূক্নিং চপ্ য়ুংনা হোৎনবা অহুতবুনি (গীতা ৫॥২৪)। মানা থল্লি, জ্ঞানগী মতেঙ্ নত্তন মুক্তি ফংবা ঙম্লোই। মসিদা হায়রিবা জ্ঞান অসি, সংসারিকী জ্ঞানবু নত্তে। মহাকী জ্ঞান-দি, (১) মীওইবগী অশেঙ্বা শক্তম করিনো খঙ্ননবা জ্ঞান, (২) মী হায়বা অসি পোকপা শিবা লৈতবনি (গীতা ২॥২২) অমসুং অকিবা লৈতবনি হায়বা খঙ্ননবা জ্ঞান। Self পু তশেংনা খঙ্বা (self-realisation) হায়বা অসিনা মহাকীদি থায়দগী অকবা হায়বা অদু লৈতবনি (গীতা৫॥২৬)। Self ডি

সংসারিক্কী ওইবা রাখল অমসুং জ্ঞানগী য়াংমদদি। "অশেঙ্বা শক্তমগী ঐ হায়বা অত্তুদি, অহৌবা অমসুং অয়োয়বা লৈত্রবা Reality অমা ওইবা মরম্না, মীওইবগী relative knowledge গী মনুঙ্দা ওইবা মীৎনা উরিবা পোৎ অমগুম্বা নত্তে। Absolute knowledge ত্তনা (অধ্যাত্মজ্ঞান-ত্তনা-গীতা ১৩৷৷১১ নত্রগা, সাত্ত্বিক জ্ঞান-ত্তনা-গীতা ১৮৷৷২০) মাবু খঙ্বা ঙমগনি। Sense knowledge না খঙলিবা পুন্নমক্ limitation লৈবা মক্তনি (গীতা ২৷৷১৪) মরমদি মখোয় অসি লোয়বা খল্বা নায়রবা cause and effect কী চক্র মনুঙ্দা লৈবা পোৎশক মক্তনি গীতা (১৮৷৷৪০)। অত্তুমক্পু অফ-ফত্ত চাং মাল্লবা জগৎ সংসার অমা ওইবা মরম্না, মীওইবগী অরাবা অমসুং মুংঙাইবা চাং হায়রপ্ মাল্লনা লৈ। মরম অসিনা, অসিগুম্বা হৌজিক্কী জগৎ সংসার অসিতদা, মীওইবনা মগী খাঙ্গেংশংবা শক্তম্বু খঙ্জত্তুনা, মহাক মশামক ব্রহ্মননি, অতৈ অমা নত্তে হায়না মশানা লেপ্চবা ঙম্লবা মকম ওইবা জগৎ সাংসার অমনি।

[ "Material world শুন্য নত্তে। মাগীসু থোইদোক্পা অচুম্বা ওইবা ফীভম অমা লৈজে, অত্তুবু ব্রহ্মণ লৈবা মরমনা, মসিবু অশেঙ্বা নত্তবগুম উবত্তনি। বেদনা লাওরি, মীনচিংবা জগৎ সংসার পুন্নমকনা ঈশ্বরগা অমত্তনি। মত্তুবু খঙ্বা মী য়াম্না তাঙ্ই। " ]

জগৎ সংসার অসি nature গী evolution অমনি (গীতা ১৪৷৷৩), অত্তুগা ঈশ্বরগীসু (self কীসু) manifestation অমনি (গীতা ৭৷৷৬)। অত্তুগীসু মথক্তা, জগৎ সংসার অসিনা মীওইবা ঐখোয়দা practical ওইনা তাক্না খঙ্হনবা অমসু য়াওরি, মত্তুদি মায়াগী মায়থুম, হায়বদি খঙ্লিবা উরিবা পুন্নমক অসিগী মনুঙ্ কাওনা Absolute নত্রগা

Brahman লৈ হায়বা অসিনি— গীতা (৭॥৭) (৭॥২৫)। World অসি শুন্য নত্তে, মাগীস্থ থোইদোকপা অচুম্বা ওইবা ফীভম অমা লৈজে। অদুবু মদুগী মনুঙ্দা Brahman লৈবা মরম্না world অসি অশেংবা নতবগুম উবভনি।

Knower বু ঐখোয়না করম হায়না খঙগদগে? বেদান্তনা লাওরি, ঐখোয় পূল্লপ্না মহ্কম্ক্রি (knower অদুমক্তি গীতা ৭॥১৯), অদুবু মাবু কৈদোউঙেদস্থ খঙ্বা ঙমদে (গীতা ৭॥১৩, ২৬)। মরমদি মহাক অসি মীওইবগী জ্ঞানগী পোৎশক অমা কৈদোউঙেদস্থ ওইদে। Modern Science নস্থ খঙহল্লি, মদুদি মাবু কৈদোউঙেদস্থ খঙ্বা ঙম্ লোই। অদুমদি ওইরবদা, ঐখোয়না করি করিগুম্বা মতমদা মাগী মঙাল খজিক্ খজিকচুং ইপাদা ফাওবগুম তোই। জগৎ সংসারগী মায়া (delusion) অসি মীৎকুপ অমত্তুং ওইরবস্থ অমুক্তং মাঙখিবদা, মহাক ঐখোয় পূম্নমক্কা অমত্তা ওইবগুম তোই। অদুগুম্বা অশেঙ্বা ফীভম অদু ঐখোয়দা কুইনদি লৈতে। ঐখোয়না মাবু লৈকংলাগী মীৎভরংগী মতোগুম্না (mirage) খঙ্গনি। অদুগুম্বা মীৎভরং অদুগী মনুঙ্দা, নত্রগা রাংমদা লৈরিবা অশেঙ্বা পোৎশক অদুবু খঙ্ননবা ভানবা অসিনা (গীতা ৪॥৪২) ধর্ম্ম পূম্নমক্কী উৎকেশ্যানি। বেদনা লাওরি, মীওইবস্থ য়াওনা অহিংবা অমস্থং হিংদবশিংগা ঈশ্বরগা পূল্লপ পুনশিল্লগা অমথক্কনি (তৈঃ উঃ ৩॥১) (বেদান্ত সুত্র ভাগঃ ১॥১॥১) গীতা (৮॥৩০,৩১), (৭॥৬,৭) (৮॥২২), (১০॥৮,৩৯) (১৩॥১৫,২০,৩০), অদুবু মাইথুম অদু ফাওদোক্কনা রাংমদা নত্রগা মনুঙ্দা লৈবা Truth অদুবু খঙ্বা মী য়াম্না ভাঙই (গীতা ১২॥৫)।

জ্ঞানী অমা ওইননবা ইহান হায়া থাদোক্কবা হোৎনগদোবদি অকিবনি। ঐখোয়গী থাম্মদগী ফত্তবা য়েক্লবশিংগী মনুঙ্দা অকিদসি য়েক্লবা প্রথম অমনি। থাজবা হায়বা অসি অতৈ করিমতা নত্তে, পোৎ অমগী

অশেঙ্‌বা শক্তম খঙ্‌ন্ত্রিঙৈদা ওইরম্বা ফীভমনি। পোৎ অতুগী অশেঙ্‌বা শক্তম খঙ্‌লবা কান্দা হায়রগী থাজরম্বা অতু মাঙ্‌খি। মরম অসিনা, "ঐ অসি হকচাং নত্তে, ঐ অসি mind অসি নত্তে, ঐ অসি Thought অসি নত্তে, অতুদগী হেন্দোক্কনা, ঐ অসি consciousness অসি নত্তে, ঐ আত্মন-নি" হায়না ইভৎতরনা ঐনা হায়রুনা,শোন্দুনা অমম্বুং থবক তৌবা খুদিংমক্তম্স অতুগুম্বগী ভাবতা তৌরুনা, ঐনা হায়না ওইদবদা থাজরম্বা অতু থাদোক্‌খিনবা তোৎনসি। ঐনা পুম্নমক অতুদা থাজরম্বা অতু থাদোক্‌পা ওয়ক্‌পা মতমদা, self মহোম্‌তা সৈহৌরগনি। জ্ঞানী অমগী ধ্যান অসি মথম্স অনি শুই,মতুদি (১) জগৎ অসিদা মীৎনা উরিবা অমম্বুং উজ্রবস্ম রাখম্না লৈ হায়না খঙ্‌লিবা পোৎ পুম্নমক্‌, মখোয়গী অশেঙবা শক্তম নত্তে। (২) Atman, The one self-existence or knowledge and Bliss না ঐখোয়গী অশেঙ্‌বা শক্তমনি (গীতা ২।১৭)। True rationalist অমনা, হায়বদি spiritual চৎনবু ফংনবা হাল্লিবা মী অমনা, অসিগুম্বা রাখল অসিবু থমৎথেংবা ফংঙে অকিবা লৈতনা মম্বগদবনি। লমথুংফম অতু কংত্রিঙৈগী লম্বেল খঙ্‌ওপ্রা, মানা খল্লিবা রাখল অতুবু অখিঙ্‌বা ওইহল্লিবা, মপানগী পোৎ অমতনা য়েংথায়নব শীবা ওমহল্লোইদবনি। ঐখোয়না খঙ্‌গে হায়না হাল্লিবা Atman অতু অসি নত্তে, মতুস্ নত্তে, অম্নম হায়না অম্নম হন্দোক্‌খিনা নত্রগা থাদোক্‌খিবা অতুনা (নেতি, নেতিগী meditation method না বৃহদ-অরণ্যকা উপনিষদ মন্ত্র ২।৩।৬), মমৈ ইকোন কোন্‌বদা, হন্দোক্‌পা স্নুক্‌য়া য়াক্ষবা মতাঙ্‌ অমা লাকনি, মতম অতুদা ঐগী অশেঙ্‌বা শক্তম, হায়বদি Atman অতুবু খঙ্‌বা ওমগনি। অতুগুম্বা "অশেঙ্‌বা ঐ" অতু জগৎ-সংসার অসিগী সাক্ষী সরূপনি (গীতা ১৩।২২)। মাদি Unchangeable, enternal অতুগা infinite নি (গীতা ২।১৭)। হৌজিক্তি ঐখোয়না খঙ্‌দবনা মরম ওইতুনা, মরোল মরোল নায়না মাবু কুপশিন্দুনা লৈরী (গীতা ৫।১৫)। মরম অসিনা, ঐখোয়না মাবু খঙ্‌বা ঙমদ্রি।

তোইগুম্বসুং মাদি মতম পুম্নমক্তা অতুম্মক লৈঙদনা লৈ। ঐখোয় ইশামক্না matter and belief পুম্নমক্কী থাজৈশেংনমক তোঙাম্না থাইদোকপা ঙম্নবা মতম অতুদা, অশেংবা জ্ঞানী অমা ওইগনি (গীতা ৫॥১৬)।

[" জ্ঞান-যোগগী হৌরকফম য়ুম্ফমদি Abstract unity নি। ব্রহ্মান মতোম্তনা অচুম্বনি, অতৈ অতোপ্পা পুমনমক অরানবনি।" ]

জ্ঞানী অমনা মতম পুম্নমক্তা "ওঁ-তৎ-সৎ" তনি হায়না থজি, হায়বদি ওঁ তনা অশেংবা অরৈবনি (real existence নি) গীতা (৯॥১৭), (১০॥২৫), (১৭॥২৩)। জ্ঞান যোগকী হৌরকফম য়ুম্ফমদি Abstract unity নি। মসিবু অদ্বৈতবাদ (monism) হায়না থৌনৈ, হায়বদি দ্বৈতবাদ (dualism) নত্তববু হায়বনি। Vedanta philosophy গী মরু ওইবা য়ুম্ফমদি অসিনি, মতুদি "ব্রহ্মান মতোম্তনা অচুম্বনি, মহাক নত্তবা অতৈ পুম্নমক অরানবনি, অতুগা ঐহাক ব্রহ্মান অতুমক্নি।" ঐখোয় অসি Being অতুবু ওইহন্বদা য়াওরীব থাইদোকপা অমসুং তৎনধানবা য়াক্রবা শরুক অমনি (গীতা ১৫॥৭) হায়না তরু তরুনা থঙ্ক্রিবা ফাওবা, ঐখোয়গী অনি-অনি থোকপ রাথলগী রাংমদা থক য়োবা য়ারোই, হায়বদি সংসারিকী অফ-ফত্তবা, নুংঙাইবা-অরাবা, হরাওবা-কপ্পা অসিনচিংবগী রাথসগী রা'মদা থক য়োবা য়ারোই। অতুবু হেক থঙবদা মতুগী মথা চপ্পরকপা ওইনা ঐখোয়না থঙগনি, মতুদি ঐখোয় অসি অমথক্তা ওইবা অনি শুদবা, অহোবা অয়োয়বা লৈতবা, হোংদোকপা য়াক্রবা অমসুং ঙমথে লৈতবা অতুগুম্বা ব্রহ্মান অমুনি, (তৈঃ উঃ ৩॥১) গীতা— (২॥১৭), (৪॥২৪), (৭॥৬, ৭), (৮॥২২), (১৩॥৩০)।

# জ্ঞান যোগ।

## (খ) অনিশুবা শরুক

(জ্ঞানী অমগী মীৎয়েংদা তোঙান্বা লাইনিং লম্বেলময়াম, ওইজবা থাদোক্পা, লাইরৈবাক্তী মমুংঙাই, মতমনচিংবা কম্নিনো থঙ্হনবা।)

[ " তোঙান্-তোঙান্বা লাইনিং লম্বেল লৈরিবসি তোঙান্-তোঙান্বা মতিক-মঙাল্ থেন্নবা মী ময়াম লৈবদগী থোরক্প-নি। পুমনমক অসিগী লম্থুংফম্দি অমথক্তনি, মতুংবু Infinite Reality হায়না থঙ্নৈ।" ]

Vedanta philosophy গী ইহান হান্না হৌদোক্পা গুরুদি শ্রীশঙ্করাচার্য্যনি। মাগী অচুম্বা রাখসনা বেদান্তগী অচুম্বশিং অদুবু বেদ-দগী লৌথোকই, অদুগা মতুনা য়ুংফম ওইদুনা, জ্ঞানগী লাইনিং লম্বেল শেম্গৎলম্মী। অদুগুম্বা জ্ঞান অদু মাগী commentary দা ইথংক্লুনা ময়ামদা থঙ্হলম্মী। ব্রহ্মনগী মরমদা মত মান্নদবা ময়াম অদু পুন্নপ অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা, Infinite Reality অদু অমত্তনি হায়না ময়ামদা থঙ্হল্লম্মী। মতাক্তা মসিমসু ময়ামদা থঙ্হল্লম্মী, মতুংদি লম্থুংফম অদু য়েৌবা মীওইবত্তনা ঙমগনি, অতৈ অতোপ্পা জীবনা ঙম্লোই। অদুসু ওপ্প-তপ্পা হোৎনরবত্তদা ঙম্গনি। তোঙান্-তোঙান্বা লাইনিং লম্বেল ময়াম লৈরিবসি, তোঙান্-তোঙান্বা মতিক্ মঙাল্ থেন্নব মী ময়াম লৈবনা, মথোন্নলা থঙ্জবা ঙম্বা তোঙান্ব লাইনিং লম্বেল লৈবত্তনি। অসিগুম্বা তোঙান্-তোঙান্বা লাইনিং লম্বেল লৈবসিগা হায়নপ্, মান্নবদি, Jesus Christ না মতিক্ মঙল থেন্নবা মাগী শিস্য মথল্ মথল্না থঙ্জদুনা থবক ওইনা চৎবা ঙম্বা তোঙান্-তোঙান্বা পাওতাক্ ময়াম পীবগুম্বনি। মানা অহানবমক্তদা মাগী শিস্যশিংদা তাকপীরম্মী, মতুংদি "স্বর্গদা ঈশ্বর(Father)

অমা লৈ, মঙোল্দা প্রার্থনা তৌজো।" অনিশুবদা মসিদগী থৱা হেনবা থাক্ অমসু ভাক্‌পিরম্মী, মতুদি "ঐনা আঙ্গ‍ুর পাম্বীনি, অতুগা নথোয়না ঐহাক্কী মশা-মনাশিংনি।" অহুমশুবদা খ্বায়দগী হেন্না চুম্মবা পাওতাক্ অমসু ভাক্পীরম্মী মতুদি, "ঐহাক অমসুং ঐগী ইপা মশা অমত্তনি অমসুং স্বর্গ অতু ঐহাক্কী ইশা মনুঙ্‌দা লৈবনি।" শ্রীশঙ্করাচার্য্যনা ভাক্‌পিরম্মী, মতুদি ঈশ্বরনা মীওইবদা পীনবিবা পোৎ অহুমথক্ লৈ, মতুদি— (১) মীওইবগী হকচাং (গীতা ২।২২), (২) ঈশ্বরবু খঙ্‌নীংবগী থৌরাংবা (জিজ্ঞাসুঃ —গীতা ৭।১৬) অমসুং (৩) মঙালবু (দিব্য জ্ঞানবু) খঙ্‌হনবা ওম্বা গুরু অমা গীত— (২।৭) (৪।৩৪) (১৮।৬৪)। ঈশ্বরনা পীনরবা হায়রীবা পোৎশক অহুম অসিন ঐখোয়গী ওইরবদা, ঐখোয়না মুক্তি ফংবদি ঐখোয় ঐখোয়গী হোৎনবগী মথা পোল্লী। ঐখোয়গী সাত্বিক জ্ঞায়া (গীতা ১৮।২০) ঐখোয়বু অরান খুভম (freedom) ফংহনবা ঙমগনি। অদুমদি ওইরবদা, অদুগুম্ব জ্ঞান অদুগা কোম্বনা পুণ্যসু য়াঙগদবনি (গীতা ৫।১৬)।

[ "Being অমথক্কনি, Individual soul খুদিংমক Being অদুমক্কি। ওইজবা থাদোকপা হায়বা অসি apparent selfপু লৈহন্জবা হায়বনি। Infinity অনি শুবা য়াদে, জগৎ সংসার পুমনমক অমথক অসিগী মনুঙদা লৈবনি। জীবনমুক্ত ওইবা মীদি অপাম্বা অমত্তসু পোক্কে।" ]

বেদান্তদা তাক্লিব মরু ওইবা মচংদি অসিনি, মতুদি Being অমথক্কনি, অদুগা Individual soul খুদিংমক Being মপুম অদুমক্কি, Being অদুগী তোঙান্না ভাবা শরুক মচেৎ অমা নত্তে। লিক্লা মরিক্ অমমমদা মুমিৎ মপুম অদুগ্নি মমি তায়। Time. Space causation গী মনুংদা লৈবা মতমদা, Being অসি ঐখোয়না খঙনরীবা মী হায়বা

অদুনি (গীতা ১৫॥৭)। অদুম্মদি ওইরগা, হকচাং ওইবা মওং নায়বা পুম্নমক অসিগী মচুঙ্থাইনা অমম্লুং য়াংমদা অমথক্তা ওইনা one Absolute Reality না লৈ— গীতা (৬॥৩০), (৭॥৭), (৮॥২২), (১৩॥ ১৫, ২৭, ৩০), (বেদান্তসূত্র ভাগঃ ১॥১॥১)। ওইজবা থাদোকপা হায়বা অসি, মপাম্বোংগী হকচাংনা ওইবা ঐ, হায়বদি— শাশিন্নবা ঐ (apparent self) অদুবু ভাবনা লৈহন্দবা তম্বা হায়বনি (গীতা ১৮॥ ১৭)। ঐখোয় অসি হকচাং অসিবুনি হায়না খল্লুরিবা, মঙ্দা থোকপা থোক্লোক্তা থাজরুবগুম্বা রাখল অসি, থাদোক্লবা ঐখোয়না হোৎনগদবনি। ঐহাক ব্রহ্মন-নি হায়বা অচুম্বা অসিবু খঙ্ননবা হোৎনগদবনি। ঐখোয় অসি সমুদ্রগী মনুংদা তাগ্রগা মাঙ্খিগদবা ঈশিং মরিককুম্বা নত্তে। ঐখোয় পুম্নমক মপান নায়জবা সমুদ্র মপুম্ অদুমক্নি। মায়াগা কুপ্শিন্নবা অসিদগী গীতা—(৫॥১৫) (৭॥১৫) হেক্ নাম্থোক্পদা, ঐখোয়গী অশেঙ্বা শক্কম অসি তশেঙ্না খঙ্ল্লগদবনি। Infinity থাডোকপা য়াদে, অনিস্তু শুদে, অমথক্তনি, অনিশুবা হায়বা অমা লৈতে। জগৎ সংসার পুম্নমক, অসিগুম্বা অমসিগী মনুঙ্দা ভাক্তনি (গীতা ২॥১৭)। অসিগুম্বা জ্ঞান অসি মী পুম্নমকনা কোম্দি খঙ্লকনি, হৌজিগুম্বসুং মতু খঙ্ননবা হৌজিক্মক্ কয়া হোৎনগদবনি। মরমদি মতু খঙ্জবমখৈ মীওইবদা ঐখোয়না খায়দগী অফবা মংঙ্ পান্না লায়বক্ ওইজে। "জীবন্মুক্ত" হায়বদি হৌজিক্তদা মী মশা অদুনা মুক্তি ওইরে হায়না খঙ্জবা, অদুগুম্বা মীওইনা অশেঙ্বা নুংশিবা, অশেঙ্বা দান, অশেঙ্বা অচুম্বা থীয়ামদা পীবা ঙম্গনি। অদুগুম্বা অচুম্বা থোংদা হন্থনা এখৈ মুক্তি ফংহনবা ঙমগনি। Desire না ঐখোয়বু মাগী মীনায় ওইহল্লি। মসিনা ঐখোয়বু পেন্বা নায়জবা তমপিরবা অমসু ওইহল্লে। অদুদসু নত্তনা, মসিনা ঐখোয়বু ওহাক্তা কাওনা সুংঙাইনা পোথাহল্লে। জীবন্মুক্ত ওইবা মীগীদি মাগী desire অমত্তসু লৈতে। মরমদি মহাকী knowledge দি অমথক্তা ওইবা থাক্ অদু য়োথিহনা করিগুম্বা অপাম্বা

অমত্তুস্নু পোক্‌ত্রে ।

[ " লাইরৈবাক্কী নুংঙাইবদি (Bliss দি) সংসারিক্কী অবা-নুংঙাই অদুগী বাংমদনি, সাক্ষী সরূপনি। থর্ম্মগী থ্বাইদগী মরু ওইবা পোৎতি পুকচেল শেংবনি। বাথন্দগী ওইবা জগৎ সংসার অসি ঈশ্বরমকুনি হায়না থল্লবদি, ঈশ্বর নত্তবা করিমত্তা উথ্রোই।" ]

শেরাম্লনা থাজবা পুম্নমক (all delusions), হায়বদি মপাম্বোংগী হকচাং, মুপী নিপা থায়বা, জাতি বিজাতি, অচৌ-পিশক, ফাজিন-পূনশিনবা পুম্নমক অসি পুক্লিংনা শেম্বা পুক্লিংদগী থোক্‌পা মকুনি। মরম অসিনা, শেরাম্লনা থাজবা অসি কোক্কনা, অচুম্বা অদুবু ফংজিনবা ফাওবা ঐথোয়না মতম পুম্নমক্তা হোৎনগদবনি। ঐথোয়গী অশেংবা ফীভমদি ঈশ্বরগী ওইবা থৌওংনি (Blissনি)। ঐথোয়না হৌজিক মুংঙাইরবনি হায়বা থল্লিবা অসি, ঐথোয়গী অশেংবা ফীভম ওইরীবা Bliss অদুগী পিকপ্রবা মমি, atom খুম্বা মচেৎ অমনি। অদুগুম্বা Bliss অদুদি ঐথোয়গী হৌজিকী হরাও-নুং-ঙাইবা অমসুং অরাবা অদুগী বাংমদনি। মহাক্তি universe অসিগী সাক্ষী স্বরূপনি (গীতা ১৩।২২)। ঐথোয়গী পুন্সি অমমম্তু, লাইরিক অমগী চেনা অমমমগা অক্মানি হায়না লৌতুনা পারিবা, অহোংবা নায়রবা লাইরিক পাবা মী অদুগী ফীভমগা, Bliss অদুগা অক্মানি।

Practice তৌরগা যোগ ওইরকই, যোগদগী spiritual knowledge থোরক্‌ই, spiritual knowledge দগী মুংশিবা থোরক্‌ই, অদুগা মমৈথংদা মুংশিবদগী Bliss থোরক্‌ই।

"ঐহাক অমসুং ঐগী" হায়বা অসি superstition নি, হায়বদি মরম চাদনা থাজবনি। অসিগুম্বা মথাক্ত অসিদা মতম কুইনা চৎনম্বুনা লাক্লবনা, ঐথোয়না মসিবু হেক্‌ থাদোক্পা ঙমক্রে। অদুবু ঐথোয়না অরাংবা থাকী বাথল্‌দা চংশিনবা ঙম্লবদি, মসিবু থাদোক্লবা হোৎনবা

য়াই (গীতা ২॥৭১)। ধর্ম্মনা পৃথিবী অসিদা খ্বায়দগী হেন্না নুংঙাইরবা পোৎশক অমা ওইগনি, মরমদি মসিনা খ্বায়দগী হেন্না ফবনি। যোগী অমসুং সন্ন্যাসীগী মতৌ মালহল্লগা, ঐখোয় পুকচেল শেংলে হায়বা হেক্তা য়ারোই। ঈশ্বরবু নুংশিরবা অমসুং পুকচেল শেংলবা মী অমনা কন্নিগী রাগদোষিরবনো? মহাক্তি ঈশ্বরগী অশেংবা অঙাং অমনি, অদুগা নুংঙাইবতা ওইরবা, অন্নাবা য়াওজ্রবা অঙাং মচা অমগুম্বনি। ধর্ম্মগী খ্বায়দগী মরু ওইবা পোৎতি পুকচেল শেংবনি (গীতা ২॥৬৫)। স্বর্গগী লৈবাক্তি ঐখোয়গী হকচাং মনুঙ্দা লৈবনি। অদুবু পুকচেল শেংলবা মীতনা স্বর্গদা পানবা নিংথৌবু পুক্লিংনা উবা ফংগনি (গীতা ১৩॥১৭)। ঐখোয়না world গী মরমদা খল্লবদা, world অসি ঐখোয়গীদমক্তি হায়না খল্লি। অদুবু world অসি ঈশ্বরমক্তি হায়না ঐখোয়গী রাখন্দ খন্‌বা তমসি। হায়বদি মপুম অমথক্তা ওইবা অদুগী মনুঙ্দা অমগা-অমগা নুকথা থানবা য়াদবা মরী লৈনহন্দুনা পুম্নমক্তা অমথক্তা ওইবগী ফীভমদা লৈরিবা অসিবু, অমমম্তা ওইনা তোঙান-তোঙান্না খাইদোক্পগুম্না ঐখোয়গী মিৎতা মপান্দা ওন্ন-তৈননা উহল্লিবা মী, শা, তীল, জীব খুদিংমক্পু (গীতা ১৩॥১৬) ঈশ্বরমক্তি হায়না ভাবনা খনসি। অদু ওইরবদি ঐখোয়গী রাখন্দগী পোক্লিবা জগৎ সংসার অসি, হায়বদি মীৎনা উন্নিবা অমসুং উন্নবস্মু রাখন্না লৈ হায়না খঙ্লিবা জগৎ-সংসার অসি ঈশ্বরমক্তি হায়না খনগনি (গীতা ৭॥৭)। ঈশ্বর-নস্তবা করিমত্তস্মু উথ্ররোই। অরাবা, নুংঙাইনদবা, খৎন-চৈনবা পুম্নমক মতম পুম্নমক্তা ওইনা লৈথ্ররোই।

[" জ্ঞানীগী মীৎয়েংদা তোঙান-তোঙানবা ধর্ম্মগী খেন্নবা লৈতে। জগৎ-সংসারদা খেন্ননা উরিবা পুম্নমক মাঙ্খ্রবদা, ঐহাক অমসুং ইপা অমথক্তনি অনি শুদে। হোৎদোক-হোৎজিন নারবা পোৎ অমত্তনা, মীওইবগী অশেঙ্বা শক্তম ওইবা য়ারোই। soul দি infinite নি, হকচাং শিরবদা soul দা

করিমত্তা অকায়ৰা লৈতে। মতম হায়ৰা অসি ঐখোয়গী পুক-নিংদা হান্না থঙ্নরবা condition অমগী মখা পোন্ৰনি। "]

জ্ঞানী অমগী মকমদা তোঙান্-তোঙান্বা ধর্ম্মগী থেন্নবা লৈতে। মসি হায়রে হায়তুনা, তোঙান-তোঙানবা ধর্ম্মবু তুকচবা মীৎয়েংনা য়েংবদি নত্তে। মসিনা থঙ্হল্লিবদি অসিনি, মতুদি তোঙান-তোঙানবা ধর্ম্মগী ৱাংমদা লৈবা অদুগুম্বা অৱাংবা থাক অমা জ্ঞান্না ফংবনি। জ্ঞানী অমনা কনাবুসু মাঙ্নবা খন্দে, পুম্নমকপু মতেঙ্ পাংবতনি। ভুয়েল পুম্নমক্কী ঈশিংনা চেম্বরক্ুনা সমুদ্রদা তারগা অমত্তা ওইথি। অদুগুম্নতুনা তোঙান-তোঙানবা ধর্ম্মনা জ্ঞান্দা তিল্লে, অদুগা অমত্তা ওইথি, গীতা (৪॥৩৩, ৩৫) (৫॥১৬)।

পোৎ পুম্নমক্কী অশেঙ্বা শকফমদি ব্রহ্মনগী মখা পোল্লি। ব্রহ্মনদি কনাগীসু মখা পোন্দে, free নি, (ব্রহ্ম-সংহিতা ৫॥১). পুম্নমক্কী হৌরক-ফমনি (গীতা ১০॥৮)। অচুম্বা অসিবু থাজৈশেংনা থঙ্লবা মীশিং অদুনা Reality বু থঙ্বা ওম্মী। জগৎ সংসারদা থেন্নবা ডিরিবা পুম্নমক মাঙ্খ্রবা মতমদা, ঐ অমসুং ইপা অমখক্তনি, অনি শুদে হায়না ঐখোয়না থঙ্গনি।

গীতাদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না জ্ঞান নিংথিজনা তাক্পি। মসি বেদ-শিংগী commentary মখল অমনি। মসিনা ঐখোয়দা তাকপিরী, মতুদি ঐখোয়না হৌজিক হিংলিবগী পুন্সি অসিদা spirituality গীদমক লাল শোরুগদবনি। লান্ফমদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না দোলায় থৌবা শাদুনা য়েক্নবা লাম্নী কাওবু অমগী মকোক্ ওইরীবা অর্জুননা ৱারুগদু অদুগা শিবনু কিরুগদু হায়না পাউতাক পীরি (গীতা ২॥১১)। শ্রীকৃষ্ণ-ভগবান-না মসিন্নু তাক্পিরী, মতুদি মহাক্তনদি থঙই মতুদি অর্জুন মহাক অমুতনি

হায়বদি শিবা লৈতবনি গীতা (২॥১২),(৪॥৫), অদুগা হোংদোক-হোংজিন লৈবা পোৎ অমত্তনা মীওইবগী অশেঙবা শকুম ওইবা য়ারোই। অসিগুম্বা philosophy অমসুং ধর্ম্মগী অরাংবা থাকী অচুম্বসিবু—, অধ্যায় অমগী মতুঙদা অধ্যায় অমা থাক্ থাক্ নায়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানংনা গীতাদা তাকপীরম্মী। গীতাদা বেদান্তগী philosophy পুন্নমক য়াওরে। বেদনা তাকপীরি, মতুদি soul দি infinite নি (বৃহদ অরণ্যকা উপনিষদ ২॥৩॥৬), মরম অদুনা, হকচাংনা লৈত্রবদা (শরিরবদা) soul দা কন্নিমত্তা অকায়বা লৈতে। Soul দি circumference লৈতবা ভাবনা শাবা circle অমগুম্বনি। অদুম্মদি ওইরবদা, মাগী centre দি হকচাং লৈবা জীব অমগী মনুঙদা লৈ, গীতা (৭॥৫) (১৪॥৩) (১৫॥৭)। অশিবা হায়না খঙন্-ন্নীবা অসি, মাগী centre হোংবনি। ঈশ্বরসু circumference লৈতবা ভাবনা শাবা circle অমগুম্বনি। অদুম্মদি ওইরগা, মাগী centre দি মফম খুদিংমক্তা লৈ, গীতা (৭॥৭), (৮॥২২), (১০॥৮,৩৯), (বেদান্তসূত্র ভাগ : ১॥১॥১)। হকচাং লৈবা অমগী মনুঙদা লৈবা centre দগী ঐখোয়না মপান্দা থোরকপা উহ্ব মতমদা, ঐখোয়না ঈশ্বরবু খঙজদুনা, ঐখোয়গী অশেঙবা শকুমবু খঙজবা উম্মী।

হৌজিক হায়রবা মতম অসি, হৌখিবা মতমগী শরুক্তা তুংগী লাক্কদবা মতমগী শরুক্তা তায়নফম্ ওইবা লৈইগী শরুক অমনি। মরম অসিনা, হৌখিবা মতমগী শরুক্তা,তুংগী লাক্কদবা মতমগী শরুক্তা য়াওদ্রবদি,হৌজিকী মতম অসি ওাক্তা লৈবা য়াদবনিন, হৌজিকী মতমদতা চেক্শিল্লগা লোয়রে হায়না জ্ঞান ভানা হায়বা য়াদে। মতম অদুম অসি পুন্নপ পুন-শিল্লগা মতম হায়বা মপুম অম ওইবনি। মরম অসিনা, ঐখোয়গী হাথলনা খঙনরীবা মতম হায়বা অসি, ঐখোয়গী পুক্নিংদা মাঙজোননা হান্না খঙনরবা condition অমগী মখা পোল্লি।

# জ্ঞান যোগ।

## (গ) অহুমশুবা শরুক

( জ্ঞানী অমগী মীৎয়েংদা অন্ধবিশ্বাস, অকিবা, নিঙ্বগী শক্তি (force of will),তশেংনমক্ অরৈবা (Reality),নির্বান, Individual self Vs. Real self করিনো খঙ্হনবা ।)

**[ " জ্ঞানী অমগী মীৎয়েংদা অৱা-নুংঙাইবা, অইং-অশা পুন্নমক চপ্ মান্নে। Body অমসুং mind অসি real নত্তে, Superstition নি অমসুং ৱাখলগী symbol নি। "Force of will" গী মপান্তনা time, space, and causation বু লাহোক-তুনা self পু পুকনিংগী জ্ঞান্না উজবা ঙম্মী ।" ]**

জ্ঞান্না ঐখোয়দা খঙ্হল্লি, মহুদি জগৎ-সংসার অসিগা মরী-লৈন-দবগুম্না ঐখোয়না লৈগদবনি। অহুম্নদি ওইরগা, মহুনা মরম ওইহুনা মাবু পুমথা থাদোক্কদবদি নত্তে। জগৎ সংসার অসিগী মনুঙ্দা লৈন-লৈনা থম্নাবু ঈশিংনা চোৎহনবা ঙমদবগুম (গীতা ৫॥১০), জগৎ অসিগা মরী লৈনদবা হায়বা অসিনা, সন্ন্যাসী অমগী অশেঙ্বা চাংয়েং অমনি। অয়াম্বা ধর্ম্ম পুন্নমক্তা অসিগুম্বা ওইজবা থাদোকপা মথাদোক্ অসিগা ৱাখল অসি লৈনৈ। জ্ঞান্না শোয়্নদনা তৌগদবনি হায়না তাকপীরি, মহুদি ঐখোয়না পুন্নমক অসিবু মীৎয়েং অমত্তদা, হায়বদি চপ্ মান্নবা মীৎয়েংদা য়েংগদবনি। থাগৎপা অমসুং থীনা তৌবা, অকবা অমসুং ক্বত্তবা, অশাবা অমসুং অইংবা চপ মান্ননা ঐখোয়না ৱংক্রম খোকপনি হায়না খন্দুনা, তরাম তরাম্না য়াগদবনি। ভারতবর্ষদা ধর্ম্ম লৈবা অমসুং পুকচেল শেংলবা মী কয়া লৈ, মখোয় অহুদি জগৎ-সংসারগী অৱা-নুংঙাইবা অমসুং অইং-অশা পুন্নমক মীৎয়েং অমত্তগী মথাদা লৈ, কয়িগুম্বা খেন্নবা অমত্তা লৈতে (গীতা ২॥৫৭)।

ঐখোয়না ইহান হাম্না থনগদবদি, ঐখোয়গী হকচাং অসি, অশেঙ্বা শক্তম নত্তে, অন্ধবিশ্বাসনি, হায়বদি ওইদবদা অওইবা শাশিন্নদুনা থাজহন্বনি। ঐখোয় হকচাঙ্ অসি নত্তে। মসিদগী মথা তানা চপ্থরক্তুনা, ঐখোয় mind নি হায়বা অসিস্সু অন্ধবিশ্বাসনি। ঐখোয় mind অসি নত্তে। মাদি মুগাগুম্নবা থোৎ-মেংলবা, অমদি অরংবা হকচাং অমনি, অদুগা soul গী শরুক মচেৎ অমস্সু নত্তে। হকচাং হায়বা রাহৈ অসিনা জীব পুম্নমক্কী হকচাংবুস্সু য়াওনা, অতোপ্পা মওং লৈবা পোৎ পুম্নমক্পুস্সু খঙ্নৈ। মুম্না থিজিল্লুরবদি, ঐখোয়গী হকচাং অসি রাখলগী symbol নি, হায়বদি রাখলগী মহুৎশিনবা ওইবা খুদম অমনি। রাখল হায়বা অসিস্সু, রাখল অদুবু থিল্লিবা জীব অমগী symbol নি। শম্না হায়রবদা, রাখল হায়বা অসি Real Existence কী (self কী) symbol নি। ঐখোয়না ঈশ্বরগা খজিক্তং ফাওবা থেম্নমা লৈ হায়না থাজরিবা মখে, ঐখোয়দা অকিবা অদুম্মক লৈগনি। ঐখোয়না ঈশ্বরগা অমত্তুনি, অনি শুদে হায়না খঙ্লবা কান্দা, অকিবা অমত্তা লৈররোই। রাখল থনবগী শক্তিতনা মরম ওইদুনা (by sheer force of will) জ্ঞানীশিংনা হকচাং, পুক্নিং অমস্সুং ঐখোয়গী জগৎ সংসার অসিদগী মপান লাম্থোক্পা ঙম্মী। অস্সুম তৌদুনা, মহাক্না অবিদ্যাবু মাঙ্হন্দুনা মাগী অশেঙ্বা শক্তম আত্মনবু ( self পু ) খঙ্জবা ঙম্মী (গীতা ১০॥১১)। অদুগুম্বা মাগী অশেংবা শক্তম অদুদা, সংসরিক্কী অরাবা অমস্সুং নুংঙাইবনা মনাক নক্শিল্লুবা ঙমদে। Self তি time, space and causation গী রাংমদনি। মরম অসিনা, মহাক্তি ঙমখৈ লৈতবনি অমস্সুং শীস্থুংনা লৈবনি (গীতা ২॥২৪)।

জ্ঞানীদি মওং নায়বা পোৎ পুম্নমক্কী মপান লান্থ্রবনি, লাইরিক অমস্সুং নিয়ম পুম্নমক্কী মপান লান্থ্রবনি। মওং নায়বা, মওং অম্না ওইনা ফাজিন্-পুন্শিন্দুনা (গীতা ১৪॥৫), ঐখোয় অসি নুংশেলগুম্বা ইলং লংবা মুক্তি অম্না ওই, অমস্সুং শিবা নায় (গীতা ২॥২৭)। মওং নায়বা

ওইনা ফাজিন্-পুনশিন্‌বদগী লাম্বোক্‌পা ওমজবা মীশিংবু, জ্ঞানীশিংনা কৈদৌউৈদস্তু ভাথিকদে। অহৌপ্পা মী অমদগী মানা পুক্নচেল শেংবা হেল্লী হায়বা ফাওবা, মহাক্কা থম্লুদে।

[ "জ্ঞানীনা মাগী ইন্দ্রি পুম্নমক খুত্থম চনবা ওম্মী। Self নত্রগা One Reality অদু নত্তবা অতৈ পুম্নমক, মঙোন্দদি অরানবা ওইদবা মক্তনি। মানা তৌরিবা থবক পুমনমক ঈশ্বর-গীদমক্তি, মঙোন্দা ফলগী বাথল লৈতে। কর্ম্মনা মাবু-পুনবা ওমদে। মশামকনা NIRVAN ফংদ্রিবা ফাওবা সংসারগী পোৎ পুমনমকপু মচা-মচা থাইদোক্তুনা অচুম্বা থিদোকই। "]

অশেংবা জ্ঞানী অম ওইবগী খুদমশিংদি (১) মাগী মশাদা ভস্ত খঙ্‌নিংবা নত্তনা (জিজ্ঞাসু :—গীতা ৭॥১৬) অপাম্বা অমত্তা লৈতে। (২) মহাক্কী ইন্দ্রি পুম্নমক খুত্থম চল্লি (গীতা ২॥৫৮)। মশাদ করিমত্তা নুং-ভাইতবা য়াওদনা, অরাবা পুম্নমক মানা থাগুই (গীতা ৫॥২০)। নিংথৌগী কোনুংগুম্বা অমদা লৈরবস্তু, নত্রগা অহাঙবা লম অমদা লৈরবস্তু, মঙোন্দ-দি চপ্‌ মান্নে। (৩) Self নত্তনা অতৈ অতোপ্পা পুম্নমক অরানবা ওইদব-মক্তনি হায়না মানা থগুই (গীতা ২॥১৭)। (৪) মহাক্কা মুক্তিগীদমক থৌরাংনা পাম্মী। মহাক্কী অকনবা অনিঙবগা লোয়নন, মহাক্কা অরাংবা থাক্কা পুক্নিং অনি লোঙদনা ঈশ্বরবু নিংজবনা শান্তি ফংই। মহাক্কা তৌরিবা থবক পুম্নমক অতোপ্পা মীগী কান্নবগীদমক্তনি, নত্রগা ঈশ্বরগী-দমক্তনি। হৌজিক্কী পুন্সি অসিগীস্তু, তুংগী পুন্সিগীস্তু মহাক্কা থবক্কী ফল থম্লুদে। জগৎ অসিনা, ঐখোয়গী soul অসি নত্তবা, অতৈ করিবু ঐখোয়দা পীবা ওমগদগে? Soul অদু ঐখোয়না ওইরবদা, অতৈ করি অমুক থম্লনবা লৈরিবগে? বেদনা তাকপিরী, মতুদি Atman নত্রগা self ভনা

অমত্তা ওইবা, থাগ্নদোকপা য়াজবা মপুম ওইবা; অহিংবা অরৈবনি (গীতা ২॥১৭)। মসিনা mind, memory. thought and consciousness কী য়াংমদা লৈবনি হায়না ঐখোয়না খঙই। পুম্নমক অসি মঙোন্দগী থোরকপনি গীতা (২॥১৭), (৬॥৩১),(৭॥৬,৭),(৯॥৪,৬),(১০॥৮)। মহাক লৈবনা ঐখোয়না উরিবনি, তারীবনি, রাখন খনবা ওম্লিবনি, অদুগা খঙলিবনি। জগৎ সংসার অসিগী লমধুংকম হায়ববু "OM" গা Existence অদুগা অমত্তা ওইশিন্দুনা, অনথক্তা ওইবা Unity অদুবুনি (গীতা ২॥১৭)। জ্ঞানীদি হিন্দুসু নত্তে, বুদ্ধিষ্টসু নত্তে, খৃষ্টিয়ানসু নত্তে, মহম্মদনসু নত্তে। মহাক্তি মখোয় পুম্নমক অসি কোনশিনবা মী হায়বা অদুনি। কর্ম্ম পুম্নমক মহাক্তা থাদোক্লবনি, ঈশ্বরগী ভাক্তনি, কর্ম্ম অমত্তনা মাবু পুনবা ওমদে (গীতা ৪॥১৪)। মানা নুমিৎ খুদিংগী মতোমতা হায়জবা হায়ববু "থাজবা, ধর্ম্মগী রাঙ্গং, স্বর্গ, নরক, জাতি-বিজাতি লাইশং অমত্তা লৈতবনি— self তনি লৈরিবদি।" পুম্নমক লোইনা থাদোক্লগা থাদোকপা য়াজবা অমথক্তা লৈহৌই, মদু self নি। জ্ঞানীনা মাগী অশেঙবা জ্ঞানগ্না অমসুং রাখল খনবগী শক্তিতনা, মীৎনা উবা অমসুং মীৎনা উদবা relative world গী পোৎ পুম্নমক অমত্তা চিৎথদনা, মশামক্তা মুক্তি ফংজবা ফাওবা, মশক খঙননবা থিদোকই, হায়বদি self তনা Reality নি, অদুগা অতোপ্পা পুম্নমক unreal নি হায়না জ্ঞানীনা খঙই। Self অসিগী ফিভম অসিনি হায়দুনা শুগাইনা তাকুনা, মন মীঙোন্দা খঙহনবনি ওমদে। সংসারিক্তা ওইবা পোৎ অমা ফংগনি হায়বগী আশাদা, জ্ঞান-যোগকী লাইনিং লম্বেল নত্তে। লাংজানা অভিয়াগী রাংজবা মীৎনা উবা ফংজবা মফমদা পায়রবসু, লৈবাক্তা লৈবা অপুম্বা শাদুম মচেৎ অমবু হেক উবদা, মথাদা পায়থরক্তুনা লাকপা অদুগুম্না, ঐখোয়না তোঙমসি। অনাবা কোক্চগে, কুইনা পুনশিজগে, চাওথৎপা ওইজগে হায়না নিগদবা নত্তে, মুক্তি ফংজগে হায়না নিজগদবনি।

[" জ্ঞানীগী মীৎয়েংদা ঐখোয় অসি Existence Knowledge and Bliss নি। Nirvan হায়বা অসি self পু থঙ্বা হায়বনি। Nirvan ফংনবগীদমক মীনা হিংলিঙৈদা হোৎনগদবনি, শিবা ঙাইগদবা নত্তে। " ]

ঐখোয় অসি Existence, knowledge and Bliss নি, হায়বদি সৎ-চিৎ-আনন্দ নি। Existence হায়বা অসি জগৎ সংসার অসিদা ঐখোয় পূম্নমক্না হিংলি অমসুং লৈরি হায়না খঙ্বা অতুবুনি। Bliss না ঐখোয়না হিংলি অমসুং লৈরি হায়না খঙ্তুনা, মতুগী কল ওইনা অকবতা ওইবা লাইরমলেনগী ওইবা অশেংবা নুংঙাইবা ফংলি হায়বা অতুবুনি। ঐখোয়না Bliss নত্তনা করিগুম্বা অমত্তা নিঙকত্রবা, করিগুম্বা অমত্তা পিথোক্উত্রবা, অতুগা করিগুম্বা অমত্তুম্মু খঙ্উত্রবা, অতুগুম্বা মতম অতুদা, মীৎকুপ অমত্তা ওইদবসু, মরক মরক্তা ঐখোয়দা লাইরৈবাক্কী ওইবা মনুংঙাই অতুবু ইশাদা ফাওতুনা খঙ্গনি। মিকুপ অমত্তং ইশাদা ফাওতুনা খঙ্লম্বা অতু হেক লাম্থোক্খিবগা, জগৎ সংসার অসিগী মনুঙ্দা শাংনরিবা লীলা মথল মথেল পূম্নমক্পু ঐখোয়না অমুক হন্না উগনি। মতুদা ঐখোয়না ভাব তাররকনি, মতুদি সংসারিক্কী লীলা মথল মথেল পূম্নমক অসিগী রাংমদা, ঐখোয়বু খঙ্হন্দনা ঈশ্বরনা লেঙ্দনা লৈতুনা, মখোয়বু অসি ত্তেংহল্লিবনি। ঐখোয়গী রাথলনা সংসারিক্কী ময়া মনুঙ্দা হেক চংলক্পদা, Absolute পু relative ওইনা, হায়বদি পূম্নপ মপুম অমথক্তবু, তোঙান-তোঙানবা অমমম ওইবগী মওংদা, অমগা অমগা মরী লৈনবা (থাইদোক্তবা মপুম ওইরবসু থরাই পানবশিংদা থাইদোকপগুম্না গীতা ১০।১৬, নত্রগা ব্রহ্মনগী সনাতন ওইবা অংশনা জীব ওইতুনা গীতা ১৫।৭) উগনি। মতম অতুদা সৎ-চিৎ-আনন্দবু অহুম থোক্না উগনি, হায়বদি Father (creating principle), son (Guiding principle) and Holy Ghost(Realising Principle)

ওইনা উগনি। সৎ-পু creating principle হায়রিবা খঙ্নৈ। চিৎ-পু guiding principle হায়না খঙ্নৈ। আনন্দবু Realising principle হায়না খঙ্নৈ। Creating principle না মরম ওইহুনা মী ওইনা পোক্লগা, guiding principle গী মতেঙ্না Realising principle হেক ওইবদা, মী অহুগী অশেঙ্বা শক্তম খঙ্জহুনা, one reality, হায়বদি self পু খঙ্জরে। Guiding principle ওইরীবা চিৎ-কী (knowledge গী) মতেঙ্ নত্তনা, কনামত্তনা creating principle ওইরীবা সৎ-পু (Existence পু), খঙ্বা ঙমদে। মরম অসিদগী jesus christ না য়াম্না থোনা ফনা হায়রী, মহুদি "মী কনামত্তনা মচাগী মতেঙ্ নত্রবদি Father বু উবা ফংলোই।" (No man can see the Father save through the son.) বেদান্তনসু খঙ্হল্লি, মহুদি মুক্তি ফংননবগীদমক ঐখোয়না শিবা ঙাইগদবা নত্তে, হৌজিক হৌজিক্মক্ ইপানা পোকলম্বা মচা অমা ওইহুনা মীওইবগী মপোক্তা পোক্নুনা হিংলিংঙৈগী মতম অসিমক্তদা, হায়বদি guiding principle (চিৎ) ওইরিঙৈগী মতম অসিমক্তদা, মীনা হোৎনরগা মুক্তি ফংগনি। মুক্তি হায়বদি self পু খঙ্বনি (Realisation of the self)। Self পু মীৎকুপ অমত্তং ওইরবসু অমুক্তং খঙগ্রবদি, ওইদবা পোৎতা অওইবা শাশিন্নবা হকচাংনা ঐখোয়বু নম্থাক ভোবা ঙমলরোই। উননবা মীৎ পাল্লিবনিনা, ঐখোয়না উৎবা মপানগী পোৎ অহু শেংদবা শাশিন্নবা ওইনা উগনি, হায়বদি ওইদববু অওইবা শাহুনা উৎলিবা মপাম্বোংগী পোৎ অহুগী মনুঙ্দা, মতম পূম্নমক্কী ওইনা, One Reality না সৈবা অহুবু; মী অহুনা উগনি গীতা (৭॥৭) (১৫॥১৫) (১৮॥৬১)। মসিগী ফীভম-মতা অসি অসিগুম্বা জাৎনি, মহুদি মতম পূম্নমক্তা অহোংবা লৈত্রবা self না screen অমগী মতুঙ্দা লোৎহুনা লৈবগুমনি। Screen অহু হাংদোক্পা মতমদা, মাগী মতুঙ্দা self না লৈবা অহু থেংনগনি। Saint অমগী মফমদদি, Screen গী ফি অহু য়াম্না পায়। মরম অহুনা, Reality অহুবু নিংথিনা

উবা ফংই। তৌইগুম্বুং পাপ লৈবা মীদদি, screen গী ফি অদু থাবা ময়ম্মা, Reality না ওইরিবা Atman বু উবা ফংদে।

["জ্ঞান যোগকী লমথুংফমদি unity নি। Individual self ময়াম লৈরীবা অসি Real self কী (unity গী) manifestation মক্তনি। Real self পু ব্রহ্মন হায়নসু থঙ্নৈ।"]

রাখল থম্নবগী পাঙ্গল পুম্নমক, unity হেক ফংবগা, মথা অমুক তাথনিংঙাই লৈত্রে, মতুদা অতুম্মক লোয়রে। ময়ম অসিনা, ঐথোয়না ইহান হানবদা অমমমদা মচা-মচা থাইদোক্নুনা analysis গী নিয়ম শিজিন্নহুনা অমমম্ অতুগী অশেঙ্বা শক্তম থঙ্ননবা হোৎনয়বা মতুঙ্দা, অমমম্ অতুনা পুনশিন্দুনা ওইহল্লিবা মপুম অমথক্তা ওইবা অতুগী অশেংবা শক্তম থঙ্ননবা synthesis গী নিয়ম শিজিন্নৈ। Scientific knowledge দগী ঐথোয়না থঙ্ই, মতুদি খ্বায়দগী মথা-থংবদা লৈবা মরু ওইবা force অতুবু ফংননবা থিবদা শিজিন্নখিবা হান্নগী force শিং অতু থাক্ থাক্ নায়না মথং মথং হুম্ন্নকই। Physical Science না final unity অতুবু পুরা-পুরী ফংবা মঙমদা, মাগী পম্মে ওইনা তাল্লিবা থবক অতু, মতুদা অতুম্মক লোয়রে। ময়মদি unity হেক ফংবগা, মথা অমুক চৎথনিঙাই লৈত্রে। ময়ম অসিনা knowledge না final নি, গীতা (৪॥৩৩, ৩৫), (৫॥১৬), (১০॥১১)।

Science পুম্নমক্কী মনুঙ্দা খ্বায়দগী হেন্না মমল য়াম্নবা অমম্বুং তাঙ্লবা ধর্ম্মনা, থায়না মমাংঙৈদগী হোনা মীওইববু থঙ্হনগে হায়-বগীদমক লাওতুনা লাক্লি, মতুদি জ্ঞান যোগকী-লমথুংফমদি unity নি। Universe অসিগী মনুঙ্দা self অমদগী হেন্না লৈতে, অনি শুদে (গীতা ২॥১৭)। হুম্নবা individual self ময়াম লৈরীবা অসি Real self অমা অতুগী manifestation মক্তনি গীতা (৭॥৫) (১৪॥৫) (১৫॥৭)। ময়ম অসিনা, পুম্নমক অসিবু অমত্তা ওইবা মখিংদা self

নত্রগা ব্রহ্মন হায়না খঙ্নৈ গীতা (১৩৷৩০)। মুনি, ঋষি, পাপ চেনবা মী, য়াও, কৈ, মীহাৎপা মী—মখোয় পুম্নমক অসিগী individual self শিংবু reality গুম্না ঐখোয়না উরবস্তু, মখোয় অদু Real self অদুগী মমি ময়াম, নত্রগা manifestation ময়াম মকুনি, অতৈ কন্নিমস্তা নস্তে। মরম পুম্নমক অসিনা, হিংলিবা অমস্তুং লৈরীবদি one Real self অদুতনি। (That which exists is one) অদুগুম্বা অমংক অদুবু মুণি ঋষিশিংনা তোঙান-তোঙানবা মমিং থোল্লী। অসিগুম্বা জ্ঞান অসিদগী হেনবা অতোপ্পা জ্ঞান অমা অমুক লৈত্রে। যোগনা পুক্লিং শেংদোক্লবা অদুগুম্বা যোগীশিংগী থম্মোয়দা, অসিগুম্বা জ্ঞান অসি মঙাল ওইনা ফাওই (গীতা ৫৷২৪)। যোগ সাধন অমস্তুং ধ্যান্দা লূপ্লবা অদুগুম্বা মীগী থম্মোয়না অদুপকী মতিক শেংলগা, অদুপকী মতিক জ্ঞানগী মঙাল অসি মঙোন্দা ফাওই। হায়রীবা রাফম অসি চহী ১০০০ গী মমাংদগী মুনি ঋষিশিংনা তাক্লমলবনি। অদুবু অসিগুম্বা জ্ঞান অসি জাতি অমস্তনা মখোয়গী মপোং ওইনা লৈতে। হৌজিক ফাওবদা অখল্লবা মী থরতগী মপোং ওইদুনা লৈ।

# জ্ঞান যোগ।

## (ঘ) মরিগুবা শরুক

[ " জ্ঞানী অমগী মীৎয়েংদা Abstract অমস্তুং Concrete না ওইবা universe কী থেল্লবা, Self-realisation গী method, দ্বৈতবাদ অমস্তুং অদ্বৈতবাদ কী method না লাইনিংবগী মওং-মতৌ করিনো খঙ্হনবা। " ]

[ " মী অয়াম্বনা জগৎ-সংসার অসিবু Abstract ওইনা খঙ বদগী Concrete ওইনা খঙ্বনা হেল্লী। " ]

মীওইবা হায়না ঐথোয়না হৌজিক্কী মতমদা থঙ্নরীবা অসিবু, **abstract** ওইনা মখোয়গী অশেঙ্বা শক্তমদা য়েংলুরবদি, **human beings** নত্তে, **being** তনি। হৌজিক্কী জগৎ সংসার অসি করম হায়না ভৌই হায়না মীগোন্দা থঙ্হনবা তাররবদি, মীপুম খুদিংগী মাগী মাগী **mind** গী মথা পোল্লী। মসিগী মরমদা য়াম্না হেন্না থঙ্বদি, য়াম্না লুই। মী অয়াম্বনা জগৎ সংসার অসিবু **abstract** ওইনা থঙ্বদগী **concrete** ওইনা থঙ্বনা হেল্লী। মসিগী মরমদা বোম্বেদা লৈবা মী অনি—অমনা হিন্দু, অমনা জৈন, মখোয়গী রাথলগী রারী মতেক অমা, অমুক্তং য়েংশি।

## রারী মতেক অমা।

অন্ধবিশ্বাসনা (**superstition**) মরম ওইদুনা লাই থাজবা (**bigoted**) নিপা অনি— অমনা হিন্দু, অদুগা অতোপ্পা অমনা জৈন, মখোয় অনি বোম্বেগী ইনাক থুনবা মী অমগী ময়ুমদা শত্রং শান্নরম্মী। য়ুম অদু সমুদ্র মপান্দনি। শান্নবা অদু মতম ওহাক কুইনা শান্নরক্কে। বেলকোনিগী মথাদ সমুদ্রগী ঈথক্পা অমুক কাথৎলকপা, অদুগা অমুক হুম্থিবা অদুবু, শত্রং শান্নরীবা মী অনি অদুনা উদুনা, মখোয়গী রাথল অদু সমুদ্রগী ঈথক কাবা অদোম্দা থন্বা হৌরক্লম্মী। ঈথক অদু ওইরক্পগী মরম ওইনা, অমনা থায়নগী অরীবা রারী অমা লৌদুনা হায়রম্মী। মদুদি লাইশিংনা মখোয়গী শান্নবা মশান্ন ওইনা অচৌবা কোম অমদ ঈশিং থাদরক্লম্মী। মতুংদা কোমগী ঈশিং অদু মপান্দা শিৎতোকলম্মী। মদুনা মরম ওইদুনা, সমুদ্রগী ঈথক্ কায়ক্পা ওইরক্পনি। অতোপ্পা মী অদুনা হায়রম্মী, মদুদি লাইশিংনা ঈশিং অদু রাংথ্রবা চীং অমগী মথক্তা পুথৎলম্মী। মখোয়না ঈশিং অদু শিজিন্নবা লোয়রগা, চীংগী মথাদা থাদরক্লম্মী। মদুনা মরম ওইদুনা, সমুদ্রগী ঈথক্ কাবা

ওইরক্পনি। নাহা পাখং মচা অমনা মখোয়না ঙাংনরীবা রা অহু তাহুনা, নোক্লহুনা মখোয়দা হায়রম্মী, মহুদি "থাগী attraction না মরম ওইহুনা, tide অসি থোক্লিবনি হায়বসি, নখোয় কনামত্তনা খঙ্ব্রা? মখোয় অনি অহুনা পাখং অহুদা শাওরম্মী, অহুগা মঙোন্দা ওনশিন্দুনা হায়রম্মী "নহাক্না ঐখোয়বু অপঙ্বা মীগুম্না খনব্রা? অস্তুক লাপথ্রবা মফমদা লৈবা থাগী কয়ম্বা থৌরী লিশাং লৈহুনা ঈশিংবু চিংথোক চিংশিন তৌহুনা ঈথক্ থোক্হল্লিবনো?" মখোয়না পাখং অহুগী রা অহু সুকয়া য়ারম্দে। তাপ্পা অসিদা, যুত্বুরেল অহু কা অহুগী মন্নুঙ্দা চংলক্লম্মী, অহুগা কাংবু অনিমক্তা মানা appeal তৌজরম্মী। মহাক লাইরিক হৈবা নিপা অমনি, অহুগা সমুদ্রগী ঈথক্ হৌবগী মরমদসু মূপ্পা খঙ্লম্মী। শত্রং শাম্নরীবা মী অনি অহুবু ভাব তাহনবা ঙম্নরোই হায়বসি মানা খঙ্লহুনা, মহাক্না নাহা পাখং অহুদা ঈঙ্গিৎ অমা তৌরম্মী, অহুগা লাইরিক হৈতবা শত্রং শাম্নরীবা মী অনি অহুবু পেম্নবা অমস্তুং পুক্লিংনা য়াননবা, সমুদ্রগী ঈথক করম হায়না থোক্লক্পনো হায়বগী মরমদা রা ঙাংবা হৌরক্লম্মী। মানা হায়রম্মী "নখোয়না হাম্লনা খঙবীরম্বা য়াই, সমুদ্রগী লাপথ্রবা জমদম্ ঈশিং ঈয়াইদা চাওথ্রবা চীঙগী sponge অমা লৈ। অহুগুম্বা চীঙ্গী sponge অহুনা ঈশিং য়াম্না চুপশিল্লি, মতম অহুদা সমুদ্রগী ঈথক্ হম্থি। খুদক অহুদা লাইশিংনা স্বর্গদগী কুমথরক্লে, অহুগা sponge অহুদা নেম্তুনা জগোই শারম্মী। মখোয়গী মশাগী অরুম্বা অহুনা মরম ওইহুনা, sponge দগী ঈশিং কাম্থোক্ই। মহুদা সমুদ্রগী ঈথক্ কাথংলক্পা হায়বহু ওইরে। সমুদ্রগী ঈথক্ কাবা অমস্তুং কুম্বা অসি মতৌ অস্তুম্না ওইরক্লিবনি" থানা ঈথক্ কাহনবা অমস্তুং হম্বহনবগী শক্তি লৈ হায়বা অসি য়ানিংদবা মখোয় অনি অহু, চীঙগী sponge অমস্তুং লাইশিংগী জগোই শাবা অহুগী থবক্তুদি থাজবা ওইরে। লাইশিং অসি মখোয়দদি real নি, sponge সু মখোয়না মমিৎনা উয়বা পোৎনি। অহুনা sponge অমস্তুং লাইশিংগী অপুনবা থবক্না, মখোয়দদি সমুদ্র ঈথক্ কাবা অমস্তুং কুম্বগী অচুম্বা ওইরে।

শত্রং শান্নরীবা মীতাগুম্বা মী অয়াম্বদদি, জগৎ সংসার অসিবু concrete ওইনা খঙ্ই, abstract ওইনা খঙ্দে।

[ "হকচাংনা ঐহাক্কি হায়না খন্দবা ওমলবদি, অশেংবা অচুম্বনা থম্মোয়দা ওাম্বোরক্কনি। Apparent self পু আত্ম-সমর্পন তৌবতনা Atman খঙ্জবা ওমগনি। জ্ঞান যোগকী লাইনিং লম্বেলদি, মী অমগী মপুক্সি অমথক্তগী থবক নত্তে, হঞ্জিন-হঞ্জিন পোক্তুনা মী অত্থগী মপুক্সি ১০০/১০০ দা হোৎন-গদবনি। Self পু তশেংনা অমুক্তং খঙ্জবদা, ওইদবশিংনা মওোন্দা করিমত্তা ফংহন্দবা ওম্লোয়।" ]

নুংঙাইবনা অচুম্ববু চাংয়েংনবগী পাম্বৈ ওইবা য়াদে। মসিগী ওন্না-তৈনবদা, অচুম্বনা অয়াম্বা মতমদা নুংঙাইবা ওইহন্দে। মরম অত্থনা, কনাগুম্বা অমনা Truth পু থাজ্ঞশেংনমক খঙ্বা পামলবদি, মহাক্না হরাও-নুংঙাইবা থবক্তা য়াওরুদবনা চুমগনি। হয়াও-নুংঙাইবা থবক্তা য়াওদবা হায়বসি, মী অয়াম্বনা পাম্নদে। অত্থবু জ্ঞানীদি মত্থগী রাথল অত্থ করিমত্তা থন্দে, গীতা (২॥৪৮) (৩॥১৮)। মাগী হায়ববু পুকচেল শেংগদবনি, desire পুম্নমক লৈহল্লোইদবনি, গীতা (২॥৫৯, ৬৫)। অসিগীসু মথক্তা হকচাংগা মাগা অমত্তনি, হায়বদি হকচাংনা মহাক্কি হায়বসি থল্লোইদবনি, গীতা (৫॥৮,৯) (১৮॥১৭)। মত্থতদা অশেঙ্বা অচুম্বনা মাগী থম্মোয়দা ওাম্বোয়কনি, গীতা (৫॥২৪) (১০॥১১)। ঈশাগী ওইজবা থাদোকপা দয়কারনি। অশেংবা শক্তম নম্ববা "মথা হম্ববা ঐ" হায়বদি lower self হায়না খঙ্নবা, হকচাংগা মিংগা কোম্নবা ঐবু আত্মসমর্পণ তৌবা হায়বা অসি, ধর্ম্ম পুম্নমক্তা শরুক অমা ওইনা য়াওরবা sacrifice অত্থগী মমুঙ্চন্বঃ, ময়াম্মা য়ানরবা অচুম্বা অমনি। মথা হম্ববা লাই ময়াম্সু পেম্নবা কৎলিবা ময়াম অসি, মুশি-মুশি তৌব-দৌনা খঙ্হনবা sacrifice মথল অমা ওইনা উন্নবসু, মত্থগী real value

ইয়াও য়াওদে। মসিনা কাম্নহন্‌ব। হায়ববু, কৎলিবা মী অতুগী থম্মোয় শেংদোক্‌পদা মতেঙ্‌ খরদং পাংই। মরমদি lower self পু আত্ম-সমর্পন তৌবতনা গীতা (৭।১৪) (১৮।৬৬), অমসু়া ওইবা Higher self হায়বদি Atman বু খঙ্‌জবা (realise) হায়বা অতু ওইগনি। জ্ঞানী অমনা হকচাংবু য়োক্‌থৎনবা হোৎনদে, অতুগা মতু তৌনবগী য়াখলস্নু মঙোন্দা পোক্তে। জগৎ অসিনা লৈথা তাগ্রবসু, মাদি পূক্লিং চেৎপা অচুম্বগীদমক্তা লেপ্পা মী অমনি। 'অপুনরবা য়াখল অমগী মখাদা হিংতুনা লৈরিবা, মচিং নায়ব। মী অতুনা জ্ঞান যোগকী লাইনিং লম্বেল অসি চৎপা ঙমলোই। মসি মী অমগী মপুন্সি অমথক্তগী থবক নত্তে, হজ্জিন হজ্জিন্না মী ওইনা পোক্তুনা, মীতুগী মপুন্সি ১০০/১০০ দা হোৎনগদবা জ্ঞান-যোগকী লাইনিং লম্বেলনি (গীতা ৬।৪৫)। অতুনা মশীং য়ামদবা মী থরতনা নুংদা লৈবা ঈশ্বরবু খঙ্‌বা ঙম্মী। মহাক্তি স্বর্গবুসু পামদে, personal god পুসু পানদে, অতুগা বর ফংববুসু পাম্‌দে। মহাক্তি মতম পুম্নমক্তা perfect নি, মতু নত্রবদি, মানা কৈদৌঙৈদসু perfect নত্তবদগী perfect ওইহন্নব হোৎনবা য়ারোই। অতুম্নদি ওইরগা, মশামক perfect নি হায়বা অতু খঙ্‌জনবা, হায়বদি realise তৌন-নবা হোৎনগদবনি। মপাস্থোংগী মীৎনা উরিবা অমসুং উদবা material cause ময়াম্না মী অতুবু ফাজ্জিন পুনশিনহল্লবদি (গীতা ১৪।৫), মহাক শোয়দনমক্কী অশিবা হায়বা অতু মতম অমদা ওইগনি (গীতা ২।২৭)। মরম অসিনা unconditioned ওইরবতদা, মী অতুগী true immortality ওইগনি। Atman দা সংসারিক্কী ওইবা করিগুম্বা পোৎশক অমসুং থবক্‌ অমত্তনা শোক্ল-শম্নহনবা য়াদে (গীতা ১৩।৩২)। করিগুম্বা মতুগী য়াখল পোক্লক্লবদি, মতু ভাবনা শাবা, ওইদবদা অওইবা মালহনবা ওইগনি। মহাক্তি Atman অতুমক্তি,body নত্রগা mind না মী অতু ওইবা নত্তে। মী মশামক অতুনা খঙজগদবনি, মতুদি মহাক্তা universe অসিগী witness নি। অতু ওইরবদি, মাগী মাঙ্‌দা থোক্লিবা, উরিবা জগৎ

সংসার অসিগী অঙকপনা থল্লবা দৃশ্যগী মুংঙায়বা মানা ফংগনি। "ঐ universe মক্নি, ঐ ব্রহ্মনমক্নি" হায়না মী অদুনা খঙ্‌জগদবনি। অদুম্মা তৌরবদা, মহাক্কী করম্বা অপাম্বা অমা লৈখিগদগে (গীতা ২॥৫৯)। পূম্নমক মহাক্না ওইরবনি। মসিগী ফীভম মতা অসিবু শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংসনা অসুম হায়না ফোংদোকই, মদুদি "মাখন ওইনা শুংদোক্লবা মতুঙ্‌দা ঈশিংদা ওইববসু, সঙ্গোমদা ওইরবসু, মাখন অদু থাদদুনা থম্বা য়ারে। মরমদি মাখন অদু ঈশিংদসু নত্রগা শঙ্গোমদসু কৈদৌঙৈদসু তুমলরোই। অদুগুম্বদুনা মীনা self পু তশেং-তশেংনা অমুক্তং খঙলবদা (realise তৌগ্রবদা), জগৎ সংসার অসিগী অমোৎপা অমসুং ওইদবশিংনা মঙোন্দা করিমত্তা ফংহন্দবা ঙমলরোই।"

[ "দ্বৈতবাদ অমসুং অদ্বৈতবাদ কাংবু অনিগী লমথ্‌ংফম চপ্‌ মান্নরবসু, মখোয় অনিগী লাইনিংবগী method মান্নদবা শম্‌লপনা হায়বা।" ]

অরাংবা এরোপ্লেন অমদগী য়েংথরকপদা, পোৎ অমগা পোৎ অমগা খেন্নবা উররোই। অদুগুম্বদুনা মীনা অরাংবা থাক্কী রাথল চেল্লবদা, মী অকবসু ফত্তবসু খেন্নবা উররোই। লৈবাক্কী চক্‌ অদু অমুক্তং মৈ ইক্লবদা, চক্‌ অদু মওং অমা হোংদোকপা য়াররোই। অদুগুম্বদুনা, মীগী mind না ঈশ্বরবু অমুক্তং খঙ্‌জলবা, অদুগা মৈগুম্বদা অমুক্তং ইক্লবদা, mind অদুদা অতোপ্পা রাথল অমা চংলক্‌না হোংদোকহন্বা ঙমলরোই। সংস্কৃত-তা philosophy হায়বা রাহৈ অসিনা খঙ্‌নবদি, জ্ঞানগী মীৎয়েংনা তক্ক তক্কনা খঙবা অমসুং উবা অদুবুনি। Theory ঙাক্না ওইবা philosophy দি ( speculative philosophy দি ) ভারতবর্ষদা থোইনা চন্নদে। ভারতবর্ষদা মরু ওইনা লাইনিং লম্বেল অনি থোক্না থাইদোকই, মদুদি দ্বৈতবাদ অমসুং অদ্বৈতবাদ। অহানবগী

কাংবুনা হায়রী "ঈশ্বরগী থৌজান ফংলগভা মুক্তি ফংগনি (গীতা ১৮॥৬২)। Law of causation না চঙ্‌্থুনা থবক তৌবা অমুক্তং হৌপ্রবদা, মদুবু কনানস্থু থুগাইবা ঙম্লোয়। মরম অসিনা law অসিবু শেম্লিবা, অমস্তুং law অসিগী রাংমদা লৈবা ঈশ্বরগী থৌজান ফংলবা কান্নতা, law of causation গী চক্রদগী নাম্থোক্পা ঙমগনি (গীতা ৭॥১৪,১৯), (৮॥৭,১৫, ২২), (৯॥২৯,৩৪), (১২॥২), (১৪॥২৬), (১৮॥৬৬)।" অকোন্‌বগী কাংবুনা অমুক হায়রী "ঐথোয়না মীৎনা উরিবা অমস্তুং পুক্নিংনা খঙ্‌্জিবা relative and sense world গী nature অদুগী রাংমদা কয়িগুম্বা অমা লৈ, মদু free নি (un-conditioned ওইবনি) গীতা (২॥১৭,২৫) (৭॥২৪) (৮॥২০, ২১)। অদুগুম্বা অদুনা law পুম্নমকী রাংমদা লৈবনা, মদুবু realise তৌরবদা ঐথোয় free ওইরে, অদুগুম্বা freedom অদু মুক্তিনি (গীতা ৫॥১৬,২৬)। দ্বৈতবাদনা থাক্ অমথক্তং য়োৌবগী রানি, অদ্বৈতবাদনা পম্বু্ংফম (ultimate goal) য়োৌবগী রানি। Freedom বু realise তৌননবগী খ্বায়দগী অতেন্‌বা উপায়দি পুক্নিং শেংবনি (গীতা ১৮॥৪২)। হায়দগী হৌনা লৈজরীবা ঐথোয়গী অশেংবা শক্তম্বু খঙ্‌দনুনা লোৎতুনা লৈরীবদু খঙ্‌বগী রাতনি, belief নস্থু authority নস্থু মদুবু খঙ্‌হনবা য়ারোই। ঈশ্বর অমবু লৈরবদি, পুম্নমক্কা ইবুংঙো মাবু ফংবা ঙম্গনি। মদু অশাবনি, নত্রগা অইংবনি হায়না কনামত্তনা তাকপগী দরকার লৈতে। মীপুম খুদিংনা মশাগী ওইনা খঙ্‌্লিবা অদুবু খঙ্‌জবগী রাতনি (গীতা ১৮॥৬৩)। মরম অদুনা, ঈশ্বরগা মতম পুম্নমক্তা লোয়নদুনত্তা লৈ, অরৈবদি অমস্তুং অহিংবদি ব্রহ্মন-তনি, self তনি। অতৈ অতোপ্পা পুম্নমক লৈতবমক্তনি, হায়না খঙ্‌দবগী রাতনি। মী পুম্নমকী consciousness তা মসিবু fact ওইহনগদবনি।" অসিগুম্বা লাইনিং লম্বেল অনি থোক্পগী রাফম অসি গীতাদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না শমলপ্পা রাইহে খররদংনা ফোংদোক্লি, মদুদি— "ঐগী ভক্ত কনাগুম্বশিংনা মথোয় মশাবু ঐঙোন্দগী তোঙানবা নত্তে অমত্তনি খন্দুনা ওইরবস্থু

(অদ্বৈতবাদ), ঐগা মথোয়গা তোঙান্-তোঙান্বনি খন্দুনবু ওইরবস্নু (দ্বৈতবাদ) নত্রগা ঐ অসি তোঙান্-তোঙান্বা শক্‌কম পুই হায়না খন্দুনবু ওইরবস্নু, পুন্নমক্কী মশক ওইবা ঐবু জ্ঞানগী মশক ওইবা যজ্ঞনা উপাসনা তৌই (গীতা ৯৷৷১৫) ।"

# জ্ঞান যোগ।

## (৬) মঙাশুবা শরুক

(জ্ঞানী অমগী মীৎয়েংদা মীওইবগী থাঙ্গেশেংবা শক্তম, Relative knowledge অমসুং Absolute knowledge গী খেন্নবা, natural law নচিংবা করিনো খঙ্‌হনবা ।)

[" ঐখোয়গী থাঙ্গেশেংবা শক্তমদি One permanent Being নি। জ্ঞানী অমগী মীৎয়েংদা ঈশ্বরগী হকচাং পানবা মওং লৈতে । Perfect man অমনা soul অদুত্তবু Real ওইনা খঙ্‌ই, অতৈ অতোপ্পা soul গী manifestation দগী ওইরক্পা মপানগী পোৎশিংবু real ওইনা উদে। " ]

Eternal body লৈবা য়াত্রা হায়না কনাগুম্বনা হংলবদি, রাহং অদুম্মক নাতৈ চাদবনি, হায়বদি illogical নি। মরমদি body হায়বা অসি element খয়না তিন্‌শিন্নবদগী ওইখিবনি। মসি হোংদোক-হোংজিন য়াবা, অমসুং মশানা হান্নলা impermanent ওইজরবা পোৎ অমনি। হোংদোক-হোংজিন য়াত্রবদি, ঐখোয়গী body হায়না খঙনরীবা অসি সুকৃলৈ লৈবরোই। মরমদি time, space and causation গী রাংমদা লৈবা পোৎ অমবু, matter কৌবা য়াদে। Time and space অসি ঐখোয়গী physical world ওইবা রাখনগী মনুঙ্‌দতা লৈ। হায়রবদি

মণ্ডং নায়বা element না শেম্বা body গুম্বগী মফমতদা time and space কী রাথন খন্‌বা য়াই। ঐখোয়গী থাঙ্গেশেংবা শকৃকমদি অথাক্‌পা অমত্তা লৈতনা time, space and causation গী রাংমস্নু য়াওশিন্দুনা পুল্লপ পুল্লগা ওইবা, কনা অমত্তনস্নু মাওনবা তৌবা ওমলোইদবা one permanent Being নি (গীতা ২॥১৭)। মওং লৈবা পোৎ পুম্নমক মাঙ্‌বা নায়বনি। মরম অসিনা ধর্ম্ম অয়াম্বনা হায়রী, ঈশ্বরগী মওং লৈতে। গ্রীক্‌ বেক্তারিয়ান লৈবাকী নিংথৌ মনান্দর কৌবা অমা লৈরম্মী। বুদ্ধিষ্ট লম্বোয়বা অমনা মাবু 150 B.C. গী অতুরাইদা বৌদ্ধধর্ম্মদা দিক্ষা পীরম্মী, অতুগা মাগী অনৌবা মমিংস্নু মিলিন্দা হায়না থোল্লম্মী। মহাকী গুরু নহা ওইরীবা লম্বোয়বা অতুদা মানা হংলম্মী, "বুদ্ধগুম্বা perfect ওইবা মী অমনা অরানবা তৌব্রা, নত্রগা অরানবগী ফীভমদা তাহনবা য়াব্রা?" গুরু অতুনা খুমলম্মী "Perfect man অমগী experience তা মমি ভাপ্পিবা অপিক্‌-অপিক্‌পা তোঙান্‌-তোঙান্‌বা পোৎশক কয়া অমা, মানা খঙ্‌দ-উদনা অতুম্মক লৈগনি, তৌইগুম্বস্নুং অতুগুম্বা পোৎশকশিংতুনা মরম ওইতুনা, মাগী জ্ঞাম্না মনুঙ্‌থীৎনা উথ্রবা অশেঙ্‌বা অমস্নুং অচুম্বা অতুগী ওন্নতৈনবা ওইহন্দুনা,মাবু অরানবগী ফীভম্‌দদি তাহল্লোই।" মাদি হৌজিক্‌ হৌজিক্‌স্নু মতম পুম্নমক্তা perfect ওইতুনতা লৈগনি। মহাক্তি অঙকৃপা অমস্নুং অথুপ্পনা থল্লবা জগৎ সংসারগী মচি অতুবু মুন্না খঙ্‌লবনি। অতুম্নদি ওইরগা, মচি অতুনা time and spaceকী মনুঙ্‌দা চংতুনা তোঙান্‌-তোঙান্‌বা ময়াম ওইনা মপান্দা উহল্লিবা (গীতা ১৩॥১৬, ১৪॥৩, ১৫॥৭) অসিবু মানা খঙ্‌দবদি য়াই। হায়রবদি ঐখোয়না মপান্দা উরিবা অহিংবা অমস্নুং হিংদবা পোৎ পুম্নমকপু, তোঙান্‌-তোঙান্‌বা অমত্তা মান্নদবা ওইনা উরিবা অমস্নুং খঙ্‌লিবা মখঙ্‌ অসিগুম্না, perfect man অতুনা উদে অমস্নুং খঙ্‌দে। শন্না হায়রবদা, মহাক্না লৈখোম্নুদি খঙ্‌ই, তৌইগুম্বস্নুং লৈখোমদগী শেমদোক্লীবা মওং নায়বা পোৎ ময়াম অতুবুদি, মহাক্কী experience তা শুকলৈ লৈতে। Perfect man

অহুনা soul অহুতবু real ওইনা খঙ্ বনি। অহুগা soul গী manifestation দগী ওইরকৃলিবা মওং নাম্নবা পোৎ পুম্নমকপু, মহাক্না real ওইনা খঙ্ দে। ঐখোয়না কম্না হোৎনরগা relative knowledge বু মথং মথং খঙ্ লকপা অহুগুম্না, perfect man স্নু জগৎ সংসার অসিগী relative knowledge বু মথং মথং খঙ্ লকনি। ভৌবতদি, মহাক্কি শক্তি য়াম্না লৈরবনিনা, অভোপ্পা মী অতৈনা খঙ্ বদগী মানা relative knowledge বু য়াম্না থুনা অমস্নুং হেন্না খঙ্ বা ঙম্গনি।

[ "Mind Control মপুঙ্ ফানা ভৌরবা মীনা, পোৎ অমবু Absolute অমস্নুং Abstract ওইনা উগনি। ঐখোয়গী relative knowledge দি comperative knowledge নি। Absolute knowledge দি comparison and classification হায়বা লৈতে। মীওইবা থুড়িংদা লৈবা Instinct, Reasoning and and Intuition গী function ভৌরিবা মওং শুপাইনা খঙ্-হনবা।" ]

মপুঙ্ ফানা mind control ভৌরবা মী অমগী শক্তি চেন্নবা search light অমনা কাপহুনা পোৎ অমবু উবা মতমদা, পোৎ অহুগী মস্নুং মপান ফাওনা, absolute and abstract ওইনা, য়াম্না থুনা মী অহুনা খঙ্ গনি। মসিদা উন্নিবা মউ অসি, য়াম্না মরু ওইবা খঙ্ জিনবা য়াবা মউ অমনি। মরমদি মউ অসিব খঙ্ বা ঙম্নবদি, বুদ্ধ নত্রগা জিশু শুম্না মীনা পোৎ অমব উবদা, মহাক্না খঙ্ লিবা মথঙ্ অহুব, ঐখোয়না খঙ্ লিবা মথঙ অসিগা অক্সানি হায়না ঐখোয়না অথঙ্ বা শাহুনা, commentaries মরাম পুথোক্নুনা মীভোন্দা খঙ্ হন্‌বা অহু ভোক্লগনি। Mind control মপুঙ্ ফানা ভৌরবা মীশিং অহুনা হায়রম্বশিং অহুবু, মখোয়গী শিষ্যশিং অহুনা শেয়াম্লনা মীভোন্দা খঙ্ হল্লে হায়রক্লনা, শিষ্যশিং

অদুবু ঐখোয়না দোষ তৌরোইদবনি। বুদ্ধ নত্রগা জিষু গুম্বা মীনা হায়রম্বা statement অদুবু, অচুম্ব মরক্তা অয়ানবা থয়স্নু য়াওই হায়না মীওোন্দা খঙ্হনবা অসি, লৌনম চাওবা মীগী মতৌনি। Statement অদুবু পুম্নপ য়াবা অষা, নত্রগা সুকয়া য়াদবা অমা ওইগদবনি। অয়ানবা statement অমগী মন্নুঙ্দগী অচুম্বা থয়া করম হায়না ঐখোয়না খন্দোকদোয়িবনো ?

অমুক্তং থোকপ্রবা থোদোক অদু, অমুক হয়া থোক্লকপা য়াই। কনাগুম্বা মী অমনা perfection বু খঙ্গ্রবদি (realised ওইগ্রবদি), ঐখোয়স্নু হোৎনয়গা কয়িগী ঙম্লোই ? হৌজিক্-হৌজিক্ ওইরীবা ফীভম অসিদা ঐখোয়না perfect ওইবা ঙমজ্রবদি, য়াথঙ্গা লাম্বা ফংবা অতোপ্পা ফীভম অমা ওইয়বস্নু নত্রগা স্বর্গবু ওইয়বস্নু, নত্রগা ওইনিংবা ফীভম অমা ওইয়বস্নু, অদুগুম্বা ফীভম অদুদা ঐখোয়না কৈদৌঙৈদস্নু perfect ওইবা ঙম্লোই। কয়িগুম্বা Jesus christ না perfect ওইরম্জবদি, মাগী মখিংদা শন্দোক্লিবা ধর্ম্ম লৈথা তাপ্রগনি। মানা কয়িগুম্বা perfect ওইয়বদি, ঐখোয়স্নু হোৎনয়বদি perfect ওইবা ঙমগনি। ঐখোয়না অখঙ্বা পোৎপু মশীং থিদোক্কুনা, অখঙ্বা মখৈবু তোঙাঙ্গা থাইদোকপা ঙম্মী। perfect man গীদী ; অদুগুমবা মখঙ্, নত্রগা মরম পিনিংঙাই লৈতে। মরমদি ঐখোয়গী হৌজিক ওইরীবা relative knowledge পূম্নমক অসি, অমগ-অমগা চাংদম্নবদগী খঙ্লকপা মক্তনি, হায়বদি comparative knowledge মক্তনি। Absolute ওইবা ফীভমদা comparison and classification হায়বা লৈতে। Instinct না হায়বদি পোক্পদগী লোয়নরকপা শা-গুম্বদা লৈবা জ্ঞানা, reason দগী হায়বদি মীওইবগী য়াথঙ্ থন্বদগী ওইরক্পা জ্ঞানদগী, অয়ানবা চাং হন্থগল্লি। অদুমক্পু, Reason না Instinct তগী মগুন হেন্বা মম্না, Intuition গী মায়কৈরোমদা (হায়বদি reason গী য়াংমদা লৈবা, মী অদুগী মশামক্তা হেক খঙ্লকপা

সাত্বিক জ্ঞানগী মায়কৈরোমদা), (গীতা ১৮।২০) reason না চংশিল্লকই। Intuition না (সাত্বিক জ্ঞাননা) reason দগীম্সু অমুকা হেন্না মগুণ হেল্লী। মপুঙ্ ফাবা জ্ঞান (ঈশ্বরতত্বগী জ্ঞান-গীতা ৫।১৬) হায়বা অসি Intuition গী হৌরক্ফম্নি, অমসুং অদুগুম্বা জ্ঞান অদুদা অয়ানবা থজিক্তং ফাওবা য়াওদে। অহিংবা জীবশিংদা self, নত্রগা Essence, নত্রগা individual soul না মাগী purity and perfectness ওইবা জ্ঞান বিকাশ তৌরিবা অসি, মথল অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মদুদি (১) subconsciousকী মথল, হায়বদি য়াথল থম্বা ভমদবা শা-শিংনা পোক্পদগী লোয়নরক্পা জ্ঞান থজিক্তং অদুনা, মেচিনগুম্না অফ-ফত্তবা থঙ্দনা শিজিন্নদুনা অয়ানবা ওইগন্দবা, Instinct হায়না খঙ্নবা জ্ঞান। অসিগুম্বা mechanical ওইবা জ্ঞান অসি শা-ডনা শিজিন্নৈ অদুগা লান্দবা (unerring) ওইগল্লি। (২) Conscious কী মথল, হায়বদি অচুমঅয়ান য়াথল থম্বা-ভম্বা মীনা কংলক্পা জ্ঞান অদু, ভাব য়াম্না তানা (reason য়াওনা) থবক্তা শিজিন্নবা ভম্বা মথলগী জ্ঞান। অদুমন্নি ওইরগা, অয়ান্বসু য়াওগন্বা জ্ঞান, হায়বদি অথঙ্বা হায়বদুসু ওইরগা অয়ানবসু (erring সু) ওইগনবা জ্ঞান, অমসুং অদুগুম্বা জ্ঞান অদুবু, মীভনা শিজিন্নবা মথলগী জ্ঞান। (৩) Super conscious কী মথল, হায়বদি Reason গী য়াংমদা লৈবা মশাদা চেক্তা ফোংদোয়রকপা জ্ঞান। অসিগুম্বা জ্ঞান অসিবু থবক্তা শিজিন্নবদা অয়ানবা মচেৎ অমত্তা য়াওদ্রবা জ্ঞান (ঈশ্বরতত্বগী জ্ঞান গীতা ৫।১৬), হায়বদি Intuitional and unerring ওইবা ঈশ্বরগুম্বভদা ওইবা জ্ঞান। Perfect ওইরবা মী অদুগীদি থঙ্-নিংঙাই অমা অমুক লৈদ্রে। মাগী খঙ্লিবা জ্ঞান অদু মকম চানা শিজিন্নগদবতা মঙায়রে। মহাক্কি মশাগী ওইবা অপাম্বা অমত্তা লৈতে, অদুগা জগৎ সংসার অসিবু মতেঙ্ পাংননবা মাদি হিংবভনি (গীতা ৩।২৫)। মহাকা অতৈ অতোপ্পা মীশিংগা মান্নদবা হায়ববু negative অদুভনি, হায়বদি মহাকী অপাম্বা অমত্তা লৈতে। মহাকী positive ভি

হেন্না হেন্না পাক্-চাওথোরক্ই, হায়বদি ঐঙোন্দসু মাঙোন্দসু common ওইনা লৈরীবা Reality ( পরমাত্মা অদুবু ) হেন্না হেন্না পাক-চাওথো-রক্ই। মদু অতৈ কন্নিমত্তা নত্তে, Being নি (গীতা ১৩।১৫)।

[ " Law হায়বা অসি করিনো? ফত্তববু জয় তৌনবা, অফববু পুরক্লবা, অদুগীসু মথক্তা divinity ওইননবা law শিজিন্ন-গদবনি। মী পুম্নমক্পু self নি হায়না থনদুনা, চপ মান্নবা মীৎ-য়েংদা য়েংগদবনি। লৌকিক ওইরিবা ঐখোয়গী পুন্সি অসি ঐখোয়গী ওজানি। জ্ঞানী অমগী মীৎয়েংদা হকচাং illusion নি। ঐ অমসুং ঐখোয় perfect নি হায়বা অসি তশেংনা থঙ্ননবা, মাঙ্বা নায়বা হকচাংবু থুংলাই ওইনা শিজিন্নগদবনি। " ]

Law হায়বা অসি phenomenal world গী মনুঙ্দা অথঙ্বা, অউবা পোৎকী অমসুং থোদোক্কী মওং মথং-মনাও নায়না তাকপা series of phenomena বু, মীয়ামদা জ্ঞান তানা তাকপা য়ানবা, রাথন্না শেন্না অশন্না থুংই (short hand) অমনি। মরম অসিনা, law হায়বা অসি থাঙ্গেশেংনা শক্ থঙ্লবা (entity) অরৈবা পোৎতি নত্তে। Phenomenal world দা চাং নায়না থোক্লিবা থোদোক থমবু ফোংদোক্পা য়াননবা, law গী মাইহৈ অসি শিজিন্নৈ। Law অসিবু superstition দি ওইহল্লোইদবনি। মরমদি law অসিগী মতুং ইন্না থোদোক অদু শোয়দনমক্কীদি ওইরগদবনি। ঐখোয়না মদুদা challenge তৌরুবা য়ারোই, মঙোন্দা চংজগদবগনি। হায়বদি মাবু থবক্তা শিজিন্ন-গদবনি। ফত্তববু জয় তৌদুনা অফবা পুরক্লবা, ঐখোয়না law বু শিজিন্নগদবনি। অয়ানবা অমসুং অচুম্বা রাথন অনিমক মীপুম থুদিংমক্তা শাগোন্নুনা চৎমিন্নৈ, অদুবু ঐখোয়না অয়ানববু জয় তৌদুনা অফবা মী ওইননবা, law of reason শিজিন্নৈ। মতৌ অদুগুম্বদুনা, মীপুম থুদিংম-ক্তা animality অমসুং rationality শাগোন্নুনা লৈমিন্নৈ (গীতা ১৪।৫)। Animality গী ( রজঃ অমসুং তমঃ গুণগী ) শক্লকপু জয় তৌদুনা

rationality গী (সভঃ গুণগী) শরুক, হায়বদি divinity গী শরুক লৈ-হৌত্বনা god hood ওইননবা, law of Religion শিজিন্নৈ, হায়বদি বেদ, বেদান্ত, উপনিষদনচিংবা ধৰ্ম্ম গ্রন্থশিংগী নিয়ম শিজিন্নৈ।

জ্ঞানী অমনা হায়রী, মত্থদি মী কনাবুস্থ মুংশিবা মীৎয়েংনা য়েংবী-রুগদু, ময়মদি মী অত্থবু ঐগোম্দগী হুম্থবা মীনি হায়না ঐনা নিঙ্খিনি। পোক্‌পদগী লোয়নরক্‌পা রাথল অসি, মী অমগা মী অমগা হিয়ম খুদিংদা মায়দে থনবা অম্থ থাদোক্কনা, মী পুম্নমক চপ মায়বা মীৎয়েংদা য়েংগদবনি। শয়া হায়রবদা, মী পুম্নমকপু self নি, ব্রহ্মন-নি হায়না খন্‌গদবনি। Jesus christ না মতোম্‌তা ভোঙায়া pedestal দা কমদে, মহাক্না publicans অমস্থুং sinner শিংগা পুম্না কম্মিন্নৈ। মঙোন্দদি মী পুম্নমক অমগ-অমগা খেন্নবা লৈতে। স্বৰ্গ হায়বা অসি ঐখোয়গী রাথল্না শেমজবনি। অত্থনদি নরকপু ঐখোয়গী রাথল্না স্বৰ্গ ওইহন্‌বা য়াই। জ্ঞানীনা হায়রি "পোকপদস্থ হরাওসি, শিবদস্থ হরাওসি, ঈশ্বরবু মুংশিবদস্থ হরাওসি।" হকচাংনা ঐখোয়বু ফাজিন পুনশিন্দুনা মতম কুইনা লৈরক্‌পসিদা (গীতা ১৪৷৫), মাবু ঐখোয়না মুংশিমন্‌গ্রত্থনা মাগা স্থকথা থানিংজে, হায়বদি ঐখোয়না হকচাংবু কায়নবা (শিবা) স্থক্‌পাম পামদে। হৌজিক্‌মক ওইরিবা ঐখোয়গী পুন্সি অসি, ঐখোয়গী ওঝানি। অত্থগা শিবা হায়বা অসিনা, অনৌবা অমুক হোৌননবা, হায়বদি পোক্লনবা মরম অমা অম্‌ক ওইহল্লে (গীতা ২৷২৭)। হকচাং অসি ঐখোয়গী school master গুম্বনি। ইতোমতা শিজনবা তৌবা হায়বা অসি (suicide) অপঙ্‌বনি, ময়মদি অত্থম তৌবত্থনা school master অমা হাৎলগা, অতোপ্পা মী অমব্‌ অনৌবা school master অমা ওইহন্‌বগুম্বনি। School master গী post অত্থতা নত্তনা, মশিং ফাওবা লৈহন্দ্রবদি, অতোপ্পা school master অমা অমুক লাক্লরোই। মতৌ অত্থগুম্নত্থনা, ঐখোয়গী হকচাং অমস্থুং মিং অসি transcend তৌবা শুমজিন্নবা ফাওবা (গীতা ২৷১৩), হায়বদি হকচাংনা ওইবা ঐনা থবক

পুম্নমক তৌবনি, ঐ অশেংবনা কম্নিগুম্বা থবক অমত্তা তৌদে (গীতা ৫॥৯, ১৮॥১৭) অমস্তুং হকচাং অসি তশেংনমক স্নুকলৈ লৈতে হায়না spiritual knowledge না খঙজিল্লবা ফাওবা, হকচাং ওইনা ঐখোয়না উগনি। Illusion অসি কোক্লবা, ঐখোয়গী অশেঙ্বা শক্তম হকচাং অসিনি হায়না নিঙ্স্নু নিঙ্লোয়দবনি, থবক তৌবা মতমদস্নু ঐ অশেঙ্বনা থবক অদু তৌদে হায়না খন্গদবনি (গীতা ১৮॥১৭)। ঐখোয়দি মুম্না খল্লুরবদি, মতম পুম্নমক্তা অতুম্মক লৈরবা, মাঙ্বা লৈত্রবা আত্মন-নি। হকচাংদি মাঙ্বা নায়বা, মতম থরদংগী ওইবা পোৎনি (গীতা ২॥১৮)। ঐখোয় perfect নি হায়বা অসি তশেংনা খঙ্ননবা, মাঙ্বা নায়বা হকচাংবু খুৎলাই ওইনা শিজিন্নগদবনি। ভগবান শ্রীরামগী মনাই হনুমান মহাবীরনা মহাক্কী ধর্ম্মগী philosophy বু শম্নলপ্না অস্নুম হায়না হায়— "ঐনা হকচাংনি হায়না খনবা মতমদা, ঐহাক অসি ইবুংঙো নহাক্কা মতম পুম্নমক্তা তোঙান্-তোঙান্ লৈনরবা, ইবুংঙো নহাক্কী জীব অমনি, গীতা (২॥১২) (৮॥১৬)। ঐনা soul নি হায়না খন্বা মতমদা, ঐহাক অসি Divine Fire ওইরিবা ইবুংঙো নহাক্কী মৈরিক অমনি,গীতা(৭॥৯)(১৫॥৭) (১৩॥২)। ঐনা আত্মন-নি হায়না খন্বা মতমদা, ঐগা ইবুংঙো নহাক্কা, অমত্তা ওইরে, গীতা (৫॥১৭,২১) (৬॥২০) (৭॥৬) (১০॥৩৯)।" মরম অসিনা, জ্ঞানীনা অতৈ করিমতস্নু হোৎনরুবা লৈতে, মশামক self নি হায়না খঙ্ননবা হোৎনবতনি।

## জ্ঞান যোগ।

### (চ) তরুকশুবা শরুক

( Sense world গী ব্রাংমদা লৈবা self পু করম হায়না জ্ঞানী অমনা খঙ্ননবা হোৎনৈ, অদুগী মরমদা খঙ্হনবা। )

[ " ঐখোয়না নিঙ্‌লিবা অদু, অদুম্মক্ ঐখোয়দা ওইরক্‌-পনি। " ]

রাখল হায়বা অসি পূম্নমক্কী মরু ওইবনি, মরমদি "ঐখোয়না নিঙ্‌লিবা অদু অদুম্মক ঐখোয়দা ওইরক্‌পনি।" মসিগী মরমদা রারী মচা অমা।

# রারী মচা।

মতম অমদা সন্ন্যাসী অমা লৈরম্মী। মহাক্কা উথা অমদা কম্লদুনা মীওোন্দা ধর্ম্মগী পাওতাক য়াম্না তম্বীরম্মী। মহাক্কী চিঙ্গাক হায়ববু সঙ্গোম থক্‌ই; উহৈ চাই। প্রণায়'মা য়াম্না তৌই। মশামক য়াম্না পুকচেল শেংলবা অমনি হায়না খঙ্গে। থুল অদুমক্কুদ' ফত্তবী নুপী অমসু লৈরম্মী। নুমিৎ খুদিংগী সন্ন্যাসী অদুনা নুপী অদুবু খীনা তৌরম্মী। মানা মঙোন্দা হায়রম্মী— "নহাক্কী ফত্তবা লমচৎ অদুনা মরম ওইদুনা, নহাক শিরগা নরক্তা তারগনি।" মদু তাবদা ল'ইরবী নুপী অদু পুক্লিংদা য়াম্না রারম্মী। অদুবু মহাক্কী হৌজিক্কী পুন্সি মরেল অসি হোংদোক্‌পা ঙম্মদে। মরমদি মসিতনা মহাক্কী জীবিকা ওইন-রীবনি। মহাক্কা ঈশ্বরদা থুরুমজরম্মী অদুগা হায়জরম্মী "ইবুংঙো, ঐগী উপায় লৈজদে, ঐগী অরানবা পূম্নমক ঙাক্‌পীয়ু।" মতম থরা লৈরগা সন্ন্যাসী অদুসু নুপী অদুসু শিরে। Angel শিংনা লাক্কুনা নুপী অদু স্বর্গদা পুখ্রে। হিংচাবা ময়াম লাক্কুনা সন্ন্যাসী অদুবু নরক্তা পুগে তৌরে। মতম অদুদা সন্ন্যাসী অদুনা হায়রম্মী "ধর্ম্মতা তৌদুনা মতম লেল্লক্রবা পুকচেল শেংলবা ঐবু, করিগী নরক্তা পুগদৌরিবনো, অদুগা ফত্তবী নুপী অদুবুনা করিগী স্বর্গদা পুরীবনো?" মদু তাবদা হিংচাবশিং অদুনা খুমলম্মী "নুপী অদুদি মশা হি'ননবগী মশানা ইপাম্‌ পাম্‌জদবা থবক তৌদুনা মপুন্সি লেল্লম্মী। মহাক্কি ঈশ্বরবু পুক্লিং অনি লোঙ্‌দনা নিঙ্‌ই, অদুগা মাগী অয়ানবা পূম্নমক ঙাক্‌পীয়ু হায়জৈ। মরম অদুনা, মাবু

স্বর্গদা পুৱিবসিনি। নহাক্কি অকবা থবক তৌরবস্লু, মীগী ফত্তবা থবক অদুতবু নপুক্কিংদা নিঙ্‌ছুনবা লৈ। নহাক্কি পাপ ওইবা থবক্তবু থল্লি। মরম অদুনা, নহাক নরক্তা পুৱিবসিনি।" রাক্সী অসিদগী ঐখোয়না খঙ্‌বা য়াবদি, মীনা মপাম্বোংদা অকবা থবক তৌরবস্লু, পূক্কিংদা মীগী ফত্তববু উহুনা ফত্তবা রাখঙ্গদা পূক্কিং লপ্তুনা লৈরবদি, শিরবা মতমদা ঐনা নিঙ্‌লিবা অদুগী মতুং ইন্না ফত্তবা মফমদা, হায়রবদি নরক্তা চৎলি। মরম অসিনা, ঐখোয়না নিঙ্‌লিবা অদু, অদুম্মক ঐখোয়দা ওইরকপনি (গীতা ৮৷৷৬)। অকবা থবক তৌবতা নত্তনা, পুকচেল শেংবা অমসুং অকবতবু থনবা দয়কাবনি, গীতা (২৷৷৬৫)(১৮৷৷৪২)।

[" Reason গী বাংমদা লৈবা পোৎ অমবু (ঈশ্বরবু) sense knowledge গী পোৎ অমা কৈদৌঙৈদসু ওইরোই। অদুমক্পু মুনি, ঋষি কয়ানা sense world বু লাম্বোক্পা ( transcend তৌবা ) ওম্মী হায়না claim তৌরি। অদুগুম্বা অদু মীওোন্দা তাক্কুনা খঙ্‌হনবা য়াবা লোলগী বাহৈদি, মীওইবদা লৈতে। ইশা ইশানা হোৎনজরবতদা খঙ্‌বা ওমগনি হায়রম্মী। Sense world বু লাম্বোক্লবা মতম অদুতদা, self পু খঙ্‌জবা ওমগনি।"]

পদার্থ বিজ্ঞান (physics) হায়বদি পোৎকী মরমদা, পোৎ অমগা অতোপ্পা পোৎ অমগা মরী লৈনবা অমসুং energy গী মরমদা নৈনবা বিজ্ঞাণ অসি, মায়কৈ অনিমক্তা metaphysics না (দর্শন শাস্ত্রনা, হায়রবদি mind গী Philosophy না), পল্ ওইনা থিংই। মরম অসিনা, reason নসু (রাখল খন্নবগী পাঙ্গলনসু) মায়কৈ অনিমক্তা পল্ ওইনা থিংই। মসি non-reason দগী হোৎনগা non-reason দা লোইশিল্লি। ঐখোয়না world of Perception গী, হায়রবদি খঙ্‌লিবা অমসুং উরিবা জগৎ অসিগী মনুঙ দা থম্‌থেংনা থিজিল্লবদি, ঐখোয়না খঙ্‌লিবা অমসুং

উরিবা অসিগী রাংমা ফাওনা উরকনি। Reason হায়বা অসি থাজ্ঞে-শেংবমক্তি, ঐখোয়না হায়া খঙ্‌খিবা অমম্তুং উখিবা অত্তুবু নিংশিংবা ওম্ব-মথৈ হোৎনত্তুনা পুক্লিংদা থম্‌জিনবা অত্তুবু খঙ্‌নৈ। ঐখোয়না sense perception গী রাংমদা রাখন থনবা (reason ভোবা) কৈদৌঙৈদস্তু ওমদে। Reason গী রাংমদা লৈবা পোৎশক অমবু (ঈশ্বরবু) sense knowledge গী পোৎশক অমা কৈদৌঙৈদস্তু ওইরোই (গীতা ২॥২৫)। Reason গী ওমথৈ অমদি ঐখোয়গী পুক্লিংদা ফাওরে, অত্তুবু reason অত্তুগী মতেঙ্‌না, ঐখোয়গী হৌজিক ওইরীবা জগৎ সংসার অসিগী থাক্কী রাংমদা, অতোপ্পা জগৎ সংসার অমগী করিগুম্বা মঙালগুম্বা অমম্তং হাই-ফেৎ ঐখোয়গী পুক্লিংদা ফাওবা ঙম্মী। মতাং অসিদা রাহং অমা থোরক্লে, মত্তুদি Reason বু লাম্বোক্পা ওম্বা (transcend ভোবা ওম্বা) খুৎলাই অমা মীগী লৈব্রা? হায়বদি Reason গী রাংমদা য়োবা ওম্বা অত্তুগুম্বা শক্তি মীদা লৈব্রা? Reason গী রাংমদা য়োবা ওম্বা শক্তি অত্তু, মীওইবদা লৈ হায়বা অসি ওইথোক্কবা নত্তে। থাজ্ঞেশেংবমক, হৌখিবা যুগ যুগ কয়াদা লৈরম্বা মুনি, ঋষি কয়ানা হায়রম্মী, মত্তুদি মখোয়গী মশামক্তা হায়রিবা শক্তি অত্তু লৈ। অত্তুবু থোক্লিবা থৌদোক অত্তু থোইদোক্-হেন্দোকৃপা অমা ওইবা মরম্না, হায়বদি related world গী করিগুম্বা অমত্তগা চাংদম্নত্তুনা তাকপা য়াদবা spiritual idea and perception ওইবা মরম্না, মীওইবগী language of rea-son না হায়দোকপদি ওমদে। হায়রিবা মুনি, ঋষি মখোয় খুদিংমক্লা খঙ্‌লিবা spiritual experience অসি, হায়দোক্কবগী শক্তি মখোয়দা লৈত্রে হায়না মীয়ামদা খঙ্‌হল্লমলবনি। মখোয়গী actual experi-ence তগী থাজ্ঞেশেংনমক্ spiritual idea and perception অসি মখোয়দদি খঙ লবনি, অত্তুগা মীপুম্ন খুদিংমক্লস্তু হোৎনরগা খঙ্‌বা য়াগনি হায়না মখোয়না হায়রম্মী। থোক্লিবা থৌদোক অত্তু তশেংনা তাকপা য়াবা লোলগী য়াহৈ মীওইবদা লৈভবা য়াই। অসিগুম্বা মওংদা

খুবিশিং অহুনা খঙ্বা হায়বা অম্ব ওইথি, অহুবু মীয়াম খঙনবা মখোয়না ফোংদোকপদি ওমদে। ধর্ম হায়বা অসি অসিগুম্বা science অমনি, মহুদি মীওইবদা লৈবা transcendental গী শক্তি (জীব নত্রগা থরাই— গীতা ৭॥৯, সনাতন ওইবা জীব-গীতা ১৫॥৭) অহুগী মপাম্মা ফোংদবা মশক্ ওইবা পূম্নমক্তা শীন্বা থুংনা লৈহুনা (গীতা ৯॥৪) জগৎ পুম্বগী পোক্লফম ওইনা প্রকৃতিদা গর্ভ পীরিবা (গীতা ১৪॥৩) transcendental of universe ওইবা ফোংদোক্তবা "অশেংবা ঐ", হায়বদি universal self অহুবু (গীতা ২॥১৭) থিদোক্পনি। হৌজিক ফাওবদা, ঐখোয়না মীওইবদা লৈবা transcendental গী শক্তি অহুগী মচেৎ খজিক্তমক্ খঙ্বা ঙম্মি। মরম অহুনা, universe কী transcendental স্তু মচেৎ খজিক্তমক্ খঙ্লি। ঐখোয়না মীওইবগী মরমদা হেন্না খঙলক্লবা মতমদা universe কী মরমদা হেন্না খঙলক্কনি। মরমদি, মী হায়বা অসি পোৎ পূম্নমক্কী epitome নি, হায়বদি মচি পূম্নমক লৌথৎতুনা শমজম্না মপান্দা উহল্লবা one Reality অহুনি। মরম অহুনা, Knowledge পূম্নমক মীদা পুল্লপ তিন্দুনা লৈ। Universe কী য়াম্না পাঁক্প্রবা শরুক মচেৎ অমত্তং ঐখোয়গী sense perception না খঙ্বা ঙম্বা অহুগুম্বা reason তনি, হৌজিক ঐখোয়দা লৈরীবসি (গীতা ১৫॥৭)। মরম অসিনা fundamental principle ওইবা অমত্তংবু খঙ্বা ঙম্বা অহুগুম্বা reason অমত্তস্তু ঐখোয়দা লৈতে। করিগুম্বা পোৎ অমগী reason শেম্বদি, ফংলিবা reason অহুবু classify তৌরগা, mind গী pigeon hole দা থমজিন্বগী রাতনি। করিগুম্বদা ঐখোয়না অনৌবা fact অমা হেক থেংনবদা, খুদক্ অহুমক্তদা হায়না classify তৌহুনা mind দা লৈজরবা কাংবুশিংগী ময়ুঙ্দা চাম্নগদবা category দা, অনৌবা fact অহুবু হাপচিন্নবা হোৎনৈ। অস্তুম হায়না থম্জিন্নবা হোৎনবা অসিস্তু reason তৌবা মথল অমনি। অসিগুম্বা থবক অসি হেক ওম্বা মতমদা, ঐখোয়দা অপেন্বা অমা পোক্ই। অহুম্নদি ওইরগা, অসিগুম্বা classification অসিমা physical universe কী

য়াংমা লান্না থোকপদি কৈদৌঙৈদম্ভু ঙম্‌দে। হৌখিবা যুগ কয়াগী মুনি ঋষিশিংগী অপুনবা বাক্যনি, মতুদি মীনা sense-limit কী য়াংমদা transcendental ওইবা য়াথলনা য়ৌবা ঙম্মী। চহি ৫০০০গী মমাংদগী হৌনা উপনিষদশিংনা হায়রী, মতুদি মীনা sense-limit কী মন্নুঙ্‌দা ঈশ্বরবু কৈদৌঙৈদম্ভু খঙ্‌বা (realise তৌবা) ঙম্লোই (গীতা ১০॥২,১৪)। হৌজিক কাওবদা, হৌজিক মতমগী agnosticism না, হায়বদি মীৎনা উবা পোৎ নত্তনা লাইনচিংবা করিমত্তা লৈতে হায়বা মী কাংবুনা ফাওবা, sense limit কী মনুংদা ঈশ্বর লৈতে হায়রিবনি। অত্তুব, বেদ-বেদান্তনা negative side অসিদগী মথা তাথনা চৎথরগা, য়ায়া চয়বা য়াহৈনা স্নুকশোই শোইরোইদবগী য়াকম অমা হায়রী, মতুদি মীগী sense-limit অমস্নুং ফমজিল্লবা জগৎ সংসার অসিগী য়াংমদা, মীগী transcendental ওইবা য়াথল্লা, হায়বদি চেতনা শক্তিনা (গীতা ১০॥২২)(transcendental ওইবা শক্তিনা, গীতা ৭॥৯, ১৫॥৭) লাম্হোকপা ঙমগ্রে, অমস্নুং মতুংদম্ভু ঙমগনি। মীনা উন্‌ মতুম অমগী অহোবা মথুল অমা থিদোক্লগা, মতুগী মন্নুঙ্‌দা লিথোক্তুনা সমুক্কগুম্বা পাকচাৎপ্রবা জগৎ সংসার অমবু থেংনতুনা খঙ্‌বগুম্বনি। Sense কী Relative world অসিব, অস্নুম হায়না লাম্হোক্লবা মতম অতুভদা, মী অতুগী হান্নদগী হৌনা লৈজরক্লবা অশেঙ্‌বা শকমগী ওইবা self পু খঙ্‌জবা (realise তৌবা) ঙমগনি।

[ "ঐথোয় হান্নদগী হৌনা ব্রহ্মান মপুম ওইবা পুক্কপ অচুনি, মচেৎ অমথক্তুং নত্তে। অশেংবা শকম ওইবা মীবু law of causation না ফাজিন পুনশিনবা ঙমদে। মাদি পোক্‌পস্নু লৈতে শিবস্নু লৈতে, time and space কী মনুংদস্নু লৈতে। ঈশ্বরগা মীগা তোঙান্-তোঙান্‌বা ওইনা লৈবদা অচুম্বনি হায়না নিঙ্‌লিবা মখে, অকবা অমস্নুং কত্তবা, অরেবা অচুম্বনি হায়না লৌগনি। "থাদোকপা" হায়বা অসিতনা মরম ওইদুনা, centre

**তম্না অসুম অসুম নকৃশিনজুনা, মমৈথঙ্দা আত্মসমর্পন-তম্না, ঐগী centre দা অমত্তা ওইরবা মতমদা, self ওাক্তা লৈগনি। জ্ঞানী অমগী খ্ৱায়দগী অথুপ্পা হায়রবু "থাদোকপা" হায়রবা অসিতনি।" ]**

Spiritual knowledge না sense knowledge কৈদৌউভদস্সু ওইদে, মখোয় অনি অসি তোঙান্-তোঙান্বনি। ঐখোয়গী sense knowledge না ব্রহ্মনবু খঙবা ঙমদোই, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়দি হাম্ন-দগী হৌনা ব্রহ্মন ওইজরবনি, ব্রহ্মন মপুম ওইবা পুম্নপ অদুনি, মচেৎ অমথক্তুং নত্তে (গীতা ৭৷৬, ৭)। চাওহন্বা নত্রগা শন্দোক্পা য়াত্রবা পোৎপু কৈদৌউভদস্সু অনি, নত্রগা অনিদগী হেনবা মশীং কয়া থোক্কা থাইদোক্পা য়ারোই। ঐখোয়না তোঙান্-তোঙান্বা মখল ময়াম ওইনা জগৎ সংসারদা উবগুম তৌরিবা অসি time and space কী মনুংদা ওইবা ঈশ্বরগী (self কী) মমি মক্তনি (থাইদোক্তবা মপুম ওইরবস্সু থরাই পানবশিংদা থাইদোকপাগুম্না লৈবা মক্তনি— গীতা ১৩৷১৬)। মুমিৎ অসি ময়াম নত্তে অমত্তনি হায়না খঙ্লবস্সু, লিক্লা মরিক লথা-লথাদা মুমিৎকী-মমি মপুম অমমম্ তাবগুম্বনি। জ্ঞানীনা তোঙান্-তোঙান্বা মখল ময়াম অদুবু খঙ্উদে অমসুং উরূদে, মপুম ওইবা অমথক্ অদুতবু (unity অদুতবু) খঙ্ই। থাক্ অসি য়োৌরক্লবদি, subject লৈতে, ob-ject লৈতে, অখঙ্বা (knowing) লৈতে, নহাক (thou) লৈতে, মহাক (he) লৈতে, ঐ (I) লৈতে, অরৈবা হায়রবু One Absolute unity অদুতনি (গীতা (১১৷৭) (১৩৷১৫)। অশেঙ্বা শক্তম ওইবা মীবু, law of causation না ফাজিন পুনশিনবা ঙমদে। অদুগুম্বা মীগী মফমদা অরাবা অমসুং অনাবা লৈতে (গীতা ২৷৭০)। মুমিৎপু অপাইবা লৈচিল্না ওহাক্তুং কুপশিল্লবা অদুগুম্না, মঙোন্দা হাম্নগী ফীভমদগী করিমত্তা হোংহন্ব ঙম্লোই। অদুদস্সু নত্তনা, অদুগুম্বা মীওই অদুদি পোক্পস্সু পোক্তে,

শিবন্সু শিদে, অদুগা time, space, causation গী মথুঙ্,দম্সু লৈতে। সংসারিক্কী অরাংঅনা অসি, অদুগুম্না মীগী মক্ষম্নদদি, পূক্লিংদা ভাবা নমিয়ক্তনি। ভোইশুম্বস্নুং ঐথোয়না খঙ্‌দবুনা মথোয় অদুম্, অশেঙ্‌বা থোদোক্ ওইনা লৌই। অদুম ভোঙ্গনা, মমিশিং অদুনা অশেঙ্‌বা truth অদুব্ খুমজিন্দুনা (গীতা ৫॥১৫, ৭॥২৫), ওইদবব্ অওইবা মালৃহল্লী। ভোইশুম্বস্নুং ঐথোয়না খংই, মদুদি ওইদবনা অওঈবা ওনবা য়াদে (গীতা ২॥১৬)। ঐথোয়না য়াখল থনবা শুয়নবগীদমক, time হায়বা অসি method অমনি। অদুব্ Absolute unity গী অশেঙ্‌বা শক্তম ওইবা মীওইবদদি, মতম পুম্নমক্তা মহাক্না eternal ওইনা অদুম্মক লৈবনিনা, মহাক্কীদমক্তদি present tense শাক্তনি, past and future tense লৈতে। অফবা অমস্নুং ফত্তবা হায়বা অসি, সংসারিক্কী মীওইবগা মরী লৈনরবা মতম্‌তদা থোয়রক্পা মমিংশিংনি। মথোয় অনিগী মনুংদগী অমা লৈত্রবদা, অতোপ্পা অমদুস্নু লৈত্রে। মরমদি অমা লৈত্রবদা অনিমক অর্থ লৈতবতা নত্তনা, লৈবস্নু য়াদে। অস্নুম হায়না অনি-অনি পুঙ্‌বা চৎপা duality অসিবু, ঐথোয়না অচুম্বনি হায়না recognise তৌরিবা মখৈ, হায়বদি ঈশ্বরগা মীগা ভোঙান্-ভোঙান্ লৈবদা অচুম্বনি হায়না লৌরিবমখৈ, নত্রগা absolute unity গী জ্ঞান্দা ঈশ্বরগা মীওইবগা ভোঙান্-ভোঙান্বা নত্তে, অমথক্তনি হায়না খঙ্‌লিবা মখৈ, অফবা অমস্নুং ফত্তবা অবৈবা অচুম্বনি হায়না লৌগনি। Centre দা চংলবা কান্দতা, হায়বদি ঐথোয় অসি ঈশ্বরগা অমত্তা ওইরবা কান্দতা ঐথোয়গী য়াখল্দগী পোক্লক্পা ওইদবশিং মাঙ্‌খিগনি (গীতা ২॥৫৯)। ঐথোয়গী লোইবা থম্বা নায়ত্রবা অপাম্বা (গীতা ১৬॥১০) অসিবু লৈহল্লিবা মখৈ, মদুদগী থোক্লক্পা লোইবা নায়ত্রবা থৌরাংবশিংস্নু ভোক্পা লৈরোই। মদুগী ওন্নতৈনবদা, অপাম্ববু লৈহন্ত্রবদি, অফবস্নু ফত্তবস্নু ঐথোয়দা অমত্তা লৈগ্ররোই। মরমদি ঐথোয়গী য়াখল্লা মথোয় অনিমক্পু transcend ভোগ্রবনি। মৈদা থাও হৈজিল্লগা মৈনা হেন্না হেন্না চাক্পা

হেন্‌গৎলক্‌পগুম, অপাম্ববু পেন্‌হল্লবদি অপাম্বা অত্থু হেনগৎলক্কনি (গীতা ১৬৷৷১৬)। হুরু হুরু লৈবা চাকা অমগী মনুঙ্‌দা বিন্দু অমা লৈরে হায়না খল্লসি। বিন্দু অত্থুনা centre দগী হেন্না হেন্না লাপ্‌থোক্লিবা মথৈ, বিন্দু অত্থুগী অরৈবগী চাং হেল্লক্কনি। মত্থুগী ওন্নথেনবদা, বিন্দু অত্থুনা centre অত্থুগী মনাক্তা হেন্না হেন্না নক্‌শিল্লিবমথৈ, বিন্দু অত্থুগী অরৈবগী চাং হুম্থরক্কনি। মমৈথঙ্‌দা বিন্দু অত্থুনা centre মশামক্তা তিনথ্রবদি চাকাম্সু লৈথ্ররোই, অত্থুগা লোয়ননা হুরু হুরু লৈবা হায়বা থবক অত্থুসু মাঙথ্রগনি। অত্থুম হায়না centre গী মনাক্তা চংশিন্দুনা desire বু check তৌশি, অত্থুগা মমৈথঙ্‌দা desire পুংমুৎ মুথৎসি (গীতা ২৷৷৫৯)। অত্থুম হায়না অওইবা মানবা মপাম্বোংগী ওইদবা হকচাং (individual apparent self) লৈহন্‌গুমসি। অত্থু ওইরবদি, ঐখোয়-গী মীৎয়েং চুমত্থুনা ঐখোয়না ঈশ্বরবু উগনি (গীতা ৫৷৷১৬)। হৌজিক হৌজিক ওইরিবা পুন্সিগীতা নত্তনা, মত্থুংগী পুন্সিগীসু “থাদোকপা” হায়বা অসিত্তনা মরম ওইহুনা, হায়বদি centre দা অসুম অসুম নক্‌শিন্দুনা, মমৈথঙ্‌দা আত্মসমর্পন-তনা (গীতা ৭৷৷১৪, ১৮৷৷৬৬), ঐগা centre গা অমত্তা ওইরবা মতম্‌দা, ঐখোযগী অশেংবা শক্তম ওইবা self তাক্তা লৈহুনা, সুকলেঙ্‌ লেঙ্‌দবা অমসুং হোংবা লৈতবা হায়বা অত্থু ওইগনি, (গীতা ২৷৷১৭)। ঐখোয়না করিগুম্বা অমবু আশা তৌরবদি, desire অত্থুনা ঐখোয়বু চেন্দুনা পুরগনি (গীতা ১৬৷৷১৬)। মীৎকুপ অমত্তা ওইরবসু করিগুম্বা অমত্তা আশা তৌদনা, hopeless ওইহল্লু। মতম ওহাক্তং অত্থুগীদি, কুপশিল্লম্বা লৈচিন পূম্নমক, মাঙ্‌থ্রগনি। কনা-গুম্বা মী অমনা মাগী রাখন্দা জগৎ সংসার পূম্নমক, মী মশামক্‌সু য়াওনা ওইদবদা অওইবা মানবা লৈতবা মক্তনি, অরৈবদি One Reality অত্থুত্তনি থনবা মতমদা, করম্বা আশা অমা অমুক লৈখিগদগে? জ্ঞানী অমগী থ্বায়দগী অথুপ্পা হায়ববু “থাদোকপা” হায়বা অসিত্তনি। জ্ঞানীনা অত্তৎপা লৈতনা লাওগী, মত্থুদি “নস্তে” হায়বা রাহৈ অসি হায়রু অমসুং

নিঙঙ্, অদু ওইরবদি "নত্তবা" ওইগনি। "মানি" হায়বা ৱাহৈ অসি হায়য়ু অমস্তুং নিঙঙ্, অদু ওইরবদি "হান্নবা ওইরীবা অতুম্মক অমস্তুং পাম্লিবা অতুম্মক" ওইগনি (গীতা ২॥১৬)। নুংগী self মতোমতনা অরৈবনি, অতৈ অতোপ্পা পুন্নমক অমত্তা লৈতে, মরম অদুনা মাবু পূজা তৌ। ঐখোয়বু পুন্‌শিন্দুনা অমস্তুং ফাক্তিন্দুনা অশেংবা অমস্তুং অচুম্বা পোৎপু খঙহন্দতুনা জ্ঞান মাঙ্‌হল্লিবা অসি মায়াননি (গীতা ৭॥২৫), হায়বদি চুমদবা অমস্তুং অশেঙ্‌বা নত্তবা পোৎপু অশেঙ্‌বা অমস্তুং অচুম্বা পোৎ ওইনা শেরায়ন্না খঙ্‌হনবনি অমস্তুং উহন্‌বনি।

## জ্ঞান যোগ।

### (ছ) তরেৎশুবা শরুক

(জ্ঞানী অমগী মীৎয়েংদা Atman, Unity, Right, কর্ম্ম-কাণ্ড, desire অমস্তুং মুক্তিগী মরমদা খঙ্‌হনবা।)

[" Atman মত্তোমত্তনা free নি, অদুগা মহাক্তনা ঐখোয়-গী real essence নি। অসিগুম্বা inner freedom অদু ঐখোয়গী পুক্লিংদা ফাওই। সংসারিক্কী will বু free মাল্লিবসি Reality গী মমি ওইবননি।" ]

জগৎ সংসারগী মনুস্ত্‌দা লৈরীবা পুন্নমকসি, self না condition নি ( কারণ পুন্নমক্কী-কারণ-নি-ব্রহ্মসংহিতা ৫॥১ )। হায়বদি self লৈবদগী ঐখোয় পুন্নমক হিংলিবনি অমস্তুং লৈরীবনি (গীতা ১৮॥৬১), তৌইগুম্বস্তুং অতোপ্পা করিগুম্বা অমনা self তা কৈদৌঙৈদস্তু condition ওইদে। ঐখোয় অসি অশিবা নায়বা জীবনি হায়না নিঙ্‌লিবা মথৈ, ঐখোয় self নত্তে, অদুগা free কৈদৌঙৈদস্তু ওইরম্লোই। Free mortality হায়বা ৱাহৈ অনি অসি contradictory ওইবা term

অনিনি, মরমদি mortality না change বু, হোংদোক-হোংজিন নায়ববু খঙ্ নৈ। অদুগা changeless ওনা, হায়বদি হোংদোক-হোংজিন লৈতবতনা free ওই। Atman মতোমতনা free নি, অদুগা মদুতনা ঐখোয়গী Real Essence নি। হায়বদি Truth না প্রাণগী Essence নি (বৃহদঅরন্যকা উপনিষদ মন্ত্র ২॥৩॥৬)। অসিগুম্বা Inner Freedom অসি ঐখোয়গী পুক্নিংদা কাওই। Theory তোঙান্-তোঙান্বাময়াম লৈদুনস্ু, belief ময়াম লৈদুনস্ু, ঐখোয়গী Inner freedom অসিবু ঐখোয়না খঙ্ই। অদুগা তোখোরক্পা থোঁদোক খুদিংমক্তা, ঐখোয়গী Inner freedom অসি ইশাদা কাওই হায়বগী প্রমাণস্ু ওই। ঐখোয়গী সংসারিক্কী will অসি free নত্তে। সংসারিক্কী will বু ঐখোয়না free মানবগুম উৎিবসি, Reality গী মমি ওইবননি।

[" ঐখোয় পুম্নমক্কী অশেঙ্বা শক্তমদি unity নি হায়বা অসি মহৌশাদগী পুকনিংদা অদুম্মক লোয়নরবনি। Right হায়বগী বাখল অসি limitation লৈহনবগী বানি। Limitation লৈরিবা পুম্নমক delusion নি, অদুগা delusion না ঐখোয়বু bondage ওইহন্নবনি। ধর্ম্ম পুম্নমক supreme God য়েনবগী লম্বেলমক্তনি। " ]

মীওইবগী পুন্সিদা উদ্দেশ্য অনি লৈ, মদুদি (১) থাক্লেশেংনা খঙ্বা (vijnana), (২) মপুঙ ফানা মুংঙাইবা (Bliss)। ঐখোয়না free ওইজিন্নবমখৈ, মখোয় অনি অসিগী ফীভম স্ুকওই ওইরোই। ঐখোয় পুম্নমক্কী অশেঙ্বা শক্তমদি unity নি হায়বা অসি, মহৌশাদগী হৌনা পুক্নিংদা অদুম্মক লোয়নরবনি। মদুগী খুদমদি, পাপ লৈবা মী খরবু উরগা, ঐখোয়না পুক্নিংদা নুংশিবা পোক্লিবা অমম্বুং কপ্লিবসি, ঐখোয়গা মখোয়গা অমত্তনি হায়না খন্বননি। মহৌশাদগী হৌনা হায়নবা অদুম্মক লৈরক্লবা law দি self-sacrifice নি, self—assertion নত্তে, হায়বদি

ঐহাক অসি পূম্লপ্তা য়াওরবনি, তোঙাম্না থক্ লৈতে। পূম্নমক অসি অমত্তা ওইরবদা, করম্বা মীওইববু তোঙাম্না লৈহন্‌গদৌরিবনো ! Right হায়বা লৈতে, পূম্নমক নুংশিবা মক্তনি। Jesus christ না তম্বীরম্বা অশেংবা নুংশিবা অদু, হৌজিক মী অয়াম্বনা কাওখ্রে। ওইজবা পাম্বা নত্তবা, থাদোকপতনা জগৎকী ফত্তবা পূম্নমক কন্‌বা ওমগনি। Right হায়বগী রাখল অসি limitation লৈহন্‌বগী রানি। ঐস্তু নংনি, নংস্তু ঐনি, অমথক্তনি হায়রবদা, ঐগী নংগী কদায়দা লৈগদৌরিবনো ? ঐখোয়গী responsibility দি লৈ, right তি লৈতে। ঐ তোম্বনি, চাওবনি হায়বগী মহুত্তা, ঐ universeনি হায়সি। Limitation লৈরীবা পূম্নমক, হায়বদি মওং লৈবা অমসুং ওমখৈ লৈবা পূম্নমক delusion নি, হায়বদি অশেঙ্‌বা শক্তম অমবু, অতোপ্পা ওন্ন তৈনবা পোৎ অমা ওইনা উবা, শম্না হায়রবদা মায়ানি গীতা (৫॥১৫) (৭॥২৫)। অদুগা delusion তনা ঐখোয়বু ফাজিন পুন্‌শিন্‌হল্লবনি। মরমদি ঐ চাওবনি, নত্রগা তোম্বনি হায়না হেক থল্লুবদা, ঐহাক অসি তোঙাম্না তাদুনা, ঐগা লোয়ননা ঐগী ওইবা পোৎ ময়াম পামৃলবনি। মরম অসিনা, অনৌ-অনৌবা তোঙাম্না তাবা হেক হেন্‌গৎলক্লিবমখৈ, ঐখোয়গী ফাজিন্ পুনশিন্‌বসি (bondage) অসুম অসুম হেনগৎলক্কনি। অসুম তৌদুনা central unity দগী, হায়-বদি undivided Infinite তগী অসুম অসুম লাপ্‌থোরকই। Oneness ওইরবা কান্দদা, fearlessness অমসুং love হায়বা অদু ওইরক্কদবনি। ঐখোয় অসি তোঙান্-তোঙান্‌বনি হায়বদগী, নুংশিনদবা অমসুং মতুগী মথা তাথরক্‌পদা, য়েংথিনবা অমসুং অকিবা পোকই। Law রোমদা থল্লুরবসু One-ness তনা অচুম্বা নিয়মনি। ঐখোয়না অপিক্-অপিক্পা লমবু খাজিল্লগা, ঐগী শরুক, ঐগী শরুক হায়না শেম্‌লি। অসিগুম্বা মতৌসি সম্প্রদায়িক ওইবা ধর্ম্মনা (sectarian religion) তৌরি। মখোয়না হায়রী "মখোয়না চৎলিবা ধর্ম্ম অসি নত্তবা, অতোল্লা ধর্ম্ম পুম্নমক অয়ান-বনি।" ঐখোয়গী উদ্দেশ্যদি, অসিগুম্বা অপিক্পা enclosure না শেম্বা

sectarian গী ধর্ম্ম পুম্নমক লৈহন্দনবা, অমসুং ঐখোয়গী boundary চাওথোক্হন্দুনা, মীওইবদা নত্তনা জীব পুম্নমক্কী natural ওইবা অমসুং অমথক্কসু ওইবা সনাতন ধর্ম্ম হায়না খঙ্নবা অত্তুবু ওইহন্বনি। মতৌ অসুম তৌত্তুনা অমথক্তা ওইবা ধর্ম্মনা ঈশ্বর য়োননবগী ধর্ম্ম ওইহন্বনি। ধর্ম্ম অমথক্তনি, ঈশ্বরসু অমথক্তনি, গীতা (৭৷১৯)(২৷১৭)।

[ "ধর্ম্মগী বাখল চাওখৎলক্পগী মতুং ইন্না Higher truth হেক্ ফংলক্পদা হান্নগী Truth অদু lower truth ওইরকই। অরিবা বাখল্গী ওইবা ধর্ম্মত্তুবু বেদদা অত্তুম্মক লৈহল্লী, মরম অত্তুদগী commentaries য়াম্না দরকার ওইরিবসি। কর্ম্মকাণ্ডগী থবক পুম্নমক, ঐখোয়গী ওইজবা থাদোক্পগী মওংদা পাংথোক্লবদি পুকনিং শেংহল্লি।" ]

বেদবু চাওরাক্না অনি থোক্না থায়দোক্ই, মত্তুদি (১) কর্ম্ম কাণ্ড, হায়বদি থবক ওইনা পাংথোক্পগী শরুক (২) জ্ঞান কাণ্ড, হায়বদি অচুম্বা জ্ঞানবু (true knowledge) খঙ্ননবা তাক্পা শরুক। ধর্ম্মগী রাখল চাওখৎলক্পগী থৌওং তাক্পা পুম্নমক বেদ-দা য়াওরী। মসিগী মরমদি অসিনি, খরা হেন্না চুম্নবা অমবু হেক্ ফংবদা, খরা হন্নবা অচুম্বত্তুবু হান্ননা অচুম্বা ওইনা ঐখোয়না শিজিন্নরম্নীবা অত্তুবু, অত্তুম্মক মাঙ্হন্দনা থম্জিল্লি, হায়বদি বেদ-দা অত্তুম্মক য়াওহল্লি। মসি তৌ-রিবগী মরমদি অসিনি, মুনি ঋষিশিংনা খঙ্লম্মী, মত্তুদি জগৎ সংসার শেম্বসি eternal ওইবা মরম্না, মী মখল মখল লৈগনি। মী মখল পুম্নমক্না অরাংবা থাক্কী ওইবা অনৌবা জ্ঞান অত্তু লৌবদা মতিক চাদে, হায়বদি লৌবা ঙমদে। অত্তুনা মী খরতনা অনৌবা জ্ঞান অত্তুবু লৌরগা, অয়াম্বা মীনা হান্নগী অরিবা জ্ঞান, হায়বদি হন্নবা জ্ঞানবু লৌই। হিন্দু ধর্ম্ম নত্তবা অতোপ্পা ধর্ম্ম অয়াম্বদদি, খ্বাইদগী কোন্নবা, অত্তুগা য়াম্নসু চুম্নবা জ্ঞান অত্তুত্তবু থম্জিল্লী, হান্নগীত্তুবু মাঙ্হল্লী। মত্তুগী ফলদি, মী

খরতনা অকোন্‌বগী অচুম্বা ধর্ম্ম অত্থুবু থঙ্‌ই। অত্থুগা মী অয়াম্বনদি, অত্থুগুম্বা অচুম্বা ধর্ম্ম অত্থুবু সুকখং থঙ্‌খিদ্রে। অত্থুদগীনি ঐখোয়না ধর্ম্মগী বিরুদ্ধদা চত্নাংনবা কয়া থেংনরীবসি। কন্নিগুম্বা হান্নগী অরিবা অচুম্বা জ্ঞান অত্থুবুসু preserve তৌত্থুনা থম্‌জিল্লবা, অত্থুগা অরিবা জ্ঞান অত্থুদগী করম হায়না খ্বরা হেন্না চুম্নবা অনৌবা জ্ঞান অমা থোরক্লিবনো, হায়বা অত্থু ফজনা ব্যাখা তৌত্থুনা মী পুম্নমক্তা তাকপীরম্নবদি, ধর্ম্মগী মরমদা চত্নাংনবা অসি থোকলোইদবনি। বেদশিংদা অরিবা রাখনগী ওইবা ধর্ম্মত্থুবু অত্থুম্মক লৈহল্লী,মরম অত্থুদগীনি ব্যাখা (commentaries) য়াম্না দরকার ওইরিবসি।

ঐখোয়না মপাম্মোংদা ঈশ্বরবু পূজা তৌরিবা, অমদি খুরুমজিবা পুম্নমক কর্ম্ম-কাণ্ডগী মম্লুং চল্লি। বেদগী কর্ম্ম-কাণ্ড পুম্নমক প্রকৃতিদগী থোকপা (গীতা ১৪॥৫) সত্ত্বঃ রজঃ তমঃ কৌবা গুণশিংগী বিষয় ওাক্লনি (গীতা ২॥৪৫)। তৌইগুম্বশুং জীব পুম্নমক গুণ অত্থুম অসিগী মখা পোন্‌বনিনা (গীতা ১৮॥৪০), কর্ম্ম তৌদনা অহিংবা ওইবা য়াদে (গীতা ৩॥৮)। মরম অসিনা, মখোয় অসি ঐখোয়গী ওইজবা থাদোকপগী মওংদা পাংথোক্লবদি, য়াম্না ফৈ। মত্থুনা পুক্লিংবু শেংহল্লি। কর্ম্ম যোগী অমনা মশানা মুক্তি ওইজিত্রৈগী মমাঙ্‌দা, অতৈ অতোপ্পা মীবুসু মুক্তি ওইহনবা পাম্মী। মখোয়না হায় "শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মনায়শিংবু সেবা তৌবা ফংজরগা, খ্বায়দগী হেল্লবা লাই মনিংনি।" অচৌবা ভক্ত অমনা খুরুমজত্থুনা হায়জরী মত্থুদি, "জগৎ সংসার অসিসু মুক্তি ফংগনি হায়রবদি, জগৎ অসিগী পাপ পুম্নমক ঐনা পুত্থুনা নরক্তা তারবসু, ঐ ইশানা য়াজে।" অসিগুম্বা লাইনিং অসি, অশেঙ্‌বা মশাগী ওইজবা থাদোকপা হায়বা অত্থুনি।

**[" জ্ঞান-কাণ্ডগী লাইনিং লম্বেলদি, মী মশামকনা মশাগী অশেংবা শক্তমবু থঙ্‌জবনি, মত্থুম্মক মুক্তিনি। Ignorance and inequality না মীওইবগী অবা-অনাগী হৌরক্ফম মরুনি।**

**Desire বু হাৎতোকপতনা, cause and effect কী মওং ওইবা জগৎ সংসারগী চক্রদগী লাম্থোক্তুনা মুক্তি ফংগনি।" ]**

জ্ঞান-কাগুনা হায়রী, মতুদি জ্ঞাস্তনা মুক্তি ফংগনি, হায়বদি অজ্ঞানবু কোক্লবা মতমদা জ্ঞান ফংগনি, মতুম্মক মুক্তিনি (গীতা ৫॥১৬)। জ্ঞান অদুনা ইহান হানবা উদ্দেশ্যনি— "মশা মশাগী অশেঙ্বা শক্তম্বু খঙ্জবনি।" Subject ওইরিবা self অদুতবু খঙ্ননবা হোৎনজবা অদুনা, self মশা অদুমক্তা মাগী অশেঙ্বা শক্তম্বু ফোংদোক্চরক্পনি। মিংশেলনা ফবা হেল্ল-হেল্লগা হেন্না ফজনা মমি তাই। অদুগুমলদুনা, মী হায়বা অসি খ্বায়দগী ফরবা মিংশেল্গুম্বনি, মী অদুনা হেন্না হেন্না ফরগা অমম্থুং পুকচেল্ল শেংলগা, ঈশ্বর ওইবগী থৌওংবু হেন্না হেন্না উৎথোক্পা ঙম্মী। মী মশামক্তা মাগী হক্চাঙ্গা মাগা অমত্তনি, অদুগা ঈশ্বরদগী তোঙান্বনি হায়বা অরান্বা রাখল অসি হান্ননা পোক্তুনা লৈ। হায়রীবা অরান্বা রাখল অসি মায়াদগীনি (গীতা ৭॥২৫)। মায়া হায়বা অসি থাঙ্গৈশেংবমক্তি, শেরান্নবা থাজবদি নত্তে। মসি অম্থুম হায়না হায়বা য়াই, মতুদি অচুম্বা অমম্থুং অশেঙ্বা শক্তম অদুবু অতোপ্পা ওন্ন-তৈনবা পোৎ অমা ওইনা উবা, অচুম্বা শক্তম ওইনা উদবা। ঐথোয় অসি হক্চাংগা অমত্তা ওইনা খন্থিবসিনা, অমগ-অমগা মান্নহন্দবা থোক্হল্লে। মতুদগীদি ঐথোয় মশেল য়েংথীনবা, খৎনচৈনবা শোয়দনমক্কী থোরক্লে। মরম অসিনা, ঐথোয় মশেল অমগ-অমগা মান্নদবা হায়বা অসি লৈরীবমথৈ, তশেংনা মুংঙাইবা হায়বা অদু, কৈদৌঙৈদস্তু ঐথোয়না খঙ্বা ঙম্লোই। জ্ঞানীনা হায়রী "অজ্ঞান (ignorance) অমম্থুং অমগ-অমগা মান্নদবা (inequality)অনি অসিনা ঐথোয়গী অরা-অনাগী হৌরক্ফম মরুনি।"

মীনা জগৎ-সংসার অসিদা অরা-অনা য়াম্না থেংনরবদা, মানা মুক্তি ফংনিংবগী আশা অমা মশাদা পোক্লকই। অদুগুম্বা অরা অনা অদুদগী

কোক্লনবা উপায় থীরকৃপদা জ্ঞানবু খিরকই (জিজ্ঞাসুঃ—গীতা ৭॥১৬)। মতুদগী মহাক মশামক্তী অশেঙ্বা শক্তম কব্বিনো ছায়বা খঙ্বা মতমদা, মুক্তি ওইরকই। মুক্তি হেক ফংবগা, জগৎ সংসার অসিবু অচৌবা মেচিন অমগুম্না উরকই, অতুগা অতুগুম্বা সংসারগী চক্রদা চংউদনবা মানা কম্না হোৎনজে। মুক্তি ফংলবা অতুগুম্বা মী অতুগী মথৌ লৈত্রে। মানা মাগী স্বভাব অমা ওইনা অফবা থবক তৌই, তৌইগুম্বসুং অতুগুম্বা থবক মতৌ অতু, মাগী অপাম্বগী মথা পোন্দুনা তৌবদি নত্তে (গীতা ৪॥২১)। মহাক্তি ইন্দ্রি পূম্নমক খুতুম চল্লবনি। মীওইবগী থবক তৌবা ওম্বগী ওমথৈ লৈ, অতুগা অপাম্বগী ওমথৈদি লৈতে (গীতা ১৬॥১১)। মরম অতুন', মী অতোপ্পগী working power বু ঐখোয়না ওইনা লৌশিন্দুনা, মতুদগী ফংলকপা ফল অতু ঐখোয়গী ওইশিল্লি। অতুগা ঐখোসনা থবক শুদনবা হোৎনৈ। অতুগুম্বা থবক মতৌ অতুন' desire বু হম্বহনবগী মতুংতা, হেন্না-হেন্নতুম হেনগৎলকই। শিরবসু desire লৈন-লৈনা শিখিবতুনা, desire অতু ফংননবগীদমক হন্না-হন্ন' অহিংবা জীব অমা ওইনা পোক্কনি (গীতা ৮॥৬)। দ্বৈতবাদপু (Dualism বু) পামজবা ভক্ত,বৈষ্ণব সাধুশিংনা, হায়রী, "ঐখোয়গী হৌজিক মীওইবগী হকচাং ওইতুনা হিংলিবা অসি, হকচাং লৈবা জীব ওইনা মপোক ৮,০০০ পোকলুরবা মতুঙ্দা ওইরক্লিবনি।" অদ্বৈতবাদপু ( Monism বু ) পামজবা জ্ঞানীনা হায়রী, "desire বু হাংতোক্লুনা লৈহল্লুসু, অতু ওইরবদি desire কোক্কনি। মতুঙনা অচুম্বা লম্বেলনি। মতু ওইনবগীদমক, ঐগী অশেঙ্বা শক্তম, Atman নি হায়না খঙ্ননবা হোৎনৌ (গীতা ২॥৫৯)। Cause and effect কী চক্র মনুঙ্দা লৈরীবা মথৈ (গীতা ৯॥১০), মুক্তি ফংবা ওম্মোই।"

**[ " ঐখোয়না থবাই য়াওনা ধর্ম অমবু চৎপদা শোয়দনা পোলোইদা মুক্তি ফংগনি। Self মল্লগা ঈশ্বরবু ফংলবদা churches, doctrines, forms করিমত্তা কায়খ্রোই। Atmanনা**

**ঐখোয়গী অশেঙ্বা শক্তম ওইবা মরম্না, অককৄনবা মক্ষম অমদা ঐখোয় লৈবা নত্তে, মক্ষম থুদিংমক্তা ঐখোয় লৈ হায়না খনবা তম্সি। " ]**

ঐখোয়গী অশেঙ্বা স্বভাবতি "অক্ষবা" হায়বা অসিনি, মহুনস্থ free and pure being ওইবা মরম্না, মানা কৈদৌউৈদস্থ লান্দে, অহুগা মাবু লানহুনবস্থ য়ারোই (গীতা ২॥১৭)। ঐখোয়না ঈশ্বরবু মীৎনা নত্রগা পৃক্লিংনা উননবা হোৎনবদা, অখণ্ড্বা পোৎ অমা, নত্রগা অমদা ঈশ্বরনি হায়। অহুবু থাঙ্গৈশেংবদি, ঈশ্বরদি অমথক্তনি, ভোগুান-ভোগুানবা খেন্নবা উরিবা পোৎ পুম্নমক অসি, অমথক্তা ওইবা অহুবু ভোগুান-ভোগুানবা-শুম্ন উহন্বগী রাতনি (গীতা ১৩॥১৬)। "ঐখোয়গী অরা-অনা হায়বা অসি, অজ্ঞান অমস্যুং অচৌ-পিশক্ থায়দোক্ত্না মান্নদবদগী (ignorance and inequality) খোরকপনি" হায়ন বুদ্ধনা হায়। অসিগুম্বা নমূনা অসিবু Vedantist শিংনা খ্বাইদগী অক্ষবা পাউ-ভাক্তি হায়না লৌশিল্লি। মসিগী রাখল অসিনা, মীওইবশিংদা অঙকৃপনা থল্লবা, মনুংহুল্লিন্ন চাওথ্রবা শক্তি অমা উৎলি। ঐনা থরাই য়াওনা অপাম্বা ধর্ম্ম অমবু চৎপদা শোয়দনা পোলোইদা মুক্তি ফংগনি। য়োৎ-লিগী শম্নরিবা মচিন অমত্তুংবু ঐনা কল্লা ফাবা ঙম্হৌরবদি, মথং-মথং থাক্-থাক্ নায়না, য়োৎলি মপুম অহু, ঐনা চিংশিল্লকৃপা ঙম্গনি। উ পাম্বী মরূদা ঈশিং চায়রগা উ পাম্বী মশা অপূম্বা ঈশিং চায়বগা চপ্ মা-ন্নৈ। রাইহৈ অমরোমদা হায়রগা, মরু ওইবা ঈশ্বরবু ফংলবদা, কয়ম্বা অমুক্ ফংগদবা লৈরীবগে? Churches, doctrines অমস্যুং মূর্ত্তিশিং, মখোয় অসি ধর্ম্মগী পাম্বী অনৌবা অমবু ভাক্লবা শম্বল্গুম্বনি। পাম্বী মচা অহুনা চাওরক্ত্না উজ্ঞাও অমা ওইরবদা, শম্বল অহু থুদেক্থ্রদবনি। অহুগুম্রহুনা, ভোগুান-ভোগুান্বা ধর্ম্মগী সংস্থান্শিং, bible, বেদ, ধর্ম্ম-গ্রন্থশিং— মখোয়শিংসি অপিকৃপা পাম্বীগী শমলাগুম্বনি। পাম্বী মচা

অদু গমলাদগী হোংদোক্কনা, লৈবাক্তা থাদুনা চাওহন্বা অদুগুম্বা, self নত্রগা ঈশ্বরবু ফংবদা, churches, doctrines, forms করিমত্তা কাম্নথ্রবোয়।

জগৎ সংসার অসিদা ঐখোয়না হৌজিক্সুমক্ লৈরিবা অসিগুম্বা, নুমিৎকী নত্রগা থরানমিচাক্কী মনুংদসু ঐখোয়না লৈরীবনি হায়না ভাবনা থন্বা ত্তম্গদবনি। ময়মদি self নত্রগা spirit ভি time, space and causation গী রাংমদনি। ঐখোয় হায়বা অসি হকচাং অসিনা ওইবা নত্তবনিনা, অককনবা মফম অমদা লৈবগুম্বা খল্লোয়দবনি। Universe অসি ঐখোয়গী হকচাংনি। ঐখোয় অসি অরংবা ম্নুংশেল্গুম্বা মাগী মণ্ডাল্না পুম্নমক ডাল্হন্বা, অদুগীম্নু মথক্তা মত্তম পুম্নমক্তা করিগুম্বা অমত্তা হোংদনা অদুম্মক লৈরবা অদুগুম্বা অমনি (গীতা ২।।১৭) হায়না ভাবনা থন্গদবনি। জগৎ সংসার অসি কেটল্সি মনুংদা লৈবা ঈশিংনা শৌবা হৌগৎলক্পগুম্বনি। অহানবদা কোঙ্গোন ২/৩, অদুগী মতুংদা কোঙ্গোন ময়াম অসুম অসুম থোবক্কনা কেটল্সি অদু পুমথন্ থল্হল্লম্লগা, মমৈথঙ্দা মনিল ওইনা পাইথোক্খিবগুম্বনি। অচৌ-অচৌবা মুনি ঋষিশিং অসি অচৌবা কোঙ্গোল্গুম্বা ডাক্কনি। জীব পুম্নমক কোঙ্গোল্গুম্বা থোরক্লগা, মমৈদা মাঙ্খিগনি (গীতা ২।।২৭, ৮।।১৬)। Creation হায়বা অসি অসুম হায়না মত্তম পুম্নমক্তা লৈগনি (গীতা ৮।।১৯)।

## জ্ঞান যোগ।

### (জ) নিপালশুবা শরুক।

**( জ্ঞানী অমগী মীৎয়েংদা সংসারিক্কী অমসুং অশেঙবা নুংঙাইবগী খেন্নবা, phenomenal অমসুং eternal universe কী খেন্নবা, creation, অহিংবা অমসুং অশিবগী মরমদা খঙহন্বা। )**

[ " Soul গী nature দি হোংদোকপা য়াদ্রবা Bliss and peace নি। মথোয়সি ঐথোয়দা হান্নবা অতুম্মক লৈজরবনি, থিরুগদবা অমসুং তান্নরুগদবা নত্তে। রাথন্না ওন্নতৈননা উরিবা অত্তবু চুমথোক্নবা হোৎনসি। অশেংনা নুংঙাইবা (Bliss) ফংনবগীদমক, ঐথোয়না হান্না হৈনরকপা সংসারিক্কী নুংঙাইবা থাদোকপা তম্সি। Self introspective nature দা self পু পূকনিংগী জ্ঞান্না উননবা হোৎনসি। " ]

নুংঙাইবসু অৱাবসু অনিমক ফাজিন-পুনশিন্নবগী থৌরাংনি— অমনা সনাগী থৌরাং, অতুগা অংতাম্পা অমনা য়োংকী থৌরাংনি। অতুম্নদি ওইরগা, মথোয় অনিমক্না ঐথোয়বু পুন্নবগী শক্তিদি চপ্ মান্নে। মথোয়না ঐথোয়গী অশেংবা শকুমসু কাজিন্-পুনশিন্দুনা থম্বগুম্বনি (গীতা ১৭৷৫)। আত্মনদি নুংঙাইবসু অৱাবসু করিমত্তা থঙ্দে (গীতা ১৩৷৩১, ৩২)। মথোয়শিংসিদি চুম্নগী "States" নি, হায়বদি মশানা ওইকম থোক্রদুনা ওইরকপনি (প্রকৃতিনা তৌকম থোকপা থবক পুম্নমক তৌবনি— গীতা ৩৷২৭, ১৩৷২৯)। অদুগীসু মথক্তা, মথোয়শিং অসিদি মতম পুম্নমক্তা হোংবা নায়বা অমসুং মাঙ্বা নায়বা ক্ষর বস্তুনি (গীতা ১৫৷১৬)। Soul গী nature দি হোংবা নায়দ্রবা Bliss and peace নি, (গীতা ২৷১৭, ১৮)। ঐথোয়না মদুবু ফংননবা থিরুগদবা অমসুং তান্নরুগদবা নত্তে, ঐথোয়দা হান্নবা অতুম্মক লৈজরবনি। ঐথোয়গী মীৎনা অমসুং রাথন্না ওন্নতৈননা উম্নিবা (অজ্ঞান্না জ্ঞানবু কুপশিল্লিবা গীতা ৫৷১৫) অসি তৌদনবা হোৎনসি। ঐথোয় অসি মতম পুম্নমক্তা self নি হায়না নিঙ্গুনা জগৎ সংসার অসিদা থোক্লিবা থৌদোক অমসুং মওং পুম্নমক অচুম্বা মীৎয়েংদা য়েংসি। মথোয় অসি অঙাংমচানা লাই শাম্নবগুম্বনি, মথোয়না ঐথোয়বু হান্নগী ফীভমদগী করিমত্তা হোংহন্বা ঙমলোই। থাগৎলগা পুক্নিংনা হৱাওয়বদি, থীনা তৌরগা পূক্নিং য়াগনি। ঐথোয়গী জ্ঞানেন্দ্রিয়গী

অমস্তুং পুক্লিংগী নুংঙাইবা পুম্নমক্সি মতম ওহাক্কগীনি (গীতা ৫।২২)। মখোয় অসি তশেংনা নুংঙাইবগা ময়ী লৈনদবা মওং ওাক্কনি। Self কী নুংঙাইবদি জগৎ-সংসার অসিদা ঐখোয়না ধর্ম্ম হায়না খঙ্নরীবা অদুবুনি। "তশেংনা নুংঙাইবা (Bliss) অদু ঐখোয়দা হেন্না হেন্না ফাওরক্পা কান্দা, ঐখোয় spiritual ওইবা হেন্না হেন্না হেন্গৎলক‌নি।" মরম অসিনা, তশেংনা নুংঙাইনবগীদমক্তা মপানগী জগৎ সংসারগী হান্না হৈনরক্পা মনুঙাই অদুগী মথা পোলহন্গুমসি। মসিগী মরমদা য়ারী মচা অমা।

## য়ারী মচা।

নুমিদাংয়াইগী মতমদা ঙা ফাবী নুপী খরা নোং-নুংশিং থেংনদুনা অয়াবা তারম্মী। মখোয়গী অয়াবদু কোক্লনবা ইনাকথুনবা নুপা অমগী ময়ুমদা চংলকলম্মী। নুপা অদুনা মহাক্কী লৈ-স্নু মনম নুংশিবনা থম্না শাৎলবা, অচোবা ইংখোল অমগী মনুঙ্দা লৈবা য়ুমগী কা অমদা ঙা ফাবীশিং অদুবু কৌশিন্দুনা লৈহল্লম্মী। লৈ-স্নুগী মনম নুংশিবা অদুনা ঙা-ফাবী নুপীশিংদু নুমিদাং অদুদা তুম্বা ঙমকয়া য়াদ্রে। মখোয়না করি-গুম্বা অমা য়াৎপগুম ইংতৌ তৌই। অদুনা মরম ওইদুনা, মখোয়গী মথাদা ইনুং নুংঙাইজদ্রে। নুপী অমনা হোগৎতুনা মখোয়গী ঙা হাপ্লা থুম্মোকশিং অয়াপ্পা মফমদা থনম্বা অদু লৌরে। অদুগা মখোয়না লৈরীবা কা অদুদা থমলরে। ঙাহিংগী মনম কা অদুগী মনুঙ্দা হেক নম্বদা, ঙা-ফাবী নুপীশিং অদুগী মপুন্সিগী ওইনা মদুতনা নুংঙাইজবা ওইবনা, মখোয় পুম্নমক থুনমক তুমখ্রে।

ঙা-ফাবী নুপীশিং অদুনা ঙা হাপ্লা থুম্মোক্কী মনমদগী নুংঙাইবা ফংবা অদুগুম্না, ঐখোয়গী হান্না হৈনরক্পা জগৎ সংসারগী নুংঙাইবা অদুনা অচুম্বা অমস্তুং অশেংবা নুংঙাইবা ওইহন্গুমসি। জগৎ সংসারগী

স্নুংঙাইবদি তামসিক্কী স্নুংঙাইবনি, হায়রবদি সত্তঃ, রজঃ, তমঃ গুণ অহুমগী মস্নুংদগী থ্বাইদগী হস্সবা তমঃ গুণগী মনুংঙাইনি (গীতা ১৮॥২৫)। মসিগী মথক্ হেক্ থংবা মস্নুংঙাইদি, ঐগী ঐগী হায়রদুনা ego গা লোয়ননা তৌমিবা থবকশিংদগী ফংবা মস্নুংঙাই অহুবুনি। অসিগুম্বা থবক মতৌ অসিনা করিগুম্বদা অফবা থবকস্নু তৌই। অদুগুম্বা অফবা থবক অদু তৌবদা, sub-spiritual ওই, মদুবু রাজসীকা (active) হায়না খঙ্‌ৎনৈ (গীতা ১৮॥২৪)। মসিদগী অমুক হেনগৎপা থ্বায়দগী হেনবা থবক মতৌ লৈ, মখোয় অদুদি self-introspective nature নি, মদুবু সাত্ত্বিকা (spiritual) হায়না খঙনৈ (গীতা ১৮॥২০), হায়রবদি self কী রাথন্দা মতম পূম্নমক্তা লুপতুনা লৈবা মী অদুনি (গীতা ১৩॥২৪)। হায়রীবা সত্তঃ, রজঃ, অমস্নুং তমঃ হায়রবা গুণ অহুম অসি, মী খুদিংমক্তা চাং অমত্তা মাগ্নদনা লৈ। মতমগী মতুং ইন্না চাং অসি অনেম-অরাং নায়। ঐখোয়না মতম পূম্নমক্তা তমঃ অমস্নুং রজঃ গুণবু নমথনবা কন্না হোৎনগদবনি। মমৈথংদা মখোয় অনিমক্ সত্তঃ গুন্না পুন্‌কুপ কুপশিন্নবা হোৎনগদবনি।

[ " Creation হায়বা অসি হান্নগী মান্নবা ফীভম অদুদা হঙ্গিল্লক্লবা হোৎনবা লাল মথল অমনি। মান্নবদি লেঙ্‌দবনি অমসুং অশিবনি, মান্নদবনা অহিংবনি। ঐখোয়না পামলিবদি মুক্তিবুনি, অশিবসু নত্তে অহিংবসু নত্তে। Creation দি eternal নি, অহৌবসু লৈতে, অরোবইসু লৈতে। অহিংবা অমসুং অশিবা হায়বা অসি fact অমত্তদা মমিং অনি থোনজিনবগী বানি, হায়বদি মায়ানি। পুমনমক্ অসি অচুম্বা অমত্তা নত্তে, truth কী মমি ওাক্তনি। অশেংবা অমসুং অচুম্বদি Atman তনি। "]

Creation হায়রবা রাইহৈ অসিনা খঙ্‌নবদি, করিগুম্বা পোৎ অমবু শেম্বা, নত্রগা শাবা নত্তে। মসি হান্নগী মান্নবা ফীভম অদুদা হঙ্গিল্লক্লবা

হোৎনবা লান মথল অমনি। খুদেংগুম্বা পাত্র অমদা ঈশিং থম্না য়াওরে হায়না নিঙ্‌লসি। চোংগাং মকুপ থরা ঈশিং অত্থুদা লংথরসি। চোংগাং মকুপশিং অত্থুনা অমমমদা ওইরবস্থু, নত্রগা পুম্নপ পুম্নপ ওইরবস্থু, অমগা অমগা থেঙ্গাইনত্থুনা, অওম্বা তাম্নত্থুনা, মখোয়না ঈশিং মগুঙ্‌দা চংখিত্থুনা পাত্র অত্থুগী লৈমায় য়োক্লরগা, মত্থুদগী অমুক থক্তোরক্ক্‌না ঈমায়থক্তা কাখৎলক্কনি। চোংগাং মকুপ পূম্নমক ঈশিং ঈপাক্‌ মথক্‌ য়োরক্পা মতমদা, মখোয়গী হান্নগী মান্নবা ফীভম অত্থুদা হুজ্জিনলক্লে। মতম অত্থুদা মখোয়না লেঙ্‌লম্বা, হায়বদি হিংলম্বা অত্থু লেপপ্লে। Creation হায়বা অসি অসিগুম্বগী মওং মতৌ অমনি। মান্নবা ফীভম য়োয়বদি, হোং-দোক্‌-হোংজিন্‌ তৌরম্বা পুম্নমক লেপপ্লে, অত্থুগা লোয়ননা হিংবা হায়না খঙ্‌নবা অত্থুস্থু লেপপ্লে। হিংবগা শিবগা মথং মনাওনি। মান্নবা চাং অত্থু হেক হুজ্জিল্লক্পদা, জগৎ সংসার অসি লৈত্রে (শিরে), মরমদি মান্নবগা শিবগা অমত্তুনি। মান্নদবা, হায়বদি, লেঙ্‌থুনা লৈবা, হায়বদি হোংদোক্‌-হোংজিন্‌ তৌবা অহিংবনি। মান্নবা, হায়বদি লেঙ্‌দবা, হায়বদি হোংদোক-হোংজিন তৌদবা, অশিবনি। ফত্তবা য়াওদনা, অফবা ওাক্তা লৈবা য়াদে। অত্থুগুম্নত্থুনা অরাবা য়াওদনা, নুংঙাইবা ঙাক্তা লৈবা য়াদে। অহিংবা হায়বা অসি, মান্নবা লৈতবব্‌ খঙ্‌নৈ। ঐখোয়না পাম্লিবদি মুক্তিব্‌নি, অহিংবস্থু নত্তে, হরাওবস্থু নত্তে, সংসারিক্কী নুংঙাইবস্থু নত্তে। Creation হায়বা অসি eternal নি, হায়বদি মসিগী অহৌবা অমস্থুং অরোইবা লৈতে। মসিগী মতৌ অসি, সীমানা লৈতবা পাৎ অমদা মতম পুম্বদা লেঙ্‌থুনত্তা লৈবা ঈথক মচা-মচাগুম্বনি। চোংগাং মকুপশিং অত্থু ঈশিংগী মথা অরুবায়োমদা কুমথখিবস্থু য়াওরী, মথক্তা কাখৎলক্পস্থু য়াওরী, মথকী ঈপাক য়োত্থুনা হান্নগী মান্নবা ফীভমদা হুজ্জিল্লক্ক্‌না লেঙ্‌দনা, তুমিন্না লৈবস্থু য়াওরী, তৌইগুম্বস্থুং ঈথক্‌ মচা-মচাশিং অত্থুদি মতম পূম্নমক্তা লেঙ্‌থুনত্তা লৈরী। অস্তুম তৌত্থুনা মান্নবা (balance) ফংননবা লান শোক্লবগী মওং ওইনা লৈরীবা অসি

eternal নি, হায়বদি হৌরকৃক্ষম লোইক্ষম লৈতবনি। অহিংবা অমস্নুং অশিবা হায়বা অসি, fact অমত্তদা তোঙান-তোঙান্বা মমিং অনি খোন্জিন্বগী য়ানি। মরমদি coin অমথক্তগী নাকল অনি লৈবগুম্বনি। মখোয় অনিমক মায়ানি, হায়বদি শুগায়না হায়দোকপা য়াদবগী মওং ওইবা লান অমনি। অতুগুম্বা লান অতুদা, হিংবস্নু শিবস্নু অনিমক্ত খোক্পনি। পূম্নমক অসিগী য়াংমদা, অশেঙ্বা অমস্নুং অচুম্বগী মওং ওইবা অত্ন Atman নি। ঐখোয়না লান অতুদা য়াওরে, অতুগুম্বা কীভম মতা অত্ন ঐখোয়গীদি অহিংবনি। পোৎ পূম্নমক মশানা হাল্লনা শিজর-বনি, অতুগা শিরিবা অত্ন হিংননবগীদমকনি (গীতা ২৷৷২৭)। অত্নবু ঐ-খোয়না অপংবা অমগুম্না শিবব্, খিয়ৗত্রা; নত্রগা হিংবব্ পামলীত্রা? জগৎ-সংসার অসি অচুম্বস্নু নত্তে, চুমদবস্নু নত্তে, মসিদি truth কী মমিনি (গীতা ১৫৷৷২, ৩)।

[" Phenomenal universe তি Eternal universe কী মমি মচেৎ অমত্তনি। মতম অমত্তদা মখোয় অনিমক পুন্না উমি ম্নবা য়াদে। Brahman বু শঙ্বদা physical world গী জ্ঞান পুমনমক লৈররোই। ঐখোয় free ওইবা মতমদা soul ঙাক্তনি, অদুগা free বু ওইরবদি, immortality স্নু ওইরে।"]

ভাবনা শংবা হায়বা অসি (imagination) "Truth কী মচু শঙ্লবা মমিগুম্বনি।" হায়না কবিনা হায়। Eternal universe না (Reality না গীতা ২৷৷১৭) phenomenal universe তগী য়াম্না চাওই, হায়বদি আদি ওইবা গোবিন্দ হায়না খঙ্নবা Reality না মাগী plenary গী শরুক মচেৎ অমথক্তংনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড পূম্নমক্তা চঙ্তুনা লৈ (ব্রহ্মসংহিতা ৫৷৷৪৪), নত্রগা Reality ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অংশ মচেৎ অমতনা জগৎ পুম্বা পুই (গীতা ১০৷৷৪২) হায়বনি। মরম অসিনা, phenomenal universe তি eternal universe কী মমি মচেৎ

অমস্তনি। ঐখোয়না থোয়বীবু উবদা, লিনদি উদে, অদুগা লিনবু উবদা থোয়বীদি উদে। মতম অমত্তদা মখোয় অনিমক পুন্না উমিন্নব য়াদে। মরম অদুনা, ঐখোয়না phenomenal world বু উবা মতমদা, Eternal universe, হায়বদি Reality, নত্রগা self পু থক্ উরোই। অদুম্না হায়রবদা, জগৎ সংসারগী য়াথল লৈরবীদুদা, self-realisation ওইরোই। মসি intellectual concept ত্তগী য়ানি, হায়বদি জ্ঞানগী য়ানি। ব্রহ্মনবু থগু বদা, মপাম্বোংগী চকচাংগা মিংগা কোয়বা ঐ, অমসুং physical world গী জ্ঞান পুম্নমক লৈরোই। মগাম্না অমম্ববু থগু দে, মরমদি অমম্বদি অজ্ঞান বদা লৈবা য়াদে। মরম অসিনা, ব্রহ্মন মতোম তা লৈগনি। ঐখোয়না ঈশ্বরবু থগু লে হায়রিবা অদু, ঐখোয় হায়বগী য়াথল সুকসে লৈত্রদুনা, তোঙাম্না থাইদোক্না লৈবা self পুনি, অদুগা অদুগুম্বা self অদুবু পূজা তৌবনি। তোইগুম্বসুং self তি ঐখোয়গী অংশংবা শকুম ওইবা অমথক্তা ঙাইবা ঈশ্বর অদুব নি (গীতা ৭।৬, ৭, ১৯)। শাংগী লমচৎতি, শা-ওইনা অদুম্মক লৈগনি। মীগী লমচৎতি অফববু খিবা, ফত্তববু থাদোক্পনি। ঈশ্বরগী লমচৎতি অফববু খিবসু লৈত্তে, ফত্তববু থাদোক্পসু চৈ:ত, মতম পুম্নমক্তা নুংঙাইনা চৌংশম্না (Bliss) লৈবনি। ঐখোয় পুম্নমক ঈশ্বরগী লমচৎ চৎনবা হোৎনসি। ঐখোয়গী থম্মোয়সি সমুদ্রগুম্না মপান লৈতবা ওইসি। সংসারগী খৎনচৈনবগী য়াংমদা লৈদুনা, picture য়েংবদোনা জগৎ সংসারবু য়েংদুনা লৈবা তম্সি (পুম্নমক থগু বা সাক্ষী ওইবা তম্সি গীতা ৯।১৮)।

অদুম তৌরবদি, ঐখোয়দা কম্বিগুম্বা কত্তবা অমত্তা থোক্হল্লনা, নুংঙাইনা লৈবা য়াগনি। জগৎ সংসার অসিদা অকবনি হায়বা করিবু লৈবগে? করিবু খিক্রগদৌরিবনো? সংসার অসিদা ঐখোয়না কল্লা হোৎনরুবদা অদুক্ কংলক্কদবা হায়রবু, অত্তাংশিংনা লৈখোয়-লৈনাং মরক্তা শাম্নবদা লিকলি অরংবা মচেৎ থম্না কংবজ্জনি। মখোয়না

লিক্কি মচেৎশিং অহু মাঙ্‌থ্রবদা, ইনৌ-নৌনা অমুক্ থিগনি। ধর্ম্ম অমস্তুং ঈশ্বরবু ফংজবদি, মপান্ নায়জবা পাঞ্জলনি। ঐখোয় free ওই-রবা মতমদা soul ভাক্তনি, অহুগা free বু ওইরবদি Immortality স্মু ওইরে। Soul পূম্নমক্কী অপুনবা মমিং ঈশ্বর কৌই (গীতা ১৫॥১৭)।

[ " Phenomenal world বু থাদোকপা হায়রবসি, Ego বু লৈ হায়না নিংউদবা হায়রবনি। Little self পু লৈহন্দনবা হোৎনহুনা, great I লৈহনসি। Self কী রাথন্দতা লুপ্তুনা লৈরবা কান্দা, থ্বায়দগী অফবা থবক তৌবা মী হায়রবহু ওই-রবনি। " ]

Ego না শেম্বা world অসিবু ঐখোয়না থাদোকত্রিবমখৈ, king-dom of heaven দা ঐখোয়না য়োৌবা স্মুকঙম্ ঙম্‌লোয়। World বু থাদোকপা হায়বা অসি ego বু লৈ হায়না নিংউদবা, মাবু পুম্নকাও কাওখোকপা ঙম্বা হায়রবনি গীতা (২॥৭১) (৫॥৮-৯), (১৮॥১৭)। হক-চাংগা ঐগা অনি থোক্লা থন্‌বা হায়বা অসি, হকচাং মনুঙ্‌দা ঐনা লৈন-লৈনা, হকচাংনা ঐবু rule তৌহন্দনবা হোৎনবা হায়রবনি। ফংত্রবা ego বু মুথৎকদবনি। রা অমত্তা ভাংদনা ভুমিন্নতা লৈরীবা, মহাক হিংঙি অমস্তুং নুংশিবা মশক্ থঙ্‌লি, অহুগা মাগী personality পুম্নমক অমত্তা য়াওজে, হায়না উরবা অহুগুম্বা মী অহুতনা, মীওইববু মতেঙ্ পাংনবগী পাঙ্গল লৈ। অহুগুম্বা মী অহুদি, কৈদৌঙৈদস্মু ঐ অমস্তুং ঐগী হায়দে। মহাক্তি ঈশ্বরগা অমত্তনি হায়না লৈরবনি। মহাক্তি কন্নিগুম্বা অমত্তবু নিকুদে, পাম্বস্মু পামলুদে। মহাক অসি জি-বনমুক্ত হায়বা অহুনি। Little self পু অহুপ্‌কী মতিক মুথৎনবা হোৎনরীবমখৈ, অফবা অস্তুম্ অস্তুম্ হেনগৎলকনি। Little I ঐখোয়দা লৈহন্দনবা হোৎনহুনা, great I তা লৈহন্‌সি। ঐখোয় self কী

রাখল্লভা লুপভুনা লৈরবা কান্দা, খ্বায়দগী অকবা থবক ভোবা, খ্বায়দগী ভোবা ওম্বা মী হায়বস্থ ওইরবনি।

## জ্ঞান যোগ।

### (ঝ) মাপল শুবা শরুক।

(জ্ঞানী অমগী মীৎয়েংদা ধর্ম্ম অমথক্কনি, earthly plane দা ঐখোয় free নত্তে spiritual plane দা ঐখোয় free নি হায়না খঙ্‌হনবা।)

["খঙ্‌পে হায়না তাক্লিবা principle বু matter না কুপশিল্লি। Matter অদুবু symbol ওইনা খনবগী মতুংতা, real ওইনা খল্লুবদগী ঐখোয়না ওল্লক্তৈনবা রাখল ওইরকলিবনি। অচুম্বা অদুবু খঙ্‌হল্লবগীদমক world অসিদা prophet অমগী মতুংদা prophet অমা থোরকই। মগুং নায়বা পোৎ অমা ওইনা উৎপত্তনা Truth পু খঙ্‌হনবা ওম্মী। Related world গী মিং অমসুং মুক্তিদা. freedom কৈদৌউঙৈদস্ত লৈবা য়ারোই। অশেঙ্‌বা ধর্ম্মদি অমথক্কনি। য়েংনরিবা অমসুং খংনরিবা পূমনমক forms, symbols and illustrations দগী থোরকূপামক্কনি।"]

Expression, হায়বদি রাহৈনা কোংদোক্‌না অমসুং ভাক্‌না খঙ্‌হন্‌বা, হায়বা অসি চম্বগী ফীভম্‌নি। মমদি অদুম হায়না spirit পু খঙ্‌ননবা চেৎনবা অসি, অপায়না মশামক্কা directly খঙ্‌না নত্তনা, থূৎথাং ওইনা letter গী,হায়বদি expression গী through দা খঙ্‌বনি। মমম অসিদগীদি St. Paul না হায়রম্মী, "the letter

killeth, the spirit giveth life." Letter দি মপান্দা ফুদোংবকপা মথিগুম্বা অমা ওইবা মরম্না, মহুগী মনুঙ্দা life (অহিংবা) লৈতে। মাংদি অশিবনি। অহুম্নদি ওইরগা, খঙ্গে তাক্লিবা principle অদুদি matter না কুপ্শিল্লি। অদুগুম্বা matter অদুবু symbol ওইনা খন্বগী মহুৎতা, real ওইনা খল্লুরে। মসিদগীনি মী অয়াম্বনা মখোয়না খল্লিবা মাথস অদু ওন্নৈতেনখিবসি। কাওর-কাওরবা মুনি ঋষিশিংনা মদু খঙ্হুনা অহানবা অদুদগী ডাকখোক্লবা মখোয়না কয়া হোৎনৈ। তৌই-গুম্বসুং সাধারণ ওইবা মী অয়াম্বনা, মীৎনা উদবা ঈশ্বরগী মহুৎতা, মীৎনা উবা ঈশ্বরগী মূর্তিবু লাৎলি। মরম অসিদগীনি, মূর্তি অদুগী মনুঙ দা লৈবা principle, হায়বদি Reality নত্রগা self অদুবু খঙ্হনগে হায়বগীদমক prophet অমগী মতুংদা prophet অমা, হন্না-হন্না জগৎ সংসার অসিদা থোরকই, অদুগা মখোয়না মতম-মতমগা চানবা অনৌ-অনৌবা coverings, হায়বদি principle নু মপাম্দা মওং নায়বা ওইনা উৎহনুনা কুপ্শিনবা পোৎ কয় পুথোকলম্মী। Truth দি মতম পুম্নমক্তা হোংদনা অমত্তুং লেঙ্দনা লৈ (গীতা ২।১৬,১৭)। অদুমক্পু, মওং নায়বা পোৎ অমা ওইনা উৎপত্রনা Truth পু খঙ্হনবা ঙম্মী। মরম অসিনদি, মতম-মতমগী মতু' ইন্না, অমত্তুং মীনা চাংখৎলকপগী মতুং ইন্না, মুংদা কনাগুম্বা খঙ্হন্জনা থুপত্তুনা লৈরীবা Truth পু অমুক্কা হেন্না খঙ্ননবা অনৌবা form, হায়বদি expression অমনা Truth পু উৎতুনা খঙ্হল্লি। মাম্না চাওবা পিকপা, নত্রগা কল্লবা-কল্লদবা ওইনিংবা অমা ওইজনসু, মওং নায়বা হকচাং অমত্তুং মাবু খঙ্হন্নবা মমিং থোল্লিবা মূর্তিবু, ঐখোয়না কাম্নদবনি হায়না খনবা ওন্নকপা অদুতদা, হায়বদি, দেহ পুম্নমক মাঙ্গদবা ভাবনি অমত্তুং কাম্নদবনি খন্বা ওন্নকপা মতম তদুতদা (গীতা ২।১৮), ঐখোয়বু (জীবাত্মাবু) হকচাং মনুঙদা কাজিন্-পুনশিন্বগুম্না তৌহল্লিবা অসিদগী (গীতা ১৪।৫), নাম্বোক্পা ঙমগনি। মপানগী বিষয়গা

ইন্দ্রিয়শিংগা তিন্নবদগী ওইবা সংসারিক্কী চাওখৎপগী মত্তো-মওং পুন্নমক অসি (গীতা ৫॥২২), অতৎ-অথম লৈতনা কাজ্রিন্ পুন্‌শিনবনি। অমগা-অমগা খেন্নবা পুন্নমক্কী রাংমদা ঐখোয়না লাম্ছোক্লবদি, ঐখোয় পুন্নমক eternal sameness or homogeneity or Brahman নি হায়না ঐখোয়না খঙ্‌জগনি। মওং লৈবা পুন্নমক্কী মুংদা খুপতুনা খঙ্‌হন্দনা লৈরীবা অমথক্তা ওইবা মচং, নত্রগা মচি অদুবু আত্মন হায়না খঙনৈ গীতা (৭॥১০) (৯॥১৮)। মদু হোংবা লৈতবা অয়েপ্পনি, অনিশুদে, অমখক্তনি (গীতা ২॥১৮)। মদু অহিংবা জীবগী পুন্সি হায়বা অদু নত্তে, অহিংবা জীব পুন্নমক্কী অমত্তা ওইব, ময়াম্না খঙ্‌নবা মমিং "থরায়" হায়বা অদুনি। (It is not life but it is coined into life) মদু হিংবা অমসুং শিবা, নত্রগা অফবা অমসুং ফত্তবা অদুগী রাংমদনি। য়াম্ন শম্না হায়রবদা, মদু Absolute unity অদুবুনি। Related world গী মিং অমসুং মুক্তি লৈবা জীবদা freedom কৈদৌউহৈদসু লৈবা য়ারোই। মওং লৈ হায়না খল্লবা ঐহাক্না, "ঐহাক মওংদগী কোকসে" হায়বা য়ারোই। মরমদি মওং হায়বা অদু লৈত্রবা মতমতদা freedom লৈগদবনি। ঐখোয়গী freedom না অতোপ্পা অতৈদা ফংহনব্রবদি, ঐখোয়গী freedom অদু অশেঙবা freedom নত্তে। Real perception, হায়বদি অশেঙ্‌বা শক্তমবু জ্ঞানগী মিৎয়েংনা উশানা খঙ্‌জবা হায়বা অসিদি অমখক্তনি, অদুগা relative perception, হায়বদি সংসারিক্কী মখঙ্‌জি য়াম্না য়াম্মী। জ্ঞান পুন্নমক্কী হৌরকফমদি ঐখোয় খুদিংমক্তা লৈ। পীকপ্রবা কক্‌চেংদগীনা অচৌবা থাক্কী Angel ফাওবদসু লৈ। অশেঙ্‌বা ধর্ম্মদি অমখক্তনি। য়েৎনরিবা অমসুং থৎনরিবা পুন্নমকসি forms, symbols and illustrations দগী থোয়রক্পা ভাক্তনি। থাংজৈশেং-বমক্তি, ঐখোয় ঐখোয়গী থম্মোয়মুংদা অহিং মুংখিদ খায়দনা, মুংশিরবা খোম্থাংগ লোয়ননা শক্তুনা ঐখোয়বু ভাচম্মুনতা লৈরী, মমুদি সৎ-চিৎ-আনন্দ, স্বচম, স্বচম-লাইরৈবাক্কী মলুংঙাই অদু ঐনি (গীতা ১০॥২০,৩৯)।

[ " জগৎ সংসার অসিবু খঙ্‌নবা তাকপ্‌দা রাখল অমস্যুং রাহৈ য়াওদনা তাকপা ওম্‌লোয়। মশানা মশামকপু খঙ্‌জত্তুনা জ্ঞানগী পোৎশক অমা ওইহন্‌গে হায়রবদি মশামকপু মমি ওইনা উগদবনি, খঙ্‌গদবনি। উদবা principle বু মমি ওইনা উরিবা অত্তু, ঐখোয়না idolatory ওইনা খঙ্‌নরিবা অত্তুনি। মুত্তিবু Divinity ওইনা লাৎপদি য়ামনা কৈ, অত্তু নৎত্তুনা নুঙ্‌মক্ নত্রগা মীমক্‌ ওইনা লাৎপদি ক্ষত্তে। হান্নদগী চৎনরক্লিবনি হায়ত্তুনা, অচুম অরান করিমত্তা থন্নুদনা symbol অমবু লাই ওইনা লাৎশিন্‌বদি ক্ষৎত্তে। " ]

মমিগুম্বা মূর্ত্তি (phantom), নত্রগা মায়া (illusion) শুকয়াও য়াওদনা রাখল তৌবা হায়বা অসি, ওইয়োইদববু ওইহন্নবা হোৎনবা হায়বগা চপ্‌ মান্নে। রাখল তৌবা খুদিংমক শরুক অনি লৈ, মত্তুদি (১) রাখল থনবা (২) রাহৈনা ফোংদোক্‌পা। রাখল থন্‌বা মতমদা ঐখোয়না অনিমক শিজ্জিন্নে। জগৎ সংসার অসিবু খঙ্‌নবা তাক্‌পদা, রাখল অমস্যুং রাহৈনা ফোংদোকপা, অনি অসি য়াওদনা Idealist অমনস্যু, নত্রগা materialist অমনস্যু তাকপা-ওমলোই। মিংশেল অমদা ঐখোয়গী মায় মমি তাত্তুনা উবা অত্তুগুম্না, ঐখোয়গী হৌজিকী জ্ঞান পুম্নমক অসি, অত্তুগুম্বা মমি ওাক্তনি। মী খুদিংমক্কী অশেঙ্‌বা শক্তম্মদি self নত্রগা ব্রহ্মান-নি। মশানা মশামকপু খঙ্‌জত্তুনা জ্ঞানগী পোৎশক অমা ওইহন্‌গে হায়রবদি, মশামকপু (self পু) মমি ওইনা (phantom) উগদবনি, খঙ্‌গদবনি। উদবা principle বু মমি ওইনা অস্নুম হায়না উননবা হোৎনবদগী, ঐখোয়না মূর্ত্তি লাৎপগী থৌওং অসি ওইখিবনি। অত্তুগা অমুকস্যু, হৌজিক মূর্ত্তি ওইনা লাৎলিবা লাই মশীংনা, ওইবা য়াবা অমস্যুং ওইকম্ থোক্‌পা লাই মশিংদগী য়াম্না হেন্দোকপ্রে। হায়বদি ধর্ম্ম শন্দোক্‌পা অচৌ-অচৌবা মীওইশিংগী মূর্ত্তি ফাওবা লাই ওইনা লাৎনয়ে। লাই লাৎপা হায়বা অসি, মীওইবগী

মহোৌশাগী হৈনবী লোয়নবরূপা নমুনা অমনি। অকাওবা philosopher শিংভনা pure abstraction ওইবা, হায়বদি মূর্ত্তি যাওদবা Impersonal Brahman বু জ্ঞানগী মিৎয়েংনা উজহুনা অম্লাংবা থাক্ ম্রোবা ওন্মী (গীতা ৬।২০, ১২।৫)। ময়ম অসিনা, মীওইবনা মতম পুম্নমক্তা মহাক্কী পামজবা মূর্ত্তিবু লাই ওইনা পূজা তৌই। ওইনিংবা মূর্ত্তি অমা ওইজসনু, মূর্ত্তি (symbol) অমবু Divinity ওইনা লাৎপদি য়াম্না ফে। অহু নমতহুনা পোৎশক্ অহুম্মক ওইনা, হায়বদি, মুঙ্-মক, ওইনা, মী-তুম্মক ওইনা খল্দুনা লাৎপদি ফংতে। পূম্নমক অসিগী মথক্তা, ধর্ম্মগী লাইরিক্তা হ'য়রে হায়রুনা, অচুম অরান মুকথি থিজনদনা, অন্ধবিশ্বাস ওইনা symbol অমবু লাই ওইনা হেক্তা লাৎশিন্‌বদি ফস্তে। মসিগী মরমদা ৱারী মচা অমা।

## ৱারী মচা।

মতম অমদা শঙাই অমা লৈরম্মী। মহাক য়াম্না চাওথোক্লম্মী, অহুগা free সু ওই হায়না মশ'না খল্লরম্মী। মহাক্না থ্বায়দগী মহেল্লে হায়বগী মতাশুম, মাগী মচাশিংদা হায়রম্মী।"য়েংউ, ঐগী মচি অশাংবা অ'সি কয়াদা ফজ্জরবনো। মসিনা অমুক্কং থিনবদা মীওম্বদি থুক্তা শিগনি। অহুনা ঐগুম্না শঙাই অমা ওইজবসি কয়াদা চাওথোক্চনিংঙাইনো।" তাজ্জা অহুমক্তদা শা-তান্‌বা অমগী বেঙ্গুন মখোন অম্লাগ্নদগী খোংবা তারম্মী। মহু তাবদা থুগৎতুনা মফম ময়াং খঙ্দনা চেল্লম্মী। মহুদা মাগী মচাশিংসু মাগী মতুং ইন্দুনা, ইঙক্ ওক্তা চেল্লম্মী। থুদোংথিশিঙাই লৈত্রবা মফম অমা মখোয়না য়োরে। মচাশিং অহুনা মঙোন্দা হায়রম্মী। বাবা, নহাক্না য়াম্না কল্লি হায়রুনা ঐখোয়দা তাকপিরগা, কয়িগী মীবু কিহুনা চেল্লিবনো? শঙাই অহুনা খুমলম্মী। "অঙাংশা,

ঐ য়াম্না কল্লি, অদুবু মীগী বেঙ্গুন মখোন অদু হেক্ তাবদা, করিনো অমনা ইশাদা থুক্ লাওনা পাল্লী, অদুগা মকম মন্নাং করিমত্তা ভাব ভাদনা, মদুনা ময়ম ওইদুনা, ঐনা হেক্তা চেল্লিবসিনি।" মীওইবা ঐখোয়স্তু অদুগুম্বতনি। ঐখোয়না বেঙ্গুন মখোনগুম্বা, ধর্ম্মগী লাইরিক্ত ইবা নিয়ম তাবদগী, অদুগীস্তু মথক্তা, হান্নদগী হৌনা ঐখোয়না চৎনরক্লিবা old superstition ময়াম অদুবু অচুম্-অরান্ খিক্লদনা চৎলক্পদগী, ঐখোয়বু মখোয়না কন্না কাজিন্-পূন্ শিনথ্রে। অস্তুম তৌদুনা, ঐখোয়গী অশেঙ্বা শক্তমবু মশক খঙ্জন্ত্রে অমস্তুং কাওথ্রে। অশেংবা শক্তম অদু freedom নি।

[ " জ্ঞান-দি eternal নি। লাইতাকস্তু ( revelation স্তু ) eternal ওইরবা ফাওবদা, অচুম-অরান খিদোক্তনা, অচুম্বনি হায়না হেক্তা লৌশিন্বদি লান্গনি। ঈশ্বরগী মরমদা থ্বায়দগী অবাংবা থাক্তী জ্ঞান ফংবা ওম্বসি মীতনি। মীনা হোৎনরবদি, Absolute ওইবা বাথন্না মথক্তা কাখৎলক্তুনা, ঐখোয়গী হোজিক্তী world অসিবু লৈতবগুমনা থন্নক্তনি, মতম অদুদা পুমনমক Subject ওইথ্রে, object লৈত্রে। নুংশিকনা পুন্সিগী নিয়ম্নি। Earthly plane দা ঐখোয় কৈদৌউদস্তু free ওইদে, spiritual plane দা ঐখোয় মতম পুম্নমক্তা free নি।" ]

জ্ঞান-দি অরোই-অথম লৈতে enternal নি, হায়বদি মসিদা পথ্মে অমা ওইরে, মথা তাবা য়াররোই হায়বা লৈতে। Spiritual Truth পু খিদোক্তুনা পুথোক্লিবা মী অদুবু Inspired, হায়বদি লাইগী মপাওখোল খঙ্বা মীনি হায়না খঙ্নৈ। মহাক্না মীয়ামদা খঙ্হল্লিবা অদুবুনা revelation হায়না খঙ্নৈ, হায়বদি লাইতোংদুনা তাক্পা পাও (লাইতাক্) হায়না খঙ্নৈ। Revelation অদুস্তু eternal নি হায়না থন্নবা কাওবদা, মদুনা অরোইবনি, মথা অস্তুম তানিংঙাই

লৈত্ৰবনি হায়না থম্মুনা, অচুম অয়ান খিদোক্তনা, লাইতাক্ অদুবু অন্ধ-বিশ্বাস ওইনা হেক্তা অচুম্বনি হায়না লৌশিন্বদি লান্গনি। মস্তিক চায়বা অমস্তুং মগুণ লৈরবা মী অমনা Revelation কয়া অমা মীয়ামদা খঙ্হলক্পা য়াই। পুকচেল শেংবা হায়বা অসিনা থ্বায়দগী মরুনি, মরমদি পুকচেল শেংলবা কান্দতা ঈশ্বরবু উবা অমস্তুং খঙ্বা ঙম্মী গীতা (২।৬৫) (৫।১৬) (১৮।৪২)। অহিংবা জীবশিংগী মমুংদা মীনা থ্বায়দগী মথক্ থোংবা জীবনি। হৌজিক্মক্ ওইরিবা ঐথোয়গী জগৎ অসিনা, থ্বায়দগী চাওরবা জগৎনি, মরমদি মফম অসিদা মীনা হোৎনরবদি freedom ফংই। ঈশ্বরগী মরমদা থ্বায়দগী অরাংবা থাক্তী জ্ঞান ফংবা ঙম্মসি মীতনি। ঈশ্বরদা লৈবা গুণ অদু মীদস্তু লৈ, চাং য়াম্না হল্পনা লৈবগী রাতনি। ঐথোয়না অস্নুম অস্নুম অরাংবা থাক্তা রাথম্না কাখৎ-লক্তুনা ঈশ্বরগী মরমদা হৌজিকমক্ ফংলিবা জ্ঞান অসিগী রাংমদা মপান লাম্থোক্পা মতমদা, ঐথোয়গী হৌজিক্তী মপাম্থোংগী হকচাং লৈতবগুম থন্গনি। অদুগীস্তু মথক্তা, mind অমস্তুং imagination গীস্তু রাংমদা লৈখিবনা, হৌজিক্তী জগৎ সংসার অসিবুস্তু লৈতবগুম্না থন্গনি। অস্নুম হায়না ঐথোয়না Absolute ওইননবা, রাথম্না মথক্তা কাখৎলবদা, ঐথোয় world অসিদা লৈত্ৰবনি, হায়বদি পূম্মক subject ওইগ্রে, object লৈত্রে। ঐথোয়না হৌজিক খঙ্জরিবা world অসিগীদমক্তদি, মীনা থ্বায়দগী রাংলবা চিংদোল্ঙম্বনি। Sameness or perfection বু ফংলবা মীশিং অদুদি, হিংনা-হিংনা ঈশ্বরগুম্বা ওইরবনি, হায়বদি living in God নি (গীতা ৫।২১, ২৬)। "য়েংথিনবা অমস্তুং মুংশিন-দবা হায়বা অসি অতৈ কম্রিমত্তা নত্তে, self পু self না হাৎতোক্পনি।" হায়বদি ইশানা ইশাবু য়েংথিজবনি অমস্তুং মুংশিনদবনি। মরম অসিনা, মুংশিনবনা পৃথ্বিগী নিয়োম্নি। (Love is the law of life.) মসিগী থাক্ অসি য়োবা অদুবু perfect নি হায়—গীতা (৯।২৯),(১০।১০)। Perfect ওইননবা অস্নুম অস্নুম চংশিল্লক্পা, ঐথোয়না তৌবা ঙবা

সংসারিকী ওইবা থবক হম্থরকনি। স্বাস্তিক ওইবা মীনা জগৎ সংসার অসিবু অন্তাংগী শান্নকম ওইনা উই। মরম অসিনা, মহাক্কা জগৎ সংসার অসিগী মরমদা করিস্মু থল্লুদে। মসিগী খুদমদি, ঐখোয়না হুই অনি চিক্লবা উয়গা করিস্মু থল্লুদবা অহুগুম্বনি। Perfect ওইবা মীহুনা খঙ্ই মহুদি ঐখোয়গী world অসি মায়ানি (গীতা ৭৷১৪)। ঐখোয়গী পুক্নি অসিস্মু "সংসার" হায়না খঙ্নৈ, হায়বদি সংসার অসিবু ওইরক্লিবা অসি অতৈ করিমত্ত' নস্তে, ঐখোয় ইশামক্তা ওইহল্লিবা অক-কত্তবা, ওল্ল-তৈনবা জুরা-জুরা ওইবা রাখল অমস্তুং থোদোক্কা চয়েৎনহুনা, মখোয় অনিগী অন্তম তামহনবগী ফীভম-মতানি। Materialism না হায়রী, "freedom ফংননবগী রাঙাং পুম্নমক অহু ওইরোইদোবদা থাজহন্বমক্কনি।" Idealism না হায়রী, "bondage গী মরমদা হায়রিবা পুম্নমক অহু, মঙ্দা ভাংথগুম্বনি।" বেদান্তবু পাম্বা মীনা হায়রী, "ঐখোয় মতম অমত্তদা free স্মু ওই, free নত্তবস্মু ওই। হায়বদি earthly plane দদি ঐখোয় কৈদৌউদস্মু free ওইদে, অহুপা spiritual plane দদি ঐখোয় মতম পুম্নমক্তা free নি।" Self তি freedom অমস্তুং bondage গী রাংমদনি (গীতা ৭৷২৪)। ঐখোয় ব্রহ্মন-নি, ঐখোয় sense-world গী মপান্দা লৈবা Immortal knowledge নি। ঐখোয় Bliss absolute নি।

## জ্ঞান যোগ।

### (এ) তরাশুবা শরুক।

(জ্ঞানী অমগী মীৎয়েংদা ego, self-introspective method, বিচার, Reality গী ফীভম, মুর্তি পুজা তৌবনচিংবগী মরমদা খঙ্হনবা। বাহং অমস্তুং পাক্তখুমগী মঙৎদা নৈনহুনা জ্ঞান যোগগী মরমদা খঙ্হনবা।)

[“Ego দি self কী মমিনি। Ego গা body গা অমত্তা ওইশিনদুনা self পু কাওহল্লি। অসুম হায়না কাওহনবা অসিবু, পোকপা হায়না থঙ্নরিবা অসিনি। ঐখোয় পোক্পনা মরম ওইদুনা, self (মমা) হাৎলবনি। Self realisation না Ego গী শিবনি, অদুগা self (মমা) মতম পুম্নমক্তা লৈ হায়নসু থঙ্নৈ।”]

হকচাংবু মশামক্কি হায়না মীনা খল্লিবমখৈ, মপান্দা মীৎনা উবিবা পোৎ পুম্নমক, অদুগা মীৎনা উত্রবসু পুক্লিংনা অরৈবা পোৎনি হায়না খল্লিবা পুম্নমক, অচুম্বনি (real) হায়না নিঙ্গনি। মথমদি মাগী হকচাং অসি অতোপ্পা হকচাং লৈবা জীব অমদগী থোরকপনি হায়না খন্থিবা মরম্না, অতোপ্পা মী অদুবুসু মাগী হকচাংগুম্ব', হকচাং লৈবনি হায়না নিঙ্গনি। হকচাং লৈবনি হায়না অমুক্তং খন্থিবদুনা, মীদুনা শিরকাওবসু মহাক্কী হকচাং অদু লৈরিবনি হায়না অদুম্মক খল্লি। অসুম তৌদুনা হিংদুনা লৈহৌরিবা মীনা, শিগ্রবা মীশিং অদুদা খুকম্মী, অদুগা পাঞ্জপিথক্ তৌবগী ভাব তা অচা-অথক্ কৎলি। রাখল অময়োম্দা অমুক খল্লসি। Self হায়বা অসিনা Reality নি। মতোন্দগী Ego, হায়বদি রাখল খল্লিবা “ঐ” থোরকপনি। Ego অদুগী মমুঙ্দা, হৌখিবা মপোক্কী লোয়নরক্পা ওইনা, ওইদবদা পুক্লিং চঙবগী মরু য়াওরক্ত (seeds of pre-disposition)। হায়বদি, শিরমদাইদা নৌংখিবা য়াম্না পামজবা মওং অদুম্মক শিরগা কংলুই (গীতা ৮॥৬)। Ego সু, pre-disposition সু অদুগা gross senses সু self না ঙানুহল্লি। pre-dispositions অদুবু senses না material universe ওইনা খঙ্ই। অদুগা অমুক্, self কী মমি ওইরিবা Ego না মদুবু material universe ওইনা উই। Ego গা হকচাংগা অমত্তা ওইশিন্দুনা self পু কাওহল্লি (গীতা ৭॥১৩)। অসুম হায়না self পু কাওহনবা অসিবু, ঐখোয়না পোক্পা হায়দুনা খঙ্নরিবা অসিনি। অসুম হায়না ঐখোয়না হায়বা য়াই, মদুদি ঐখোয়

পোক্‌পনা মরম ওইদুনা, মমা (self) হাৎলবনি। ( The birth of the individual has killed the mother ) মমাবু অমুক হন্না ফংনিংবগী আশা হায়বা অসি, থাঙ্গৈশেংবদি self পু ফংনিংবনি। অম-রোমদা হায়রগা, মশানা মশামক্‌পু মশক থঙ্‌জবনি, নত্রগা ego গী শিবনি। মসিবু মমাদা আত্মসমর্পণ তৌবা হায়নস্থ থঙ্‌নৈ (গীতা ৭॥১৪, ১৮॥৬৬)। মদুনা মরম ওইদুনা, "মমা" মতম পুম্নমক্তা লৈবা হায়নঃ থঙনৈ (গীতা ২॥১৭)। মসিগী মরিদা যোগ বশিষ্টদা য়াওবা দুর্গা তপস্বীগী ৱারী মতেক অমা মখাদা কোংদোক্লি।

## ৱারী মতেক।

দুর্গা তপস্বীগী মচা অনি লৈরম্মী। মমিংনা পুণ্য অমসুং পাপ কৌ-রম্মী। মমা-মপানা শিরবদা পাপ কৌবা অত্তোন্‌বা মচানা কপ্‌লম্মী। অদুগা মচা অহল পুণ্য-না মখাগী অসুম হায়না মনাও নিপাদা থেম্জিল-লম্মী।

"ঐখোয়গী ইমা ইপা শিরগা নহাক্না কপ্লিবা করিগীনো? ঐখোয় হৌজিক কদায়দা লৈবগে হায়বা অদু, ঐহাক হায়গে। ঐখোয় (জীবাত্মা) ঐখোয়গী হকচাং মনুংদা লৈ (গীতা ১৪॥৫)। ঐখোয়মক্‌ মখোয়নি। তুরেলগী ঈচেল্লা মাগী লশ্বেলদা লৈরম্বঃ, চিংমথক, কোম, লৈঙোই, অরাংবা-লম, অকুংপা লম পুম্নমক্কী মথক্তা চেল্লী। অদুবু মাগী ঈচেল অদুদি কৈদৌউদস্থ কায়দে। অদুগুম্বদুনা life current না মশিং লাক্‌পা ওমজবা মওং নায়বা জীবশিংদা পোকপা-শিবা, মুংঙাইবা-অরাবা অসিনচিংবা ওইহন্দুনা, মমুঙ্‌ ফাওদুনা চৎলি। অদুগা অরাবা-মুংঙাইবা, পোকপা-শিবা হায়বা অসি, ego গী mirage গুম্বা, ওইদবা পোৎতা অওইবা শানা উৎপা ঙাক্তনি। মায়া চংদবদি self তনি। Self ভগী ego থোরক্‌ই, অদুগা মদুনা ৱাখল্দা চঙখিদুনা,

অদুগুম্বা রাখল অদুনা ঐখোয়গী জগৎ সংসার ওইনা মপান্দা উংলি। অদুগুম্বা জগৎ অদুগী মনুঙ্দা ইমা-ইপা, মরুপ-মপাং, মরী-মতা থোর-কৃই অমস্তুং মাঙ্খি। মখোয় অসি কল্পিমন্তা নত্তে, self কী mani-festation মক্তনি। মরম অসিনা, কনাগুম্বা মী অমগী মমা-মপাস্তু, self কী মপান্দা সুকলৈ লৈতে। মরম পূর্মমক্ অসিনা, কপ্নিংঙাই মরম সুকলৈ লৈতে। মসিবু খঙ্লগা নুংঙাইবা তমৃসি।"

[ "Mind অসি পোৎথাবা লৈতে, অমা নত্রগা অমা খন্দবা য়াদে। পুক্নিং মরাং হৌদনবা পুক্নিংগী মনুঙ্ হঙ্জিনদুনা য়েংবা তম্সি (self-introspective method)। " ]"

Mind না relative subject অমস্তুং object পু শেম্বনি। অদুনা মরম ওইদুনা, ঐখোয়দা অনি-অনি থোকপগী রাখলশু পোক্-হন্বনি। অসিগুম্বা অয়ানবা রাখল অসিদগী ঐখোয়গী অরাবা অনংবা ওইরক্পনি। Relative subject ওইহল্লিবা mind বু কাজিন্বা ঙম্লবদি, objective world বুস্তু মাঙ্বা নায়বা কাল্লদবনি হায়না খন্বা য়াগনি। Mind অসি মহৌশানা পোৎথাবা লৈতে, অমা নত্রগা অমা খন্দবা য়াদে গীতা (৬॥৩৪)। মাগী restless ওগী তোক্হল্লবা, হায়বদি তুমিল্লা লৈননবা হোৎনসি। পূক্নিং মরোঙ্-মরোঙ্ লোঙ্বদগী লোঙ্দনবা হোৎনসি, হায়বদি পুক্নিংগী মনুঙ্ হঙ্জিল্দুনা য়েংবা তম্ম্নুনা হুমিৎ খুদিংগী অভ্যাস অমা ওইহন্সি। মপান্গী মীৎনা উরিবা পোৎ-শিংবু, অমস্তুং পূক্নিংগী শান্তি ওইহন্বদা অকায়বা পীরিবশিংবু কাল্লদবনি হায়না রাখল্লা খন্দুনা থঙইত্রবা মতমদা, পুক্নিং ময়াঙ্ হৌবা ঙমগনি (গীতা ৬॥৩৫)।

মপান্গী মীৎনা উরিবা পুম্নমক্ অসি মঙ্গুং হঙ্জিল্লা মূয়া খন্দুনা য়েংবদা, অমাঙবা অমস্তুং লৈতবা পোৎনি খঙ্লবদা, "বৈরাগ্য"

পোক্কনি। মরম অসিনা "বিচারা" ইহান হায়া তৌদবা য়াক্সবনি। "বিচারবু" তোয়না তৌয়বদি শেলথুম পামলক্কবা, মিংচৎ পামলক্কবা, লুংঙাইবা, হরাওবা অসিনচিংবা পামলক্কবা ওইরক্কনি। ঐগী হায়বা য়াখল অসি মুয়া থঙ্‌বা হেল্লক্কনি। ঐগী হায়বা অসিগী হৌরক্‌কমদি থম্মোয়নি, অদুগা মসিনস্থ লমথুংকয়ি। "বিচারামার্গ" অসিনা সাধক অদুগী temperament কা চান্নক্সবদি, মহাক্না পামজবা ideal অমদা ভক্তি তৌবা, হায়বদি নিঙ্‌জনবা হোৎনগদবনি। হায়রীবা ideal অসি ঈশ্বর অমবু ওইবা য়াই, গুরু অমবু ওইবা য়াই, মীওইবা হায়বা অদুবুস্থ ওইবা য়াই, ethical law বুস্থ ওইবা য়াই, Beauty বুস্থ ওইবা য়াই, নত্রগা, Love পুস্থ ওইবা য়াই। Ideal শিং অসিগী মমুঙ্‌দা মানা অমথক্কুংদা চঙ্‌জহুনা, মহুদা পূক্লিং লূপথিবদা, মহাকপু পুন্‌শিন্‌লম্বা পুমমক থয়া-থরা থাদোরক্কনি, হায়বদি "বৈরাগ্য" গীতা ৬॥৩৫, হেন্‌গৎল-ক্কনি। Ideal অদুদা চংশিল্লক্‌পা অদুনা মমৈথংদদি "একাগ্রতা" (concentration) ওইরক্কনি, হায়বদি কনামত্তগী থুংথেংনবা মতেঙ য়াওজবস্থ, ভাবনা শাবা মূর্ত্তি অমা য়াওরবস্থ, য়াওজবস্থ মশা মতোম্‌তনা, মথং মথং, থাক্‌-থাক্‌ নায়না, পূক্লিং চপ্‌ য়ুংবা হায়ব অদু ওইরক্কনি— গীতা (১১॥৫৪) (১৮॥৫৭,৬২)।

[ " Sedative Pranamya না মরম ওইদুনা মপানগী পোৎ অতৈদা পুক্লিংনা থনবা তোক্লক্কনি, অদুগা mind control তৌরক্কনি। " ]

বিচারা, নত্রগা ভক্তি-মার্গগী লাইনিং লম্বেলদা মী অদুনা চান্নক্সবদি, sedative pranamya, হায়বদি লুংশাম্বর হোনবগী নিয়ম শিজিন্নদুনা ঈশ্বরবু, নত্রগা self পু নত্রগা ব্রহ্মনবু থঙ্‌জনবা হোৎনবা য়াই। মসিবু যোগ-মার্গ হায়না থঙ্‌নৈ গীতা (৬॥১১, ১৬) (৮॥১২,১৩)। লুংশা-ম্বরনা হিংজিবনি। মরম অদুনা, হিংবগী থবক্তা থজিক্কুং লুংঙাইতবা

পীবদা, মতুবু কোক্লবা মী অতুনা তৌবা য়াবা থবক ভোৌরক্কনি। সুংশাস্বয় হোনবদা পুক্নিং চঙ্‌খ্রবদি, অতোপ্পা মপান্‌গী পোৎ অতৈদা পুক্নিংনা খন্‌বা ভোক্লক্কনি। সুংশাস্বয় কায়না হোন্‌ষনা অপাম্বা (passion) পোক্‌ই। অতুগা তপ্পা-তপ্পা চাং নায়না সুংশাস্বয় হোন্‌বনা, অতপ্পা অমস্তুং সুংঙাইবা পোক্‌ই। হয়াওবদগী ময়াই কাবা, অমস্তুং অয়াবদগী সুংঙাইতবা পীবা-অনিমক অসিগা সুংশাস্বয় কায়না হোন্‌বগা লোয়নৈ। মপুং ফানা শান্তি ওইবা হায়বা অসি (গীতা ২॥৭১) মপুং ফ'না সুংঙাইবনি, হায়বদি সৎ-চিৎ-আনন্দঘন বাসুদেব পরমাত্মাবু ফংবনি— গীতা (৪॥৯, ২৭), (৭॥১৯), (৯॥৩৪)। ঐখোয়গী হৌজিক্কী সুংঙাইবা অসি, অশেংবা সুংঙাইবা নত্তে। মখোয় অসি পুক্নিংদগী (mind দগী) ওইরক্‌পা সুংঙাইবা মক্তনি। শউন মতৎ অমদা শয়্‌কোক্‌থাং ময়ানা তক্লপা থোইন্‌বগুম্না, mind সু practice তৌরগা ফংহন্‌বা য়াই, হায়বদি প্রাণায়ামা (breathing regulation— সুংশাস্বয় হোন্‌বগী নিয়ম) তৌহুনা mind control তৌবা য়াই। অহান্‌বগী method "বিচারা-মার্গ" নত্রগা অনিশুবা method "ভক্তি মার্গ" না মী অতুগী temperament কা চাম্নরবদি, অতুদগুু নত্তনা, অহুমশুবগী method "প্রাণায়ামা" সু, মী অতুনা তঙ্গন ওইমন্‌খ্রহুনা চাম্নরবদি, "কর্ম্ম-মার্গ", হায়বদি social service নচিংব' ময়া'মগী ওইবা অফবা থবক ভোৌনবা, মী অতুনা হোৎনবা য়াই। মহাক্কী পুকচেল চাওবা য়াখল অতুনা ভোৌথোরক্‌পা থবক্তা, মশাগী ওইজবা য়াওদবা থবক ঙাক্তা ময়াম্ন উগনি। ঐগী ওইজবা হায়ব' অতু থাদোক্কনা, অফবা মায়পৈদা হেন্না পাক্‌-চাওনা উবা ফংগনি (গীতা ৪॥২১)।

[বাহং অমস্তুং পাওথুমগী মঙৎদা নৈনহুনা জ্ঞান যোগ-কা মরমদা থঙ্‌হনবা। "]

সাধক— Reality গী মহোৌশাগী ওইবা কীডয (nature) করিনো ?

জ্ঞানী— (ক) লৈ হায়নদি থঙ্বা, অহৌবা অমসুং অরোইবা থঙ্দবা, হায়বদি eternal ওইবা।

(খ) অহিংবা অমা ওইনা মতম অমত্তদা মফম পুম্নমক্তা লৈবা, ওমখৈ লৈতবা, হায়বদি infinity ওইবা।

(গ) মওং লৈবা অমসুং হোংদোক-হোংজিন নায়বা, শক্তি লৈবা পোৎ পুম্নমক্কী মনুঙ্দা মরু (মচি—essence) ওইনা য়াওহুনা লৈবা।

(ঘ) Triads পু লোৎথোক্খ্রবদি মতোমতা লৈ, হায়বদি the knower, the knowledge and the known অহুম অসিবু লোৎথোক্খ্রবদি, মতোমতা লৈ। Triads তি time, space and causation গী মনুঙ্দা মওং মাম্না ঐথোয়না উহন্দুনা লৈবনি, অদুগা, Reality দি মখোয়শিং অসিগী রাংমদনি অমসুং মপান্দনি। Triads অসি অতৈ অমা নত্তে, Reality বু কুপশিনবা লৈকংলাগী মীৎতয়ংশুম্বনি (mirage)।

সাধক—ঐ (Knower), হায়বা অসি illusion গী মনুঙ্দা য়াওবা তারবদি, illusion কোক্লনবা কনানা ঙমৈবগনি?

জ্ঞানী—ঐহাক্না ঐহাক্কী illusion পুম্নমক (শেয়াম্লনা থাজবা পুম্নমক) লংথোকখিবগুম্না কোক্হনবা ঙম্মী, অদুগা ঐহাক অদুম্মক লৈহৌই। মসিনি, মীনা তাবদা ওইথোক্লোইদবা মান্বা, তায়োম্লবা মান্বা রাঙাং ওইবা self realisation গী self-contradictory statement ওইবা রাঙাং শাঙাং হায়বা অদু। self-realised person অদুনা মসিদা তায়োম্লবা ওইবা মওং অমত্তা উদে, মময়দি অশেঙ্বা অমসুং অচুম্বা অদুবু মী অদুনা হেক্ থঙ্জবদা, হান্না শেয়াম্লনা থাজহুনা মশামক্কী

অশেঙ্‌বা শক্তম্ব খঙ্‌জরম্‌দবা অদু, খঙ্‌লক্‌পগী রানি। "খঙ্‌-দবা মী" ওইরম্বদগী "অখঙ্‌বা মী", হায়রবদি self-realised person ওইরক্‌পগী রানি, গীতা (৫॥১৬) (১৩॥২৪)। থুদম ওইনা, ভক্তি হায়রসি। ঐনা ঈশ্বরদা চঙ্‌জয়ে, অদুগা থুরূম-জদুনা ইবুংঙো মঙোন্দা তিনশিনবিয়ু হায়জরে। ঐনা শ্রদ্ধাগা লোয়নননা পুক্লিংদা চপ য়ুংনা আত্ম সমর্পণ তৌজয়ে, গীতা (৭॥১৪), (১৮॥৬৬)। থবক অদু চপ্‌ চানা পাঙ্‌থোক্লবদি, কয়ি পোৎতি লৈহৌরী? হায়গী ঐগী মহুৎতা, মপুঙ্‌ ফানা আত্ম-সমর্পণ হেক্‌ তৌখিবদ', ঈশ্বরগী ওইবা মওং অমা (হায়গী ঐ হায়বা অদু মাঙ্‌খিদুনা) লৈহৌরে। অদুগুম্বা ঈশ্বরগী ওইবা মওং অদুদা"হায়গী ঐ" স্ত্র য়াওগ্রে। শয়া হায়ররবদা, মী অদুনা "খঙ্‌দবা মী" ওইরম্বদগী "অখঙবা মী" হায়বদি self-realised person ওইরক্‌পগী রাতনি। ঈশ্বর তত্বগী জ্ঞান-না অজ্ঞানবু মাঙ্‌হনবনি, গীতা (৫॥১৬)। নত্রগা, ঈশ্বরদা আত্মসমর্পণ তৌ-বদগী, ইবুংঙোগী থোজাল্লা মরম ওইদুনা অথোইবা শান্তি ফংবগী রানি, গীতা (১৮॥৬২)। মসিবু থ্বায়দগী অরাংবা থাক্লী লাই-নিংবগী মথল "পরাভক্তি" নত্রগা "প্রপত্তি" নত্রগা "আত্মসমর্পণ" নত্রগা "থ্বায়দগী অরাংবা বৈরাগ্য" হায়না খঙ্‌নৈ।

পোৎ অসিবু ওইরবস্তু, অতোপ্পা পোৎ অমবু ওইরবস্তু, ঐগী ইপোৎনি হায়বা অদু থাদোক্লবনি। ঐ অমস্তুং ঐগী হায়বা অসিবু লৈহল্লবদি, পোৎ পুম্নমক অমুক্তদা থাদোক্লবনি (ঐগীনি অমস্তুং ঐ হায়বা রাখল য়াওত্রবা—গীতা ২॥৭১, ঐনা তৌবনি হায়বা রাখল কোক্লবা গীতা (১৮॥১৭)। ঐগীনি হায়দুনা মপু শাবা অদু মাঙ্‌থ্রে, লৈত্রে। অম্তুম তৌদুনা, ফত্তবা থবক অদু হেক হৌগৎলক্‌পদা, ময়োল্লা পৎ থদৎলে। থবক অসি ওইনবা, মপুঙ্‌ ফাবা বৈরাগ্যগী দরকারনি। অদিগুম্বা বৈরাগ্য

অসিগা চাংদম্নবা য়াবদি, কনাগুম্বা মী অমবু ঈশিং মন্নুংদা নমঙ্থনা লূপহন্ ৰদা, মাগী মথন্নাই মাংদনবগীদমক, মানা মপান্দা ফাওগৎননবা হোৎনবা অদুগা পাংথক্ নি।

সাধক—ইষ্টদেবতা, নত্রগা গুরু অমগী মতেঙ্ দগী অসিগুম্বা অরাবা অসিদগী কন্ বিবা, নত্রগা হম্বহন্ বা ওম্ লোইজ্ঞা? ঐগী self পু ঐহাক্না উজবা ফংনবা, ঐখোয়দা শক্তি পীবিবা ওমগত্রা? হায়বদি ঐখোয়স্না মহাক্না তৌবা ওম্বা অদুগুম্না, self-realisation ওইহন্ বা ওমলোয়ত্রা?

জ্ঞানী—হীরম অসিগীদমক্তদি, ইষ্টদেবতা নত্রগা গুরু হায়বা অসি, মপাঙ্গল য়াম্না কন্বা মতেঙ্ পাংননবা অমনি। অদুম্নদি ওইরবদা, ঐগী হোৎনবা য়াওদনা, মখোয়গী মতেঙ্ তনা অরাবা অসিদগী কন্বা য়াদে। নুমিৎপু উগে হায়রবদি ঐনা উগদবনি, আনোক্না অমস্রুং নুমিৎনা উবা য়াগত্রা? ঐ ইশামক্না ঐহাক্কী অশেঙ্ বা শক্তম্মু উগদবনি।

সাধক—মঙ্ মঙ্ বগা তুমদনা লৈবগা, করম হায়না খেন্নরীবনো?

জ্ঞানী—মঙ্ মঙ্ বদা, হৌজিক্কী হকচাং অসি নত্তবা,. অতোপ্পা পুক্রিংনা শেম্বা হকচাংশিং লৈরক্ই। অদুগা তুম্দতুনা লৈবা, হায়বদি sense-contact না শেম্বা, মঙ্ গুম্বগী মতৌ-মওং ওইবা তুম্দতুনা লৈবা মতম অসিদা, হৌজিক্কী হকচাং অসিদা, sense না শেম্বা হকচাংশিং অতুনা অমুক চংলক্নুনা, মপা অমত্তা ওইশিন্খি। হায়বদি, প্রকৃতিগী গুণ অহুম, হায়বদি সত্তঃ, রজঃ অমস্রুং তমঃ কৌবা গুণ অহুমগা হকচাংগা তিন্নতুনা শেম্খিবা হকচাংশিং অতুনা, মীতুনা তুমদতুনা লৈরিঙৈদা থবক্ পূম্নমক তৌরিবনি, গীতা (৩।২৭) (১৩।২৯)।

সাধক—ঐনা professional work তৌন-তৌনা, ধ্যানস্থ তৌগদবনি। মখোয় অনি অসি অমগ-অমগা শ্নেৎশিন্নত্রা?

জ্ঞানী—মতুদা কন্নিমত্তা ম্রেৎশিন্নবা লৈতে। থবক অনি অসু ঐখোয়না পুন্না ভোৗবা তম্মদুনা, মতুগী কৈনবা অমা ওইবদা, অনিমক অসু চাওখৎমিন্নে। মতম অদুদা, ঐখোয়গী professional work অসু, মঙ্ মঙ্ বগুম্না খন্নকনি। গীতাগী ২শুবা অধ্যায়গী ৬৯শুবা শ্লোকতা অস্মুম্না হায়রি, "চুম্নগী জীবশিংগী মকম্‌দা অহিং ওইবদা self-controlled জ্ঞানীশিংগী অঙান্‌বা ওই। অদুগা চুম্নগী জীবশিংনা মিকপ্ থোক্‌পদা জ্ঞানীশিংগী অহিং ওই।"

সাধক—ঈশ্বরবু উবা ফংলোয়রা?

জ্ঞানী—ঈশ্বরবু করিগী উদনি। ঐখোয়না পোৎ অমবু উবগুম্না ঈশ্বরবু উগনি। ঈশ্বর কদায়বুনো হায়না ঐখোয়না খঙ্‌ননবা হোৎনবগী ন্নাভনি। মী পুম্নমক মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরবু উত্নুনতা লৈরিবনি (গীতা ১৩।২৭)॥ অদুবু ঐখোয়না ঈশ্বরবু মশক খঙ্‌দবদগী উদবনি। ঈশ্বরবু উন-উনা মশক খঙ্‌দবা অদুনা মরম ওইদুনা, উদবগা চপ্ মান্নে।

সাধক—ঐনা ঈশ্বরবু নিঙ্‌জবদা, মহাক্কী মন্ত্ররাজ "হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ" চিন্দা শোন্‌গনি?

জ্ঞানী—পুক্নিংনা মন্ত্ররাজবু যোপ ভৌবা য়ায়া কৈ। অদুম ভৌবদুনা, meditation গী মতেঙ্ পাংই। মন্ত্ররাজবু হয়-হয়া পুক্নিংনা শোন্নবদি, পুক্নিংগা মন্ত্ররাজগা অমত্তা ওইশিন্‌গ্রে। মতুদগীদি যোপ হায়বসি করিনো হায়বদু ইশাদা কাওরকনি, হায়বদি মপানগী হকচাংনা ওইরম্বা ঐ মাঙ্‌খিদুনা, ঐনা নিঙ্‌লিবা ঈশ্বর অসু তমক্ পুক্নিংগী জ্ঞানা উবা অদুবু,যোপ ভৌবনি হায়না খঙ্‌লকনি, গীতা (১২।৮), (৯।৩৪), (৪।১০), (৫।১৬)।

সাধক—মূর্তিবু পূজা ভৌজবতা নত্তনা, গুরুগী পাউতাক্ ইদরকায় ওইদরা?

জ্ঞানী—পাঙতাক য়াওদনা কয়ম হায়না তৌগদোরিবনো ?

সাধক—পুরাণ-নচিংবা ধর্ম্মগী লাইরিক পারগা, মতুগী মতুং ইন্না হৌবা য়ারোইজ্রা ?

জ্ঞানী—ভগবান মশামক্লা,নত্রগা কনাগুম্বা অমনা ঈশ্বরগী মরমদা তাকনি। অজ্ঞানবগী অতুদনা ভগবান মশামক্লা ঐগী গুরু ওইরে। ভগবানগা গুরুগা অমত্তনি, মরম অদুনা, অমবু ওইরবস্তু অমবু ওইরবসু, করিংমত্তা কায়দে। মমৈথঙ্দা অনিমক অমত্তনি হায়না খঙ্লকনি।

সাধক—চৈতন্য মহাপ্রভুনা অমসুং শ্রীরামকৃষ্ণনা ভগবানগী মাঙ্দা মপি ইন্না চেন্না কপ্চৈ, অদুভনা মখোয়না মুক্তি ফংথি। মতুনা অচুম্বা লাইনিং লম্বেল নত্রা ?

জ্ঞানী—হোয়, অসিগুম্বা নিয়ম অসিনা ঈশ্বরগী নাক্তা চিংশিল্লবগী য়াম্না কন্বা শক্তি অমা য়াওরি। অদুগুম্বা শক্তি অদুবু থাজনা হোৎনরগ: লমথুংফম অদু মমৈথঙ্দা ফংই। কপ্পা হায়বা অসি অশোন্বগী খুদম্নি। অদুমদি ওইরগা, মখোয়দদি অশোন্বদি নত্তে। মপান্দা উরিবা মখোয়গী পি অদু অতৈ অমা নত্তে, মখোয়বু ঈশ্বরগী নাক্তা অচৌবা অকন্বা শক্তি অমনা (great current) চিংশিল্লি হায়বগী খুদম্নি, গীতা (৯।২৯)। ঐখোয়গী হায়ববু লমথুংফম অদু ফংনবা হোৎনবত্তনি। কর্ম্ম তৌবসু সাধন মথল অমনি। অদুমদি ওইরবদা, কর্ম্ম-অদু তৌবদা ঐনা তৌবনি হায়বগী রাখল অদু থাদোকদবনি, গীতা (৩।২৭), (৪।২১), (১৩।২৯)। ধর্ম্মগ্রন্থশিংদা হায়রীবা কর্ম্ম-তৌনা-তৌনা কর্ম্ম তৌদবা হায়বা অদু, অদুগুম্বা থবক মতৌ অদুবুনি। মী পুম্নমক কর্ম্ম তৌদনা হিংবা য়াদে। (গীতা ৩।৫), doership থাদোকপগী য়াত্তনি—গীতা (৫।৮—৯) (১৮।১১, ১৭)। কর্ম্মদি অদুম্মক তৌগনি, অদুবু কর্ম্মনা ঐবু থাদোকদবনি। প্রায়ভগী মতুং ইন্না, ঐগী লাইবক্লা ওয়্তুনা কর্ম্ম তৌদবা য়াত্রবসু,

doership পু ভাবনা লৈহন্দ্রবদি, তৌদবগা চপ মান্নে। জনক নিংথৌ, শুক-নচিংবা অহঙ্কার য়াওদনা থবক তৌই (গীতা ৩৷২০)। মিংচৎকীদমক কর্ম্ম তৌবা য়াই। ওইজবা থাদোক্ত্না কর্ম্ম তৌবা য়াই। Public কী ফননবা কর্ম্ম তৌবা য়াই। অদুমদি ওইরগা, মথোয় পুম্নমক অসি তৌরগা, ঐবু থাগৎপদি অদুম্মক পাম্মী। অদুনা মখোয় পুম্নমক্ অসি ওইজবা পাম্বা মক্তনি।

সাধক—পোৎশক অমবু থন্ড্লগা, ঐগী চিংনবা পুম্নমক কোক্পা অদু করিনো ?

জ্ঞানী—চিংনরিবা (doubter) অদু কনানো, মাবু থন্ড্ননবা হোৎনগদবনি। চিংনরিবা অদুবু ফাজিল্লবদি, চিংনবদু অমুক্ থোরক্ক্রোই। মতম অসিদা, doubter অদু লৈতবগা মান্নরে। Doubter অদু লৈহন্দ্রবদি, doubt অদু অমুক থোরক্রোই। মী পুম্নমক জ্ঞানী অমসুং জীবনমুক্ত ওইবা য়াবা মক্তনি। Doubt অদুগী মরু য়াওনা ফুংক্লাকদবনি। মফম অসিদা doubter অদু mind নি।

সাধক—ঐনা থন্ড্জে, physical body লৈ হায়বা অসি কাওথোক্ত্না, ঐনা রাখল থন্দুনা লৈবা ঙম্মী। অদুবু mind য়াওদনা রাখল থনবা য়াব্রা ? Thought কী রাংমদা লৈবা consciousness বু থন্ড্বা য়াব্রা ?

জ্ঞানী—হোয়, consciousness হায়বা অমা লৈ। মদু তুমদবা মতমদসু, তুমথুন হল্লা তুম্বা মতমদসু অমসুং মঙ্ মঙ্বা মতমদসু, অদুম্মক লৈ। তুম্বা মতমদা ঐ হায়বগী রাখল লৈতে। তুমদবা মতমদা ঐ হায়বগী রাখল থোরক্ই, অদুগা জগৎ-সংসার থোরক্ই। অদু ওইরবদি তুমলিঙৈ মতমদা, ঐ কদায়দা চৎপ্রে ? ঐ হায়বা অদু অদুম্মক লৈব্রা নত্রগা লৈতব্রা ? ঐ হায়বা অসি অদুম্মক

লৈ, অদুমদি ওইরগা, হৌজিক্মক্ ঐ হায়রগা খঙ্নরিবা অদুম-ক্তি নত্তে। হৌজিক্মক্ ওইরিবা ঐ অসিদি, পূক্লিংনা শেম্বা "। thought " নি, অদুগা তুম্বদা লৈবা ঐ অদুদি অশেংবা ঐনি, হায়বদি Reality নি। মহাক্তি মতম পুম্নমক্তা অদুম্মক লৈ, মদুবু consciousness হায়নম্ন খঙ্নৈ। অদুগুম্বা Reality ওইবা ঐ অদুবু খঙ্লবদি, ঐ হায়বা অদু রাখলগী রাংমদা লৈবা অমনি হায়না খঙ্বা ওমগনি। হায়বদি, time, space and causation হায়না খঙ্নবা মায়াগী রাংমদা লৈবা অমম্নুং জন্ম লৈতবা অমনি হায়না খঙ্বা ওমগনি গীতা (৭॥২৪)।

Mind অরৈবা পোৎলা হায়না "বিচারা (enquiry)" তৌরবদি, mind অরৈবা পোৎ নত্তে হায়না মুপ্না খঙ্গনি। অদুবুনি "control of mind" হায়না খঙ্নরিবসি। অদু নত্তদুনা, mind অরৈবা পোৎনি হায়না নিঙ্লবা, অদুগা ম'বু control তৌনবা হোৎনরবদি, mind না mind বু control তৌবা তারকনি। মদু ওইরবদি, হুরানবা অদুনা policeman শায়গা, হুরানবা মশামক্পু ফানবা হোৎনবা তারকনি। Mind দি অম্নুম হায়না লৈবা মওংনি, মদুদি মহাক্তি মকম মরাং খঙ্দনা হেক্তা মাঙ্খিনি।

Self কা body গা অমত্তনি হায়বা অসি, mind না থোক্হনবনি। মদুদগী শেংদবা ঐ হায়বদি "false ego" থোরক্ই। মদুদগী অমুক "false phenomena", হায়বদি অশেংবা নত্তবা রাখলগী জগৎ সংসার থোরক্ই। False phenomena গী মদুঙ্দা লৈবা পুম্নমক false ওক্কনি। Self ওনা Reality নি। False identity, হায়বদি অরানবা শক্তম অদু মাঙ্খিবদা, Reality অদু খঙ্লক্ই। মসি হায়রে হায়দুনা, Reality অদু মকম খুদিংমক্তা, মতম পুম্নমক্তা লৈতবা

নত্তে। মহাক্তি মতম পুম্নমক্তা মকম পুম্নমক্তা, অদুম্নক লেঙ্‌দনা লৈ, অদুগা চপস্নু মান্নৈ (গীতা ২॥১৭)। মরম অসিনা, false identity অদুবু ওইহল্লিবা; অয়ানবা রাথল অদু মাঙ্‌থিবদা, Reality অদু খঙ্‌লক্কই। মসি মী খুদিং-মক্কী experience তম্নু ফংবা পোৎনি। মরমদি মী খুদিংমক্কা খঙই, মহুদি ঐহাক হায়বা অমা লৈ। ঐহাক হায়বা অদু কনানো? Subjectively, হায়বদি মপু ওইনা ঐ হায়বা অসি কনানো? "শেংদবা ঐ" (false ego) অদু object শিংগা লোয়নৈ। ঐগী (ego) হায়বা অসিমক ইশামক্কী object নি। Objectivity অদুবুনি "শেংদবা ঐ" ওইরিবদি, হায়বদি "অয়ানবা শক্তমগী ওইবা ঐ" ওইরিবদি। Subject অদুতনি Reality ওইরিবদি (গীতা ১৮॥২৬)। ঐহাক হায়বা হকচাং অদু object নি, মরম অদুনা "হকচাং" অয়ান্‌বা শক্ত-ম্‌গী ওইবা ঐহাক্‌নি। অয়ান্‌বা ego অদুদগী অয়ানবা শক্তম্‌গী ওইবা world স্নু থোরক্কই। অয়ান্‌বা শক্তম্‌গী ওইবা world অদুদগী, লেঙ্‌লি পাল্লিবা অয়ানবা শক্তম্‌গী ওইবা পুম্নমক থো-রক্কই। মহুদগী ঐথোয় পুম্নমক অয়াবদা তারিবনি। উরিবা পোৎশিং অদুবু অয়ান্‌বা শক্তম্ ওইনা, অদুনি আদানি হায়-দুনা, অয়ান্‌বা রাথল থল্লিবা পুম্নমক থাদোক্লসি। অদুম ভোর-বদি, Reality অদু মশানা অদুম্নক উৎচয়রক্কনি। বেদ-না হায়রি মহুদি self তি নিত্যসিদ্ধ-নি, (গীতা ২॥১৭,২১)। হায়রবদি মতম পুম্নমক্তা স্নুকলেং লেঙ্‌দনা অদুম্নক লৈরবনি, অদুগা অজ্ঞান অদুবু কোক্লবা হোৎনবা অদুদি ইশা-ইশানা হোৎনজগদবনি। Self না "নিত্য" হায়রবদি মকম খুদিংদা লেঙ্‌দনা লৈবা, অদুগীস্নু মথক্তো "সিদ্ধ," হায়রবদি মতম পুম্নমক্তা লৈরবদি, "অজ্ঞান" কয়ম হায়না ওইপদোম্নিবনো? "অজ্ঞান" অদু কনাগীদমক্কো?

হায়রীবসি ওয়ৈনবা রাকয় ওইয়ে (contradictory ওইয়ে)। তৌইগুম্বনুং statement অসি থল্লায় য়াওনা তমথৎলক্লিবা মীশিংগী অচুম্বা লম্বেলদা থিয়রকবা, guiding line অমা পীবগী য়াওনি। ইচম চম্বা রাহৈনা হায়রবদি, মীতুনা Truth পু থুনা থঙ্‌বা য়াই। খুদমদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মন্নাই অর্জুন্দা মথাগী অম্নুম্না হায়রি।

"ঐহাক হান্না লৈরমদবা (হৌজিক্কী মপোক অসিদদা ওই-বা) হায়বা অহু নত্তে, অতুগুম্না নহাক অমসুং ভিল্লিবা নিংথৌশিং অসিসু লৈরমদবা নত্তে। অদুনা ঐখোয় পুম্নমক ঐখোয়গী হৃক-চাং মাঙ্‌থ্রবা তুংদা লৈরোইদবসু নত্তে।" (গীতা ২॥১২)

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না অচুম্বসু হায়রবনি, অদুবু অর্জুন্না লৌ-শিন্‌বা ওয়দে। মথৈদা শ্রীকৃষ্ণনা শেংনা তাকই, মতুদি, মীনা ইবুংঙোগী হকচাংবু শ্রীকৃষ্ণনি হায়না লৌই। অতুগা থাক্লেশেং-বদি, মহাক্কি পোক্কে, শিবসু শিদে। গীতা (৪॥৬) (৭॥২৫) (১০॥৩)। অদুমকপু, অর্জুন্দা অচুম্বা অহু মপুং ফানা থংহুম্নবগী-দমক্‌, গীতা লোয়নমক মঙোন্দা হায়রবনি।

Self অসি পোং অম্না, নত্রগা অমদা য়াওরিবা being অহু নত্তে, মহাক্কি চুম্নগী মতোম্‌তা ওাইবা Being অতুনি (গীতা ২॥১৭)। Be-তা হায়রবদা অজ্ঞান অহু কোক্‌প্রে। অজ্ঞান অহু কনাগীদমক্লো থিদোকসি। তুম্বদগী হৌগৎলক্রবা কান্দতা Ego অহু থোরকই। ঐনা তুমথুম হন্না তুমলিঙৈগী মতমদা ঐ তুমলি, নত্রগা ঐ হৌগৎকদোয়ে, নত্রগা ঐনা তুম্নকলিবসি য়াম্না কুইয়ে অসিনচিংবা কৈদৌঙৈদসু হায়দে। অদুম্নদি ওইরগা, ঐ হায়-বা অদুদি অদুম্মক লৈ। ঐনা হৌগৎলবা কান্দতা, ঐ তুমলম্মী হায়। ঐনা তুমদহুনা লৈবা হৌগৎপা হায়বা অসিদা, তুমসুঅদু-ম্মক য়াওয়ে। "অশেংবা ঐ" অতুতদা থঙ্‌ই। অতুম হায়না ভাবনা

শাহ্নুনা রাখন্তুনা থঙ্‌বা ওয়া কীতম-মতা অহুদা ওইরিবা "অশেংবা ঐ" অহু, হকচাং অহু নত্তে। হকচাং অসিদি রাখন্দগী থোরক্‌পনি। নত্রগা, প্রকৃতিগী গুণশিংনা কারণ ওইহ্নুনা হকচাং ওইরক্‌পনি, গীতা (১৩।২০) (১৪।২০)। রাখলদি মাগী ছায়গী মহোশাগী ছোনবী অহুম থন্‌জনি, অহুবু "অশেংবা ঐনদি" মহুদা পূক্কিং চংলুদে অমস্তুং সুকয়াও য়াওদে। তুম্নিত্তৈগী মতমদা, ঐগা হকচাংগা করিমত্তা মন্নী নৈনদে। অন্নুম ছায়না মতম পুন্নমক্তা "ঐ অশেংবদি" অহুম্মক দে।

সাধক—সংসারিকী মীওইবদি ছিংননবা গু-নোমহুনা শেল তান্দবা য়াদবনি গীতা (৩।৪,৮) (১৮।১১)। অসিগুম্বা মীওইশিংদা মথকী পাওতাক্‌ ময়াম অসিনা করম ছায়না চুশিন্নহন্‌গনি ?

জ্ঞানী—থবক তৌবনা মী অহুবু ফাজিন পুনশিন্‌হন্দে গীতা (৩।২৭) (৪।২১) (৫।১৪) (১৩।২৯) (no bondage)। Bondage ছায়বা অসি অয়ানবা রাখলনি। ময়মদি থবক অহু ঐনা তৌরিবনি ছায়বা অহুদগী bondage থোরক্‌পনি। অদুগুম্বা রাখল অহু লোইনা থাদোক্লনবা হোৎনগদবনি। "ঐ অশেংবনা" থবক অমত্তা তৌদে (গীতা ৫।৮—৯) (১৮।১৭)। হকচাংনা ছায়বদি "ঐ শেংদবনা" থবক অহু তৌবনি ছায়বদি, থবক পুন্নমক সত্ত্বঃরজঃ অমস্তুং তমঃকৌবা প্রকৃতিগী গুণ অহুম্মা তৌজবনি,-গীতা (৩।২৭) (৫।১৪) (১৩।২৯)। অহুগা হকচাংস্তু প্রকৃতিগী গুণ অহুম্মা কারণ ওইহ্নুনা ওইখিবনি— গীতা (১৩।২০) (১৪।২০)। Body অমস্তুং senses না তৌরিবা মহোশাগী মথৌ অহুদা, গীতা (৩।২৭) (৪।২১) তৌনিংবা তৌজসস্তু। ঐনা মহুদা য়াওশিন্দুনা অখিংবা ওইহল্লোয়দবনি (গীতা ৫।৭)।

সাধক—সংসারগী অন্না-অনা অসিবু উবদা সাধকনা পুক্কিংদা সুংওাটজদে। অন্না-অনা ময়াম অসি উন-উনা, মহুগী ফন্নবা করিমত্তা

থম্লুহুনা, ঐগী ঊরম্লায়গী ফননবগীদমক্তা self পু ফংননবা হোৎ-নবা হায়বা অসি, selfish মাল্লি। ঐগী ওইজবা ম্লাংদবা থবক্লা ঐগী মোত্তা (opinion), খ্বায়দগী অফবা ওইগনি থল্লি (গীতা ৩।২৫)।

**জ্ঞানী**—ঈথক্ পূম্নমক সমুক্রদগী ওইরক্পনি, অহুবু সমুক্রনা ঈথক্শিংবু লৈ হায়না খঙ্দে। অহুগুম্লহুনা self না ঐহাক হায়বা ego ময়াম্বু (অরা-অনা ময়াম্বু) লৈ হায়না খঙ্দে, উদে।

**সাধক**—ঐ হায়বা অসি করম হায়না মশক খঙ্গনি ?

**জ্ঞানী**—ঐ হায়বা অসি মতম পূম্নমক্তা, মকম খুদিংদা অহিংবা ওইনা লৈ। মসিবু খঙ্ননবা হোৎনবা অনৌবা জ্ঞান নত্তে। অনৌবা জ্ঞান ওইহুনা হৌজিক্মক্ মকম অসিদা উদবা, খঙ্দবা অহুগু-ম্বা জ্ঞান অহুদি, মতম থম্নগীদমক ওইবা, থর' লৈরগা খঙ্লং-রোইদবা অহুগুম্বা জ্ঞাননি। ঐ হায়বা অসিদি মতম পূম্নমক্তা, মকম খুদিংদা লৈবা আত্মন-হুনি (গীতা ২।২৪)। অসিগুম্বা জ্ঞান অসিবু খঙ্দবা অহুবু অজ্ঞান কৌই। অজ্ঞান অহু কো-ক্লবা মতমদা, জ্ঞান ডাম্বোক্লকনি (গীতা ৫।১৬)। থাঙ্গৈশেং-বমক্তি, অজ্ঞান অমস্যুং জ্ঞান অনিমক আত্মনগীদমক নত্তে, মখোয় অসিদি আত্মনগী মপান্দা য়োম্শিল্লক্পা মওং-মতৌ গুক্তনি। মরম অসিনা, মখোয়বু তক্থোক্লবা হোৎনগদবনি। মরম অহু-ননি, আত্মন-দি জ্ঞান অমস্যুং অজ্ঞানগী রাংমদা লৈবা অহিংবা পোৎনি হায়রিবসি গীতা (১৩।৩২)। আত্মন-দি মহৌশাগী ওইনা অহুম্বক লৈজরবনি, (গীতা ২।১৭) মসিগী মরম করিগীনো হায়বা লৈত্তে। মহাক্তি কারণ পূম্নমকী কারণনি (He is the cause of all causes)— (ব্রহ্মসংহিতা ৫।১) মথা অমুক ডানিংঙাই লৈত্তে।

**সাধক**—ঐখোয়না কল্লা হোৎনরবস্তু, ঐখোয়-ইশা খঙ্না চাওখৎপা ইউ উদে।

**জ্ঞানী**—চাওখৎপা হায়বা রাহৈ অসিনা খঙ্নবদি, অনৌবা পোৎ অমা পুথোক্পা ঙম্বা, অমস্থং মতুবু ফংবদা হায়নৈ। ঐখোয়না হৌ-জিক খল্লরিবা রাফম্দি, জ্ঞানবু নৌনা ফংননবগী রাফম নত্তে, অজ্ঞানবু কোকৃহনবগী রাফম্নি। মরম অসিনা, self পু খঙ্ননবা হোৎনবদা কয়ম্বা চাওখৎপা অমবু ফংফম্ থোক্পগে?

**সাধক**—অজ্ঞান অদু করম্না কোক্হনগনি?

**জ্ঞানী**—ইম্ফাল সহরদা লৈবা য়ুম অমগী ফমুংদা হিপতুনা ঐহাক্না মঙ্ মঙ্বদা, গৌহাটিগী সহরদা ঐ লৈরে হায়না খল্লসি। মঙ্দা তৌরিবা থৌদোক্ অসি, ঐঙোন্দদি অশেঙ্বনি। ঐগী হকচাংদি ইম্ফাল সহরগী য়ুম অমগী মনুঙ্দা লৈবা ফমুঙ্দা লৈ। গৌহাটিগী সহরনা ঐগী ইম্ফালগী য়ুমগী কা মনুঙ্দা চংলক্পা য়াত্রা,নত্রগা ঐগী হকচাং অসিনা ইম্ফালগী ফমুং অদুদা অত্তুম্মক লৈহল্লগা, ঐনা অতোপ্পা সহর অমদা চৎপা য়াত্রা? অনিমক ওইথো-ক্লোইদবমক্তনি। মরম অসিনা, ঐনা ইম্ফালদা লৈন-লৈনা গৌহাটি সহরবু উবা অসিমক্ অচুম্বা নত্তে। পূক্নিংদদি মসি চুম্বা মাল্লি। মঙ্দা ওইবম্বা ঐ অদু মাঙ্খ্রে, অদুগা অতোপ্পা ঐ অমনা মঙ্গী মরমদা রা ভাংলি। রা ভাংলিবা ঐ অসি, মঙ্দদি য়াওদে। মরম অদুনা মঙ্গী ঐ, অমস্থং মঙ্ নত্তবগী ঐ, মখোয় অনিমক "অশেঙ্বা ঐ" নত্তে। অম্মুম হায়না mind গী মথাদা ওমদুনা, ঐ ময়াম লৈরী, মখোয় অদুনা মফম-মরাং খঙ্দনা scene কয়া অমা থোক্হল্লী। রাথল খুদিংগী ঐ তোঙান্-তোঙান্বা কয়া থোরক্ই। অদুগুম্বা রাথল অদু মাঙথিবগা লোয়ননা, অদুগুম্বা ঐ অদুস্থু মাঙ্খি। মরম অসিনা, ঐ য়াম্না থোরকই, ঐ য়াম্না অম্মুম হায়না মাঙ্খি। মসি পুম্নমক

অসি, mind দগী ওইরক্পামক্তনি। শ্রীজনক নিংথৌগী মতুং ইপ্পা মথোয় পুম্নমক "হুরানবা ঐ" মক্তনি। মতুবু খঙ্ননবা থিদোক্লগা ঐগী লুংঙাইবা ওইগনি। শ্রীজনক নিংথৌনা হায়রম্মী, "ঐবু মতম অম্মুক কুইনা মাঙ্হল্লম্লিবা হুরানবা অদু, হৌজিক্তি ঐনা থিদুনা ফংলে। অদুনা মাবু হৌজিক্তি মায়োক্নরগে। অদুতনা ঐ লুংঙাইরগনি।" শ্রীকবির-না প্রবুদ্ধ ভারত-তা হায়রম্বা রাক্ষম, মফম অসিদা পন্বা ষ্নাই, "মী পুম্নমক্না খঙ্লিবনি, মতুদি ঈশিং মবিক্শিংনা সমুদ্রদা তিল্লি। অদুবু সমুদ্রনা ঈশিং মরিক্তা তিনবগী রাদি মী অয়াম্বনা খঙ্নদে। মসিবু খঙ্বা অদুবু পরা-ভক্তি হায়না খঙ্নৈ।"

**সাধক**—গৃহস্থ ধর্ম্ম-চৎপা মী অমনা, মক্ষগী লম্বেল তান্বদা, করম হায়না ত্তোবা হৌনবগে?

**জ্ঞানী**—ঐখোয়বু গৃহস্থনি হায়বা অসি, করম হায়না খন্দুনা হায়রুরিবনো? ঐখোয় সন্ন্যাসীনি হায়না নিঙ্লবদি, সন্ন্যাসীগী রাখল অদুনা, ঐঙোন্দা সন্ন্যাসী অদুম্মক ওইহল্লকনি (গীতা ৮॥৬)। ঐখোয়না গৃহস্থ ওইরবস্থু, নত্রগা বন্দা চৎতুমা সন্ন্যাসী ওইরবস্থু, ঐখোয়গী mind না কোয়ত্তান তাম্নদুনা লৈগনি। রাখল পুম্নমক অসিগী হৌরক্ফমদি ego নি। Ego না হকচাংবুস্থু সংসারবুস্থু শেম্মী। অদুগুম্নদুনা, ঐখোয়বু ego না গৃহস্থ ওইনা খল্হল্লী। অসিগুম্বা রাখল্না খুদোংথিহন্বা অসি, মতম পুম্নমক্তা লৈ। ঐখোয়গী নাক্-য়েৎতা অকোয়বদা লৈরীবা পোৎশিং অসিনস্থু, অমুক্তা হেন্না খুদোংথীবা হেন্গৎহল্লি। অকোয়বদা লৈরীবা অসি হোংদোক্হন্বদি কৈদৌঙৈদস্থু ঙমদে। খুদোংথীবা পীরিবা অসি mind ননি। বন্দা ওইরবস্থু য়ুমদা ওইরবস্থু, ঐখোয় গৃহস্থনি হায়বা রাখল অদু লৈহল্লোয়দবনি। বন্দদি অদুগুম্বা রাখল অদু লৈহন্দবা ঙম্লগা, য়ুমদদি কবিগী

শুম্‌লোই ? Environment কী ফীভম ওইনিংবা অমা ওইজ-সন্নু, ঐখোয় গৃহস্থ নত্তে হায়না mind না অভৎপা লৈতনা নিঙ্‌লবদি, গৃহস্থ ওইরোই ।

ঐনা নিঙ্‌বগী মতুং ইন্না, environment না ঐবু সুকথা থাদোক্কে। ঐনা যুমদগী লাপ্পা চৎথোক্কে। অতুবু ঐগী রাখলদদি যুমদগী সুকথা থাদোক্কে। কনাগুম্বা মী অমনা "নিরভিকল্প সমাধিদা" মতম থরা লপ্তুনা লৈরুবে। মানা সমাধি অতুদগী হেক্‌ থাদোরক্‌পদা, মাগী রাখল অতুনা হায়রগী environment অতুদা চংশিল্লকুনা, শোয়দনবকী environment অতুগী ফীভমদা মহাক লৈগনি, হায়বদি, সমাধিদা লৈরোই। মরম অতুননি, আচর্য্য থরনা "নিরভিকল্প সমাধিবু" "সহজা সমাধিনা" হৌন্না পাম্মী।

মীনা হৌক্তিক-হৌক্তিক লৈরিবা environment কী ফীভম অতুদা, সমাধি ভৌবা য়াবা মতৌ অতু ভম্নবা হোৎনবনা হৌন্না কৈ। মরমদি মতুনা মানা পোক্‌পদগী লোয়নরক্‌পা হৈনবী অতুগী সমাধিনা, মতম পূম্নমক্কা সমাধিদা লৈবা হায়বা অতু ওইগনি ।

জ্ঞানীনা মথা হাথরকই, mind control ভৌননবগী-দমক Control of Breath দয়কারনি। মতু মুংগী, নত্রগা মপানগী ওইবা য়াই (internal or external)।

(A) অন্তর প্রাণায়ামগী (internal breath regulation) মওংদি মখাদা ইরিবা অসিগুম্না ভৌগনি—

(ক) "নাহমচিন্ত", হায়বদি ঐহাক হকচাং অসি নত্তে হায়তুনা মুংশাম্বর হোন্দোক্কনি। (রেচোক)

(খ) "কোহম", হায়বদি "ঐ কনানো ?" হায়তুনা মুংশাম্বর চিংশিনগনি। (পূরক)

(গ) "সোহম", হায়বদি "ঐ নহাক্নি" হায়দুনা মুংশাম্বর থিং-জনগনি। (কুম্ভক)

অসুম হায়না তৌরবদি, মুংশাম্বর মশা মতোমতা control তৌজরক্নি।

(B) বাহির প্রাণায়ামদি (external control দি) mind control তৌনবা মথৌনা লৈজরবা মী কাংবুগীনি। সাধুশিংগা লোয়নবা কংজরবা মীশিংনা external practice, হায়বদি হথ-যোগ হায়না খঙ্নবা হকচাং শাজন-নাচিংবা তৌবা য়াই। সাধুশিংগা লোয়নবা কংবা মীগীদি, মী অতোপ্পবু খঙ হন্দনা, সাধুনা মতোন্দা দরকার ওইবা শক্তি পীবনা মরম ওইদুনা, হথ-যোগদা হায়রীবা প্রাণায়ামা অদু তৌজবস্তু য়াই। যোগ, ধ্যান, ভক্তিদা লুপতুনা লৈবা মীনা control of breathing খরদং তৌবদা, mind control তৌবা ঙম্মী। Mind না শগোলগী rider অমসুং breath অদুনি। প্রাণায়ামনা শগোলবু চেক্ তৌবনি। মাবু চেক্ তৌরবদি, rider দুসু হায়বদি mind বুসু চেক্ তৌরে।

প্রাণায়ামা খরদং তৌবস্তু য়াই। মুংশাম্বর হোনবা চেক্ তৌবসি, প্রাণায়ামা তৌবগী মওং অমনি। Mind না অতোপ্পা খবক অতৈদা খল্লবা হোংনবসি, মুংশাম্বর হোন্বগী চেক্ তৌবদা পূক্নিং চংথিবদুনা অচৌবা মরম অমা ওইগনি। অসুম্না মুংশাম্বর হোন্ববুসু control তৌই, অদুগা লোইন-লোইননা mind বুসু control তৌই। মরমদি য়াথলনা মতম অমত্তদা খবক অনি থন্বা য়াদে।

মুংশাম্বর হোন্ববু control তৌবা ঙম্জবদি, "রেচোক" অমসুং "পূরক" তৌজবসু য়াগনি। যোগ শাস্ত্রগা

ধ্যান ভৌবদা মুংশাম্বর মতম থম্বদং খিংজিন্দুনা (কুম্ভক) থম্‌সবস্মু য়াগনি। মতুভনস্মু অকমা মওং ফংবা য়াগনি।

**সাধক**—গীতাদা থবক ওইনা ভম্বীয়িবসি করিনো ?

**জ্ঞানী**—গীতাদা করি হায়রী ? অর্জুন-না লান শোক্লো হায়বা য়াজে (গীতা ১॥৪৭)। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না হায়রম্মী "নহাক্না লান শোক্লো হায়বা য়াজ্রিবমখৈ, নহাক্কী রাথম্দা "ঐনা থবক তৌরী-বনি" হায়বা doership কী রাথল অদু লৈবননি।" নহাকপু থবক অদু তৌহল্লিবা, নত্রগা তৌদনবা খিংলিবা অদু কনানো ? Doership কী রাথল অদু থাদোক্‌সি গীতা (২॥৭১)(১৮॥১৭)। অদু হেক থাদোক্লিবমখৈ, নহাক্না থবক অদু নম্‌থুনা তৌহন-গনি গীতা (১৮॥৫৯)। Higher power অমনা (প্রকৃতিগী গুণ অহুম্না) নহাকপু তৌহল্লিংবত তৌহল্লিবনি— গীতা (৩॥২৭) (১৩॥২৯)। নহাক্না মতোন্দা চংজবা অদু য়াদবনা মরম ওইদুনা, নহক্না মতোন্দা নম্‌থুনা অয়াবা হায়বা অদু থোক্‌হল্লে। মদুগী মতুংদা, Higher power অদুনা নহাক্না য়াথোক্লো, অদুগা নহাকপু খুৎলাই অমা ওইনা শিজিন্নহল্লু। অতোপ্পা রাইদৈ অমরোমদা হায়রগা, নহাক্না য়াজ্রবদি, নহাকপু নম্‌থুনা থবক অদু তৌহনগনি—গীতা (১৮॥৬০)। য়ানিংদবা মীদা থবক নম্‌থুনা তৌহন্‌বগী মতুংতা, য়ানিংবা মীদা থবক অদু তৌহন্‌বনা হেন্না ফৈ। য়ানিংদবা থবক শুবা মী অমা ওইবগী মতুংতা, য়ানিংবা থবক শুবা মী অমা ওইসি, হায়বদি অমম্বা ওইবা পুক্নিংনা ইশানা য়ানিংনা ঈশ্বরদা চঙ্‌লো, অদুগা মহাকী থো-জান্দগী অথোয়বা শান্তি ফংগনি— গীতা (৭॥১৪) (১৮॥৬২)।

করিগুম্বা অমম্বা থম্মনা, self তা পুক্নিং চপ্‌ থুংনা লৈদুনা, doership কী রাথল য়াওদনা, nature গী (প্রকৃতিগী)

মতুং ইন্না থবক তৌশি—গীতা (১৩॥২৯) (১৮॥১৭)। অদু ওই-রবদি, থবক অদুগী resultনা নঙোন্দা ফস্তবা অমত্তা ওইহল্লোই। মদুনস্মু মুপা থোক্পা অমস্মুং থৌনা ফবা ওইগদৌরিবনি।

**সাধক**—"সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ" (গীতা ১৮॥৬৬) কী অর্থ করিনো ?

**জ্ঞানী**—সর্ব্বগী অর্থদি অম্বা নত্তবা পূম্নমক্পুনি, হায়রবদি non-self পুনি শম্না হায়রবদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান নত্তবা পূম্নমকপু থাদোকউ হায়-বনি। শ্লোক অসিগী একম্ (only) হায়বা রাহৈ অসিদা থেন্দা কন্না (emphasis) হায়রী। "এক-দ'" কন্না পুক্নিং লপ্পবা মী অদুগী থর্ম্ম করিনো ? (মামেকং-এঐঙোন্দদ') র চাং-লিব' অদু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি, মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দ পুক্নিং লুপ্পবা হায়বনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদি হকচাং লৈবা মীগুম্ন পাকপা শিবা লৈতবনি, অমাঙ্ অত' লৈতবনি—গীতা (৪॥৬) (৭॥২৪) (১০॥৩)। ইবুংঙোদি থরাই পানবদা লৈবা থরাইনি—গীত (৭॥৯), থম্মোয়দা লৈবা আত্মানি—(গীতা ১০॥২০), জ্ঞানৈ-শিংগী জ্ঞান-নি—গীতা (১০॥৩৮), মাঙ্বা লৈতবা অমস্মুং হোংবা লৈতবা ব্রহ্মনগী (self) কী তুংনকম্নি—গীতা (১৪॥২৭)। পুম্নমক অসিনা থঙ্নবদি self ভবু (শ্রীকৃষ্ণ ভগবানভবু) থঙ্ননব হোৎনৌ হায়বনি।

অদুনা self তদা পুক্নিং লুপ্পা হায়বা অসিনা গীতাগী মরুওইবা পাঙতাক্নি—গীতা (৭॥১৮—১৯) (৯॥৩৪) (১৮॥৬৫)। কনাগুম্বা মী অমনা self তা পুক্নিং লুপপ্রবদি, চিংনবা পূম্নমক মাঙ্প্রগনি। অদু নত্তদুনা, self তা পুক্নিং লুপত্রিবা মথৈদি, মী অদুগী চিংনবা অদুম্নক লৈথিগনি। মরম অসিনা, non-self কী (অনাত্মাগী) থর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্লুনা, self-realisation ওইমু হায়বনি।

**সাধক**—ঐদি মুত্তিদা ধ্যান তৌবনা থাজে। মতুনা ঐবু জ্ঞান ফংহন্‌বা ওমুলোয়রজ্ব ?

**জ্ঞানী**—মতুনা জ্ঞান শোয়দনা ফংগনি। উপাসনানা mind বু পুক্সিং চিংশিন্‌হন্‌বদা মতেঙ্‌ ওই। মতুঙ্‌দা mind না অত্তোপ্পা রাখল খল্লরোই। উপাসনা তৌরিবা মূর্ত্তি অতুতদা, mind না রাখল তৌতুনা লৈগনি (গীতা ১২৷৮)। মতুংদা mind না মূর্ত্তি অতু ওইরক্কনি, অতুগা অত্তোপ্পা করিমত্তবু নি'শিংলরোই। মরমদি scientific law গী মতুং ইন্না, mind না matter এল্লি, matter নত্তু mind ওল্লি, degree of vibration খেন্নবগী রাতনি। অতু ওইরবদি, ধ্যান তৌরিবা মী অতু করি ওইব্রে ? ধ্যান তৌরিবা মী অতু self ওইব্রে,হায়রবদি "অশেঙ্‌বা শক্তমগী ঐ", নত্রগা ব্রহ্মন, নত্রগা ঈশ্বর, নত্রগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ওইব্রে— গীতা (৫৷১৬, ২৪), (৯৷৩৪), (১৮৷৬৫)

তৌজিক হৌজিক লুৎরিবা রাদি অসিনি,মতুদি মী অতুনা doer নি হায়না মপানা থক্কে। মতু অরান্‌বনি। তৌরিবা থবক অতু Higher power অমনা (প্রকৃতিগী গুণ অতুম— গীতা (৩৷২৭) (১৩৷২৯) তৌহল্লিবনি, অতুগা মপান্‌গী শককমগা মিংগা কোল্লবা মী অতু'দ থবক অতুগী পুৎলাই অমনি। হায়রিবা কীভম অসি মী অতুনা য়ানিংলবদি, মাগী অরা-অনা করিমত্ত লৈররোই। অতু নত্রবদি, অরা-অনাশিংতুনা মাবু ফাজিল্লুনা, কোইশিল্লুনা হেন্ন অরাবদা তাহল্‌গনি (গীতা ৫৷২২) মতুগী মরমদা খুদম মচা অমা য়েংশি।

## খুদম মচা।

চেকনা শাবা মখোয়ারবা য়ুম (Tower) অমবু, চেকনা শাবা মীগী মূর্ত্তি অকন্‌বা বান্‌বা অমনা পুহল্লসি। মীতুগী কীভম

অদু উবদা, Tower লূমগ্রবা অদুবু, মীতুনা য়াম্না য়ানা পুবদৌনা উগনি। অদুগা অতোপ্পা য়াখল অমা অমুক থম্লসি। লৈবাক্কী মথক্তা foundation লৈবনি, foundation গী মথক্তা মীগী মূর্ত্তি অদু লৈবনি, মীগী মূর্ত্তি অদুগী মথক্তা tower অদু লৈবনি। মীগী মূর্ত্তি অদু, tower মথা অদুগী মচেৎ অমনি। অদুবু মী অদুনা tower অদুবু পুবদৌনা ঐখোয়দা নিঙ্ হল্লি অমস্তুং উৎহল্লি। কয়াদা নোক্লিংগ্রবা য়ানো? মী মথামক অদুনা থবক তৌরিবনি হায়না মাগী য়াখল্দা নিংজরিবা অদুসু, মথক্কী খুদম অসিগুম্বা লাৎনি।

সাধক—থবক অমা তৌবদা অনী থোক্পগী য়াখল লৈবা, (dualism-দ্বৈতবাদ), অদুগা মমৈথঙ্দা অমথক্তা ওইবগী (unity-অদ্বৈতবাদ) ফীভম, অদুগী মরমদা শুপাইনা তাক্পীয়ু।

জ্ঞানী—মী থরনা থল্লি, মতুদি কনাগুম্বা মী অমনা লাইনিংবা হৌবসি অনী থোক্পগী য়াখলদগী (dualistic idea দগী) হৌগদবনি। মখোয়না হায়, ঈশ্বর লৈ, মাবু পূজা তৌগদবনি, অমস্তুং নিঙ্গদবনি। অদুগা মমৈথঙ্দা জীবনা ঈশ্বরদা তিন্‌গনি। অদুবু য়াখল অসিগী ওন্ন-তৈনবদা, অতোপ্পা মী থরনা থল্লি, মতুদি supreme Being গা জীবগা মতম পুম্নমক্তা তোঙান্-তোঙান্বনি, কৈদৌউঙৈদসু তিনশিল্লবা হায়বা অদু লৈতে। ওইনিংবা অমা ওইজসনু, অয়োয়বা মতমদা তৌরকদবা অদুগীদমক্, ঐখোয়না হৌজিক থম্লক্লবনা কয়ি কাপ্পগদগে? পুম্নমক্তা য়াম্নরবনি, মতুদি জীবদি লৈ। অদু ওইরবদি, মী অদুনা ইহান হান্বদা ময়াম্না য়ানরবা জীব (individual self—জীবাত্মা, অখোইবী জীব কৌবী (গীতা ৭।৫), সনাতন অংশ ওইব জীব (গীতা ১৫।৭) অদুদদি থঙ্‌ননবা খিদোক্সি। মতুগী মতুঙ্দা (১) individual self অদুনা supreme Being দা তিনখিগজ্রা নত্রগা

ভিন্নোয়ব্রা ?, (২) Individual self অসু supreme Being অসুগী অংশ অমরা ?, (৩) Individual self কা supreme Being গা মতম পুম্নমক্তা ভোঙান-ভোঙানা লৈনব্রা ? অসিনচিংবা খিদোক্‌না খঙ্‌ননবগী মতম লৈখিগনি। Conclusion অসু হায়া য়াঙ্‌জোননা হায়খিগুমসি। পুম্নমক অসি করিমত্তা খন্দনা, হায়বদি biasness য়াওদনা, রাখনা থম্মোয়মুংদা চংশিন্দুনা য়েংলগা, self কী খাঙ্গেংবা শক্তম অসু খঙ্‌দোক্‌খিসি। Truth অসু ঐখোয়না খিদোক্লগা খঙ্‌লক্‌খিগনি। খ্বায়দগী অরোইবা পোল্লোয় অসু unity Absolute রা, নত্রগা qualified রা, নত্রগা duality রা হায়না মাংজোননা খঙ্‌দোক্‌পনা করি কায়রগদগে ? মসিগী অয়প্পা অসুদি logic না, নত্রগা Intellect না খিদোক্কবা হোৎনরী। Intellect না self তগী জ্ঞান শক্তি ওইবা মঙাল মংই (গীতা ১০।২২, ৩৮)। অসুগুম্বা মঙাল মচেৎ খজিক্কুং অসুনা, হোরক্‌কম ওইরিবা মঙাল মপুম অসুবু কয়মা খঙ্‌বা ঙম্‌গদৌরিবানে ? Intellect না self কী মনাক নক্‌শিল্লুবা ঙমদে। মরম অসুন, মচৌ করম ভৌসুনা self কী nature বু য়ানা খঙ্‌ননবা হোৎনগদৌরিবনো ?

খাঙ্গেংবমক্তি. মীনা মশানা খঙ্গে, মসুদি মঙাক অসি limited নি। মাসুদগীনি লুখৎলক্লিবসি। মসিগী রাখল অয়ানবনি হায়বা অসি, মশানা খঙ্‌জগদবনি। ভুমখুন হম্ম ভুখ মতমদা জগৎ সংসার লৈবগী রাখল খল্লে, ego সু হায়বদি মপাঙ্গোংগী হকচাং অমসুং মিংশা কোম্নবা ঐসু লৈবগী রাখল খল্লে। অসুগীসু মথক্তা, অয়া-অনা অমসুম্ন লৈতে। অসুম হায়না মুঙাইনা ভুম্বা অসুদগী, মী অসুনা মশানা ভৌগে হায়না হেংবা নত্তনা হোৌগৎলক্লে, অসুপা ঐ হায়বা য়াহৈ অসি হায়। অসুম

ছায়না মী অদুনা ঐ হায়বা য়াহৈ অসি হেক্ হায়রগা, মহাক্না ভূমখুন হুয়া ভূম্ লিংঙৈগী মতমদা লৈরম্দবা জগৎ সংসার অদু মঙোল্না লৈখৎলক্লে। মী অদুদি জগৎ সংসার অসিগী মনুঙ্দা লৈবা পীকপ্রবা মচেৎ অমনিনা, মহাক্না হেন্না-হেন্না পাম্খৎলক্লে। অদুদগীদি মহাক অন্নাবদা য়াওখৎলক্লে (গীতা ৫৷২২)।

মঙোল্না ego অসি কাওরক্লি ঙৈদা, মহাক কয়াদা নুংঙাইরম্বা। হৌজিক মান' য়ারিবসি ego অসি থোরকপদগীনি। মহাক্না ego অদুগী হৌরক্ফম অদু খিদোক্রবদি, ভূমজ্রবসু ভূম্বা ওইবা অদুগুম্বগী মওং, অমগ-অমগগী খেন্নবা লৈতবগী নুংঙাইবা (undifferentiated happy state which is sleepless sleep) অদুগুম্বগী কীভম-মতা অদু, মহাক্না খেংনগনি (গীতা ২৷৬৯)। Ego অদুগী হৌরকফম self অদু হেক্ খঙ্লকপদা, খঙ্লিবা self অদুদি মতম পুম্নমক্তা, মকম পুম্নমক্তা অদুম্বক লৈবনি হায়না মানা খঙ্লকনি (গীতা ২৷১৭)। Self পু খঙলকপদা, অনৌবা পোৎ অমা খঙ্বদৌনা তৌবগী য়াখল কন্নিমল্তা নত্তে। মমমদি মী অদুনা মহাক মশামক limitation লৈ হায়না লান্না খল্লুবা য়াখল অদু থাদোক্পদা, হায়রবদি transcend তৌবা মতমদা, মশানা অদুম্বক unlimited ওইজরক্পনি। কীভম-মতা অসিগা চপ্ মান্নবা থৌওংদি অসিগুম্বা জাৎনি মদুদি—

# প্রমাণগা লোয়নবা য়ারী মচা অমা।

লাইরিক হৈত্তবা অপঙ্বা মী ১০ থক ভুরেল মচা অমা লাম্থোক্লম্মী। ভুরেল য়াংমা ন্নোরগা মখোয় মন্নাম মশীং থীবদা, মী ৯ খক্তা মঙাংয়রে। মী অমা অদু মকম খঙ্দনা মাঙ্খ্রে থম্লুনা, মখোয় মশেল

য়ানবে। লম্বেল চৎপা নিপা অমনা মখোয়গী য়াম্বিবা অদুগী মযোল খঙ্লদুনা, মানা মখোয় পুম্নমক মশীং থীবদা মী ১০ শুরম্মী। মখোয়না হেন্না থাজনবা হায়দুনা, লম্বেল চৎপা নিপা অদুনা হায়রম্মী। "ঐহাক্না মী খূদিংমক্তা খুবাক্না থাগে, অদুগা নখোয় ময়াম্না মদুদা থোক্লকপা মখোল অদু মশীং থীয়ু।" মখোয়না মখোল অদু মশীং থীবদা ১০ শুরে। মতম অদুদা অপঙ্বা মীশিং অদু মখোয় ১০ শুরে হায়দুনা হারাওজরম্মী। থোদোক অসিদগী ঐখোয়না খঙ্লে, মদুদি ১০ শুবা মী অদু, অনোবা চঙ্লকপা মী নত্তে, মখোয়গী মনুঙ্দা হায়না মহাক অদুম্মক য়াওরবনি। মতৌ অদুগুম্নদুনা, মী হায়বা অসি মহৌশানা unlimitedনি, তৌইগুম্বসুং মশানা খঙ্জদদুনা limited ওইহন্বদগী অয়া-অনা কয়া ফংজবনি।

## প্রমাণগা লোয়নবা অতোপ্পা য়ারী মচা অমা।

নুপী অমনা মাগী মঙকৃশমৃদ। লিক পরেং অমা শিরম্মী। মদু মানা কাওথোকলুরে। মানা লিক অদু মাঙ্খ্রে হায়দুনা কোয়থি থীরে। মাগী মরূপ অমনা মাগী থোদোক অদু খঙ্লদুনা মঙোন্দা হায়রম্মী "নহাক্কী লিকতি নঙকৃশমদা শিরিবা অদু নত্রা?" নুপী অদুনা মখুৎনা মাদুনা লিক অদু থেঙনজরবদা, মহাক হয়াওজ্রে। লিক অদু নুপী অদুগী মঙক্শম্দা হায়না অদুম্মক লৈজরবনি। অনোবা লিক অমা নত্তে। তৌইগুম্বসুং নুপী অদুনা খঙ্বা য়াৎপদগী, থোদোক অসি থোকখিবনি। হেক খঙ্লকপদা, হায়বদি জ্ঞান হেক ফংলকপদা মহাক নুংঙাইবা ফংখ্রে। Self কা মীগা লৈনরীবা মরীশু অসিগুম্বতনি। Self না অনোবা পোৎশক অমা ওইনা মী অদুদা চঙ্লক্কদবা নত্তে। Self পু খঙ্দবদগী মী ঐখোয়না য়ারীবনি। মাবু হেক খঙ্বদা মপান নায়জবা নুংঙাইবা ফংলবনি। মী limitless নি, immortal নি, self নি। মীগা self কা মশা অমত্তনি।

অনৌবা পোৎ অমবু ঐখোয়না ফংগে হায়দুনা তাল্লবদি, মহুনা খঙ্নববু, পোৎ অদু হৌজিক লৈত্রে। হায়না লৈরম্বা পোৎ অমা হৌজিক লৈত্রবদা, মতুঙ্দা লৈবসু য়াই, লৈতবসু য়াই। অদুনদি পোৎ অদু মতম পূম্নমক্তা লৈবা হায়বা অদু ওইত্রে। Self পু খঙ্লবদা, মী অদু মতম পূম্নমক্কী ওইনা মুক্তি ফংলবনি (গীতা ৫৷২১)। মরমদি self মতম পূম্নমক্তা, মফম পূম্নমক্তা, অমখক্তা ওইবা অহিংবা ওইনা, সুকলেঙ লেঙদনা অদুম্মক লৈবনি (গীতা ২৷২৪)। মহৌশানা সুকলেঙ, লেঙদনা মতম পূম্নমক্তা self না অদুম্মক লৈজয়বসু, মাবু খঙউত্রবদি, লৈতবগা চপ্ মাম্নে। মরম অসিনা, মীওইবগী হোৎনগদবা হায়ববু, খঙদতুনা, পঙ্তুনা (অজ্ঞান) লৈবা অদু, কোক্লনবা হোৎনবা অদুতবুনি গীতা (৫৷১৬) (১৩৷২৪)।

জ্ঞানীনা মথা তানা হায়রম্মী। অশিবা হায়বা অসি হরাওবা মথল অমনি। মরমদি শিরিবা মী অদুবু য়াহলম্লিবা অমসুং নংহলম্লিবা অসি মহাক্কী হকচাং কুয়োম অদুননি। অদুগুম্বা কুয়োম অদু মী অদুনা থাংদোকপ্রে (গীতা ২৷২২)। অদুনা মী অদু হৌজিক্তি নুংঙাইরে। অশিবা মী অদুদি য়াদে। হিংদুনা লৈহৌরিবা মীশিংনা শিপ্রবা মী অদুগীদমক্ য়াবনি। মীনা তূম্ববু কিত্রা? মদুগী ওন্নতৈনবদা, মীনা তূম্ববু পাম্মী অমসুং তূম্বদগী হৌগৎলক্লগা "নুংঙাইনা তূমলুরেদা" হায়না হায়। অদুনা য়াম্না নুংঙাইনা তূম্নবগীদমক ফমুং ফজ-কজনা শেম্মে। তূম্বা হায়বা অসি ওহাক্তুং শিবগুম্বনি। শিবনা কুইনা তূম্বনি। হিংনা-হিংনা মীদুনা শিরবদি, মী অত্তোপ্পনা শিবদা মানা কৈদৌঙৈদসু য়ারোই। মীদুনা হকচাং য়াওরবসু য়াওদ্রবসু, তূমজিঙৈগী মতমদসু তূমলিঙৈদসু, অদুগা মঙ্ মঙ্লিঙৈদসু, মহাক্না অদুম্মক হিংদুনা লৈ (গীতা ২৷১৩, ১৭, ২২) হায়না খঙ্বা অদুবু অজ্ঞান কোক্লবা মী হায়না খঙ্নৈ গীতা (৫৷১৬,২৪) (১০৷১১)। অদুগুম্বা মীশিং অদুদদি, হকচাংনা মীবু হজিন-হজিন্না ফাজিনকপুনশিল্লুনা থম্বা পামুগদৌরিবগী মরম করিগীনো? মরম অসিনা,

মীওইবনা অশিবা লৈত্রবা self, হায়রবদি পোকপা শিবা লৈত্রবা self পু থঙ্‌নবা থিদোক্‌সি। অদুগা শিদবা হায়বা অদু ওইদুনা মুংঙাইনবা হোৎনসি।

সাধক—মুম্মিৎ খুদিংগী থবক শুরগা চায়া তাম্মুনা হিংজবিবা মীগা, অসিগুম্বা ধর্ম্ম অসিগা করম হায়না চায়হন্‌গদৌম্বিবনো?

জ্ঞানী—থবক অসি মীনা তৌম্বিবনি হায়বা অসি, করম হায়না খল্লিবনো? গৌহাটিদগী মী অমা ইম্ফালদা লাক্কুনা হৌজিক লৈরে হায়না নিঙ্‌লসি। মহাক্না মুমদগী গৌহাটি ষ্টেশন তাম্না কার অমদা লাকই, ষ্টেশনদগী ডিমাপুর তাম্না রেল গাড়ীদা লাকই, ডিমাপুর-দগী ইম্ফাল তাম্না বস গাড়ীদা লাকই। হংবা মতমদা, মী অদুনা খুম্মী, মহাক গৌহাটিদগী ইম্ফাল তাম্না লাক্‌পনি। মসি-বু চুমলিব্রা? অমুক্কা থম্বসি। মী অদুদি হায়রগুম্না অদুম্মক লৈবনি, মাবু তোঙান্‌ তোঙান্‌বা গাড়ীশিংনা লমুশাঙ, অসিদা পুরক্কুনা ইম্ফালদা হৌজিক লৈম্বিবনি। চৎপা হায়না খঙ্‌নবীবা হকচাং লেঙ্‌হনবগী থবক অদুবু, গাড়ীশিংগা ঐহাক্কা অমত্তা ওইশিনখিদুনা, ঐমক্না তৌবগুম্না ঐখোয়না তৌম্বিবা থবক পুম্নমক অসিবু, ঐখোয় ইশামক্না তৌবগুম্না হায়রী। মদু ঐখোয় ইশা-মক্না তৌবা থবক নত্তে। মখোয় পুম্নমক অসি প্রকৃতিগী গুণ অদুম্না তৌবনি হায়বস্মু য়াই—গীতা (৩।২৭) (১৩।২৯), নত্রগা ঈশ্বরগী activity মক্কনি হায়বস্মু য়াই গীতা (৭।৬) (১৮।১৭)।

সাধক—মী থরনা cosmic consciousness কী মঙাল ফংলে হায়বা য়াওই। মখোয়গী realisation অদু, করম্বা মথলগী realisa-tion নো?

জ্ঞানী—মখোয়না ফংলিবা realisation অদু, মঙাল অমথক্কং কুং ঙাল-লগা, কুং মুৎথিরগুবনি। অহৌবা লৈবা পোৎ অদু, মাগী অ-রোইবস্মু লৈগদবনি। মতম পুম্নমক্তা লৈবা consciousness পু

realise তৌরবা মতমদা, permanent realisation তৌরে হায়রগদবনি। Consciousness ভি মতম পুম্নমক্তা ঐখোয়গা লোয়নম্নুনতা লৈরিবনি। মী খুদিংমক্তা মশানা থঙ্ দৈজে "ঐহাক হিংলি।" মী মশা অহুনা মহাক হিংলি হায়বদা, অতোপ্পা মী অতৈনা হিংদে হায়বা কৈদৌঙৈদসু যাদে। ভূম্‌খুন তাহুনা ভূম্‌প্রবা মী অহুনা, মহাক হিংলি, নত্রগা হিংদে হায়বা করিমত্ত থঙ্দে। ভূম্সুবদগী হৌগৎলক্পা মতম্‌দতা, মহাক হিংলি, হায়বা থঙ্ই। অহুবু থোদোক অনিমক্তা, মী অহুদি মশা অমত্তনি। ভূম্‌-লিডৈগী মতমদসু, ভূম্জবা মতমদসু, মী অহু মশা অমত্তনি। কন্না ভূম্‌খুন তাহুনা ভূম্রিডৈদা, মী অহুনা মাগী হকচাং লৈ হায়বা থঙ্দে। অহুনা মতম অহুদা, মী অহুনা মাগী body consciousness লৈতে। ভূমদবা মতমদা, মী অহুনা মাগী মশা লৈ হায়বা থঙ্ই। মতম অহুদা, মী অহুনা মাগী body consciousness লৈ। মরম অসিনা, থোদোক অনি অসিদা খেন্নহল্লিবা অসি, body consciousness খোরক্পদগীনি, অহুগা real consciousness হোংলক্তুনা তৌবদি নত্তে। হকচাংগা body consciousness কা পুন্না খোক্মিন্নরক্ই, অমসুং পুন্না মাঙ্‌মিন্নখি। শম্না হায়রবদ ভূমখুন হুন্দুনা ভূম্‌লিডৈদা, body সু body consciousness সু লৈ হায়বা থঙ্দবনা, limitation লৈতে। অহুগা ভূম্জবা মতম্‌দা body সু body consciousness সু লৈ হায়না থঙ্বনা limitation লৈরক্ই। Limitation অসি bondage নি, হায়বদি ফাজিন্-পুনশিন্দুনা থম্নবগী মায়ানি (সত্ত্বঃ রজঃ, তমঃ গুণ অহুম্না তিনব ঐগী দিব্য মায়া গীতা ৭॥১৪)। মরম অসিনা, "ঐ হকচাং অসিনি।" হায়বগী অয়ানবা রাখল অসি থাদোকদবনি। "অশেংবা ঐদি" মতম পুম্নমক্তা, মফম খুদিংমক্তা, লেঙদবা

অহিংবা ওইনা অতুম্মক লৈ। মানা অমুক অনৌবা অমা ওইনা থোরক্কদবা, নত্রগ্না মাও খিগদবা হায়বা লৈতে। অনৌবা পোৎ অমা ওইনা থোরক্লবদি, মতম অমদা মাওবা হায়বা অতু শোয়-ন্নে। তুম্থুন কুন্নুন তুম্বগা তুমদবগা চাংদম্মসি। কীভম অমদা হকচাং লৈ হায়বা খঙই, অতুগা অভোপ্পা কীভম অমদা হকচাং লৈ হায়বা খঙদে। অতুনা হকচাং মাওবা নায়বা পোৎ-নি (গীতা ২॥২২)। Consciousness ভি হায়দগী অতুম্মক লৈরবনি, অতুনা হকচাং লৈরবস্থু লৈত্রবস্থু, অতুম্মক লৈ, গীতা (২॥২০)। থাঙ্গেশেংবদি, "ঐহাক অহিংবা জীবনি।" হায়-য়োইদবা মী অমত্তা লৈরোই। অরানবা রাখল হায়বদি, "ঐহাক হকচাংসিনি" হায়বা রাখল অসিনা কত্তবা পূম্নমকী মরু ওইবনি। অসিগুম্বা অরান্‌বা রাখল অসি লৈহল্লোয়দবনি। মসিগী রাখল লৈতবা অতুবু Realisation হায়না খঙলৈ। Realisation হায়বা অসি, অনৌবা পোৎ অমত্তু নত্তে, নত্রগা অনৌবা facul-ty অমত্তু নত্তে। মাইথুম কীনা থুমজিন্নুনা লৈরম্বা অমম্বা অতুবু, মাইথুম কী অতু লোথোক্ত না ভালহনবা অতুভনি—গীতা (৫॥১৬)(১৩॥২৪)।

থায়দগী চুম্বা হায়বা অসি অস্নপকী মতিক simple ওই, মতুংদি মাগী হৌয়কুকম অতু নত্তবা, অতোপ্পা করিগুম্বা অমত্তা মঙোম্দা হেনগৎহল্লবা, নত্রগা নপ শিল্লবা য়াদে, নত্রগা কুম্বহনবস্থু য়াদে, গীতা (২॥২৪) (১৩॥৩২)। মসিদগী হেক্লা হায়-নিংঙাই রাইট্রলৈতে। অতুবু অঙকপনি, অসিগুম্বা simple truth অসিবু খঙননবা তান্‌বদা, তোঙান-তোঙানবা ধর্ম্ম মম্নাম, কাঙলুপ-কাঙলুপ, লাইনিং লম্বেল মথল মথল, য়েৎনবা কয়া থোরকই। মসি থল্লবদা অরাবগী মতঙ্কি।

সাধক—থম্মোয় (heart) কদায়দা লৈবগে, অমসুং realisation তৌ-রিবা অসুবুনা করিবুনো ?

জ্ঞানী—Heart অসি physical heart পু নত্তে, spiritual heart পুনি (গীতা ১৩॥১৭)। হৃদয়ম=হৃৎ+অয়ম=মসিনা ময়ায়্নি (This is the centre)। মসুদগী ৱাখল থোরক্পনি, মানা ৱাখলবু হিংহনবনি, অমসুং মানা ৱাখলবু মাঙ্হনবনি, হায়বদি লৈহন্দবনি (গীতা ১৫॥১৫)। ৱাখল পুম্নমক (thoughts) mind দা য়াওবনি, অমসুং ৱাখলশিং অসুদগী মওং নায়বা জগৎ সংসার ওইরক্পনি। Heart না পুম্নমক্কী centre নি। "য়ত বা ইমানি ভুতানি জায়ন্তে।" (That from which these beings come into existence)-মতোন্দগী লেঙ্লি পাল্লিবা ত'ইবংপান্বা অসি পোক্লকই- (তৈত্রিয় উপনিষদ ৩॥১) হায়রীবা অসি ব্রহ্মনবুনি, মসুম্মক্ Heart নি।

হিকুপ অমত্তা ফাওবা থানদনা মশাদা self লৈ হায়বা অসিগী, experience লৈতবা মী অমত্তা লৈরোই। মরমদি self ত'গী মী অমুনা মতম পুম্নমক্তা তোঙাম্না লৈ হায়বা অসি মী অমত্তনা য়ারোই। (ঐতোন্দগী তোঙানবা, ঐ নত্তবা, অমত্তা লৈত্তে—গীতা ৭॥৭। থাইদোক্কবা মপুম ওইরবসু থরাইপান্বশিংদা থাইদোক্পত্তুয়া লৈবা— গীতা ১৩॥১৬। অচৎ-চত্ত তোঙান্-তোঙান্ লৈরীবা অসিবু অমত্তদা লৈবনি-গীতা ১৩॥৩০)। অমসুং গীতাগী পাওতাক পীরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না ওইবা ঐ, ঈশ্বর, ভগবান, ব্রহ্মন, আত্মা, পরমাত্মা, Absolute Reality or Absolute Truth or Absolute Knowledge, or one underlying unity or universe of Infinity or spiritual Heart or self তোঙান-তোঙানবা মমিং থোন্বগী ৱাতনি, মথোয় পুম্নমক মশা অমত্তনি। মরম পুম্নমক অসিনা, মী

অহুম্মক self নি, অদুগা self অহুম্মক spiritual Heart নি। গীতা (৭॥৭), (৫॥১৬), (১৩॥১৭), (১৫॥১৫)।

তূমখুন হুন্দুনা তূমলিঙৈদস্মু, নত্রগা তূমদবা মতমদস্মু, ফীভম অনিমক্তা, ঐ হায়বা self অহুদি, অহুম্মক লৈ। ফীভম অনিমক্তা খেন্নরিবা হায়রবু, জগৎ সংসার থঙ্বা ফীভম অমা, জগৎ সংসার থঙ্দবা ফীভম অমা। জগৎ সংসার অসি mind দগী থোরকপনি, অদুগা mind গা লোয়ননা মাঙ্খি। থোরক্পা নায়রিবা অমস্মুং মাঙ্খিবা নায়রীবা অহু self তি নত্তে। Self তি তোঙানবা অহিংবা পোৎনি। Self তগী mind থোরক্পনি। Self না mind বু হিংহনবনি, অদুগা self না mind বু মাঙ্হনবনি (গীতা ১৫॥১৫)। মরম অসিনা, self না পূম্নমকী হৌরকফমনি— গীতা (৭॥৪, ৫, ৬, ৭, ১৯) (ব্রহ্ম সংহিতা ৫॥১)।

মী অমবু নং কনানো হায়না হংবদা, মী অদুনা মশাগী য়েংথংবা থুদোম্নীনা মথবাক্তা থিন্দুনা, "ঐ-নি" হায়গনি। তেং- রিবা মতৌ অদুদা, মশানদি থঙ্জদনা self পু খিন্দুনা তাক্লবনি। অসুম হায়না self পু মশক্ থঙ্ই। অদুবু মী অদুনা mind নে body নে self নে পূম্নপ পুনশিন্দুনা, অমত্তা ওইনা খল্লি। অসি- গুম্ব রাখল অসি মরানবনি। অসিগুম্বা অরানবা রাখল অসি মতম পূম্নমক্তা থাদোকদবনি। মসি থাদোকপা অদুবু Realisa- tion হায়না থঙ্লৈ।

**সাধক**—Mind করম হায়না control তৌগনি?

**জ্ঞানী**—ঐনা self পু ফংলবদি, control তৌগে হায়না লিঙ্লিবা mind হু লৈত্রে। Mind মাঙ্খ্রবদা self অদুনা মাগী মতিক মগুণ তাক্লোক্নুনা লৈগনি। Realised person দদি mind অসি active ওইবস্মু য়াই, inactive ওইবস্মু য়াই। Self

মতোমতা মী অদুগা অমম্বা ওইনা ভান্দুনা লৈগনি। মরমদি mind সু body সু, world সু self তগী তোঙান্বা নত্তে (গীতা ৭॥৪)। মখোয় অসি self তগী থোরকই অদুগা self তা তিনখি (গীতা ৭॥৬)। Self পু খঙ্ননবা হোৎনবগা লোইরে। মাগী মমিশিংবু খল্লুহুনা করি কাম্নগদগে? মখোয়না self পু করম হায়না affect তৌবা ঙমগনি।

Self না spiritual Heart নি। মরম অদুনা, মাগী মশাগী মঙাল থোকই (সুমিৎকুম্না ভানবা —গীতা ৮॥৯, থম্মোয়দা লৈবা আত্মাদুগী—গীতা ১০॥২০, মঙালগী মঙাল—গীতা ১৩॥১৭, মঙাল পুম্নমক্ ঐগী মঙালনি —গীতা ১৫॥১২)। Heart তগী থোক্লকপা মঙালনা mind গী লৈকম ওইবা brain স্নোরকই। Mind না জগৎ-সংসারবু উহিবসি, self কী মঙাল mind স্নোবননি। Mind গী মতেঙ্দগী ঐখোয়না "খঙ্বা" হায়বা অসি ওইহিবনি। Self কী মঙাল ফংহুনা mind না ভান্নবা মতমদা, জগৎ সংসার অসিবু ঐখোয়না খঙ্বা হায়বা অদু ওইহিবনি। অদুনা mind না self কী মঙাল ফংজবা মতমদা, জগৎ সংসার অসিবু ঐখোয়না খঙ্দে। ঐখোয়গী mind না মঙালগী হোৎনকক্ষমদা লৈশিন্বা মতমদা, হায়বদি ঐখোয়না self-introspective ওইনা রাখল থল্লবা মতমদ', ঐখোয়গী মপান্নাথাংগী জগৎ সংসার, হায়বদি পোৎ-চৈ রাপাল উপাল, শা-ঙা, মীৎনা উহিবা পুম্নমক (objective knowledge) লৈত্রবোই, self মতোমতা Heart কুম্না ভান্দুনা লৈগনি (গীতা ৫॥১৬, ৬॥২০, ১৩॥২৪)।

সুমিৎকী মঙালদগী, থান' মঙাল থোকই। সুমিৎ তাবা মতমদা, থাগী মঙাল্না পোৎ অতৈবু ঐখোয়না উবা ফংই। মতম অদুদা ঐখোয়না থা লৈবগী কাম্নবা ফংই। সুমিৎ থোরক্লবা

মতমদা, অভিয়াদা থাগী অকোয়বা ময়ি-শায়ি থম্‌দং উবা ফংই, অদুগা মতম অদুদা ঐখোয়না থাগী কান্নবা ফংদে।

Mind অমসুং Heart কী মরী লৈনবসু অদুগুম্বভনি। Mind অসি ঐখোয়দা কাম্নে, মরমদি self কী মঙাল অদু mind দা তারগা, মঙোন্দগী থক্তোরক্পা মঙাল অদুনা মরম ওইদুনা, মপানগী পোৎ-চৈশিং অসিবু ঐখোয়না উই। মুংথিন্দগী মতমদা, ঐখোয়দা থানা করিমত্তা কান্নবা পীবা ঙমদবগুম্না, mind না মঙালগী হৌরক্‌ফম Heart তা (self তা) ওনশিন্‌খিবদা, হায়বদি মী অদুনা self-introspective ওইনা বাখল থন্‌খিবদা, mind অদু মমিত্তা ওইনা করিমত্তা কান্নদনা লৈগনি। অদুগা self মত্তোম্‌তা Heart কা অমত্তা ওইশিন্দুনা ঙান্দুনা লৈগনি। মসিবু self-realisation নত্রগা Immortality of man হায়না থঙনৈ (গীতা ৬৷২০, ২১)।

সাধক—অসুম্না মীনা ঙাংনৈ, মতুদি self তি mind গী রাংমদা লৈবনি। (মায়াগী রাংমদা লৈবা— গীতা ৭৷২৪, মুমিৎন থানা নত্রগা মৈনসু ঙাল্‌হনবা ঙমদবা মফম— গীতা ১৫৷৬, অদুগুম্না spiritual atmosphere অদু self কী পরমধামনি।) অদুমদি ওইরগা, realisation তৌরিবদি mind না তৌরিবনি "মনোনা মনুতে, মনসা ন মাতাম, মনসৈ়ভদম-পতভ্যাম।" পুক্নিংনা মতুবু থম্নবগী শক্তিসু লৈতে। অদুমকপু পুক্নিংনা মতুবু থাল্লুবা ঙমজবসু, পুক্নিংগী জ্যাত্তুনা মরম ওইদুনা, মতুবু থঙ্‌জবা অমসুং উজবা ঙম্মী। (The mind has no power to think it. It cannot be thought of by the mind and the mind alone can realise it.) অসিগুম্বা মীনা তাবদা তাম্নওয়বা রাহৈংরাতা ওইবা, রায়োল অনিসিবু (Two contradictory statements) করম হায়না তাইশিন্নদুনা চাম্নহন্‌গদৌরিবনো ?

জ্ঞানী—আত্মনবু মৃতমন-না (অশিবা মন-না) খঙ জবা ডম্মী, হায়বদি সংসারিকী ওইবা মপানগী রাথল কয়িগুম্বা অমত্তা খল্লবা অশি-বা মন-না মুংদা ওন্শিন্দুনা (self-introspective method) য়েংলগা, আত্মনবু জ্ঞানগী মিৎয়েংনা খংজবা অমসুং উজবা ক'ই (গীতা ৫॥২৭—২৮)। (The mind devoid of thought and turned inwards can realise Atman.) মতুডদা mind না মাগী হৌরক্কম অদুবু উজরে, অদুগা মশা অমত্তা ওইরে। মসিগী মতৌ অসি, ঐখোয়না মপানগী পোৎ অমবু মিৎনা উরিবা অদুগুম্বগী মউ নত্তে, হায়বদি subject না ob-ject পু উবগুম্বা নত্তে।

অমম্বা কা অমা লৈয়ে হায়না খল্লসি। কা অদুদা লৈ-রিবা পোৎশিং অদুবু মীৎনা উত্নুনা মশক খঙ্ননবা ডাল্হনবা দরকারনি। অদুবু মুমিৎ থোরক্লবদি, থাওমৈ থান্বগী দর-কারসু লৈত্রে, অদুগা কা অদুগী পোৎচৈশিংসু উরে। মুমিৎপু উহল্লবগীদমক থাওমৈ দরকার ওইদে মুমিৎকুম্বা মশানা মঙান লৈজরবা self পু (গীতা—৮॥৯, ১০॥২০, ১৩॥১৭, ১৫॥১২) খঙ-ননবগীদমক, মীৎকুম্বা mind না মপানগী রাথল থাদোক্ননা অশিবগুম্বা ওইহল্লগা, থম্মোইনুংদা ওন্শিনজরগা লোইরে (গীতা ৬॥২৪—২৫)।

পোৎ অমবু উগে হায়রবদি self কী মঙাল্লা য়েংহন্দুন mind না ফংলক্পা self কী মঙাল অদু, থক্কোক্হল্লকপগী দরকারনি। Heart পু উগে হায়রবদি মপানগী রাথল পুম্বা থাদোক্লবা অশিবা mind না, Heart কী মায়কৈয়োমদা লৈশিন্বগী দরকারনি। মতুঙদা mind অম্লম লৈত্রয়োই, Heart কা অমত্তা ওইশিন্খিদুনা Heart মতোম্দা ডাম্লুনা

লৈয়গনি । মরম অসিনা, self না spiritual Heart নি (গীতা —১০॥২০, ১৩॥১৭, ১৫॥১২)।

[জ্ঞানী অমগী মিৎয়েংদা অমথক্তা ওায়বা ঈশ্বরগী ফীভম-মতা, অমসুং মতুগী মনুঙ্দা অহিংবা অমসুং হিংদবা ময়াম্মা নায়তোমনা অমমম্তা লৈবগুম্মা, ঐথোয়দা নিঙ্হল্লিবা ফীভম মতা, অতুগী মরমদা খঙ্হনবা।]

( A )

১। অমথক্তা ডায়বা ঈশ্বরগী ফীভম-মতা।

খ্বায়দগী চ'ওবা ঈশ্বর ( The supreme )

(অহিংবা, অরেম্বা, মপুঙ্ফাবা Complete Absolute whole হায়না খঙ্নবা, ওমখৈ লৈতবা, condition য়াওদবা, Absolute knowledge হায়না খঙ্নবা, মনিঙ্মথা তম্বা জ্ঞান।)

নত্রগা

(সাক্ষী ওইনা শিনথুংনা লৈবা (witness), কনাগীসু মতেঙ্ য়াওদ-না মতোম্তনা ডাম্বোক্নবা মহাক্কা পূম্নমক্কী হৌরক্ফম ময়ায়চবুক্তা (central point) অহিংবা ওইনা লৈবা।)

নত্রগা

(The spiritual heart, The self হায়নসু খঙ্নবা।)

নত্রগা

(The spiritual universe, The material universe and the sense universe পুম্নমক পুন্কোন কোন্শিন্বা ভাবনা শাবা অহিংবা the universe of infinity হায়নসু খঙ্নবা।)

নত্রগা

(Scientist শিংনা One underlying unity or one ultimate Reality or one Absolute Truth হায়নস্সু খঙ্নবা ।)

নত্রগা

(জ্ঞানী ভক্তনা পুম্নমক অসি খঙ্লম্লবা মতুঙ্দা ইকোন্ কোনবদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান বাস্থদেবনা পুম্নমক অসি ওইবনি হায়না খঙ্লকপা— গীতা ৭॥১৯, ১৮॥৫৫) (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥১)

২। নায়ঃতাম ভাবা অমমম্ ওইবা অহিংবা জীবনি হায়না ঐখোয়না খঙনরীবা অসি অতৈ অমা নত্তে, Knower (ঈশ্বর) অদুমক্তা অহিংবা জীবশিংগী মুংদা তুমিন্না কনা অমত্তা খঙ্হন্দনা latent form দা লৈবনি। অসিগুম্বা খোঁদোঁ-মতা অসিবু ওইহল্লিবা অসি অতৈ অমনা নত্তে, mode of mind stuff কী ওস্থাক্-ওনশিন্ তৌবা ডম্বা খোঁদোঁ-মতা, হায়বদি বৃত্তি (vritti) হায়না খঙনবা অদুগা ঈশ্বরগী তেজগা (light or spiritual sparks of god) তিন্নদুনা ওইখিবনি।

৩। মুংগী বুদ্ধি (the internal intellect) অমস্থং মপান্গী জ্ঞান (The outgoing mind)।

[Vritti গী reflected light কা পুল্লগা ওইখিবা অদুগুম্বা মংগা মুংগী বুদ্ধিগা (internal intellect) পুন্দুনা ময়োন চেংখৎলকপা অদুবু, অন্তকরণ (inner organ), হায়বদি মুংগী ইন্দ্রি হায়না খঙ্নবা অদুনি ।]

[ Modes of mind stuff, হায়বদি mind stuff কী ওস্থাক্-ওন্শিন তৌবা ডম্বা খোঁদোঁ মতা অসিনা মরম ওইদুনা, ঐখোয়না মপাল্দা মীৎনা উবিবা পোৎশক্ নায়বাময়াম অসি ওল্লকই। মরমদি scientific lawগী মতুং ইন্না, mind না matter ওল্লকই, অদুগা matter না অমুক mind ওল্লক্ই। মসি degree of vibration খেন্নবগী রাতনি ।]

[মপাম্বোংগী ঐখোয়না উরিবা পোৎশকৃশিংদগী সাধারন মীয়ামা খঙ্নরীবা মপাম্বোংগী জ্ঞান ওইরকই ।]

৪। Modes of mind stuff কা মপাম্বোংগী জ্ঞানগা পুনশিল্লগা, ঐখোয়না মীৎনা উরিবা physical world অসি ওইরকৃই ।

( B )

১। অমথক্তা ভায়বা ঈশ্বর অহু The self pure knowledge নি ।

২। জীবগী অশেংবা শক্তমদি পরমাত্মানি, হায়বদি The knower (ঈশ্বর) নি ।

৩। বুদ্ধি (The intellect) অমসুং পুক্নিং (the mind) (Pramana=Perception, পুক্নিংদা কাউবা অমসুং উবা ।)

(ক) Modes of mind না মপাম্বোংগী মীৎনা উরিবা পোৎশক ময়াম ওল্লকৃই । (Mind converts into matter and vice versa, it is only a question of the degree of vibration.)

(খ) Knowledge=phala chaitanya, হায়বদি চিংহন্বা হায়বহুগী মরম ওইরক্ই ।

Modes of mind না, মপান্দা লৈবা ঐখোয়না মীৎনা উরিবা পোৎশক নায়বা external objects ওল্লকৃই । (Mind changes into matter and vice versa. It is only a question of the degree of vibration.) অহুগা ঈশ্বরগী তেজনা (spiritual sparks or light) modes of mind দা রৈবদা, মহুদগী খক্তোক্লকৃপা মঙাল অহুনা পোৎশিংদা লংহক্সুনা, ঐখোয়না পোৎশিংহুবু অমত্তা মাঙ্দবা তোঙান্-তোঙান্বা পোৎশক ওইনা মীৎনা উবা অমসুং খঙ্বা

হায়রবা অহু ওইহল্লি। Modes of mind গী মায়কৈরোম্দা ঐথোয়না পুক্নিং চংশিন্দহুনা, হায়রবদি থোওইদহুনা পোৎশিংবু লংহল্লিবা spiritual spark or light রোমদা পুক্নিং চংশিন্নসি। অহুম ভৌরবদি, mind অহু ভূ'মিল্লা লেপ্ত দনা অশিবগুম্না লৈথ্রগনি, অহুগা spiritual sparks or light অহুনা মতোম্ভা ভান্দুনা লৈগনি। রজঃ (activity) অমসুং তমঃ (darkness) গা মতম পুম্নমক্তা লোয়নহুনতা লৈবা, হায়রবদি লেপ্ত হুনত্তা লৈবা, রাহৈ অমরোম দা হায়রগা, রাথল অমা নত্রগা অমা থন্দুনতা লৈবা undulating mind বু, ঐথোয়না সাধারন ওইনা ইচম চম্না mind হায়না খঙ্নৈ। রজঃ অমসুং তমঃ গুণ য়াওদ্রবা mind অহু, অংশেঙ্বা অমসুং কনাগীসু মতেঙ্ য়াওদনা মতোম্তনা মঙান থোক্পা ভম্লবা mind নি (self-shining mind)। মসিনি self-realisation হায়রবা অহু। মরম অসিনা, mind বু self-Realisation ওইহন্নবগী পাম্বৈনি হায়রীবসি।

## ( C )

১। অমথক্তা ভায়রবা ঈশ্বর অহু pure consciousness নি (খঙ্ননবা পাঙ্গল ওইবা অংশেঙ্বা জ্ঞাননি)। মসিবু eternal, নত্রগা মতম পুম্নমক্তা লেপ্ত দনা লৈরবা সাক্ষীসু হায়নৈ।

২। মসুংগী ইন্দ্রিগা (Inner organ) থক্তোক্লকপা মঙাল্গা (reflected light) পুনশিল্লগা ওইথিবা অন্ত করণ (Antah karan) অহুগীসু, জীবাত্মাগীসু অমসুং পরমাত্মাগীসু অংশেঙ্বা শক্তমদি pure consciousness নি।

৩। Modes of mind গা reflected light কা পুনশিন্দুনা ওইথ্রিবা Prameya অহু অতৈ অমা নত্তে, the known হায়রবা অহুনি,

হায়বদি অখণ্ড্ বা হায়বা অদুনি। মদুগী মনুঙ্ দা পোৎশিং অদুনা মীৎনা উবা পোৎশক নায়বা পোৎশিংনি (gross objects), অদুগা light অদুনা phala chaitanya, হায়বদি হিংহুম্নবগী মরম ওইহল্লকপা হায়বা অদুনি।

( D )

১। অহিংবা জীবদা য়াওরীবা অন্ত করণ (Inner organ) অদুদা মখা-গীশিংসি য়াওই, মদুদি —

(ক) সত্ত: (জ্ঞান নত্রগা মঙান, knowledge নত্রগা light.)

(খ) রজ: (modes of mind, intellect (বুদ্ধি), mind (পুক্নিং)

(গ) তম: (মীৎনা উবা পোৎশক নায়বা পোৎশিংগী জগৎ-gross objects, the world.)

২। মতৌ অদুগুম্নদুনা, মীৎনা উবা মালেমগী (cosmos, the world গী) মরমদা খল্লুববদি —

The cosmic mind, হায়বদি the Eternal Being দা মখাগী-শিংসি য়াওই, মখুদি—

(ক) সত্ত: = ঈশ্বর (জগৎ সংসারগী মপু—The Lord of the universe.)

(খ) রজ: = থরায় পানবা জীব অমমম (the individual jiva.)

(গ) তমঃ = জগৎ সংসার (The universe)

( E )

Brahma= ১। সত্ঃ (Being)
মসিবু অহিঙ্‌বগী তুঙ্‌নফম
(substratum=Adhara)
২। চিৎ (Knowledge)
৩। আনন্দ (Bliss)

চিৎকা আনন্দগা পূন্নগা বিশেষ (distinctive from) ওইরকই (মায়ানা তোঙান্-তোঙান্‌বা পোৎশক ওইনা উহল্লকই)। মসিদগী অমুক মথাগী অনি অসি অমুক ওইরকই মতুদি —

(ক) Natural (The universe or the world)

(খ) Artificial (multiplicity of objects)

(মায়ানা সত্ঃ বু মমৃহনবা ঙমদে, অতুম্নদি ওইরগা, মহাক্না চিৎ অমসুং আনন্দবু মম্‌হন্দুনা (শুমহৎতুনা) মথোয়বু তোঙান-তোঙানবা পোৎশক নাইনা উহন্‌বা ঙম্মী।)

( F )

থোরিবু মমৃলি মমৃলি তোবদা লিন অমা ওইনা ঐথোয়না উই। মফম অসিদা, থোরি অসি Being ওইরীবা আধারা হায়বদি তুঙ্‌নফম্‌নি (substratum)। মমলি মমলি তোবনা মায়া, হায়বদি অশেঙ্‌বা শক্তমবু ওন্নতৈননা উহন্‌বনি। লিন ওইনা উবা হায়বা অসিনা artificial, হায়বদি থুৎশেম্‌গী ওইবা পোৎশক অমা ওইনা উহন্‌বনি।

## ( G )

সত্‌ = Being = The substratum (আধার)। মসিদগী পোৎশক নায়বা অমমম্ থোয়কপনি, চায়বদি জীবনু মায়'না (Ignorance) খুমজিল্লুনা, মীৎনা উত্থিবা হকচাং ওইনা উহন্‌বনি মফম অসিদা মায়া (ignorance) চায়বা অসি, self পু খঙ্‌নবা :হৎনদবা হায়না খঙ্‌নৈ। জীব হায়বসি জ্ঞান (knowledge) অহুমখি। অহুমকপু মায়ানা মরম ওইহুনা (ignorance না মরম ওইহুনা), অংশবা পোৎশকপু ওম্বৈতননা উরকই অমসু' খঙ্‌লকই অহুম ভৌহুনা মপানখোংগী হকচাংবু (gross body), জীবনি হায়না নিঙ্‌লকই।

সাধক— লাইরিক পাবনা করিস্নু কায়বা কংদে। ঐ লাইরিক মায়না পাজরে, অদুবু অমুক মাপ্পা লাইরিক পাহুনসু, practical ওইবা কায়বা অমত্তা কংদে। করম্বা মতমদা, করম্বা মফমদা, করম হায়না, ঐবু করি ভৌজো হায়বগে ?

জ্ঞানী—যোগ তৌ, ধ্যান তৌ হায়বদা, মীশিং অদুনা মতম থরা যোগ, ধ্যান তৌরম্মী। অদুবু মথো'য়না যোগ, ধ্যান অদুদগী মত্তাংদু ওইরবসু, তৌবা হথা শক্তি ওইদবস্নু করিমত্ত কংদে হায়হুনা, কায়দবা পাংনি, মতম মাঙ্‌নবনি হায়হুনা খ'দোকখি। মত্তাং অমসুং তৌবা হথা শক্তিশিং অসি, যোগ অমসুং ধ্যানগী progress নত্তে। যোগ, ধ্যান মতম কায়দনা অমসুং অংৎপা লৈহনা তৌরিবা অদুমক progress নি। মথোয়না যোগ ধ্যান তৌবা অদুদা ঈশ্বরগী নাম মত্ত, অদুগা ঈশ্বরবু থাজবগ লোয়ননা নিংজহুনা, ইবুংঙোগী খোজান্ হাইজদবনি। ঈশ্বরগী নাম লোজবা, ধ্যান তৌবা অদুদা কায়রবদি অদুমক লৈং: মী মশাঙক অদুনা খঙ্‌লবদি য়াই।

সাধক—ঐনা থস্কবদা জ্ঞানী অমনা থল্লিবা পুস্নমক অসি সাত্বিক জ্ঞানগী (Intuition—গীতা ১৮।২০) মথা পোল্লে। Intuition বু কপৎহনবা য়াইদ্রা ?

জ্ঞানী—Self পু মুম্না খঙ্লবা মুনি ঋষিশিং অদুনা মশামক্তা ক'ওরদুনা চুম্নবা অসিবু, মীয়ামদা খঙ্হন্নবা কোংলোয়রকপনি।

Ego হায়বা অসি কনাগুম্বা মী অমগী মমি লৈবক্তা ভাবগুম্বনি। Ego লোৎশিল্লগা কাওহনগে হেৎনবা মী অদু অপঙ্বনি। Self পু unlimited ওইনা থনবদা Infinite ওইরে, অদুগা Reality সু ওইরে।

কোলোন ময়াম অমগ-অমগা অমত্তা মাল্লদে, অদুগা মশীংশু য়াম্মী। অদুমদি ওইবগা, সমুদ্রদি অমথক্তনি। অদুগুম্বদুনা, Ego মশিং য়াম্না য়াম্মী, অদুগা Self তি অমথক্তনি। ঐ অসি Ego নত্তে হায়না থনবদা Reality অদু মশক খঙই। অদুগদি করিগীদমক ঐ ইশামক্তা, Ego গা অমত্তা ওইশিনখিবনো ? মসি অসিগুম্বা ফাওনি—"হিদাক থক্পদা শুং [illegible] য়দবনি হায়বা অসি ঐ ইশানা খঙ্ন-খঙ্না, হিদাক থক্পা মতমদা শুগৎভবা ভুমদতু না হেক্তা শুগৎপগুম্বনি।" সংসার অসিদা লৈরিবা ঐশ্বর্য্য মীচম্-দম্ অসিগুম্বা মতৌ অসিগা চপ্ মান্নে। Reality লৈ হায়বা অসি খঙ্দ্রবা কাওবদা, ঐখোয়না ধ্যান তৌবদা "শিবহম", "অহম ব্রহ্মস্মি" হায়না শোল্লিবা করিগীনো ? মসিগী মনুঙ্দা লৈরিবা ভাব অদু থিজোক্না খঙ্তোকপা দরকারনি। চিন্নগা মসিগী য়াইহৈশিং অসিবু হন্ন-হন্না হায়রকবনা অদুগা থল্লুবনা, করিসু কাম্লরোই।

Reality হায়বা অসি ইচম চম্না খঙ্ননবা হায়রবদা, Ego লৈহন্দবা হায়বনি। Ego হায়বা অসি করিনো হায়না মুম্না খঙ্দোক্লগা, মাবু লৈহন্গুমসি। মরমদি Ego অসি মশক

থঙ্না লৈবা (Existence) পোৎ নস্তে। ঐখোয়না Reality বু হেক্ থঙ্লক্পদা, Ego দি মশানা অহুম্মক্ মাঙ্জগ্রদবনি। মসিগী method অসি direct method নি। অস্তে অতোপ্পা method পুম্নমক্তি, Ego অসি লৈন-লৈনা, অপাম্বা লমথুংকম অদু ফংননবা হোৎনবমক্তনি। মরম অদুনা, method শিং অদুদা চিংনবাময়াম থোরকই, অদুগা লোয়বা থম্বা নায়ত্রবা রাহং কয়াস্ু থোরকই। তৌইগুম্বসুং হৌজিক্কী direct method অসিদদি, হংগদবা রাহং অমথক্তনি। মদুদি, ঐ কনানো? মদুগী পাওখুমদি, ঐ Reality নি।

মসিদগী হেনবা অঙকপা অমা লৈতে, মদুদি ঐখোয় ইশামক Reality অদু এইরগা, ঐখোয়না Reality বু করম হৃ'য়না খিগদোরিবনো? ঐখোয়না খল্লি, Reality বু উহন্দনবা করিগুম্বা পোৎ থরনা মাবু কুপশিন্নুনা থম্মী। মরম অদুনা, Reality বু থঙ্গে হায়রবদি, মখোয় অদুবু মাঙ্হন্দবা য়াদে। মসি য়াম্না নোক্লিংবা য়ানি। যোগ বশিষ্ঠনা হায়রী "Real অদুদি ঐখোয় থঙ্হন্দনা লোৎতুনা অমম্সুং উহন্দদুনা লৈরি, অদুগা অরানবা শক্তম অদুনা অশেঙ্বা শাররদুনা ঐখোয়দা উহল্লি।" থাঙ্গেলেংবমক্তি, ঐখোয়না Reality অদুতবু উরিবনি, অদুবু ঐখোয়না মাবু থঙ্দবগী রাতনি। অপাম্বনা জ্ঞানবু কুপশিন্দুনা Reality বু থঙ্দবা ওইহল্লিবা অদুগুম্বা অজ্ঞান অদু (গীতা ৩॥৪০) মাঙ্খিবদা, জ্ঞান-না জুমিৎকুয়া ডাক্নুনা ঐখোয়না Reality অদুতবু (ঈশ্বর অদুতবু) পুক্লিংগী জ্ঞান-না উগনি (গীতা ৫॥১৬)। মসি অঙকপশিংগী মমুঙ্দা অঙকপা অমা নৎত্রিবা?

# লাইনিং লম্বেল।

# ( System and path of Religion )

## Vol. II

## Part 3

"ধ্যায়ে তং পরমং ব্রহ্ম পরমাত্মানমীশ্বরং।
নিরীহমতিনির্লিপ্তং নির্গুণং প্রকৃতেঃ পরং ॥১॥
সর্ব্বেশং সর্ব্বরূপ সর্ব্বকারণকারণং।
সত্যং নিত্যঞ্চ পুরুষং পুরাণং পরমব্যয়ং ॥২॥
মঙ্গলাং মঙ্গলার্হঞ্চ মঙ্গলং মঙ্গলালয়ং।
স্বেচ্ছাময়ং পরং ধাম ভগবন্তং সনাতনং ॥৩॥"

### ১। রাজ যোগ।

(ক) অহানবা শরুক।

( রাজ যোগ করিনো খঙ্হন্বা )

[ "রাজ যোগ অসি reason গা কোন্নবা science মখল অমনি। মসিনা spiritual world অমা শেমগৎলি। যোগ অসিনা জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা তিন্শিন্নবা হোৎনবনি। রাজ-যোগ অসিবু অভ্যাস তৌগদবা মীনা চৎকদবা নিয়ম খঙ্হন্বা।" ]

ঐখোয়না হৌজিক্কী মতমদা খঙ্নরিবা science অসিগুম্না, রাজ যোগ science অমনি। মসিনা mind বু মচা-মচা খোক্না খায়দোক্না

মনুংহুক্কিল্লা অচুম্ববু থিজল্লি। অদুগা লোয়ন-লোয়ননা, super-sensuous world গী fact শিংবু থিদোক্তুনা, spiritual world অমা লেমগৎলি। জগৎ সংসার অসিগী spiritual teacher শিংনা, হায়বদি Jesus paul অমসুং Peter শুম্বনা হায়রম্মী, মতুদি "ঐ ইশাবক spiritual world উরে, অদুগা থঙ্লে।" মথোয়গী মশাদা কাওদুনা থঙ্লিবা অসি যোগ ননি। সংসারিকী ওইবা নীংশিংনবা পাঙ্গল, নত্রগা থঙ্ননবা পাঙ্গল (memory or consciousness) অদুনা মরম ওইদুনা, ঐথোয় অহিংবা জীবমক্তনি হায়না থঙ্লিবা মথঙ্ অসিনা, অয়োইবা পথেং নত্তে। রাহৈ অমরোমদা হায়রগা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না অধিযজ্ঞ ওইদুনা হকচাংদা লৈবনা (গীতা ৮॥৪), নত্রগা ইবুংঙোনা আত্মা ওইনা জীবগী থংম্বোয়দা লৈবনা (গীতা ১০॥২০), ঐথোয় অহিংবা জীব ওইরিবনি হায়বা অসি, memoryনসু consciousness নসু মপুঙ্ ফানা থঙ্বা ঙমদে হায়বনি। Consciousness কী মথংদা super-consciousness কী ফীভম মতা অমা লৈরী। Super-consciousness অমসুং unconsciousness কী ফীভম-মতা অনিমক পুক্নিংদা কাওবা ঙম্লবসু, অনিমক অসিগী ফীভম-মতা য়াম্না খেৎনৈ, মতুদি তামসিক জ্ঞানগা (গীতা ১৮॥২২) সাত্বিক জ্ঞানগা (গীতা ১৮॥২০) খেন্নবগুম্বনি। রাজ যোগ হায়বসি reason গা কোম্নবা science মখল অমনি। Concentration of mind, হায়বদি পোৎ অমথক্তদা চপ্ যুংনা থনবা হায়বসিনা, জ্ঞান পুম্নমক্ থঙ্ননবগী মরুনি।

যোগ-না থঙ্নবদি মীওইবগী জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা, হায়বদি ঈশ্বরগা তিনৃশিন্নবা হায়বনি। রাজ যোগ অসিনা ঐথোয়দা তশীরি, মতুদি মীৎনা মপান্দা উরিবা পোৎ পুম্নমক অসি, ঐথোয়গী মনাই ওইনা থনগদবনি।

রাজ-যোগকী থোওংদি mind অসিনা consciousness কা লোয়ননা থবক তৌবনি। মীওইবগী মতোংশী অসেঙ্বা অকুপ ওইরিবা অহিংবা infinite অদুবু, হায়বদি অমমকা ওইনা, মতম পুম্নমক, মফম

পূম্নমক্তা অমাঙ্-অতা লৈতনা, কোংদোক্তনা লৈরীবা "অশেংবা শক্তমগী ঐ" অহূবু (গীতা ২॥১৭) থোননবা, consciousness না শম্জিন্নবা মরী অমা ওইহন্বনি।

ঐখোয় ইশা-ইশানা খঙ্নরীবা সংসারিক্কী ওইবা ঐ হায়বা অসিদা, consciousness খজিক্তমক য়াওই, unconsciousnessসি য়াম্না য়াওই। অদুগা মখোয় অসিগী মদুগু ইচন্-চন্দ্রবা, ঐখোয়না সুকৃখঙ খঙ্দ্রবা super-consciousness কী কাংভম মতাদি consciousness কী য়াংম-দা পাক্-চাওনা ভম্থৈ লৈতনা লৈ।

থাজবগা লোয়নননা রাজ যোগ অসিবু অভ্যাস তৌরবদি, ঐখোয়গী mind গী মরোল মরোল নায়না লৈরীবগী কাংভম, অমসুং মরোল থুদিং-মক্তা য়াওরিবা fact শিংবুসু মথং-মথং খঙ্লকনি। Mind গী মরোল থুদিংমক্তা খঙ্লক্লিবা, অনৌবা সংসার অমুগা লোইন-লোইননা, ঐখোয়-দা অনৌবা শক্তি হেন্গৎলকনি। অমুগুম্না অনৌবা শক্তিশিং অদু কংলগা, ঐখোয়না তাক্লিবা-লম্থুংকম অদু য়োক্লিন্দৈদা, লম্থাঙ্দা লেপ্লোইদবনি। মরমদি লম্থাঙ্দা কংলিবা অনৌবা শক্তিশিং অদু, লম্থুংকম্দা লৈবা শক্তি অদুগা চাংদম্নক্রবদি, জিক্লি মচেৎ অরংবশিংগা মণিমুক্তাগী থোনিগা চাংদম্নবগুম্বনি।

রাজ যোগ অসিবু অভ্যাস তৌগে হায়না থনবা মীশিংনা মথাদা ইহিবা নিয়ম অহুম অসি ঙাকদবনি।

১। ঈশ্বর অমসুং অচুম্বা নত্তনা, ঐখোয়গী হৌজিক্কী জগৎকী অম-সুং ভুংগী জগৎকী লুংঙাইবা পূম্নমক থাদোকদবনি। হৌজিক্কী ঐখোয়গী জগৎ অসি হয়াঙ-লুংঙাইবগী নত্তে, অচুম্ববু থিদোক্তুনা খঙ্ননবগীদমক্ত-নি। মীওইবদি রাখল থনবা গুম্না জীবনিনা, অশিববু জয় তৌহুনা, অনৌবা মঙাল অমা কংক্লিবা কাওবা কম্না হোৎনগদৌবনি। Soul দি গুপা থায়দে। কেশ, জাতি, মকম অমসুং মতমগী খেন্নবসু লৈতে।

২। ঈশ্বর অমসুং অচুম্ববু খঙ ননবা হোৎনবদা, পুক্নিং লাংতক্খদ্রুনা (জিজ্ঞাসু ঃ—গীতা ৭।১৬), মতম পুম্নমক্তা লৈগদবনি। ঈশিংদা ইরাক্নরবা মী অমনা, মুংখাস্বরতবু হোল্লনবা হোৎনবা অহুগুম্মা, ঈশ্বর অমসুং অচুম্ববু খঙ্ননবা হোৎনগদৌবনি। রাজ-যোগ অসি অভ্যাস তৌবদা লম্‌থাঙ্‌দা অনৌ-অনৌবা ফংলকপা শক্তিশিং অহু অয়েম্বা কান্নদবা পোৎনি হায়না য়েংলোইদবনি।

৩। Training মথল তরুক হোৎনগদবনি। (১) মপাম্বোংগী রাখল খন্দনবা mind control তৌবা, (২) জ্ঞানেন্দ্রিয় পুম্নমক control তৌবা, (৩) mind না থম্মোইনুংদা ওন্‌শিন্‌বা, (৪) অয়াবা কোঙ্গাই,শাওনিংবা য়াওদনা থাঙ্‌বা (৫) রাখল অমথক্তদা mind না খনবা তম্বা, (৬) অন্ধবিশ্বাস (superstition) থাদোকপা। ঐ অসি হুম্ববনি হায়না খল্লবা। ঐগী অশেঙ্‌বা শক্তম্ করিনো খিদোক্কুনা, ঈশ্বরগা ঐগা মশা অমত্তনি হায়না খঙ্‌জিবা ফাওবা কন্না হোৎনবা।

মথকী নিয়ম অসিবু ঙাক্লুবদি, রাজ যোগকী করিগুম্বা অমত্তা কান্নবা ফংলোই। ঐখোয়না Absolute nature অহুবু রাখল্লা খন্‌বদি ঙম্মী, অদুবু মহুগী ফিভম-মতা অহু describe তৌবদি ঙমদে। ময়মদি মাবু হায়দোক্নবা হোৎনবদা, ঙমখৈ অমা লৈহন্দুম', Absolute ওইহন্দে। রাজযোগ অসিগী মপান্না sense-limit কী রাংমদা reason বুস্থু লানথোকপা, হায়বদি transcend তৌবা ঙম্মী।

# রাজ যোগ।

## (খ) অনিশুবা শরুক।

### (রাজ-যোগ-কী নিত্তি নিয়মচিংবা খঙ্‌হন্‌বা।)

[ "Imagination না রাখল খল্লনবগী হোরক্লকমনি। যোগকী দরকার ওইবা নিত্তি নিয়মশিং খঙ্‌হন্‌বা। অভ্যাস তৌগদবা মতম,

যোগকী কম্‌কম্‌. পুক্নিংনা থন্‌গদবা রাথল, নুংশাস্মর হোনবগী মহোন্‌ শম্না থঙ্‌হন্‌বা। " ]

মীপুম থুদিংমক্না চাওথৎননবা মশানা হোৎনজগদবনি। পুম্নমক, হায়বদি লাই, মী. শা, থরাই পান্‌বা জীব অমম্তু' থরাই পান্দবা পোৎ পুম্নমক centre দা, হায়বদি ময়াই চবুক ওইবা অমথক্তদা তিনৃগদবনি— গীতা (৭॥৬) (৯॥৪) (১০॥৪) (১৩॥১৫) (১৮॥৪৬)। "Imagination না Inspiration গী থোংজিন্‌-নি অমম্তুং রাথল থম্নবগী হৌরক্‌কম্নি।" হায়-বদি ভাবনা শাবনা লাইগী মপাওথোজ থঙ্‌ননবগী থোংজিম্নি, অদুগা মসি-না অমুকম্তু লমথুংকম ফংননবগী অমম্তুং রাথল থন্‌বা হৌননবগী মরুনি। Prophets, poets, discoverers পুম্নমক imaginative power য়াম্না লৈবা মীমক্তনি। Nature বু থঙ্‌ননবা তাক্‌পসি, ঐথোয়গী মুংদা লৈয়ে। মুংতুম মচা অমা শুন্‌বদা মপান্দ চৎথোক্‌খিদুনা তাখি, অদুগা gravitation বু থঙ্‌লক্‌পদি, ঐথোয়গী মপান্দগী নত্তে মুংদগীনি। য়াম্না চাশিন্‌বা, য়াম্না চায়া হেন্‌বা, য়াম্না তুম্বা, থজিক্তা তুম্বা মীশিংনা যোগী ওইবা য়ায়োই— (গীতা ৬॥১৬)। যোগ অসিগী দরকার ওইবা নিত্তি-নিয়ম অক্তমথক্‌ লৈ, মদুদি (১) মপাস্থোংগী হক্‌চাংগা কোম্নমা পুক্নিং শেংগদবনি। অমোৎপা থবক পুম্নমক হায়বদি পুক্নিংবু ওম্নতৈনবা মায়কৈদা চিংথোক্‌খিবা পুম্নমক থাদোক্কদবনি। (২) থাঙ্‌বা কন্‌-গদবনি, হায়বদি রাজ যোগ তৌবা অহান্‌বা হৌরক্‌পদা, অঙকপা কয়া উরক্তনি অমম্তুং থঙ্‌লক্তনি, মথোয় অদুবু কাম্নদবনি থজোক্‌না লংশেক্কদ-বনি, হায়বদি মদুদা পাম্মুদনবা থাঙ্‌বা তমগদবনি। (৩) নোম্বা কন-গদবনি, হায়বদি হকচাং ফরিভৈদম্তু, নারগম্তু নোংমত্তা ফাওবা লেপ্তুনা অভ্যাস তৌগদবনি।

অভ্যাস তৌবগী থ্বায়দগী অকবা মতমদি, মুংথিলগী মতমগা মুমিদাং-গা লোম্নবা মতম, হকচাংগী ফীভম্না zero point তা লৈবা, হায়বদি

হকচাংনা নোম্বা-খোৎপা তৌদবা শান্তিগী মতম। মসিদা ঙমখ্রবদি, লুমিদাং ভূম্‌লুবদগী হেক্‌ হৌগৎলক্‌পদা, অমম্তুং লুমিদাং ভূমজিন্‌গী হেক্‌ মমাঙ্‌দা, রাজ যোগ practice তৌগদবনি। লুমিৎ খুদিংগী ইরুজত্তুনা হকচাং শেংদোক্কদবদি।

ইরুজবা লোইরগা ফম্ফম্‌দা চেৎনা ফম্‌গদবনি, হায়বদি চিংত্তুম অমবু করিমত্তা লেঙ্‌হন্‌বা ঙম্‌দবশুম. ঐবু কনামত্তনা লেঙ্‌হন্‌বা ঙমজবনি হায়না রাখল্লা থন্‌গদবনি। কোক, লেংবান, নীঙ্‌ চুমজিং চুম্না লৈত্তুনা ফম্‌গদবনি। য়াংলেন শক চুম্না free ওইনা লৈগদবনি, মরমদি রাজ যোগংকী থবক পূম্নমক য়াংলেন শক অত্তুগী মফুঙ্‌দা তৌগদৌরিবনিনা, মত্তুবু শোম্বতন্নবা তোৎনগদবনি, ফত্তম্দবা য়ামদ— (গীতা ৬।১১-১৪)।

খোঙ্‌গী খোঙ্‌পাদগী হৌত্তুনা হকচাংগী শকক খুদিংমক করিমত্তা অকায়-অতোই নৈতে, perfect ওইদ্রি হায়না থন্‌গদবনি। ঈশ্বরনা পীনবা হকচাং অসিনা খুৎলাই ওইত্তুনা, মপান নায়রবা সমুদ্র লাম্বোক্‌না, রাংমগী সমুদ্র খোংবান য়ৌত্তুনা eternal truth য়ৌগদৌরিবনি হায়না পুক্কিংনা নিঙ্‌গদবনি। নংত্তোন মথুল অনিমক্তা দুংশাস্বর শাংনা চিংশিন-ত্তুনা, মত্তু অমুক মপান্দা হোন্দোকনি। মত্তুগী মত্তুংদা দুংশাস্বর হোৎজিন-লগা, ওন্নিবমথৈ কুইনা ফাজিন্দুনা থম্‌গদবনি। অত্তুম হায়না মখিরক তৌগনি। অত্তুগী মত্তুঙ্‌দা মী অত্তুগী মংহৌশাগী দুংশাস্বর মতোন অত্তু তেম্মুনা, মত্তান্‌ পীনবিয়ু হায়ত্তুনা ঈশ্বরদা খুৎখজগনি। "জগৎ সংসার অসিবু শেম্বীরিবা ইবুংঙো নহাক্কী নত্তিক নত্তুশবু ঐনা ধ্যান তৌজরী, ইবুংঙোনা চান্‌বীত্তুনা mindবু ঙাম্মোক্‌কনবীয়ু।" অমুম হায়দা য়ামক্রবদা মিনিট ১০/১৫ ধ্যান তৌগনি।

ঐগী experience অসি শুরু নত্তনা কনামত্তদা হায়দোক্লোইং-দবনি।

ধর্ম্মদা অমসুং পূণ্য চেন্‌বা থবক্তদা রাখল খন্দুনা লৈবা ওম্‌গদবনি। ঐখোয়না নিঙ্‌লিবা অদু ত্তুংদা অতুম্মক ফংলকনি (গীতা ৮।৬)। সংসারগী রাংথদা লৈবা ঈশ্বরবু ঐখোয়না থাজৈশেংনমক্ পূক্নিংদা ফাওদুনা, রাজ যোগকী মপান্না, পূক্নিংগী জ্ঞান্না উজবা অমসুং খঙ্‌জবা ওম্‌গনি, গীতা (৫।২৪)(৬।১৫)(১০।১১)(১৩।২৪)।

[ " Mind গী লৈমাইগুম্বা চিত্তদগী থোরক্লিবা রাখল পুম্নমক, রাজ যোগনা থিংননবা হোৎনৈ। ঐখোয়গী জগৎ সংসার অসি জ্ঞানেন্দ্রিয়না শেম্বনি। জ্ঞানেন্দ্রিয়বু control তৌবা ঙম্বদা spiritual life ওইরে। ঐখোয়গা মপান্‌গী হকচাংগা তোঙান্-তোঙানবনি হায়না খনজুনা, হকচাংবু খুৎলাই ওইনা লম্‌থুংক্নম য়ৌনবা ঐখোয়না শিজিন্নবা য়াই। Mental power খুড়ুম চন্নবনা যোগ অভ্যাসকী ইহান হান্‌বা উদ্দেশ্যনি। " ]

যোগীশিংনা মীওইবগী ইন্দ্রিবু মরু ওইবা অনি থোক্লা থায়দোকই। মদুদি (১) জ্ঞানেন্দ্রিয়, নত্রগা জ্ঞান, (২) কর্ম্মেন্দ্রিয়, নত্রগা থবক।

জ্ঞানেন্দ্রিয়, নত্রগা mind অমুক মরি থোক্লা থায়দোকই, মদুদি (১) মন, হায়রবদি, রাখল থন্নবগী জ্ঞান। মসিবু control তৌবা ঙম্লবদি, অরেম্বদা যাঙ্‌ননবতা ওই। অদু নত্তদুনা, মাবু control তৌবা ঙমলবদি, অঙকপগী শক্তি অমা ওই। (২) বুদ্ধি হায়রবদি নিঙ্‌বগী পাক্কল। মসিবু intellect হায়নস্ত খঙ্‌নৈ। (৩) অহঙ্কার, হায়রবদি ঐগী হায়দুনা চাওখোক্‌পা (৪) চিত্ত, হায়রবদি রাখল পুম্নমক অসি চিত্ত-দগী থোরক্‌পনি। মসি mind গী লৈমায়গুম্বা পোৎশক্তি, নত্রগা সমুদ্রগুম্বনি। মদুদগী তোঙান্-তোঙান্‌বা রাখলশিংনা ইথক্-কুম্না থোরক্‌পনি।

রাজ-যোগ হায়রবসি science অমনি। চিত্তদগী তোঙান্-তোঙান্‌বা রাখল পুম্নমক পুথোরক্‌পা, নত্রগা তোঙান্-তোঙান্‌বা faculty ময়াম

ওঙ্খোক্হল্লিবা পূন্নমকপু, ঐখোয়না রাজ-যোগকী মতেঙ্না থিংই। থাগী মমি-না ঈথক্ হৌরিবা সমুদ্রদা তারগা, মচেৎ-মচেৎ ওইনা উবা অদুগুম্না, আত্মনগী মমি অদু mental wave তা তারগা মচেৎ-মচেৎ ওইনা উই। সমুদ্রগী ঈথক্ হৌহন্দনা, শকম্নেং মিংশেল্গুম্না তুমিন্না লেঙ্হন্দনা লৈরবা কান্দতা, থাগী মমি মপুঙ্ ফনা নিংথিজনা উবা অদুগুম্না, mind stuff ওইরিবা চিত-বু control তৌদুনা লেঙ্হল্লবা মতম্তদা, self পু (ঈশ্বরবু) নিংথিজনা থঙ্জবা, অমদি উজবা ঙম্গনি (গীতা ৫॥২৬)।

Mind অসি য়াম্না fine ওইবা, মঙং নায়বা পোৎশক্ অমা ওইরবসু, মীহুগী body দি নত্তে। Body না mind বু কাজিন্দুনা থম্বা ঙমদে। মসিগী প্রমাণ-দি, হক্চাংগা মরী স্নুক্লৈ লৈনদনা, mind না অপাম্বা অমা ভেক্কা রাখল থন্বা ঙম্মী।

হৌজিকী জগৎ সংসার অসি, ঐখোয়গী জ্ঞানেন্দ্রিয়না শেম্জবা জগৎ সংসারনি। মরম অসিনা, জ্ঞানেন্দ্রিয় থোয়বগী মতুঙ্ ইন্না মী, শা, উচেক্শিংগী জগৎ সংসার অমত্তা মায়দে। জ্ঞানেন্দ্রিয়বু থুদুম চন্বা মতমদা ঐখোয়গী জগৎ সংসারসু থুদুম চন্বা ঙম্গনি অরাংবা থাকী জীবশিংগী-দি, freedom না, হায়বদি মুক্তিনা চাংয়েং অমনি। জ্ঞানেন্দ্রিয়না ঐখোয়বু কাজিন্-পুনশিন্ বদগী (গীতা ১৪॥৫) ভেক্ক নাম্বোক্পদা, ঐখোয় spiritual life হৌয়ে (গীতা ৫॥২১)। জ্ঞানেন্দ্রিয়গী থুদুম মথাদা লৈবগী ফীভম্সু ঐখোয়না হৌজিক ওইরীবা জগৎ সংসার অসিবু থঙ্নৈ (গীতা ৫॥১২)। শম্না হায়রবদ, জ্ঞানেন্দ্রিয়না control তৌবা মী অদু মীনাইনি, মপু নত্তে।

ঐখোয়গী mind stuff কী ঈথক্ মচা-মচাশিং অদু লেঙ্হন্দনা তুমিন্না লৈহন্বা ঙম্লবদি, ঐখোয়গী হকচাং অসি লৈতবগুম্না থন্বা ঙমগনি। চহি লিশীং কয়া চংনা হৌজিক ওইরীবা মীওইবগী হক্চাং অসি ওইননবা, অম্বপকী মতিক ঐখোয়না হোৎনদুনা লাক্লে, মদুদি অদুম হায়না হোৎনবদুদা থরাই য়াওবন্ খদুনা, ঐখোয়গী থাজৈশেংবা লম্লুকম

করিনো হায়বা অদু কাওথ্রে। অদুগুম্বা body making অসিনা ঐখোয়-গী হোৎনজবগী লমৃথুংফম ওইরমাল্লে খল্লুয়ে। মসিবুনি ঐখোয়না মায়া হায়না খঙনরীবা অদু (গীতা ৭।।২৫)। অসিগুম্বা শেন্নাম্লনা থাজবা অসিবু থাদোক্‌্না, অশেঙ্‌বা লমৃথুংফম য়েননবা, ঐখোয় হকচাং অসি নত্তে, হকচাং অসি ঐখোয়গী মীনাইনি হায়না খন্‌বা হোৎয়সি।

Mind অসি হকচাংদগী তোঙানবনি হায়না খল্লুনা, হকচাংগী মপান্দা ঐখোয়না লৈবগুম্না খন্‌সি। হকচাংদা sensation অমস্তুং life পীশিল্লুনা (গীতা ১৪।।৩) হক্‌চাংনা অহিংবনি অমস্তুং Real নি হায়না খন্‌হল্লে। ঐখোয়দা হকচাং অসিনা কী শেৎপদোনা অস্তুক কুইনা শেৎলুনা লাক্লে, মতুংদি হক্‌চাংগা ঐখোয়গা মপা অমস্তা ওইবা নত্তে, তোঙান্‌-তোঙানবনি হায়বা অসি, ঐখোয়না কাওখোক্‌উয়ে। ঐখোয়না নিঙ্‌বা মতুং ইন্না, ঐখোয়গী হক্‌চাং অসি কী লোথোক্‌পগুম্না লোথোক্লবা (গীতা ২।।২২), যোগ-কী মংঙ্‌না তোইহন্‌বা ওয়গনি। অদুন তোইদুনা হক্‌চাং অসি ঐখোয়গী মীনাইনি, মপু নত্তে, মাবু খুৎলাই ওইনা ঐখোয়না শিজিন্নবা য়াই। Mental power খুত্থম চন্‌বা হায়বা অসিনা, যোগ অভ্যাসকী ইস্থান হানবা উদ্দেশ্যনি।

## রাজ যোগ।

### (প) অহুমগুবা শরুক।

(য়ামা, নিয়মা অমস্তুং প্রাণায়ামাগী নিয়মচিংবা খঙ্‌হনবা।)

["শরুক নিপাল থোক্লা থাইদোক্লিবা রাজ-যোগকী শরুক খুদিংমক মমিংগা কোম্লনা খঙ্‌হন্‌বা।"]

রাজ-যোগ অসি মরুওইনা শরুক নিপাল থোক্লা থাইদোক্‌ই হায়-দুনা, মসিবু eight fold যোগ হায়নল্লু খঙ্‌নৈ। মখোয় অদুদি—

১। "য়ামা"। মসি য়াম্মা মরুওইবা শরুক অমনি, মরমদি মী অমুগী পুন্সি চুপা মসিগী মথা পোন্‌গদবনি। মথোয় অমুদি (১) রাথরুস্‌ রাহৈনস্‌ অমুগা থবরুস্‌ জীববু হিংসা তৌরোইদবনি (২) রাথরুস্‌ রা-হৈনস্‌ অমুগা থবরুস্‌ অপাম্বা, মীহৌবা লৈরোইদবনি। (৩) রাথরুস্‌, রাহৈনস্‌ অমুগা থবরুস্‌ লমচৎ-শাজৎ মোৎলোইদবনি। (৪) রাথরুস্‌, রাহৈনস্‌ অমুগা থবরুস্‌ অচুম্বতা তৌগদবনি। (৫) খুদোল্‌ পোৎ অমত্তা লৌরোইদবনি।

২। "নিয়মা"। হকচাং কনবা নুমিৎ খুদিংগী ইরুজবা। অকবা অমসুং অচম্বা চিঞ্জাক চাবা অসিনচিংবা।

৩। "আসন অমসুং ফিরেপ"। আসন কম্বদা নীঙ্‌, লেংবান অমসুং কোক্‌ চুম্না লৈগদবনি। য়াংলেন শরু চুম্না অমসুং free ওইনা, হায়বদি মুংঙাইতবা অমত্তা লৈহন্দনা লৈগদবনি।

৪। "প্রাণায়ামা"। প্রাণ, হায়বদি হিংননবগী শক্তিবু থুমুম চন্ন-নবগীদমক্‌ মুংশাম্বর কাজিন্‌বা তমগদবনি।

৫। "প্রত্যাহারা"। মপান্‌গী রাখল খল্‌হন্দনবা, mind না মুং-দা ওন্‌শিন্নবা হোৎনবা। অমুগা অপাম্বা পোৎশক্‌ অমদা পুক্নিং লুপ-তুনা, পোৎশক্‌ অমুগী অশেঙ্‌বা শক্তম থঙ্‌ননবা হোৎনবা।

৬। "ধারনা"। হীরম অমথক্তদা পুক্নিং চংশিন্‌বা।

৭। "ধ্যানা"। ধ্যান তৌবা।

৮। "সমাধি"। ঐথোয়গী হোৎনবগী উদ্দেশ্য ওইবা মঙালবু, নত্রগা ঈশ্বরবু ফংজবা।

য়ামা অমসুং নিয়মা অনি অসি, মী অমুগী মপুক্নি চুপ্পা অভ্যাস তৌ-গদবনি। লেমহৌরিবা শরুক অমুদি কাক্‌কৈনা তৌরিবা মতৌ অমু তম্‌-গদবনি। হায়বদি কাক্‌কৈনা অনৌবা নাপী মকা অমা লাম্বা ফংজিরবা মতম্‌দা, লান্নগী নাপী মকা অমুবু খাদোক্তবগুম্না,রাজ যোগকী শরুক অমা

মপুঙ্ ফাবা ওম্ খ্রিবা মথৈ, অনৌবা শরুক অমা তম্বা হৌরোইদবনি।

[ "প্রণায়ামনা spiritual plane য়ৌহনবা ঙম্মী। মসিনা brain, mind, will, outside sensation গা মরী লৈনহনজুনা, মীওইবগী will গী power কল্হনজুনা, অরাংবা থাক্কী রাথলবু মী অজুনা থল্হল্লী। Breathing regulation না mind control তৌবা ঙম্মী।" ]

প্রাণায়ামা, হায়বদি প্রাণবু খুজুম চন্বা হায়বনি। রাজ যোগগী নিয়মগী মতুং ইন্না, মুংশাস্বর হেন্নবনা পুক্নুংগী লৈফম য়েংজুনা ঐখোয়বু spiritual plane দা, হায়বদি আত্মাগী অমদমদা ভাবন য়ৌহনবা ঙম্মী। মুংশাস্বর হোন্বা অসি হকচাংগী শিংলৈ নাওরী পুম্নমক্কী থবক হৌহল্লবা, কোইপাই পাইজুনা লৈবা চক্রশুম্বনি। মুংশাস্বর হেন্নবনা অহানবদা প্রাণগা মরী লৈনহল্লী, প্রাণনা থম্মোইগা মরী লৈনহল্লী, থম্মোইনা শিংলৈ নাওরী পুম্নমক্কা মরী লৈনহল্লী, শিংলৈ নাওরীশিংনা brain গা মরী লৈনহল্লী, brain না mind গা মরী লৈনহল্লী। Mind গী will না মপানগী পোৎপু খঙ্হল্লিবা জ্ঞানেন্দ্রিয়গা মরী লৈনহল্লী। মপানগী পোৎপু খঙ্হল্লিবা জ্ঞানেন্দ্রিয়না, will বু মিকপ্ থোকহনদুনা অরাংবা থাক্কী রাথল, মী অজুনা থল্হল্লী। মপানগী পোৎকা মরী লৈনবদগী মীওইবগী will অসি মপাঙ্গল লেল্হল্লি। ঐখোয়না মপানগী পোৎকা অম্ভুপকী মতিক মরী লৈনৈ, মতুংদি ঐখোয়না ইশ্বাগী will গী শক্তি অসিবু মশক্ খঙ্জদে। ঐখোয়না তৌরিবা থবক অয়াম্বা, অহানবদা মপান্দগী হৌদুনা মুংদা পুশিল্লক্নবা খঙ্হল্লকপা মক্তনি। অদুম তৌদুনা মপানগী ওইবা nature গী পোৎশিংনা, ঐখোয়গী মহৌশাগী ওইবা মুংগী balance পু থুগাইহল্লি (গীতা ৫।২২)। তৌরিবা থোদো মতা অসি অয়ানবনি, অমরোমদা হায়রগা মায়ানি (গীতা ৭।২৫)। ঐখোয়গী

থ্বায়দগী কন্ব। শক্তিদি মুংদা লৈবনি। অদুগুম্বা শক্তি অদুনা মপান্গী nature গী balance অদু থুগাইহন্‌ফম থোকপনি।

ৱাথলদগী পোক্লকৃইবা ঐখোয়গী জগৎ সংসায় অসিবু, জয়-তৌবা ওয়বা অচৌ অচৌবা মুনি ঋষিশিংনা মশামক্লা থঙ্‌লদুনা হায়য়ম্লবা য়া-ফমনি, মদুদি mind বু জয় তৌগে হায়রবদি, অচানবদা কাব্রং মুগাগুম্বা থোৎ-মেংলবা অমসুং লংলবা প্রাণবায়ুবু মুংশাম্বয় হোনবগী অভ্যাসতা শিজিন্নদুনা, regulate তৌগদবনি। নিয়ম অদুগী মথাদা মুংশাম্বয় হোনবা অদুনা, শক্তি অমদগী অতোপ্পা অহেন্‌বা শক্তি অমদা, থাক্‌ থাক্ নায়না কাথৎলক্কুনা, মদুনা কাব্রং মুগাগী অকন্‌বা থৌরীগুম্বা অম ওন্দুনা, mind বু ফাজিন্‌বা ওম্মী, হায়বদি মপানগী ৱাথল পুম্নমক কাওহন্দুনা নিঙ্‌লিবা অপাম্বা ৱাথল অমথক্তদা থলহন্‌বা (concen-tration) ওম্মী। মদুনা মপানগী হকচাং লৈতবগুম্বা থন্দুনা, ঐখোয়বু ফাজিন্-পুনশিন্‌বা অমত্তা লৈহন্দে। অসিগুম্বা ফীভম অসি য়োয়বদা ঐখোয়না শিজিন্নরম্বা খুৎলাই, হায়বদি মুংশাম্বয় হোনবগী নিয়ম অদু শিজিন্নররোই।

[ " প্রাণায়ামাগী ঈচেল অনি—পিঙ্গলা অমসুং ইড়াগী func-tion মতৌ থঙ্‌হন্‌বা। পিঙ্গলা অমসুং ইড়াবু control তৌনবা হোৎনগদবনি। পাওতাক্ পীরিবা অদুম্মক, থবক ওইনা উৎপা ওম্বসি যোগীতনি। " ]

প্রাণায়ামা শরুক অহুম থোক্লা থায়দোকই, মদুদি—

১। পুরক—মুংশাম্বয় মুংদা হোজিন্‌বা।

২। কুম্ভক—হোজিল্লিবা মুংশাম্বয় অদু মুংদা খিংজুদা থম্বা।

৩। রেচক—মুংশাম্বয় মপান্দা হোন্থোক্‌পা।

Current, হায়বদি ঈচেল অনিথক্ লৈ হায়না যোগীশিংনা ভাবনা খল্লি। মখোয়হুনা brain ফাওহুনা চৎলি, অদুগা য়াংলেন শরূগী নাকল অনিমক্তা কুমথয়ক্‌ই। অদুদগী মাগী হৌয়ক্‌ফম, হায়বদি থাগী য়ুম্ফম অদু য়ৌয়রগা, brain দা অমুক্ হন্সিল্লি। পিঙ্গলা (নুমিৎ) হায়না খঙ্‌নবা ঈচেল অমনা, brain গী ওইথংবা শরুক্তুগী হৌরকই। Brain গী খা-য়োমদা ফাওদোক্লনা, য়াংলেন শরূগী য়েৎথংবয়োমদা চৎলি, অদুগা য়াংলেন শরূগী হৌরকফম্ অদু ফাওদোকই। মসিগী মওং অসি ইংরাজী ময়েক্কী নম্বর eight কী ভংথাই মাল্লি (৮)।

ইড়া (থা) হায়না খঙ্‌নবা অতোপ্পা ঈচেল অমনা, পিঙ্গলা ঈচেলগী ওয়ৈতেনবদা থবক তৌহুনা, ইংরাজী ময়েক্কী নম্বর eight মওং অদুবু মপুঙ, ফাহল্লী (8)। ইংরাজী ময়েক্কী নম্বর eight কী মওংদি ওইরগা মথাথংবা শরুক্তা মথক্তুগী চাওবা হেল্লী (8)। হায়রীবা ঈচেল অনি অসিনা অহিং নুংথিল নায়দনা মতম পুম্নমক্তা চেল্লী। অদুগা মী অদুনা হিংনবগী অকন্‌বা শক্তিশিং অদু, ভোঙান্-ভোঙান্‌বা মফমদা তুঙ্‌শিন্দুনা থম্মী। হায়রিবা ভোঙান্-ভোঙান্‌বা মফমশিং অদুবু পূল্লপ পূন্‌বা মমিংদা plexuses, হায়বদি ঈগী উভোং অমগা-অমগা লোম্নহুনা লৈবা মফম হায়না খঙ্‌নৈ (interlacing network of blood vessels)। অদুম্নদি ওইরগা, ঐখোয়না ঈচেলশিং অদু লৈ হায়না খঙ্‌বদা য়ানা থোক্কই। Concentration ভগী মতেঙ্‌না ঐখোয়না মখোয় অসিবু লৈ হায়না পূক্নিংদা ফাওহুনা, হকচাংগী শরুক পুম্নমক্তা থিদোক্পা ওম্মী। পিঙ্গলা অমসুং ঈড়াগী ঈচেলশিং অসি নুংশাম্বর হোন্‌বগা য়াম্না মরী লৈনৈ। মরম অসিনা, breathing regulation তৌরগা, ঐখোয়না ঈচেল্‌শিং অসিবু control তৌবা ওম্মী।

কঠ উপনিষ-তা body বু দোলাই=রথ ওইনা, mind বু শগোল চুল্লী ওইনা, intellect পু সারথী ওইনা, senses পু শগোল মরাম ওই-না, অদুগা জ্ঞানেন্দ্রিয়না খঙ্‌লিবা পোৎশিংবু মখোয়গী লম্বেল ওইনা

ফোংদোক্‌ই। দোলাই রথ-তা ফম্লিবা অহুনা self নি। দোলাই তোংজিবা মী অহুনা অপাম্বগী মতুং ইন্না, সারথি অহুনা শগোলশিং অহুবু চংহল্লিনিংবা মায়কৈদা চংহনবা ঙমজবদি মহাক্না অপাম্বা লম্‌থুংফম অহু য়োবা কৈদৌউদন্না ঙম্‌লোই। অহুবু জ্ঞানেন্দ্রিয়শিং অহুনা তম্‌থিরবা শগোলগুম্বা ওইরবদি, মখোয়গী অপাম্বা মায়কৈরোয়দা চংখিহুনা, মী অহুবু মাঙ্‌হনবা ক্ষাওবা য়াই। সারথিগী শগোলচুক্লীনা শগোলশিংবু চেল্‌হল্লিংবা মায়কৈদা চেল্‌হনবা ঙম্মী। অহুগুম্লহুনা মী অহুনা পিঙ্গলা অমস্তুং ইড়া ঈচেল্‌ অনিস্থিবু, মাগী মথা পোলহন্নবা ঙোংনগদবনি। অস্তুম তৌহুনা, পাণ্ডবক পীবদা মতিক চারবা মী অমা ওইননবা, অচৌবা শক্তি অহু, মী অহুদা লৈগদবনি। ঐখোয়না অহুগুম্বা শক্তি অহু লৈত্রিবরথৈ, ঐখোয়গী থবক্‌ থোক্‌লৌ থুদিংমকপু, ওইহল্লিংবা মওংদা ওইহনবা ঙম্মোই। পীরিবা পাণ্ডবক অহুবু থবক ওইনস্তু উৎপা ঙম্বা মীদি, মগীগুনি। যোগীগী উদ্দেশ্যদি moral নি, হায়বদি পাণ্ডবক পীবদা মতিক চারবা মী, ওইবনি। Great teacher পুন্নমক্‌সি যোগীমক্তনি। মখোয়না হকচাংগী ঈচেল্‌ পুন্নমক control তৌবা ঙম্মী। যোগীশিংনা হকচাংগী ঈচেলশিং অসি, য়াংলেন শরুগী হৌয়রক্‌কম্‌দা ফাজিন্দুনা থম্মী, অহুগা মখোয় অহু নম্‌হুনা য়াংলেন্‌ শরুগী ময়াই চনক্না, হায়বদি সুষুম্নাগী ঈচেলদা চেন্‌থংহন্দুনা, মথক্‌লোয়্‌দা থাগৎলি। মতম অহুদা, মখোয় জ্ঞানগী ঈচেল্‌ ওনগ্রে। অহুগুম্বা জ্ঞানগী ঈচেল্‌ অহু যোগীশিংগীদা লৈ।

[ " ন্যুংশাস্ত্রর হোন্‌বগী নিয়ম শুপাইনা থঙ্‌হনবা। ন্যুংশাস্ত্রর হোল্লিউঙেলা করম্বা মন্ত্র নিংশিংগনি অমস্তুং যোগ-সাধন থুদিংমক্তা কয়ারক্‌ তৌগনি থঙ্‌হন্‌বা।" ]

মীপুম থুদিংমক্তা নিয়ম অমথক্তা শিজিন্নবা য়াদে। অন্দঃ, হায়বদি জ্ঞান্‌লায়না অমস্তুং হৌনবী নিয়মগী মতুং ইন্না ন্যুংশাস্ত্রর হোন্‌গদবনি।

খ্বায়দগী লায়বা মওংদি মসীং থীবনা কৈ। মরমদি, মতুনা মেচিন্না তৌবগুম্না মুক্তাই কায়দে, হায়বদি অহেন্‌বা অরাৎপা নায়দে। মরম অসিনা, ঐখোয়না ধর্ম্মগী ওইবা শেংলবা য়াহৈ "ওম্" অককনবা ভম্‌গদবা মসীং থরা হন্না হন্না শোল্লি।

# প্রাণায়ামাগী নিয়ম।

য়েৎথংবা নাতোন মথুল খুবীন থিংজল্লগা, ওইথংবা নাতোল্ মথুল্‌দা নুংশাস্বর তপ্পা-তপ্পা হোংশিনগনি। মতু তৌবগা লোয়ন-লোয়ননা ওম্ হায়বা মন্ত্র মরিরক শোন্‌গনি।

মতুংদা ওইথংবা নাতোন মথুল অহুম্সু খুদেংশ্বী থিংজিন্দুনা, হায়বদি নাতোল মথুল অনিমক থিংজিন্দুনা নুংশাস্বর মপান্দা থোকহন্দনা, মুংদা কাজিন্দুনা থমগনি। মতম অদুদা ওম হায়বা মন্ত্র নিপাল্লক শোন্‌গনি।

মতুংদা য়েৎথংবা নাতোল মথুল্‌গী খুবী লৌথোক্‌লুনা, নুংশাস্বর তপ্প তপ্পা হোংন্দোকনি। মতু তৌবগা লোয়ন-লোয়ননা ওম্ হায়বা মন্ত্র মরিরক শোন্‌গনি।

অসিগুম্বা মওংদা নুংশাস্বর হোনবা লোয়রগা, থবেংশ্বীদা স্বর অমত্তা লেহৌদনবা চনীং কন্না মেৎশিনগনি। মতুংদা ওইথংবা নাতোল মথুল খুদোম্বীনা থিংজিল্লগা, য়েৎথংবা নাতোল মথুলদা নুংশাস্বর তপ্পা তপ্পা চিংশিনগনি। মতম অদুদা ওম্ হায়বা মন্ত্র মরিরক শোন্‌গনি। মতুঙ্‌দা খুবীনা য়েৎথংবা নাতোল মথুলদা থিংজিল্লগা, হায়বদি নাতোল মথুল অনিমক থিংজিন্দুনা নুংশাস্বর মপান্দা থোক্‌হন্দনা, মুংদা কাজিন্দুনা থম্‌গনি। মতম অদুদা ওম্ হায়বা মন্ত্র নিপাল্লক শোন্‌গনি। মতুঙ্‌দা ওইথংবা নাতোল মথুল্‌গী খুদোম্বী লৌথোক্‌লুনা, তপ্পা-তপ্পা নুংশাস্বর হোংন্দোকনি। মতম অদুদা ওম্ হায়বা

মন্ত্র মরিয়ক্ শোন্ গনি। মতুঙ্ দা হায়গী মতৌওয়া নুংশাম্বর হোন্দোক্পা লোয়রগা, থবোম্বীদগী স্বর অমত্তা লৈহৌদনবা চনীং কয়া মেৎশিনগনি। হায়রীবা মথক্কী নিয়ম পুম্নমক অসি যোগ-সাধানগী কম্বা খুদিংমক্তা অনিয়ক তৌগনি, হায়রবদি প্রাণায়ামা মরিয়ক (নাতোল মখুল খুদিংমক্তা প্রাণায়ামা অনিরক) তৌগনি। যোগ-সাধন তৌনবা কম্ জ্রিঙৈদা হায়া ঈশ্বরবু খুরুমজবা কৈ।

অসিগুম্বা নুংশাম্বর হোন্বগী নিয়ম অসি হাপ্তা অমা তৌরবা মতুঙ্দা, নুংশাম্বর হোন্বগী মশীং হেনগৎহন্গনি। নুংশাম্বর হোন্বগী মশীং হেন্গৎলক্পা খুদিংমক্তা ওম্ মন্ত্র শোনবগী মশীংগী চাংস্থ কায়হনবা য়াদে, হায়বদি নুংশাম্বর হোঙ্গিন্বদা ওম্ মন্ত্র মশীং তরুক ওইরবদি, হোন্দোকপস্থ তরুক ওইগনি, অদুগা কুম্ভোকী মতমদা তরানিথোই-রক ওইগনি। অসিগুম্বা শাজ্রেল মওং অসিনা মী অদুবু spiritual, pure and holy ওইবা হেন্হল্লি। শাজ্রেল অসি তৌরিঙৈদা শক্তি পাম্বা য়াদে। নুংশিবতন' মী অদুগী শক্তি হেন্গৎলকনি। রাজ-যোগ সাধন অসি তৌদুনা ঈশ্বরগী খুয়া ফংগে তান্বা মীদুনা mentally, physically, morally and spiritually ফগদবনি। মী লাখ অমগী মনুঙ্দা অমখক্তনা জগৎ-সংসারগী রাংমদা লৈবা ঈশ্বরগী খুয়া ফংবা ঙম্মী (গীতা ৬৷২০)। অচুম্ববু মায়োক্নবা ঙম্বা মী মশীং য়ায়া তাঙ্ই। অদুমদি ওইরগা, থবক অমা পাঙ্থোক্পদা, ঐথোয়না অচুম্বগীদমক শিবা ফাওবা তৌগদবনি।

## রাজ যোগ।

### (ঘ) মরিশুবা শরুক।

### ( কুন্ডলিনী যোগ-গী মরমদা থঙ্হন্বা )

[ " Soul দি formless, changeless, immortal নি, ঐ-খোয়গী জ্ঞানগী অমসুং রাথলগী রাংমদা লৈবনি। ঐখোয়না soul ওইরক্কদবা নত্তে, হায়না ওইদুনা লৈরবনি। অসিগুম্বা খঙ্ দ্রিবা অসিবু খঙ্ ননবা হোৎনববনি। পিঙ্গলা অমসুং ইড়া অশিবা হকচাংদা খিবা ফংলোই, যোগী অদুনা হিংলিঙৈদা মখোয় অসি মশাদা ইলং লংনা উগনি। Super-consciousness কী কীভমদা অরানবা অমত্তা লৈত্তে। " ]

Soul বু পোৎশক অমা ওইনা খল্লোইদবনি, soul ওইনা খন্ গদবনি। ঐখোয়না soul বু হকচাং লৈবদোনা খল্লি মদু অরান্বনি। ঐ-খোয়গী রাথলনা অমসুং জ্ঞান্না ফংবা লমদম্গী রাংমদা তোঙান্না অমসুং তোপ্-তোপ্পা soul না লৈবনি হায়না ঐখোয়না খন্ গদোবনি—গীতা, (২॥২৫) (৭॥২৪)। মতম অদুদা ঐখোয় অসি immortal নি হায়না খঙ্ বা ঙমগনি। Cause and effect কী অনি-অনি শুবা অদুবু, change লৈবা হায়না খঙ্ নৈ। অদুগা change তৌরীবা পূম্নমক mortal নি (গীতা ৮॥১৬)। মসিনা তাক্পবু, body না immortal ওইবা য়ারোই। অদুম তৌদুনা mind সু immortal ওইবা য়াদে। মরম-দি, মখোয় অনিমক ইত্তত্তনা হোৎবা নায়। Change লৈতবা অদুতনা immortal নি, মরমদি মঙোন্দা করিগুম্বা অমত্তনা নপশিন্দুনা চঙ্ লুবা অমসুং influence তৌরুবা য়াদে। (আত্মাবু করিগুম্বা অমত্তনা শোক্কে—গীতা ১৩॥৩২)।

ঐখোয়না soul অদু ওন্নকদবা, নত্রগা ওইরক্কদবা নত্তে। ঐখোয়-দি soul হান্না ওইদুনা লৈরবনি (গীতা ২॥১৭)। অচুম্বা অসিবু ঐখোয়দা খঙ্ হন্দদুনা লৈরিবা, ঐখোয়গী অমম্বগী জ্ঞান (গীতা ৫॥১৫) অসি কোক্লন-বা, ঐখোয়না ইশা-ইশানা হোৎনজগদবনি। হকচাং হায়বা অসি, রাথল্লা পোৎশক ওইনা ওম্মোকহন্দুনা শেমজিনবা পোৎশক অমনি। মরমদি প্রকৃতিগী গুণশিংনা হকচাং ওইহল্লকপগী কারণনি (গীতা ১৪॥২০)।

অদুগা বিকার অমসুং গুণশিং প্রকৃতিদগী পোকপনি (গীতা ১৩।১৯)। হৌজিক মতমগী scientific law গী মতুংগী ইল্লবসু, mind না matter ওল্লি, অদুগা মদুগী converse তা, matter না mind ওল্লি, degree of vibration খেল্লবগী রাতনি। পিঙ্গলা (তুমিৎ) অমসুং ইডা (থা) গী ইচেল্লা হকচাংগী শরুক খুদিংমক্তা শক্তি পীননবা চেল্লি। মতুদগী তেংঙ্গো-য়রক্পা শক্তি অদুনা, nerve centres হায়না খঙ্নবা তোঙান্-তোঙান্বা হকচাংগী মফুড্দা লৈবা মফমশিংদা (plexuses), হায়বদি য়ুংগলেন শরুগী মযাদা (spinal column) থম্জিল্লি।

হায়রীবা ইচেলশিং অসি, অশিবা হকচাংদা থিবা ঙংলোই। হকচাং য়াম্না ফবা অহিংবা জীবনা, মশানা হিংলিঙেদা লৈ হায়না, মশানা খিদোক্তুনা খঙ্জব ঙমগনি, হায়বদি রাজ যোগকী মপাল্লা খঙ্জবা ঙমগনি।

যোগীশিংদি মংথায়দ খুদোংচাবা অমা লৈ। মরমদি মংথায়দি ইচেলশিং অসি লৈ হায়না, মশাদা ফাওবতা নত্তনা, পুক্নিংগী ইন্দ্রিয়সু থাক্লেংঙন উবা ঙম্মী। যোগী অদুনা হিংলিঙৈগী মতমদা, মংথায় অসি মশাদা উবা ঙংনা উগনি।

Conscious action, হায়বদি জ্ঞান তানা খঙ্না তৌবা থবক্, অদুগা unconscious action, হায়বদি জ্ঞান তাদনা খঙ্দনা তৌবা থবক, অসিগুম্ব থবক মতৌ মখল অনিমক সাধারণ ওইবা মীওইবদা লৈ। যোগীশিংদি, অতোপ্পা অমখলগী থবক মতৌ super-conscious action হায়না খঙনবা, থাম্বদগী অহেনবা জ্ঞানগী থবক মতৌসু লৈ। অদুগুম্বা super-conscious action অদুনা মরম ওইদুনা, যোগীশিংনা দেশ খুদিংমক্তা, মতম পুম্নমক্তা ধর্মগী ওইবা জ্ঞানগী হৌরকফম ওইহল্লি। অদুগুম্বা super-conscious কী কীতম-মতা অদুদা অজানবা অমত্তা লৈতে (সাত্ত্বিক জ্ঞান-গীতা ১৮।২০, নত্রগা ঈশ্বরতগী জ্ঞান-গীতা ৫।১৬)।

মরমদি ফীভম-মত্তা অদু, সংসারিকী consciousness কী য়াংমদনি, নত্রগা মায়াগী য়াংমদনি (গীতা ৭॥২৪)।

মসিবু inspiration, হায়বদি লাইগী মপাওখোল হায়নসু থঙ্নৈ। যোগীশিংনা হায়, "অসিগুম্বা পুক্নিংদগী ওইরকপা জ্ঞানগী শক্তি অসি মীপুম থুদিংদা লৈ, অমসুং থোদোক অসি মী পুম্মক্তা হোৎনরগা ওইহন্বা য়াগনি।"

[ "পিঙ্গলা অমসুং ইড়াগী ঈচেল অনিমক পুন্না সুসুম্নাগী ঈচেলদা চেন্থৎহন্দুনা brain য়োরবা মতম্দা, ঐখোয়গা হকচাংগা তোঙান্ তোঙান্ন থাইদোক্পগা চপ্ মান্নে। রাজ যোগকী উদ্দেশ্যদি, থা-দা লৈবা sexual energy বু কোইশিন্দুনা তুমজ্না লৈরীবা কুন্দলিনাবু থক্তা brain তান্না পুথৎনবা হোৎনবনি। Brain দা থমথ্রবা Sexuai force পু oja, নত্রগা spiritual force হায়না থঙ্নৈ। oja অসিমক্ Real man নি " ]

পিঙ্গলা অমসুং ইড়াগী ঈচেল, মাইকৈ অনৌবা অমদা চৎননবা হোৎনগদৌবনি, হায়বদি য়াংলেন শরূগী ময়াইদা চৎলিবা শিংলৌগী মপুঙ্দা মখোয় অনিমকী অপুনবা অনৌবা লম্বেল ওইহনগদবনি। অসিগুম্বা অনৌবা লম্বেল অসিবু সুসুম্না হায়নসু থঙ্নৈ। সুসুম্নাগী লম্বেলদা ঈচেল্ অনিমক্কা পুন্না চেনথৎহন্দুনা brain য়োহন্বা ঙম্লবা মতমদা, ঐখোয়না হকচাংদগী তোঙান্না থাইদোক্নুনা লৈবগা চপ্ মান্নে।

Sacrum গী মনাক্তা, অদুগা য়াংলেন শরূগীদি মখোঙ্দা লৈরীবা nerve centre অদু খ্বায়দগী মরুনি। মরমদি মফম অসিদা sexual energy গী generative Substance কী লৈফম্নি। মফম অসিদা ভাবনা শাবা অপিক্পা লিন অমনা কোইশিন্দুনা Triangle মওং মান্না লৈ হায়না যোগীশিংনা থাজনৈ। অসিগুম্বা তুমদুনা লৈরিবা

ভাবনা শাবা লিন অসিবু "কুন্দলিনী" হায়না খঙৈ। রাজ যোগ কী উদ্দেশ্যদি কুন্দলিনী অসিবু থক্তা পুথৎনবা হোৎনবনি।

শা-শিংগী লমচৎ ওইবা অকন্‌বা Sexual force অদুবু, মীওই-বগী হকচাং পথাপ্তা খ্বায়দগী অকন্‌বা, অমদি নোংথাংগী শক্তি থোক্-হনবা ঙম্বা মকম ওইরীবা, brain তাম্না পুথৎলি, অদুগা মকম অদুদা থম্‌জিল্লি ] Brain দা থমথ্রবা অদুগুম্বা sexual force অদুবু, ojas নত্রগা spiritual force হায়না খঙৈ। মসিবু অকন্‌বশিংগী কাম অমসুং রাগ য়াওদবা অশেংবা পাঙ্গল, নত্রগা জীব পুম্নমক্ত লৈবা ধর্ম্মগী ওন্ন লৈতনবা নত্তবা চুম্না পাম্বা কাম (গীতা ৭॥১১) হায়নস্ম খঙৈ। রাথল অফবা, হায়বদি সত: ওইবা রাথল পুম্নমক, অমসুং ঈশ্বরবু নিংশিংজদুনা ইবুংঙো মখু প্রার্থনা তৌবদা পুক্লিদা ফাওরিবা রাথল পুম্নমক্ অসি, animal energy গী শরুক অমা oja ওম্বা-কুনা য়াওথ্রবনি। অদুগুম্বা oja অদুনা ঐগোয়দা spiritual power পীবদা মতেঙ্ পাংভি, মদু সাত্ত্বিক জ্ঞাননি (গীতা ১৮॥২০) oja অসিমক্ Real man নি। Sexual force না oja ওলৎন্দুনা brain দা থমজিন্‌বা অসি মীওইবা জীবতনা ঙম্মী। Animal sex force পুম্নমক অমত্তা থাকুনা oja ওলৎনবা ঙম্বা মী অদু, ঈশ্বরগুম্বা মী-নি (god man)। মহাক্না শক্তিগা লোয়ননা রা ডাংই, অদুগা মহাকী য়াইহৈশিং অদু জগৎ সংসার শীনবা থুংনা শান্দক্‌খিদুনা, ঈশ্বরগী মায়কৈদা মীওইববু মায় ওন্‌শিনহল্লি।

[ "Sexual energy বু oja ওলহন্‌বা ঙমত্রিবা ফাওবা মী অমত্তনা থাঙ্গেশেংনা spiritual ওইরে হায়বা য়াদে। রাজ-যোগকী, morality গী, অমসুং ধর্ম্ম পুম্নমক্কী মরূ ওইবদি সতীত্বনি। প্রাণায়ামা তৌত্রিডৈগী মমাঙদা য়াৎলেন শরূগী হোরককম্‌দা triangle মওং মানবা কুন্দলিনীবু ভাবনা লৈরে

হায়না খনগদবনি। মতুঙদা breathing exercise না কুম্ভক ওইহনা, অদুগুম্বা নুংশাম্বরগী force অদুনা, কুন্দলিনীগী মকোক্তা য়েহন্দুনা হৌদোক্লগা, brain তাপ্পা পুখৎনবা হোৎনগদৌবনি।" ]

Triangle গী মওং মানবা ভাবনা শাবা লিন অদুবু যোগীশিংনা তপ্পা-তপ্পা, থাক-থাক নায়না, থকলোম্দা কাখৎহন্দুনা, খ্বাইদগী অরাংবা মফম ওইরীবা pineai gland, হায়বদি brain তাপ্পা পুখৎলি। মীওইবদা লৈরীবা খ্বায়দগী অকনবা শক্তি, sexual energy বু oja ওলহনবা হৈমজ্রবা ফাওবা, নুপী ওইরবসু নুপা ওইরবসু, মী অমত্তনা থাক্ষেংশংনা spiritual ওইরে হায়বা য়াদে।

Force অমত্তা শেখা ঙমদে, মীওইবা এখোয়না ঙম্বদি force অদুনা চৎলিবা মায়কৈ চুম্থোকপতনি। মরম অসিনা, এখোয় ইশা ইশাদা হাপ্পা য়াওজরবা অকনবা শক্তি অসিবু control তৌননবা হায়বদি will power গী মতেঙনা animality ওইবা sexual power বু spiritual power ওলহন্নবা হোৎনগদবনি। অদুনদি এখোয়না থাক্ষেমক শেংনা থঙলে, মদুদি morality অমসুং religion পুন্নমক্তা খ্বাইদগী মরু ওইবদি chastity নি, হায়বদি সতীত্বনি। রাজ যোগকী লাইনিং লম্বেলদদি, এখোয়না তৌদবা য়াজ্রবা মরু ওইবদি অসিনি, মদুদি রাখন্দসু রাঙাংদসু অমসুং তৌথোরকপা থবক্তসু মপুঙ ফানা chastity ওইবা দরকারনি। নিয়ম অসি য়ুম পানবা মীদসু, য়ুম পান্দবা মীদসু চৎনগদবনি। অহিংবা হায়বা অদুবু ওইহল্লিবা, খ্বায়দগী মরু ওইবা শক্তি অদুবু মাঙহল্লবদি, মী অদুনা কৈদৌঙৈদসু spiritual ওইবা ঙমলোই। ইতিহাসনা সাক্ষীনি, মদুদি য়ুগ য়ুগ খুদিংদা লৈরম্লিবা মুনি ঋষিশিংসি লংম্বায়বা ওইবা অমা, নত্রগা সন্ন্যাসী ওইবা অমা, নত্রগা মপুন্জি চুপ্পা য়ুম পান্দবা

মী ওইবা অমা, মথোম্নশিং অসিগী মপুগুদা অমদি শোয়দনমক্কী ওইরম্লে। মী অমুগী মপুক্কি চুম্না পূক্‌চেল লেংলবগুদা ঈশ্বরবু জানগী মিংথম্লেংনা উবা ঙম্‌গনি।

প্রাণায়ামা তৌজিঙ্গৈগী মমাঙ্‌দ, triangle অসিবু ভাবনা উননবা হোৎনগদৌবনি। হায়বদি মীৎ উটুশিল্লগা ভাবনা triangle গী picture অমুবু, মৈরী-থৌনা চৎকলবা মৈনা কোৎউশিল্লি. অমুগা মমুগী ময়াইদা লিন অমুনা কোয়্নক্ কোইনা কোৎউশিল্লুনা লৈ, হায়না ভাবনা তাশেং-তাশেংনা উবদৌনা লৌগদবনি। অমুম হায়না কুন্দলিনীবু ভাবনা তাশেং-তাশেংনা উবব কান্না, কুন্দলিনী অমু য়াংলেন লকগী হোরক্‌কন অমুদ ভাবনা লৈরে হায়না থনগদবনি। মতুমগুদা কুম্ভক ওইদুনা মুংশাম্বর থিংলিবা, অমুম্বু মুংশাম্বরগী force অমুন ভুমদুনা লৈরীব লিন অমুগী মকোক্ত শাক্ কম্ব য়েহন্দুন, মখু ভুম্বদগী হৌগৎহনগদবনি। ভাবনা শামদুনা হৌরিবা থবক পুম্নমক্ অসি, তাশেং-তাশেংনা practical ওইনা তৌবগুম্ব, মী অমুগী পুক্নিংদা ফাওবর মতমদা, কুন্দলিনী অমু ভুমসম্থদগী হৌকাইদুনা মতুংগী চৎথরক্তদবা থবক থুনা চৎথরক্‌পা য়াগনি। মসিগী থাক্ অসি য়োনা পুক্নিংদা ফাওজিন্নবা ফাওবা, ভাবনা শাদুনা থনগদবনি। মসিগা লোইননা পিঙ্গলা, ইড়া অমসুং সুষুম্নাগী ঈচংশিং মতম পুম্নমক্কা হককচাং মপুংগদা লৈবগী ভাব অসি, পুক্নিংদা ফাওননবা হোৎনগদবনি। মতুংদা সুষুম্নাগী ঈচেলদা কুন্দলিনিবু brain তাপ্না থাগৎননবা হোৎনগদবনি।

# রাজ-যোগ

## (ঙ) মঙা শুবা শরুক।

( Mind control করম হায়না তৌগনি, মদুগী method খঙ্‌হন্‌বা )

[ "Mind অসি ঐহাক নত্তে, তোঙানবনি। Mind control তৌননবগী method শুগাইনা খঙহনবা। ঐনা পুম্নমক্তোন্ তোঙান্না সাক্ষী-স্বরূপ ওইনা লৈরে হায়না ভাবনা খঙ্‌বা মতমদা, হৌজিক হকচাংগা পূন্না লৈরিবা ঐ অসি "অশেঙ্‌বা ঐ" নত্তে হায়না থাঙ্গৈশেংনা খঙ্‌গনি।" ]

ঐংখোয়না mind control তৌননবা হোৎনজক্লেগী মনংদুদা নসিগী মরমদা মুন্না খঙ্‌ননবা হোৎনগদবনি। অরেম্বা লৈতবা, পঙ্‌থল থনবা পুক্নিংবু (গীতা ৬।৩৪) ফাজিন্দুনা, অপাম্বা মাইকৈ অনথক্কদা পুরক্কবা হোৎনগদবনি। Power of will না হন্না হন্না হোৎনদুনা, পুক্নিংবু ফাজিন্নবা হোৎনগদবনি (গীতা ৬।৩৫)।

Mind control তৌননবা থাইদগী অরায়বা উপায়দি তুমিন্না ফম্বা, অদুগা পুক্নিং অদুনা চুমনিংবা মায়কৈদা, চায়বদি মানা থক্লিংবা রাথল অদুদা থলহন্দুনা থাইগাক্কং চাইদুনা লৈংথোক্কদবনি। অদুম হায়না থাইদুনা লৈরিবৈগী মতম অদুদা, ঐনা খনগদবদি অসিনি, মদুনি "ঐনা সাক্ষী স্বরূপ ওইনা mind না পঙ্‌থল্‌ থল্লিবা অদুবু য়েংদুনা লৈরিবনি। Mind অসি ঐহাক নত্তে, তোঙানবনি। ঐহাকা ঈশ্বরগা মথা অমত্তনি, ঐনা mind, নত্রগা matter গা (হকচাংগা) কৈদৌঙৈদসু মথা অমত্তা ওইদে, তোঙান্-তোঙনবনি।"

Mind অসি, ইমাঙ্‌দা তুমিন্না লেঙ্‌দনা লৈবা পাৎ অমগী ঈশিং ইপাক্তী picture অমনি হায়না থন্‌সি। অদুগা রাথল অনৌবা

থল্লক্লিনা অমস্থং হান্না থল্লম্বদগী হৌজিক্কি মাঙ্খ্রবশিং অদু, ঙৈশিং ঙৈপাক্ অদুদা অনৌব কোঙ্গোল থোয়রুপা, অদুগা অরীবা মাঙ্খি-বগুম্বনি হায়না খন্সি। অনৌবা রাথল চংলক্লিবশিং অদু থম্জনবা তৌবদি তৌগুম্সি। মদুগী মতুংতা, অনৌবা রাথল লাক্লিবসিং অদুবু, ঐনা সাক্ষী স্বরূপ ওইনা ভাবনা য়েংদুনা লৈসি। অসুম হায়না তৌবসিনা অনৌবা রাথল অদুগী circle মশিং অদু অসুম অসুম হুম্বরকনি। মরমদি mind গী range দি, হায়বদি mind না থন্বা ঙম্বা অরাপ্পা লমদমদি, য়াম্না পাকচাওপ্রবা circle of thought নি। অদুনা অনৌবা circle of thought অদু, অসুম অসুম পাক্ থোক্খিদুনা মমৈথঙ্দা মাঙ্খিনি; উথিরাই। মসিগী প্রমাণদি, পুথ্রিদা তেম্পাক মতুম অমা থাদবদা, মদুদা থোক্লকপা ঈথক্কী circle অদু, অসুম অসুম পাক্থোক্খিদুনা মমৈথঙ্দা মাঙ্খিবগুম্বনি। ঐংথায়না পাম্লিবদি মসিগী পুন-তৈনবা process অদুবুনি, হায়বদি য়াম্না পাক্চাওপ্রবা circle অমদগী অসুম অসুম পিক্শিলক্লুনা, মমৈথঙ্দা পৃক্লিংনা point অমথক্তদা থনবা, অদুগা মদুদা অদুম লেঙ্দনা লৈনবা হোৎনবা অদুবুনি। মরম পূম্নমক অসিনা, রাথল অসোম্দা থনবা তমসি মদুদি "ঐহাক mind অসি নত্তে, mind না থল্লিবা অদুবু ঐহাক্না য়েংলি।" অদুম তৌরবদি, ঐহাক অসি mind নত্রগা thought কা মশা অনম্বনি হায়না সুমিৎ খুদিংগী থোদৌ খুদিংদা থল্লুরীবা অদু অরানবনি হায়না থল্লক্লুনা. মমৈথঙ্দা mind গা ঐহাকা পুমতোন্ তোঙাম্না থাইদোক্লুনা লৈরকনি। অদুগুম্বা পুমতোন্ তোঙাম্না লৈরীবা ঐ অদু, হৌজিকমক্ হকচাংগা পুম্না লৈরীবা ঐসি নত্তে, হায়না থাক্লেংনা থঙ্লকনি। অদুগুম্বা ঐ অদু, অশেঙ্বা শক্তমগী ওইবা ঐনি।

(প্রভুঃ সাক্ষী গীতা ৯।১৮)।

অদুম তৌরক্লবা মতমদা, mind অদু ঐগী will গী মতুং ইন্না থবক তৌহন্নবা য়াবা instrument কুথা, ঐগী যীনায় ওইরকনি। যোগী

অমা ওইননবগী ইহান হান্বা থাক্তি, ঐখোয়গী হৌজিক্কী senses কী লাংমদা লাথন্না থন্বা ওন্না অদুবুনি। Mind অদুবু জয় তৌরবা মতমদা মী অদু খ্বায়দগী অরাংবা থাক্কী ফীভম য়োয়ে।

[ "রাজ যোগকী ধ্যান তৌনবগী মফম অমসুং ফম্ফম্ খঙ হনবা। মীওইবগী উদ্দেশ্য দি matter and body গী বাং-মদা লৈবা, তৌইগুম্বসুং spiritual world গী মনুঙ্দা লৈবা ঈশ্বরবু খঙ্ননবা হোৎনবনি। Imagination বু মঙৎ চুম্না শিজিন্নরবদি, reason গী বাংমদা লৈবা spiritual plane ভাবনা য়োবদা মতেঙ্ পাংই।" ]

রাজ যোগকী ধ্যান তৌগদৌরিব মফমদি য়ারিবমখৈ অচিকপা মফম্দা ওইগদবনি। ফম্ফম্ অদু খন্না থজিক্কুং বাংতক তৌবা নুংঙাইবা মফম ওইগদবনি। ফম্ফম্দা কুশন শাবা ফক মচা অমা থাদে (লৈত্রগা, কৌনানা শাবা ককস্তু ওইবা য়াই)। মদুগী মথক্তা অকুপ্পা মতু থাংবা শঙুন অমদা থাদে (লাংমাক্না শাবা ফীদা, নত্রগা গালিচা ফীদা মচা অমা ওইরবসু য়াই)। মদুগী মথক্তা মুগা লংগী ফী অমা কুপ্কদবনি। ফম্ফম্ অদু নঙনলোমদা ভাথনবা পানবা য়াদে, অদুগা মতু লেঙ্থোক্তনবা, হিংঙাম্-হিংঙাম্ লাওদবা ফম্ফম্ ওইগদবনি।

"Matter না mind ওয়ি, অমসুং mind না matter ওয়ি, degree of vibration খেন্নবগী রাতনি" হায়বা বিজ্ঞানগী অচুম্বা statement অসিদগী ঐখোয়না খঙ্ই, মতুদি thought (mind) না picture (matter) ওয়ি। মরম অদুনা, ঐখোয়গী thou-ght না picture ওন্‌হন্ননবা হোৎনসি। Mind দগী thought পুম্নমক য়াওহন্ননবা হোৎনদুনা, ইহাংহাংনা থম্নবা হোৎনসি, হায়বদি

thought অমা হেক্ লাক্পদা, মতুবু ঐখোয়না থাদোক্খিনব: হোৎনসি। Thought অতু লাক্নবগীদমক, ঐখোয়না matter বু অমস্তুং হকচাংবু Transcend তৌগদবনি। হায়বদি matter and body অসিবা, অশেংবা শক্তমগী ওইবা পোৎ অমত্তা নত্তে, মখোয়দি changeable নি ( দেহ পুম্নমক মাঙ্গদৌবা ভাক্তসি ( গীতা ২॥১৮ ) । অতুগা Reality দি matter and body গী রাংমদা লৈবা, তৌইগুম্বস্তুং spiritual atmosphere গী মমুঙ্দা লৈবা ব্রহ্মন নত্রগা ঈশ্বর অতুমক্নি হায়না রাখল্লা থন্গদবনি। মাঙ্বা নায়ত্ত্রবা, মায়াগী রাংমদা লৈবা ( গীতা ৭॥২৪ ), অমস্তুং অচেচত্ত পুম্নমক্তা মাঙ্গ্রবদা মহাক্তদি মাঙ্বা লৈত্রবা অমস্তুং কোংদোক্তবগী মতৌ ওইবা ( গীতা ৮॥২০,২১ ) অতুবু Reality, নত্রগা ব্রহ্মান, নত্রগা ঈশ্বর নত্রগা Self হায়না থঙ্নৈ। মীওইবগী পুন্সি অসিগী থাঙ্গৈশংবা উদ্দেশ্যদি, মসিবু থঙ্নবা হোৎনবা অতুতনি।

Imagination বু মকম চানা শিজিন্নরবদি, খ্বায়দগী অফবা লোই-নবা য়'বা মরুপ অমগুম্বনি। অতুগুম্বা imagination না reason গী রাংমা য়োঁবা ঙম্মী। মঙাল্লা মকম খুদিং শিন্বা থুংনা য়োঁরা ঙম্বা অতুগুম্না, ঐখোয়গী রাখল্লা থন্বা হীরম খুদিংমক্তা, imagination না মতেঙ্ পাংই।

Inspiration, হায়বদি লাইগী মপাওখোল্গী হৌরক্ফম্দি মুং-দগীনি। মরম অতুনা, ঐখোয় ইশা ইশাগী অরাংবা থাক্তী রাখলগা কোয়না প্রাণায়ামা ( regulation of breathing ) তৌদুনা মুংগী spiritual plane য়োঁননবা, হায়বদি আত্মনগা মরী লৈনবা লম্-দম্দা, ঐখোয়গী ভাবনা য়োঁননবা হোৎনসি।

# রাজ যোগ।

## চ) তরুক শুবা শরুক।

( প্রাত্যাহারা অমসুং ধারণাগী মরমদা থঙ্‌হনবা।)

[ "অপাম্বা পোৎশক অমদা পুক্লিং লুপ্পবগীদমক method থঙ্‌হনবা। প্রাণায়ামা কঞ্জিন্‌-হঞ্জিন্‌ অভ্যাস তৌরবদি থুবী অমসুং খুদোম্নী য়াওদ্রবসু power of will না মতোম্‌ত্তনা প্রাণায়ামা তৌজরক্কনি।" ]

গীতাগী ৯ শুবা অধ্যায়গী ৩৪ শুবা শ্লোকতা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না অসুম্না হায়বী "ঐঙোন্দা পুক্লিং থম্মু, ঐঙোন্দা ভক্তি লৈয়ু, ঐবু পূজাতৌ, ঐবু খুরুম্মু; মতৌ অসুম তৌনা ঐঙোন্দা পুক্লিং অমতা ওইনা লুপ্তুনা চঙ্‌ঙ্গবদি ঐবু ফোয়দনা কংগনি।" প্রাত্যাহারা হায়বসি mind বু খুত্তুম চল্লগা, অপাম্বা পোৎশক অমদা পুক্লিং লুপ্না হায়বনি। অহানবদা তৌগদবদি, mind না অপাম্বা মতুং ইন্না পঙ্‌থল্‌ খল্লিব অতুবু থুগাইরুবা তৌদনা, ঐনা mind দগী তোঙান্‌বা witness কুম্ব অমা ওইনা, mind না তৌরিবা অতু য়েংহুনা লৈগদবনি। Mind দি soul নত্রগা spirit নত্তে। Mind দি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ( soul গী ) separated energy নি ( গীতা ৭॥৪ )। মহাক্তি য়াম্না কুপথ্রবা মওংগী finer body শুপ্নি। অসিগুম্বা finer form ওইবা mind অসিবু, ঐখোয়না ভাবনা উবগুম্ব তৌহুনা; nerve energy গী মপাম্না, ঐখোয়না ওইথোক্লিংবা মওংদা মক্তাকুপু শেমদোক্‌-শেম্‌জিন তৌবা ঙম্মী। মতুদি ঐখোয়না subjective ওম্না উরিবা mind অসি অতৈ করিমত্তা নত্তে, objective view ওইনা যীৎনা উরিবা body অসিনি, মরমদি scientific law গী মতুঙ্‌ইন্না, mind না matter ওল্লি, matter না mind ওল্লি, degree of vibration খেন্নবগী য়াওনি। Self

হায়না থঙ্‌নরীবা "অশেঙ্‌বা শক্তমগী ঐ" অসি body অমসুং mind গী য়াংমদনি। ঐখোয়গী অশেঙ্‌বা শক্তম্‌দি আত্মন নত্রগা self নি। মহাক্তি eternal নি অমসুং unchangeable witness নি। Body হায়বা অসি crystallised thought নি, হায়বদি লিক্লাইগুম্না ইলং-লংনা thought না মপং ওইনা শংজন্‌ব্রবা (thought না degree of vibration হপ্পখিন্থনা মপং ওইনা উহল্লবা) পোৎশক অমনি।

সুংশাম্বয়না ওইখংবা নাতোন্দা হোল্লিভৈদা ঐখোয়গী পোৎথাবা মতম্নি। য়েৎথংবা নাতোন্দা হোল্লিভৈদা থবক তৌবা মতম্নি। অহুগা নাতোন মথুল অনিমক্তা সুংশাম্বয় হোল্লিভৈদা ধ্যান তৌবগী অকবা মতম্নি। নাতোন মথুল অনিমক্তা সুংশাম্বয় কক্তনা হোল্লিভৈদা অমসুং পুক্লিং শাম্ভি ওইনা লৈরীভৈদা, ধ্যান তৌবগী চপ্‌ চাবা অকবা মতম্নি। পুক্লিং চপ্‌ য়ুংনা য়াথল অমথক্তদা থম্লনবা, ইহান হাম্না হেক্তা হোৎনবা অহু তৌরোইদবনি। মশানা অহুম thought concentration তৌজরক্তনি।

সুংশাম্বয় হোনবগী নিয়ম শিজিন্নহুনা, থুবীনা অমসুং থুদোম্বীনা প্রাণায়ামা হঞ্জিন-হঞ্জিন অভ্যাস য়াম্না তৌরবা মতুঙ্‌দা, power of will না thought কী through দা, থুবী অমসুং থুদোম্বী য়াওজনম্নু, মতোমন্তনা প্রাণায়ামা তৌজরকনি।

["ওম্‌ হায়বা মন্ত্রগী মতুংতা ইষ্টদেবতা গী মিং শিজিন্নবা য়াই। কুম্ভকী সুংশাম্বয়না কুন্দলিনীগী মকোক্তা হঞ্জিন-হঞ্জিনা রৈরক্লুনা হোৎলোক্লি হায়না ভাবনা থন্‌গদবনি। ঐহাক, mind অমসুং thought তোঙান্‌-তোঙান্‌বনি হায়না ভাবনা হেক্‌ থঙ্‌বদা, অমসুং ঈশ্বরগী বাখল্লা থন্দুনা লৈবনা, মমৈথঙ্‌দা প্রাণায়ামাগী মতেঙ্‌না, ঈশ্বরনী থুম্না খা করজগনি।"]

খুযী অমস্তুং খুদোম্বী য়াওদনা মতোম্‌তনা প্রাণায়ামা তৌবা ওম্বা থাক্‌ অসি য়েৌয়বদা, প্রাণায়াম থঞ্জিত্তং হোংদোক্‌পগী দরকারনি। মী অমুনা পাম্‌জবা ইষ্টদেবতা অমগী মিং অমুনা ওম্‌ হায়বা মন্ত্রগী মতুংতা শিঞ্জিন্নবা য়াই। হায়বদি মুংশাম্বয় চিংশিনবদা অমস্তুং হোন্দোক্‌পদা ইষ্টদেবতাগী মিং শোনগদবনি, অমুগা কুম্ভকা "হম" (খোম্ভোক্তা হুম) হায়গদবনি।

কুম্ভকী মতম্‌দা কাজিন্দুনা থম্‌লিবা মুংশাম্বয় অমুনা, হুম হায়বা য়াহে অসিগা লোয়ননা কুন্দলিনীগী মকোক্তা শাফু কয়া য়ৈহন্দুনা, মশাকপু ভূম্বদগী হোৎদোক্লে হায়না ভাবনা থন্‌গদবনি। মী অমু অতৈ অমা নত্তে, ঈশ্বরমক্তি হায়না থন্‌গদবনি। অনৌবা মী অমা ইনাক্তা চংলক্‌পদা, ঐনা উবা অমুগুম্না, অনৌবা thought অমা ইনাক্তা চংশিন্নকপা উগনি। ঐহাক্কা mind দগী তোঙান্নে হায়না খল্লবনিনা, ঐহাক্কা thought কা তোঙ্‌ন্‌ তোঙান্‌বা পোৎ অনি ওইনা খল্ল-গনি। Thought না ঐবু 'লাক্‌শিন্নুহল্লোইদবনি, হায়বদি ঐ তোঙা-ন্‌বা অমা ওইনা লৈনবা য়াথন্না থন্‌গদবনি। মতম থন্না লৈয়গা thought মশা মতোম্‌তা মাঙ্‌জখিগনি।

ঈশ্বরগী ওইবা অফবা য়াথল ঙাক্তা থন্দুনা লৈয়গা, থল্লিবা য়াথল অমুনা হেক্‌ মাঙ্‌খিবদা, ঈশ্বরগী খুয়া থা ফংজগনি। মতুগী ফীভম মতা অমু super-consciousness কী ফীভম্‌নি।

Halo, হায়বদি ঈশ্বরগী কোক্তা কোয়না ঙাল্লিবা মঙালগী অকো-য়বা অমু, থম্মোইমুংগী মঙালগী symbol নি। মতুবু যোগীশিংনা ভাবনা উবা ফংই। কয়ি কয়িগুম্বা মতম্‌দা মৈয়ীনা কোয়শিন্‌বা মায়-ঙাক্তা ওইবা মঙং অমা, ভাবনা উগনি। ঐখোয়না ইশানা পাম্‌জবা ইষ্ট-দেবতা অমু, symbol অমুগা মশা অমত্তা ওইনা ভাবনা উবা ফংগনি। অমুগুম্বা ইষ্টদেবতা অমুদা mind না মপুঙ্‌ ফানা concentrate তৌবা ঙম্‌গনি।

ঐখোয়না জ্ঞানেন্দ্রিয়গী মতেঙ্‌না ভাব অমা শাবা ওয়ী। অহুম হায়না ঐখোয়না ভাবনা শাবা (imagination) অহু, মীৎনা উবা পোৎভগী অয়াম্বনা ওই। মরম অসিনা, imagination অসিবু মীৎনা উবা পোৎকী তংখায় অমনি হায়বা য়াই। য়াইৈ অমযোমদা হায়-বগা, phantom য়াওদনা ঐখোয়না য়াখল খন্‌বা ওমদে। ভোই-ওয়সুং শা-না য়াখল খন্‌বা মতৌ মাংলি, অহুবু মখোয়না য়া ওাংবদি থোক্তবনিনা, thought কা image গা থানবা য়াত্রবা মরী লৈনৈ হায়বা অসি, চুম্বগুম ভোই।

ঈশ্বরগী ওইবা য়াখয়া, পুক্নিং শেংনা মথক্তা চায়র্বা অসিগুম্না, imagination ওইনা যোগদা পুশিন্নবা হোৎনসি। ঐগী হৈনবী অমা ওইনা practical ওইনা অসুম্না ভৌবা অহুনা, মমৈথঙ্‌দা অঙকপগী মওং ওইবা অমা ইশাদা ফাওবকনি। মহুনা খ্‌ঙ্গদগী অমা-য়বা method ওইরবনি।

ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক ওইরীবা ফীভম অসি, মংপোক্ কয়ারকী ঐখোয়না ভৌখিবা কর্মগী ফলনি। Buddist না হায় "মৈ অমদগী মৈ অমা চম্মী, অহুগুম্বা ভোংঙান-ভোঙান্‌বা মৈ লৈহুনসু মৈদি অমথুক্তনি।"

ঐখোয় পুক্নিং মুংওাইনা লৈসি, খোনা কসি, মুমিৎ খুদিংগী ইরুজসি, থাঙ্‌বা কন্‌সি, পুকচেল শেংসি, ধ্যান যোগদা লুপ্তুনা বৈরাগ্য ওইসি, ঐগী হায়বা য়াখল থাদোক্সি, অহুগা হোৎনবা লেপ্‌-কুম্‌সি, অহু ওইরবদি অশেংবা যোগী অমা ওইহুনা সচ্চিদানন্দঘন ব্রহ্মনগা অমত্তা ওইখিনি (গীতা ১৮।৫১-৫৩)। কবিগুম্বা higher power অমা ফংলবদি, মহু অশেংবা লম্বেল নত্তে, হায়হুনা খোওই-য়োইদবনি। মহুদা মায় পুক্থন ওনশিন্নোইদবনি। ঐনা ফংগে হায়না ভাব্রিবা, ঈশ্বর অহুভবু, পুক্নিংদা চপ্‌ মুংনা থম্মুনা মাবু ফংননবা (খঙ্‌ননবা) হোৎনগদবনি।

# রাজ যোগ।

## (ছ) তরেৎশুবা শরুক।

( সুসুম্না ঈচেল্দা ধ্যান তৌনবগী মরমদা খঙ্‌হন্‌বা। )

[ " য়াংলেন শরুগী মনুংদা লৈবা সুসুম্নাগী ঈচেল্দা, মুলাধার চক্রগী থম্বাল মনুংঙ্‌দা তুমদুনা লৈরিবা কুন্দলিনীবু হৌদোক্লগা, থকলোম্‌দা brain তাম্না থাগৎকদবনি।" ]

সুসুম্নাগী ঈচেল্দা ধ্যান তৌবা য়াম্না কান্নগনি। সুসুম্নাগী ঈচেলবু ঐনা ভাবনা উবা ফংলবদি, মতুনা থাম্নগী ফবা ঈশ্বর ফংননবগী লম্বেলনি। অদুগুম্বা ফীভম অদুদা মতম কুইনা ধ্যান তৌনবা হোৎনসি। সুসুম্নাগী ঈচেল অসি য়াংলেন শরুগী মনুঙ্‌দা চেল্‌বা, অচিংবা জীবগী লম্বেল ওইবা, য়াম্না লংবা অমসুং কুপ্পবা মুগা লংগুম্বনি হায়না খন্‌বা তম্‌সি। অসিগুম্বা মুক্তি ফংননবগী সুসুম্না ঈচেলগী লম্বেল অসিদা কুন্দলিনীবু হৌদোক্লগা, থকলোম্‌দা brain তাম্না থাগৎকদবনি।

যোগীশিংনা মীওইবগী থঙ্‌চক্লপগী মথুং ইম্না, সুসুম্না ঈচেলগী মচিন্‌ অহৌবা অমসুং অরোইবা অনিমক্তা থম্বাল অমমম্‌ লৈ। মথাগী থম্বাল অদুনা triangle মওং মান্‌বা কুন্দলিনীবু 'কোইশিল্লি, অদুগা brain দা লৈরিবা মথক্কী থম্বাল অদুনা pineal gland বু কোইশিল্লি হায়রিবা মথক্‌-মথা অনি অসিগী ময়ক্তা, থাংথাং-থাংথাং নায়না, থম্বাল মঙা লৈ। মথোর অদুগী পুক্লপ্‌ পুন্‌বা শরুক্‌তি মথাগী মওং অসিনি।

১। লরাই লেন্ক্‌ ( কোকী থোপ্‌ মরুঙ্‌ ) —সহস্রদলগী থম্বাল।
২। পিতুম অনিগী কারক্‌ মপা—আজ্ঞাখ্য চক্রগী থম্বাল।
৩। থোরী অকুৎপা মপা—বিশুদ্ধাখ্য চক্রগী থম্বাল।

৪। থম্মোয় মপা— অনাহত চক্রগী থম্বাল।

৫। খোইদৌ মপা— মণিপুর চক্রগী থম্বাল।

৬। অথিকম্ মরু— স্বাধিষ্ঠান চক্রগী থম্বাল। (At the root of the organ of generation.)

৭। শৌজ খোঙ্ ( At the anus )— মূলাধার চক্রগী থম্বাল।

মূলাধার চক্রগী থম্বালদা ভূমহুনা লৈরীবা কুণ্ডলিনীবু য়াকাইরগা থক্লোম্দা মথং-মথং, থম্বাল অমদগী থম্বাল অমদা কাখৎহন্গনি। অদুম তৌহুনা, brain দা লৈবা সহস্রদলগী থম্বাল ভান্না য়োননবা, কুণ্ডলিনীবু তপ্না-তপ্না থাগৎলকনি। থাংথাং খুদিংমক্ অসি mind গী মরোল্-মরোল্গা পাংথক্লি। Brain মচুঙ্গী সহস্রদলগী থম্বাল মপুংদা আত্মপ্রভু, নত্রগা ঈশ্বর, নত্রগা Absolute Truth or Reality গী লৈফম্নি।

"ষট্চক্রং ষোড়শাধারং ত্রিলক্ষং ব্যোমপঞ্চকং।
স্বদেহে যো ন জানন্তি কথং সিদ্ধন্তি যোগিনঃ॥"

—(গোরক্ষসংহিতা।)

"গুদে লিঙ্গে তথা নাভৌ হৃদয়ে কণ্ঠদেশকে।
ভ্রূমধ্যে চ বিজানিয়াৎ ষট্চক্রং পরিকীর্তিতং॥"

—( গোরক্ষসংহিতা। )

"আধারং প্রথমং চক্রং স্বাধিষ্ঠানং দ্বিতীয়কং।
তৃতীয়ং পঙ্কজং নাভৌ মণিপূরক সংজ্ঞকং।
হৃদয়েঽনাহতং নাম চতুর্থং পঙ্কজং ভবেৎ।
কণ্ঠস্থানস্থিতং পদ্মং বিশুদ্ধং নাম পঞ্চমং।
আজ্ঞাপদ্মং ভ্রুবোর্মধ্যং হক্ষোপেতং দ্বিপত্রকং।"

—( গোরক্ষ-শিবসংহিতা। )

# লাইনিং লম্বেল।

## ( System and path of Religion )

## Vol. II

## Part 4

"ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দ বিগ্রহঃ।
অনাদিরাদির্গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্ ॥১॥"
"যো মামেবমসংমূঢ়ো জানাতি পুরুষোত্তমম্।
স সর্ব্ববিদ্ভজতি মাং সর্ব্বভাবেন ভারত ॥২॥"
"বহুণাং জন্মনামন্তে জ্ঞানবান্ মাং প্রপদ্যতে।
বাসুদেবঃ সর্ব্বমিতি স মহাত্মা সুদুর্লভঃ ॥৩॥"
"নমো ব্রহ্মণ্যদেবায় গোব্রাহ্মণ হিতায় চ।
জগদ্ধিতায় কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নমঃ ॥৪॥"

### ১০। কর্ম্ম যোগ।

#### ক) অহানবা শরুক।

[ "কর্ম্মগী শব্দোকপা অর্থ থঙ্ হনবা অমসুং কর্ম্ম তৌবগী মতুঙ্ দা লৈবা অণুক্রো ঊচেল।" ]

কর্ম্ম হায়বা ৱাহৈ অসি; সংস্কৃত ৱাহৈনি। মসিনা থবক তৌবধু থঙ্‌নৈ। মীওইবনা হিংলিবৈদা তৌৱিবা থবক পুন্নমক কর্ম্মগী মনুঙ্‌ চল্লি। অদুনদি ঐখোয়না ৱাথল খল্লিবা, ৱা ঙাংলিবা, অমসুং খোং-খুৎনা থবক তৌৱিবা পুন্নমক কর্ম্মগী মনুঙ্‌ চল্লি। মনোবিজ্ঞানগী (Psychologically) ৱাফমদা খুল্লুরবদি, কর্ম্ম-হায়বা ৱাহৈ অসিনা হান্না খল্লম্বা ৱাখল, হৌজিক খল্লিবা ৱাখল, অমসুং তুংদা খল্লকদবা ৱাখল, মখোয় অদুম অসি তৎন-থানবা লৈতনা মরী লৈনবগী ৱাফম্ ওইনা, হায়বদি cause and effect কী ৱাফম ওইনা থঙ্‌হল্লি। মতৌ অদুগুম্নদুনা metaphysics; হায়বদি দর্শন শাস্ত্রগী ৱাফম্-লোমদা খল্লুরবদি, হান্না তৌখিবা থবক, হৌজিক তৌৱিবা থবক, অমসুং তুংদা তৌরকদোৱিবা থবক, মখোয় অদুম অসি, তৎন থানবা লৈতনা মরী-লৈনবগী ৱাফম ওইনা থঙ্‌হল্লি। Law of causation গী চক্র মনুঙ্‌দা লৈৱিবা মীওইবা ঐখোয়না (গীতা ১৮৷৪০) হায়বদি পোকপা অমসুং শিবগী চক্র মনুংদা লৈবা মীওইবা ঐখোয়না (গীতা (২৷২৭) (৮৷১৬), নহানমুক্কী মপোক্তা তৌখিবা কর্ম্ম পুন্নমক, হৌজিক্কী মপোক্তা তৌৱিবা কর্ম্ম পুন্নমক, অমসুং তুংগী মপোক্তা তৌগদোৱিবা কর্ম্ম পুন্নমক, তৎন-থানবা লৈতনা মরী লৈনৈ। মরম অসিনা মখোয় পুন্নমক অসি কর্ম্মগী মনুঙ্‌ চল্লি। "অকর্ম্ম" হায়বা ৱাহৈ অসি শব্দগী অর্থদা য়েংলুরবদি কর্ম্ম তৌদবা হায়বনি। অদুবু, মীওইনা পোক্নুনা অহিংবা জীব অমা ওইরিবমথৈ কর্ম্ম তৌদবা হায়বা অদু স্লুকলৈ লৈতে, (গীতা ১৮৷১১) মরমদি কর্ম্মবু তৌত্রবদি হকচাং ফাওবা লৈবা য়ারোই, (গীতা ৩৷৫,৮)। মরম অসিনা, "অকর্ম্ম" হায়বা ৱাহৈ অসিনা থঙ্‌নবদি, পোকপা অমসুং শিবগী চক্র মনুঙ্‌দা চংদুনা, অমুক হন্না পোক্তনবগীদমক, হায়বদি "অমৃত" ওইনবগীদমক মী অদুনা তৌৱিবা থবক মতৌ অদুবুনি। মসিগী থবক মতৌ অদুদি গীতাগী ৪ শুবা অধ্যায়গী ২০ শুবা শ্লোক্তা হায়রী মদুদি "থবক্কী মহৈদা

অপাম্বা থাদোক্লুনা মতম পূম্বদা পেন্দুনতা লৈবা, অদুগা কনাদসু চঙ্-জদবা মীদি, মহাক্না অয়েপ্পা লৈতনা থবক তৌরবসু, কয়িগুম্বা থবক অমত্তা তৌদে।" "বিকর্ম্ম" হায়বা য়াহৈ অসিনা খঙ্নবদি কনাগুম্বা মী অমনা মাগী মহৌশাদগী লোইনজরকপা freedom অদুবু সুকখল খল্লুদনা (হায়বদি, মীওইনা পোক্লবা জীব অমনা মায়ানা কুপ্খিদুনা জ্ঞান মাঙ বদগী-গীতা ৭॥১৫— মাগী মহৌশাদগী ওইজরকপা freedom হায়না খঙনবা, পোক্লকম অমসুং তিল্লকম ওইবা (গীতা ৭॥৬) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী চরণদা চংজগদবনি—গীতা ৭॥১৪—অমসুং মদুগীদমক পোক্পা শিবা লৈ-ত্রবা ইবুংঙোগী লৈফম ওইবা পরমধাম-- গীতা ১৫॥৬—অদু ফংজনবগী কর্ম্ম তৌগদবনি হায়বা অসি, মানা সুকখল খল্লুদনা), মদুগী ওল্লতৈনবা মায়কৈদ' তৌবা থবক মতৌ অদুবু খঙ্নৈ। য়াহৈ অমরোমদা হায়রবদা, বেদনা তাকপা অফবা থবক্শিং অদুগী ওল্লতৈনবা ফত্তবা থবকশিং অদুতা তৌদুনা, evolutionary process না মরম ওইদুনা, মী অদুগী ভুংগী মপোক্তা হল্লবা জীব অমা ওইনা পোক্লনবা তৌরিবা থবক মতৌ অদুবু খঙ্নৈ। মসিগী থবক মতৌ অদুদি গীতাগী ১৬ শুবা অধ্যায়গী ১৯ শুবা শ্লোক্তা হায়রী, মদুদি "হিংসা তৌবা, তম্থিবা, লৈথা তারবা, ফত্তবতা তৌবা মখোয়শিংবু ঐনা-সংসারদা অসুরগী মপোক্শিংদা হল্লা হল্লা লংথৈ।"

[ "Spiritual knowledge না মতেঙ্ পাংবনা Permanent help নি। মদুনা মীগী nature বুসু হোংহন্বা ঙম্মী। " ]

মী অতোপ্পা অমগী অরা-অনা অদুবু কোক্লনবা, ঐখোইগী পাঙ্গল্না, নল্লগা জলথুম্গুম্বা পোৎশক অমনা মতেঙ, পাংবা হায়বা অসি, তশেংন-মক অফবা কর্ম্ম অমনি। অদুম্নদি ওইরবদা, মতেঙ্ পাংবা অদুনা মরম ওইদুনা, মতেঙ্ ফংলিবা মী অদুগী অরাবা অদু কয়া কুইবা ফাওবা কোক্হন্‌বা ঙম্বগে হায়না খল্লুদবসু য়াদে। অরাবা পুঙ্ অমত্তং কোক্-

হন্‌বা ঙম্বা অতুগুম্বা মতেঙ পাংবদগী চহি অমা কোক্‌হন্‌বা ঙম্বা মতেঙ্‌ পাংবতুনা, হেন্না ফবা মতেঙ্‌ পাংবনি। অন্নাবা অতু মতম পুম্নমক্তা কোক্‌হনবা ঙম্বা মতেঙ্‌ ওইরবদি, মতুনা খ্বাইদগী হেন্না ফবা কর্ম্ম-নি।

মীওইবগী অন্না-অনাবু মতম পুম্নমক্তা কোক্‌হনবা ঙম্বদি Spiritual Knowledge তনি। অতৈ অতোপ্পা knowledge শিংদি, মীওইবগী অন্না-অনাবু মতম খর-খরতংগী কোক্‌হনবনি। মরম অসিনা, মী অতৈবু spiritual knowledge লৈননবা spiritual help পীবতনা, খ্বাইদগী হেন্না ফবা মতেঙ্‌ পাংবনি, হায়বদি খ্বায়দগী হেন্না ফবা কর্ম্মনি। গুরু, মুনি, ঋষি, স্বামী ভক্ত, বৈষ্ণবশিংনা মীওইবদা spiritual knowledge শন্দোকুনা, মতেঙ, পাংই। অসিগুম্বা মতেঙ্‌ পাংবগী কর্ম্ম মতৌ অসি, খ্বাইদগী হেন্না ফবা কর্ম্ম মতৌনি। মসিগী হেক্‌ ঙমথংদা মীওইবগী মতেঙ্‌ পাংবা ওইনা অক্ষবা কর্ম্ম তৌবা মতৌদি, Intellectual help নি। University, College অমস্তুং School গী ওঝাশিংনা অঙাংশিংবু লাইরিক তম্বীরিবা অসি Intellectual help নি। Intellectual knowledge বু খঙ্‌হন্দুনা মীওইবদা মতেঙ্‌ পাংবশিংনা, চান-থক্লবা নত্রগা ফীরোল পীতুনা মীওন্দা মতেঙ, পাংবদগী হেন্না ফবা কর্ম্মগী মওং অমনি। মরমদি Intellectual knowledge দি মী অতুনা হিংলিবমখৈদি মতম কুইনা জ্ঞান অতু মঙোন্দা তুঙ্‌তুনা লৈবতা নতুনা, মসিনা মী অতুনা মখা তানা হোৎনতুনা, spiritual knowledge ফংননবগী পাম্বৈ অমস্তু ওই। চান-থক্লবনা, নত্রগা ফীরোলনা, নত্রগা পাঙ্গলনা মতেঙ্‌ পাংবতুদি, মতেঙ্‌ ফংলিবা মী অতুগী অন্নাবা অতু মতম খরতং কোক্‌হনবা ময়ৈতনি। মরম পুম্নমক অসিনা, মীবু মতেঙ্‌ পাংবগী কর্ম্ম মতৌশিংগী মন্নুংদা, spiritual help না খ্বাইদগী হেন্নি, মথংদা intellectual help নি, অতুগীস্তু মথংদা physical help নি। মীওইববু অহিংবা জীবশিংগী মন্নুঙ্‌দা খ্বাইদগী অহেন্‌বা

মপোক্নি হায়না খঙ্নরীবা অসি, knowledge অসি লৈবননি। Ignorant man দি শা গা করি খেন্নবগে? Ignorance না কুপশিন্দুনা অরা-অনানা থম্না লৈরবা life অদুদি(অজ্ঞান-না জ্ঞানবু কুপ-শিন্বা জীব-গীতা৫॥১৫, নত্রগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী যোগমায়ানা কুপশিল্লবা অপঙ্বা মী—গীতা ৭॥২৫, নত্রগা তামস জ্ঞান ওইবা মী, গীতা ১৮॥২২) হিংলি হায়বতমক্ পোক্পা, অশিবগা পাংখক্নি। knowledge না অহিংবা, ignorance না অশিবা নৎত্রিব্রা?

জগৎ সংসার অসিগী অরা-অনা কৈদোইঙদম্লু কোক্হন্বা ঙম্লোই। মীগী nature অদুবু হোংহন্ত্রিবামখৈ, মপানথোংগী অরাৎপা অমসু অরা-অনা অমুন অসুম হেন্গৎলক্কনি। অসিগুম্বা সমস্যা অসিবু লৈহন্দনবা উপায়দি, মীগী থম্মোয় শেংহনবা, অদুগা ignorance লৈহন্দবগনা ওইগনি। ঐখোয়না উরিবা ফত্তবা অমসুং অরা-অনা পুম্নমক অসি, ignorance কগী থোরক্পনি। মীগী থম্মোই শেংহন্সি, spirituality ওইহনসি, লাইরিক লাইশু হৈহন্সি, অদুম তৌরবা মতমদদা জগৎ-সংসার অসিগী অরা-অনা থরামখৈ কোক্কনি। Spiritual help পীবগী কন্ম মতৌ তৌরবা কান্দতা, মীগী cha-racter ফহন্বগা লোইন-লাইননা, মীগী nature বুসু হোংহনবা য়াগনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না মনাই অর্জ্জুন্দা তাক্লিবা গীতাদা য়াওরিবা উপদেশ পুম্নমক অসি, গুরু অমনা মাগী শিষ্য অমদা spiritual help পীবগুম্বনি (গীতা ২॥৭) (১৮॥৬৪)। spiritual help অসি মনাই অর্জ্জুনতদা পীবা নত্তে, মীওইবা পুম্নমক্তা পীবীবনি হায়না ঐখোয়না নিঙ্গদবনি। spiritual help অসিগী মতেঙ্না অর্জ্জুন্না মাগী ignorance অদু কোক্কুনা, হায়বদি মাগী হান্নগী nature অদু হোংহুনা, তৌগদবা মখৌ নিংখিনা পাংথোকপা ঙমখি। মসিগী মতাংদা গীতাদা য়াওবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না হংখিবা, অদুগা অর্জ্জুন-না খুমখিবা অদু মখাদা ফোংদোক্লি, মদুদি—

"হে পার্থ! হায়গ্রবশিং অসি নপুক্লিং অনি লোঙ্‌দনা তারব্রা? হে ধনঞ্জয়! অজ্ঞানগী মশক ওইবা নহাক্কী অওকপা কোক্লব্রা?

(গীতা ১৮॥৭২)॥

"অর্জ্জুননা হায়খি, হে অচ্যুত! নহাক্কী থৌজান্দগী অওকপা কোক্লে, ঐগী তৌগদবা ইথৌ নিংশিংবা ঙমলে, রাখল লেপ্লে, অমস্তুং চিংনবা লৈত্রে, নহাক্কা তাকপা অদু তৌজরগে।" (গীতা—১৮॥৭৩)

## ["কর্ম্ম পুন্নমক bondage producing নি।"]

গীতাগী ৩শুবা অধ্যায়গী ৫শুবা শ্লোক্তা অস্তম্না হায়রী —"কনা অমত্তুনা করিগুম্বা মতমদস্তু মিকুপ অমতং ফাওবা থবক তৌদনা লৈবা ঙমদে; মরমদি জীব পুন্নমক প্রকৃতিদগী পোকপা গুণশিংনা নম্‌জুনা থবক তৌহল্লি।" ঐখোয়না মতম পুন্নমক্তা অতৎ অথম লৈতনা থবক তৌগদবনি। অদুবু মহৌশানা, থবক পুন্নমক অফবস্তু ফত্তবস্তু য়ান-শিনন্দুনা য়াওই। ঐখোয়না তৌরিবা থবক অদুনা, মীওান্দা নত্রগা করিগুম্বা মফম অমদা অফবা ওইহল্লোইদবা অদুগুম্বা থবক অমত্তা লৈ-লৈরোই। মতৌ অদুগুমলদুনা, ঐখোয়না তৌরিবা থবক অদুনা মীওান্দা নত্রগা করিগুম্বা মফম অমদা ফত্তবা ওইহল্লোইদবা অদুগুম্বা থবক অমত্তা লৈরোই। থুদম "ঐগী লৌবুক ঈশিং থুম্‌কৎলক্লুনা লৌরী য়ান্‌থৎলুনা ঈশিং থাদোকই। ঐগা লৌথংনরীবা ঈশিং হায়া থুমজুনা লৈয়ীবা অদুদা, ঐগী ঈশিং থাদরকপজুনা মরম ওইজুনা, মওান্দা হেল্লা ফৎহল্লে। অদুগা ঈশিং অরাৎপা লৌকোন্দা ঐগী ঈশিং থাদোরকপা অদুনা মওা-ন্দদি অফবা ওইহল্লে।" অসিগুম্বা ফীভম মতা অসি ওইরবা ফাওবদা, ঐখোয়না মীৎকুপ অমত্তুং ফাওবা থবক তৌদনা লৈবা য়াদে। থবক অমা তৌরবদি ফল লাক্তবস্তু য়াদে। অফবা থবক তৌরগা অফবা

ফল লাক্‌ই। ফত্তবা থবক তৌরগা ফত্তবা ফল লাকই। তৌই-গুম্বসুং অফবা থবকসু, ফত্তবা থবকসু অনিমক soul বু ফাজিন্‌-পুন্‌শিন্‌বনি ( bondage )। মরমদি প্রকৃতিদগী থোকপা সত্ব:, রজ: অমসুং তম: কোবা গুণশিংনা থবক পূম্নমক পাঙ্‌থোক্‌পনি (গীতা ৩॥২৭), অদুগা অমুক্‌সু, গুণ অহুম অসিনা soul বু হুক্‌চাংদা ফাহুনা পুন্‌শিন্‌লি (গীতা ১৪॥৫)। অসিগুম্বা bondage-producing গী থবক অসি তৌবদা soul বু ফাজিন্‌ পুনশিন্‌বা লৈহন্দনবা থবক মতৌ অদু তৌবা তারবদি, গীতাদা শ্রীকৃষ্ণভগবান-না তাকপিরী, মদুদি ঐখোয়-না তৌরিবা থবক অদুগী ফলগী আশা তৌরুরম্ব (non-attachment), হায়বদি থবক অদু ঐনা তৌবনি, অদুগা মদুগী ফলসু ঐনা ফংগদবনি, হায়বা রাখল অসি থাদোক্কদবনি (গীতা ৩॥২৭, ৪॥২১, ৫॥৮—৯,১৮॥১৭)। থবক তৌবদা non-attachment ওইবা হায়বা অসি করিনো খঙ্‌ননবা ঐখোয়না হোৎনসি।

[ "মশানা তৌবা কর্ম্ম পূম্নমক মশাগী mind দা ময়ি (impression) ওইনা তায়। কর্ম্মগী ফল্‌ মশানা ফংজে।"

•

গীতাদা তাক্লিবা কর্ম্ম যোগ-কী central idea দি অধ্যায় অহুম-শুবগী ১৯শুবা শ্লোক্তা খঙ্‌হল্লিবা অদুনি, মদুদি "আসক্তি থাদোক্কুনা তৌফম থোকপা কর্ম্ম তৌ; আসক্তি য়াওদনা কর্ম্ম তৌরিবা মীনা অথোইবা থুবম ফংই।" আসক্তি য়াওদবা, হায়বদি non-attach-ment ওইনা থবক তৌননবা অথং অহৈশিংনা method কয়া পুথো-রকই, মখোইশিং অদু মথং মথং ওইনা ঐখোয়না নৈনসি। "সংস্কার" হায়বা রাহৈ অসিগী অর্থবু ঐখোইনা inherent tendency, হায়বদি "শাগোম্নরকপা ইহুন" হায়না খঙ্‌নৈ। রাহৈ অসিগী উপমা (simile) পীবা ওইনা, ঐখোইনা mind বু পাৎ অমগুম্না খল্লসি। Mind দা ইথক্‌

মচা অমস্থুং অচৌবা হৌরক্পা পুম্নমক অহু লৈত্রবা মতমদা, মপুং ফানা পুম্মৎ মুৎপদি ভৌদে, খুদম্ খক্তিক্তা ওইরবস্ত লৈহৌই। হায়রীবা খুদমগুমলবা স্নান্না মশেল-মরাং তৌরবা ঈথক্কী লৈহৌরিবা ময়িশিং অহুনা, তুংদা অমুক হন্না ঈথক্ মচা অমস্থুং অচৌবা ওইরক্পা য়াবগী মওং অহুবু "সংস্কারা" হায়না খঙ নৈ। ঐখোইনা তৌরিবা থবক খুদিংমক, হকচাংনা লেঙ্-খোংস্লিবা খুদিংমক, ঐখোইন রাখল খন্নিবা খুদিংমক মখোই খুদিংগী মহি (impression) অমমম্ mind stuff তা ত ই। Mind stuff কী লৈমাইদা তারীবা ময়িশিং অহুনা মশেল-মরাং তৌরক্লবা ফাওবদা, লৈমাইগী মথ দা ঐখোই খঙ্দনা (ঐখোইগী সংসারিক্কী জ্ঞান্না লম্বা ফংদব, হায়বদি sub-conscious ওইনা) মখোইনা লৈহুনা, য়াম্না কন্না থবক তৌরী। মখোয় অসিগী মপাঙ্গল মতুঙ্দা য়াম্না কল্লক্ই। Mind দা তারীবা ময়ি ময়াম অসিগী পুল্লপ পুনশিনবা অহুগুম্বা শক্তি অহুনা মসম ওইহুনা, ঐখোইনা হৌক্তিক্ হৌজিক্মক্ ওইরিবা ফীভম মতা অসি ওইহল্লিবনি। Evolutionary Process কী মতুং ইন্না, হৌখিবা মপোক্তা তৌখিবা কর্মগী মশেল-মরাং তৌনা mind-stuff তা লৈহৌবা ময়ি ময়াম অহুগী পুল্লপ পুন্শিনবা ফল ওইনা হৌজিক্কী সংসার অসিদা ঐখোইদা ওইহল্লিবা ফীভম মতা অসিনি (গীতা ৮॥৬)। মরমদি জীবনা হকচাংদা চঙ্বা অমস্থুং হকচাং থাদোক্পা মতমদা মন অমস্থুং ইন্দ্রিয়শিংবু লোয়নহুনা পুই—গীতা ১৫॥৮। মী অমমম্গী লমচৎ-শাজৎ (character) মশানা শেমজবা হায়বা অসি অতৈ করিমত্তা নত্তে, অসিগুম্বা ময়ি ময়াম অসি পুল্লপ পুন্শিল্লগা মহুনা ওইহন্থিবনি। অফবা ময়ি ময়াম ওইরবদি, অফবা character ওইবা মী ওইগনি। মতৌ অহুগুমলহুনা ফত্তবা ময়ি ময়াম্না ফত্তবা character ওইবা মী ওইগনি। মী অমনা ইত্তত্তনা ফত্তবা রাহৈ ভারবা, ফত্তবা রাখল খল্লবা অমস্থুং ফত্তবা থবক তৌরবা, অহু ওইরবদি মহাক্কী mind অহুদা ফত্তবা ময়ি ময়াম থন্না লৈগনি।

অহুগুম্ব। ময়ি ময়াম অহুনা মহাক্কী thought তা influence তৌগনি, হায়বদি মী মশামক্তি তৌরিবা থৌদৌ অহু করিমক্তা থঙ্দনা, ময়ি ময়াম অহুনা মরম ওইহুনা, মহাক্কী রাথস ফংহল্লোই। থাংগৈশেংবমক্তি, ফত্তবা মযি ময়াম অসিনা মতম পূম্নমক্তা স্নুক্লেপ্ লেপ্পুনা থবক তৌরি, অহুগা মহুগী ফল ওইনা মী অহু ফত্রে, হায়বদি ফত্তবা মী ওইরে। মী মশামক অহুনা, মানা তৌখিবা কর্ম্মগী ফল ওইনা, মশানা অহুম্মক ফংজরে। মহাক্কী mind দা লৈবা ফত্তবা impression ময়াম অসিনা পূল্লপ পুনশিল্লগা ফত্তবা থবক তৌনবগী অকন্বা motive power অমা, মী অহুদা ওইরক্কনি। মী মশামক অহু, impression শিং অহুগী মথুত্তা machine অমাগুমলে। হায়বদি, মী অহুগী পোকপদগী লোয়নরকপা স্বভাব হৈনবী, হায়বদি impression অমা ওইহল্লে (গীতা ১৮॥৫৯)। অস্সুম তৌহুনা, মখোয়না মী অহুবু নমহুনা ফত্তবা থবক তৌহল্লে, হায়বদি মশানা হান্ননা তৌজবা কর্ম্মগী ফল মশানা অহুম্মক ফংজরে (গীতা ৮॥৬)। মতৌ অসিগুম্বহুনা অফবা রাতমক্ তাবা, অফবা রাথন্দা থন্বা, অহুগা অফবা থবক্তা তৌবা মী ওইরবদি, মাগী mind দা তারিবা অফবা impression ময়াম অহুনা পুল্লপ পুল্সিন্দুনা, মহাক মশামক্তা অফ-ফত্ত করিমত্তা থল্লুত্রবা ফাওবদা, নমহুনা মখোয়না, মী অহুবু অফবা থবক তৌহন্দুনা, মহাক অফবা মী অমা ওইরে। অফবা থবক্তবু তৌরবা, অফবা রাথলতবু থল্লবা মী অহুগী মশাদা অসিগুম্বা থিংওমত্রবা ইহুল অমা (সংস্কারা অমা irresistable tendency) লৈগনি, মহুদি মহাক্তা ফত্তবা থবক অমা তৌরগে হায়না নিংলবা ফাওবদা, মহাক্কী mind দা লৈরিবা হান্নগী অফবা impression শিং অহুনা নমহুনা ফত্তবা থবক অহু তৌহল্লোই। হায়বদি মহাক মশামক্তা ফত্তবা থবক তৌগে হায়না ওহাক্তুং থল্লুরবসু, মফম মল্লাং ইথং থংহোদনা করিগুম্বা অনৌবা থোদোক্ অমা থুদক্ অহুদা থোক্‌চিল্লক্কুনা, মহুনা মরম

ওইথুনা, অকবা থবক হেক্তা তৌখিনি (গীতা ১৮॥৫৯,৬০)। অসি-গুম্বা মওং অমনি, মশানা তৌজবা কর্ম্মনা মথুগী ফল ওইনা ফংথুনা, মী অথুনা অকবা character গী মত্রগা ফত্তবা character গী মী ওইহল্লি।

["অকবা কর্ম্মগী ফলনা ফত্তবা কর্ম্মগী ফলবু মাও হল্লি অথুগা liberation ফংনবগী থোও হাংদোকই।"]

গীতাগী ২ শুবা অধ্যায়গী ৫৮ শুবা শ্লোকতা অসুম হায়রি:— "থেঙ্গুনা মখোং মতুকুচিংবদু মশং মথংদা চিংশিন্দুনা থম্বগুম, ইন্দ্রিয় পুম্নমক্পু ইন্দ্রিয়গী বিষয়শিংদগী চিন্থিনখ্রবা মী অথুগী বুদ্ধি লৈতাবনি।" থেঙ্গুগী মশং অথু থুগাইরবসু, নত্রগ চংংতোক্নবসু মহাকী মখোং অমসুং মকোক অথু মপান্দ থক্ থিন্দোক্লক্লোই। মাং অথুগুম্বথুনা, মী অথুগী মশানা তৌজবা অকবা কর্ম্মগী ফল ওইনা লেমজবা অকবা character অথুনা, মহাকী motives and organs হোংদোকপা য়াদ-মখৈ চেক্শিনহল্লি। হায়বদি, মহাকী পুংগী শক্তিশিংথু মগী মথা পোলহন্দুনা, মাগী অপাম্বগী ওন্নইংনবা ওইবা করিগুম্বা কর্ম্ম অমত্তা তৌরোই। অকবা কর্ম্মশিংগী সংস্কারগী মওং ওইনা, অতৈপা লৈতনা পূক্নিংগী লৈমাইদা তারিবা অকবা মথি মরাম অথুনা, মী অথুগী অকবা কর্ম্ম তৌনিংবগী ইচ্ছা অথুসু হেনগৎলক্ই অমসুং মথুগী ফল ওইনা, মহাকী sense organs অমসু nerve centres পুম্নমক মাগী মথা পোলহনবা ওই। অসুম তৌথুনা, অকবা কর্ম্মনা মী অথুগী লেঙজবা অকবা character ওইবা ফলবু ফংই, অমসুং Truth পু মশক থওজে। অথুগুম্বা মী অথুবু ফত্তবা সঙ্গ মমক্তা থাজিল্লবসু, মত্তোন্দা ফত্তবা অমত্তা চংলক্লোই, অকবতা মহাকী ওইগনি। অসি-গুম্বা নওং অসিদগীসু হেল্লা ফবা মওং অমা লৈরী, মথুদি liberation

নত্রগা freedom বু পাম্বনি। শম্না হায়রবদা, ঈশ্বরগী খুয়া থম্বালবু পাম্ জবনি। যোগীশিংনা তাল্লিবা লমথুংফম্দি freedom বুনি। কর্ম্ম-যোগীনা তাল্লিবস্তু freedom অদুবুনি। মুক্তি, হায়বদি মপুংফানা freedom ওইববুনি, হায়বদি অফবা কর্ম্মনস্তু, ফত্তবা কর্ম্মনস্তু মথোয় অনিমক্না bondage লৈহন্দববুনি। পুন্‌বু পুন্‌শিল্লবদি মনাগী মরীনবু পুল্লবস্তু য়োংকী মরীনবু পুল্লবস্তু ফাজিনবগী শক্তিদি চপ্‌ মান্নে। হকচাংদা তিংথং অমনা য়ুবদা অতোপ্পা তিংথং অমনা হন্দোক্তুনা মদুবু লোঃথোক্ই। হন্দোক্‌পা লোইরগা, তিংথং অনিমক কান্নবা পোৎ নম্ববনিনা, লংথোক্‌থী। মতৌ অদুগুমদুনা, ফত্তবা tendencies গী ময়ি ময়াম mindদা তারিবা অদু, অফবা Tendencies না মাঙ্‌হন্‌গনি। মতুংদা মী অদুনা liberation ফংননবগীদমক, অফবা Tendencies স্তু লৈহৎলোইদববনি। অস্নুম তৌদুনা, কর্ম্মনা মী অদুবু attached ওইরম্বা অদু, unattached ওইহনগনি।

["Mind দা deep impression লৈহন্দনবা হোৎনসি। ঐখোইগা Nature গা অমত্তা ওইশিনগুমসি।"]

কর্ম্মদি তৌদবা য়াদে, তৌগদবনি, মরমদি থবকপু তৌত্রবদি, মী অদু হিংননবগী হকচাং ফাওবা লৈবা য়ারোই, গীতা (৩।৮) (১৮।১১) ওদুম্নদি ওইরগা, brain নত্রগা muscle না তৌরিবা থবক, হায়বদি প্রকৃতিগী গুণ অহুম্না (সত্ত্ব:, রজ: অমস্তুং তম: কৌবা গুণ অহুম্না) তৌরিবা থবক অদুগী (গীতা-৩।২৭), deep impression অমত্তা mind দা তাদনবা হোৎনসি। অদুম তৌরবা কান্দতা, attached না unattached ওইগনি। মসিগী মতৌ অসি করম হায়না ওইবা য়াগনি? থবক অমা তৌরবদি মদুগী impression দি mind দা তাদবা য়ারোই। ঐনা নোংমদা মী ২০ উম্নবে হায়না খল্লসি,

মপুঙ্‌দা ঐনা ফুংশিজবা মী অমম্ভু য়াওরে হায়না খল্লসি। ফুমিদংদা ঐনা তুম্মনবা পোৎথাবা কান্দা, ঐনা মী ২০ অদুবু নিংশিংনবা ঙোৎনৈ। মতম অদুদা ঐনা ফুংশিজবা মী অদুভমক, ঐনা নিংশিংই, অদুগা ১৯ অদুবুদি ঐনা নিংশিংদে। Physiology য়োমদা খল্লুবা তাবগদি, ঐনা উল্লক্লিবা মী ২০ মক, ঐগী মীৎকী retina দা মমি তাপ্লবনি, অদুগা brain দা মখোইগী Picture লৈপ্লবনি। অদুবু mind অদি মদুগী impression চপ মান্নদে, মরমদি ঐনা ফুংশিজবা মী অমথক্ অদুদি, ঐনা মমাংঙৈদা মাবু উল্লখিদুনা মাগী impression অদু mind দা হাপ্পনা লৈপ্লে। অদুম হায়না mind দা তুমদুনা লৈরিবা হাপ্পগী impression অদুবু, মাগী অনৌবা impression অদুনা হোদোক্লুনা, mind দা হেন্না impression কন্‌শিন্‌হল্লি। অতৈ ১৯ অদুদি অনৌবা ময়ি ঙাক্তা ওইবনা, মখোয়গী impression শিংদু mind দা য়াম্ম' কন্না তাদে।

ঐখোয়না unattached ওইহন্‌সি হায়রবদি, brain নত্রগা muscle গী থবক্কী ওইরক্‌পা impressions অদুনা mind বু জয় তৌহন্‌গুম্‌সি। মরম অদুনা, ঐনা তৌগদবা থবক মতৌদি, বীদেশী অমনা দেশ অসিদা লাক্লুনা তৌবা থবক মতৌ অদু ওইহন্‌সি। অদুম তৌরবদি, থবক অদুনা ঐবু bondage ওইহল্লোই। ঐখোইনা লৈরিবা world অসি ঐখোইগী অপেংবা লৈফম নত্তে হায়না খন্‌সি। ঐনা ঐগী লমথুংফম তাম্না চৎপদা লমথাংদা লৈবা, মতম থম্না পোৎথাফম ওইবা মফম্নি হায়না খনসি। সাঙখ্যনা ঐখোয়দা তাকপিয়ী, মদুদি "ঐখোইগী হৌজিক্কী nature গী world অসি soul গীদমক্কনি, অদুগা soul অসি nature গীদমক্তা নত্তে।" Nature লৈরীবা অসি অতৈ কৰিমম্ভাগী নত্তে, soul গী education তৌফম্নি, হায়বদি soul না মশাগী perfectness and purity অদুবু nature দা বিকাশ (manifest) তৌনবা অতৎ অথম লৈতনা হোৎনফমনি। মসিবু ঐখোয়না মতম পুম্মমক্তা নিংশিংলবদি, ঐখোইনা

nature দা কৈদৌঙৈদম্মু attach তৌরোই। অদুনদি, nature অসি লাইরিক্কুম্বা পোৎশক অমনি। ঐখোয়না থবক তৌরিবা পূম্নমক অসি, লাইরিক অদুবু পাবগুম্বনি। লাইরিক অদু পাদুনা knowledge ফংলবা মতমদা, লাইরিক অদু ঐখোয়দা করিমত্তা কাম্লক্রে। অসুম হায়না ঐখোয়না থল্লরদুনা nature গা ঐখোয়গা অমত্তা ওইশিল্লে, অদুগা soul অসি natureগীদমক ওইনা থল্লে। শম্না হায়রবদা, spirit অসি fleshকীদমক ওইনা থল্লে। ঐখোয়গী হৌজিক হৌজিকমক চৎনরীবা পাওরোদা হায়রগা "চাননবা ঐখোইনা হিংই, হিংননবা চাগদবা নত্তে" হায়বা অরানবা পাওরো অসিগুম্না, ঐখোয়না nature অসিমক্তা মশা অমত্তা ওইশিন্দুনা attachment ওইহল্লে। অসুম হায়না attachment হেনগৎহল্লবদি, soul গী impression সু হেনগৎলক্কনি, হায়বদি mind দা imperession হেনগৎলক্কনি। মদুনা ফাজিন পুনশিন বা হেনগৎলক্তুনা ঐখোয়না থবক তৌরিবা পূম্নমক ইনিং ইথা তত্না ওইহন্দে।

[ "Slave কুম্না থবক তৌগুমসি। Love কা লোইননা থবক তৌবা তম্সি। True love তা attachment লৈতে।"]

Teaching ময়াম অসিগী মরুদি অসিনি, মদুদি ঐখোয়না থবক তৌবদা master অমগুম্না থবক তৌগদবনি, servant অমগুম্না থবক তৌগদবা নত্তে। থবক্তি তত্তুনা তৌগদবনি; তৌইগুম্বসুং মীনায়গুম্না তৌরোইদবনি। ৯০%তি মীনাইগুম্না মীনা থবক তৌই। ইনিং-ইথা তম্না থবক তৌসি, তুংশিনা থবক তৌসি। তুংশিবা হায়বা রাহৈ অসি থওবদা য়াম্না লুই। Freedom লৈত্রিবা মথৈ spiritual love লৈবা য়ারোই। Slave কী ফীভমদা true love লৈবা য়ারোই। Slave অমবু ঐনা থবক তৌহল্লবদি, ঐনা মাবু য়োৎলিনা পুনশিন্দুনা ঐগী থবক নমদুনা তৌহল্লি। মরম অদুনা, ঐখোয়না মীনাইগুম্না থবক তৌরবদি তুংশিবা য়াওদনা থবক তৌগনি, অদুগা মদুগী থবক মতৌ অদু true work নত্তে। মরুপক্কী

মরী-মতাগী থবক তৌবদি true work নি। ইশাগী থবক তৌবদি true work নি। তৌইগুম্বসুং selfish work তি slave work নি। love কা লোইননা তৌরিবা থবক পুন্নমক happiness ওাক্তনি। Peace and blessedness না কল ওইনা ফংলোইদবা অত্তুগুম্বা মুংশিনা তৌবা থবক মতৌ অমত্তা লৈতে। Real existence, Real knowledge and real love মখোই অহুম eternally মরী লৈনৈ, অত্তুগা মখোয় অহুম অসি অমথক্তনি। অমথক্তুং লৈবদা, অতৈ অতোপ্পা অনি অত্তুসু শোয়দনমক্কী লৈ। মখোই অসি অমথক্তা ওইবা অত্তুদগী শকওং অহুম থোক্পনি। (They are the three aspects of the one, without a second—The existence, knowledge and Bliss). Existence অত্তুনা relative ওইরকপদা, ঐখোয়গী হৌজিক্কী world অসি ওইনা উই। Knowledge না relative ওইরকপদা, জগৎ সংসার অসিগী knowledge ওইরকই। Bliss না relative ওইরকপা মতমদা, মী পুন্নমক্কী থম্মোইনুংদা লৈবা true love অত্তুবু থঙ্নৈ। মরম অসিনা true love না loyer অত্তুদা, নত্রগা beloved অত্তুদা নুংঙাইতবা অমত্তা পোক্হনবা য়ারোই। নুপা অমনা নুপী অমবু নুংশিরে হায়না খল্লসি। নুপা অত্তুনা নুপী অত্তুবু মাগী মনাক্তগী মিকুপ অমত্তা ফাওবা চৎথোক্হল্লিংলোই। চাবা, তুম্বা চৎপা খুদিংমক্তা নিপা অত্তুনা হায়বগী মতুং ইন্না নুপী অত্তুবু তৌহল্লিংগনি। অত্তুনদি, নুপী অত্তু নিপা অত্তুগী মীনাই ওইরে হায়বদা করি লাল্লি। মসি অশেঙ্বা নুংশিবা নত্তে। মরমদি নিপা অত্তুনা নিঙ্বা মতুং ইন্না নুপী অত্তুনা তৌত্রবদি, নুপা অত্তুদা নুংঙাইহন্দে। True love তি মতম পুন্নমক্তা bliss তবু ফংগনি। মরম অসিনা, নিপা অত্তুনা তৌরিবা থৌদো-মতা অত্তু True love নত্তে। মতৌ অসিগুমলত্তুনা, নুপী অমনা মাগী মপুরোইববু, নত্রগা নুপা অমনা মাগী নুপীবু, মচাশিংবু, জগৎ সংসারগী মী পুন্নমকপু, নুংশিজবা অত্তুদগী,মাঙোন্দা নুংঙাইতবা অমত্তা ফংত্রবা অমসুং মখোয়নসু নুংঙাইতবা

অমত্তা ফংজবা অদুগুম্বা মমুংশি অদু, true love নি, মতম অদুদা unattached ওইবা ওমুলে।

গীতাগী অহুমশুবা অধ্যায়গী ২২শুবা অমস্তুং ২৪ শুবা শ্লোক্তা অস্মুম্না হায়রি— "মরোল অহুম্মক্সিদা ঐনা তৌগদবা করিগুম্বা থবক অমত্তা লৈত্রবস্তু, অদুগা ঐনা ফংখিদ্রিব অদুগা ফংগে হায়না তান্গদবা করিগুম্বা অমত্তা লৈত্রবস্তু, ঐনা থবক তৌদুনা লৈ (৩৷২২)।" "ঐনা কর্ম্ম তৌদ্রবদি, মী পুম্নমক কর্ম্ম তৌদতুনা লৈখ্রা তাগনি, অদুগা ঐনা বর্ণসঙ্কর ওইহনবা অমস্তুং প্রজাশিংবু মাঙ্হনবা ওইগনি (৩৷২৪)।" ঈশ্বরদি unattached ওই, মরমদি মহাক্না জীব পুম্নমকপু তশেংনা নুংশিবননি। মরম অদুনা, real love তি unattached ওই। Attachment লৈরবদি, হায়বদি জগৎ সংসারগী পোৎশিং অসিবু ঐখোয়না পাম্লুরবদি, মদু অতৈ করিমত্তা নত্তে, Principle of matter গী set অনিথক physically attraction ওইবননি। মদু হকচাং অনিথক, য়ারিবমথৈ মতম পুম্নমক্তা হেন্না হেন্না নক্শিন্নবননি। নক্শিন্নবা করিগুম্বা ওমজগা pain ওইরক্কনি। তৌইগুম্বস্তুং True love তদি, মদুগী ওন্নতৈনবনি। True lover অনিথক মাইল লিশিং/ লিশিং লাপ্না লৈনবস্থু য়াই, অদুবু মখোয়গী নুংশিনবদি অদুম্মক মতম পুম্নমক্তা লৈগনি, অদুগা মদুগী re-action ওইনা pain সুকওই ওইরোই। (মসিগী মতাঙ্দা "কায়নবদা নুংশিবা" হায়বা ঐনা ইজবা "লাইনিং লম্বেল, volume one" গী লামায় ২৩০-২৩৭ তা য়েংবীয়ু।

Non-attachment ওইহনবা হায়বা অসি, life-work অমগুম্বনি। মদুগী থাক্ অদু হেক্ য়োয়ক্পদা goal of love ফংলে, অদুগা মুক্তিস্তু ফংলে। মতম অদুদা nature গী bondage ঐখোয়দা লৈররোই, Nature অসি অশেঙ্বা nature ওইনা ঐখোয়না উগনি। মানা ঐখোয়দা কৈদৌউভদস্তু পুন্শিন্নরোই। ঐখোয় অসি free ওইরে, অদুগা কর্ম্মগী ফলস্তু করিমত্তা থনবু থন্নরোই।

[ "থবক তৌথিবগী ফল ওইনা return থল্লক্রবদি, attachment লৈররোই।"]

ঐখোয়গী ইচাশিংদগী, ঐখোয়না মখোয়গীদমক তৌথিবা থবক্কী ফল ওইনা, করিমত্তা পীয়ু হায়না ত ল্লোইদবনি। মখোয়গীদমক ঐখোয়না তৌরম্লিবা থবক অদু, ঐখোয়গী ইথৌ-নি খন্গদবনি, মথা অমুক ভাথল্লোইদবনি। অসিগুমসন্থুনা কনাগুম্বা মী অমগী, government কী state কী থবক তৌথিবদা, তৌথিবা থবক অদুগী return ওইনা করিমত্তা পাম্লুব্রবা, ঐহাক্ক মতেঙ পাবা, নত্রগা দান তৌবগী থবক্কমক ওইরবা, মতমদুদ ঐহাক unattached ওইরে। মরম অসিনা, ঐনা তৌকদৌবা থবক অদুগী return ওইনা করিগুম্বা থল্লা পাম্লুরবা কান্দভা, attachment ওইরক্তই নৎত্রবদি ওইদে। (গীতা ১৮৷১১)

[ " Unattached ওইননবা থবক্কী ফল ঈশ্বরদা কৎথোকসি, অদুগা থবক অদু ঈশ্বরবু পুজা সেবা তৌবগুম্বা তৌসি।" ]

গীতাগী ওস্তুবা অধ্যায়গী ৩০শুবা শ্লোক্কা অন্নুম্না হায়রী। —"ময়ি সর্ব্বাণি কর্ম্মাণি সংন্যস্যাধ্যাত্মচেতসা। নিরাশীর্নির্মমো ভূত্বা যুধ্যস্ব বিগতজ্বরঃ ॥" "অধ্যাত্ম বুদ্ধিনা মরম ওইদুনা ঈশ্বর ঐত্তোন্দা কর্ম্ম পুন্নমক কথোক্লুনা থবক্কী মহৈ অমসুং ঐগী হায়বা থাজোক্লুনা অরাবা নুংঙাইতবা লৈতনা লান শোল্লো।"

শ্লোক অসিনা গীতাগী থাংল্লেংবা উদ্দেশ্য অদুবু ভাক্লবনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদনা ভাকপিরী, মতুংদ military discipline দা army না তৌবা থবক মত্তৌ অদুগুম্বা, মীনা মথৌ পাংথোক্পদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা কর্ম্ম পুন্নমক কৎথোক্উ। অদু ওইরবদি, মহাক মপুং ফাবা krishna consciousness ওইরে। অসিগুম্বা পাওভাক্ অসি লৌবদা

লুনা থোক্কনি। অদুমদি ওইরগা, ভক্তি যোগনা মপুড্ ওইবা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপা ভক্তশিংগীদমক্তদি, মখোয়না কর্ম্ম যোগকী ভোগদবা থবক মতৌ অদু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না মথক্কী শ্লোক অসি হায়দুনা খঙ্ হনবীরী। মীওইবনা ভোগদবা থবক পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী য়াথং মতুং ইন্না পাংথোক্কদবনি। মরমদি living entity গী, হায়বদি মীওইবগী constitutional position গী মতুং ইন্না.শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা living entity না লৈনরীবা মরী অসি, eternal servitude নি। Supreme Lord না creater সু enjoyer সু পুম্ন মহাক্না ওইবনি। Living entity না supreme Lord কী part and parcel ওইবা মরম্না (গীতা ১৫।৭) creater সু নত্তে enjoyer সু নত্তে, মহাক্কি সুপ্নগী co-operator নি। মসিগী মতৌ অসি machine অমগী part শিংগা whole machine অদুগা co-operation লৈনবগুম্বনি। নত্রগা, মীওইবগী হকচাংগী খোং-খুৎ-চিংবা কর্ম্মেন্দ্রিয়শিংনা whole body অদুগা co-operation লৈনবগুম্বনি। Living entity না অসিগুম্ব constitutional position অসি লৈবা মরম্, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অপাম্বগী মতুং ইন্না (য়াথং) থবক পুম্নমক ভোগদবনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না military Commander অমগুম্না, অর্জ্জুন্দা মাগী মথৌ, হায়বদি লান শোক্লবা হায়বা অদু ভোগদবনি, অমসুং মদুগী লাক্কদবা ফল পুম্নমক মতোংন্দা কৎথোক্লগা লান শোক্নৌ হায়না তাক্পিরি। পাওতাক অসি অর্জ্জুন মতোমতগী নত্তে, মীওইবা পুম্নমক্কী মঙ্গলগীদমক্তনি। মীনা মাগী কর্ম্ম অদুসু অদুগা মদুদগী থোক্লক্কদবা ফল পুম্নমক্সু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা কৎথোক্তুনা মাগীনি হায়না মপু (proprietorship) শারোইদবনি। অর্জ্জুন্না ভগবানগী order বু চুম্না নত্রগা লান্ত্রা হায়না খন্গদবা নত্তে, সুপ্নগী মহাক্কি military Commander অমনা order তৌবা অদুদা army না order অদু ইন্খ্বা অদুগুম্না, অর্জ্জুন্না ভগবানগী order অদু ইন্গদবনি। Supreme soul না individual soul পুম্নমক্কী soul নি।

কনাগুম্বা মী অমনা (Individual soul) মশাগী অঙ্ক-ফত্ত করিমত্তা খন্দনা, supreme soulগী মথা পোল্লা থবক তৌরবদি, ৱাহৈ অময়োমদা হায়রগা, Krishna consciousness ওইরবদি, মী অদু "অধ্যাত্মা চেতসা —গীতা ৩৷৩০)" লৈরবা মী হায়না খঙ্নৈ। (অধ্যাত্মা=with full knowledge of the self, চেতসা=consciousness)। "নিরাশী" হায়বা ৱাহৈ অসিনা খঙনবদি, কনাগুম্বা মী অমনা মাগী master গী order মতুং ইন্না থবক তৌগদবনি, হায়বদি মাগী ওইজবা থিদনা মাগী master গীদমক্তা থবক তৌববু খঙ্নৈ। Cashier অমনা মাগী employer গী লুপা ১০০০/১০০০ মশিং থী, অদুবু মানা শেল অমত্তা লোগে হায়না claim তৌদে। অদুগুম্বদুনা জগৎ সংসার অসিদা Individual person খুদিংমক্কী নি হ যবা পোৎ অমত্তা লৈতে, supreme Lord কীমক্তনি। মৱম অসিননি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না 'মম্নি' হায়বা ৱাহৈ অসি শ্লোক অসিদা (গীতা ৩৷৩০) শিজন্নরীবা। Krsna conscious ness পু ওইরবদি, কনামত্তনস্ু সংসারগী পোৎ পুন্নমক মাগীনি হায়না claim তৌরোই। অসিগুম্বা consciousness অসিবু "নির্মমো" হায়বদি মপু য়াওদবা (ঐগী নত্তবা) হায়বা ৱাহৈ অসি শ্লোক অসিদা শিজন্নরী। শংগৈ নাইতৌগী ওইব blood relationshipঅসিবু করিমক্তা খল্লুদনা মথৌ পাংথোকউ, হায়বদি ল্যান তৌ হায়ন শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অর্জুনদা হায়বা য়াথং অসিবু চিংনবা থাদোক্কদবনি। অসিগুম্বা পুক্নিংদা চিংনবা থাদোকপা অদুবু "বিগতজ্বরঃ" হায়না খঙ্নৈ, হায়বদি পুক্নিংদা অৱা-মুংঙাইতবা লৈতনা (without lethargy) চিংনবা থাদোকউ হায়বনি। মীপুম খুদিংগী মাগী মাগী position and Quality গী মতুং ইন্না তৌগদবা মথৌ তোঙান তোঙাল্লী। অদুগুম্বা মথৌশিং অদু Krishna consciousness ওইনা, হায়বদি তৌগদৌরিবা থবক অদুস্তু, অদুগা মদুদা থোকলক্কদবা ফল অদুস্তু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দা সেবা পূজাগী ভাবত্তা কত্থোক্নুনা থবক তৌবা য়াই। অসিগুম্বা কর্ম্ম মতৌ অসিনা liberation ফংগনি, অদুগা attachment স্ু লৈরোই।

গীতাগী ৫শুবা অধ্যায়গী ১০শুবা শ্লোক্তা অস্তুম্না হায়রী—"পরমেশ্বরদা পুম্নমক কথোকৃতুনা আসক্তি য়াওদনা কর্ম্ম তৌরিবা মীদি, থম্নাবু ঈশিংনা চোৎহনবা ঙমদবগুম পাপনা মাবু শোকৃপা ঙমদে।" ইসোপনিষদকী ১৪শুবা মন্ত্র অমস্তুং গীতাগী ৭শুবা অধ্যায়গী ৭শুবা শ্লোক্কী মতুং ইন্না জগৎ সংসারগী লেঙ্লি পাম্নীবা পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী eternal servitude নি। জগৎ সংসারগী মন্থুঙ্দা লৈবা পোৎ পুম্নমকী মপু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগীনি,অতৈ কনামতুগী নত্তে হায়না মুম্না খঙ্লবা মীনা করম্বা পোৎপু মী মহাক অতুগী মপোৎনি হায়না খল্লুনা ইবুঙো মঙোন্দা কৎথিগদগে? মীনা পোৎশিং অতুবু ইবুংঙোগী সেবাগী ভাবতা শিজিন্নৈ। ইবুংঙোগী সেবাগী ভাব্তা তৌরিবা কর্ম্ম অতুগী ফল ওইনা, অফববু ওইরবসু ফত্তবু ওইরবসু, ফলগী মরমদা কর্ম্মত্তা খম্ননবা মরম লৈতে। মীওইবগী ৬কচাং হায়বা অসিসু, হকচাং হায়বা অতুনা পাংথোক্পা য়াবা থবক্কীদমক ঈশ্বরনা পীনরিবনিনা, হকচাংবু Krishna consciousness কী থবক্তা শিজিন্নবা য়াই। শম্না হায়রবদা, Krishna consciousness কী ভাব মুম্না খঙ্দবা মীনা, material body অমস্তুং senses কী অপাম্বা মতুং ইন্না, sense gratification ওইবা অমস্তুং materialistic ওইবা থবক ডাক্তা খল্লুনা কর্ম্ম তৌই, অতুগা Krishna consciousness কী ভাব মুম্না খঙ্বা মীনা হকচাং অসিগী মপু ওইরিবা অধিদৈবতগী controller অধিযজ্ঞনি (গীতা ৮॥৪), হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি হায়না খঙ্বনা, হকচাংবু মঙম পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী সেবাদা শিজিন্নৈ। অতুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী সেবাগী কর্ম্ম অতুদা, থম্নাদা ঈশিংনা চোৎহনবা ঙমদবগুম্ sinful re-action অমত্তা লৈরোই। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান পেন্ননবগীদমক, হায়বদি Krishna consciousness কীদমক action, body, mind, intelligence না তৌরিবা কর্ম্ম অতুদা, material contamination, হায়বদি সংসারিক্কী ওইবা অমাংবা পোৎ অমত্তনা চঙ্বা ঙম্লোই। মতম পুম্নমক্তা purified ওইতুনতা লৈ। অসিগুম্বা অসিবু

ঐখোইনা "সদাচারা" হায়না থঙ্‌নৈ। শ্রীরূপ গোস্বামীনা মাগী ভক্তি রসামৃতসিন্ধুদা অস্নুম্না হায়রী, মহুদি "Body, mind, intelligence and words না Krishna consciousnessতা, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী সেবাদা শিজিন্নগ্রবা মী অদুনা, জগৎ-সংসার অসিগী মনুঙ্‌দা লৈনলৈন material activities মন্নাম পাংথোক্লবস্নু,মহাক liberated person ওইরবনি।" অদুগুম্বা মী অদুগী false ego, হায়বদি apparent self লৈত্রে, material body অসি মহাকনি হায়বা থাজদ্রে, অদুনা হকচাং অসি মহাক্কিস্নু হায়দ্রে। মহাক মশামক শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ওইবনিনা, হকচাং অসিস্নু ইবুঙো মহাক্কীনি। হকচাংগী মংতঙ্‌না পুথোরক্লিবা পোং পুম্নমক, হায়বদি mind, intelligence, words; life, wealth অসিনচিংবা—মহাক্কীনি হায়দুনা লৈরীবা পোৎ পুম্নমক, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী সেবাদা শিজিন্নরবদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা dovetail ওইগ্রে। তৌবিবা থবক অদুগী ফল পুম্নমক অদুস্নু ঈশ্বরদ কৎথেকদুনা, ঈশ্বরবু সেবা পূজা তৌবা ওইনা থবক অদু তৌরবদি, ঐনা তৌরিবা থবক অদুগী ফল ওইনা ফংগদবস্নু লৈত্রে, অদুগা লোইন-সোইননা attachment স্নু লৈত্রে।

[" Mercy না মী পুম্নমকপু অফবা মী ওইহল্লি। Unselfish man দা attachment ওইহনূবা ঙমদে, অদুগুম্বা মী অদু liberation ফংই।"]

ঐখোয়না right and justice কী রা ইতত্সনা ভাংনৈ। তৌইগুম্বসুং জগৎ সংসার অসিদা right and justice কী রাখল ভাক্তা নত্তনা, মীওইবগী লমচৎ পথাপ্নু লমজিংবা থবক-থৌওং অনিথক লৈ, মখোই অদুদি might and mercy নি। Might পু শিজিন্নরবদি selfishness ওইহনবনি। মী পুম্নমক, স্নুপীস্নু নিপাস্নু মাগী মাগী শক্তি শিজিন্নদুনা, নত্রগা খুদোংচাবগী মতুং ইন্না থবক অমবু পাংথোক্লবা তৌবসি

selfishness নি। Mercy দি heaven গী চপ্‌ মান্নে। অকবা মী অমা ওইগে হায়রবদি, ঐখোয়না মী পুম্নমকী মফমদা merciful ওইবা তাই। Justice and right না কাওবা mercy গী মমাঙ্‌দা লেপ্পা য়ারোই। Mercy দা return গী য়া করিমত্তা লৈতে, অদুগা attachment সু লৈতে। Mercy দি unselfishness কা মঙুন্‌ মপ্‌ মান্নে, অনিমক liberation ফংনবগী থবক মতৌনি। ঐখোয়না থবক অমা তৌরুবগী return ওইনা করিগুম্বা থরা পামলুরবদি, মদুনা spiritual progress তা য়ৈথাইবা অমা ওইরক্কনি। মদুদসু নত্তে, মদুনা মতুঙ্‌দা মী অদুগী অরাবসু তারক্কনি (গীতা ৫॥২২)।

[ "Self sacrifice কী বারীমচা অমা।" ]

Self sacrifice মপুং ফানা তৌবা হায়বা অসি থম্লুবদা য়ামনা রানি। কুরুক্ষেত্র লান লোইরগা পাণ্ডব মচিন মনাও মঙানা যজ্ঞ অচৌবা অমা তৌরম্মী। যজ্ঞ অদু লোইবদা সনা লুপা য়াম্না দান তৌরম্মী। যজ্ঞ অদুদা য়াওরুবা মী পুম্নমক দান অদু ফংবদা হরাওনরম্মী, অমসুং অসিগুম্বা দান মতৌ অসি মমাংঙৈদা থক্‌ থোক্‌খিদ্রি হায়নসু তাংনরম্মী। যজ্ঞ অদু লোইরবা মতুঙ্‌দা, মশা তংখাই অমনা সনামচু ওইবা, অদুগা অতোপ্পা তংখাই অমনা কোনা মচু ওইবা অপিকপা থৈরোই অমা লাক্‌লম্মী। মান যজ্ঞগী কাজাও অদুগী মনুঙ দা থরো থরো ওলম্মী, অদুগা মীয়াম তানব লাওরম্মী মদুদি "নংখোইনা হায়রীবা পুম্নমক অদু মীনম্বনি, অদুগা হৌজিক্কী দান মতৌ অসিদি অশেঙ্‌বা দানসু নত্তে।" মীয়ামনা মদু তাবদা লাওরম্মী "নংনদি দান নত্তে হায়রী, অদুবু সনা লুপা য়ামনা য়ামনা দান ওইনা ফংদুনা, লায়রবা মীশিং অদুনা চীনাক থুম্দুনা হরাওংবীবা অদুদি নঙ্‌দি থঙ্‌দি থঙ্‌দনা?" মীয়াম্না অসিমসু হায়রম্মী, মদুদি "অসিগুম্বা অচৌবা দান মতৌ অসিদি মীওইবনা অমুক্তসু মমাংঙৈদা তৌখিদ্রি।" মদু তাবদা থৈরোই অদুনা হায়রম্মী। "মতম অমদা অপিকপা

থুজং অমগী মন্নুঙ্দা লাইয়বা ব্রাহ্মণ অমনে, মাগী মুপীনে, মচানুপানে, অমুগা মচানুপাগী মুপীনে পুম্না লৈমিন্নরম্মী। মখোই অসি য়াম্না লাইরৈ। মখোইদা দান ওইনা মীনা থরদং পীরবা অমুতনা হিংনবগী পাম্বৈ ওইরম্মী। মখোয়না লৈরিবা দেশ অদু চহি অহুম চাক্ তাঙ্লম্মী। লাইরবা ব্রাহ্মণ অদু হায়রদগী অমুক্তা হেন্না রায়রম্মী। মহাক্কী ইমুং মনুংগী মী-শিং অমুনা মুমিৎ কয়ানি চারা হেল্লবা ভুংদ', নোংমা অমুক অমা ব্রাহ্মণ অমুনা আত্তা থরদং দান ওইনা ফংলম্মী। মানা আত্তা অমুনা তল হোত্থনা, শরুক মরি থোক্লা মখোয় মরিগী চাননবা থায়দোক্লম্মী। মখোইনা চারমদাই তাঙ্গা অমুমক্তদা, অতিথি অমা মহাক্কী য়ুমদা লাক্-লম্মী। মতম অমুগী ধর্ম্মগী চৎনবী অমা ওইনা অতিথি অমবু য়ুমদা লাক্রবদি, মহাক্পু ঈশ্বরগা চপ্ মান্ননা সেবা তৌগদবনি। ব্রাহ্মণ অমুনা মাগী তল শরুক্ অদু অতিথি অমুদা পীজরে। অতিথি অমুনা তল্ অদু চাবা লোইরগা হায়রম্মী "ঐদি মুমিৎ ১০নি চুপ্পা চাবা ফংলক্তে। অমুনা তল্ থক্তকুং চারুবা অসিনা অমুক্তা হেন্না লাম্বা হেল্লে।" মদু তাবদা ব্রাহ্মণ অমুগী মুপী অমুনা অতিথি অমবু পেনচনবা মাগী মখোনি থল্ল-হুনা, মাগী তল শরুক অমুসু অতিথি অমুদা দান ওইনা পীজরে। অতিথি অমুনা মদু চাব লোইরগা হায়রম্মী। "ঐগী অয়াম থোয়াংবা করিমত্তা কোক্ত্রি"। মদু তাবদা ব্রাহ্মণগী মচানিপা অমুনা মাগী পাবুংবু মতেঙ পাংবা মাগী মখোনি থল্লহুনা, অতিথি অমুদা মাগী তল শরুক্ অমুসু দান ওইনা পীজরে। তল অদু চাবা লোইরগা অতিথি অমুনা মাগী থোয়াংবা কোক্ত্রি হায়রম্মী। মরম অমুনা ব্রাহ্মণ অমুগী মমোগী তল্ শরুক অমুসু, অতিথি অমুদ দান ওইনা পীজরে। অতিথি অমুনা মদু চাবা লোইরগা, ব্রাহ্মণ অমুগী ইমুং মমুং পুম্নমক অমুবু আশীর্ব্বাদ পীরমলগা চৎখ্রে। অহিং অমুমক্তদা ব্রাহ্মণ অমুগী ইমুং মমুং মখোই মরিমক লাম্বনা থাঙ্বা ওমত্রহুনা শিখ্রে। য়াম অমুগী মরু থরদং লৈমাইদা তারম্মী। মমুগী মথক্তা খৈরোই ঐনা ওল্লুবদগী ঐগী হকচাং

ভংখাই অমা সনা ওনথোক্লে। মস্তু মখোয়না হৌজিক উরিবা অসিনি। অদুগুম্বা দান মতৌ অদু ফংননবা মতম অদুদগী হৌথুনা, ঐনা পৃথিবীগী মকম খুদিংদা কোয়না চৎলকৈনি। অদুবু অদুগুম্বা দান মতৌ হৌজিক ফাওবা থেংনদ্রবনা, ঐগী হকচাং ভংখাই অমা সনা ওলহনবা ওম্‌জিবা অসিনি। মরম অসিননি, ঐহাক্না পাণ্ডবশুনা হৌরিবা যজ্ঞ অসিগী দান মতৌ অসিদি, দান নত্তে হায়রিবনী।"

["অশেংবা কর্ম্ম যোগী অমগী পুন্সিগা সন্যাসী অমগী পুন্সিগা চাংদম্নবা।"]

কর্ম্ম-যোগ অসি করিনো হায়বা ঐখোয় হৌজিক খরা মথৈ খঙ্লে। শিবগী থাক্ য়োম্বা ফাওবা কনাগুম্বা অমনা মকম্‌দা মতেঙ্ পাংবদা য়াওং অমত্তা ফাওবা হংবা য়াদে। ঐবু মশিং খঙ্বা ওম্‌দবমথৈ নম্‌থাক্ ভৌরবস্থু, ঐনা য়াহং অমা ফাওবা হংবা য়াদে, অদুগা ঐনা তৌরিবা থবক্ অদুগী ফলগী মরমদা অক-ফত্ত করিমত্তা থল্লুবা য়াদে। লায়রবদা ঐনা দান তৌরুবা অদুগী চাওথোকৈউবস্থু য়াদে, অদুগা মখোইদগী থৌজাল ওাইরুবস্থু য়াদে। মদুগী মহুত্তা, ঐবু দান পীননবগী খুদোংচাবা অসি ফংহন্‌বগীদমক, ঐনা লাইরবা মীশিং অদুবু থৌজান্‌হৈবা উৎকদবনি। অদুনদি কীদম্নকম্ ওইবা সন্যাসী অমা ওইবদগী কীদম্নকম্ ওইবা householder অমা ওইবনা, হেন্না নুবা হেন্জিত্রা? ঐখোইনা হিংলিবৈগী মতুঙ্দা তৌগদবা অশেঙ্বা কর্ম্মগী মতৌ অসিগা, সন্যাসী অমগী পুন্সিগা চাংদম্নবদা কর্ম্মনা হেন্না নুবা হেন্নী হায়না হায়‌রবা, ফাওবদা মায়বগী চাংনি হায়বদা হায়যবা থোকলোই।

# (খ) কর্ম্ম যোগ

## অনিগুবা শরুক।

### ( ফিদম্মকম ওইবা কর্ম্ম যোগ। )

[ "লাইনিং লম্বেল য়াম্লবসু লম্থুঙ্ক্মদি অমত্তনি।" ]

বেদান্তনা তাক্লিবা, ধর্ম্মদা ফিদম্মকম ওইবা থ্বাইদগী অয়াংবা থাক্তী য়াথলদি অসিনি, মতুদি ঐখোয়না ধর্ম্মগী তোঙান্-তোঙানবা লম্বেলগী লাইনিং লম্বেল চংলবসু, লমথুংক্মদি অমত্তনি। ঐখোয়না থঙ্নরোবা লাইনিং লম্বেল ময়াম অতুবু চাওরাক্না মরি থোক্না খায়দোক্সি। (১) থবক তৌবনা ওইবা লাইনিং লম্বেল (কর্ম্ম যোগ), (২) মুংশিবনা ওইবা লাইনিং লম্বেল (ভক্তি যোগ), (৩) পূক্নিংগী মরম নৈনবনা ওইবা লাইনিং লম্বেল (রাজ যোগ), (৪) জ্ঞান-না ওইবা লাইনিং লম্বেল (জ্ঞান-যোগ) মখল মরি থোক্না খায়দোক্লিবা লাইনিং লম্বেল অসি অমগা-অমগা স্নুকয়েং য়েংশিন্নদনা, পুমতোন্-তোঙায়, মতোম্তগী ওইবা লাইনিং লম্বেল লৈবা য়াদে। মী-মী অমুনা পাম্জবা লাইনিং লম্বেল অমুগী মওং মতৌ অমু উবগা, মফিং তোঙান্-তোঙায়া থোন্বগী য়াকমৃতনি। থবক তৌবতনা মাগী লাইনিং লম্বেল ওইবা, অতোপ্পা য়াথল (faculty) অতৈ শিজিন্নরুদবা অমুগুম্বা মী লৈতে। মতৌ অমুগুমলমুনা devoted worshipper তমক্ ওইবা অমুগুম্বা লাইনিং লম্বেল চৎপা মী লৈতে। হায়রিবা লাইনিং লম্বেল মখল মরি অসি, মমৈথংদা অমথক্তদা পুন্শিন্দুনা লমথুংকম অমথক্তদা কংমিরে। তোঙান্-তোঙান্বা মখলগী অমম্তুং তোঙান-তোঙানবা মচুগী মনবীশিংদগী থোক্লিবা শজোম মচু তৌয়োক তৌন কংবা অমুগুম্বনি।

["থবাই পানবা জীবশিংসু থবাই পান্দবা পোৎশিংসু freedom ফংননবগীদমক্তা মতম পুম্নমক্তা হোৎনজ্নুনত্তা লৈ।"]

অমথক্তা ওইবা লমথুংফম অদুবু ঈশ্বর, নত্রগা freedom হায়না খঙ্ নৈ। ঐখোয়না মীৎনা উব্বিবা অকোয়বদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক, হায়বদি পীকপ্রবা অহিংবা germ দগী হৌদুনা মী ফাওবা, থবাই পান্দবা পীকপ্রবা পোৎশিংদগী হৌদুনা পৃথিবী মনুঙ দা লৈবা খ্বাইদগী চাওবা পোৎ ফাওবা, অদুগীসু মথক্তা মীওইবগী individual soul, মখোই পুম্নমক অসি freedom ফংননবা হোৎনজ্নুনত্তা লৈবা মক্তনি। থাঙ্গৎশেংব-মক্তি, freedom ফংননবগীদমক কন্না হোৎনবগী কল ওইনা হৌজিক্কী ঐখোয়গী জগৎ-সংসার অসি ওইরকলিবনি। পুম্নমক অসি অমগা-অমগা নক্‌শিন্নরা লৈমিন্নবা, অমদি ভিন্নবা হোৎনবদা particle খুদিংমকনা মাগী চৎফম থোকপা মায়কৈদা চৎখিনবা হোৎনৈ, হায়বদি particle অমনা চৎথোক্‌খিনবা হোৎনবদা, মাবু অতোপ্পা particle শিংনা ফাজিলহৌনবা হোৎনৈ। ঐখোয়গী পৃথিবী অসিনা নুমিৎকী মনাক্তগী লাপ্ থোক্‌খিনবা হোৎনরী। অদুগা থা·না পৃথিবীদগী লাপথোক্‌খিনবা হোৎনরী। অস্নুম হায়না ভোদুনা পোৎ খুদিংমক, মায়পৈ খঙ্দবা অমস্নুং মফম খঙ্দবা লম্নদমদা চৎথোক্‌খিনবা ইহুল অমা ইলৈত্তা লৈ। মরম অসিনা, ঐখোয়গী জগৎ সংসার অসিদা উব্বিবা পোৎ পুম্নমক অহিং-বসু হিংদবসু, মাগী মাগী freedom ফংননবগীদমক সুক্লেপ্ লেপ্তুনা কন্না হোৎনজ্নুনত্তা লৈ। অসিগুম্বগী ইহুল (tendency) অসিনা মরম ওইদুনা, যোগী ঋষিশিংনা freedom ফংননবা ধ্যান তৌরী, অদুগা হুরানচিন্থি পাম্বা কাংবুশিংনা মীগী মপোৎ হুরায়বত্তা হোৎনজ্নুনত্তা লৈরী। মী অদুনা freedom নি হায়না খল্লদুনা হৌজিক্-হৌজিক্ তৌরীবা থবক অদুনা চুমদবা থবক ওইরবদী, অদুগুম্বা থবক অদু ফত্তে হায়বত্তনি। মত্তো অদুগুমলদুনা, freedom ফংগনি হায়না নিঙদুনা মী অদুনা তৌরীবা থবক অদু অফবা থবক ওইরবদী, অদুগুম্বা থবক অদুবু

অকবা থবক হায়বতনি। তৌইগুমসুং মী খুদিংমক্না তৌরিবা থবক অদু মানা পামজবা মথলগী freedom কংননবগী আশাদা তৌরিবনিনা, মখোই খুদিংমকী ইহুলদি (Tendency) চপ্ মান্নে। মুনি ঋষিশিংগী freedom দি bondage দগী নাম্বোক্পনি। Bondage অদু কোক্লনবগীদমক, মখোইনা ঈশ্বরবু ধ্যান তৌই। হুরানবশিংগী freedom দি মাগী অপাম্বা অমসুং অরাৎপদগী কোক্পনি। অরাৎপা অদু কোক্লনবগীদমক মানা মীগী পোৎ হুরাল্লি। অদুনদি অহিংবা জীবন্মু, থরাই পান্দবা পোৎশিংসু মখোইনা পামৃলিবা লমথুংফমদি freedom নি। মখোইনা খঙ্নবু ওইরবসু খঙ্দনবু ওইরবসু, অমথক্তা ওইবা লমথুংফম অদুবু ফংননবা হায়দুনা, মাগী মাগী অঙম্বা শক্তিনা কল্লা হোৎনদুনতা লৈরী। মুনি ঋষিশিংনা পাম্লিবা লমথুংফম অদুগা, হুরানবনা পামৃলিবা লমথুংফম অদুগা খেন্নে। মুনি ঋষিশিংগী freedom অদুনা ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইবা ফংনবনি, অদুগা হুরানবশিংগী freedom না soul বু bondage ওইনা থাকথাক্ নায়না লৈহল্লবগীদমক্কনি। হায়বদি, evolutionary process তা হুরানবশিংদুনা মখোয়না পামজবা কর্ম্মগী মতৃঙ্ ইন্না তুংগী মপোক্তা অতোনবা মপোক্তা পোক্কনি (গীতা ৮৷৷৬), অদুগীসু মথক্তা, অমাংবা নরক্তা তাগনি (গীতা ১৬৷৷১৬)। পুম্নমক অসিবু য়াম্না শম্না হায়রবদা, মীপুম খুদিংমক মা-মাগী অপাম্বা লমথুংফম অদু ফংননবা থবক তৌদুনতা লৈরিবা অসিবু, গীতাদা মথল অহুম খোক্না থায়দোকৃই। মদুদি—

"মহৈগীদমক খোরাংবা লৈত্রবা মীনা মশাগী ধর্ম্মগী তৌফম খোকপা শাস্ত্রনা তাকপা থবক্পু আসক্তি য়াওদনা, অপাম্বা অমসুং পামদবা য়েংদনা তৌরিবা থবক অদু সাত্ত্বিক কর্ম্ম কৌই (spiritual action or action in the mode of goodness) (গীতা ১৮৷৷২৩)।"

"মহৈ পাম্বা অমসুং অহঙ্কার তৌবা মীনা য়াম্না রানা তৌবা থবক অদু রাজস কর্ম্ম কৌই।(actioninthe modeof passion)(গীতা১৮৷৷২৪)।"

"ভুংদা থোক্লগদৌবা, অমাঙ্বা ওইগদৌবা, হিংসা ওইগদৌবা অমদি মশাগী তৌবা ঙম্বা ঙমদবগী রাখল তৌদনা পঙ্বদগী তৌবা থবক্পু তামস কর্ম্ম কৌই ( action in the mode of ignorance ) (গীতা ১৮।২৫) ।"

[ "ধর্ম্ম থুদিংগী, নত্রগা ethics কী লমথুঙ্ক্মদি Infinite, নত্রগা freedom, নত্রগা unselfishness, নত্রগা ঈশ্বরগী লৈক্ষমনি ।"]

ধর্ম্ম থুদিংমক্তা মীওোন্দা থঙ্হন্দুনা তশ্বীরিবসি ঈশ্বর নত্রগা Infinite নত্রগা freedom ফংননবা, কন্না হোৎনবা তোঙান্-তোঙান্বা মহোৎন ঙাক্কনি। মসিনা unselfishness কী অমম্ভুং morality গী হৌরকক্ষম ওইবা য়ুম্ফমনি, হায়বদি অপিকপা হকচাং অসিবু উরগা মীনি হায়না খঙ্নবা অদু তোক্লনবা হোৎনবা ঙাক্কনি। মী অমনা অতোপ্পা মী অতৈবু মতেঙ্ পাংতুনা অক্ষবা থবক তৌরে। মসিনা খঙ্নববু, ঐগী হায়বা অপিকপা circle অসিগী মনুঙ্দা মহাক থবক তৌদবনি। অদুনদি মহাক্কী selfishness থাদোক্পগী ঙমখৈ অসি মপান নায়দে infinite নি। Ethics কী নিয়ম্না তশ্বীরিবা লমথুংফম্দি, absolute unselfishness বুনি। মী অমনা absolute unselfishness ওইরে হায়না খন্বদা, মী অদু করম্বা ফীভম ওইগ্রে ? মহাক চাওবা, তোম্বা কৌবা মী অদু নক্রে, মদুগী মহুৎতা মহাক হায়কম্ খঙ্ব্রবা Infinite expression ওইগ্রে গীতা (৩।৭,১৯)(৪।২০),(৬।৩) । পিশক পিকপা হকচাঙ্ অমা ওইনা মীওোন্দা উহল্লগা, মী অমবু মশক্ তাক্লম্বা অদু মাঙ্গ্রে, অদুগা Infinite ওইগ্রে। অসুম হায়না Infinite ওইনা শন্দোক্খিবা অসিবুনি ধর্ম্ম পুন্নমক্কী লমথুংফম্দি। অসিগুম্বা ফীভম অসি moral and philosophical teaching পুন্নমকীম্মু লমথুঙ্ক্মনি। Personalist অমনা অসিগুম্বা philosophical

ওইবা য়াথল অসিবু থল্লয়গা, ওইথোক্তবা য়ানি হায়না থল্লবা য়াই। অদুয়দি ওইরগা, personalist অমুনা মীওম্বা ethics তাক্পিবদা, unselfishness কী য়া ওাক্তা তাক্পীগনি। মহাক্তী unselfishness অদু limit লৈতবসু ওইনা তাক্লক্কনি। অদুনদি Personalist system গী unselfishness কা ধর্ম্মগী system গী unselfishness কা করি থেন্নবা লৈরিবগে? Unselfishness ওইবক্কুবা মী অদু universe অসিমক্তা করি খেন্নরিবগে? Unselfishness কী মতেঙ্না তৌবা কর্ম্ম যোগনা অসিগুম্বা freedom অসিবু কংই, মদুদি অদুগুম্বা freedom অদু মীওইবগী লমথুঙকমনি, হায়বদি পরমধামনি (গীতা ১৫।৬)। র'হৈ অময়োমদা হায়রগা, unselfishness ওইনা কর্ম্ম যোগ তৌবা মুনিনা থিন্দনমক ব্রহ্ম (ঈশ্বর) কংই (গীতা ৫।৬)। মরম অসিনা, ঐথোয়না হায়বা য়াই, মদুদি selfishness ওইবা কর্ম্মনা লমথুঙ্কমদগী লাপনা চেংথোক্খিবনি। অদুগী ওন্নতৈনবদা, unselfishness ওইবা কর্ম্মনা লমথুঙ্কম্গী মাইকৈরোম্দা অসুম অসুম চংশিল্লক্পনি। অসিগুম্বা মরম অসি লৈবনা, morality গী definition বু অসুম হায়না হায়বা য়াই, মদুদি "selfishness ওইরগা immoral নি unselfishness ওইরগা moral নি।"

অদুবু হায়রীবা য়াকম অসি শোয়দনমক্তী ওইবত্রা হায়দুনা, থোক্লিবা থোদোক অমগী মসুঙ্ হুনজিন্না য়েংবা তায়গদি, য়ায়া লুনা থোক্কনি। Environment না details বু খেন্নহল্লি। Circumstance থয়না থবক অমবু unselfish ওইহল্লি, অদুগা অতোপ্পা মায়দবা circumstance থয়না হায়গুম্না মায়বা থবক অদুব selfish ওইহল্লি। থূদম ওইনা হায়রবদা, ঐশিং চাউবা মতমদা politician শিংনসু মহাজনশিংনসু অয়াবা তারবা মীশিং অদুদা চেং-হুরাই লেয়া য়েন্নী। চেং-হুরাই লেয়া য়েনবা হায়বা থবক অদুদি চপ মান্নৈ, অদুগা circumstance তি মায়দে। অমনা vote কংননবা selfishness কী য়াথলনি।

অমনা return করিমত্তা থম্বদনা unselfishnessকী রাথলনি। মরম অসি-না, time, place and circumstance শেন্নবগী মতুং ইন্না, চপ মান্নবা থবক্তা (কর্ম্মদা) selfishness নত্রগা unselfishness ওইহল্লি। Circumstance অমগী মতুং ইন্না, মকম অমদা moral নি হায়না চৎনরীবা আচার-ব্যবহার অম্ভ, অতোপ্পা circumstance শেন্নবা মকম অমদা immoral ওই। খুদম ওইনা হায়রবদা, মণিপুরদা মমৌনা মকুবোকী মনাক্তা নক্‌শিল্লবগী রাদি থম্নু থম্লুখো, উবত্তদা মকোক খুম্মী, অদুগা মণিপুরগী রাংমদদি মমৌনা মকুবোক্তী মখোঙ্‌ পায়না খুরুমহুনা ব্যবহার উৎলি। জগৎ সংসার অসিদা লৈবা অহিংবা জীবশিংগীসু, অদুগা অহিংব নত্তবা পোৎ পুম্নমক্কীসু লমথুংকমদি freedom নি। অদুগা freedom দি মপুং ফানা unselfish ওইরবা মতমতদা ফংই। রাথল খনবদা, রা ভাংবদা, থবক তৌবদা unselfish ওইরবত্তদা লমথুংকমগী মায়কৈদা চংশিল্লি। অদুগুম্বা মঙং অদুব, ঐখোয়না moral হায়নসু থঙ্‌নৈ। হায়রীবা definition অসি ধর্ম্ম খুদিংমসু অদুগা ethics কী system খুদিংমক্তংসু চাৎলে। মোনোবিজ্ঞান গী (psychology) system অমদা, morality অসি ঈশ্বরদগী থোরক্‌পদৌনা তৌই। System অসিব চৎলিবা মীশিংনা হায়গনি, মহুদি ঈশ্বরগী command মতু' ইন্না তৌগদৌরিবা থবক খুদিংমক, moral অমসুং immoral ওইনা থায়দোক্‌ই। Morality গী থোরক্‌কম অদু ওইনিংবা অমদগী ওইজম্নু, code of ethics কী মতুং ইন্না চৎকদবা রাথলদি অমথক্কনি, অনি ভদে মহুদি— "ইশাগীদমক থম্নুনা থবক তৌগনু, ইশাগী ওইজবা থাদোকই।" ইশাগী ওইজনবগীদমক রাথলসু থনজ্রবা, রাসু ভাংজ্রবা, অদুগা থবকসু তৌজ্রবা, অদু ওইরবদি মী অদুনা মশামক লুকলৈ লৈত্তবগুম্বা, মী অত্তে পুম্নমক্কা অমত্তা ওইনা থনথিহুনা, মহাক মশামক জগৎ সংসার অসি ওইগ্রে। হায়রবদি লমথুংকম ওইবা infinity নত্রগা freedom নত্রগা ঈশ্বরগী লৈফম য়োৎগ্রে হায়রবদা

করি ক্যায়বগে? —গীতা (৩।৭, ১৯) (৫।২৬)।

["কর্ম্ম যোগ-তি unselfishness ওইনা থবক তৌববু থঙনৈ।"]

কর্ম্ম যোগ হায়বা অসি ethics and Religion গী system অমনি। অদুগুম্বা system অদুনা অফবা থবকপু unselfishness ওইনা তৌদুনা freedom বু ফংহল্লি। কর্ম্ম যোগী অমনা doctrine অমবু থাজদবসু য়াই, Soul কয়িনো হায়না থংউজ্রবসু য়াই, নত্রগা metaphysical ওইবা রাথল অমত্তা থল্লুব্রবসু য়াই। মহাক্কী হায়ববু মহাক্কী অমত্তা ওইবা উদ্দেশ্য, unselfishness ওইনা কর্ম্ম তৌবা অদুতনি। মহাক্কী পুন্সিগী মিকুপ খুদিংমক অদু realisation নি। ময়মদি doctrine নত্রগা theory গী মতেঙ্ অমত্তা য়াওজ্রবসু unselfishness ওইনা কর্ম্ম তৌরগা realisation ওই, হায়বদি freedom নত্রগা ঈশ্বরগী লৈফমবু ফংই (গীতা ৬।৩)। জ্ঞানীনা reason অমসুং inspiration তগী মতেঙ্না freedom ফংই (গীতা ৫।১৬) (১০।১১)। যোগীনা mind psychology তগী মতেঙ্না freedom ফংই (গীতা ৬।২০)। ভক্ত অমসুং বৈষ্ণব না devotion অমসুং সুংশিবতনা freedom ফংই (গীতা ১২।২,১৭) (১০।১০) (১৮।৬৫, ৬৬)। কর্ম্ম যোগী না unselfishness ওইনা কর্ম্ম তৌরবতদা freedom ফংই (গীতা ৩।১৯, ৬।৩)। মরম অসিনা, তোঙান্-তোঙানবা লাইনিং লম্বেল ওইরবসু লমথুংকমদি চপ মান্নে— ঈশ্বরগী থুম্না থাবু ফংজবতনি।

["মতম পুম্নমক্কী ওইনা লৈহৌরগদবা থবক অমত্তা মীনা তৌবা ওমদে। অপুনবা মীয়ৈংনা য়েংন্নুরবদি, জগৎ সংসারগী অবাবা অমসুং নুংঙাইবা হেনসু হেনগৎতে, বাৎন্নু বাৎতে।"]

কর্ম্ম হায়বা অসি করিনো হায়না হায়না থঙ্‌লিবতুগী মথক্তা, অমুকো য়েম্না নিংখিজনা থঙ্‌বন্মু দরকার ওই। জগৎ সংসার অসিগী অকবা থবক ভৌবা হায়বা অসি করিবনো ? ঐখোয়না জগৎ সংসারগী অকবা থবকপু ভৌবাগুম্‌ব্রা ? Absolute কী sense তা হায়রবদি, ওমদে হায়না খুম্বা তাই। Relative sense তা হায়রবদি, ওম্মী হায়না খুম্বা তাই। Permanent ওইবা, হায়বদি মতম পুম্নমক্তা eternal ওইনা, অম্মুম লৈরগদবা অকবা থবক অমত্তা ঐখোইনা ভৌবা ওমদে। মচু করিগুম্বা ওম্বা তারবদি, ঐখোইগী world অসি হৌজিক ওইরিবা world অসিগুম্না ওইরোই। ঐখোইনা মী অমগী অরাম খোয়াংবা মিনিট মঙাতংগী কোক্‌হনবা ওমগনি। ভৌইগুম্বসুং মহাক অমুক হন্না লামলকনি। মুঙাইবা নত্রগা অরাবা ওহাক্‌ লৈতনা মী অমদা খোক্লিবা অসিবু, কনাগুম্বা মী অমত্তনা মহাকী মতেঙ্‌ পিশিন্দুনা মতম চুপ্নগী ওইনা খোক্‌হন্দবা ওম্লোই। সমুদ্রগী মকম অমদা অহাঙ্‌বা (hollow) খোক্‌হন্দনা, সমুদ্রগী ঈথক্‌ হৌহনবা য়ারোই। জগৎ-সংসারগী অকবা পুম্নমক পূল্লপ তিন্‌শিন্‌লগা, মীওইবগী দরকার ওইবা, অমসুং মিহৌবগা মরী লৈননা য়েংবা তারবদি, হেনসু হেনগৎতে, রাৎসু রাৎতে, হায়গী অতুগুম্না অতুম্মক লৈ। ঐখোয়না হৌজিক থঙ্‌নরিবা মীওইবা জাতিগী ইতিহাস য়েংসি। ঐখোয়না খেংনরিবা অম্না-অনা, হয়াঙ-মুংঙাইবা,অমসুং অমগা অমগা খেন্নহল্লীবা পুম্নমক অসি হান্নগী মতৌগুম্না চপ্‌ মান্নবা মওংদা লৈবা নৎত্রিব্রা ? থর অমদা ইনাক খুলহন্‌বা, থর অমদা লাইরহন্‌বা,থর অমদা অরাংবা থাকী মীওই ওইহন্‌বা, থর অমদা অনেম্বা থাকী মীওই ওইহন্‌বা নৎত্রিব্রা ? হৌজিক American শিংদা ওইরিবা কীভম অসি থায়না মমাংঙৈদা Egyptian শিংদা, Greek শিংদা অমসুং Roman শিংদা ওইরমদব্রা ? ইতিহাস য়েংলুরবদি অসিগুম্বা মওং অসি, হায়বদি মী থরদা মুংঙাইবা ওইরগা, মী থরদা অরাবা ওইবা, মতম পুম্নমক্তা চপ মান্নবা অতুম্মক লৈ। অতুবু অসিগুম্বা চুমখোক্‌পা ওমজবা মুংঙাইবা অমসুং অরাবগী খেন্নবা

অসি লৈন-লৈন,থেয়বগী চাং অসি হুম্বহুম্বরা কয়া হোৎনবন্দু ভৌঙবা নত্তে। ইতিহাসতা ঐখোয়না থেংনৈ, মহুদি মতম মতমগী ওইবা মুপী নিপা কয়া লৈরম্মী, মখোই অহুনা অয়াবা তায়বা মী-শিং অহুগী অয়াবা কোক্লনবা থবক ওইনা কয়া পায়থৎলম্মী। মখোয়না হোৎনবা অহুনা কদায় ফাওবা থুংখি ? ঐখোয়না মকম অমদগী অতোপ্পা মকম অমদা, বোল অহু কাও-থোক্ কাওশিন্ শায়বগুম্বনি। ঐখোইনা physical গী ওইনা অয়াবা অহু কোক্হল্লগা, mental গী ওইবা অয়াবা য়োমদা হেনগৎহল্লী। অপুনবা মীয়েংদা য়েংলুয়বদি, অহুগুম্বা নুংঙাইবা অমম্ুং অয়াবা অহুদি, চপ্ মায়বা মওংদা অহুম্বক্ লৈ। মসি Italy গী অফাওবা কবি Dante Alighieri না য়েক্পা picture of hell গুম্বনি। Picture অহুনা উৎলি, মহুদি লাইয়বা মীশিং অহুদা সনা মতুম অচৌবা অমা চিংথক্তা ওনথৎননবা পীরে। মখোইনা সনা মতুম অহু চিংথক্তা থয়দং ওন-থৎপদা, হায়গী মকম অহুদা অমুক ওম্বরক্লনা ভাই। হায়বদি, হায়গী ফীভমদগী কবিমত্তা হোংদোক্কে, অহুগী অহুমঙাই। অসিগুম্বা ফীভম মতা অসিবু, গীতাদা য়ায়া শন্না বাটৈ থয়দংনা কোংদোক্লি, মহুদি—

"ন কর্তৃত্বং ন কর্ম্মাণি লোকস্য সৃজতি প্রভু:।
ন কর্ম্ম ফলসংযোগং স্বভাবস্তু প্রবর্ত্ততে। (গীতা ৫॥১৪)"

ন (never), কর্তৃত্বং (indnce to act for proprietorship) ন (never), কর্ম্মাণি (activities), লোকস্য ( of the people ), সৃজতি (creates), প্রভু: (the master of the body), ন (nor) কর্ম্মফল (results of activities), সং যোগং (connection), স্বভাব (modes of material nature), তু (but), প্রবর্ত্তদে (acts)।

"হুকচাং মজুত্তা লৈবা প্রভুনা থবক্পু শেমদে, নত্রপা মীওইবদা থবক তৌননবা ইনশিনবন্দু তৌদে, নত্রপা থবকী মহৈবুন্দু শেমদে।

পুম্নমক অসি প্রকৃতিশিংনা (modes of material nature ভনা), ভৌজবনি।"

[" পোকপদা শিবসু অচুম্মক য়াওরে, নুংঙাইবদা অবাবসু অচুম্মক য়াওরে। অনিগী মনুংদগী অমত্তং পামলুবদা, লেমহৌরিবা অমা অচুসু, মী অচুনা ফংদবা য়ারোই।" ]

ঐখোইনা জগৎ সংসার অসিগী নুংঙাইবা হেনগৎহনবা ওমদে। মতৌ অচুগুম্বলচুনা, অৱাবা হুম্বহনবসু ওমদে। জগৎ সংসারদা লৈরীবা plea sure and pain গী পুল্লপ পুনব energy অচু মতম পুম্নমক্কা চপ মান্নে। মকম অমদগী মকম অমদা, নাকল অমদগী নাকল অমদা, মখোই অচুবু ইম্বোক-ইল্লিন ভৌবতনি, natural ওইবা হায়নগী চাং অচুদগী হেনবসু লৈতে, য়াৎপসু লৈতে। ঈথক কাবরবদি হুম্বগনি। মসি natural নি অমসুং logical নি, মরমদি মচু নপ্রবদি, অশিবা য়াওদনা অহিংবা লৈগনি হায়বগা চপ মান্নে। মরমদি অহিংবা হায়বা অসিনা, অশিববুসু অচুম্মক খঙনয়ে (গীতা ২।২৭), নুংঙাইবা হায়বা অসিনা অরাববুসু অচুম্মক খঙনপ্রে। থাওমৈ অচুনা ঙাম্বোকলিবা, হাম্নবদি হিংলিবা অচু, চাকথোকখিবা হায়বদি শিবসু ওইনরী। ঐখোইনা অহিংবা পামজবদি শিবসু পাম্বা ভাই। অনিগী মনুংদগী অমত্তং পামলুবদা, লেমহৌরিবা অমা অচুসু, মী অচুনা ফংদবা য়ারোই। অহিংবগা অশিবগা মীৎয়েং ভোঙান-ভোঙাম্না য়েংলুবদগী, পোৎশক অমত্তদগী রাহে অনি থোকপওম্বনি। ঈথক কাবা অমসুং হুম্বব হায়না খঙনরীবা অনি অসি, পুল্লপ পুনশিন্নগা মপুম অমা ওইবা ঈথক হায়না কৌনরীবা অচুনি। ঐখোম্না ঈথক হুম্ববায়োমদা য়েংলুরগা, pessimist ওইরে, অচুগা ঈথক কাবরোমদা য়েংলুরগা, optimist ওইরে। মুপা মচা অমনা মুলদা লাইরিক তম্নলিঙৈদা মাগী মমা মপানা মাগী অরাৎপা

পূন্নমক য়েংশিল্লি। মতম অদুদা মুপামচা অদুগী অরাং-অপা লৈত্রবনিমা, মহাক্কী শুংগাইবা হায়রবা অদু ওইরে, অদুগা মাগী য়াথলদা optimist হায়রবা অদু ওইরে। অদুবু মমা মপা অদুনা অহল ওইরক্লবদা, মুপামচা অদুগী অরাং-অপা য়েংশিন্খ্রবা অদু হুদ্দয়রকনি। অদুম তৌদুনা য়াম্না চাওখৎলম্বা nation শিংনা মতমগী মতুং ইন্না চাওখৎপা হুদ্দয়রকু্না, অনৌবা nation শিংগা চাংদমহনবদা চাওখৎপগী আশা মাংথরকনি। মসিগী য়াকম অসি proverb ওইনা হৌজিকসু ভাংনরী, মদুদি চহি ১০০০ চুপনা city ওইরুরবা মফম অদু, চহি ১০০০ চুপ্না forest ওইর-কই। অসুম হায়না world গী মফম খুদিংদা city দগী forest ওই-রক্ই, অদুগা forest তগী city ওল্লক্ই। অসুম হায়না তৌবা মওং অসিবু তোঙান-তোঙাল্লা উরুরীবা মীশিংনা, মখোয়না উরুরীবা মায়কৈ মায়কৈগী মতুং ইন্না, optimist নত্রগা pessimist হায়না মমিং খোন্-বগী য়াওনি। শম্না হায়রবদা, অফবা পোত্তা ফত্তবসু অদুম্মক য়াওরে। অফবা থবক্লি হায়দুনা মীনা তৌরীবা থবক অদুগী ফল ওইনা অফবসু ফত্তবসু য়ানশিল্লনা অদুম্মক থোরক্ই— হায়রবদি ফল অমখক্তদা তোঙান্ তোঙ্ানবা মীনা মা-মাগী কান্নবা কাল্লবগী মতুং ইন্না, অফবা নত্রগা ফত্তবা ওই। পূন্নমক অসিবু য়াম্না শম্না হায়রবদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী direction গী মতুঙ্ ইন্না প্রকৃতিদা তৌহল্লিবা জগৎ সংসার অসিগী মনুঙ্দা পীক্থল্লা লৈরীবা অরাবা মুংঙাইবা, অফবা-ফত্তবা, পোকপা শিবনচিংবা contradictory ওইবা থৌদোক পূন্নমক, মীওইবনা তৌহন্দ-নবা থিংবা, নত্রগা তৌহন্বা ঙমলোয়। য়াকম অসি য়াম্না শম্না য়াহৈ থয়দংনা গীতাদা কোংদোল্লি, মদুদি—

"হে কৌন্তেয়! ঐনা য়েংশিনবা মপু (supreme director) ওই-দুনা প্রকৃতি কৌবী অসিনা অচৎপা চত্তবা পূন্নমক শেম্বনি। মরম অসিনগী পোকপা শিবা হায়রবা সংসারগী চক্রসি কোইহৈ লৈদুনা লৈরিবনি। (গীতা ৯।১০)"

[ "জগৎ-সংসার অসিদা Equality লৈবা য়াদে। করিগুম্বা লৈহন্ বা তারবদি, অহিংবা অমত্তা লৈররোই, অশিবা ওক্তা ওইগনি। Disturbance তগী জগৎ-সংসার ওইরক্ পনি।"

পুরমক্ মাল্লবা চাংদা লৈবা (idea of equality) অহুগী রাখল অহু অমুক থল্লসি। Millenniumগী রাখল হায়রবসিনা থঙ্ নবদি Jesus christ না চহি ১০০০ চুপনা পৃথিবীদা শাসন তৌবা মতমদা, খ্রাইষ্টগী চাওখৎপা, মুংঙাইবা, অমস্তুং অফবা Government নি হায়না থন্ বা অহুব্ নি। Millennium গী রাখল অসিনা থবক তৌনবগী অকনবা শক্তি অমা ওই। ধর্ম অয়াম্বনা millennium অসিবু ইহান হানবা হোৌদোক্ পা পোৎচং অমা ওইনা লৌহুনা, মসিবু মীয়ামদা তম্মী। মহুদি হায়রীবা millenninm গী মতমদা ঈশ্বরনা universe অসিদা লাক্কু-না শাসন তৌরৈ, অহুগা পুরমক খেন্নবা অমত্তা লৈতনা চপ্ মান্ননা চুওাইচল্লম্মী। অসিগুম্বা ধর্ম অসিবু শল্লোক্ লিবা মীশিংহু, ধর্মদা হক্ চন্ বা শাজৎ চৎপা (bigoted) অহুরদি ওইরগা, পুকচেল্দি শেংবা মীনি হায়রদা করি কায়রবগে? অসিগুম্বা প্রচার অসিনা মরম ওইহুনা, Greek অমস্তুং Roman লৈবাক্কু লৈরম্বা মীনায়গী থবক তৌবা মীশিংনা য়াম্না থাজবগা লোয়ননা ধর্ম অসিবু লৌই। মখোয়না থাজে, মহুদি millennial religion অসিনা মখোয়গী মীনায় ওইবা কোকনি, অহুগীমু মথক্কা, চান থক্লবা ময়াং কায়না কংগনি। হৌজিক্কী মতমগী যুগ অসিদদি, millennium গী রাখল অসিনা equality গী রাখল অমা পুশিল্লক্লে, হায়রবদি liberty, equality ahd fraternity রাখলদা ওন্থোক্ লক্ লে। হৌজিক্কী মতমদদি, অসিগুম্বা রাখল অসিবু fanaticism নি, হায়রবদি reason না অচুম অরান খিদোক্কনা, ধর্ম অমবু হেক্তা থাজনা লৌবা অমনি হায়রবদা করি কায়রবগে? মরমদি True equality দি পৃথিবীসিদা হায়রম্বু ওইখিদ্রি, অহুগা ফুংদম্বু

সুকৃওই ওইবা য়ায়োই। ঐখোয় পুম্নমক পৃথিবী অসিদা করম হায়না চপ, মান্নবা হায়বা অদু ওইগদৌরিবনো? ওইথোক্লোইদবা equality অসিনা খণ্ডনবদি অহিংবা হায়বা অমস্তা লৈতবা,পুম্নমক শিববু খঙ্‌নৈ। ঐখোয়গী হৌজিক ওইরিবা জগৎ সংসার অসি করম হায়না শেমখ্রিবনো? গীতাগী ৭শুবা অধ্যায়গী ৬শুবা শ্লোকতা মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননা জগৎ সংসার অসিগী সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং সংহারনি। ঈশ্বরবু থাজবা ভক্ত, বৈষ্ণবকী মকমদদি, মসিনা অশেংবা অমসুং অচুম্বা য়াকয়নি। অদুবু হৌজিক্কী মতমগী মীওই material and scientific knowledge কংবা মীওইবদদি, অসুম্না হায়রকবদি য়াদবনিনা, scientifically with reasoning হায়বা তায়। মদুদি জগৎ-সংসার অসি balance লৈরক্কবদগী, হায়বদি equality লৈরক্কবদগী ওইথিবনি। ঐখোইনা chaos হায়না খঙনবা, হায়বদি পংচাই চাইবা মপৈ মপৈ হায়না খঙ্‌নবা, ইহান হায়া লৈরম্বা মওং অদুদা perfect balance লৈ। অদু ওইরবদি জগৎ সংসার অসিগী formative force, হায়বদি জগৎ সংসার অসি শেমগৎ-নবগী শক্তিশিং অদু করম্ হায়না ওইরক্লিবনো? Struggling, competition and conflict তগী ওইরক্পনি। Particles of matter পুম্নমক, equilibrium গী মওংদা লৈরে হায়না খল্লসি। হায়রীবা ফীভম অদুদা creation ওইরক্পা য়াব্রা? Science কী মতুং ইন্না ঐখোইনা খঙই, মদুদি equilibrium গী মওংদা লৈরী-তৈদা creation কৈদৌতৈদসু ওইবা য়ায়োই। ঈশিং মপৈ অমবু হেক্ লেঙ্‌হন্‌বদা, ঈশিং মরিক খুদিংমক্তা হাপ্পগী লেঙ্‌দবা তুমিন্না লৈবা মওঙ্‌দা হজ্জরবগীদবক অমগা অমগা খেংগাইনৈ। মস্তৌ অসিগুম্বদুনা, ঐখোইনা জগৎ-সংসারদা খঙ্‌নরীবা জ্ঞানেন্দ্রিয়না উরিবা অমসুং খঙ্-লিবা পোৎ পুম্নমক্তা, মশাগী হাপ্পা লৈজরবা perfect balance তা হজ্জরবগীদমক অমগা অমগা খেজাইনরী, চিংশিল্লরী, ইম্মোকরী। অমুক্তা হন্না disturbance হায়বদি অকায়বা, নত্রগা লেঙ্‌হন্‌বা হেক্ ওইরক্পা

অদুনা মরম ওইদুনা, ঐখোইগী combination অমসুং creation হায়বা অদু ওইরক্ উ। হায়বদি অমগা অমগা তিনশিন্নদুনা অমত্তা ওইশিন্খিবা, নত্রগা মচেৎ মচেৎ কায়দুনা মশীং য়াম্খোরক্পা হায়বা অদু ওইরক্উ। মরম অসিনা, equality না creation গী মুক্ষমসু অদুম্বক্ ওইরে। অদুগা অমুকসু, struggling force না creation ওইনবগী দরকার ওইবা অদুগুম্না, struggling force অদুমক্তা creation বু মাও ভন্দুনা equality ওইনবগী, হায়বদি perfect balance, নত্রগা অশিবা ওইনবগী দরকারসু ওই। শম্না হায়রবদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না জগৎ সংসার অসিগী সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং সংহার তৌহনবগুম্বনি। গীতা (৭।৬)(১০।৮,৩৯) (১৩।৩০) বেদান্ত সুত্র ভাগ: (১।১।১)।

[ " মীওইবগী পোকপদগী brain power মাল্লদে। Absolute non-differentiation জগৎ-সংসার অসিদা লৈবা য়াদে। মাওইবগী mind দা motive force অনিথক থবক তৌদুনা মতম পুম্নমক্তা লৈ—অমনা bondage ওইনবনি, অমনা freedom ওইহন্দুনা ঈশ্বরগী খুয়া খা ফংনবনি।

Absolute equality হায়বদি জগৎ-সংসারগী plane (মায়বা থাক) পুম্নমক্তা লৈবা struggling force পুম্নমক, perfect balance তা লৈহনবা হায়বা অসি মুকওই ওইহনবা য়ারোই। মরমদি হায়রীবা ফীভম অসি য়োক্লিন্ডেদা, জগৎ সংসার অসি অহিংবা জীবনা লৈবদা মতিক চাবা মকম ওইররোই। মরম অসিনা, ঐখোইনা খঙলে মদুদি Absolute equality অমসুং millennium গী রাখল অসি ওইখোক্লোইদবত্তা নাত্ত, করিগুম্বা মখোই অসিবু ওইহম্বা হোৎনবদসু, অহিংবা জীব পুম্নমক মাও হন্নবগী, হায়বদি অমত্তা লৈতনবগী মওং অদু ওইরকনি। অসিগুম্বা রাখল অসিবু গীতাগী ৮ শুবা অধ্যায়গী ২০ শুবা শ্লোক্তা অমুম্না

থঙ্‌হল্লি। মসুদি "হারপ্রবা অব্যক্ত অসিদগী তোপ তোপ্পা মাঙ্‌বা মাইহুবা, কোংদোক্তবা মতৌ ওইবা অমমুং অচৎ-চত্ত পুন্নমক্না মাঙ্‌প্রবদা, মহাক্তদি মাঙ্‌বা লৈত্রবা অসিগুম্বা অথোইবা অব্যক্ত অসিমু অকক্ক হায়নম্ থঙ্‌লৈ।" অহিংবা অমমুং হিংদবা পোৎ পূন্নমক কোংদোক্তবা মতমদা, হায়বদি লৈত্রবদা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মতোমক্তা লৈবক্তরনি। মতম অদুদা জগৎ সংসার লৈত্রে।

মী অমগা অমগা থেন্নবীবা অসি কবিনা ওইহল্লিবনো? মসি ওই হল্লিবসি brain থেন্নবননি। ঐখোই অসি পোকপদগী চপ্‌ মান্নবা brain power লৈ হায়বসি, জ্ঞান ভাবা মী অমত্তনা হায়রোই, মী অঙা ওবক্ত-না হায়গদবনি। জগৎ সংসার অসিদা ঐখোই অসি অমগা অমগা মস্তিষ্ক মণ্ডল অমত্তা মান্নদনা থোরক্‌উই। ঐখোই অসি অচৌবা রাখল চেনবা মী ওইনম্ থোরক্‌উই, নত্রগা অপিকপা রাখল চেনবা মী ওইনম্ থোরক্‌উই। অম্নুম হায়না পোকপদগী লোইনবক্লিবা মওং অসি, ওই-হল্লবা ঙমকয়া য়ারোই। চহি ১০০০ চুপনা ঐখোইগী দেশ অসিদা American Indians লৈরম্মী, অদুগা ঐখোইগী থাম্নগী ইপা ইপু থরা মথোইগী লৈবাক্তা চৎতুনা লৈথিরম্মী। অম্নুম হায়না মান্নদবা জাতি অনি দেশ অমত্তদা পুন্না লৈমিন্নবদা, দেশ অদুগী শকওংদা করম্বা থেন্নবা অমা থোক চনবা ওম্মী? মী পুন্নমক চপ মান্নবা ভাববদি, Indian শিংনা city শেমগৎতবা অমমুং চাওখৎ থোরাং তৌদবগী মরম করিগীনো? ঐখোইগী ইপা ইপুশিংগী পোকপদগী লোইনরকপা mind impression শিং অদুনা শেম্বা তোঙান্‌বা brain power ওইবননিনা, লমদম অদুদা তোঙান্‌বা মওংগী ওইবা থবক মতৌ মীয়ামদা উৎলি। মরম অসিনা, Absolute non-differentiation হায়বা অসি অশিবগা চপ্‌ মনৈ। হায়বদি জগৎ সংসার অসিনা লৈরীবমখৈ differentiation লৈগনি, অদুগা লৈকয়ম্ থোকই। Creation গী cycle না হেক্ক লৈতবদা, millennium হায়না থম্মবা perfect equality লৈবা য়াগনি।

Creation লৈবীমখৈ equality লৈবা য়াদ্রোই। অদুমখক ওইহুনবু, millennium কংগনি হায়বগী রাখল অসিমা motive power অচৌবা অমা ওইহনি। Creation গীদমক্তা inequality দরকার ওইবা অদুগুমা, creation লোইথিনবগী, হায়বদি equality ওইনবগীদমক struggle সু দরকারনি। Equality ওইহুনা, হায়বদি free ওইহুনা, ঈশ্বরগী খুমা থাবু মীওইবনা কংজনব', struggle দরকারনি। অদুগা অমুকম্ব creation ওইনববা, হায়বদি মীওইবা ওইনা পোক্লনবা inequality হায়বদি struggle দরকারনি। শম্মা হায়রবদা, অসিগুম্বা কীভম মতা অসি অতৈ কম্নিমত্তা নত্তে, মীওইবগী পাম্জিবা লম্থুংকম অদুবু কংননবা হোৎনবদা motive force অনিথক্তী চিংথোক্ চিংশিনগী লাম্নী। motive force অনি অসি, মীওইবগী পুক্নিংদা থবক তৌহুনা মতম পুম্নমক্তা লৈ— অমনা bondage ওইনবা থবকনি। অদুগা অমনা freedom ওইনবা থবক্নি। হায়বদি, motive force অমনা bondage ওইননবা, evolutionary process নত্রগা transmigration of soul হায়না খঙ্নবা, হম্না হম্না পোকপা অমসুং শিবগী চক্র মমুত্তদা চংথিনবনি, গীতা (২॥১৩) (৮॥৬) (৯॥১০), অমসুং অদুগুম্বা থবক মতৌ অদুবু রাজস্ অমসুং তামস্, কর্ম্মগী থবক মতৌনি হায়বনি, গীতা—(১৮॥২৪,২৫), অদুগা অতোপ্পা motive force অমনা সংসারদা অমুক হন্নক্তবা পরমধাম হায়না খঙ্নবা অদু য়ৌখিহুনা, গীতা (৮॥২১),পোকপা শিবা লৈত্রবা freedom হায়বদু ওইননবা, গীতা (৪॥৯), সাত্ত্বিক কর্ম্মগী থবক মতৌনি হায়বনি গীতা (১৮॥২৩)।

[ "জগৎ সংসার অসি complex ওইবা world machine অমগুম্বনি। মসিবু লাম্হোক্লবা লাইনিং লম্বেলশিংগী মফুংদা কর্ম্মযোগদু অমনি।" ]

জগৎ সংসার অসি অকিবগী মশক ওইবা mechanism অমনি, চক্রগী মমুংদা চক্র লৈবনি। চক্র অদুগী মমুংদা ঐথোয়না ইপাং-পাংনা

খুৎ থিংজিল্লরবদি, ঐখোয়বু মানা হেক্ কাখিবদা, ঐখোয় মাঙ্ জয়ে। ঐখোইনা খল্লি, মহুদি ঐখোয়গী duty অমা পাংথোক্পা হেক লোইবগা ঐখোয় পোৎথাবা ফংগনি। অহুবু ঐখোয়গী duty অহুগী শরুক অমত্তং হেক লোইরক্পদা, অতোপ্পা duty অমা ভাইহুনা লৈরী। Complex ওইরবা চাওরবা world machine অসিনা, ঐখোয়বু মতম পুম্নমক্তা মহাক্কী মায়কৈরোমদা চিংহুনা লৈরী। মহু তৌহন্দনবা লম্বেল অনি-থক লৈ। ১। লম্বেল অমনা machine অহুগা কয়িমত্তা মরী লৈনক্ক্রবা, machine অহুনা তৌনিংবা তৌহনবা অমম্সুং মহুগী মনাক্তা মাপা থেংনদনা লেপ্তুনা য়েংহুনা লৈবা, অহুগা লোইন-লোইননা ঐখোয়গী desire পুম্বা থাদোক্পা। মসি হায়দোক্পদদি য়াম্মা লায়, অহুগা থবক ওইনা পাংথোক্পদদি ওইথোক্লোইদবা মাল্লি। মী লাখ ২০ গী মনুংদা অমখক্তুংগকাদি ওম্বা য়াওরকল্ল্রা চিংনিঙ্ঙাইনি। মসিবু জ্ঞান-যোগ হায়নস্সু খঙ্ নৈ। জ্ঞান-যোগ অসি কয়ামুক লুবগে হাইবহু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাগী ৭শুবা অধ্যায়গী ৩শুবা শ্লোক্তা অস্নুম্মা হায়রী—"মী লিশিং লিশিংগী মনুংদা কনাগুম্বা অমতংদনা সিদ্ধ ওইনবা যত্ন তৌই। যত্ন তৌবা সিদ্ধ ওইরবশিংগী মনুংদসু কনাগুম্বা অমতনা ঐবু শেংনা খঙ্ই।" ২। অতোপ্পা লম্বেল অমনা জগৎ-সংসারগী world machine অসিগী মনুঙ্দা হেক্তা চোংশিন্দুনা, কর্ম্ম তৌবগী মনুঙদা লৈবা অথুপ্পা ঈচেল অহুবু খঙ্ননবা হোৎনবা অসিবু, ঐখোয়না কর্ম্ম-যোগ হায়না খঙনৈ। ঐখোয়না world machine গী চক্রদগী লাপ্পা চেল্লুহুনা কায়দে। মহুগী মহুত্তা, world machine গী নাকন্দা লেপলগা কর্ম্মগী অথুপ্পা ঈচেল অহু খঙ্ননবা হোৎনবনা কৈ। জগৎ সংসারগী মনুঙদা লৈনা লৈনা কর্ম্ম চুম্না তৌরবদি গীতা (৩।৪,৫,৮,৯,২৫,২৭,২৯, ৩০)(৪।২০,২১)(৫।১০,১৪)(৬।৩),(১৮।৬,৭,৯,১১),জগৎ সংসারগী মপান্দা থোরক্কবা উপায় লৈগনি। machine অহুগী মনুংমক্তদা থোক্লনবগী লম্বেলসু য়াওরী।

[" স্বর্গবু কংবা হায়বা অসি, অকবা থবক ওইরবসু selfish motive নি। মসী অহু freedom কংদে। " ]

কর্ম্ম হায়বা অসি করিনো চাওরাক্পা ঐখোয়না হৌজিক্তি খঙ্লে। কর্ম্ম হায়বা অসি, মতম পুম্নমক্তা লৈরবা nature's foundation গী শরুক অমনি। ঈশ্বরবু থাজবা মীশিংগী মফমুদদি মসি নিংখিজনা খঙ্ই। মরমদি মখোয়না খঙ্ই, মহুদি ঈশ্বরনা ঐখোয়গী মতেঙ্ য়াওরবসু, মতোমতনা হিংনববগী শক্তি লৈতবা নত্তে। জগৎ সংসার অসিনা মতম পুম্নমক্তা হৌজিক লৈরিবা কীতম অসিদা অসুম্মক লৈরবসু, ঐখোয়গী লমথুংকম্দি freedom নি, ঐখোয়গী লমথুংফমদি unselfishness নি। কর্ম্ম-যোগকী মতুং ইন্না ঐখোয়না কর্ম্ম তৌরগা লমথুংকম অহুবু য়ৌবা ঙমগনি। জগৎ সংসার অসি perfectly happy world অমা ওইহন্গনি হায়রবগী য়াথল অসি, fanatics শিংগী অকবা motive power অমা ওইবদি য়াই। তৌইশুম্নসুং ঐখোয়না খঙ্ই, মহুদি fanaticism না অকবগা ফত্তবগা চপ্ মান্না য়ান্শিন্নহুনা পুরক্ই। কর্ম্ম যোগীশিংনা মসিদা হংলি, মহুদি পোক্পদগী লোইনরক্পা freedom বু পাম্জবা অসি নত্তবা, কর্ম্ম তৌননবগী motive power অমা অমুক দরকার ওইরিবা করিগীনো? ময়াম্না খঙ্নরীবা worldly motive কী রাংমদা ঐখোয় লৈবা ঙম্সি। "থবক তৌবা হায়বা অসি ঐখোয় পুম্নমকী right নি, অহুমদি ওইরগা মহুগী ফলদি ঐখোয়গী নত্তে, (গীতা ১৮৷৯)।" কর্ম্মযোগীনা হায়রী, মীনা মসি মশানা খঙ্ননবা তম্বা য়াই; অহুগা থবক ওইনা মহু পাঙ্থোক্পা য়াই। মী অহুনা হিংলিঙৈগী মপুনসি চুপ্পা থবক অকবতবু তৌগে নিঙ্লবদা, মানা worldly motive power অমবু মুকৃপাম পাম্লোই। ঐখোয়না অকবা থবক তৌশি, মরমদি অকবা থবক তৌবা হায়বা অসি অকবনি। কর্ম্ম যোগীনা হায়রি, অকবা থবকনি হায়হুনহু স্বর্গবু কংগে হায়না নিঙ্হুনা থবক

তৌরবদি, মহাক মপানকপু পুনশিন্নবৈ। selfish motive কা লোই-ননা তৌরীবা থবক পুন্নমক, মী অদুনা free ওইবগী মহৎতা মথোত্না য়োংলী অমা অমুক্তা হেন্না পুন্শিন্লে।

## [ "আসক্তি থাদোকপনা তশেংবা কর্ম্ম-যোগনি।"]

কর্ম্মগী ফল পুন্নমকপু থাদোক্লবা অমত্তা ওইবা লম্বেলদি, কর্ম্ম অদুদা unattached ওইবনি। ঐখোয়না খঙ্গদবনি, মতুদি জগৎ-সংসার (physical world) অসি ঐখোয়গী নত্তে, ঐখোয়গী জগৎ-সংসার (physical world) ওইবস্তু নত্তে। ঐখোয়গী অশেংবা শক্তমদি হকচাং অসিস্তু নত্তে। ঐখোয়না থাংজৈশেংবমক্ থবক তৌবস্তু নত্তে (গীতা ৩।২৭)। ঐখোয়গী অশেংবা শক্তমদি self নি, মাদি মতম পুন্নমক্তা অহিংবা অমস্তুং শান্তি ওইনা জগৎ পুম্বা শীনবা থুংনা লৈবনি। ঐখোয়বু কাঞ্জিন পুন্শিন্গদৌরীবগী মরম করিগীনো? ঐখোয় perfectly unattached ওইগদবনি হায়বা য়াম্না ফবা য়ানি। অদুবু মদু ওইনবগী লম্বেল অদু করিনো? Ulterior motive অমত্তা য়াওদনা, হায়বদি পুক্নিংদা ফুম্বা অনিংবা অমত্তা য়াওদনা, তৌবা থবক্তি, অনৌবা থৌরী অমনা পুনশিনবগী মতুংতা, হান্না পুন্দুনা লৈরীবা থৌরী অদু ককথৎপনি। ঐগী কান্নবা অমা পুন্নকনি হায়বগী য়াখল য়াওদনা, হায়বদি return গী য়াখল থন্নুদনা, অকবা পাওজেলবু জগৎ সংসার অসিদা শন্দোকলবদি, mind দা মদুগী মমি লৈহৌরগনি অমস্তুং হান্না পুল্লম্বা থৌরী অমা ককথৎতুনা পুক্নিং শেংবা ওইরকনি। অমুম্না পুক্নিং মথং মথং শেংলক্তুনা থ্বাইদগী অশেংবা পুকচেল চেনবা মী অমা ওই-রকনি। অদুবু মখোয় পুন্নমক অসি থন্নুবদা, ওইরোইদবা য়াখল থমবা, practical ওইরোইদবা, Theoretical দা ওইগদবা, too philo-sophical ওইবা মওং অমা ওইনা উগনি। গীতাগী ত্তুবা অধ্যায়গী

১৯শুবা শ্লোক্তা অম্মুম্মা হায়রি, মহুদি "আসক্তি থাদোক্তুনা তৌকম থোক্পা কর্ম্ম তৌ।" রাফম অসিদা অথং অহৈশিংনা য়াম্না য়েংলী। মখোয়না হায়রী, মহুদি মীনা motive য়াওদনা করম হায়না থবক তৌগদৌরিবনো? মখোয়না unselfish work অমম্তব্ উরুদহুনা, মখোয়না মসি হায়রীবনি। মাখায়না উরুরিবা থবকতি, মপানগী মওংদা unselfish work নি হায়জিন্বা, অহুগা থাঙ্গেশংবদি fanaticism গী influence না তৌবা থবক অহুবুনি। কর্ম্ম যোগবু থাঙ্গেশংনা practical ওইনা তম্বীরম্বা অহু বুদ্ধনি। ইতিহাসনা শক্ত্হল্লি, মহুদি Buddha নত্তনা world দা লৈরম্বা prophet পুম্নমক্না তৌরম্বা unselfish work পুম্নমক, মপানগী motive power অমদগী তৌরম্বনি, হায়বদি ঈশ্বরগী ওইবা য়াথং অমদগী তৌবনি। অহুগুম্বা prophet শিং অহু কাংবু অনি পোক্লা খাংদাকপ য়াই। কাংবু অমনা হায়রী, মখোই ঈশ্বরগী incarnation ওইনা পৃথিবীদা লাকপনি। অহুগা অতোপ্পা কাংবু অমনা হায়রী, মখোয় ঈশ্বরগী messanger ওইনা পৃথিবীদা লাক্পনি। মখোইগী রাইৎ অমসুং পাউতাক্শিং অহু য়াম্না spiritual ওইরবস্লু, মপান্দগী চথিজ অমনা unselfish work অহু তৌহল্লি, অহুগা unselfish work অহুগী ফল ওইনা মপান্দগী লৌরী, হায়বদি ঈশ্বরগী য়াথং মতুং ইন্না মখোইনা থবক তৌরী, অহুগা মহুগী ফল ওইনা ঈশ্বরগী থুয়া-খাবু ফংজরী। ঐখোয়না ইতিহাসতুগী শক্ত্বা prophet শিংগী মনুঙ্দা Buddha মতোম্তনা হায়রী, মহুদি "ঈশ্বরগী মরমদা theory অমত্তা করিমত্তা পামজদে, soul গী মরমদা লুপ্রবা doctrine অহুবু খঙ্ননবা হোৎনবস্লু পাম্জদে, মাগী হায়ববু অকবা থবক তৌ, অকবা মী ওইয়্, অহুতনা freedom ফংগনি।" মহাক্কী পুন্সি চুম্না personal motive অমত্তা য়াওদনা unselfish work তৌখিবা মী অমনি। মহাক্তি অতোনবা জীববু মুংশিজবা, জীব হিংসা তৌদবা, জীব পুম্নমক চপ

মাল্পনা উবা, মহাক মশামকী ওইজবা থবক অমত্তসু তৌদবা prophet অমনি। মহাক্কী তৌরিবা কর্ম্ম মতৌ অসি কীদমনিঙাই ওইবা আসক্তি থাদোকপা কর্ম্ম-যোগনি।

[ "Universe কী sense-object পুম্নমক্তসু, ঐনা তৌরিবা থবক অদুদসু attachment থাদোকৃসি। "ঐ অমসুং ঐগী" হায়বা অসিদগী অবা-অনা থোরকপনি। Body অসি "ঐ" নত্তে।"]

কর্ম্ম—যোগনা হায়রি মতুদি "অরেপ্পা লৈতনা থবক তৌগদবনি, অদুমদি ওইরগা, থবক অদুগী attachment পুম্নমক থাদোকদবনি, (গীতা ১৮॥১১)। পূর্ক্কিংন খঙ্‌লিবা অমসুং মীৎনা উরিবা পুম্নমক অসিগা ঐগা অমত্তা ওইশিল্লোইদবনি। Mind অসি free ওইনা লৈহন্‌বা তম্নগদবনি। মীৎনা উরিবা পুম্নমক, অমসুং অর'-অন' পুম্নমক অসি, জগৎ-সংসার অসি শেম্নবগী তৌহল্লবা য়াত্রব' ফীভম্নি হায়না খন্‌গদবনি। লাইরবা, ইনাকখুনবা, হরা ও-নুংঙাইবা অসি মীৎকুপ অমত্তগীনি, মখোই অসি ঐখোইগী real nature নত্তে। ঐখোয়গী real nature দি, ঐখোয়গী mind না শেম্লিবা universe, sense objects অমসু imagination শিং অসিগী রাংমদনি, অদুমদি ওইরগা, অভৎপা লৈতনা থবক তৌগদবনি। "অরা-অনা হায়বা অসি attachment ভগী ওই-রকপনি, থবক তৌবদগী ওইরকপা নত্তে।" ঐখোইনা তৌরিবা থবক অদুগা অমত্তা ওইশিল্লবদি মতুগী অরা-অনা ফংগনি, অদুম্না তৌত্রবদি, ফংলোই, গীতা (২॥৭১)(১৮॥১৭)। মীগী কজ্জরবা picture অমা মৈনা চাকৃখিবদা, ঐনা নুংঙাইতবা পোক্কে। অদুগা ঐগী অহুগুম্বা picture অমা মৈনা চাক্লবদি, ঐ য়াম্না রাই। করিগীনো? Picture অনিমক original অমথক্তগী copy ভাক্তনি। অদুগুম্বা চপ মান্নবা picture অনি অদুগী মনুঙ্‌দা picture অমা মৈনা চাকৃপদি, ঐনা রাই, অদুগা

অতোপ্পা picture অমা মৈনা চাক্পদি ঐনা রাদে। অদুনা ঐগী হায়বা রাখল অসিনা, ঐবু রাহল্লে। হায়বদি selfishness না ঐবু রাহল্লে। Selfishness কী থবক অমস্তুং রাথসনা ঐবু attachment ওইহল্লে। অদুগীস্মু মথক্তা, থবক অদু তৌবদা মীনায়গী মওংদস্মু তৌ-হল্লে। "ঐ অমস্তুং ঐগী" হায়বা রাথল অসিনা mind দা মপ্পি হেক্তাখিবদা, ঐগী মহৌশাগী ওইজরম্বা freedom অদুদা খোরী অমনা ফাজিল্লে, অদুগা ঐবু মীনাইগী মওংদা থবক্স্মু তৌহল্লে। অস্মুম হায়না "ঐ অমস্তুং ঐগী" হায়বা রাথস অসি য়াম্শিল্লকৃলগা, slavery হেনগৎ-লকই, অদুগা লোয়না-লোইনবা অরা-অনাস্মু হেনগৎলকই। মরম অসিনা, কর্ম্ম যোগনা হায়রী, জগৎ-সংসার অসিগী picture গী মওং ওইবা কজ্জব: অসিবু য়েংলগা নুংঙাইবা তম্‌সি। অদুম্মদি ওইরগা, মথোইশিং অসিগা ঐগা অমস্তা ওইশিন্‌গুম্‌সি। "ঐ অমস্তুং ঐগী" হায়বদা অরাবা পুশিল্লকৃসে। মরম অসিনা, মথোই অসি স্মুকহায় হায়দনবা তমসি। Body অসি ঐগীস্মু মীগীস্মু, কনামত্তগী নত্তে। Body দি Laws of nature গী মতুং ইন্না মশানা ওইজবনি, ঐখোয়গী অশেংবা শক্তমদি free নি, জগৎ-সংসার অসিগী লেঙ্‌লি পাল্লিবা পুম্নমক্ অসিবু, ঐখোয়না সাক্ষী স্বরূপ ওইনা অয়াপ্পদা সংসারগী রাংমদা লেপ্তুনা কুইম্মে য়েংলিবনি হায়না খন্‌বা তম্‌সি (গীতা ১৩৷২২)। মহৈগী অপাম্বা য়াওদনা সাক্ষীগুম্না লৈবা তম্‌সি (গীতা ১৪৷২৩)।

[কর্ম্ম-যোগনা হায়রি non-attachment হায়বা অসিনা সংসারগী মপানগী পোৎ-চৈশিংগা শম্নদবা হায়বা নৎতে। পুক্লিংদা ঐগী নৎতে হায়না খন্‌বা তম্‌সি হায়বনি।"]

কর্ম্ম-যোগনা হায়রী — selfishness অসি mind দা পুশিল্লকুনা খন্দনবা হোৎনসি। অদুবু ওয়বদি, জগৎ-সংসারগী world machine

গী মনুংদা চঙ্‌ঠুনা ভম্লিবমথৈ থবক ভৌবা য়ায়ে। ঊশিংনা থমনাদা চোংঠনবা ভমদবগুম্‌, মী অহুনা জগৎ সংসার অসিগী মনুংদা লৈন-লৈন, হায়বদি মায়াগী মনুংদা লৈন লৈন থবক ভৌবদা, মায়ানা মংভান্দা ফংহন্দবা, হায়বদি selfishness নত্রগা attachment ওইহনবা ভম-লোই। মসিগুম্বা থবক মতৌ অসিবু অপাম্বা থাদোকপা বৈরাগ্য, (গীতা ৬॥৩৫) নত্রগা non-attechment হায়না থগুনৈ। বৈরাগ্য, non-attachment, unselfishness রাহৈদা অহুম থোক্‌চয়বম্নু রাথল-দি অমথক্তনি। মসি যোগ মথলথুদিংগী অহানবা য়ুম্ফমনি। কনাগুম্বা মী অমনা ময়ুম থাদোক্‌লে, কজবা কীয়োল শেংত্রে; অকবা চিঙ্গাক চাঙ্গে, লমহাং-ভুমহাংদা কোইনা চংঙুনা লৈরে; অদুগুম্বা মী অদু non-attached ওইরবা মীনি হায়বা য়ায়োই। মরমদি, Body অদু মহাক্কী-নি হায়না থল্লিবমথৈ non-attachment ওইবা মী, ওইবা য়াংরোই। Body দি য়ুম থাদোক্‌পাগুম্না থাদোক্‌পা, অমদি কজবা কী-য়োল শেংত্তবগুম থাদোক্‌পা য়াদে। মরম অসিনা, non-attachment হায়বা অসিনা থগুনবদি, মপানগী ওইবা body, নত্রগা পোৎশিংবু শয়দবা, নত্রগা থাদোকপগী য়া-নত্তে, মী অদুগী পুক্নিংদা মপানগী চক-চাং, নত্রগা পোৎশিংদু, ঐগী নত্ত হায়না থনবা তম্বগী য়ানি, হায়বদি unselfishness কী রাথল তম্বগী য়ানি। "ঐ অমসুং ঐগী" হায়বা রাথল অসিগী binding link দি mind নি। অসিগুম্বা link অসি body অমসুং sense-object শিংগা লৈনজবদি, ঐথোই unattached ওইরে। মরম অসিনা, পুমনমক অসি mind দা লৈরে। মসিনা থঙ্‌-হল্লিবদি, মী অমনা সিংহাসনদা ফমহুনা নিংথৌ ওইরবসু, non-attached ওইবা য়াই, অদুগা অতোপ্পা মী অমনা কী শেলাইবা শেং-লবসু, attached ওইবা য়াই। মরম অসিনা, কর্ম্ম যোগনা হায়রি, মহুদি ঐথোইনা পুক্নিংদা non-attached ওইননবা হায়না তম্থিসি, মহুগী মতুঙ্‌দা থবক পোৎথাবা লৈতনা তৌসি। অদু ওইরবদি, কর্ম্ম

যোগকী মতেঙ্ ভনা, ঐখোয়না পামজিবা লমথুংকম অদু, হায়বদি ঈশ্বরগী থুয়া স্নোবা ঙম্‌গনি। অসিগুম্বা রাখল অসিবু গীতাদা যায়া শয়া ফোংদোক্লি মহুদি —

"ঐনা তৌবনি হায়বা রাখল কোক্লবা অমসুং বুদ্ধিনা বিষয়দা আসক্তি লৈত্রবা মী অদুনা লোক পুম্ববু হাৎলবসু মহাক্তি কনা অমত্তা হাত্তে, (থবক) অদুনা মহাকপু পুনবা ঙমদে।" (গীতা ১৮৷১৭)

[ "কর্ম্ম-যোগনা মক্ল ওইনা তৌরিবা থবক্তি universe of senses কা attachment লৈতনবা হোৎনবা হায়বনি। মহুগী মন্থুঙ্ দা লৈবা বাখল।"]

মনোবিজ্ঞানগী মতুং ইন্না, কর্ম্ম হায়বা রাহৈ অসিনা causation দুম্ব থঙ্‌নৈ, হায়বদি কর্ম্মদগী থোক্লকলিবা ফলনা cause অমুক ওইদুনা, মহুদগী effect অমুক থোক্লকই। অম্সুম হায়না cause and effect না অতৈ অথম লৈতনা হক-হক লৈদুনা লৈবসিবু, Laws of Karma or Laws of causatioo হায়না থঙ্‌নৈ। Law হায়বা রাহৈ অসিনা করিনো? চাং নায়না থোকলিবা থোঃদোকপু, জ্ঞান তানা তাক্‌পা য়ানবা, রাখলনা শেম্বা নিয়ম অদুবু, Law হায়না থঙ্‌নৈ। মরম অসিনা, Law হায়বা অসি nature দা লৈবা পোৎ অমত্তসু নত্তে, cause and effect ওইনা থোক্লিবা থোঃদোক্‌শিং অদুবুসু নত্তে। Series of phenomena না মী অদুগী mind দা ৱয়ি (impression) ওইনা তাদুনা, mind দা হায়া লৈজরম্বা মরিশিং অদুপা তিন্নদুনা, phenomenon অদু চাং নায়না তুংদা অমুক্তা হন্না থোরকনি হায়বগী mind না শেম্বা নিয়মনি। ঐখোয়গী physical and sense universe অসিদি করিনো? মসি mind না limitation ওইহনবা Infinite existence কী অপিকপা মচেৎ

অমথক্তনি (গীতা ১০॥৪২)। ময়ম অসিনা, ঐখোয়গী, universe অসিবু universe of senses হায়নসু খঙ্‌নৈ। Being নত্রগা Infinite existence কী অপিকৃপা মচেৎ অমথক্তনা, মিং অমসুং মওং নায়রবা শক্‌কম ওইনা ময়ামদা খঙহনলকপা মতমদা, law of causation apply তৌবা য়াই। অতুগা লোইন-লোইননা মিং অমসুং মওং নায়বা শকফম্ অতুদা Law সু apply তৌবা য়াই, মরমদি law অসিগী খোরকৃকম্ মরু causation দগীনি। য়াকম অসিদগী ঐখোয়না খঙ্‌লে, মতুদি free will হায়রবা পোৎ অমত্তা লৈবা য়াদে, মরমদি য়াহৈ অনিসিমক্ contradictory ওইবা য়াহৈশ্লিংনি। অসিগীসু মথক্তা, "will" হায়রবা য়াহৈ অসিনা খঙ্‌নবদি time, space and causation গীসু অমসুং sense-universe কীসু মসুঙ্‌দা লৈবা পোৎ পুম্নমকপু, "খঙ্‌বা" হায়রবা অতুনি। হায়নদি "will" ওইরমদবা free ওইরবা অতুগুবা Being অতুনা time, space and causation গী মনুংদা চংলক্‌লা "will" ওরগা "human will" ওই। "human will" না time, space and causation গী মপান্দা খোক্‌খিবদা, নত্রগা universe of senses কী মপান্দা খোক্‌খিবদা, free ওই হায়রবদি Being ওই। মরম অসিনা, Being না freedom দগী লাক্লগা, ঐখোয়গী sense-universe কী মসুঙ্‌দা লৈবা মওং নায়রবা মীগী "will" (human will) ওইনা অমসুং bondage ওইনা লৈরমলগা, freedom দা অমুক হনখি। (পুম্নমক অসিগী পোক্লফমসু ঐনি; অমসুম্মা তিল্লকফমসু ঐনি —গীতা ৭॥৬)। ঐখোয়না মীগী অশেঙ্‌বা শক্তমবু Infinite Being নি হায়না য়াথল্লা খনবা মতমদা, Infinite কী শীকপ্রবা মরীক্ অমত্তনি হায়না খন্‌গদবনি (গীতা ১৫॥৭)। ঐখোয়গী sense universe পুম্নপ অসিসু, Infinite কী অপিকপা মচেৎ অমত্তনি (গীতা ১০॥৪২)। ঐখোইগী Laws of Karma or Laws of causation, universal laws, bondages, joys, sorrows, happiness, progress, expectations পুম্নমক অসি,

ঐখোয়গী পীকপ্পবা sense universe অসিগী মঙুঙ্দনি।

ঐখোইগী sense universe অসিদা freedom লৈতবনিনা কর্ম্ম-যোগকী পাম্বৈনা মসিগী য়াংমদা চৎননবা হোৎনবা তাই। মরম অসিনা, ঐখোয়গী অপিকৃপা universe অসিদা attach তৌরিবা অসি থাদোক্পা তাই, sense-universe পুম্নু থাদোক্পা তাই, heavenবুম্নু থাদোক্পা তাই, body বুম্নু থাদোক্পা তাই, পূক্নিংবুম্নু থাদোক্পা তাই, limit ওইহল্লিবা অমসুং condition ওইহল্লিবা পুম্নমকপুম্নু থাদোক্পা তাই। কর্ম্ম তৌবদা আসক্তি (attachment) থাদোকনবা কর্ম্ম-যোগকী scientific ওইবা method পুম্নমক ঐখোয়না শিজিন্নবা তমসি, হায়বদি— ১) বেদনা তাকপা অফবা কর্ম্ম অদুতবু তৌবা, ২) কর্ম্ম তৌরিবৈদা অতৈ য়াথং খল্লুদনা, তৌরিবা থবক অদুদা পূক্নিং চঙ্বা, ৩) ঐনা মতং পীখিবগী return অমুক খল্লুদবা, ৪) Master ওইনা অমসুং love কা লোইননা থবক তৌবা তম্বা, ৫) Nature গা ঐগা মশা অমত্তা ওইশিন্দনবা হোৎনবা, ৬) মীতোন্দা মতং পাংবদা spiritual knowledge না মতং পাংবা, ৭) থবক্কী ফল পুম্নমক ঈশ্বরদা কৎথোক্পা, অদুগা থবক অদু ঈশ্বরবু সেব পুজা তৌবগুম্না তৌবা, ৮) "ঐ অমসুং ঐগী" হায়বা থাদোক্পা ৯) ঐখোয়না কর্ম্ম তৌবা থুদিংমক্তা mind দা deep impression লৈহন্দনবা হোৎনবা, ১০) Perfect unselfishness ওইহন্নবা হোৎনবা, ১১) Universe of senses ক attachment লৈতনবা হোৎনবা, ১২) পুম্নমক অসিবু ওইহল্লিবা অসি mind দগীনি। মরম অদুনা, mind control তৌনবা হোৎনবা।

## ( CONCLUSION )

পুকচেল শেংলবা অমসুং ধর্ম্মদা পুক্নিং লুপখ্রবা খ্বায়দগী অরাংবা থাকী মুনি ঋষিশিংদি, ঐখোয়না তৌরিবা থবক অসিগুম্না থবক অমত্তসু

তৌদে। মরমদি মখোয়দা attachment অমত্তা লৈতে, গীতা (৫॥৮-৯)। Self তা পুক্নিং চপ্ যুংনা চংগ্রবা, desire পুম্নমক self কী য়াথন্দা লৈরবা, self কা সুকথা থানদনা পুক্নিং লুপ্তুনা লৈগ্রবা মী অহুগীদি, ঐখোয়না তৌরিবা থবক অসিগুম্বা থবক অমত্তসু তৌদে, গীতা (৩॥১৮) (১৮॥১৭)। অহু নত্তবা মী অতৈদি, থবক তৌদনা লৈবা য়াদে, গীতা (৩॥৫,৮) (১৮॥১১)। অহুম হায়না থবক তৌবহুনা, মী অহুনা জগৎ সংসার অসিগী পীকগ্রবা থবক অমা কাওবা মতেঙ্ পাংবা ওন্মী থল্লোয়-দবনি, মরমদি থবক পুম্নমক প্রকৃতিদনা তৌজবনি (modes of material nature তনা তৌজবনি)—গীতা (৩॥২৭)(৫॥১৪). নত্রগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অখোইবী জীব কৌবী প্রকৃতিনা (Individual self—জীবাত্মানা) জগৎপু function তৌহল্লিবনি, গীতা (৭॥৫)। হকচাং শাজেল তৌকম সংসার অসিদা ঐখোয়না ঐখোয়বু মতেঙ পাংজবনি, হায়বদি আসক্তি য়াওদনা চুম্নগী মীওইবগী মঙ্গলগীদমক থবক তৌবনি (লোকসংগ্রহগীদমক থবক তৌবা—গীতা ৩॥২৫)। মসিতনা থবক তৌবগী proper attitude নি। ঐখোয়বু হৌজিক থবক তৌনবগী খুদোংচাবা অমা ফংহল্লিবা অসিনা, ঐখোয় মশেল অমনা অমগী মতেঙ পাংবা ওম্জরে। মসিনা attachment সু লৈহল্লরোই। চাওগ্র-চাওগ্রবা মুনি ঋষি কয়া, মহাক মহাক্কী আয়ু লোইরগা শিখিবা ডাক্কনি, গীতা (২॥২৭) (৮॥১৬)। মখোয় অহু, মতম থরা লৈরগা ঐখোয়না কাওখিবমক্কনি। ঈশ্বরগী আয়ুদি infinite নি, deathless নি, গীতা (২॥১৭,২০), (৭॥২৪,২৫), (১০॥৩),(১৫॥১৫)। সর্ব্বশক্তিমান ওইবা ঈশ্বরগী অপাম্বা য়াওদনা, কনামত্তসু মিকুপ অমত্তা ফাওবা হিংহনা লৈবা ওয়দে, গীতা (৭॥৬) (৯॥১০)। ভবো অভাবো—পোকপা, শিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী খুবাক্তা লৈবনি, গীতা (১০॥৪)। ইবুংঙো মাগী য়াথংনা নুংশিংনা শিংলি, নুমিৎনা মঙাল পীরি, পৃথিবীনা লেঙ্হনত্তা লৈরী অমম্লুং অশিংবনা কনামৎতা থঙ্হন্দনা তুমিন্না চঙ্হনা; পৃথিবীদা

লৈবা জীবশিংবু শিনবগী থবক তৌহল্লি, গীতা (৮॥১৬)। ইবুংঙো মহাক্তনা পূম্নমক অসি ওইহল্লিবনি, অমসুং পূম্নমক অসি পূল্লপ পূল্লগা ইবুংঙো মহাক্নমক্লি (গীতা ৭॥৭)। পূম্নমক অসিগী অমমম্ খুদিংদসু মহাক লৈব্রিবনি, গীতা (১০॥৩৯) (১৩॥১৫)। খাইদোক্তবা মপুম ওইরবসু থল্লাইপানবশিংদা খাইদোক্পগুম্না ইবুংঙোনা লৈ—গীতা (১৩॥১৬), নত্রগা ইবুংঙোনা অহিং· বা জীবশিংগী হৃদি মন্নুঙ্‌দা লৈদুনা লেঙ্‌হল্লিবনি হায়বদি হিংহল্লিবনি, গীতা (১৮॥৬১)। মরম অসিনা; ঐখোয়না ইবুংঙো মহাকপু পূজা তৌজবা অমসুং নিঙ্‌জবা নত্তনা, করিমত্তা তৌনিংঙাই লৈতে, গীতা (১৮॥৬৫)। থবক তৌবগী ফল পূম্নমক থাদোক্‌সি। ইবুংঙোদা কথোক্‌নুনা অফবা থবক্তা থম্দুনা চৌসি, গীতা (৩॥৯,৩০) (৫॥১০) (৯॥২৭,২৮)। অসুম তৌরবদি, non-attachment ওইরক্‌নুনা, খম্মোয়ল্লুংগী শেংদবা রাথল্লনা কাজিল্-পুন্‌শিল্লম্ব পূম্নমক কোক্লকনি। অতুগা freedom, হায়বদি সিদ্ধি ফংগনি, গীতা (১৮॥৪৬)। অতুগুম্বা freedom অদু কর্ম্ম যোগ-কী লমথুংফম্নি অমসুং ঈশ্বরগী (শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননী) শ্রীধামনি, গীতা (৮॥২১) (১৫॥৬)। সিদ্ধি ফংরব মহাত্মাশিংনা spiritual body ওইদুনা spiritual atmosphere দা চংশিবঃ মরম্না (ব্রহ্মলোকতা চংখিবা মরম্না) অমুক হন্না পোকপা "শিবা লৈররোই, (গীতা ৮॥১৫)।

"কৃষ্ণাংশং কৃষ্ণভক্তঞ্চ পরং কৃষ্ণপরায়ণং।
শ্রীকৃষ্ণচরণাম্ভোজ ধ্যানৈকতান মানসং ॥১॥১৩॥"
"জপন্তং পরমং ব্রহ্ম কৃষ্ণ ইত্যক্ষর দ্বয়ং।
সুখাসনে সুখাসীনং কৃষ্ণদ্বৈপায়ণং মুনিং ॥১॥১৪॥"

(নারদ-পঞ্চরাত্র—প্রথম রাত্র—১॥১৩, ১৪)

# লাইনিং লম্বেল।
# ( System and path of Religion )

## Vol. II

## Part 5

"স্তুবন্তি বেদায়ং শশ্বান্নস্তং জানন্তি যস্য তে।
তং স্তৌমিং পরমানন্দ সানন্দ নন্দনন্দনং ॥১॥"
"ভক্তপ্রিয়ঞ্চ ভক্তেশং ভক্তানুগ্রহবিগ্রহং।
শ্রীদং শ্রীশং শ্রীনিবাসং শ্রীকৃষ্ণং রাধিকেশ্বরং ॥২॥
"জ্ঞানামৃতং জ্ঞানসিন্ধো : সংপ্রাপ্য শঙ্করাদ্ গুরো :।
পরাররাচ্চ পরমাদ্যোগীন্দ্রাণাং গুরোর্গুরো : ॥৩॥"
"বেদোভ্যো দধিসিন্ধু,ভ্যশ্চতুর্ভ্য : সুমনোহরং।
তদ্ জ্ঞানমন্থ্য দণ্ডেন সংনির্মথ্য নবং নব ॥৪॥

## ১১। মৃত্তি লৈবা অমসুং মৃত্তি লৈতবা লাইনিং লম্বেল।

### (ক) মৃত্তি লৈবা লাইনিং লম্বেল।

[ "পৃথিবীদা মীওইনা পোক্কুনা embodied human being ওইরীবা মীওইবশিংগীদমক্তদি, divine form বু নিংশিংদুনা meditation তৌবনা চুশিল্লবা অমসুং লায়বা হেল্লি, অদুগীসু মথক্তা, natural সু ওই।"]

সগুণ হায়না খঙ্নবা লাইনিং লম্বেলবু মুক্তি লৈবা, অয়েপ্পা ওয়থৈ লৈবা চকচাং, অমসুং মিংগা কোয়বা লাই অমবু নিঙ্জবা লাইনিং লম্বেল হায়না খঙ্নৈ। মীওইনা হেক পোক্লপদগী ভক্তিদা পুক্নিং লুপ্লবা মহুতনা মাগী হৈনজবা অমা ওইরবা অতুগুম্বা মীশিংগীদমক্তদি, অসি-গুম্বা সগুণগী লাইনিং লম্বেল অসিনা মাগীদি অথোয়বনি, অমসুং মহুতনা মানা নিঙ্জৱিবা মিং অমসুং মুক্তি লৈবা ইবুংঙোতুবু ফংই (গীতা ১২৷২, ৬-৮)। হায়রিবা লাইনিং অসি গুণ য়াওবা, হায়রবদি ঈশ্বরগী divine attributes শিংবু নিংশিংজদুনা নিঙ্বা লাইনিং লম্বেল হায়রবনি। জীবনা চকচাং লৈবা অহিংবা মী অমা ওইনা পোক্লুনা পৃথিবীদা লৈবা মীগীদমক্তদি, divine form বু নিংশিংদুনা medita-tion তৌজবা অসিনা, চুশিন্নবা অমসুং লায়বা হেল্লী, অদুগীসু মথক্তা natural সু ওই। মরমদি যোগ অহৈগুম্বা চকচাং শাজেল অমসুং চকচাংগী শইবা অনোম কন্ন অমত্তা চঙ্ক্রবা, মথন্তমক ঙায়রবা লাইনিং লম্বেল মথল অমনি। মীওইবগী পোক্লপদগী তোয়নরক্লবা, চিংসিবমথৈ থানবা য়াদনা অচম্বক থক্তিক্তা ওইরবসু সুকমাং মাঙ্দনা মীওইবগী চকচাংদা য়োম্নদুনা লৈবা সুংশিবা, সুংঙাইবা, হরাওবা অমসুং কজবগী রাগ-অপাম্ব অদুবু, ভক্ত অদুনা physical world গী মায়কৈদগী spiritual world গী মায়কৈ:রামদা ওন্শিন্দুনা ঈশ্বর ফং-নবা হোৎনজবনি। মুক্তি লৈতবা লাইনিং লম্বেল হায়না খঙ্নবা নির্গুণ ব্রহ্মবু নিঙ্জবা কয়ামুক য়াম্না রাই হায়বা অদু উৎতুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননা গীতাদা অসুম্না হায়রি, মতুদি —

"নির্গুণ ব্রহ্মদা পুক্নিং লুপজবশিংগী সাধন য়াম্না হেন্না রায়, মরমদি চকচাংগা লোয়নরিবনা কোংদোক্তবা ব্রহ্মগা মনী ওইবা গতি রানা ফংই।" (গীতা ১২৷৫)

মসিগী রাথল ঙাক্তসু নত্তে, divine form বু নিংশিংজদুনা meditation তৌবনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু, ফংননবা থায়দগী অরায়বা

লাইনিংদি হায়বসি, গীতাদা মথাগী অমুম্মা অমুকম্ম ফোংদোক্লি, মঙ্গদি—

"জ্ঞানী ভক্তনা মপোক কয়ামরুম পোকলুরগা অরোইবদা পূম্নমক বাসুদেবনি হায়বগী জ্ঞান ফংঙুনা ঐগী ওন্দা (শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদা) চঙ্‌জৈ, অদুগুম্বা মহাত্মাদু অত্তাঙ্‌বনি।" (গীতা—৭॥১৯)

মরম অসিনা, ঐখোয়না পামজবা লাইগী মূর্তি শ্রীশিব ভগবানবু ওইরবসু, শ্রীবিষ্ণু ভগবানবু ওইরবসু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ওইরবসু অমসুং শ্রীরাম ভগবানবু ওইরবসু নিঙ্‌সিংদুনা meditation তৌবা য়াই, মঙ্গন্ত-না নিঙ্‌জিবা ভগবান অদুবু ফংগনি, অমসুং মঙ্গনা ভক্ত অদুগী অথোয়বা লাইনিং লম্বেলনি। মসিগী মরমদা ঐনা ইরবা "লাইনিং লম্বেল (system and path of Religion vol I)" দা য়াওবা ভক্তি যোগ-কী chapter অমসুং শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু যুংশিপদবা মমুংশি, অশেংবা-যুংশিবা, গোপী প্রেম অমসুং শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী প্রেম ভক্তিগী chapter দা ভুগাইনা ইরম্বীবা অদু পাবীনবা নিংশিংজরি।

## (খ) মূর্তি লৈতবা লাইনিং লম্বেল।

["ইহান হানবদা মূর্তি লৈবা লাইনিং লম্বেলদগী হৌরগা mind control তৌবা ঙম্লক্লবা মতম অদুদা, মূর্তি লৈতবা লাইনিং লম্বেলদা চংখ্রকপা ঙম্গনি হায়না খঙ্‌হন্‌বা।"]

তেন কাম্বদা হৈরবা মী অমনা তেন কাম্বদা, মাগী ইহান হান্‌বদা ভঙিবা সন্ধান (target) অদু মপাম্মোংগী ওইবা, চাঙশাংনা কোয়শি-ন্নিবা অপোবা অকোয়বা অদুনি। মদুগী মতুঙ্‌দা মাগী সন্ধান অদু মপাম্মোংগী অকোয়বা অদু থাদোক্কুনা মমুঙ্‌গী অকোয়বা অপিকপা অদুদা মাগী সন্ধান ওইগনি। মথৈথঙ্‌দা মানা য়াম্না পীকৃপবা মরাক অমসুং মমুং য়াওরবা বিন্দু অমদা, মাগী সন্ধান ওইগনি। মতৌ অদু-ঙরক্লুনা, মীওইবনা ইহান হানবদা সন্ধ্যা হায়না খঙ্‌নবা, মিং অমসুং

মূর্ত্তি লৈবা ঈশ্বর অমবু, meditation তৌবা ছৌগনি। মতুগী মতুঙ্দা, mind অদুনা train তৌদুনা মীতুগী মথা পোলহন্গনি। মাইছে অম-রোমদা হায়রগা, mind control তৌননবগী philosophical and spiritual knowledge হায়না খঙ্নবা technique ময়াম, হায়বদি হুংশাম্বর ছোমবগী সাধন, প্রাণায়ামা, কুন্দলিনী যোগনচিংবগী ধ্যান মতৌ শিজিন্নদুনা mind control তৌরবা মতুঙ্দা নির্গুণ নিরাকার meditationগী মতৌ, হায়বদি গুণ যা ওন্দ্রবা (attributeless), মূর্ত্তি লৈতবা লাইনিংবু তৌবা ছৌগনি।

[ "ইশানা পামজবা, মীৎনা মপান্দা উরিবা ইষ্টদেবতা অমগী picture বু meditation তৌদুনা পূক্নিংগী জ্ঞাননা উননবা হোৎ-নসি। মতুগী মতুঙ্দা ইবুংঙোগী পাদ-চরণ ওইরবসু, নত্রগা মায়থোং ওইরবসু, মতুঙ্দা পূক্নিং চপ্ মনুংনা পূক্নিংগী জ্ঞাননা উননবা হোৎনসি।" ]

মীৎনা উরিবা মীওইবগী মপাম্বোংগী মিংগ কোন্নবা হকচাং (physical body), ঐখোয়না মতুবু পঞ্চভূত হায়না খঙ্নবা, পোৎচাক্না শেম্বা হকচাং অসি, মাঙ্বা নায়বা অমাংবা পোৎশক্নি (contaminated body নি) (গীতা ২॥১৩,১৮)। অশেঙ্বা অমম্পুং লাইরম্লেনগী ওইবা লমদমগী মনুঙ্দা (spiritual atmosphere গী মনুঙ্দা), মাইছে অমরোমদা হায়রগা, মাগী মাংমদা লৈবা লমদমগী মনুঙ্দা (গীতা ৭॥২৪), মীওইবগী অমাংবা হকচাংশুমগী মতৌ-মওং অদুগা সুক্মান মায়জবা, হায়বদি Absolute truth কৃষ্ণা body গা soul গা খেন্নবা লৈহন্দ্রদুনা, মূর্ত্তি লৈবসু লৈতবসু পুন্নপ পূম্না মপুম ফাবা অমথক্তা ওইরবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানণা (শ্বেতশ্বতর উপনিষদ ৬॥৮) মতম পুম্নমক্তা সুক্লেঙ্ লেঙ্দনা ওাম্মোয়দুনা লৈরি হায়না গীতা (২॥১৭) (১৫॥১৭), ঐখোয়না ভাবনা থম্সি। অজ্ঞানবা মকমদা অমম্বনা চঙ্দুনা লৈবা

য়াদবগুম্না, অমাঙ্বা হকচাংনা অশেঙ্বা লম্‌দম্‌গী মপুঙ্দা চঙ্লুবা স্নুকয়া য়াদে। মতৌ অদুগুমলদুনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পাদ-পদ্মবু ক্ষং-জনবা meditation তৌজবদা, ভক্ত অদুগী অমাংবা হকচাং অদুনা মায়াগী য়াংমদা লৈবা অশেঙ্বা লম্‌দম্ অদুদা চঙ্লুবা স্নুকয়া য়াদে। মরম অসিনা, ঐখোয়গী অমাংবা হকচাং (contaminated body) ভাবনা অশেঙ্বা হকচাং (spiritual body) ওইহন্জবা স্নুকয়া য়াদে। মদু ওইনবগীদমক, ইক্রজবা মতুঙ্দা মায় নোংপোক নক্রগা অরাং ওম্মুনা খোংগ্রাইচম্না কমলগা, অমাংবা হকচাং practical ওইনা শেংদোক্লে হায়না ঐখোয়না ভাবনা থম্লনবা আচমন্ অহুমক্ তৌসি। হায়বদি, (কক্কনা নিত্যাচারগী মরমদা আচমন্‌গী মা খঙ্হন্‌বা) য়েংথংবা থুবাক ঊশিংনা শেংদোক্লগা, ওইথংবা খুৎনা কুশি পায়দুনা, তুলসী পত্র থাদরগা ঊশিং অশেঙ্বা অদু খুৎয়াইদা থজিক্‌ং হাপ্তুনা, চিন্নান কাং-খোক্তুনা অহুমক চম্না লংশিনসি, অদুগা য়েংথশিন্‌সি। মদুগী মতুংদা খুবী মরু খুপচন্দুনা চিনবান অনিরক শোকনি। অদুগী মতুংদা চিনবান মথকপু খুদোম্বীনচিংবা খুদোল অহুম্না শোকনি। খুবীগা খুদোম্বীপ-চপশিন্দুনা নাতেংল নাকচি অনি শোকনি. মদুগী মতুংদা, খুবীগা খুনি-খোগা চপ্শিন্দুনা মিৎকা নাকোংগা অনিরক্ অনিরক্ শোকনি। খুং-নাওবীগা খুবীগা চপ্শিন্দুনা খোইদৌ শোকনি। অদুগা খুদোং থিবিক্লা থম্মোই, কোক অমসুং পাম্বোম মরু আনদা শোকনি। অসুম হায়না মুক্তি লৈবা মপাম্বোংগী হকচাং (physical body) অমসুং সুংগী ২ শুবা হকচাং (astral body) পুরপ পুরা ভাবনা অশেঙ্বা অমসুং মুক্তি লৈতবা হকচাং (spiritual body) ওইরে হায়না থম্লসি। অসিগুম্বা থৌদৌ-মথং অসি, হৌজিকী মতমগী scien-tific যুগকী মতুং ইল্লবসু, অচুম্বা থৌদৌ অমনি হায়না ঐখোয়না শো-বা য়াই। মরমদি scientific law গী মতুং ইন্না, মুক্তি লৈবা matter না মুক্তি লৈতবা mind ওল্লি, অদুগা অমুক হন্না mind নন্ন matter.

ওলাইনবা মাই, vibration গী চাং খেন্নবগী মাকম্ভনি। অসুম হায়না, ঐহাক spiritual body নি হায়না ভাবনা খন্নবা থবক ওইনম্লু তৌসি, অদুগা মাখন্নস্লু খন্‌সি।

পদ্মাসন, নত্রগা সিদ্ধাসন, নত্রগা সুখাসন হায়না খঙ্‌নবা আসন্‌গী মফমদা কোক্‌, ওক্‌ অমসুং মাং চুমা লৈহনা কয়গা ঐগী ইমাঙ্‌দা ঐনা পায়জবা ইষ্টদেবতা অমগী picture অমা (শ্রীকৃষ্ণ ভগবান, নত্রগা শ্রীরাম ভগবান নত্রগা শ্রীবিষ্ণু ভগবান নত্রগা শ্রীহরি ভগবান) থম্মসি। Picture অদুদা মতম খরদা চঙ্‌না যুম্না য়েংসি। মদুগী মতুংদা মীৎ উইশিন্নগা মাঙ্‌দা লৈবা মূর্ত্তি অদুবু, পিক্তম অনিগী কারক্তা ওইরবস্লু, নত্রগা নাংথান মংতানগী মপাদা ওইরবস্লু, নত্রগা খম্মোয়নুংদা ওইরবস্লু ঐগী খুদোংচাবা অপাম্বা মতু ইন্না ভাবনা লৈরে হায়না খল্লুনা, মতুদা পুক্নিংগী জ্যামা উংনবা হোৎনসি ইদুংজোগী পুক্নপ পুনবা শ্রীমূর্ত্তিগী তোঙান তোঙান্‌বা শ্রীঅঙ্গগী শরুকশিংবু মথং মথং ওইনা পুক্নিংগী জ্যামা উননবা হোৎনসি। চৎরবদি ইবুংঙোগী পাদ চরণবু, ইহান হান্না পুক্নিংগী জ্যামা উননবা হোৎনরগা, মথং-মথং ওইনা খকুলোমদা শ্রীঅঙ্গগী কোকী শরুক কাওবা পুক্নিংগী জ্যামা উননবা হোৎনসি। মতৌ অদুগুম্বনা, কোকী শরুক থক্তগী তৌরগা, খাথংবা পাদ-পদ্ম ফম্না মথং মথং জ্যানগী মিৎয়েংনা উননবা হোৎনসি। অসুম হায়না হন্না হন্না পুক্নিংগী জ্যামা উননবা হোৎনরবা মতুঙ্‌দা, ইবুংঙোগী পাদ পদ্মব, ওইরবস্লু, নত্রগা মায়খোংবু ওইরবস্লু, পুক্নিংগী জ্যামা চপ্‌ মুংনা অতুমক্তদা উননবা হোৎনসি

["শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী শ্রীমূর্ত্তিগী তোঙান-তোঙানবা শ্রীঅঙ্গবু মথং মথং ওইনা হায়বা।"]

A) শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না মর্ত্তলোকী বৃন্দাবনদা প্রেমতনা মূর্ত্তি ওইনা চোংথোকখ্রবগী মওং ওইবা শ্যামসুন্দরগী রূপ।

১) শ্রীপাদ গী খুৱা থম্বাল ওাঙ্রানবা, ২) শ্রীচরন্দা মণিমুক্তানা হুৎলবা নপুর থোন্‌বা, ৩) ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তিগী কজরবনা চরণ অনি কায়র্‌ চন্‌বা, ৪) খাংদা মণিমুক্তা অমসুং রত্নুনা থাম্‌লবা সনাক্ষীগে থোন্‌বা, ৫) ফুইনা হৌবা লোংগী মচুবু ওম্‌জবা কুচুনা শ্রীঅঙ্গগী কজরবা কুচু ওইবা, ৬) কোটি কোটি কন্দর্পদগী ( কামদেব— god cupid ) হেন্না থোৎপনা মাগী শ্রীঅঙ্গ ওইবা, ৭) শ্রীঅঙ্গ পুম্বা মনম মুংশিরবা চন্দন্না থাম্‌লবা, ৮) খুত্তা বংশী ( মুরুলি ) পায়বা, ৯) বনমালানা ওকপমদা থোন্দুনা লৈতেং ওইবা, ১০) য়েৎ-ওই চুবা অনিদা রত্নুনা থাম্‌লবা কুণ্ডল-নাইল্‌না লৈতেংবা, ১১) কজনা শাৎকায়রবা থম্বালগী লৈনা মান্‌বা মিংসেলনা মহাক্কী মিৎ অনি ওইবা, ১২) পূর্ণিমা থাগী কোটি-কোটিদগী হেন্না ওান্‌বা মওান্না ইবুংঙো মাগী মায়থোং ওইবা, অমসুং ১৩) রাহোং মমৈগী ময়াইচবুক্তা থানা তনিক্‌-তনিক্লা ওাম্বো-ক্তুনা হাইহুম্বনা মাগী চুড়া ওইবা।

৪) শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না মর্ত্তলোক্তা মথুরাদা, অমদি দ্বারিকাদা মী, লাই, হিংচাবাশিংগী বায়েন্নবগীদমক্‌ মূর্ত্তি ওইনা চোংথো-রক্লবা রূপ।

১) শ্রীপাদ-চরণ অনি রত্নুনা থান্নবা থোঙ্‌প থোল্লী, ২) চন্দন্না হুকচাং পুম্বা থোল্লী, ৩) মণিমুক্তা অমসুং রত্নুনা থান্নবা অলঙ্কারনা হুকচাংদা থোল্লী, ৪) থবাক্তা ভৃগু-পাদ চিহ্ননা লৈতেওলি, ৫) ওকপম্‌দা কৌস্তুভ মণিনা লৈতেঙ্‌লি, ৬) রত্ননা থান্নবা কুণ্ডল-নাইল্‌না চন্না অনিদা লৈতেঙ্‌লি, ৭) মথক্তা য়েৎথংবা খুত্তা চক্র থোল্লী, ৮) মথক্তা ওইথংবা খুত্তা মোইবুং থোল্লী, ৯) মথাগী

য়েৎথংবা থুত্তা পাদা থোল্লী, (১০) মথাগী ওইথংবা থুত্তা থম্বাল থোল্লী, (১১) য়া পয়েংনা ইলং-লংনা ণ্ডাম্বোইরী, (১২) মীৎসনা অনিনা ফুগায়না শাৎলবা থম্বাল্‌শুম্বনি, (১৩) পূর্ণিমা থা কোটি কোটিদগী হেল্লা ণ্ডান্‌বা মঙাল্লা ইবুংঙোগী মায়থোংনি, অমসুং (১৫) মণিমুক্তা অমসুং রত্ননা থাম্নবা কোক্কী লুহুপ থোল্লী।

["ইবুংঙোগী শ্রীমূর্ত্তিবু থম্মোয়নুংদা জ্ঞানগী মিৎয়েংনা উত্থনতা লৈরবগী মতুঙ্‌দা ইবুংঙোগী attributes and virtues নিংশিংদুনা meditation তৌসি। সাধন তৌরীবা মী মশামক্তা মরক্‌থনবা শম্নকম অমা ওইশিলক্কনা (medium)), ইবুংঙোগী শক্তি থরা মঙোন্দা চংলকপগুম তৌরক্কনি।"]

ইবুংঙোগী শ্রীমূর্ত্তি অদুবু পুক্নিংগী জ্ঞাল্লা উবম্বদগী মশেং-মরাংতা ওইনা উবক্কনা মাঙ্‌থরক্লবদা মীৎ পাংথোক্কনা মপান্‌গী picture অদুদা অমুক হল্লা য়েংসি। মতুঙ্‌দা মপান্‌গী picture অদুবু ভাবনা মুংদা পুশিন্দুনা, পুক্নিংগী জ্ঞাল্লা অমুক হল্লা উননবা হোৎনসি। অসুম হায়না তোয়না কয়ায়ক্‌ হল্লা তৌদুনা মপান্‌গী picture দুগী মতেঙ্‌ য়াওজবসু ঐনা পামজবীবা ঈশ্বরগী শ্রীমূর্ত্তি অদুবু থম্মোয়নুংদা জ্ঞানগী মিৎয়েংনা উত্থনতা লৈননবা হোৎনসি। অসুম হায়না ধ্যান তৌরিবৈদা ঈবুংঙোগী নামমন্ত্রবু পুক্নিংনা মপান থোক্তনা শোন্‌সি। ইবুংঙোগী মগুণ ময়াম, হায়বদি মকম থুদিংদা মপুঙ্‌-মপান ফাওনা শীনবা থুংনা লৈবা (omni-presence), ঙমদৈ নায়দবা শক্তি (omnipotence), পুমথং খঙ্‌বা (omniscience), পাপ য়াওদবা ভশেং-ভশেংবা (purity), থৌজাল হৈবা (merciful), নুংশিবা (divine love) অসিনচিংবা, কনাগুম্বা থরায় পান্‌বা জীব অমত্তদা মপুঙ্‌ ফানা লৈতবা, ইবুংঙো মতোম্‌ভদা লৈবা মগুন ময়াম অসি নিংশিংসি। কম্বিগুম্বা ঐথোয়না অনাহত চক্র

হায়না খঙ্নবা থম্মোয়গুংদা ওন্শিল্লুনা ধ্যান তৌরবদি, ইবুংঙোনা কন্বগী ফীভমদা ওইরবসু, নত্রগা লেম্নগী ফীভমদা ওইরবসু; থম্মোয়গুংগী থম্বাল লৈনা ১৬ না শাৎকায়রুনা লৈরীবা অরংবা চক্র অতুগী মনুঙ্দা, ইবুংঙোনা লৈরী হায়না ভাবনা নিঙ্সি। অদুম তৌরবদি, ইবুংঙোগী অঙ্গ পুম্নমক অদু নুমিৎকুম্না ইলং-লংনা ভাবনা উপনি। ইবুংঙোগী ওমথৈ লৈত্রবা মগুণ মম্বাম নিংশিংহুনা meditation তৌবদা, ভক্ত মশামক্তা divine attributes থরদি চংলক্কুনা মপাম্মোংদা মীয়ামদা উৎলক্কনি। হায়বদি divine attributes পু নিংশিংহুনা meditation তৌবনা, মী মশামক অদু ওম্থৈ লৈতবা শক্তিগী থুৎলাইগুম্বা মরক্থনবা শম্নকম অমা ওইশিল্লক্কুনা (medium), মাগী পোক্পদগী লোয়নরক্পা হায়গী মগুণশিং মাঙ্খিহুনা infinite power অমা চং-লক্পগুম তৌরক্কনি। মতম অদুদা মী অদুগী ego, হায়বদি physical body, astral body and causal body অদু ইবুংঙোগা অমত্তা ওইপ্রে হায়না থন্খিহুনা, মী অদুগী মশাদা ফাওরক্লিবা divine manifestation অদুনা মপান্দা ফুল্লোরক্কুনা মীয়ামদা উৎলক্কনি। অম্নুম তৌহুনা, মীদুগী অমোৎপা কন্নবা পুকচেল মাঙখিহুনা, পাপ লৈতবা পুকচেল চেনবা মী ওইরক্কুনা, divine qualities পুম্নমক মী অদুদা লৈরে হায়না থম্নকনি। অসিগুম্বগী process অসিনা মীদুগী লাইনিং লম্বেলদা খুমাঙ্ চাওশিল্লি।

[ "Meditation তৌননবগী খুদোংচাবা মতম অমম্নুং মক্কম খঙ্হনবা।"]

নুমিৎ খুদিংগী নোংঙাল্লম্লাইগী অমুক পুং ৪ দগী পুং ৫ ফাওবগী মরুওদা meditation তৌসি। মরমদি— মতম অসি meditation তৌননবগী অকবা অমম্লুং অচিক্পা মতমনি। অহিং মিচিক মিরাওখোল ভাল্লবা মতম্তদা meditation তৌবা খুদোং চায়, মরমদি অদুগুমবা

মতম অদু মপান্‌গী নিন্‌খোংবা মখোল অমত্তা তাদুনা য়াম্না অয়িংবা অমসুং শান্তি ওইবা মতম্‌নি। মদুনা মরম ওইদুনা, পুক্নিংদা চয়াঙ্‌-চয়াঙ্‌নবা য়াথঙ পোক্তুনা meditation তৌবদা খুদোং চাহল্লি। পুক্নিং অসি য়াথঙ অমত্তা থম্দবা, লাইরিক ইনন্ত্রিবা চে অঙোবা মপাক্‌ অমগুম্না ওইহন্‌সি, মদুগুনা ধ্যান তৌবদা খুদোং চাবা ফংগনি। মুমিদাং-য়াইরমদা খুদোং চায়বদি, মতম অদুদসু ধ্যান তৌবা য়াই।

ঐখোয়গী তোঙান্‌বা ধ্যান তৌননবগী কা অমা লৈজরবদি য়াম্না ফৈ। অদুগুম্বা কা অদু মতম পুম্নমক্তা তরু-তরুনা থম্‌গদবনি। কা অদু মী কনামত্তা চংহল্লোয়দবনি। কা অদুগী মনুঙ্‌দা লাৎলিবা ঐনা পামজবা ঈশ্বরগী মূর্তিগী মাঙ্‌দা ঘী-গী থাওমৈ ওইরবসু, নত্রগা মোমবত্তী ওইরবসু থান্‌গদবনি, অমসুং মনম নুংশিবা ধুপ, নত্রগা আগর-বত্তি থাগদবনি। মদুনা ধ্যান তৌবদা পুক্নিং লুপশিন্‌বা হেল্লি। Meditation তৌরিঙৈদা ইশা ইরুজখোকদবনি, নত্রগা মদু ভমজ্রগা, মায়-মিৎ খোং হায়্‌দোকদবনি। পুক্নিংদা য়াথঙ অমত্তা থম্দনা, তরু-তরু লৈবা পুক্নিং ওইগদবনি। ইবুংঙোগী য়াথঙদা পুক্নিং লেঙ্‌দনা, অতৈ অতোপ্পা য়াথঙ থম্দনবা হোৎনগদবনি।

[ "ধ্যান তৌরিঙৈদা সংসারিক্কী ওইবা য়াথঙ পুকনিংদা ফাওরক্‌পা অদু, করম হায়না থম্দনবা হোৎনগদগে হায়বগী মরমদা থঙ্‌হন্‌বা।" ]

ধ্যান তৌরিঙৈদা পুক্নিংগী লৈথাংবা লৈয়োলদগী হৌরক্‌না মীদুগী য়াথঙদা সংসারিক্কী ওইবা অকবা য়াথঙবু ওইরবসু, নত্রগা ফত্তবা য়াথঙবু ওইরবসু নিংশিংজল্লিবা অদু খৌওইরোয়দবনি। মমাংঙৈগী মতমদা থোক্‌খিবা থৌদোক্‌শিং অদুগা, হৌজিক্‌মক্‌ পুক্নিংদা ফাওরল্লিবা অনৌবা অদুগা, চাংজয়দুনা অফ-ফত্ত বিচার তৌবা অদুসু তৌদনবা,অমসুং পুক্নিংদা থম্দনবা হোৎনগদবনি। ঐগী লৈজরিবা শক্তি পুম্নমক শিজিন্নদুনা ঈশ্বরগী

য়াথল্‌য়োম্বদা পুক্নিং চংননবা হোৎনগদবনি। পুক্নিংদা য়ম্মি ওইনা ভাম্বক্‌পা সংসারিকী য়াথল পুম্নমক, থাদোক্লনবা হোৎনগদবনি। পুক্নিংগী য়থাংথংবা লৈয়োলদগী, ঐগা য়ম্নী লৈনবা থোদোক্কী য়াথল ময়াম থোয়ক্কনা, পুক্নিংবু চয়াংনহনদুনা মকম-ময়াং থংহন্দবা মতৌ ওইয়ক্‌পা অচুম্বু ভৌদনবা হোৎনগদবনি। য়াম্না শয়া হায়য়বদা, ঈশ্বরগী মরম ওইবা ধ্যানগী থবক অদুতদা পুক্নিং চঙ্‌ননবা, অতৈ অতোপ্পা য়াথল পুক্নিংদা য়ম্মি ভাজনবা হোৎনগদবনি। ধ্যানগী নমুনা মথল পুম্নমক্‌সু পুক্নিংদা থন্দনবা হোৎসি। অচুম ভৌরবদি, মতম অচুথক্তংদমক্তদি পুক্নিং অসি য়াথল অমথক্তংদা (একান্তিক ভাবতা —গীতা ৮॥২২, ১১॥৫৪, ১৩॥১০) লৈরবনিনা, ঈশ্বরগী য়াথন্দা নিষ্ঠা লৈবা (পুক্নিং লেপ্পা অমম্ভং শ্রদ্ধা লৈবা) হায়বদু ওইরে। য়াহৈ অময়োমদা হায়রগা, য়াথল অমথক্তংবু হন্না-হন্না থম্লক্লবদা, নত্রগা থোদোক্‌ অমথক্তংদু হন্না-হন্না থাক্‌হল্লবদা, অদুগুম্বা য়াথল, নত্রগা থোদোক অদুমক্তবু perfection ওইহন্‌বা অদুগুম্না, same process, নত্রগা same idea বু হন্না-হন্না ঐখোয়না য়াথল ভৌরবদা, পুক্নিং চিংশিন্নবগী (abstraction), নত্রগা ময়োল (centre) ওইবা অমথক্তদা পুশিন্‌হন্নবগী (concentration— একান্তিক ভাবতা), নত্রগা ধ্যান ভৌরিবৈতদা মথক থৎতুনা থুপায়হন্ননবগী মওং ওইরক্কনা, perfection গী লম্বেলদা ঐখোয়না চংশিন্নক্‌ই।

Meditation ভৌরিবৈতদা, সংসারিকী ওইবা য়াথল ময়াম অফবসু ফত্তবসু, নত্রগা পুক্নিংদা হাপ্লনা মখি ভাখিদুনা কুইনা ফুম্‌দুনা লৈপ্রবা নিংশিংবদা য়ারবা য়াথলশিং, পুক্নিংদা নিংশিংলকনি। মখোয় অদুনা meditation অদুদা থৈবায়বা পীগনি। থাঙ্‌বা কনবা অইন্‌ কন্‌বা হোৎনবা কনবনা মরম ওইদুনা, meditation বু ভোয়না practice ভৌবতনা, থৈবায়বা পীরিবা য়াথল্‌শিংদুবু control ভৌবা ওম্‌জকনি। ঐখোয়না ওঝলবনি হায়দুনা থৈবায়বা পীরক্লিবা য়াথল্‌শিংদুসু নম্‌থেক্কনা, force শিজিন্নবা ফত্তে। মরমদি, ঐখোয়না শিজিন্নক্লিবা force

অহুদগী অমুক্তা হেন্না কল্লবা force না, হায়বদি পুক্নিংদা কুম্ থুনা লৈরম্বা লিয়বা রাখলশিং অমস্তুং অনৌবা সংসারিক্কী রাখলশিং অহুনা লম্মন খুম-লকনি। Meditation গীদমক কম্ কম্ দা কম্নবা মতমদা, পুক্নিং অসি মপুঙ্ ফানা কন্নিমম্তা থম্জনা, ইবুঙ্গিং ভগ্না অমস্তুং হয়াও-মুংঙাইনা লৈননবা হোৎনগদবনি। কন্নিঙ্গবা ঐগী পুক্নিংদা রাখল অমবু থম্লক্লবদি, ঐহাক অসি পুক্নিংগা মশা অমত্তা নত্তে, তোঙান-তোঙান্ বা পোৎশক অনিনি হায়না থম্দুনা, হায়বদি থল্লিবা রাখল অহুদা ঐনা য়াওশিল্লদনা, ঐনা সাক্ষী সরূপ অমা ওইনা (গীতা ১৩৷২২— witness), mind অহুনা ভোম্বিবা রাখল অহুবু য়েংথুনা লৈথোক্কদবনি। Mind না থনবা ওম্বা range of thought তি, য়াম্না পাক্ চাওব্রবা circle of thought নি। মরম অসিনা, থল্লিবা রাখল অহু মতম ওহ্ ত্তংগী মনুঙ্ দা অম্নুম অম্নুম পাক্থোকখিত্তুনা, মমৈথঙ্ দা মাঙ্ খিনি, হায়বদি রাখল অহু থম্লকলোই। অহুম হায়না হৈ'বকুপা মংম অহু ফাওবদুং, ঐনা সাক্ষী সরূপ ওইনা ওাইথুনা লৈথোক্সি। অহুম হায়না সংসারিক্কী ওইবা রাখল অহু মাঙ্ খ্রবা মতম্ দা, ঐনা ঈশ্বরগী মগুণ-মম্বাম্বু নিংশিংথুনা রাখল অমথক্তংদা পুক্নিং লুপ্ শিন্দুনা, একান্তিক ভাব(গীতা ৮৷২২, ১১৷৫৪ ১৩৷১০) হায়না থঙ্ নবা অহুনা ঈশ্বরবু meditation ভৌসি।

[ " Meditation দা success ওইহন্নবগীদমক অকবা লমচৎ শাজৎ চৎপা, পুক্নিং শেংবা, চাবা-থকপদা ময়ায় কাদবা চিঙ্গাকনা ঐখোয়গী চিঙ্গাক ওইহন্ বা, পুকনিং ইং-তপ্না, Divine attributes শিংবু নিংশিংজবা, মখোয়শিং অসি তৌদবা য়াত্রবনি।"]

মীওইবগী লমচৎ-শাজৎ অমস্তুং লমচৎ পথাপ্ থোওইজবা, অমস্তুং মসিগী মরমদা থজহৌজবুনা কন্নিমম্তা তৈম্নাম্বী ভৌহৌজবা মীওই অহুনা meditation practice ভৌরবদি, য়ুক্কম ফজনা শেমজবা অমগী মথক্তা য়ুম শাগৎপজবনি। মরম অসিন', meditation success

ওইহন্‌গে হায়রবদি, মী অমুনা ইহান চানবদা নীতি শাস্ত্র অমম্নুং হৌন-শাজংকী মরমদা খঙননবা হোৎনরগা, পুক্নিং শেংহনবা দরকারনি। মতুঙ্‌দা য়ামা অমম্নুং নিয়মগী নিয়মশিংবু শিজিন্নহনা, নিয়ম চুম্না চৎপা, অকনবা পুন্সি মরেল ওইবা মী ওইহন্নবা হোৎনবা দরকারনি। মা ঙাংবদা মিচং সজল নায়দনা অচুম্বতবু ঙাংননবা হোৎনগদবনি। হুংখিলগী মতমদা চায়া অমত্তুং চারগা, মুম্বিদাংদা উহৈ-ত্রাহৈ অমম্নুং সঙ্গোমতনা লেম্লনবা হোৎনগদবনি, মরমদি অসিগুম্বা চাবগী পথাপ অসিনা, মীয়ুমগী পুক্নিং মায়া তপ্পা, শাওগস্নবা, অকনবা য়াখল থনবা, অমম্নুং ফীভম চেৎপা ওইহন্‌গনি। পুক্নিং মপুং ফানা ইং-ভম্না, divine virtues থঙ্‌ননবা হোৎনবা, ঈশ্বরগী ওইবা অশেংবা য়াখলতবু থম্লনবা হোৎনবা, চাবা থক্পদা অকনবা ময়াই ফাদবা চিঞ্জাক চাননবা হোৎনবা, মথোয়শিং অসি, লাইনিং লম্বেলদা চাওখৎনবগী অমম্নুং লম্‌থুংকম য়োননবগী পাম্বৈ ঙাক্কনি। অসিগুম্বা য়াখল অসিবু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদা মথাগী অম্নুম্না ফোংদোক্লি, মহুদি—

"পুন্সি পীবা, পুক্নিং লুবা, পাঙ্গল চাওখৎপা, হকচাং ফবা, নুংঙাইবা অমম্নুং পেন্‌বা পোক্‌পা, মহাউ লৈবা, থোৎ-মেংবা, মচি ওইবা অমম্নুং পুক্নিং নুংঙাইহন্‌বা চিঞ্জাকশিং অসু সত্ত্বগুণ চেনবা মীনা পাম্বা চিঞ্জাক্নি।"

(গীতা ১৭।৮)

"মোয়োক শাবা, অশিনবা, অয়াক্পা, যৈগুম্না শাবা, ময়াক্‌ কন্‌বা থ্যাও-থ্যাও লাওবা, পুক-চাক্পা, মহু চাবদা অয়াবা, নুংঙাইতবা অমম্নুং লায়না, পোক্‌পা চিঞ্জাকশিং রজগুণগী মীওইনা পামই।"

(গীতা ১৭।৯)

"কুইনা থমলবা ইংলবা, মহাও য়াওদ্রবা, নম্‌থিবা, নোংজেনবা (চজিক্), লুথাক্‌ ওইরবা অমম্নুং অসাংবা চিঞ্জাকশিংদি তমগুণগী ওইবা মীওইনা চানিংই।" (গীতা ১৭।১০)

[ "শ্রবণ মননা অমসুং নিদিধ্যাসনা গী মরমদা খঙ্.হন্‌বা ।"]

নির্গুণ-ধ্যান সাধনগী, নত্রগা বেদান্ত সাধনগী থোয়দোক্-হেন্দোকপা অমসুং তশেং-তশেংনা য়াওদবা য়াক্লবা মরুওইবা পোৎচং অনিদি অসিনি, মথুদি (১) মী অমু ইন্দ্রিয় য়াম্না কন্.বা অমসুং (২) লেপখিবদগী পুক্নিং হোংজবা (মননা) ওইপদবনি । শ্রবণদগী নত্রগা শ্রুতিদগী তাবতনা মরম ওইথুনা, মননা হায়বা অমু ওইরক্লই । মথুগী মতুঙ্.দা অতৎপা লৈতনা থরায় হকচাং য়াওনা তৌবা থবক, হায়বদি নিদিধ্যাসনা হায়না খঙনবা অমু ওইরক্লই । নিদিধ্যাসনা হায়বসি খঙ্.বদা য়ানিঙাই ওইবা, অমসুং য়াথল য়াম্না চংলবা meditation গী মওং অমনি । মরম অসিনা, নিদিধ্যাসনা হায়বা meditation অসিবু সক্কাৎ কয়া, নত্রগা অপয়ক্কা ওইরবা হায়নসু খঙ্.নৈ । মৈ ঙাংনা ইকৃপ্রবা য়োৎ অমগী মথক্তা ঈশিং ময়িক্ থাদবদা, মমি অমত্তা লৈহৌদনা চুপশিন্‌খিবা অমুগুম্না, পুক্নিং অমসুং অভাস চৈতন্যনা (reflected consciousness) ব্রহ্মন্দা তিনখি, হায়বদি astral body অমসুং causal body হায়নসু খঙ্.নবা, নত্রগা পুক্নিং অমসুং জিবাত্মা হায়নসু খঙ্.নবা, নত্রগা পুক্নিং অমসুং মপান্দা মীয়ামদা উৎতুনা মীওইবা ঐখোয় অসি অহিংবা ঙাক্তনি হায়না খঙ্.হল্লিবা, অমুগুম্বশিং অমুনা ব্রহ্মন্দা তিনখি । মথুগী মথা তাথরক্পা ওইনা খঙ্.হৌরিবা হায়ববু চিন্‌মাত্র চৈতন্য-তনি, নত্রগা consciousness Absolute তনি । হায়বদি, ঐখোয়গী মীৎনা উত্রবা supreme Being অমনা মফম থুদিংদা শীন্‌বা থুংনা কোংদোক্.না, তক্ক অমুগী কুয়োম অহুম (physical body, astral body and causal body) অমু য়াঙ্.থিবগা লোয়ন-লোয়ননা, form লৈবা অমসুং form লৈতবা, attribute লৈবা অমসুং attribute লৈতবা, কোংদোক্.পা অমসুং কোংদোক্তবা অমত্তা লৈপ্রয়োই । য়াহৈ অমমোম্.দা হায়রগা, মীওইবগী য়াথল্‌নসু কোংদোক্.না অমসুং ঙাক্.না মীঙোম্মা খঙ্.হনবা ঙম্মরোইদবা, পাক্চাওপ্রবা অহাংবগুম্বা,

অহুমদি ওইরগা, Absolute completeness ওইবা মপুঙ্ ফাবা supreme Truth or ultimate Reality অহুত্তমক্ ঙাইহৌরগনি। য়াম্না-শম্না হায়রবদা, নির্গুণ নিরাকার ব্রহ্মপ্রভৃতি হায়নবু খঙ্নবা অহুতা ঙাইহৌরগনি। মতৌ অমুম তৌহুনা সাধনা চতুষ্টয়, শ্রবণ অমসুং মননাগী মতেঙ্না মরম ওইহনা, কনাগুম্বা ভক্ত অমনা নির্গুণ ধ্যানগী practical meditation না মপুঙ্ ফাহন্বা ওম্মী।

[ "নির্গুণ ধ্যানগী সাধনাগী অরোয়বা পথেদি শুদ্ধ নির্গুণ ব্রহ্মন্দা তিনবনি। অসিগুম্বা ধ্যানগী সাধন অসি, মূর্ত্তি লৈবা লাইনিং লম্বেল নিংথিজনা খঙ্লক্লবা কান্দতা, মথা চৎথরকপা ওইনা তৌগদবনি।"]

নির্গুণ ধ্যানগী সাধনগী কীভম্ অসিদদি, mind দা ফাওরকপা consciousness অহু মাঙ্খিনি, হায়বদি পুক্নিংদা কাওরক্না মী-ওইবনা "খঙ্বা" হায়না খঙ্নবীবা হুহু মাঙ্খিনি। মকম পুম্নমক্তা লীনবা থুংনা লৈবা (all pervading), মওং লৈতবা (formless), মমিং লৈতবা (nameless) অমসুং গুণ য়াওদবা (attributeless), অহুগা লোয়ননা, ভক্ত অহুনা মশা অমত্তা ওইশিন্খিগনি, হায়বদি অমখক্তা ওইবা Absolute undivided-unmanifested Infinite Existence অহুগা লোয়ননা ভক্ত অহুনা মশা অমত্তা ওইশিন্খিগনি। ধ্যান তৌরিবা মী (meditator) অমসুং ধ্যান তৌহুনা কংগে তাক্লিবা ঈশ্বর (meditated), য়াখল তৌরিবা মী (thinker) অমসুং য়াখল তৌহুনা কংগে তাক্লিবা পোৎ (thought), ঐহাক (অহম্) অমসুং মসি (ইদম্) অমখক্তা ওইরে। মসিগী কীভম মত্তা অসিনি নির্গুণ ধ্যানগী অরোয়বা পথেদি। Meditator অহুগী পুক্নিংগী আত্মা জগৎ সংসার অসি লৈতবত্তুম্না তৌরে, মরমদি মহাক্ মশামক্ তশেংবা তশেংনা লৈখিরুহুনা নির্গুণ ব্রহ্মন-তা লৈরে।

Conditioned living entity ওইজরবদি, মীওইবনা জগৎ সংসার অসিদা হিংহুনা লৈবা য়াদবনিনা, হায়রবদি মায়ানি হায়না ঐখোয়না খঙ্নবা body and surrounding শিংসিগা লোয়নদুনা লৈরিবৈঙগী মতম অহুক্তী মথৈ,অহিংবা মী হায়বা অহু ওইবনিনা, (spiritual touch in the material world— গীতা ১৪।৩,৪), ভক্ত অহুনা meditation তৌরিবৈঙগী মতমদা মহাক মশামক তাশং-তশেংনা লৈবিক্রে, নিগু'ণ ব্রহ্মস্তা লৈক্রে হায়না ভাবনা খঙ্লুরিবা অহু, মহাক্না ধ্যান্দা লুপহুনা ময়াগা লোয়নদবগুম্না লৈরিবৈগী মতম ভহাক্ অহুগী মনুঙ্দতনি, মতম পূমনকীদি নত্তে। মরম অসিনা ভক্ত অহুনা ধ্যান্দগী হন্দোরক্কুনা মায়া সংসারগী মনুঙ্দা হাল্লগী মংতোগুম্না লৈরক্লবা মতমদা, মানা ধ্যান্দা লুপ্তুনা লৈরিবৈদা মাগী অমা খঙ্লুরিবা অহু, মীওইবগী language of reason না মপুঙ্ ফানা মীতোন্দা ফোংদোকপা ঙম্লোয়, মরমদি নিগু'ণ ব্রহ্মনদি সংসারিক্তী করিগুম্বা পোৎশক অমত্তগা চাংদমনদুনা তাক্পা ঙম্লোইদব, spiritual idea and perception ওইবনি। মামা শম্না হায়রবদা, নিগু'ণ ব্রহ্মন-দি মায়াগী মপান্দা লৈবা, হায়রবদি time, space and causation গী য়াংমদা লৈবা মরম্না, হোৎনরীবা ভক্ত মশা অহুতনা খঙ্জগদবনি, অতৈ অতোম্না মীনা খঙ্বা য়ারোই।

মীওইবগী experience না মশা তানা খঙ্লক্রে, মতুদি মুক্তি লৈবা লাইনিং লম্বেলগী মরিদা (সগুণ ধ্যান্দা) মপুঙ্ ফানা মশানা তৌরক্কুনা নিংথিজনা খংলক্লিবমথৈ, নিগু'ণ ধ্যানগী সাধন্দা ইহান হাপ্না চুমথিংনা অমস্তুং হাক্থেংননা তৌননবা হোৎনবদা, করিমত্তা কারবা কংলোই। মরম পূমমক অসিনা, (১) য়ামা, নিয়ম অমস্তুং সাধনা চতুষ্টয়দা মপুঙ্ ফানা হৈরবা মীওই, (২) মশাগী ওইজবা পূমমক থাদোক্কুনা থরায় য়াওনা জীব পূমমকী (ঈশ্বরগী) সেবাদা চংশিনক্কুনা, থবক পূমমক মী মশা অহুনা তৌরিবনি হায়বগী রাথল পোক্লক্রুবা (doership লৈরক্রুবা) মীওই, (৩) apparent self অমৈবা নত্তে হায়না খঙ্লক্লুনা

জগৎ সংসার পুম্নমক্তা শীনবা থুংনা অমত্তা ওইনা Absolute truth না লৈরীবা অত্থুবু খঙ্‌লক্লবা মীওই, অমস্তুং (৪) শ্রবণ অমস্তুং মননা অতৎপা লৈতনা অভ্যাস তৌবদগী, জগৎ সংসারদা উরিবা পুম্নমক অসি অরেম্বনি, কানদবনি খল্লক্লনা থৌওইরক্লবা অত্থুগুবা মীওই— হায়রীবা মীওইশিং অসিতনা নির্গুণ ধ্যান সাধন তৌদুনা supreme ওইবা Absolute truth পু, লাইনিং লম্বেল অতোপ্পা অতৈদগী হেন্না থুনা-য়াংনা কংবা ঙম্মী।

নির্গুণ ধ্যানগী সাধনা অসি মথল তরুক থোক্না practice তৌবা য়াই। মখোয় অত্থুদি (১) নেতি, নেতিগী meditation method, (২) সাক্ষী স্বরূপ ওইনা লৈবগী meditation method, (৩) অন্বয়ব্যতিরেকী meditation method, (৪) ভগ-ত্যাগলক্ষনাগী meditation method, (৫) লয়-চিন্তনাগী meditation method অমস্তুং (৬) তত্ত্বরূপ-তদার্থ ভাবনাগী য়াথলগা লোয়ননা ওমদা meditation তৌবগী method। হায়রীবা নির্গুণ ধ্যানগী সাধন মথল তরুক অসি অমমমদা ওইনা শম্নগননা মথ'দা কো'দোক্লি। মত্থুদি—

## ১। নেতি, নেতিগী meditation method

"অথত : আদেসো নেতি নেতি ন হ্যেতাস্মদিতি নেত্যান্য'ৎ পার'-মন্ত্যথ : নামাধ্যেয়ম সত্যস্য সত্যম ইতি প্রা'ণা তাই সত্যম তেষামেষ : সত্যম।"

"মরম অসিনা, হৌজিক্ক supreme Brahman খঙ্‌ননবগী পাঙ-তাক্‌ মতুঙ্‌ ইল্লবদি, নেতি নেতি হায়বা শব্দ অসিনা Brahman খঙ্‌ননবগী খ্বায়দগী হেন্না ফয়বা ঙগাইনা তাক্লবা মঙং অমনি, মরম'দি অসিগুম্বা অসিদগী হেন্না চায়রবা description অমা অমুক থিক্লবদ' থিবা কংল্লে। মসিগী মতুঙ্‌গী ওইবা অর্থদি অসিনি, মত্থুদি মসিনা "The Truth of truth নি"। মরমদি প্রাণস্না (হি'মননবগী শক্তি—

vital force না) অকোনবগী মাহৈ truth নি, অদুগা supreme না অহানবগী মাহৈ truth নি, হায়বদি— TRUTH হায়বা অসি, প্রাণগী Essence নি (মচিনি) "বৃহদঅরণ্যকা উপনিষদ মন্ত্র ২।৩ (৬), ৩।৯ (২৬), ৪।২ (৪), ৪।৪ (২২), ৪।৫ (১৫)" ।

ঐনা খঙ্গে ভাল্লিবা অদু মসিমু নত্তে, মসুমু নত্তে হায়না negative method (নেতি, নেতি) শিজিন্নদুনা খাদোকপনি, হায়বদি হুন্দোকপনি। উপনিষদ-না লাওরি, মসুদি মপানগী হকচাং অসি আত্মন নত্রগা ব্রহ্মন নত্তে, প্রাণ অসিবু আত্মন নত্রগা ব্রহ্মন নত্তে, পুক্কিং অসিমু আত্মন নত্তে, বুদ্ধি অসিমু আত্মন নত্তে, অদুগা আনন্দময় কোশ অসিমু আত্মন নত্তে। অমুম হায়না, আত্মনগী মথক্তা কুপ্পোম ওইনা কুপশিল্লুনা, নত্রগা নম্মুনা লৈরিবা, ঐখোয়না অবিদ্যা মায়া হায়না খঙ্নবা শেংদবা, চুমদবা, ওহাক্ ওহাক্তী ওইবা মীনথা, শেরায়না মীয়ামদা উহনবা, ওয়খৈ লৈবা পোৎনা নপ্ শিল্লকপা, নত্রগা তিন্ শিল্লকপা, ঐখোয়না মখোয় অদুবু limited adjuncts হায়না খঙ্নবা— মখোয় অসিবু হুন্দোক্লকপদা, হায়বদি খাদোক্লক্পদা, মসুদগী লেম্হৌবা সিদ্ধ ওইবা, নত্রগা ব্যাপাকা (infinity) ওইবা, নত্রগা সৎ-চিৎ-আনন্দ ওইবা আত্মন-নি। অমুম তৌদুনা, ঐহাক ইশামক্তা অশেঙ্বা শক্তম, আত্মন অদুমক্কি হায়না খঙ্লকনি। নেতি, নেতিগী mtthod না (নিষেধগী method না), ঐহাক ইশামক্তা অশেঙ্বা শক্তম, আত্মন-নি হায়বা অসি খঙহল্লি।

## ২। সাক্ষী সরূপ ওইনা লৈবগী meditation method

সাক্ষী, হায়বদি তৌরিবা খবক অদুবু য়েংদুনা লৈবা witness হায়বনি। ঐখোয়না মুংদা হজিন্দুনা য়েংলগা mind গী বৃত্তিবু (mode of mind stuff— mind গী ওন্থোক-ওনশিন তৌবা অমা থোদোকতাবু) য়েংদুনা লৈবা হায়বনি। Mind গী বৃত্তিগা ঐ ইশামক্তা অমত্তা ওইশিনবগী মতুংতা,তোঙান-তোঙানবা পোৎশক্ ওইনা লৌদুনা, ঐহাক

সাক্ষী সরূপ ওইনা mindগী বৃত্তিনা তৌরিবা থবকশিং অহুম্ ভাবনা য়েং-ঙুনা লৈবা ওবা হায়রবনি। "ওয় সাক্ষী অহম।" (ঐহাক মতম পুম্নমক্তা সাক্ষী সরূপনি।) হায়রুনা ভাবনা শাহুনা হন্না-হন্না থমগদবনি। অসিগী স্বগী রাথল অসিনা ভাবনা শাগ্রগা থমুনা লৈরবদা, অদুগুম্বা ভাব অদু মতম চেৎপা, হোংদোক্ হোংজিন য়াবগদবা, হৈনবা অমা ওইরক্কনি। মখৈথঙ্-দা, ঐহাক্না মীশক্ পোংশক্ মওং নাইদবা (Impersonal ওইবা) অমা ওইরকনি, হায়রবদি ঐহাক হকচাং লৈবা অহিংবা জীব হায়না খঙ্নবা embodied human being অদু কাওবা লৈরোই, হায়রবদি মাঙ্খ্রং-গনি। থবক তৌবা খুদিংমক্তা কাওবা, শেংলবা ঐনা (হকচাংনা) তৌরিবা থবক অদুগী সাক্ষী স্বরূপ ওইনা, ঐ ইশামক্তা য়েংহুনা লৈরকনি। মাকৈ অয়ৌবদা হায়রগা, পুক্নিংনা অমসুং জ্ঞানেন্দ্রিয়না (senses না) ওহাক-ওহাকী ওইনা শেম্বা "শেংলবা ঐ" মখায়া থবক অদু তৌরিবনি, (প্রকৃতিগী গুণ অহুম্না থবক পুম্নমক তৌরিবনি-গীতা ৩।২৭) অশেঙ্বা শক্তমগী ওইবা, মতম পুম্নমক্তা হোংদোক্-হোংজিন্ লৈতনা অহুম্নক্ শুক্নেঙ্ লেঙ্দনা মকম খুদিংমক্তা লৈরবা ঐদি, তৌরিবা থবক অদু য়েংহুনা লৈরিবনি হায়না ভাবনা থম্লকনি। থাকৈশেংবমকসু প্রকৃতিগী গুণ অহুম্না (সত্ত্ব:, রজঃ, তমঃ), নত্রগা mind and senses না থবক পুমনমক তৌরিবনি, ঐহাক্তি থবক অদুগী witness কুম্না লৈরকনি—গীতা (৩।২৭),(৫।৮,৯), (১৩।২৯)(১৮।১৭)।অসিগুম্বা রাথল অসি মতম পুম্নমক্তা কাওদনবা অমসুং অদুগুম্বা মওংদা লৈননবা তোৎনগদবনি। মাম্না শমনা হায়রবদা, গীতাগী ৫ন্বা অধ্যায়গী ৮-৯ শুবা শ্লোকতা কোংদোক্লিবা অদুনি, মদুদি—

"তত্ত্ব খঙ্বা কর্মযোগীনা য়েংবা, তাবা (নাকোংনা) শোক্পা (শমনবা), মনম নবা, চৎপা, তুম্বা, থুংশাঙ্ব হোনবা, না ওংবা, থাদোকপা, লৌবা, মিৎ পাঙ্বা অমসুং উটশিন্বা পুম্নমক অসি, ইন্দ্রিয়শিংনা মথোমগী বিষয়শিংদা লৈরবনি হায়না রাথল তৌদুনা "ঐহাক করিগুম্বা অমত্তা তৌদে" অমুমনা নীংই।" (গীতা ৫।৮-৯)। অসিগুম্বী

শীতমদা ভাবনা থম্মুনা ঐনা লৈগদবনি। Senses না ওইহল্লিবা সং- সারিকী পোৎশক নায়বা পোৎশকশিংশুগী মরক্তা, senses না, হায়বদি প্রকৃতিগী সত্ত্বঃ রজঃ অমসুং তমঃ কৌবা গুণ অহুম্না কোয়চৎ চৎতুনা পোৎশক শিংবু লেও থোংহনববনি — গীতা (৩৷২৭) (১৩৷২৯)।

## ৩। অম্বয়-ব্যতিরেকী meditation method

পোৎশক নায়বা পোৎ খুদিংমক শরুক মঙাথক লৈ। মখোয় অসুমনি; (১) মিং (name), (২) রূপ (form), (৩) অস্তি (existence); (৪) ভাতি (knowledge) অমসু (৫) প্রিয় (bliss)। মিং অমসুং রূপ অসি, ঐখোয়না মায়া হায়না খঙ্নবা, শেয়ায়না মরামদা উহনবনি (illusion নি)। অস্তি, ভাতি অমসুং প্রিয়না খঙ্নবদি সৎ- চিৎ-আনন্দবুনি। মিং অমসুং রূপ-তি অমগা অমত্তা মাগ্নদে, অদুগা অস্তি ভাতি অমসুং প্রিয়দি পুম্নমক্কী চপ মাগ্নবা লৈ। মরমদি মখোয় অহুম অসি আত্মনগী মগুণ (attributes) শাক্তুনি। মিং অমসুং রূপ-তি ব্যতিরেক নি (negative নি) অদুগা অস্তি, ভাতি অমসুং প্রিয়না অম্বয়-নি (positive) নি। অম্বয়— ব্যতিরেকী যুক্তিতনা (positive and negative কী method তনা) মরম ওইদুনা, মিং অমসুং রূপ-পু ঐখোয়না লোংখোকপা অমসুং মা ওহন্দবা তশ্মী। মতৌ অদুগুম্ন- দুনা, অম্বয়-ব্যতিরেকী যুক্তিতনা মরম ওইদুনা, পোৎ পুম্নমকী মথুঙ্দা লোৎলুনা কনায়রা খঙ্হন্দনা লৈরীবা অস্তি, ভাতি অমসুং প্রিয় হায়না খঙ্নবা সৎ-চিৎ-আনন্দনা ওইরিবা আত্মনবু ঐখোয়না খঙ্বা তশ্মী (realise তৌবা তশ্মী)। মাদু অমমাংদা হায়রগা, নির্গুণ ধ্যান হায়না খঙ্নবা attributeless self কা, ঐহাক ইশামকা, অমত্তা ওইশিন্খিবা ইকোম্-কোনবগী ধ্যানগী পদ্ধতি অদুবু খঙ্বা, অমসুং কংবা হায়নবু খঙ্লৈ। হয়া হয়া অসিগুম্বা ভাব অসিবু থন্বনা, অমসুং meditation গী মপান্দা, মিং অমসুং রূপ মাও খিনি। অদুগা অস্তি

ভাত্তি অমসুং খ্রিয়না মকম থুদিংমক্তা অমসুং মতম পূম্নমক্তা শীনবা থুংনা কোংলোক্‌না অমসুং তাম্মুনা লৈগনি। ঐখোয়না খবক তৌথিন্নৈ কাওবদা, অসিগুম্বা রাখল অসিগা লোয়ননা খবক তৌগদবনি। অসিগুম্বা রাখল অসি, চতুঃশ্লোকী, ভাগবত কী মখাগী শ্লোক অসিদগী কোংলোক্লি, মথুদি—

"এতাবদেব জিজ্ঞাস্যং তত্ত্বজিজ্ঞাসুনাত্মন: ।
অন্বয়ব্যতিরেকাভ্যাং যত্‌স্যাং সর্বত্র সর্বদা ॥"

(ভাগ : ২।৯।৩৫)

"অন্বয় ব্যতিরেক শিজিন্নদুনা (positive and negative method শিজিন্নদুনা), মতম পূম্নমক্তা অমসুং মফম থুদিংমক্তা মাও‌্বা লৈতনা অহিংবা অমা ওইনা অদুম্বক লৈরবা অদুবু (ঈবুংঙো অদুবু); তত্ত্ব থও‌্নিঙ্‌বা ভক্ত অদুনা থও‌্ননবা হোৎনগদবনি।"

## ৪। ভগ-ত্যাগ-লক্ষনাগী meditation method

ভগ-ত্যাগ-লক্ষনাগী meditation method অসিদি, তত্ত্বমসি (Thou art that) হায়বা মহাবাক্য অদুগা মরী লৈনৈ। তৎ অমসুং ত্বাম হায়বা মহাবাক্য অসিগী meaning অনি লৈ। তৎকী অহানবা অর্থদি বাচ্যেগী অর্থনি, মথুদি তৎ হায়বসি ঈশ্বরবু হায়বনি। অদুগা তৎকী অনিশুবা অর্থদি, থিন্দুনা তাকপা অর্থনি (indicative meaning নি), হায়বদি তৎ হায়বা অসি ব্রহ্মনবু হায়বনি। ত্বামগী অহানবা অর্থনা জীববুনি, অদুগা অনিশুবা অর্থনা কুটস্থবুনি, হায়বদি পুম্নমকী মরুদা লৈবা মাও‌্বা নায়দবা (অক্ষর-গীতা ১৫।১৬) ব্রহ্মনবু হায়বনি। জীব হায়বনা থও‌্নবা অদুদগী, মহাক্কী উপাধি ওইরিবা অবিদ্যাসু অমসুং মহাকী ধর্মশু, অমসুং অদুগীসু মথক্তা, অবিদ্যাগী মনুংদা লৈবা চৈতন্যদগী মুদোরক‌্পা মতাল‌্সু লোখোক্লসি, হায়বদি খাওহল্লগাদবনি। ঈশ্বর হায়বনা থও‌্নবা অদুদগী, মহাকী উপাধি ওইরিবা মায়াসু অমসুং

মহাকী থর্মশু, অমসুং অহুপীশু মথক্তা, মায়াগী মথুঙ্দা লৈবা চৈত-ন্যবগী মুদোমকপা মঙালশু লোথোক্লসি, হায়বদি য়াওহন্নগুম্সি। অস্মুম তৌহুনা জীব অমসুং ঈশ্বরগী মথুঙ্দা চপ মান্নবা শাগোন্নবা য়াওরিবা মচি (common essence) অহু লোথোক্লসি, হায়বদি য়াওহন্নগুমসি, অহুম তৌরবদি মখোয় অনিমক অহু অমথক্তদা পুন্মোয় ওইশিন্বা শক্তম ওইথিনি। অস্মুম হায়না তৌবা মতৌ অসিবু ভগ-ত্যাগ-লক্ষনা হায়না খঙ্নৈ। হায়বদি common essence ওইরিবা মচিশিং অহুবু, জীব অমসুং ঈশ্বরদগী, থরায় নত্রগা ফিজুম, নত্রগা চেংজামুক্ পায়হুনা নিক্থোকখিবগুম্না নত্রগা চুম্থোকখিবগুম্না লোথোক্প্রবদি, হায়-বদি থম্মোক্প্রবদি, লেম্হৌরিবা অহু অমথক্তা ওইহুনা, ভগ-ত্যাগ-লক্ষ-নাগী meditation method অসিনা মরম ওইহুনা, জীব অমসুং ঈশ্বর অমত্তনি হায়না meditation তৌবা য়ায়গনি। অসিগুম্বা রাথল অসিগা চপ্ মান্নবা গীতাদশু ফোংদোক্লি, মহুদি—

"মাঙবা লৈত্রবা মরু বীজ পুম্নমক ঐনি (শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি), গীতা (৯।১৮)।" নত্রগা "জীব পুম্নমকী মাঙ্দবা মরু বীজ ঐনি (শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি), গীতা (১০।৩৯)।"

### ৫। লয়া-চিন্তনাগী meditation method

লয়া হায়বসিনা থঙ্হল্লিবদি, cause গী মথুঙ্দা effect শু য়াও-শিন্খিবনি হায়না খঙ্নৈ। মসিগী method অসিবু Practice তৌ-নবা হোৎনবদা, method মথক্ত অহুম থোক্না থায়দোক্পশু য়াই। অহানবগী method তি অসিনি, মহুদি ঐথোয়গী রাথলনা থন্গদবনি; মহুদি mind না বুদ্ধিদা তিনখিনি, বুদ্ধিনা অব্যক্তদা তিন্খিনি, অহুগা ইকোন্ কোনবদা অব্যক্তনা ব্রহ্মনদা তিন্খিনি। অনিশুবগী method তি অসিনি, মহুদি ঐথোয়গী রাথলনা থন্গদবনি, মহুদি লৈপাক্না ঈশিংদা

তিম্ থিমি, ঈশিংনা মৈদা তিন্ থিমি, মৈৱা সুংশিৎতা তিন্ থিনি, সুংশিৎনা আকাশতা, হায়বদি ether দা তিন্ থিনি, ether না অব্যক্তদা তিন্ থিনি। অমসুং ইকোন্ কোন্ বদা অব্যক্তনা ব্রহ্মন-দা তিনথিনি। অহুমশুবগী method তি অসিনি, মহুদি ঐখোয়গী রাখলনা খন্ গদবনি, মহুদি বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী মওং ওইবা মী লৈবা জগৎনা (microcosm না) বিরাট-তা হায়বদি বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী মওং ওইবা মী লাই, অচৎ-চন্ন পুম্নমক লৈবা (both spiritual aud material universes পুমংকোন্ কোনশিনবা macrocosm হায়না খঙনবা) অদুদা তিন্ থিনি। তাইজসা-না (Taijasa না) হিরণ্যগর্ভ দা তিন্ থিনি, প্রাণ-না ঈশ্বরদা তিন্ থিনি। অসুম তৌদুনা কুটস্থনা ব্রহ্মনগা অমত্তা ওইশিনখ্রে। অসিগুম্বা মওং মতৌঅসিদগী ঐখোয়না খঙ্লে,মহুদি মপানগী মীৎনা উরিবা পোৎ অমসুং মীৎনা উত্রবস্তু পুক্লিংন লৈ হায়না খঙলিবা মগুণ ওইবা (attributes) পোৎশিং, মখং-মখং অমখক্ত ওইবা পুম্নমকী হৌরক্কম ব্রহ্মদা তিনখি। ইকোন কোনবদা,ভক্ত অহুসু য়াওনা পুমংকোন্-কোনশিন্না ব্রহ্মন মত্তামত্তা লৈগনি। অদৈ করিমত্তা লৈরোই। অসিগুম্বা রাখল অসিগা চপ মান্নবা গীতাদস্থ কোংদোক্লি, মহুদি—

"পুম্নমক অসিগী পোক্পফমসু ঐনি (শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি) অমুম্না তিন্নফম্সু ঐনি (শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি), গীতা (৭॥৬)।" নত্রগা, "বাসুদেব সর্ব্বমিতি— পুম্নমক বাসুদেবনি, গীতা (৭॥১৯)।"

## ৬। তত্ত্বরূপ-তদার্থ ভাবনাগী রাখলগা লোয়ননা ওম্-দা meditation তৌবগী method

প্রণাব সাধনাদা শুগায়না তাক্লিবা অহুগুম্না, purity, perfectness, peace, infinity নচিংবা self মতোম্তদা য়াওরীবা মগুণশিং অসিনী রাখলগা লোয়ননা, ওম্দা ভক্ত মখায়কম্ন য়াওশিন্থিবা হায়বনি।

মীওইবগী পোক্পদগী লোয়নবকপা মশাগী হৈনজবা মতৌ-ময়াং অমন্নুং পুক্চেল-মতা (Temperaments) মী খুদিংমক্কী অমত্তা য়ান্নদে, অমন্নুং অমত্তবা temperament অমুক্ত মথল য়ায়বা য়াম্মী। মরম অসিনা, মীপুম খুদিংগী মশাগী হৈনজবা অতুগা চান্নবা, ব্রহ্মন ফংননবগী method য়ায়বা লৈ।

মী অতুগী মশাগী হৈনজবা temperament অতুগা চান্নবা, মথ-ক্কী নির্গুণ-ধ্যান সাধনাগী meditation method তক্কক অসিগী মনুঙ্দগী, method অমথক্কংবু তক্ক অতুনা অপাম্বগা লোয়ননা খঙ-বগা, মতুনা self-realisation (god realisation) ফংনবা হোৎনজবা য়াই।

## ১২। ঈশ্বর ফংননবা মীওইবনা করম্বা যোগ-পু তৌগনি, মতুগী মরমদা খঙ্হনবা।

মপুঙ ফাবা যোগী লাইনিংবা অমা ওইনবগীদমক, মশানা হায়না লৈজরবা অমন্নুং নোংদম্ব ঈশ্বরগী থৌজানস্থ ওইরবা, ঐখোয়গীদমক্ তক্কম্-শঙ্ অমথক্কং লৈ, মতু অতৈ অমা নত্তে, ঐখোয়গী লৈনরীবা য়ুমগী অহাঙ্-বা কা অমথক্কংতুনা ওইহনবনি। চীঙ-মাস্না, মী-তাদবা লমদা, গুফাংদা লাইনিংবা কাংবুশিংগীদমক্তদি অভোয়া রাকম অমনি, মরমদি মখোয়দি মীওইনা পোক্পদগী ময়ুম-মকৈ পান্নবা, মীওইবা সমাজগী মনুঙ্দা চংলক্রবা, সংসারিক্কী চৎনবীগী রাংমদা লৈরবা, হায়বদি অফংবা পোৎ, উহৈ-রাহৈ চাতুনা জিবিকা ওইরবা, বারি-সম্বন্ধগী রাখল লৈরবা, ফিজেৎ-চাক্চেৎকী করিমত্তা থম্নরবা, মীওইনা পোক্পদগী হোনা হায়রগী মপোক্কী (ঈশ্বরগী ওইবা) কর্ম্মগী ফলগা লোয়নরবা, ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবা মীওইমক্তনি। লাইনিংবগী লম্বেলদা মপুঙ্ ওইনা সাধারণ মী-ওইবা ঐখোয়দা অপন্বা পীরিবনি হায়বস্থ য়াবা, নত্রগা খুমাঙ

চাওশিনহল্লুনা পন্থুংকম কংহন্‌বনি হায়বসু য়াবা, chief Agent ত্তি মীওইবগী mind নি। করাওম্বা মী অমনা মাগী পুক্নিং অমু মথুম-মথাঙ্‌ হৌহনবা লৈয়বদি, কৈদৌঙৈদসু লাইনিং লম্বেলদা খুমাঙ্‌ চাওশিন্‌বা ঙম্লোয়। মরম অসিনা, লাইনিংবগী লম্বেল্‌দা mind control তৌদবা মুকয়া য়াজবনি। মতুঙগীদমক, অথঙ্‌ অকৈশিংনা পুথোক্লিবা technique ময়াম শিজিন্নহনা, হায়বদি সৎ-সঙ্গ, যপ, সধ্যায়মা, ঈশ্বর-প্রানিধানা, মৌনা, সেবা, আসনা, প্রাণায়ামা-নচি'বা অত্তৎপা লৈ তনা তৌননবা হোৎনগদবনি। হকচাং লৈবা অচিংবা জীব অমা ওইনা পোক্নুনা লৈরীবা মীওইবা ঐখোয়না, মতম-মতম অতুগী সমাজগী মী অমা ওইনা জগৎ সংসার অসিদা হিংনবগীদমক থা্দোকপা য়াজবা কর্ম্মযোগী অমা ওইনা লৈন-লৈনা (গীতা — ৩৷৷৮ ৩৷৷২৫ ১৮৷৷১১), হায়বদি স্বধর্ম্ম হায়না খঙ্‌নবা Professional duty গী কর্ম্ম অদুনা god centred activity ওইনা থবক পুমমক তৌদুনা লৈন-লৈনা (গীতা ৫৷৷১০ ১৮৷৷৯, ৪৬,৫৭), self-realisation গী method ওইবা meditation মখল অদুম (আত্মজ্ঞানগী মতৌ-মওং ওইবা মুংদা চঙিন্দুনা পুক্নিংনা মহৈবগী অমসুং রাখল তৌবগী ধ্যান মতৌ), হায়বদি জ্ঞান-যোগ, রাজ-যোগ অমসুং ভক্তি-যোগ, অদুম অসিগী মমুঙ্‌দগী মী অতুগী মশাগী পোকপদগী লৈ-মনরক্লবা হৈনবী (গীতা ১৮৷৷৫৯), ঐখোয়না মতু inborn quality হায়না খঙ্‌নবা মশা-মশাগী aptitude, ability অমসু temperament অতুগী মতুঙ্‌ ইন্না, মশাগা চান্নপদবা অপাম্ব যোগ অমথক্তংবু খল্লগদবনি। অতুগুম্বা যোগ অদুনা primary ওইরগা, অতোপ্পা যোগ অতৈনা Secondary ওইদুনা varying proportion দা তিন্‌শিন্নগ দবনি। মরমদি যোগ অমথক্তনা self-sufficient ওইবসু নাত্তে, অতুগা অতোপ্পা যোগ অতৈদগী পুমতোন্‌-তোঙাম্না লৈবসু য়াদে। করিগুম্বা যোগ অমথক্তংগী system অমত্তদা অতুপকী মতিক specialisation তৌরবদি, অতুপকী মতিক মতুগী scope অমসুং utility হন্থরকনি।

য়াম্না শম্না হায়রিবদা, লাইনিংবা হৌগৎলক্লিবা মী অমনা, লাইনিং লম্বেলদা খোং থাংজিল্লকপদা, থাদোক্পা য়াত্রবা কর্ম্ম-যোগী অমা ওইনা লৈন-লৈনা, জ্ঞান-যোগ, রাজ-যোগ অমসুং ভক্তি-যোগ পূৰনমক, তাপ্পা-তাপ্পাগী মতুঙ ইন্না চাম্নগদবা অমসুং খুদোংচাবা য়েংহুনা তিন্নশিন্দুনা, অপাম্বা যোগ অমনা মাগী primary ওইরগা লাইনিং লম্বেলদা চৎথগদবনি, হায়রবদি (১) Professional work (কর্ম্ম-যোগ), worship, prayer, meditation and love (ভক্তি-যোগ), (২) reasoning, probing, analysing, discriminating, reflecting, contemplating and meditating (জ্ঞান-যোগ), (৩) Self-introspective method of the mind with regulation of breathing, feeling and thinking (রাজ-যোগ), মীওইবনা জগৎ সংসারদ অসিদা হিংজিনৈদা পুম্না চৎমিন্নবা হোৎনগদবনি, থায়দোক্নবা য়াদে। রাকম অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদা রাইহ থরতানা কোংদোক্লি, মতুমি —

"মতম পুম্নমক্তা ঐহাক (শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ঐহাক) নীংশিংলু, অমসুং লান শোক্লো। ঐহাক্তা মন অমসুং বুদ্ধি অনিমক কংচরবদি নহাক ঐবু শোয়দনা ফংগনি, চিংনবিঙাই লৈতে।" (গীতা ৮।৭)

"অপাম্বা পুম্বা থাদোক্লুনা, খোয়াংবা, ঐগীনি হায়বা, অমসুং ঐ হায়বা রাখল য়াওদনা চৎলবা মীতনা শান্তি ফংই।" (গীতা ২।৭১)

"হকচাংদগী ইন্দ্রিয়না হেল্লি, ইন্দ্রিয়শিংদগী মন (পুক্নিং) না হেল্লী, মন অসিদগী বুদ্ধিনা হেল্লী, অদুগা বুদ্ধিদগী হেনবদি আত্মানি।"

(গীতা— ৩।৪২)

"হে ভারত! অজ্ঞান-না থোক্হনবা থম্মোয়দা লৈবা অসিগুম্বগী নহাক্কী: চিংনবসি জ্ঞান-না থাঙ ওইদুনা ককথৎলগা যোগ তৌ, হৌগৎলো।" (গীতা ৪।৪২)

"ঈশ্বরভক্তগী জ্ঞান-না অজ্ঞানবু মাঙহন্‌গ্রবা মীশিংদুগী মরীদা জ্ঞানং-মা সুমিৎকুয়া ঙাম্মুনা ঈশ্বর উহল্লি।" (গীতা ৫॥১৬)

"মতম পুম্নমক্তা নহাক যোগদা লেঙ্‌ দনা লৈয়ু।" (গীতা ৮॥২৭)

"কৃষ্ণ ঐগীতময়ক থবক ভৌবা, ঐভন্থু মাগী অথোইবনি খনবা, ঐঙোন্দা ভক্তি লৈবা, মহৈ য়েংদবা অমসুং থরাই পানবা পুম্বদা য়েক্লবা লৈতবা মী অদুতনা ঐবু ফংই।" (গীতা ১১॥৫৫)

"ঐঙোন্দা (কৃষ্ণ ঐঙোন্দা) পুক্নিং থিংজিনবা ওইয়ু, ঐগী ভক্ত ওইয়ু ঐবু পূজা ভৌবা ওইয়ু, ঐবু খুরুম্মু। অদু ওইরবদি, ঐবু শোয়দনা ফংগনি।" (গীতা ১৮॥৬৫)

## ১৩। মূর্ত্তি লৈবা অমসুং মূর্ত্তি লৈতবা লাইনিং লম্বেল অনি অসিগী মনুঙ্‌দা, করম্বনা অথোইবা লাইনিং লম্বেলনো ?

Supreme Absolute Truth or Absolute Reality or Absolute-undivided-unmanifested Infinite Existence অদু মূর্ত্তি লৈবা ঈশ্বর (personal) অমনা ওইব্রা, নত্রগা মূর্ত্তি লৈতবা, পুমহাং হাঙ্‌বা মপান নায়দবা (infinite and impersonal) অমনা ওইব্রা হায়বসিগী মরমদা মীয়ায়া অয়েপ্পা লৈতনা নৈনদুনা, হৌজিক ফাওবা লায়থাই ভাদনা লৈরীবা য়াকম্নি। মরমদি বেদ, বেদান্ত, উপনিষদ, গীতা অমসুং শ্রীমদভাগবতনচিংবা ধর্ম্ম শাস্ত্রশিংদা য়াকম অসিগী মরীদা অনি অনি থোক্লা পীরি, মথুদি—

**(ক) Supreme Absolute Truth পু মর্তি লৈবা ঈশ্বর (personal) অমা ওইনা খঙ্‌হন্‌বা।**

"সংসারদা লৈবা জীব পুম্নমকপু মা-মাগী কর্ম্মফলগী মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্‌-না (মূর্ত্তি লৈবনা) য়োক্‌পীবা মপুনি। ইবুংঙো মহাক্না, মহাকী plenary portion না হকচাং লৈবা জীবশিংগী থম্মোয়দুংদা লৈ। যোগী, ঋষি, ভক্ত, বৈষ্ণবনা মসিগী অশেংবা শকুকমবু মমুংদগী মপান্দগী উবা ফংহুনা শান্তি ওইনা মতম পুম্নমক্তা লৈ।"

(কঠ উপনিষদ ২॥২॥১৩)

"Material creation গীদমক শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী plenary expansion না শ্রীবিষ্ণুগী মূর্ত্তি অহুম থোক্না লোই। অহানবা মূর্ত্তি শ্রীমহাবিষ্ণুনা "মহৎ-তত্ত্ব" হায়না খঙ্‌নবা material energy পুম্নমক শেম্মী। অনিশুবা মূর্ত্তি শ্রীগর্ভদকশায়ী বিষ্ণুনা material universe পুম্নমক্তা চঙ্‌হুনা মথোয়গী মনুঙ্‌দা লৈবা অহিংবা অমম্বুং হিংদবা পোৎ পুম্নমকনা তোঙান-তোঙাম্না থেব্না উরিবা অসি মহাক্না তৌহল্লিবনি। অহুমশুবা মূর্ত্তি শ্রীক্ষীরদকশায়ী বিষ্ণুনা material universe পুম্নমক্তা চঙ্‌হুনা, মকম থুদিংমক্তা শীনবা থুংনা লৈহুনা super soul হায়না খঙ্‌নৈ। পীকপ্রবা atom অমগী মনুঙ্‌দা ফাওবা মহাক্না লৈ হায়হুনা ইবুংঙো মহাকপু পরমাত্মা হায়নম্না খঙ্‌নৈ। কনাগুম্বা মী অমনা শ্রীবিষ্ণু ভগবান অহুম অসিবু মুন্না খঙ্‌জয়বদি material না পুনবা (material bondage) অসিদগী নাম্বোক্‌পা ঙমগনি, হায়বদি মুক্তি ফংগনি।" (সত্বতঃ তন্ত্র)

"বেদাহম্ এতম্ পুরুষম্ মহান্তম আদিত্য-বর্ণম তমসঃ পরস্তাৎ তম এব বিদিত্বা অমৃত ইহ ভবতি নান্যহ : পন্থা বিদ্যতে অয়নায় যস্মাৎ পরম নাপরম অস্তি কিঞ্চিৎ যস্মান্নানীয়ো ন জ্যায়োহস্তি কিঞ্চিৎ।"

(শ্বেতাশ্বতর উনিষদ)

"ঐনা খঙজে, মচুদি জগৎ সংসারগী অমম্বা জ্ঞানগী মাংমদা supreme personality of godhead না লৈখনি। ইবুংঙো মহাকপু খঙজবা মী অদুডনা পোকপা শিবগী সংসার অসিদগী লাম্থোকপা ঙমগনি। অদুগুম্বা supreme person অদুগী জ্ঞান নত্তনা, মুক্তি (liberation) ফংননবগী লম্বেল অমত্তা লৈতে।" (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ)

"Supreme person অদুদগী হেনবা অতোপ্পা অচুম্বা (Truth) অমা লৈত্রে, মরমদি ইবুংঙো মহাক্না খ্বায়দগী হেল্লবনি। ইবুংঙো মহাক্না অপিকপা পুম্নমক্তগী খ্বায়দগী হেন্না পিকপনি, অমসুং অচৌবা পুম্নমক্তগী খ্বায়দগী হেন্না চাওবনি। ইবুংঙো মহাক্না তুমিন্না লেঙদনা লৈবা উপাধীগুম্না, লেঙদনা লৈ, অমসুং transcendental skv গী মায়কৈ থুদিংমক্তা, ইবুংঙোগী ভক্তচাংদগী ফুদোরকপা মঙালনা ঙাংনখোকহল্লী। উপাধী অমনা মাগী মরু অমসুং মায়া শক্তোকপগুম্বা, ইবুংঙোগী মপান নায়রবা energies শক্তোকই।" (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ)

"Supreme personality of godhead না মাগী লৈকয় থায়দা স্মুকলেঙ লেঙদনা লৈরবসু, পুক্নিংদগী হেন্না য়াঙই, মরম অদুনা ইবুংঙোনা অয়াঙবা পুম্নমক্তগী হেন্না য়াঙই। শক্তি লৈরবা অম্বা দেবতাশিংনা (demigods) ইবুংঙোগী নাক্তা য়োবা ঙমদে। ইবুংঙোনা মফম অমত্তদা লেঙদনা লৈরবসু, নুংশিৎ অমসুং নোংবু পীনরিবা মথোয় অদুবুসু ইবুংঙোগী খুত্থম মথাদা থম্মী। ইবুংঙোনা পুম্নমক্তগী খোমদোক্ হেন্দোকই।" (ঈশোপনিষদ মন্ত্র ৪ গুবা)

"খ্বায়দগী চাওরবা শক্তি লৈরবা ভগবান, মহাকী মায়া চেঙবা নাম, ধাম, মওং, অবতারশিং, মগুণশিং অদুগা লোয়নবা, মহাক্না মহৈ থরওংগী ওইনা লেপ্পা লাই, মী, শা, অমসুং পোৎশিংবু; মী অদুনা মপুঙ কানা

মুন্না থঙ্‌গদবনি। হায়গ্রীবশিং অসিবু থঙ্‌লবা মী অদু শিবদগী নাম্থোক্র-বনি, অদুগা মহাক জগৎ সংসার অসিদা অমুক হন্না পোক্ররোই। মহাক eternal ওইরবা, হায়বদি অহোবা অমসুং অবোইবা লৈত্রবা ভগবানগী থামদা অদুম্মক হুংজাইনা লৈথ্রগনি।" (ঈশোপনিষদ মন্ত্র ১৪ গুবা)

"সচ্চিদানন্দ মূর্ত্তিনা মহাকী ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ পরমেশ্বরনি। মহাক আদি অমসুং গোবিন্দনি, মহাক কারণ পুম্নমক্কী কারণ-নি অমসুং অনা-দিনি।" (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥১)

"আদি ওইবা Supreme Lord গোবিন্দনা, মহাকী plenary গী শরুক মচেৎ অমথক্তনা জগৎব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্তা চঙ্‌দুনা লৈ। ইবুংঙো মহাক্না universe কী মনুঙ্‌দসু, অদুগা universe কী মনুঙ্‌দা লৈবা atom শিংগী মনুঙ্‌দসু চঙ্‌দুনা লৈ। মহাকী বিরাট ওইবা মূর্ত্তিনা জগৎ পুম্নমক্কী মপান্দসু লৈ, অদুগ অন্তর্যামীন ওইনা পুম্নমক্কী মনুঙ্‌দসু লৈ।" (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥৪৪)

"মীৎতা প্রেমভগী পিরাংতনা থুমহৎলবা ভক্তিরূপ ওইবা সাধুশিংনা মতম পুম্নমক্তা মথোরগী থম্মোয়দু'দা শ্যামসুন্দরগী রূপ ওইবা ইবুংঙোবু দর্শণ ফংজৈ, অদুগুম্বা আদি পুরুষ ওইবা গোবিন্দবু ঐনা ভজন তৌজরি।" (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥৪৭)

"ভাইবংপানবা পুম্বনা ইবুংঙো মঙোন্দগী পোকই। মঙোন্দা হিংদুনা পাম্রি, অমসুং মঙোন্দা তিল্লি।" (ভাগ : ১॥১॥১)

"মরম অসিনা, ভক্তশিংবু তাকপিরীবা personality of god head ভগবানবু ভক্তশিংনা অতৎপা লৈতনা নিংশিংজগদবনি, পূজা তৌ-গদবনি অমসুং মাগী গুণবু তাজগদবনি।" (ভাগ : ১॥২॥১৪)

"মথক্তা হায়রবা পুরুষ অবতারশিংসি supreme personality of godheadকী plenary expansions (কলাশিং),মরুপা plenary expansion শী parts (কলাশী অংশ মরাম) ওয়রি। অদুগা শ্রীকৃষ্ণ মশামক্তি স্বয়ং ভগবান-নি (supreme personality of god head নি)।" (ভাগঃ ১।৩।২৮)

"সংসারিকী য়াংমদা লৈরবা আত্মারাম ওইরবা মুনিশিং ফাওবা উরুক্রম ওইবা (পরাক্রমশালী ওইবা) শ্রীহরিদু পেনশক্লবা হায়রুনা অহৈতুকী ভক্তি কচে (মহৈ পাম্বা য়াওদ্রবা— cause and effect য়াওদ্রবা ভক্তি কচে)।" (ভাগ : ১।৭।১১)

"অকিবা অমম্তুং মুংঙাইতবা পুরুষক অসিদগী লাম্বোক্‌পা পাম্বা খুদিংমক্তা ভগবান ওইবা, ঈশ্বর ওইবা শ্রীহরিগী (the supreme personality of godhead) মতিক মগুনদু ভাজপদবনি অমম্তুং নিংশিংজগদবনি। অদুগুম্বা ভগবান অদু জগৎ সংসার পুরুষক্তী য়ায়েনবনি, অরাবা পুরুষক কোকপিবা মপুনি অমম্তুং living entity পুরুষকী পরমাত্মানি।" (ভাগ : ২।১।৫)

গীতাগী মফম অয়াম্বদা মুক্তি লৈবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না Supreme Absolute Truthনি অমম্তুং খ্বায়দগী চাওবা ঈশ্বরনি (The supreme personality of godhead নি) হায়রী, মতুঙ্গি —গীতা (৬।৩০), (৭।৬,৭,১০,১৯), (৮।২২), (৯।১১,১৪,৩৪), (১০।৮, ৩৯-৪২), (১৪।২৭), (১৫।১৯), (১৮।৬৬)।

(খ) Supreme Absolute Truth পু মুক্তি লৈতবা (Impersonal) অমা ওইনা খঙ্‌হনবা।

"Truth না প্রাণগী Essence নি, হায়রবদি Absolute Truth না হিংনবা শক্তিগী (vital force কী) মচিনি।" (বৃহদারণ্যক উপনিষদ মন্ত্র) (২।৩ (৬), ৩।৯ (২৬), ৪।২ (৪), ৪।৪ (২২), ৪।৫ (১৫)।

"তত যদ উত্তরতরম্ তদ অরূপম অনাময়ম য এতদ বিদুর অমৃতাস তে ভবন্তি অথেতরে দুঃখম এবাপি যান্তি।" (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ)

"Material world গী ওইবা universeকী মথুংদা ব্রহ্মানা ইহান হানবা living entity ওইবা মরম্না, মথা চম্বা দেবতাশিং (demigods), মী ওইবা অমসুং মখোয়গী মথা চম্বা জীবশিংদগী, মহাক্না খ্বাইদগী চাওবা দেবতানি। ব্রহ্মাগী মাংমদা transcendence (ভাইবং রংমা, নত্রগা সংইরমলেন) লৈ। অদুগুম্বা মকম অদুদা পোৎশক্না লেপ্না মূর্তি নাইরবা অমত্তা লৈতে, অদুগীসু মথক্তা, মকম অদুদা মায়াগী ওইবা অমাংবা (material contamination) অমত্তসু লৈতে। করাগুম্বা অমনা মদুদু (Transcendence দু) খঙলবদি, মহাক মায়াগী মপান্দা লৈবা চাইরব অদু ওইরে। তৌইগুম্বসু: মদুদু ( Transcendence দু) খঙ্জিবা মীশিং অদুদি, 'material world গী' অরা-অনা মরক্তা খাঙহন্না ভিংগনি।" (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ)

"Supreme Lord হি চৎলি অমসুং চৎতে। হৌবুংঙা মহাক্তি য়াম্না লাপপ্রবা মফমদা লৈরবসু, য়াম্না নকপ্রবা মফমদসু লৈ। ইবুংঙো মহাক্না পুম্নমকী মনুঙদা চঙ্লুনা লৈ, অদুগা অমুকসু পুম্নমকী মপান্দসু লৈ।"

(ঈশোপনিষদ মন্ত্র ৫)

"মঙং নায়বা হকচাং লৈত্রবা (unembodied), পুম্নমক পুমখঙ্ খঙ্বা অমসুং পুমউ-উবা (omniscient), মনাক্ত নকপা সুকতম্ ভমদবা, শিংলি নাওবি য়াওদবা, পাপ চঙ্দ্রবা, পুমশেং-শেংবা, সংসারিকী ওইবা অমাংবা মচেৎ অমত্তা পক্রবা, য়েলহৌভৈদগী হৌনা মী থুদিংমকী অনিঙ্বসু থুংহল্লিবা, অমসুং self-sufficient philosopher সু ওইরিবা, অদুগুম্বা অদুনা জগৎ সংসারদা লৈবীবা লেঙ্লি পাল্লিবা পুম্নমক্কী থাজৈশেংনমক পুমহেন হেল্লবনি।" (ঈশোপনিষদ মন্ত্র ৮গুবা)

"জ্ঞানীশিংদনা মুক্তি লৈতবা অমসুং Blissful Brahman ওইনা, ভাইবংপানবগী বিষয়সুখদা লুপ্লিবা মীশিংদনা চুমগী অচম্বা অঙাংমচা অমা ওইনা নিঙ্‌হল্লিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি। অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না হৌথিবা মপোক কয়ারক্তা পাপ লৈতবা থবক কয়া তৌবগী ফল ওইনা হৌজিক শক্লেমগী ওইনা পোক্লবা গোপমচাশিংগা লোয়ননা শান্নমিন্নরী।"
(ভাগ : ১০॥১২॥১১)

"আত্মাদি কোংদোক্তে, য়াথন্না লাম্বা ফংদে অমসুং মশক ওন্দে অশুম্না হায়। মরম অসিনা, মসিবু খঙ্‌লবদি কায়নবগী য়াকৃফম থোক্তে।"
(গীতা ২॥১৫)

"আত্মাদি হোংবা লৈতে, অরেম্লনি, মাঙ্‌জবনি অমসুং কনা অমত্তনা মহাক্কী মশক লেপ্পা ঙমদবনি।" (গীতা ২॥১৮)

"হে গুড়াকেশ! জীব পুম্নমক্কী থম্মোয়দা লৈবা আত্মা হায়বদু ঐনি, জীবশিংগী অহৌবা, ময়াই, অমসুং অরোইবা হায়বদুসু ঐনি।"
(গীতা ১০॥২০)

মথক্কী গীতাগী শ্লোক অদুম অসি ডাক্ত নত্তনা, গীতাগী মফম খরদা supreme Absolute Truth পু মুক্তি লৈতবা ওইনা হায়রী, মত্তুদি— গীতা (৫॥২৪), (৬॥২০), (৮॥২০-২১), (১০॥৩৮), (১২॥৫), (১৩॥১৪) (১৮॥৬১)।

(ঘ) Supreme Absolute Truth পু মুক্তি লৈবা অমসুং মুক্তি লৈতবা অনিমক্কী অপুনবা ওইবা অমথক্তা ওইনা খঙ্‌হনবা।

মথক্কী (ক) অমসুং (খ) দা পীরিবা বেদ, বেদান্ত, উপনিষদ, অমসুং শ্রীমদভাগবতনচিংবা ধর্ম্ম শাস্ত্রশিংদগী লোথোকরকপা শ্লোকশিংগী অর্থদগী ঐখোয়না খঙ্‌লে, মত্তুদি supreme Absolute Truth পু মুক্তি লৈবা

ওইনম্ব হায়, নত্রগা মূর্ত্তি লৈতবা ওইনম্ব হায়। মরম অসিদগী লাইনিং লম্বেল মথল অনি থোরক্লে, মহুদি মূর্ত্তি লৈবা লাইনিং লম্বেলবু দ্বৈতবাদ (Dualism) হায়না খঙ্গনৈ, অমস্থুং অসিগুম্বা লাইনিং লম্বেলবু ভক্ত, বৈষ্ণব, সাধু, গোস্বামীশিংনা পামৈ। মূর্ত্তি লৈতবা লাইনিং লম্বেলবু অদ্বৈতবাদ (Monism) হায়না খঙ্গনৈ, অমস্থুং অসিগুম্বা লাইনিং লম্বেলবু জ্ঞানী অমস্থুং যোগীশিংনা পামৈ। মখোয় অনি অসিগী মপুঙ্গ দা করম্বনা অতানবনো, হায়বদি করম্বনা অথোয়বনো? মসিগী রাহং অসিদি য়েক্রমগা য়েম্বাগা কনানা হাল্লী, নত্রগা উপাম্বীগা উটেংগা কনানা হাল্লী হায়না হংবা রাহংগা চপ্ মাম্নৈ। য়েম্বী য়াওদনা য়েক্রম লৈহনবা য়াদে, অহুগা য়েক্রম য়াওদনা য়েম্বী ওইরকপা য়াদে। মতৌ অহুগুমসহুনা, উটেনা cause ওইরগা, মহুগী effect না উপাম্বী ওইরক্ত। অসুম তৌহুনা, effect কী মনুঙ্গদা cause য়াওরে, cause গী মনুংদদ effect য়াওরে। অসুম হায়না cause and effect কী অতং-অথম লৈতবা universal chain নি, হায়বদি ঐখোয়না scientific law নি হায়না খঙ্গনব, law of causation গী endless circle of order নি। মতৌ অসুম তৌহুনা, মূর্ত্তি লৈবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না cause ওইরগা, মূর্ত্তি লৈতবা, মঙালগী মগক ওইবা, ঙমখৈ লৈতবা, বিশ্বরূপ নত্রগা দিব্যরূপ না effect ওই-রকই (গীতা ১১৷৪৭)। অমুক হন্না, মঙালগী মগক ওইবা ঙমখৈ লৈতবা অমস্থুং মূর্ত্তি লৈতবা দিব্যরূপনা cause অমুক ওইরগা, মূর্ত্তি লৈবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না effect অমুক ওইরকই (গীতা ১১৷৪৯,৫০)। মরম অসিনা, মূর্ত্তি লৈবগী মঙ্গুঙ্দা মূর্ত্তি লৈতবস্থু অহুম্মক য়াওরে/শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদি মূর্ত্তি লৈবা অমস্থুং মূর্ত্তি লৈতবগী করিমম্বা খেন্নবা লৈতে, অনিমকী অপুনবনি (Absolute Reality ওইবা eternal, spiritual and uncontaminated body নি) হায়বা অসি গীতাদা রাহৈ খরদংনা ফোংদোক্লি, মহুদি—

"শ্রীকৃষ্ণ ভগবান না ভাকপিখি, হে অর্জুন! নহাক অমসুং ঐহাকী মপোক য়াম্না ওইখ্রে, হে পরন্তপ! ঐদি পুম্নমক অহু খঙ্ই, তৌইগদবসু নঙ্দি খঙ্দে।" (গীতা ৪।৫)

"পোক্নবা, মরেং ভাদবা অমসুং লেঙ্লি পাল্লিবা জীব পুম্নগী ঈশ্বর (মপু) ওইরুনসু, ঐগী প্রকৃতিবু খুদুম চল্লগা যোগ মায়ানা মরম ওইরুনা ঐন ফোংদোকই " (গীতা ৪।৬)

মথক্কী গীতাগী শ্লোক অনি অসিদগী ঐখোয়না খঙ্লে, মহুদি হকচাং লৈবা জীব ওইরিবা অজ্জুনগুম্না মীওইবগী মৃত্তি ওইনা ১মু মীগী গর্ভদগী পোকপগুম্না শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না যোগ মায়ানা মরম ওইরুনা, মীওইবগী সমাজদা হকচাং লৈবা অপোকপা মী অমা ওইনা মীয়ামদা উহল্লবসু, থাক্লেংশংবমক্তি, ইবুংঙো মহাক্তি পোকসু পোক্তে, শিবসু শিদে, eternally Reality ওইন য়েনহৌদ্রেদগী অহুম্মক লৈরবনি (গীতা ২।১৭) মরম অসিনা, হকচাং লৈবা অপোকপা জীব অইনা মখোয়গী হৌখিবা মপোক্কী অমসুং মতুঙ্দা ওইরকদোরিবা মপোক্কী মরমদা কাহিমক্তা খঙ্দে। তৌইগুম্না ইবুংঙো মহাক্তি জীব পুম্নমক্কী হৌখিবা, হৌজিক অমসুং তুংগী মপোক পুম্নমক পুমখঙ্ খঙ্ই (All knowing)। মরমদি ইবুংঙোগী সৎ-চিৎ-আনন্দ ওইবা হকচা (spiritual body) মতম পুম্নমক্তা অহুম্মক লৈ, হায়বদি ইবুংঙো মহাক অহৈৎনি। ৰাইৰ অন য়োমদা হায়রবদা, ইবুংঙোগী হকচাংগা "অশেঙ্বা ঐনা" ওইন মশা মক্তা (মপাম্বোংগী হকচাংগা মুংদা কনামক্তা খঙ্চনা লোন্নুনা লৈবা অশেঙ্বা ঐ, মক্তগা soul হায়না খঙনবা অহুগা) কহিমক্তা খেন্নবা লৈতে। (There is no distinction between Lord's body and soul শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ ৬।৮) ইবুংঙো মহাকা মশা লৈনরীবা হকচাংনচিংবা জ্ঞানেন্দ্রিয় অমসুং কর্ম্মেন্দ্রিয় পুম্নমক spiritual ওইরুনি, হায়বদি conditioned soul গী [মীওইবগী] হকচাংগা soul গা অনি খোক্না

লৈনরীবা অত্থুগুম্বগী মওং নত্তে। ইবুংঙোগী মুক্তি লৈবা হকচাংগা মুক্তি লৈতবা self কা করিমত্তা খেন্নদে, অমত্তনি। মরাইহে অমত্তোমদা হায়রগা, ইবুংঙোনা material world দা মীওইবনা পোকপগুম্না পোক্লবন্নু, ইবুংঙোগী যোগ মায়ানা মরম ওইদুনা, প্রকৃতিবু (nature বু) খুত্থম চন্দুনা, হায়বদি প্রকৃতিগী মনুঙ্দা লৈবা মায়াগী মশক ওইবা শেংদবা অমসুং অম্মাংবা (contaminated) পোৎশকশিংসিগা করিমত্তা মরী লৈনদনা (আত্মাবু করিগুম্বা অমত্তনা শোক্তবগুম্না গীতা—১৩৷৩২), eternal and spiritual body ওইনা (মুক্তি লৈবা অমসুং মুক্তি লৈতবগী অপুনবা Absolute Reality অমা ওইনা) জগৎ সংসার অসিগী মনুঙ্দা মীয়ামদা উৎনবনি। মরম অসিনা, ইবুংঙো মহাক্তি য়েন্নহৌ-দৈঙদগী হৌনা, পোকপা লৈতবা bliss and knowledgeগী মতৌগুমনা, সংসারিকী রাংমদা লৈবা transcendental body and intelligence ওইনা (সংসারিকী অচৎ-চত্ত পুম্নমকনা মতমগী মতুং ইন্না মাঙ্খ্রবদা, মতৌ কুদি মাঙ্বা লৈত্রবা, অক্ষর হায়না খঙ্নবা অথোয়বা অব্যক্ত অমা ওইনা, গীতা ৮৷২০-২১) অত্থুম্বক লৈরবনি। অম্মা হায়রবদা, ইবুংঙোগী মুক্তি লৈবা হকচাংগা মুক্তি লৈতবা self কা, অদুগা ইবুংঙোগী হকচাংগা অদুগা করিমত্তা খেন্নবা লৈতনা, মুক্তি লৈবা অমসুং মুক্তি লৈতবগী অপুনবা অমথক্তা ওইব Absolute Truth ওইনা, eternally অত্থুম্বক লৈরবনি হায়রবনি (গীতা ২৷১৭)। ইবুংঙোগী অসিগুম্বা মুক্তি লৈবা ওইনা ফোংদোক্পা অমসুং মুক্তি লৈতবা ওইনা ফোংদোক্তবগী খেন্নবা লৈহন্দবা থৌদৌ-মতা অসিবু, অথং অহৈশিংনা অসুম হায়না প্রমাণ তৌই, মতুদি সুমিংপু উখিত্রবা মতমদা, ঐথোয়না সুমিৎ তারে হায়, অদুগা মাবু উৎকপদা ঐথোয়না সুমিৎ থোরক্রে হায়। থাক্লোংবদি, সুমিৎতি মতম পুম্নমক্তা, অককনবা মফম অমথক্তদা সুক্লেঙ্ লেঙ্দনা অত্থুম্বক লৈবনি, অদুবু ঐথোয়গী senses না মতিক চান্দবা অমসুং মপুঙ্ ফাদবদগী, সুমিৎপু অত্তিয়ামদা মুক্তি লৈবা অউবা ওইনা অমুক,

man) মূর্ত্তি লৈতবস্থু (Impersonal Brahman) পূম্না থঙ্লগা, অনিমক্কী অপুন্বা ওইবা Absolute and all comprehensive ওইবা ভাবনা শাব মূর্ত্তি লৈবব্ (an imaginary circle having its circumference nowhere available but its centre is everywhere), Absolute Truth ওইনা ঐখোয়না নিঙ্থিজন থঙ্বা ঙম্মী। মাম্না শম্না হায়রবদা, পোৎশক অমবু absolute ওইনা থঙ্লবদি, পোৎশক অতুগী অংশঙ্বা শকুম থঙ্বা ঙম্মী। অসিগুম্বা মথঙ্গী রাখল অসিবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননা মনায় অর্জুন্না মখাগী অসুম্না ফোংদোক্লি, মতুমি --

"পোক্লবদি শিবা পোয়জবনি। অমমুং শিরবদি পোকপস্থু লোয়জবনি, মরম অতুনা থিংবা ঙমদ্রবা ফিবমগী মরমদা রাবা ফাগ্রদে।"
(গীতা ২॥২৭)

"ঐহাক্কী লেংহানব ঐ নত্তবা ভমল্তা লৈতে, লংলুংদা মণি মম্ম ম ফেংশিনবগুম্না পুম্মক অসি ঐহাক্না শংশিনগা লৈ।" (গীতা ৭॥৭)

"ঐগী ভক্ত কনাগুম্বিনা মহাক্না মখাক ঐহাক্কী লেংহানবা মতম অমত্তনি থম্জুনা ওইরবস্থু, ঐগা মখোয়গা তোঙানবনি থম্জুনা ওইরবস্থু, মতুংগা ঐ অসি তোঙান-তোঙানবা শকক্কম পুদ হায়না থম্জুনবু ওইরবস্থু, পুম্মক্কী মশক ওইবা ঐবু জ্ঞানগী মশক ওইবা যজ্ঞনা উপাসনা তৌই।" (গীতা ৯॥১৫)

"ঐ অসি পুম্নমক্কী হৌরকফমনি, অমমুং পুম্নমক্না মাগী মাগী মথৌ লৌরিবছু ঐহাক্কী থোক্পনি হায়বসি খঙ্জুনা, অশিংবশিংনা ভক্তিনা মরম ওইজুনা, ঐবু পূজা তৌই।" (গীতা ১০॥৮)

"ঐ অসে (কৃষ্ণ ঐ অসে) মাঙ্‌বা লৈতবা অমসুং হোংবা লৈতবা ব্রহ্মগী, (Impersonal Brahman গী) সনাতন ধর্মগী অমসুং একান্তিক সুখগী ভুংনকনি।" (গীতা ১৪।২৭)

সৎ ওাকুস্তু নত্তবা (spiritual নত্রগা মুক্তি লৈতবা ওাকুস্তু নত্তবা), অসৎ ওাকুস্তু নত্তবা (material নত্রগা মুক্তি লৈবা ওাকুস্তু নৎভবা), অনিমক অসিগী জ্ঞানগী রাংমদা লৈবা অপুন্‌বা অমথক্তা ওইবা (গীতা ১৩।১২) The supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ইবুংঙোনা, সুমিৎনা, থানা নত্রগা মৈনস্তু ওাসহনবা ভমজবা spiritual sky গী মনুঙ্‌দা লৈবা পরমধাম, নত্রগা কৃষ্ণলোক বৃন্দাবন হায়না খঙ্‌নবা (গীতা ১৫।৬) ভাবনা শব মফম অদুদা, নত্রগা মৃত্যুলোক অমসুং মায়াগী রাংমদা (গীতা ৭।২৪) ওইবা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতিনা (spiritual sparks of Shri Krishna Bhagavan ব্রহ্মসংহিতা ৫।৪৪,৪৯) ওইবা spiritual sky গী মনুঙ্‌দা লৈবা পরমধাম হায়না খঙ্‌নবা ভাবনা শাবা মফম অদুদা, গীতা ৮।২১, নত্রগা রাইনা রাখলনা কোংলোক্‌পা ভমজবা সুমিৎকুমা মথা মত্তেংমৃতা কনাগীসু মাতুঙ মাঙলনা থানবা (গীতা ৮।৯) spiritual sky গী মনুঙ্‌দা লৈব পরমধাম হায়না খঙ্‌নবা ভাবনা শাবা মফম অদুদা, খোঙ্‌কাপ অমা কাপ্পবা লেঙ্‌দনা কনামত্তা খঙ্‌জনা অমসুং কোংলোক্‌না লৈরিব ইবুংঙো অদুমক্তা (গীতা ৮।২০-২১), মর্ত্যলোকী বৃন্দাবনদা (হৌজিকী মতমগী U.P. State কী মনুংদা লৈবা বৃন্দাবনদা), মীগী শর্তমগী লোকপা মুক্তি লৈবা ওইনা কোংলোক্‌না, মীয়ামদা বাসুদেব হায়না খঙং ইংন্নবা অদুনি — (গীতা ৯।১১)। মরম অসিননি, জ্ঞানী ভক্তনা মলোক কয়ামক্তম লোকনুমগা অংহাইবদা পুন্নমক (মুক্তি লৈবসু, মুক্তি লৈতবসু অনিমকী অপুনবা অমথক্তা ওইবা) বাসুদেবনি হায়রিবনি, (বাসুদেবঃ সর্বমিতি—গীতা ৭।১৯)।

## ১৪। অরাংবা থাক্কী লাইনিং লম্বেলদদি, মূর্ত্তি লৈবা অমসুং মূর্ত্তি লৈতবা লাইনিং লম্বেল অনিমক, অমখক্তদা পূনশিল্লি।

**(ক) সৎ-চিৎ আনন্দ আর্ক বিগ্রহ ওইনা ভক্ত অদুনা সেবা পূজা তৌজরিবা ঈশ্বরবু মূর্ত্তি লৈবা অমসুং মূর্ত্তি লৈতবা অনিমক্কী অপুনবা, অমখক্তা ওইনা নিঙ্‌বগী মরমদা খঙ্‌হনবা।**

Supreme Absolute Truth পু মিং অমসুং মূর্ত্তি লৈতবা ওইনা লৌছিনা সাধন তৌজরিবা জ্ঞানী অমসুং যোগীশিংগী লাইনিং লম্বেল অমুবু, জ্ঞান-যোগ অমসুং রাজযোগকী লাইনিং লম্বেল হায়না খঙ্‌নৈ। মসিবু অদ্বৈতবাদ (monism) হায়নসু খঙ্‌নৈ, মরমদি জগৎ সংসার পুমনমক্ (both spiritual and material) অসিবু One Absolute-undivided unmanifested Infinite Existence নি, মসি নত্তবা অদ্বৈত আত্মা কল্পিমত্তা লৈতে হায়না নিঙ্‌বা লাইনিং লম্বেল হায়না খঙ্‌নৈ। মসিগী অঙ-তৈতনবদা, supreme Absolute Truth পু মিং অমসুং মূর্ত্তি লৈবা ওইনা নিঙ্‌জবা, হায়বদি The supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংননবা ভক্ত, বৈষ্ণব, সাধু, গোস্বামীশিংনা নিংজরিবা লাইনিং লম্বেল অমুবু, ভক্তি যোগ-কী লাইনিং লম্বেল হায়না খঙ্‌নৈ। মসিবু দ্বৈতবাদ (Dualism), হায়বদি জীবাত্মাগা ঈশ্বরগা eternally তোঙান-তোঙানবা অনি থোক্লা অদুম্বক লৈ, অদুমনি ওইরগা মখোয় অনিগী অতোং-অথয় লৈতবা মরী লৈনৈ, খঙ্‌লপা মায়, হায়বগী অদুম্বক লৈরকই, চৌখিকনু লৈরী, মতুঙ মপু লৈখিগনি, হায়বদি eternal নি (গীতা ২।১২,১৩।২,১৫।৭) হায়না নিঙ্‌বা লাইনিং লম্বেল হায়না খঙ্‌নৈ। অদুম হায়না তোঙান-তোঙানবা লাইনিং লম্বেল অনি থোক্‌হনবসু য়াই (গীতা ৯।১৫), নত্রগা অমখক্তদা পূনশিল্লবা হোৎনবসু কবি

কায়বগে ? অল্লাংবা থাকী লাইনিং লম্বেলদদ্ভি, ভক্ত অহুনা মাকী মমাঙ্‌দা সৎ-চিৎ-আনন্দ আর্ক বিগ্রহ ওইনা সেবা-পুজা তৌজরিবা ঈশ্বর অদুবু, supreme universal self or supreme Absolute Truth নি হায়না নিঙ্‌ই। Divine Being অদু মাগী মমাঙ্‌দা উরিবা মূর্তি অদু ও'ক্তা নত্তে। মহাক্তি unlimited নি, eternal নি, universal Reality অমসুং জগৎ সংসার অসিগী মকম থুদিংদা শক্তুনা লৈবনি হায়নসু লৌই (গীতা ১৩।১৩)। ম'সিদসু নত্তে, ভক্ত অহুনা লাৎচরীব' পুজা তৌজরিবা মঙং লৈব ঈশ্বর অদুদুক, ভক্ত মপ মকী থম্মোয়দুংদসু অমসুং জীব পুম্নমকী থম্মোয়দুংদসু লৈবা Indwelling Reality or immortal spiritual principle অদুবুনি (গীত ১০।১১-২০) হায়নসু লৌই। ভক্ত অহুনা লাৎলিবা, পুজা তৌজরিবা অমসুং নিঙজবীবা মূর্তি লৈবা আর্ক-বিগ্রহ অদুগী মথা মধুও-অদুদা লৈবা, অহিংবা অমসুং নিত্য ওইব ঈশ্বর (The indwelling and eternal living god) অদুবু (কঠ উপনিষদ— ২।২।১৩, ব্রহ্ম-সংহিতা ৫।৪৪) নিঙ্‌জরিবনি অমসু' সেবা-পুজা তৌজরিবনি হায়নসু লৌই। অদু নত্রগা, অহানদ্দ'কয় মন্ত্রগী, হায়ব'দ "ক্লীঁ কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজনবল্লভায় স্বাহা।" মন্ত্রগী কুঙ্‌নকম ওইব, ঐবোয়না অদুগুম্বা পরমধাম অদুবু, ব্রহ্মসংহিতাদা কোংদোক্লিবা প্রকৃতি অমসুং পুরুষ অনিগী প্রেমানন্দরূপ, নত্রগা মহানন্দ রসগী কুঙ্‌নকম, নত্রগ "জ্যোতিস্বরূপ কামবীজমন্ত্রসঙ্গত" ওইবা পরমধাম (ব্রহ্মসংহিতা ৫।৩,৪) অদুবু নিঙ্‌জরিবনি অমসুং জাবনা সেবা-পুজা তৌজরিবনি হায়নসু লৌই। অদু নত্রগা, নারদ পঞ্চরাত্রদা মাওবা মন্ত্র কোবা ভিত্ত শ্রেষ্ঠ অদুবু না হাপ্পনা খরিনা চানবীদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পাদ পদ্মবু কংজনবা মতোম্মা পিবীরগা লাস্য ভক্তিগী বীজ মন্ত্র, হায়বদি "লক্ষ্মীমায়াকামবীজং ঙেঙং কৃষ্ণপদং ততঃ। বক্তিজায়াত্তমন্ত্রকমন্ত্ররাজং মনোহরং॥" (নারদ পঞ্চরাত্র ১।৪।২০)— মন্ত্র অসিগী মমুঙ্‌দা লৈবা লাস্য ভক্তিগী ভাব অদুবু মিঙশিংজদুনা ধ্যান তৌজরিবনি হায়নসু লৌই। অদু নত্রগা, মূর্তি

অমসুং মিং লৈত্রিবৈগী মথাঙ্দগী, হায়রবদি সৃষ্টি তৌত্রিবৈগী মমাঙ্দগী হৌনা, মতোমতা ডায়রনা আত্মারাম ওইনা লৈবা ইবুংঙো, ঐখোয়না মহুৎ unmanifested Infinite Existence হায়নসু খঙ্নবা অতুৎ (অক বেদগী নাসাদিয়া সুক্তদা ফোংদোক্লিবা—অমম্বদা অমম্বনা কুপশিল্লি, অবৈবা(existence)হায়বমসু লৈতে, অমুপা লৈতবা (non-existence) হায়বমসু লৈতে. মীওইবগী রাইহনা ফোংদোকপা ঙমজবগী ফীভম মতা ওইবা ফোংদোকলবা অবৈবা হায়না খঙ্নবা অতুৎ, নত্রগা গীতাগী ৮।২০-২১ দা হায়রীবা অখোয়বা অধ্যক্ত ওইবা অক্ষর অতুবু; নত্রগা গীতাগী ২।১৭ তা হায়রীবা কনা অমৎতনসু মাবু মাঙ্নবা তৌবা ঙমদ্রবা, জগৎ পুম্বা শীনবা থুংনা অতুম্মক লৈরবা মহাক অতুবু) সেবা-পুজা তৌ-জারবনি অমসুং নিঙ্জাবর্ন হায়নসু ভক্ত অতুনা লোই। মরম অসিনা, অবেংবা ভক্ত অমনা মপানা খঙ্লৈ, মতুদি মানা মূর্তি ওইনা লাংলিবা, সেবা-পুজা তৌজরিবা ঈশ্বর—(localised aspect of god) অতুনা পন্খৈ নত্তে, মতুগী মাংমদা infinite ওইবা, all pervading primal principle ওইবা, অমসুং universal consciousness ওইবা, princi-le অমা লৈরী। ভক্ত অতুনা ঈশ্বরবু পুংশিল্লবা অত্থ অতুম্বা মায়কৈদা চংশিল্লবা ঙমনবা, universal consciousness অতুনা মূর্তি ওইনা চাংখোক্লা মাঙ্দা লৈবনি। অতুপা অমুকসু, অতুম্বা Being ওইবা মূর্তি অতুম্মক, ভক্ত অতুগী খেম্মোয়বুংগী self নি (গীতা ১০।১৭)। অসুম তৌহুনা, ভক্ত অতুগী লাইনিং লম্বেল অত্থ মূর্তি লৈবা লাইনিং লম্বেল অমসুং মূর্তি লৈতবা লাইনিং লম্বেল আনিমক পুল্লপ পুন্শিনখিহুনা অম-থক্কা ওইবা, eternal religion অমগী মওং ওইবা, হায়রবদি সনাতন ধর্মগী মওং ওইবা লাইনিং লম্বেল ওইহন্খি। মতৌ অসুম তৌহুনা, জ্ঞানযোগ অমসুং রাজযোগকী মূর্তি লৈতবা লাইনিং লম্বেল অমসু, ভক্তিযোগকী মূর্তি লৈবা লাইনিং লম্বেল অতুসু, লাইনিং লম্বেল অনিমক্, মথৈ ইকোন-কানবদা, অমথক্কা ওইবা লাইনিং লম্বেলবা,

হায়বদি কোংদোক্ষপন্থ কোংদোক্ষবস্থু, মূর্ত্তি লৈবস্থ মূর্ত্তি লৈতবস্থু, পুরুষক অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান, the supreme personality of godhead বাসুদেবনি (গীতা ৭॥১৯) হায়বা জ্ঞান অসি, জ্ঞানী ভক্ত অদুনা থংজরক্ত্ুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা আত্মসমর্পণ তৌজে। গীতা— (৬॥৪৬॥৪৭), (৭॥১৪,১৮) (৮॥২২), (১০॥৩৮,৩৯), (১৪॥২৭), (১৮॥৬৫,৬৬)

(খ) ইষ্ট, বিশিষ্ট অমসুং সমাবিষ্টগী ধ্যান মতৌ অসিনা (method of meditation অসিনা) মূর্ত্তি লৈবা অমসুং মূর্ত্তি লৈতবা লাইনিং লম্বেল অনিমক, অমখক্তদা পূনশিল্লি হায়বগী মরমদা খঙ্হনবা।

মূর্ত্তি লৈবা অমসুং লৈতবগী লাইনিং লম্বেল অনিমক, ইষ্ট, বিশিষ্ট অমসুং সমাবিষ্টগী ধ্যান মতৌ অসিনা, অমখক্তা ওইবা লাইনিং লম্বেলদা পূনশিল্লি, মদুদি (১) ইষ্টনা খঙ্নবদি, ইষ্যপ্রায় ওইবা (localised aspect), ঐখোয়না হৌজিক্তী মতমদা ইষ্টদেবতা, নত্রগা কুলদেবতা হায়না খঙ্নবা মন্দিরদা লাংজিবা দেবতা অমগী শ্রীমূর্ত্তিবু, ভক্ত অমনা মুংদা হজিন্দুনা ক্লেবা ধ্যান মতৌ (self-introspective method) শিজিন্নরগা meditation তৌজহুনা, পুক্লিংগী ইন্দ্রিনা অদুগুম্বা মপানগী লাংজিবা মূর্ত্তি অদুবু উজহুনা মপানথোংগী হকচাং (physical body) কাওবা লৈতবগুম্বা তৌরক্ই, অমসুং মপানগী পোৎ পুরুষক পুক্লিংনা নিংশিংলুদে, হায়বদি পুমকাও কাওই। (২) সমাবিষ্টনা খঙ্নবদি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মমা চংব্রবা transcendental ওইবা attributes মরাম, হায়বদি গুণ অমসুং শক্তিশিং অদুবু নিংশিংহুনা ভক্ত অদুনা meditation তৌবা অদুনা মরম ওইদুনা, জগৎ সংসারদা লৈরিবা অহিংবা জীব পুরুষকী হকচাং মপুংদা সর্ব্বব্যাপী ওইবা (all pervasiveness —যরাই পানবা পুরুষক্তা অহিংবা ওইনা শব্দোক্ষিবা— গীতা ৭॥৯)

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী energy অমুনা ঈশ্বরগী রূপ অমমম্ (divine form) শন্দোক্‌খিবা অমুনা, অহিংবা জীব পুরুষকপু ভক্ত মহামকপু য়াওনা, ঈশ্বরনি হায়না চপ্ ম'য়না, অমথক্তা ওইনা ভক্ত অমুনা খুন্‌খিহনা, ভক্ত অমুগী astral body অমু (পুক্কিংগা লোয়নবা মুংগী অনিশুবা হক্‌চাং অমু) লৈতবগুয়া ভোয়কুই। শয়া হায়রবদা, localised aspect ওইনা থল্লবা মূর্ত্তি লৈবা মপানগী লাংলিবা ইষ্টদেবতা অমুগী মহুৎতা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-মা পাক চাওনা মকম খুদিংমক্তা শন্দোক্‌খিহনা, অহিংবা জীব পুরুষকপু ভগবান ভাক্তা ওইনা, ভক্ত অমুগী জ্ঞানগী মিংয়েংনা উখিহনা (গীতা ৬।৩০), ভক্ত অমুগী physical body লৈতবগুয়া মথাদা কাওয়ক্‌পা অমুনীসু মথক্তা, মাগী astral body গী vibration কাওবা খজিক্ খজিক্ হুন্দরকুনা, মমৈথঙ্‌দা সুক্‌লৈ লৈতবগুয়া ভোয়ক্‌পগী কীভমনি। হায়রবদি relative world গী ওইবা জগৎ সংসার য়াংমা লাম্বোক্‌পগী লাইনিং লখেলনি (Transcendental meditation নি)। (৩) সমাধিইনা থঙ্‌নবদি, ঈশ্বরগী মরীদা করিগুম্বা অমত্তা অথাক্‌পা লৈতনা, both material and spiritual অনিমক পুমকোন্ কোন্‌শিন্না (all-inclusive dimensions of god), হায়রবদি Absolute Existence, Absolute knowledge and Absolute Bliss ওইনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ভক্ত অমুগী আত্মা থঙ খিবা, অমসুং পুক্কিংগী ইন্দ্রিনা উথিবা অমুমা মরম ওইহনা, মহাক্কী causal body (গীতা ১৪।২০) কাওবা লৈতবগুয়া ভোয়ক্‌পগী কীভম্রি, হায়বদি হকচাং লৈবা অহিংবা জীব অমা ওইহল্লিবা জীবাত্মা কাওবা লৈতবগুয়া ভোয়কপগী কীভম্রি। মতম অমুদা, ভক্ত অমুগী অনি-মনি খোকপগী মওং ওইবা য়াথল পুরুষক মাঙ্‌খিনি। হায়রবদি মূর্ত্তি লৈবা অমসুং মূর্ত্তি লৈতবা, attribute লৈবা অমসুং attribute লৈতবা, কোংদোক্‌পা অমসুং কোংদোক্তবা, মীওইবগী য়াহৈনা কোংদোক্‌নুনা অমসুং ভাক্তুনা অমুম ভোই হায়না থঙ্‌হনবমু ওয়রোইদোবা, পাকচাওপ্রবা অহাঙ্‌বগুবা, অমুমদি ওইরগা

অদুনা মূর্তি লৈবা অমসুং মূর্তি লৈতবা লাইনিং লম্বেল অনিমক, অমখক্তা ওইবা অপুনবা লাইনিং লম্বেল ওইরক্লি।

(গ) অশেংবা নুংশিবা হায়বদি divine love না. মূর্তি লৈবা অমসুং মূর্তি লৈতবা লাইনিং লম্বেল অনিমক, অমখক্তা ওইবা লাইনিং লম্বেলদা. পুনশিল্লি হায়রবগী মরমদা খঙ্‌হনবা।

ঐখোয়না মপানগী পোৎশক অমবু মীৎনা উদুনা খঙ্‌বা অদুগুম্না লাইনিংবা ভক্ত অমনা মাগী পুক্কিংদা ওশেং-ওশেংনা কাওরকুনা খঙ্‌-লকপা অদুগী মপাম্না, ঈশ্বরবু পুক্কিংগী মায় খঙ্‌জবা অমসুং উজবা ঙম্মী। সংসারিকী ওইবা মীওইবগী মতুংশিংগা শুকমান্‌ মায়রুবা, ভক্ত অমগী মহমায় ওইবা তোপ্‌-তাম্না মথামকী পুক্কিংদা কাওরক্লিবা, অমখক্তা ওইবা divine love অদুগী মচঙ্‌না, মহাক্তা থরায় য়াওনা নিঙ্‌জদুনা কংপে তাল্লিবা, অমখক্তা ওইবা ঈশ্বর অদুগী মায়কৈদা ওনশিনবগী য়ানি। মরম অসিনা, ভৌরিবা মচু-মতা অসি অতৈ অমা নত্তে, জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা উন্নরিবা অদুবু উপামক্তা খঙ্‌জনবা চোংনজবগী লাইনিং লম্বেল, নত্রগা god consciousness কী মায়কৈদা উপামক্তা চংনবগী লাইনিং লম্বেল, নত্রগা খম্মোয়মুংদা কাওরিবা divine love কী মচেৎনা Absolute Truth ওইরিবা ঈশ্বরবু উপামক্তা খঙ্‌জনবগী লাইনিং লম্বেল হায়না খঙ্‌ নৈ। মাহৈ অমরোমদা হায়রগা, অসিগুম্বা লাইনিং লম্বেল অসিবু প্রেম মার্গ, নত্রগা ভক্তি-মার্গ লাইনিং লম্বেল হায়রনম্ম খঙ্‌নৈ। অসিগুম্বা মতুংশি অসি, পাপ-মুং চেক্লবা তশেং-তশেংবা মতুংশিনি, নত্রগা আত্মাগা মরী লৈনবা থম্মগী ওইবা মতুংশিনি। ভক্ত অদুনা মাগী পুক্কিংদা হায়না কাওরকুনা খঙ্‌-অমক্রবা রাখল অমত্তু লৈতে, মতুদি মহাক পৃথিবী অসিগী মদুঙ্‌দা হিংদুনা লৈরিবা জীব অমগুম্বা নংত্তে। মহাক্তা খঙ্‌লে, মতুদি কৈথেনগুম্বা

পোৎ-য়োনথোক্-য়োন্শিন্ ভৌবগী মওং মাননা, পৃথিবী হায়না ঐথোয়না থম্ নম্বিবা মফম অসিদা, মহাক্না লংকৈচৎপা মী অমগুম্না ওহাক্কং পোৎ-থাক্লবনি, অদুগা মাগী অংশম্বা মশুমশু পৃথিবী অসিদা নত্তে। মহাক্না মুম্না থম্ বৈ, মদুদি মহাক্কী eternal ওইবা মমুমদি cosmic spirit নি। মহাক্না হায়রী, মদুদি "ঐনা cosmic spirit পু থম্ই। ঐহাক্ক মহাক্কীনি। ঐহাক্পু ওইহল্লিবা পোৎচংশিংগা মহাক্পু ওইহল্লিবা পোৎ-চংশিং অদুগা কয়িমত্তা থেন্নদবা পুস্নান মান্নবনি।" হায়রবদি ঐগী অংশংবা শরুমদি "অক্ষিংবা" হায়না মীয়াম্না থম্ নরীবা জীবাত্মানি, হোংদোক-হোংজিন নায়বা চকচাং অসি নত্তে (গীতা ২।১৮), অদুগা জীবাত্মান্ প্রকৃতিগী থোকপা সত্ত্ব, রজঃ, তমঃ কৌবা গুণ অহুম্না চকচাংদা কাবগুম্না পম্ই, (গীতা ১৪।৫)। থবক পুম্নমক ঐ অংশংবনা তৌদে, প্রকৃতিগী গুণ অহুম্না তৌজবনি গীতা— (৩।২৭), (৫।৮-৯), (১৩।২৯), (১৮।১৭)। অদুম তৌদুনা, মহাক্না মশামক্কী spiritual nature অদুবু মপুক্কিংদা কাওম্ন্থী। মরম অসিনা, সাধারণ মীওইবগী চৎনরীবা পুক্কিংগী থাক অসি নত্তবা, ইন্তাপ্ তেংবা spiritual nature গী ওইবা পুক্কিংগী থাক্কী, মচাক্কী নুংশিবা মনুংশি অদু থোয়রক্পনি, নত্রগা মশাক্ক ফংদোক্লক্পনি। Body consciousness তুদা পুক্কিং লুপ্ খিবনা মরম ওইদুনা, কনাগুম্বা মী অনিথক্কী পুক্কিংগী নুংশি-নুংঙন কাওনরীবা অদুগুম্বগী মতম্দু নত্তে। মসিগী মনুংশি অসিদি ঈশ্বরগী ওইবা, পাপ চম্ত্রবা, অয়াংবা থাক্কী ওইবা মনুংশি অমনি। মরম অসিনা, অসিগুম্বা মনুংশি অসিদি purified spiritual love নি, হায়রবদি পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইবগী সংসারিক্কী ওইবা মনুংশি মচেৎ অমত্তা য়াওদে, অমসুং মীৎনা উবা পোৎশক নায়বা অমসুং পোৎ-চংদগী ওইৎকপা চকচাংগী ওইবা নুংশিবা মচেৎ অমত্তা য়াওদে। মরম অসিনা, অসিগুম্বা মনুংশি অসিনা মরম ওইদুনা, কনাগুম্বা তক অমত্ অকবগী কিতমদা য়াংনা থাংগৎলি। মসিগী মনুংশি অসি অসিগুম্বা মথক অমনি, মদুদি মহুনা মী অমগী personality মু কলৎহনি, হায়রবদি

সংসারিকী ওইবা হন্দবা মুংশিবনা কাজিন-পুনশিন্দুনা, কনাগুম্বা মী অমবু মীনায়গুম্বা চিংথখিগদবদগীসু, অসিগুম্বা মন্নুংশি অসিনা মী অদুবু কল্লি। মরম পুম্নমক অসিনা, অসিগুম্বা মন্নুংশি অসিনা, কনাগুম্বা মী অমবু lower physical sensation গী ওইবা মওংদা কাজিন-পুনশিন্খিবদগী নাম্থোক্নবা কন্নবা শক্তি অমা, মখানা অদুম্মক মওইজরে।

Divine love না মরম ওইদুনা, ভক্ত অদুনা অশেঙ্বা লম-থুংকম অদুবু ঘোননবা চংশিনজয়রূপা অসি, মূর্তি লৈবা অমসুং লৈতবগী অপুনবা অমথক্তা ওইবা Absolute Reality অদুবু মশামক্তা খঙ্ননব-গীদমক, মাগী নাক্ ঘোনবা ইহান ছান্বদগী চুমজিং চুম্না কাখৎলক্তুনা চংশিন্‌বদি নত্তে। Divine love কী মতেঙ্না ভক্ত অদুগী পুক্নিংদা কাওরীবা, মানা পামজবা ভাবনা শাবা অহিংবা মূর্তি লৈবা ঈশ্বর অমবু Absolute Reality ওইনা খল্লুনা, "ঐগী মুংশিজরবা ইবুংঙো ঐগী মুংশিজরবা ইমা, ঐগী মুংশিজরবা ইপা।" হায়দুনা মুংশিনা কৌজরি। কনাগুম্বা মী অমনা অতোপ্পা মী অমবু কৌবা অদুগুম্বা ভক্ত অদুনা মানা পামজবা মূর্তি লৈবা, ভাবনা অহিংবা ওইরিবা ঈশ্বর অদুবু কৌজবা অসিদগী ঐথোয়না খঙবা ঙমদে, মদুদি অচৌ-অচৌবা ফাওর-ফাওরবা ভক্ত অরাপ্পনা divine love না মরম ওইদুনা, self introspective method শিজিন্নদুনা ধ্যান তৌজবসি (গীতা ১২।২) মূর্তি লৈবা ঈশ্বরদগী ইহান ছাম্না হৌরকই। ভক্ত অদুনা ইবুংঙোদা আলিঙ্গন তৌদুনবীসু, ইবুংঙোগী পাদ-চরন্দ চংজদুনা, পোকপা শিবা লৈ-তবা, অরা-অনা লৈতবা, থাংমদগী হেন্না মুংঙাইবা অদু ওইহনবীয়ু হায়না হায়জৈ। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা রাহৈ-রাভাশিং অসিবু শিজিন্নগদবা অদুম্বা মকম, অমসুং মখোয় অদুবু শীনবা গুম্বা ঈশ্বরগী symbol দি অসিগুম্বা কীডম-মতাঙনা ওইগদবনি, মদুদি অদুগুম্বা symbol অদুদি material গী ওইবা, হায়বদি প্রকৃতিগী ওইবা হকচাং, থোং, খুৎ, মায়, চিংমাল লৈতবতনা (ঈশোপনিষদ মন্ত্র ৮), অমসুং পোকবা মরোং তাদবতনা

(গীতা ৪।৬) ওইপদবনি, নত্রগা মশীং ল্যাকপা ওমদবা spirituality গী হকচাং খোং, খুৎ, মায়, চিযাল লৈবতনা গীতা (১১।১০-১১) (১৩।১৩,১৪) ওইপদবনি, নত্রগা body গা soul গা খেন্নবা লৈহন্দহ্নুনা spiritual body ওইবতনা (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ— ৬।৮) ওইপদবনি। রাহৈ অমরোমদা হায়রগা, অহুগুবা symbol অহুদি spiritual idea and perception (দিব্যরূপ) ওইবা মরম্না, মীওইবগী লোন্না (language না) মপুঙ ফানা কোংদোক্নুনা খঙ্হনবা ঙম্রোই। অহুগুম্বা Inexpressible Reality অহুগী কীতম-মতাদি, তুমিন্না রা ঙাংদনা লৈবতনা মীয়ামদা খঙ্হনবা, নত্রগা কোংদোক্পা ঙম্মী। অসিগুম্বা কীতম-মতা অসিবু, করম হায়না তোই হায়না খুদম পীহ্নুনা গ্রেখোয়না হায়দবা য়াদহ্নুনা হায়বা তায়বদা, কনাগুম্বা লোম্বোক্নবা মী অমদা, মাগী মপুন্সিগী ইহান হায়া ওইবা হাওব্রবা চাক-য়েনশাং পীজবগুম্বনি। মানা চারীবা চাক-য়েনশাং অহুগী মহাও করম হায়না মানা মীতোম্দা কোংদোক্নি? মানা অহুক তোবা য়াবা হায়ববু, খোন খোক্না লাওনা নোক্নুনা, নত্রগা মখোন খোক্নুনা যোমোন্ নোক্নুনা, হকচাংগী তোবা য়াবা মঙং-মতৌ উৎহুনা ইঙ্গিৎ পীবা নত্তনা, কৱিমত্রা তোবা ঙম্লোই। অসিগুম্বা মতৌ অসি নত্তনা, মহাক্না চাক-য়েনশাং চাক্নবদগী কংলক্পা মহাও অহুনা মতোম্দা নুংঙাইবা ফাওবা অহু, রাহৈনা কোংদোক্পদি ঙম্রোই। মরম অসিনা, মহাক্না তোগদবা হায়ববু, তুমিন্না রা ঙাংদনা লৈবা অমা, নত্রগা মখোন খোক্না নোক্পা, নত্রগা মখোন খোক্নুনা যোমোন নোক্পা, নত্রগা হয়াওহ্নুনা ফন্-ফন্ চোংবা, নত্রগা খোং-খুৎ মায়খোংন' ইঙ্গিৎ পীহ্নুনা লেঙখোত্নুনা মীয়ামদা খঙ্হন্বতনা ওহৈপনি।

Supreme Absolute Being অমবু খঙ্ননবগী মীওইবগী রাধয়া কোংদোক্নবা হোৎনবসি অসিগুবগী মঙং-মতাদা চৎথরক্রে, মহুদি ভাবনা শাবা মূর্তি লৈবা অমসুং লৈতবগী অপূনবা অমথক্না ওইবা অহিংবা ইবুংঙো মহাক্না, অসিগুবা মীওইবগী মূর্তি অমা ওইপদবনি, মহুদি পৃথিবী

অসিদা পোল্লিবা কনাগুম্বা মী অমনা অতোপ্পা মী অমবু থোন থোক্লা কৌহ্নবা ব্রা ওাংনবা য়াবা, অদুগুম্বা মীগী মূর্তি ওইগদবনি। মরম অসিনা, ঈশ্বরনা পামজবা মূর্তি অমবু Supreme Absolute Being গী মূর্ত্তি ওইনা ভাবনা খন্নুনা, থম্মোয়নুংদগী থোয়কপা divine love না অদুগুম্বা ঈবুংঙোগী মূর্তি অদুদা চংজবগী য়া-নি। ঈশ্বরগী মরমদা নৈনজবদি পামজবা, অদুয়দি ওইগগা মথোয়না হৌজিক্ হৌজিক্ চুমলে হায়না নিঙ্জরবা য়াথলগা থবা থজিনবং চায়কাস্তহুনা, মপুক্লিংদা চিংনবা পোক্না, মখোয়দা সুংঙাইহন্নে অমম্বুং পেলহন্নে। মখোয়না থল্লি, মদুদি spiritual idea ওইবা মূর্তি লৈতবা ঈশ্বরবু, মূর্তি লৈবা personal god কা অমথক্তদা পুনশিন্থিবা ঙায়বা অসি, থায়না মমাংঙৈগী ওইবা, হৌজিক্তদি চৎনজবা য়াথল্লি। মখোয়না হায়, মদুদি মূর্তি লৈবা personal god অদু কদায়দা লৈবগে? মীয়ম্নেনগী য়াংমা লাল্লবা, অতোপ্পা মকম অমদা personal god অদু লৈত্রা? ঈবুংঙো মাবু সুংশিনা নিঙ্জবা ভক্ত অদুনা ভয়াম্-ভয়াম্না ওক্লনবা হায়নুনা, ঈবুংঙোনা মকম অদুদা কমদুনা চাইথনা লৈত্রা? ভক্ত অদুনা ঈবুংঙো মাবু কংজবা মতমদা, ঈবুংঙোগী লৈকমদা ভক্ত অদুবু কৌশিন্নুনা, মাগী পুন্সি লোইজিন ফংওবা সুংঙাইনা লৈহন্ত্রা? অসিগুম্বা মতৌ-মওং অসি য়াথল য়াওদবা অদুংগী মতৌ মাত্রা? Supreme Reality বু করিগুম্বা অকক্নবা মকম অমথক্তা লৈ হায়বা অসি অর্থ য়াওদবা য়া-নি। অদুগুম্বা ঈবুংঙো অদুগী শিন্কম করিনো? অদুগা মতৌ করম হায়না মতম লেল্লি? অসিনচিংবা য়াহং কয়া অমা মখোয়দগী থোয়কই।"

অসিগুম্বা য়াহং অমম্বুং চিংনবা কয়া অসি, করম হায়না কোক্লনবা সমাধান (solve) তৌগনি। ধর্মগ্রন্থশিংদা মসিগী মরমদা তাক্লিবা য়াতেম্-য়ায়োইশিন পুম্নমক অদু মরম চাদবা, নত্রগা illogical ওইবা অমত্তা নত্তে। মখোয় অদুগা, 20th century গী nuclear age হায়না খীয়াম্না থঙ্নবীবা, য়াম্না হৈ-শিংলবা বিজ্ঞানগী মওং-মতাগী

environment অসিগা করিমত্তা চান্নদবা অমস্তুং য়েংশিন্নবস্তু লৈতে। মসিগী অচুম্বদি অসিনি, মূর্ত্তি লৈবা ঈশ্বরবু (personal god) ধ্যান তৌজক্লনা Supreme Absolute Being ফংজনবা হোৎনজরক্লিবা মগুণ লৈরবা ভক্তশিংনা, মখোয়গী থম্মোয়মনুংগী ওইবা god experience তগী মপুক্লিংদা কাওয়কুই, মতুদি মূর্ত্তি লৈবা ঈশ্বর অহুবু থম্মোয়মনুংগী মুংশিজবগা লোয়ননা কৌজক্লবা, নত্রগা পুক্লিংদা নিংশিংজক্লবা মতম অহুমক্তদা, মূর্ত্তি লৈবা cosmic personality অহুমক্লা, both Impersonal and personal ওইবা Absolute Being অমা ওইনা, হায়বদি মিং অমস্তুং মূর্ত্তিগী মাংমদা লৈবা Divine All-perfect Being অমা ওইনা কোংদোরকুই। অককনবা মকম অমদা, নত্রগা অতোপ্পা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমদা permanent ওইনা লৈবা অহুগুম্বা মূর্ত্তি লৈবা ইবুংঙো অক্লসু নত্তে, মরমদি পুক্লিংগী আন্তুদা লৈ হায়না থম্মলবা কোংদোক্তবা অহিংবা ইবুংঙো অহুবু ভক্ত অহুনা থম্মোয়মনুংগী মুংশিজবগা লোয়ননা (divine love), কনাগুম্বা মী অমনা অতোপ্পা মী অমবু কৌবা অহুগুম্বা কৌজক্লবদা, নত্রগা নিংশিংজক্লবদা, থুদক্অহুমক্তদা অমস্তুং মকম অহুমক্তদা, ইবুংঙোগী Eternal Reality ওইবা তাবনা শাবা শ্রীমূর্ত্তিবু, ভক্ত অহুগী পুক্লিংগী আম্মা উজনবা দরশণ পীবী। গীতা —(৪।১১)(৫।১৬)(৯।২৯)(১৩।১৫)। মরম অসিননি, মিং, মূর্ত্তি অমস্তুং গুণ য়াওদবা Impersonal god অমস্তুং মিং, মূর্ত্তি অমস্তুং গুণ য়াওবা personal god মখোয় অনিমক eternally real নি হায়না ঐখোয়না হায়বদা, করিমত্তা কায়দে। পৃথিবী অসিদা ঈশিংনা লৈরিবা মথৈ, করিগুম্বা অইংবগী চাংনা অমুম অমুম হুম্বখিতুনা, ঈশিংনা উন্ মতুম-মতুম ওল্লকপদা, হৌজিকমক উন্ মতুম ওইতুনা লৈরিবা উন্ মতুমশিং অহুগীমু মথক্তা,মিকুপ খুদিংগী ঈশিংদগী ওইরক্তভাই ওইবা অহুগুম্বা উন্ মতুম্ মখীং থম্মদনা লৈগনি, মরমদি পৃথিবীগী ঈশিংদি ওমথৈ লৈতবা ঈপাক্লি। ঈশিংনা ওইরক্লিবা মূর্ত্তি লৈবা উন্ মতুমশিংঙুবু অচুম্বমক্তনি হায়না

ঐখোয়না লৌয়বদা, ঈশিংনা ঈশিং ওইবগী য়াগী থাদোকপা য়াঙ্বা মঙুপ ময়াম অমত্তসু মাঙ্দে। ময়ম অসিনা, উন্ মতুমশিং অহুসু ঈশিং অহুসু, মুত্রা খিজয়ুয়বদি, মখোয় অনিমক অমত্তনি। স্বামী বিবেকানন্দনা পাক্ চাওব্রবা সীমানা লৈত্রবা সমুদ্রগী ঈশিংবু Impersonal Absolute ওইনা লৌহুনা, অহুগা উন্ মতুমশিং অহুবুনা ভক্তশিংগী personal god ওইনা লৌহুনা চাংদয়ে। মহাক্না হায়, মহুদি "মিং অমসুং মূর্ত্তি লৈতবা মতম পুম্নমক্তা লৈবা, ওমখৈ লৈতবা অমসুং সমুদ্রগুম্বগী কৌতম-মতা ওইবা pure Existence, নত্রগা Impersonal Absolute হায়নসু ঐখোয়না খঙ্নবা অহুগুম্বা অহুবু, ভক্ত অহুগী ঈংগ্রবা প্রেম-ভক্তিগী influence অহুনা ময়ম ওইহুনা, ক্রক্-ক্রক্ কাজিলক্কনা, অহুগুম্বা Impersonal Absolute অহু, মূর্ত্তি লৈবা personal god ওইদ্রকই।" অসুম ভৌহুনা ঈশ্বরবু থুংশিজয়বা অমসুং god experience লৈরবা ভক্তশিংনা, মখোয়গী থম্মোয়সুংদগী কাওয়ক্লবা divine love experience অহুনা ময়ম ওইহুনা, ইহান হানবমক্তদা ইবুংঙো অহুবু মূর্ত্তি লৈবা personal god ওইনা পুক্লিংদা ফাওই, অমসুং অহুগুম্বা personal god অহুবু মখোয়গী divine love অহুনা ময়ম ওইহুনা, অমুক হন্না spiritualised ওইহনখি, হায়বদি অরাংবা থাকী ওইবা, শেংলবা মায়া য়াওজবা ভাবনা শাবা, মূর্ত্তি লৈবা অমসুং লৈত্তবগী অপুনবা অমখক্তা ওইবা অহিংবা Absolute Reality ওইহনখি। মাহে অমহোমদা হায়রগা, জগৎ সংসারদা লৈখিবা অহিংবা অমসুং হিংদবা পোৎ পুম্নমক্তা personal god য়াওই হায়বসি ভক্ত অহুনা খঙ্লকই, অমসুং অহুগুম্ব personal god অহুগী অশেংবা শক্তম করিনো হায়না, ভক্ত অহুনা divine love কী মতেঙ্না খঙ্-লক্লবদা, হায়বদি পুম্নমক্তা য়াওরিবা personal god অহুবু পুল্লপ পুনবা অমখক্তা ওইবা অশেংবা শক্তম ওইনা খঙ্লক্লবদা, অহুগুম্বা খঙ্লক্লিবা অমখক্তা ওইবা অশেংবা শক্তম অহুবু, personal god অমসুং Imper-sonal god অনিমক পুল্লপ অমখক্তা ওইবা, ভাবনা শাবা Absolute

Reality গী শক্তম ওইনা খঙ্‌লকই। মিং অমস্তুং মূর্তি লৈতবা, পূক্লিং অমস্তুং রাখলগী রাংমদা লৈত্রবা, অদুগুম্বা অমখক্তা ওইবা consciousness, ঐখোয়না মহুবু Impersonal Brahman (মূর্তি লৈতবা ব্রহ্মন) অমস্তুং personal god (মূর্তি লৈবা ঈশ্বর) অনিমক্কী অপুনবা অমখক্তা ভাবনা শাবা Absolute Reality হায়নস্তু খঙ্‌নবা, অদুগুম্বা ইবুংঙো অহুবু বেদান্তবু প'মজবা ভক্ত জ্ঞানীশিংনা চুমত্রিংনা সাধন তৌজবদগী খঙলক্লম্মী, মহুদি Absolute Reality অদুমক্না, অথাক্‌পা অমস্তুং হুন্দোক্‌পা অমত্তা য়াওদনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি ওইরক্‌পনি। মরম অসিনা, মখোয়না হায়, মহুদি "ইবুংঙো মহাক্না জগৎ ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্কী খ্বায়দগী চাওবা supreme Transcendental নি, হায়রবদি মূর্তি লৈতবা অমস্তুং মূর্তি লৈবা অনিমক্কী রাখলগী রাংমদা লৈবা, মতোমতা ওাইবা, মপুঙ্‌ ফাবা, ভাবনা শাবা ফোংদোক্কহুনা ওমথৈ লৈতবা অমস্তুং মনিঙ্‌ মথা তম্বা ওইবনি। অদুমদি ওইরগা, অদুগুম্বা ইবুংঙো মহাক্না জগৎ সংসারদা লৈরিবা অচং-চস্ত পুম্নমক্‌পুস্তু ওইবনি। য়াম্না শম্না হায়রবদা, ইবুংঙো মহাক্না জগৎ পুম্বা (both spiritual and material universes) শীন্‌বা থুংনা লৈহুনা, অনিশুবা অমা লৈত্রবা (non-dual অদ্বৈতবাদ), মতোমতা ওাইবা ফোংদোক্কবা (সংসারিক্কী ফকচাংগুম্ন মূর্তি লৈতবা), মাঙ্‌বা লৈতবা (অশিবা লৈতবা, হায়রবদি spiritual body গী অহিংবা মূর্তি ওইহুনা অমস্তুং eternal ওইহুনা অদুম্মক লৈরবা) হায়রবহুনি, (গীতা—২॥১৭)। অদুমদি ওইরগা, ইবুংঙো মহাক্কী ফোংদোকপা অহিংবা মূর্তিশিংহুদি মশীং লাকপা ওমদবনি, হায়রবদি মহাক্কী মূর্তিশিংহুদি Infinite নি। গীতা (১১॥১০-১১), (১১॥২০), (১৩॥১৩), (১৩॥৩০)।"

অশেংবা অমস্তুং অরাংবা থাক্কী ওইবা, থায়না মমাংঙৈগী অমস্তুং মতুঙ্‌দা ফোংলক্লিবা ভারতকী spiritual literature শিংদগী অজক্‌পগী মশক ওইরবা রাখল অমা, ঐখোয়না হৌজিকতি খঙ্‌লকলে।

উপনিষদ অমসুং বেদ-দা মরুওইনা ঋক্ বেদগী নাসাদিয়া সুক্তদা Absolute Reality বু তুকুনিংঙাই ওইবা য়াহৈশিংনা কোংদোক্লম্মী। মহাক্না হায়রী, মহুক্দি "করিগুম্বা অমত্তা লৈরিদ্রৈগী মতম অমুদা, মসিমক্তি লৈরম্মী হায়না খঙ্‌হন্নুনা ভাকপা ওমগদবা কনা লৈরমগদগে ? অরৈবা (Existence) হায়বমুস লৈতে, অমুগা লৈতবা (Non-existence) হায়বমুস লৈতে। অমম্বদা অমম্বনা কুপ্‌শিল্লি। করিগুম্বা অমত্তা লৈরম্দে। অনি-অনি থোক্পস্ (dualism) লৈরমদে, অনি অনি থোক্তবস্ (non-dualism) লৈরম্দে। (There was neither existence nor non-existence) মরম অসিনা, Reality ওইবা অমুগুম্বা ফীভম-মত্তা অমুগী মরমদা হায়বা ওমগদবা মী অমু কনানো ?" অসুম ভোহনা মীওইবগী য়াহৈনা কোংদোক্পা ওমজবগী ফীভম-মত্তা ওইবা কোংদোক্তবা অরৈববু (unmanifested existence পু), হায়বদি অসিগুম্ব: মতমদগী ইহান হানবা ওইনা লৈবক্পনি হায়বস খঙ্‌দবা, মতম পুম্বক্তা লৈবা অমুবু (primal timeless eterniry); ঋক-বেদগী নাসাদিয়া সুক্তদা মসিগী মরমদা য়াথঙ থরা কোংদোক্লবা হোৎনরম্মী। বেদান্ত শাস্ত্রশিংনসু অসিগুম্বগী মওং অসিগা চপ্‌ মান্নবা য়াথঙ্দা মুনি ঋষিশিংদা খঙ্‌হল্লম্মী, মহুক্দি ভাবনা শাবা Absolute Reality না সংসারিক্কী ওইবা মুক্তি ওইরক্পা মতমদা, ঐখোয়না মীৎনা উবিবা অমসুং উত্ত্রবসু জ্ঞায় খঙ্‌লিবা পুম্মক অসি ওইরক্পনি, মরমদি মখোয়শিং অসি নত্তবা অতৈ অমা লৈরমদে। মখোয়না খঙলুরিবা Truth অমু অতৈ অমা নত্তে, থ্রায়দগী চাওবা Reality অমু মুক্তি লৈতবা ভাক্তনা ওইবা নত্তে, মুক্তি লৈবসু য়াওরবনি। অমুগুম্বা অনিমুগী অপুনবা অমুনা অপোংবা অচুম্বনি। মরমদি Reality অমুদি মুক্তি লৈবা (personal) অমসুং মুক্তি লৈতবা (Impersonal) য়াথঙগী য়াংমদা লৈবনি। Reality অমুবু খঙ্‌গে ভাল্লিবা মীমুগী experience তনা মাবু খঙ্‌জগদবনি, অমুগা খঙ্‌লুরিবা অমু মীয়াম খঙ্‌ননবা য়াহৈনা কোংদোক্‌লা ভাকপস ওম্লোই। অসিগুম্বা য়াথঙ অসি শীভাদস

ফোংদোক্লি, মহুদি-"হে পার্থ! মলীং লাকপা ওমহুবা জীবশিং অসিনা হন্না হন্না পোকৃলগা হিক্তোকপা য়াদনা ব্রহ্মাগী অহিং ওইরকলবদা অব্যক্তদা তিল্লি; অহুগা ব্রহ্মাগী নুংথিল অমুক ওইরবদা অমুক খোরকই।"(গীতা ৮।১৯)

"তৌইত্তরম্নুং হায়রব্রা অব্যক্ত অসিদগী তোপ তোপ্পা শাঙ্‌বা নায়বা, ফোংদোক্তবা মতৌ ওইবা অমম্নুং অচৎ-চত্ত পুন্নমক্তা মাঙ্‌থবদা মহাক্তদি মাঙ্‌বা লৈত্রবা অসিগুম্বা অথোয়বা অব্যক্ত অসিবু অক্ষর (মাঙ্‌হনবা ওম্‌ত্রবা) হায়নম্ন খঙ্‌নবা অহুমক পরমগতিনি হায়নৈ; কনাগুম্বনা মকম অহু ফংলবদি সংসারদা অমুক হল্লক্রবা ঐগী (শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী) পরমধামনি।" (গীতা ৮।২০ ২১)

"হে পার্থ! মত্তোন্দা পুম্নমক লৈবা অহুগা মহাক্তম্ন পুম্নমক্তা শিনবা থুংনা লৈবা পরম পুরুষপু অনি লোঙত্রবা একান্তিক ভক্তিতনা মরম ওইহুনা ফংবা ওমই।" (গীতা ৮।২২)

অস্তুন্না হায়নৈ, মহুদি ব্রহ্মন্‌-তনা, হায়রবদি মূর্ত্তি লৈবা অমম্নুং মূর্ত্তি লৈত্তবা অনিমক্তা অপুনবা অমথক্তা ওইবা Absolute তনা, Reality নি। অহুগা অতৈ অতোপ্পা পুমনমক, হায়রবদি স্বর্গদা লৈবা মূর্ত্তি লৈবা লাই পুম্নমক্তু য়াওনা জগৎ সংসারদা লৈরিবা অহিংবা মূর্ত্তি লৈবা জীব পুম্নমক মায়ানি, হায়রবদি মাঙ্‌বা নায়রবনি (গীতা৮।১৬), নত্রগা মথাগী অশেঙ্‌বা শক্তমবু লোৎশিন্নগা, চুমদবা অমম্নুং অয়ানবা মওংবু মীয়ায়দা উহনবনি হায়না বেদান্তনা ফোংদোক্লুনা তাক্লিবা অসিবু, মীয়ায়া পুক্লিংদা য়ানিংদে, অমম্নুং অন্নয় তৌহুনা Reality ওইবা অহুবু পুজাম্ন তৌনিংদে। অসিগুম্বা য়ানিংদবা য়াথল অসি অয়ানবনি। পুক্লিংনা শেম্বা জগৎ সংসারবু, অমম্নুং মহুগী মনুংদা লৈবা অহিংবা অমম্নুং হিংদবা পুম্নমক্ মায়ানি হায়রবসি (শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী যোগ-মায়ানা কুপশিনব—গীতা ৭।২৫), বেদান্ত philosophy গী লেঙ্‌ত্রবা য়াকমনি। তৌইত্তরম্নুং spirituality গী জ্ঞান য়াৎপদগী মায়ানা ওমহৎপ্রবা মীহুনা বেদান্তগী অশেঙ্‌বা অমম্নুং অচুবা য়াকম অসিবু, য়াদবদি ওইথোক্তে।

ঙি মথল মথল লৈরিবা পুম্নমক অসিগী অশেংবা শক্তমদি লশিংনি। Furniture মথল মথল লৈরিবা পুম্নমক অসিগী অশেংবা শক্তমদি উ-নি। চকু-চনাই মথল মথল পুম্নমক অসিগী অশেংবা শক্তমদি লৈপাক্নি। সনাগী লীক্‌-কোন্ মথল মথল পুম্নমক অসিগী অশেংবা শক্তমদি সনানি। খুদম পীরিবা পোৎশকশিংসিগী তোঙান-তোঙানবা মরম্নায় ওইবা অশেংবা শক্তম (reality) লৈজবদোনা ঐথোয়না খঙলবস্তু, অদুগুম্বা তোঙান-তোঙান্না উরিবা reality শিং অদুগী মচি অমম্তুং মচং ওইবা য়াথজ য়োমদা অমুক্তা হন্না খন্নকরবদি, তোঙান-তোঙানবা reality মম্নায় মৎলমক্কে, মখোয় পুম্নমক্কী reality অমথক্তা ওইরমলে। মরমদি লশিং উ, সনা লৈপাক্কী খোয়রকপনি, অদুগা লৈপাক্নি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী separated material energy নিপালগী মগুণগী অমনি (গীতা ৭।৪)। অদুম তোয়না পুম্নমক অসিগী মরূওইবা হৌয়রক্ফমদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি। (One ultimate Reality— গীতা ৭।৬-৭, ৭।১০, ১৯, ১০।৩০, ১৪।২৭) মরম অসিনা, sense world or relative world গী মিৎয়েংদা তোঙান তোঙানবা reality ওইনা উরমজিবশিং অদুদু, spirituality গী মিৎয়েংদা য়েংহুনা মখোয় পুম্নমক অদু মরূ ওইবা মচি অমম্তুং মচং অমথকুদা ওইথিবা, অসিগুম্বগী ফীভম-মতা অসিদু অচুম্বনি হায়না লৌনবা য়ারোই— গীতা (২।১৭) (৯।৬)। অঙাংবা জীব ওইরিবা মীওইবা ঐখোয়না অমাংবা থাক্কী ওইবা মথঙ্ অদু য়েংহুনা, পোৎ পুম্নমক্কী মরূ ওইবা মচি অদুবু থঙ্জিনবা মথৈ মীৎনা উরিবা পৃথিবীগী reality শিং অসিদু অচুম্বমকনি হায়না অদুম্মক লোই। Transcendental experience না মরম ওইহুনা, পোৎ পুম্নমক্কী মচি অদুবু থঙ্জিনবা মথৈ, ঐখোয়না তোঙান তোঙানবা মওং লৈবা পোৎশিংগী actuality অদুবু অচুম্বা ওইনা অদুম্মক লোই। ইচম চম্বা মওং লৈবশিংবু (ordinary form বু) অচুম্বনি হায়রবদি, higher experienceকী ওইবা divine formগী realityবু

অচুম্বনি হায়না য়ায়োইদবগী মরম করিগীনো ? মরম পুম্নমক অসিদগী ঐখোয়না খঙ্লে, মথুদি মাওইবনা অজ্ঞান ওইরিবমখৈ (spiritually ignorant— গীতা ১৩৷১১), মীৎনা উবা world গী মওং লৈবা পোৎ পুম্নমক্কী actuality বু অচুম্বা নত্তে হায়বা য়াদে। মথুদগী মথা চৎথরকপা ওইনা, ঐখোয়না অজ্ঞান ওইরিবমখৈ, ঐখোয়গী রাথম্মা world বু real নি হায়না খনবা অদুগুম্না, ঐখোয়না খঙ্নরীবা জুরা-জুয়া ওইবা ওম্ন-তৈনবা পোৎ, নত্রগা রাহৈ পুম্নমক, হায়বদি অকবা-কন্নবা, ফজবা-ফজদবা, অপিকপা-অচৌবা, অশোনবা-অকনবা অসিনং চিংবা পুম্নমক্সি, ঐখোয়না মখোয়শিং অদুবু অচুম্বনি হায়না খঙ্নু-রীবা মতম অদুগী মসুঙ্ভদগীনি, অচুম্ব ওইনা অদুম্মক লোই।

অরাংবা থাক্কী ফীভম্দা পোক্পা জীবশিংনা, হায়বদি মুনি, ঋষি, জ্ঞানী, ভক্ত, বৈষ্ণব-শিংনা Absolute Reality বু খঙবা ঙম্মী, অমসুং মাবু ধ্যান তৌবা ঙম্মী। অদুগুম্বা মীওয়দনা, লেখাগী থম্-থোংবা লাইনিং লম্বেল অসিগী মতুঙ্ ইন্না চৎথদুনা ব্রহ্মন নত্রগা Absolute Reality বু transcendental ওইবা ফীভমদা (মায়াগী য়াংমদা লৈবা ফীভম-মওবু — গীতা ৭৷২৪) খঙবা ঙম্মী। অদু নত্তবা অতোপ্পা মীশিংনদি, Absolute Being অদুবু খঙ্জনবা অমসুং ফংজনবা তৌবসি মূর্ত্তি লৈবা ঈশ্বরগী তৌদুনা, হায়বদি divine love কী মতেঙ্না ধ্যান তৌদুনা, ঐনা পাম্জবা personal god অমবু অহিংবা মূর্ত্তি লৈবা অমা ওইনা, জ্ঞানগী থিৎথেংনা ইহান হানবা ওইনা মরূপন ফংজনবা ঙোৎনৈ। মরম অসিদগীনি সাধারণ ওইবা মীওইশিংগী লাইনিং লম্বেলগীদমক, মূর্ত্তি লৈবা personal god অমবু recom-mend তৌরিবসি। Personal god বু পূজা তৌজবা অমসুং ধ্যান তৌজবশিংনা মরম ওইদুনা, লাইনিং লম্বেলদা ইহান হায়না থোংদায়রিবা কনাগুম্বা মী অমনা, মাগী পুক্নিং অদু ঈশ্বরগী মায়কৈদা পুক্নিং অনি লোওনা (একান্তিক ভক্তি— গীতা ৮৷২২, ১১৷৫৪) চংশিন্দুনা অমবক্কদা

লেপ্‌চবা ওয়ী। অদুগীসু মথক্তা, মাগী পুক্নিং চিংশিন্নবগী শক্তি অদুসু হেন্‌গৎহল্লি। কনাগুম্বা মী অমনা মহাক মশামক অসি পুক্নিংগী অমসুং হকচাংগী মওং ওইবা জীবনি হায়না নিংলিবা মথৈ, নত্রগা মাগী হকচাং অমসুং পুক্নিং অনি অসি, অনৈবা অমসুং অচুম্বা ওাক্তনি হায়না নিংলিবা মথৈ, নত্রগা মশামক্তা মাগী শুদ্দা লৈবা vision of life or pure spirit অদুবু খঙ্‌জিনবা মথৈ, মানা Absolute Reality বু (মূর্তি লৈবা অমসুং মূর্তি লৈতবা অপুনবা অমথক্ অদুবু) মপুঙ্‌ ফানা তশেংনমক্ খঙ্‌জদুনা ধ্যান তৌজনা ওম্‌জোয়। হায়রীবা রাক্ষম অসি বেদান্তগী ওইবা অচুম্বা বাক্য-নি, অমসুং কনাগুম্বা মী অমনা অসিগুম্বা রাক্ষম অসিবু অয়েংবা য়াওদনা লৌকনসু থোক্কই।

মীওইবগী জ্ঞান হাপবসিদি মহৌশানা অশোন্‌বা অমসুং মাগী পথৈ, নত্রগা ওমথৈ অমা লৈবা মরম, হায়বদি বুদ্ধিদগী আত্মানা হেনবা মরম্মা (গীতা ৩।৪২), ঈশ্বরগী মফমদা শোয়দনমক্কী খুদমজগুন্না চাকপিবু অমসুং পোজান পীনবিয়ু হায়দনা য়াংদা হায়না পুক্নিংদা ফাওই। মরম অসিনা, মানা পাম্‌জবা মূর্তি লৈবা ইষ্টদেবতা অমদা ভাক্পিনবা, অচুম্বা লম্বেলদা লম্‌জিংবিনবা অমসুং পোজান্‌ বিনবা মীয়ুনা খুকমথৈ (গীতা ১১।৪৪)। কেইগুম্বসুং অসুম হায়না ঈশ্বরবু খুকমলিবা মী অদুনা মতম কুইনা চৎ-থরক্পদা মথৈখঙ্‌দ মানা খাঙ্গেমক্‌শেংনা খংলক্লে, মদুদি মূর্তি লৈবা ইষ্টদেবতা অদুগা (personal god) মূর্তি লৈতবা (impersonal god) অদুগা পুন্নপ পুন্নগা, পাংথক অমথক্তা ওইবা One Absolute Being ওইবনি, মরমদি মখোয় অনিমক One spiritual essence হায়না খঙ্‌নবা তশেং তশেংবা মচি অমথক্তদগী থোংলোকপনি—গীতা (৭।৬,৭), (৭।১০), (১৩।৩০), (১৭।২৭)। কনাগুম্বা মী অমনা মহাক মশামক্‌ লোজান্‌বা মী অমনি হায়না খল্লিবমথৈ, অমসুং মহাক মশামকী অপকপা হকচাং অদু অনৈবা পোৎ অমনি হায়না খল্লিব মথৈ, মানা লাংচবিবা মূর্তি লৈবা ইষ্টদেবতা অদুবুসু, মহাক মশামকসু তোঙান

তোঙানবা অচুম্বমক্তনি হায়না নিঙ্গনি। অস্নুম তৌহ্নুনা সংসারিকী মথুঙ্দা লৈবা (Time, space and causation গী মথুঙ্দা ওইবা) রাখল্দা পুশিল্লুনা, মহাক মশামক্তু অমস্তুং মানা লাংচরিবা মূর্তি লৈবা ইষ্টদেবতা অমুস্ন, অনিমক অশৈবা অমস্তুং অচুম্বা ঙাক্তনি হায়না চাংজমহুনা, অকোনবগী অশৈবা অমস্তুং অচুম্বা পোৎশক ওইরিবা ইষ্টদেবতা অমুবুনা, অরাংবা থাক্কী ওইবা অচুম্বা অমনি (higher reality) হায়না লৌই। মূর্তি লৈবা অমস্তুং মিং থোনবগী রাথলমোমদা ঐখোয়না থজ্জরবদি অঙাংগী শান্নপোৎ ওইরিবা নোংশা অমগা থা ও অমগা মখোয়-অনিমক লৈপাক্কা শাররস্ত, পোৎশক অমত্তনি হায়বা য়াদে। মরমদি ঐখোয়না নোংশা অমুবু য়াওনি, নত্রগা থাও অমুবু নোংশানি হায়বা য়াদে। মখোয় অনিমক relative world গী মিৎয়েংদা তোঙান্-তোঙানবনি, পোৎশক অমথক্তা নত্তে। মখোয় অনিমক তোঙান্-তোঙান্বা ওইনা ঐখোয়না উবস্ত, লৈখোয়া মখোয় অনিমক্ শাবনি। মত্তৌ অমুঙ্ময়হুনা, বেদান্তবু পাম্জবা ভক্ত নত্রগা অদ্বৈতবাদশিংনা (non-dualists) ভক্ত মশামক্ অমুস্ন, মানা নিঙ্জরিবা মূর্তি লৈবা ইষ্টদেবতা অমুস্ন, অনিমক অমুগী অশেংবা শক্তম অমু চপ্ মান্নবা মশা অমত্তনি হায়না লোৎবস্ত, relative or sense world গী ওইবা সংসারিকী মিৎয়েংদা য়েংলুরবদি, মখোয় অনিমক্ মশা অমথক্তনি হায়বা য়াদে তোঙান্ তোঙান্বা অনিথক্নি। মরম অসিনা, ভক্তনা হায়রী, মসুম "ঐহাক ইবুংঙো নহাক্কী নলাইনি, অমুগা ইবুংঙো নহাক্ক ঐগী ইবুংঙো (master) নি। ঐহাক নহাক্কী নচানি। ঐহাকপু মায়ানা শুমহৎখিহুনা পঙহল্লিবা অমস্তুং জ্ঞান মাঙ্হল্লিবা (গীতা ৫।১৫, ৭।২৫) অসিদগী কোক্হনবিহুনা অরাংবা থাক্তা পুথৎপিয়ু।" অঙাংগী শান্নপোৎ ওইরিবা নোংশা অমস্তুং থাও অনিমক অমুবু য়ুংথংনা থাহুনা থুগাইহুনা উকুল ওন্নবা মথুঙ্দা, মখোয় অনিমক অমুগী essential nature হায়না ঐখোয়না থজন্বা, চপ মান্নবা পোৎশক অমত্তা ওইবা লৈপাক ওইগনি। মত্তৌ অমুঙ্ময়হুনা,

থম্-থেংনা মুংঙাইবা কীভমদা (True Bliss) divine love কা অমস্তা ওইশিন্‌খিবা মতমদা, মতম থরদংগী ওইবা মওং নায়বা অদু মাঙ্‌খিনি, অমসুং পুমতোন্ তোঙান্‌বা অথঙ্‌বা জ্ঞান অমা (consciousness-ঈশ্বরতত্বগী জ্ঞান-গীতা ৫॥১৬, নত্রগা জ্ঞানীগী জ্ঞান শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি গীতা ১০॥৩৮, নত্রগা সাত্বিক জ্ঞান-গীতা ১৮॥২০) পোক্‌লকনি। মতৌ অদুগুম্বংদুনা, ভক্ত মশাখক অদুসু মাগী মুংশিন্নবা মূর্ত্তি লৈবা ইষ্টদেবতা অদুসু, মথোয় অনিমক্কী মওং মতৌ অদুনা, তোঙান্-তোঙানবা পোৎশক অনিনি হায়না থঙ্‌লম্লিবা অদু মাঙ্‌খিদুনা, অনিমক্কী ইহান হান্না হৌরকপম ওইবা অদুদা (ultimate cause দা) ঙিনখিনি গীতা (৭॥১৯), (৯॥১৫)। মরম অসিনা, মূর্ত্তি লৈবা ইষ্টদেবতাগী মনুঙ্‌দা কনামত্তা থঙ্‌হন্দনা কুমহুনা লৈবা ঈশ্বরগী শক্তি লৈবা অহিংবা Reality অদুমক্তা Absolute Reality, হায়বদি মূর্ত্তি লৈবা অমসুং মূর্ত্তি লৈতবা অনিমক্কী অপুনবা ঈশ্বর অমা ওইপ্রে। উন্‌ মতুমগী reality অদু অতৈ অমা নত্তে, মওং লৈতে হায়না খনবা পাক্ চাওপ্রবা ঈশিং ঈপাক্কি। মীৎনা উবা পোৎশক নায়বসু, অমসুং মীৎনা উদবা পুক্নিংনা লৈ হায়না থঙ্‌বা অদুগুম্বা পুম্নমকসু, হায়বদি ভাইবংপানবা পুম্নমক Absolute Reality দগী কোংদোয়রকপনি (গীতা ৭॥৬)।

অদুগা মূর্ত্তি লৈবা ইষ্টদেবতাদি (personal god দি) খ্বায়দগী অৱাংবা থাক্কী মওং ওইবা কাংদোকপা অমনি মরম অসিনা, মূর্ত্তি লৈবা ইষ্টদেবতাবু মীওইবগী পুক্নিংনা ভাবনা শেম্বা, নত্রগা creation অমনি হায়না মীওইবনা খন্‌বা য়ারোই। মূর্ত্তি লৈবা ইষ্টদেবতা অসি Cosmic Reality নি। মরমদি মীওইবা ঐখোয় অসি তোঙান্-তোঙান্‌বা অমমম্ ওইবা মীওইবমক্তনি হায়না খল্লিবা মতম অদুগী মনুঙ্‌তদগীদি, মূর্ত্তি লৈবা ইষ্টদেবতা অসি Cosmic Reality নি। অদুগুম্বা মূর্ত্তি লৈবা ইষ্টদেবতা অদুবু পুজা তৌবদুনা খুরুমজবগা, Cosmic Reality দগী effective Reality ওইরক্কই, হায়বদি ইষ্টদেবতা অদুগী through দা অৱাংবা থাক্কী ওইবা, ঐখোয়না মদুবু Absolute Being হায়না খঙ্‌নবা, মূর্ত্তি লৈবা

অমম্বুং মূর্তি লৈতবগী অপুনবা অমথক্তা ওইবা Absolute Reality অদুবু ভক্ত অদুনা য়েৌবা ঙমজরক্কনি। রাক্ষস অসিগী থূদম ওইনা ঐ.খোয়না মহাভারত-তগীসু থওবা ওন্মী, মতুপ্তি লৈপাক্কা শাবা, অহিংবা নত্তবা, গুরু দ্রোণাচার্য্যগী মূর্ত্তিবু মমাঙদা থম্লগা, একলব্যনা মানা মমিংমক্তা উথিবা অহিংবা গুরু দোণাচর্যা অদুম্মক্ ওইনা নিঙথুনা সিক্ষ-তেন তম্বদা, গুরুমশামক্তা তথীদুনা তৈবগা চপ মান্নথি, করিমত্তা .থগ্গদে। মূর্ত্তি লৈবা ইষ্টদেবতা অদু মীওইবগী পুক্নিংনা শেম্বা creation নত্তে। ঐহাক ইশামক্তা real ওইবত্তুম্না, নত্রগা universe না real ওইবত্তুম্না মূর্ত্তি লৈবা ইষ্টদেবতা অদু real নি। প্রাণায়ামা অমম্বুং মুংদা চঞ্জিল্লুনা পুক্নিংনা য়েংবা ধ্যান মতৌ, হায়বদি self-introspective method of meditation শিজিন্নদুনা ধ্যানদা লুপাশিল্লুনা self control তৌবা ঙমলক্লবা মতম অদুতদা, ভক্ত অদুনা universe অসিসু, মহাক মশামক্সু, অসুম অসুম লৈতবত্তুম্না হায়বদি মাঙথিবত্তুম্না তৌরক্কনি। মতুঙদা মহাক্তা Absolute Reality অদুদু .চম্.চম্না পুক্নিংগী জ্ঞাননা থেঙ্নক্কনি অমম্বুং উরক্কনি। মরৈথঙদা ভক্ত মশামক অদুসু, মূর্ত্তি লৈবা ইষ্টদেবতা অদুসু, অনিমক্কী অপুনবা অমথক্তা ওইবা Absolute Reality ওইনা উরক্কনি। মসিগী মওং মতা অসি, অসিগুম্না জাৎনি, মতুপ্তি তুরেল মচা অমন তুরেল অচৌবদা চিল্লি। তুরেল মচা অদুনা তুরেল অচৌবদা চিল্লবা মতুঙদা, মখোয় অনিমক্কী অপুনবা অদুনা সমুদ্রদা চিল্লি। মখোয় অনিমক সমুদ্রদা চিনপ্লবা মতুঙদা মখোয় অনিমক্কী মওং অমম্বুং মমিং মাঙখিদুনা তুরেল মচাসু নত্রে, তুরেল অচৌবসু নত্রে। মখোয় অনিমকনা ওইখ্রিবা মওং-মতা অদু, ওংবনা মওং লৈতে হায়না থন্না,মপান নায়্রবা ঊশিং ঊপাক্তি। মূর্ত্তি লৈবগা হায়বা য়াবা, মূর্ত্তি লৈতবসু হায়বা য়াবা, মূর্ত্তি লৈবা অমম্বুং মূর্ত্তি লৈতবগী অপুনবা অমথক্তা ওইবা ভাবনা শাবা ঊশিং ঊপাক্তি।

মূর্ত্তি লৈবা personal god পু অশংনা থক্ষরূপগী Absolute Realityগী জ্ঞান য়েৌরকপা হায়বা অসি (personal and inpersonal

গী অপুনবা ওইবা Absolute Reality গী জ্ঞান, হায়বদি জ্ঞানীশিংগী জ্ঞান শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি, গীতা ১০।৩৮— হায়বা অসি), অতৈ অমা নত্তে' মীছুগী লাইনিং লম্বেলদা থাক্ অমত্তঃ কাথৎলকৃপগুম্বনি। ঐখোয়গী থংম্বায়নুংদা থরায় য়াওনা নিঙ্জত্নুনা, অমসুং নুংশিজত্নুনা, মূর্তি লৈবা personal god পু ভগেংনা খঙ্জয়বদি, মতুগী মতুঙ্দা Absolute Reality বু খঙ্ননবা অমসুং ফংননবা চঙ্শিন্ অরকপা হায়বসি, লম্বেল লমথাং অমা থুংননবা চৎপদা মথং মনাও চৎসকৃপগুম্বনি। মসিগী থোদো মওং অসি তশেংবমক্তি অসিনি, মচুদি ভক্ত অছুগী মূর্তি লৈবা personal god অছুম্ভু ভক্ত মশামকত্তু অতৈ ৯মা নত্তে, অদ্বৈতবাদ philosopher শিংগী, নত্রগা জ্ঞানীশিংগী personal and Inpersonal না ওইবা ভাবনা শাবা Absolute Reality অছুমক্তি। ঐখোয়না সংসারিকী মাথক্লদা (relative consciousness) লৈরিঙৈগী মতম অছুপ্কী মখ, মূর্তি লৈবা personal god পু সংসারিকী ফীভমদা ওইবা, তশেংনমক পোংথক নায়বা, মীৎনা উবা solid Reality নি হায়না লৌই। মরম অসিনদি, অত্তুগুম্বা ইবুংঙো অছুবু থরায় য়াওনা নুংশিজরিব', থুরুমজশিবা, থাগৎচরিবা অমসুং মাগী নামবু শেংঙাবসি।

(ঘ) মধুর রস হায়না খঙ্নবা বৈষ্ণব, সাধু, গোযাই অমসুং ব্রজবৃন্দাবনগী ব্রজগোপীশিংগী লাইনিং লম্বেলগী মতুং ইন্না ঐখোয়না খল্লুরবদি, মূর্তি লৈবা মূর্তি লৈতবা লাইনিং লম্বেল অনিমক, অমথক্তা ওইবা লাইনিং লম্বেলদা পূনশিল্লি হায়বগী মরমদা খঙ্হনবা।

ভক্ত, বৈষ্ণব, স্বামী, সাধু অমসুং গোষাইশিংগী লাইনিং লম্বেলগী মতুং ইন্না ঐখোয়না খল্লুরবদি, অনাদিসু ওইবা (eternal), মায়াগী হৌরকফমসু ওইবা (source of material energy) অমসুং সৎ-চিৎ-আনন্দ বিগ্রহ স্বরূপসু ওইবা(Eternal Existence plus knowledge

plus Bliss in the eternal form or the eternal form of supreme Lord which is full of bliss and knowledge), গোবিন্দ হায়নবস্থ খঙ্নবা ষড়ৈশ্বর্য্য পূর্ণ মূর্ত্তি ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অচুম্ব Absolute Truth নি। মরমদি ঈবুংঙো মহাক্তি মূর্ত্তি লৈবস্থ (personal) মূর্ত্তি লৈতবস্থ (impersonal), অনিমক্কা পূনবা ভাবনা শাবা মূর্ত্তি অমথক্তা ওইবা, আদিস্থ ওইবা, মঙোন্দগী অহেনবা অমম্ভুং মহাক্কা মায়বস্থ লৈতবা অচুম্বা মতোমতা ভায়বা, soul গা body গা খেন্নবা লৈতবা spiritual body ওইবা (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ ৬৷৮), supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ-ভগবান-নি (ব্রহ্মসংহিতা ৫৷১)। নুমিৎকী অকোয়বগী মপুঙ্দা (sunglobe) ভাবনা শাবা মূর্ত্তি লৈবা নুমিৎ কৌবা লাইনা লৈরগা, মাগী মঙাল্না মকম থুডিংমক্তা শীনবা থুংনা শন্দোকই। মতৌ অচুম্বমলত্থনা ভাবনা শাবা মূর্ত্তি লৈবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না spiritual sky গী মপুঙ্দা লৈবা গোলোক বৃন্দাবন্দা (spiritual abode-পরমধাম-গীতা ১৫৷৬) স্থকলেঙ্ লেঙ্দনা লৈরগা, ইবুংঙোগী মূর্ত্তি লৈতবা ব্রহ্মজ্যোতিনা (spiritual sparks or impersonal effulgence emanating from The spiritual body of Shri Krishna Bhagavan) সিমানা লৈতবা spiritual and material universes পুমকোন কোন্শিন্না শন্দোকই। মূর্ত্তি লৈবা নুমিৎ কৌবা লাইগা মঙোন্দগী থুদোরকপা মূর্ত্তি লৈতবা মঙালগা পুন্নপ পুন্শিন্নগা, মপুঙ্ ফাবা নুমিৎ ওইবা অচুম্বা, মূর্ত্তি লৈবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা মঙোন্দগী থুদোরকপা মূর্ত্তি লৈতবা ব্রহ্মজ্যোতিগা পুন্নপ পুন্নগা, মপুঙ্ ফাবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী স্বরূপনি। হায়রিবা রাক্ষম অসি যযুর্বেদগী শরুক অমা ওইরিবা ঈশোপনিষদ্তশু, ব্রহ্মসংহিতাদশু গীতা অমসুং ভাগবত-তশু মথাগী অসুম্না ফোংদোক্লী, মথুদি—

"অহিংবা জীব পুম্নমকী ভাকপী শেনবীবা হে ঈবুংঙো! মিৎ থকপা ফংনা লাংলবা মঙাল্না নহাক্কী অশেঙ্বা মাইথোং কুপশিল্লি। অচুম্বা

মাইথুম অহু চান্‌বীহুনা হাংদোকপীয়ু, অহুগা নহাক্কী অশেঙ্‌বা ভক্তদা ইবুংঙোগী অশেঙ্‌বা শক্তয়া দরশণ পীনবিয়ু" (ঈশোপনিষদ মন্ত্র ১৫)।

"হে ইবুংঙো! জগৎ পুম্ববু য়োকপী থাক পীরিবা খ্বায়দগী ইহান হান্‌বা philosopher, অককনবা অমগী মখাদা চপ্‌ চপ্‌ চানা থবক পুন্নমক্‌ ওইহল্লিবা, অশেঙ্‌বা ভক্তশিংগী লমথুংকম ওইরীবা, মীওইবগী progenitor শিংগী (ancestor শিংগী) সুংঙাই য়াইকনবা শীনবীরিবা হে ইবুংঙো! নহাক্কী নিংথিজরবা রূপংপু ঐনা দরশণ কংজনবা ইবুংঙোগী ব্রহ্মজ্যোতিগী মীৎ থল্লবা মঙাল অহু লোথোকপিয়ু। ভুমিৎকী মপুঙ্‌দা "ঐ" হায়বা অহুনা লৈহুনা ওইরিবা ফীভমগুম্না, ইবুংঙো নহাক অসি eternal ওইবা Supremc personality of god head নি।"

(ঈশোপনিষদ্‌ মন্ত্র ১৬)

"Universe কোটি কোটিগী মনুংদা মশীং লাকপা ওমজবা planet ময়াম লৈ, অহুগা মথোয় খুদিংমক অহু ম'-মাগী Cosmic Constitution গী মতুং ইন্না, মওং অমত্তা মায়দে। হায়রিবা plant পুম্নমক, ব্রহ্মজ্যোতিগী কাচিন অমদা লৈ হায়রিবা ব্রহ্মজ্যোতি অসি, ঐন' লাৎচন্নিবা আদি পুরুষ ওইবা গোবিন্দ supreme personalíty of godhead কী মশাখগী মৃদোয়রূপা মঙালগী মশেক্লি।" (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥৪৯)

"ঐ অসি (কৃষ্ণ ঐ অসি)constitutional position গী মতুং ইন্না মাঙ্‌বা লৈত্রবা.হোংব' লৈত্রবা,সনাতন ওইরবা অমসুং eternal happiness ওইরবা Impersonal Brahman গী ভুঙ্‌নকমি।" (গীতা ১৪॥২৭)

"তত্ত্ব খঙ্‌বশিংনা হায়, মহুদি Absolute Truth পু খঙ্‌লিবা মী অহুনা খঙ্‌বা মখঙ্‌ অসি কীভম-মত্তা অহুমথক্কী মখঙ্‌দা খঙ্‌ই, অহুগা অহুক্তমা কীভম-মত্তা খুদিংমক অহু চপ্‌ মান্নবা শক্তম মক্তনি, হায়রদি identical নি। Absolute Truth কী কীভম মঙাশিং অহুবু ব্রহ্মন, পরমাত্মা অমসুং ভগবান হায়না কোংদোকই।"

(ভাগ: ১॥২॥১১)

"Commentary— "Absolute Truth কী কীডম মতা অহুম অসিবু সুমিৎকা চাংদমবা মাই, মসুদি মূত্তি লৈতবা সুমিৎকী মতামা মকম খুদিংমক্তা শন্দোক্লিবা অদুবু জ্ঞানীশিংনা পামজবা impersonal feature of Brahman ওইনা হায়বা য়াই, সুমিৎকী অকোয়বা পুথম মানবা (sun's disc) অদুবুনা যোগীশিংনা পামজবা paramatma feature of Brahman ওইনা হায়বা য়াই, অদুগা সুমিৎকী ময়াই চবুক (heart of sun planet) অদুবুনা ভক্ত, বৈষ্ণব, সাধুশিংনা পামজবা personal feature of the Absolute Truth হায়না খঙনবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ওইনা হায়বা য়াই। সুমিৎকী মতাল, সুমিৎকী পুথম মানবা অকোয়বা অমসুং সুমিৎকী ময়াই-চবুক অহুম অসি পুরপ পুরগা সুমিৎ কৌবা planet অমা ওইরিবনি, মখোয় খুদিংমক তান্তন তোঙান্না খাইদোক্লবা কৈদোউবদসু য়াদে। অদুমদি ওইরবসু, সুমিৎকী পুথম মানবা অকোয়বা অদুসু, সুমিৎ মতামসু, সুমিৎকী ময়াই চবুক অদুদগী খোয়কপনি। মরম অসিনা ভক্ত, বৈষ্ণব, সাধুশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মূর্ত্তি লৈবা অমসুং মূর্ত্তি লৈতবগী অপুনবা ওইবা Absolute Truth ওইনা লৌই, মরমদি উনুংতোগী হকচাংদগী থোরকপা মতালনা (spiritual sparks না) মকম খুদিংমক্তা শিনুব থুংনা শান্নাকই, অদুগা উনুংতোগী eternal potency না জীব পুম্নমক্কী থম্মোয়দুদা পংমংখা নত্রগা অন্তর্যামীন ওইনা লৈ।"

Material nature হায়না খঙনবা, মপাম্বোংগী মীৎনা উতিবা পোৎশক ময়ামগী অমসুং হকচাংগী influence না মরম ওইদুনা, conditioned living entity ওইরিবা মী অমনা spiritual knowledge লৈবদা, উহান হানবদা material nature গী influence তগী নাম্বোকনবা ঙোৎনদবা য়াদে। অসিগুম্বা য়াথল অসিবু চৈতন্য চরিতামৃতদা মথাগী অমুম্না ফোংদোক্লি, মসুদি—

"কাওপন্নবা living entities না, নত্রগা conditioned soul না, supreme Lord কা মখোয়গা য়েলহোঁউদনবী লৈনবক্রিয়া অতৎ-অথম লৈতবা মন্নী অদুবু কাওথ্রে, অদুগা মখোয়না সংসারিকী ওইবা activities দা পুক্নিং লুপ্তনা মপুন্সি লেন্নী। মখোয়গী কার্য্যথবা অদুবু নিংশিংহল্লুনা, অমদি মখোয়গী হ্রাথল্লা spirituality গী মায়কৈ-য়োমৃদা চংশিন্নবগীদমক, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না কৃপা তৌবিদুনা বেদ পুরাণ-চিংবা মখোয়গীদমক পিবিরী।" (চৈতন্য চরিতামৃত মধ্যলিলা: ২০।১২২)

বেদ, উপনিষদ, পুরাণচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্রশিং নৈনজবদগী মীওইবনা খঙ্জয়দুনা spiritual knowledge খিবদা, ইহান হানবা ওইনা, material nature গী influence তগী (সংসারিকী মায়াদগী) নাম্মো-ক্লনবা তোৎনবৈ। মদু হেক্ অমসকুপদা, মহাক supreme Lord পু খায়দগী মপাম্মোংদা কুপশিন্নিবা ব্রহ্মনগী জ্ঞান, হায়বদি ব্রহ্মজ্যোতিবু (Impersonal Brahman বু) ফংই। অদুগুম্বা কীভম-মতা অদুনা Absolute Truth কী অয়োয়বা পখোংদি নত্তবনিন', মী অদুনা dove-tail devotional loving service অমসুং প্রেম-ভক্তিগী মতেঙ্না কন্ন থাক্-থাক্ নায়না তোৎনজবগা—গীতা (৩।৯),(৫।১০),(৬।৪৭),(৮।৭), (৯।২৯), (১০।১০), (১২।২,১০,১২), (১৮।৪৬,৫৭), পরমাত্মাবু ফংই, মদুগী মতুংদা supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ফংজৈ গীতা (৭।১৯) (১৮।৬৬)। মসিগী প্রমাণদি শ্রীমদভাগবত-তা য়াওরীবা কুমার মরি অদু ইহান হানবদা ব্রহ্মজ্যোতিবু (Impersonal Brahman বু) ফংবনি। মৱমদি মখোয় মরিমক জ্ঞানগী থাক্তা অস্তুপকী মতিক ল্লাংল্লে, মতুদি মখোয় থুদিংমক মায়কৈতনা কীজেৎ ওইদুনা মখোয়গী পুক্নিংদা material natureগী influence লৈত্রবনি। মতুঙ্দা প্রেম ভক্তিতনা মরম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পাদ-পদ্মবু ফংজখি—(গীতা ৭।১৯)।

দ্বাপুর যুগকী মতমদা মর্ত্তলোকী ব্রজবৃন্দাবনদা, হৌজিক কলি যুগকী মতমদা হায়রগা U. P. state কী মনুঙ্‌দা চেল্লিবা যমুনা তুরেলগী মপান্দা তাবা বৃন্দাবন সহরগী মনুঙ্‌দা, মীওইবগী মপোক্কা গোকুলদা দ্বাপুর যুগকী ব্রজগোপীশিংসি, মখোয়গী হৌখিবা মপোক্কা মুনি ঋষি ওইনা পোক্লম্বা মীওইমক্তনি। মসিগী রাকম অসি শ্রীব্যাসদেবনা ইবা মহাভারত পুরান্দা অমসুং শ্রীমদভাগবত-তা গুপাইনা কোংদোক্লুনা তাক্লি। মখোয়না ত্রেতা যুগতা মুনি, ঋষি ওইরিঙৈগী মপোক্কা শ্রীরাম ভগবানবু প্রেম-ভক্তিনা নিঙ্‌জখিবা অদুনা মরম ওইদুনা, মখোয়না পাম্‌জরিবা অদুম্বক ওইনা দ্বাপুর যুগতা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী চান্নখোইবী ব্রজগোপী ওইনা ব্রজবৃন্দাবনদা পোক্লরিবনি (গীতা ৮।৬। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পাদ চরণবু ফংজনবা ব্রজগোপীশিংগী লাইনিং লম্বেলদি প্রেম-ভক্তি, মধুর রস অমসুং dovetail loving devotional service or god-centred activity হায়না খঙ্‌নবা সেবা মতৌ অদুনি। হায়রিবা লাইনিং লম্বেল অসিদা, ভক্তি-যোগ হায়না মীয়ামনা খঙ্‌নবা মধুর রসনা মপুঙ্‌ ওইরবসু, অতোপ্পা যোগ অতৈ, হায়রবদি কর্ম্ম-যোগ, রাজ-যোগ, জ্ঞান-যোগসু মচেৎ-মচেৎ ওইনা তিনরিদুনা secondary ওইনা লাওই। মরমদি মধুর রসকী মনুঙদা ১। কৃষ্ণ নিষ্ঠা, ২। কৃষ্ণ সেবা, ৩। কৃষ্ণ অসঙ্কোচ, ৪। মমতাধিকা, অমসুং ৫। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ইশামকী হকচাংনা হক্‌থেংননা সেবা তৌনা হায়না খঙ্‌নবা অসিনচিংবা গুণ মঙা অসি পুল্লপ পুরা লাওই। ব্রজগোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নুংশিবা অসি সংসারিকী ওইবা মীওইবগী মনুংসি (sense gratification or body consciousness তদা পুক্নিং লুপখিবনা মরম ওইদুনা, কনাগুম্বা মী অনিথকী পুক্নিংগী নুংশি-নুংওন ফাওনরীবা অদুগুম্বগী মনুংসি) নত্তে। মখোয়গী মনুংশি অসিদি, ইতোপ-তোপ্পা spiritual nature গী ওইবা, লাইরম্‌লেনগীসু ওইবা spiritual love or divine love নি। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু অমথক্তা ওইবা ঈশ্বর

অতুম্নি হায়না খঙ্‌ঙা-খঙ্‌ঙা লুংশিবা অতুনা মরম ওইতুনা, (divine love) মল্লাবিরকী ওইবা পোৎ পুন্নমক, হায়বদি মখোয়গী মপুয়োইবা, মমা-মপা, শাগৈ-নাইত, worldly affairs পুন্নমক, মতুংগী হেন্দোক্রতুনা মখোয় মশামকী মথিং অমত্তুং হকচাং কাওবা লৈতবগুম্না নিঙ্‌খি। মখোয়গী individual identity মুপীনি হায়বা অতু কাওবা মাঙ্‌খিতুনা (কাও-খিতুনা) spiritual identity (নিপাস্তু নত্তবা নুপীস্তু নত্তবা) অমা ওই-খি। Divine love না মূর্ত্তি ওইনা চোংথোয়রকবগী মওং ওইবা, অতুগুম্বা মখোয়গী spiritual identity অদুনা divine love কী হোৎরকফম ওইবা, Absolute bliss হায়না ঐথোয়না খঙ্‌নবা (মূর্ত্তি লৈবা অমসুং মূর্ত্তি লৈতবা অনিকী পুন্নপ পুন্নবা — শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ ৬॥৮) শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা চংঅতুনা আত্মসমর্পণ তৌরবা (গীতা ১৮॥৬৬)অতুবু, মধুর রসকী লাইনিং লম্বেলনি হায়না ভক্ত রামানন্দ রায়না মাগী মবুংঙো শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুগী মফমদা ফোংদোকখি। হৌজিক্কী মতমগী scientific fact নস্থু অসিগুম্বা থৌদো-মতা অসিবু অচুম্বনি হায়না ঐথোয়না খঙ্‌লে, মতুদি mind না matter ওল্লি, matter নস্থু mind ওল্লি, degree of vibration থেন্নবগী রাভনি। Matter গা spirit কা তিন্নতুনা ওইখিবা ব্রজগোপীগী মীওইনি (গীতা ১৪॥৩,৪)। Divine love না মরম ওই-তুনা, ব্রজগোপীশিংগী matterনা ওইরিবা মপাম্মোংগী হকচাংগী degree of vibration অম্নম অম্নম হেনগৎখিতুনা, মবৈখঙ্‌দা মখোয়গী হকচাং অতু mind গুম্না মূর্ত্তি লৈতবা spiritual identity, নুপীস্তু নত্তবা নুপাস্তু নত্তবা, অমা ওইখি। অতুগুম্বা spiritual identity অতুনা মূর্ত্তি লৈবা অমসুং মূর্ত্তি লৈতবা অনিমক্না পুন্নপ ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা, হায়বদি মূর্ত্তি লৈতবা universal consciousness না (গীতা ২॥১৭) মূর্ত্তি ওইনা চোংথোক্নুনা মীয়ামদা মর্ত্তলোকী বৃন্দাবন্দা ফোংদোক্লিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা আত্মসমর্পণ তৌখিবনি। (গীতা ১৮॥৬৬)। অসিগুম্বা প্রেম স্বরূপ (Absolute whole of divine love) অমথক্তা ওইনা

উপ্রবা কৌভম-মতা অসিদা, ব্রজগোপীগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদা last stageগী ওইবা সম্বন্ধ অমা ওইরে (eternal relationship), হায়বদি মতম পুম্নমক্তা ব্রজগোপী অমুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মিৎকুপ অমৎতা কাওবা ঙম্ক-থা থানদনা জ্ঞানগী মিৎয়েংনা উতুনতা লৈরে, অমুগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না ব্রজগোপীগী মিৎয়েংদগী উহনখিদবা হায়বা অমুসু লৈখিদ্রে। অসিগুম্বা রাক্কম অসি ব্রহ্মসংহিতাদসু মথাগী অম্সুম্না ফোংদোক্লি, মসুদি—

"মীৎতা প্রেমভগী পিরাংতনা থুমহৎলবা ভক্তি রূপ ওইবা সাধু-শিংনা মতম পুম্নমক্তা মথোয়গী থম্মোয়মুংদা শ্যামসুন্দরগী রূপ ওইবা ইবুংঙোবু দর্শণ কংলৈ, অমুগুম্বা আদি পুরুষ ওইবা গোবিন্দবু ঐনা ভজন তৌজরি।" (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥৪৭)

সচ্চিদানন্দময় রূপ ওইবা বিগ্রহ স্বরূপ শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-হনা পুম্ন-মক্কী অথোয়বা ঈশ্বরনি (Absolute Truth নি)। মহাক্তি অনাদিনি, অনি গুদে, মত্তোমতনি। লেঙ-ওৎপা ঙমদবা (অদ্বিবা) পোৎ অমগুম্বা নত্তে, মূর্ত্তি লৈবা অহিংবনি, অদুমদি ওইরগা অদুগুম্বা মূর্ত্তি অমু মীওই-বগী হকচাংগুম্না সংসারিক্কী অমাংবা পোৎচংনা ওইবা মূর্ত্তি নৎতবনা ইবুংঙোবু মূর্ত্তি লৈতে হায়রবনি। শম্না হায়রবদা, ইবুঙোগী মূর্ত্তি লৈবা হকচাংদি spiritual body ওইবা, soul গা body গা খেন্নবা লৈতবা spiritual bone, flesh and blood য়াওরবা অহিংবা ভগবান-নি—(শ্বেঃ উঃ (৩॥১), গীতা— (৬॥৩০,৩১), (৭॥৬,৭), (৮॥২২), (১০॥৮,৩৯) (১৩॥১৫, ২৭,৩০), (১৪॥২৭), বেদান্ত-সূত্র ভাগঃ (১॥১॥১), ব্রহ্মসংহিতা (৫॥১,৪৪), ঈশোপনিষদ মন্ত্র ৫গুবা। অসিগুম্বা কৌভম-মতা অসিবু য়াম্না শম্না গীতাদা ফোংদোক্লি, মসুদি—

"জ্ঞানী ভক্তনা মপোক কয়ামরুম পোকলুরগা অরোইবদা পুম্নমক "বাসুদেবনি" হায়বগী জ্ঞান ফংলুনা ঐহোক্তা (শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা) চঙলৈ; অদুগুম্বা মহাত্মাদু অয়াম্বনি।" (গীতা ৭॥১৯)

ব্রহ্ম, পরমাত্মা অমসুং ভগবান মথোয় অহুম অসি পোৎথক অমত্তনি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মথোয় অহুম অসি পুম্নপ ওইবনি। Spirit পু body না (matter নত্রগা প্রকৃতিনা) য়োমশিন্দুনা embodied living being অমা ওইবীবা (গীতা ১৪॥৩,৪) মীনা কর্ম্ম-যোগ তৌদুনা সংসারগী মথুংদা অহিংবা জীব অমা ওইনা লৈন-লৈনা গীতা—(৩॥৫,৮),(১৮॥১১) জ্ঞান-যোগ নত্রগা রাজ-যোগ নত্রগা ভক্তি-যোগকী সাধন অহুম অসিগী মথুংদগী, মী অদুগী মথাগী পোকপদগী লোয়নবকৃপা— গীতা (৩॥৩৩), (১৮॥৫৯), অদুগা চাহবা অমসুং চুশিন্নবা মথানা হৈনজবা অপাম্বা যোগ অমনা মরম ওইদুনা সাধন তৌজরগা, মী অদুনা উনিংজিবা পামজবা মওং অদুমকী ঈশ্বর রূপ ওইনা ফোংদোক্নবা, থম্মোয়মুংগী জ্ঞানগী মিংয়েংনা ইবুংঙোবু দরশন ফংজগনি হায়না শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা মনায় ভক্ত সনাতনগী মফমদা ফোংদোক্লম্মী। মাফম অসি গীতাদসু শ্রীমদ-ভাগবত-তসু মথাগী অসুম্বা ফোংদোক্লি, মদুদি—

"হে পার্থ! মী অদুনা ঐবু (শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু) নিংবা অদুগুম্বা ঐনসু মহাকপু নিংই। বৃদ্ধি লৈবা মীশিংনা মরম পুম্নমক ঐগী লম্বীতমক ইন্না চৎলি।" (গীতা ৪॥১১)

"ঈশ্বর তত্বগী জ্ঞান-না অজ্ঞানবু মাংহনপ্রবা মীশিংদুগী মরীদা, জ্ঞাননা সুমিৎকুয়া ওান্দুনা ঈশ্বর উহল্লি।" (গীতা ৫॥১৬)

"ঈশ্বর ঐ (শ্রীকৃষ্ণ ভগবান) অসি করা য়াম্বা অমসুং করম তৌবা হায়বা অদু ভক্তিনা মরম ওইদুনা অশেংবা মওক থংই। ঐবু অসুম্না শেংনা থংলবা তুংদা ঐঙোন্দা চিংলে।" (গীতা ১৮॥৫৫)

"অকামঃ সর্ব্বকামো বা মোক্ষকাম উদারধীঃ।
তীব্রেণ ভক্তিযোগেন যজেতপুরুষং পরম্॥" (ভাগ: ২॥৩॥১০)

"অপাম্বা (desire) য়াওদ্রবা মী ওইরবসু (ভক্ত অদুগী মীওম-মতা অদু), নত্রগা কর্ম্মগী ফল পুম্নমক পাম্লিবা মী ওইরবসু, নত্রগা মোক্ষ পাম্বা মী ওইরবসু— মথোয় পুম্নমক্না ওমজবমথৈ করা হোৎনজদুনা Krishna

consciousness মা পম্বুংক্ম ওইবা অমুওম্বা complete perfection কংনমবগীদমক, supreme personality of godheadপু ভক্তি যোগনা মরূম ওইহ্নবা পূজা তৌগনি।" (ভাগ : ২।৩।১০)

কলিযুগ-কী মীওইবগীদমক মীওইবগী মপোক্তা পোক্নবা, প্রেমনা মূর্ত্তি ওইনা চোংথোযরকপা অবতারনি হায়রবা মীয়ায়না থজনরবা, শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা শ্রীকৃষ্ণ নাম শোনবগী মরমদা মীয়ামদা খজহন্বদা, মূর্ত্তি লৈবস্মু অমমুং মূর্ত্তি লৈতবস্মু পূরূপ পূমা অমত্তা ওইনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান বিগ্রহ স্বরূপ-ভনা ওইবনি হায়রনা খজহল্লমী, মহুনি—

(১) হকচাং (মূর্ত্তি লৈবা) অমমুং হকচাং লৈবা জীবহুবু হায়রগা খজনরীবা মী, (২) নাম (মূর্ত্তি লৈতবা) অমমুং নামহুবু হায়রগা খজনরীবা মী— মথোয়শিং অসিদা খজহল্লিবা কৌতম-মতা অসিগুম্না, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান বিগ্রহ স্বরূপ-পু খজবদম্ম অমুম হায়না খজগদবনি। হায়রবদি কৃষ্ণগী নাম (মূর্ত্তি লৈতবা) অসি কৃষ্ণ অহুমক্কি, কৃষ্ণগী দেহ (মূর্ত্তি লৈবা) অসি কৃষ্ণ অহুমক্কি, কৃষ্ণ হায়রগা পূরূপ অসিবু খজনরীবনি। মতৌ অহুওমলহুনা নাম-নে (মূর্ত্তি লৈতবনে), দেহ-নে (মূর্ত্তি লৈবনে) স্বরূপ-নে (মূর্ত্তি লৈবনে), মথোয় অহুম অসি তোঙান-তোঙানা থাইদোকুনা ভেদ লৈহনবসি জীবগী ধর্ম্ম নত্তে। মিং অমমুং মিংহুবু হায়রগা খজনরীবা মীদা থেন্নবা লৈতবগুম্না, ঈবুংঙোগী নাম ( মূর্ত্তি লৈতবা ) হায়রগা চৈতন্য রসমূর্ত্তি ওইবা (রসনা থল্লবা অহিংবা মূর্ত্তি লৈবা) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু খজনৈ। মায়া পক্নবা, মতম পূম্নমক্কী নিত্য ওইরবা (eternal) কনাগীস্মু মথা পোক্নবা, চিন্তা-মণিগী মতৌওমলবা, নিঙ্বা পূম্নমক থুংহনবা ওমলবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না নাম-রূপ ওইনা (মূর্ত্তি লৈতবগা মূর্ত্তি লৈবগা অমথক্তদা অপূনবা ওইবা মওং অমদা—name materialised) মপান্দা কোংদোক্লকপনি। মরম অসিনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী নাম অসি ঐথোয়না মপান্দা উরিবা থরায় পানবা জীব অমত্তা নত্তে, মরমদি হকচাং লৈবা অহিংবা জীব পূম্নমক্কী জীবাত্মাদি, প্রকৃতিদগী থোকপা

সত্তঃ রজঃ তমঃ কৌবা গুণশিংনা, material না শেম্বা অমাংবা (contaminated) হকচাং মপুংদা কাহুনা থম্বনি (গীতা ১৪॥৫)। অম্নুম তৌহনা, অহিংবা-জীব পুম্নমকৌদি হকচাং (মুত্তি লৈবা) অমসুং জীবাত্মা (মুত্তি লৈতবা) অনি থোক্না তোঙান-তোঙানবনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-দি soul গা (মুত্তি লৈতবপা) body গা (মুত্তি লৈবগা) খেন্নবা লৈতবা, অমথক্তা ওইবা spiritual body নি, হায়বদি মুত্তি লৈবসু মুত্তি লৈতবসু অনিমক্কী অপুনবা ওইনা, কোংদোকপসু কোংদোক্তবসু অনিমক্কী অপুনবা ওইবা অহিংবা অরৈবনি (Absolute Reality or Truthনি) (গীতা ২॥১৭)(শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ ৬॥৮)। অদুগীসু মথক্তা, ইবুংঙোদি স্বপ্রকাশনি (self-effulgent নি—গীতা ১৩॥১৭)। শ্রীকৃষ্ণ নাম শ্রদ্ধাগা লোয়ননা শোনবতনা হায়বদি—

"হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে।
হরে রাম, হরে রাম, রাম রাম, হরে হরে॥"

শোন্নবতনা কলিযুগকী মীওইবগীদমক্তদি সাধন অতৈ তৌরক্রবসু মুক্তি ফংগনি। মরম পুম্নমক অসিনা, কৃষ্ণ নাম, কৃষ্ণ গুণ, অমসুং কৃষ্ণ লিলা, মুত্তি লৈবা অমসুং মুত্তি লৈতবা পুল্লপ পুল্লবা, অমথক্তা ওইবা অদু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী স্বরূপমক্তি, অদুগা মথোয়গী মতৌ মওং অদু চিদানন্দ-ময়নি, হায়বদি Absolute Truth or Bliss নি।

শ্রীকৃষ্ণ নাম, রূপ অমসুং স্বরূপ অহুমসি খেন্নদে, মশা অমত্তনি। অহুম্নক জ্ঞানগী মশক্তি। রাকম অসি শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতদা মথাগী অম্নুম্না কোংদোক্লি, মতুদি—

"নাম বিগ্রহ স্বরূপ তিন একরূপ।
তিনে ভেদ নাহি তিন চিদানন্দরূপ॥
দেহ দেহীর নাম নামীর কৃষ্ণ নাহি ভেদ।
জীবের ধর্ম্মনাম দেহস্বরূপ—বিভেদ॥"

—শ্রীচৈঃ চরিঃ—মধ্যলীলা সপ্তদশ পরিচ্ছেদ।

(ঙ) বেদ-দা Absolute Truth or Reality বু মূর্ত্তি লৈবা ওইনমু হায়, অদুগা অমুকসু, মূর্ত্তি লৈবগা লৈতবগা করিমত্তা খেন্নদে হায়নসু কোংদোকই, মদুগী মরমদা থঙ্‌হনবা। মূর্ত্তি লৈবসু মূর্ত্তি লৈতবসু অনিমক পুম্‌কোন কোন্‌শিল্লগা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানতনা Absolute Truth or Reality ওইনা লৈবনি হায়না থঙ্‌হনবা।

Supreme Absolute Truth or Absolute Reality বু মূর্ত্তি লৈবনা চুম্লি, নত্রগা মূর্ত্তি লৈতবনা চুম্লি, হায়বসিগী মরমদা মীয়াম্না অরেপ্পা লৈজনা হৌজিক ফাওবা লৈখায় তাদনা লৈরিবসিগী মরমদি, বেদ-দা Absolute Truth পু মূর্ত্তি লৈবা ওইনমু হায়, অদুগা মূর্ত্তি লৈতবা ওইনমু হায়। মী মীগী অপাম-অপাম্বা য়াখলগী মখা পোল্লী। Vedic literature দা মরু ওইনা শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ-তা Supreme Absolute Truth পু মূর্ত্তি লৈবা ওইনা কোংদোকই, অদুগা অমুকসু, মূর্ত্তি লৈবগা মূর্ত্তি লৈতবগা করিমত্তা খেন্নদে হায়না, হায়বদি body গা soul গা করিমত্তা খেন্নদে হায়নসু কোংদোকই, মদুদি—

"ত্বাম ঈশ্বরাণাম্ পরমম্ মহেশ্বরম্
ত্বম দেবতানাম্ পরমম্ চ দৈবতম্
পতিম্ পতীনাম্ পরমম্ পরস্তাদ
বিদাম দেবম্ ভুবনেশম্ ঈড্যম।"

(শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ — ৬।৭)

"Supreme Lord না অতৈ অতোপ্পা controller ওইনা লৈরিবা Lord পুম্নমক্কী Supreme controller নি। ইবুংঙো মহাক্না স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল মরোল পুম্নমক্কী তোঙান-তোঙানবা মক্লোক্‌থোংবা লুচিংবা পুম্নমক্কীসু (diverse planetary leaders) খায়দগী চাওখনি। মথোয় খুদিংমক ইবুংঙোগী খুদ্রম মখাদা লৈ। Supreme Lord না অতৈ

entities পুম্নমক্তা তোঙান্-তোঙানবা মরনায় ওইবা মথৌ পাও,থোক্নবা শক্তি শিরৈ, মরম অদুনা, মখোয় খুদিংমক্না supreme ওইবদি নত্তে। ইবুংঙোদগী মথা হন্থবা লাই পুম্নমক্না (demigods) ইবুংঙোবু পুজা তৌই, অদুগা ইবুংঙোনা director পুম্নমক্কী Supreme Director নি। মরম অসিনা, material leaders and controllers মথল মথল লৈরীবা পুম্নমক্তগী ইবুংঙোনা পুমহেন েগল্লি, অদুগা মখোয় পুম্নমক্না ইবুংঙোবু পুজাম্নু তৌই। ইবুংঙো মঙোন্দগী হেন্না চাওবা অমত্তা লৈতে, অমস্নুং ইবুংঙোনা cause পুম্নমক্কী supreme cause নি।" (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ—৬।৭)

"ন তস্য কার্য্যং করণম চ বিদ্যাতে
ন তত্‍-সমশ্চ চাভ্যধিকশ্চ দৃশ্যতে
পরাস্য শক্তির বিবিধৈব শ্রুয়তে
স্বা-ভাবিকী জ্ঞান-বল-ক্রিয়া চ।" (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ—৬।৮)

"ইচম্ চম্বা অহিংবা জীব অমগী (ordinary living entity) হকচাংগুম্না ইবুংঙোগী হকচাং লৈতে। ইবুংঙোগী body গা ইবুংঙোগী soul গা কয়িমত্তা থেল্লদে। ইবুংঙো মহাক শুমথৈ নায়দবা মপুঙ্‌ফাবনি (Absolute নি)। ইবুংঙোগী ইন্দ্রি পুম্নমক অসি, মীওইবনা থংডম্‌দবনি, হ য়বদি লাইগী থোওংনি (transcendental নি)। ইবুংঙোগী ইন্দ্রি ময়ামগী মনুঙ্‌দগী ইন্দ্রি অমখক্তনা অতোপ্পা ইন্দ্রি খুদিংমক্কী তোঙান-তোঙানবা থবকশিং অদুবুস্নু তৌবা ঙম্মী। মরম অসিনা, কনাগুম্বনা ইবুংঙোদগী হেনবস্নু লৈতে, নত্রগা মান্নবস্নু লৈতে। ইবুংঙোগী শক্তিশিংদি শিংথাবা ওয়দবা মথল মথানি। অস্নুম তৌদুনা, ইবুংঙোগী শীংথানভাই ওইবা থৌদৌ পুম্নমক, ইবুংঙোনা ভোগ হায়না তৌরুবা নত্তনা, মহৌশাগী মপানা অদুম্নক ওইরকপা মথং মনাও নায়না চৎথরক্পগুম্না, অতৎপা লৈতনা অদুম্নক পাংথোক্ই।" (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ—৬।৮)

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মীওইবনা থঙ্‌ননবা হোৎনবা হায়বা অসি হায়কয় থঙ্‌দনা য়াম্না নুপ্রবা অমনি। বেদ, বেদান্ত, উপনিষদ, গীতা

ধর্ম্মশাস্ত্রশিংদা নমুনা মথল মথল পুথোক্ত্না তাক্লিবা পুম্নমক অসি, Supreme Absolute Truth or Absolute Reality নি হায়না খুঙমরীবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু খঙ্নবা তাকপমক্তনি। ভোইগুম্বস্নুং ইবুংঙো মহাক্তি time, space and causation গী রাংমদা লৈবা (মায়াগী রাংমা— গীতা ৭৷২৪, অমসুং মীওইবগী রাথলগী রাংমদা লৈবা) মরম্না, হায়বদি spiritual idea and perception ওইবা মরম্না, ঐখোয়গী মীৎনা উম্নিবা সংসারিকী মশক মওং নায়বা পোৎ অমবু তাকপগুম্না, ইবুংঙোবু কনামত্তনা তাক্পা ঙম্দে (রাইনা রাথলনস্নু কোঙ্বা মঙ্দে— গীতা ৮৷৯)। অত্থুম্নদি ওইরগা, ইবুংঙোনা অহিংবা ঈশ্বর অমা ওইনা মতম পুম্নমক্তা অমসুং মফম খুদিংমক্তা, মুর্ত্তি লৈবা ওইনস্নু, মুর্ত্তি লৈতবা ওইনস্নু লৈ হায়না (গীতা ৭৷২৪, ৮৷১০, ২০-২২) মীওইবগী পুক্নিংদা ফাওহল্লিবা অসি, অতৈ অমনা তোবা নত্তে, ইবুংঙো মহাক্না cause ওইত্তনা তোইহল্লিবনি। হায়বদি, ইবুংঙোদি, cause of all causes ওইবা মরম্না (সর্ব্বকারণ-কারণম— ব্রহ্মসংহিতা ৫৷১), মীওইববু অহিংবা জীব অমা ওইহন্দুনা (product of spirit and matter— গীতা ১৪৷৩,৪), ইবুংঙোনা মীগী হকচাং মমুঙ্দা মুর্ত্তি লৈতবা অধিযজ্ঞ ওইনা লৈত্তুনা (গীতা ৮৷৪), মীগী পুক্নিংদা ফাওহল্লিবনি। হায়বদি ইবুংঙোগী অচানবা মনায় অর্জ্জুন্দা দিব্যচক্ষু পিত্তুনা শ্রীরূপ মরুপ পীবগুম্না (গীতা ১১৷৮,৯), ইবুংঙোনা চান্বীবা ভক্তশিংগী মফমদা শ্রীরূপ-পু পুক্নিংদা ফাওহন্বীবনি (গীতা ১২৷২)। ইবুংঙো মচাক লৈবত্তনা মরম ওইত্তুনা, relative or sense world গী মমুঙ্দা অহিংবা জীব (living entities গীতা (১৪৷৩, ৪)(১৫৷৭) অমসুং হিংনবা পোৎ পুম্নমক (গীতা ৭৷৪) অমগা অমগা মতেঙ্ পাংথিরত্তুনা পুন্না হিংমিন্নবনি অমসুং লৈমিন্নবনি (গীতা ১১৷৭)। নুমিৎ, থা, থরানমিচাক, গ্রহ, উপগ্রহনচিংবা মা-মাগী মথো পুম্নমক মুক্তায় কায়হন্দনা ইবুংঙোনা তোইহল্লিবনি (ইবুংঙোগী অখোইবী জীব কৌবী প্রকৃতি, হায়বদি ইবুংঙোগী

superior energy না ওইবা living entities শিংনা জগৎপু পুরিংবনি, হায়বদি function তৌহল্লিবনি —গীতা ৭।৫) হায়না মীওইবগী পুক্লিংদা কাওরবস্নু, ইবুংঙোগী অহিংবা শ্রীরূপ-পু মীওইবনদি য়াহৈনা, নরূপা য়াথলনা ফোংদোক্পা ওমদে (গীতা ৮।৯)। মীওইবদি হায়রুনু, লাই অমস্নুং হিংচাবা কাওবনা ইবুংঙোবু খঙ্বা ওমদে হায়না অর্জুন-না গীতাদা ফোংদোক্লি, মহুদি—

"হে ভগবন্! ইবুংঙো নহাক্না ফোংদোক্পিরিবা রূপ অসি লাইশিংনস্নু হিংচাবশিংনস্নু খঙ্বা ওমদে।" (গীতা ১০।১৪)

য়াকম অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মশামকস্নু গীতাদা ফোংদোক্লি, মহুদি—

"মী মথল লিশিংগী মনুঙ্দা মী অমতংদনা perfection ওইনবা হোৎনৈ। অদুগুম্বা perfection ওইনবা হোৎনরীবা মীশিংগুগী মনুঙ্-দস্নু কনাগুম্বা অমখক্তংনা ঐবু (শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু) শেংনা খঙ্বা য়ানা থোক্কই।" (গীতা ৭।৩)

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু বেদ, বেদান্ত, উপনিষদ, গীতানচিংবদা মূর্তি লৈবা ওইনস্নু, মূর্তি লৈতবা ওইনস্নু হায়রীবগী মরমদি অতৈ করিমত্তা নত্তে, মূর্তি লৈবা ফীভম মতাস্নু, মূর্তি লৈতবা ফীভম মতাস্নু, ফীভম অনিমক্ পুম্‌পুন্ পুন্না, অমখক্তা ওইনা, ইবুংঙোনা ওইবননি, মহুদি—

"ফোংদবা মশক ওইনা, (মূর্তি লৈতবা ওইনা) ঐনা পুম্নমক্তা শিন্‌বা থুই। লেঙ্লি পাল্লিবা জগৎ পুম্বনা ঐগী হকচাং মনুঙ্দা লৈ (মূর্তি লৈবগী মনুঙদা লৈ), অদুমকক ওইহুনস্নু, ঐহাক্তি মখোয়দুদা লৈতে।" (গীতা ৯।৪)

"Supreme Lord তি চৎলি অমস্নুং চৎতে (মূর্তি লৈরবতদা, চৎপা চৎতবগী য়াহৈগা মরী লৈনৈ)। ইবুংঙো মহাক্তি য়াম্না লাপথ্রবা মকমদা লৈরবস্নু, য়াম্না নক্থ্রবা মকমদস্নু লৈ (মূর্তি লৈত্রবতদা, মতম অমৎতদা,

অয়াম্প্রনবু অনকপন্দ্রু পূর্ণা লৈবা য়াউ)। অদুগা অমুকতু পূর্ণমকী মপান্দগী লৈ (পূর্ণমকী মপান্দা লৈবা হায়বা য়াহৈনা খণ্ড্‌নবদি. মূর্তি লৈবা ইকুং-ঙোগী হুকচাং মনুঙ্‌দা পূর্ণমক্তা লৈবা হায়বনি)।" (ঈশপনিষদ মন্ত্র ৫শুবা)

"আদি ওইবা Supreme Lord গোবিন্দনা (মূর্তি লৈবনা) মহা-কী plenary গী শক্তক মচেৎ অমথক্তংনা, জগৎ ব্রহ্মাণ্ড পূর্ণমক্তা চঙ্‌ঙনা লৈ। ইবুংঙো মহাক্না universe কী মনুঙ্‌দস্থু, অদুগা universe কী মনুঙ্‌দা লৈবা atom শিংগী মনুঙ্‌দস্থু লৈ (মূর্তি লৈতবতনা মতম অম-দদা, universe কী মনুঙ্‌দস্থু atom শিংগী মনুঙ্‌দস্থু লৈগনি)। মহাকী বিরাট ওইবা মূর্তিনা জগৎ পুম্নগী মপান্দস্থু লৈ. অদুগা অন্তর্যামীন ওইনা (মূর্তি লৈতবা ওইনা) পূর্ণমকী মনুঙ্‌দস্থু লৈ।"

(ব্রহ্মসংহিতা ৫।৪)

(শ্রীকৃষ্ণ ভগবানন্না ব্রহ্মাদা তম্বীশিবা শ্রীমদভাগবতংতা য়াওবা চতুঃশ্লোকী।)

"অহমেবাসমেবাগ্রে নান্যদ্ যৎ সদসৎ পরম্।
পশ্চাদহং যদেতচ্চ যোহবশিষ্যেত সোহস্ম্যহম্॥" (ভাগঃ ২।৯।৩২)

"সৃষ্টিগী মমাঙ্‌দা ঐ ইতোমতা লৈরম্মী, সৎ-স্থু (existence স্থু) অসৎ-স্থু(non-existence স্থু) কনামত্তা লৈরমদে। তাইবংপান লোমপ্রবা ভুংদস্থু ঐ অদুম্মক্ লৈ। তাইবংপানবস্থু ঐ-নি, অদুগা প্রলয়গী তুংদা লৈহৌই হায়বা অদুস্থু ঐ-নি।" (ভাগ: ২।৯।৩২)

"সংসারদা লৈবা জীব পূর্ণমকপু মা-মাগী কর্ম ফলগী মতুঙ্‌ ইন্না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানন্না (মূর্তি লৈবনা) য়োকপীবা মপুনি। ইবুংঙো মহাক্না, মহাকী plenary portion না হুকচাং লৈবা জীবশিংগী থম্মোয়দা লৈ (মূর্তি লৈতবা ওইনা থম্মোয়দা লৈ)। যোগী, ঋষি, ভক্ত বৈষ্ণবনা মসিগী অশেঙ্‌বা শক্তকতু মনুঙ্‌দস্থু মপান্দস্থু উবা ফংদুনা শান্তি ওইনা মতম পূর্ণমক্তা লৈ।" (কঠঃ উপনিষদ ২।২।৩)

"ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি হে অর্জুন ! ঐনা নংগী মকমদা পেল্লহুনা মঙালগী মশক ওইবা, ওমথৈ লৈতবা (মূর্তি লৈতবা), পুম্মমক্কী অহানবা ওইবা, পুম্মমক্কী অথোয়বা বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী মওং ওইবা (বিশ্বমনন্তমাদ্যং— the original unlimited entire universe) ঐগী রূপ অসি (মূর্তি লৈবা), ঐগী যোগশক্তিনা মরম ওইদুনা নঙোন্দা উৎলবনি। মসি নহাক নত্তনা কনাগুম্বা অমত্তনম্বু মমাংদা উখিদ্রিবনি।" (গীতা ১১॥৪৭)

"দেহ দেহি বিভাগোহয়ং নেশ্বরে বিদ্যতে কচিৎ।"

—চৈতন্যচরিতামৃত, অন্ত্যলীলা, পঞ্চম পরিচ্ছেদ।

"Shri Krishna Bhagavan is The Absolute Truth, His body, mind, and He himself are one and Absolute."

অস্থুম হায়না কোংদোকুপস্থু ফোংদোক্কবস্থু পুল্লপ পুল্লবা ভাবনা শাবা মূর্তি লৈবা অহিংবা Absolute supreme person অমা ওইনা (বীজ প্রদ : পিতা— Krishna's seed giving process as the original father), গীতা ১৪॥৪) ইবুংঙো মতোমতদা ওইরবস্থু, মী মথল মথল অমুগী পামজবগী মত্তুঙ উন্না মূর্তি লৈবা ওইনস্থু, নত্রগা মূর্তি লৈতবা ওইনস্থু, তোপ্পা-তোপনা পুক্লিংগী স্ত্রান্না উজনবা অমস্থুং খঙজনবা ইবুংঙোনা পীবি। রাকম অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদা কোংদোক্লি, মথুদি—

"মীহুনা ঐবু নিঙ্বা অমুগুম্না (মাং প্রপদ্যন্তে— Surrender unto me), ঐনস্থু (কৃষ্ণ ঐনস্থু) মহাকপু অমুগুম্না মতৌ অতুদা খঙহল্লি (ভজাম্যহম—do I reward)।" (গীতা ৪॥১১)

মরম অসিনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মূর্তিবু পামজবা ভক্ত, বৈষ্ণব, সাধু, গোস্বামীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী দিব্য রূপ-পু কংজে। গীতা (৭॥১৯,২৩), (৮॥৭),(৯॥১৩,১৪,২৫,২৯,৩৪),(১০॥১০)(১১॥১৩,৫৪),(১২॥১৬-২০),(১৪॥ ১৯,২৭)(১৫॥১৯)(১৮॥৪৬,৫৫,৬২,৬৫,৬৬,৬৮)॥ অমুগা মূর্তি লৈতবা মঙালগী

কীতম-মতাবু পায়্‌জবা জ্ঞানী অমসুং যোগীশিংনা মুক্তি লৈতবা self, আত্মা, পরমাত্মা, Impersonal Brahman অমসুং Being গী কীতম-মতা ওইনা দরশন কংহল্লি। গীতা— (২॥৭২), (৪॥২৪), (৫॥১৬,২১, ২৪-২৮), (৬॥৭, ২০, ২৪, ২৫, ২৮), (৮॥৮), (১০॥২০, ২২,৩৮) (১৩॥২৪) (১৫॥১০)।

ধর্ম শাস্ত্রশিংদা তাক্লিবা মথক্কী মাকমশিং অসিদগী ঐখোয়না খঙ্‌বা ওমলে, মতুংদি, ইবুংঙোগী রূপ-তি মীওইবগী হকচাংগুম্না মীৎনা উবা হকচাং লৈবা জীব পুম্নমক্কী হকচাংগুম্বা নত্তে, মরমদি ইবুংঙোগী soul গা body গা করিমত্তা খেন্নদে (মথক্তা পনগ্রবা শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ ৬॥৮, অমসুং গীতা ৯॥১১)। বেদ, বেদান্ত, উপনিষদকী লাইনিং লম্বেলগী মতুং ইন্নদি, মীৎনা উবা মীওইবগী হকচাংগুম্বা অহিংবা জীব থুদিংমক্কীদমক্তদি হকচাংগা জীবাত্মাগা তোঙান-তোঙানবা পোৎশক অনিনি, মরমদি হকচাংদি হোংদোক-হোংজিন লৈবা, মাঙ্‌বা নায়বা (শিবা) অমসুং মওং নায়বনি (গীতা ২॥১৩), অমসুং জীবাত্মাদি হোংবা লৈতবা অবেপ্পনি, মাঙ্‌দবনি অমসুং মশক মওং লেপ্পা ওম্‌দবনি (গীতা ২॥১৮)। মরম অসিনা, ইবুংঙোগী হকচাং ঐখোয় মীওইবগী হকচাংগুম্বা নত্তে, মাগী হকচাংপুম্বা spiritual body নি, হায়বদি soul গা body গা করি মত্তা খেন্নবা লৈতবনি। মাথক অমত্তোমদগী, মীওইবগী হকচাংদি contaminated material body নি, হায়বদি পোৎচাক্লা শেখা প্রকৃতিগী সত্ত:,রজ: অমসুং তম: গুণ অহুমনা তিন্নবা (গীতা ১৪॥৫),মায়াগী মশক ওইবা, শোংদবা, মাঙবা নায়বা, অবেপ্পা লৈতবা, ওইদবদা অওইবা মালহনবা হকচাংনি (শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী যোগমায়ানা ওইবা হকচাংনা জীবাত্মাবু কুপশিনবনি—গীতা ৭॥২৫)। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদি খ্বাইদগী চাওবা, মতোম্‌তা ওয়বা, (পুরুষোত্তম) Absolute person নি, অমসুং অদুগুম্বা Absolute person অদুগী soul গা body গা করিমত্তা খেন্নবা লৈতবা মরমনা, প্রকৃতিগী ওইবা অমাংবা পোৎশক

নত্তবা spiritualityগী ওইবা body, bones, senses, organs and nerves লোইনমক স্নুনা ইবুংঙোগী লৈয়বস্নু (spirituality গী ওইবা মূর্ত্তি লৈয়বস্নু), মখোয় পূর্ণমকসি, প্রকৃতিগী থুৎশেমগী ওইবা material world গী মচুঙ্-দংঙা লৈবা অহিংবা জীবশিংগী হকচাংগুম্বা নত্তবনা, মখোয় অদু স্নুকলৈ লৈতে হায়না (material গী ওইবা মূর্ত্তি লৈতে হায়না) বেদ, উপনিষদলচিংবদা কোংদোক্নি, মচুদি—

"হকচাং লৈত্তবা, শিংলি-নাওবা য়াওদবা (material গী ওইবা মূর্ত্তি লৈত্তবা) পুমশেং-শেংবা অমসুং অমাংবা অমত্তা য়াওদ্রবা, য়েলহৌ-হৈদগী হৌনা মীপুম খুদিংমকী অনিঙ্‌ববু থুংহল্লবা, self-sufficient philosopher ওইবা (স্বয়ম্ভু মনীষী) অদুগুম্বা পুরুষোত্তম অদুবু (spirituality গী ওইবা মূর্ত্তি লৈবা অদুবু) খ্বায়দগী চাওয়বা অমনি হায়না থ'ক্লৈমক শেংনা খঙ্‌গদবা ওই।" (ঈশোপনিষদ মন্ত্র ৮শুবা)

মাখল অমযোমদা হায়রগা, হকচাং লৈবা জীবশিংনা হিংজুনা লৈরিংবা কীওম-মত্তা অসি, প্রকৃতিদগী থোকপা সত্ত্ব:, রজ: অমসুং তম: কৌবা গুণশিংনা জীবাত্মাবু কাবঙা খদনা মরম ওইজুনা (গীতা ১৪।৫), জীবাত্মাগা body and mind গা তোঙান-তোঙানবা পোৎশক ওইজুনা, মুখ অমধক্কংগী মচুংদা তোঙান-তোঙানবা কা-দা শমনহনলনা লৈহনবগুম তৌই, গীতা— (৭।১২), (১৩।১৬,৩২)। তৌইগুমসুং ইবুংঙোদি অদুগুম্বা প্রকৃতিগী ওইবা হকচাংদগীসু তোঙানবা, জীবাত্মাদগীসু হেনবা পুরুষোত্তম ওইবা মহাত্মা (individual soul দগীসু হেনবা supersoul or supreme personality of godhead ওইবা মহাত্মা) (গীতা— ১৫।১৭, ১৮), মখোয় পূর্ণমক অসিবু পুমকোন কোনশিনবা, অমথক্তা ওইবা মপুম, complete and Absolute whole হায়না খঙ্‌নবা Absolute Reality ওইবা মপুঙ্ কাবা মপুম অম: ওইনা লৌই। হায়রবদি, ঐখোয়না অদুগুম্বা কীওম-মত্তা অদুবু শান্তি মন্ত্রগী অহোইবা শ্লোক, হায়রবদি "ওঁ পূর্ণমদঃ পূর্ণমিদং পূর্ণাৎ পূর্ণমুদচ্যতে। পূর্ণস্য

পূর্ণমাত্রায় পূর্ণমেবাবশিষ্যতে।" শ্রী রাধাকৃষ্ণদা কোংদোক্লিবা সৎ-চিৎ-আনন্দ বিগ্রহ স্বরূপ, হায়বদি ভাবনা শাবা Complete and Absolute whole অহুঙ্গনি হায়না থম্মুনা, ইবুংঙোগী spiritual mind body, bones, senses, organs অমসুং ইবুংঙো মশামকুন্ত করিমত্তা থেয়দনা মপুঙ ফাবা অমথক্তা ওইবা পুরুষোত্তম ভগবান, the supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ওইনা লোই। মায়া শয়া হায়রবদা, ইবুংঙোগী soul গা body গা করিমত্তা থেয়দে, মরমদি মূর্ত্তি লৈবগা মূর্ত্তি লৈতবগা অমথক্তা ওইবা spiritual body নি, অদি গুনে হায়বনি। ইবুংঙোগী spiritual body লৈবগুম্বু, মীওইবা ঐখোয়না সংসারিকী জাতদা (গীতা—১৮।২২)material body ওইনা উহুনা, soul গা body গা অদি থোক্না উরবগু, spirituality গী জ্ঞান-রুচি—গীতা (১৩।২,১১), (১৮।২০), ইবুংঙোগী soul গা body গা করিমত্তা থেয়দনা (তত্ত্ব বস্তুবশিংগী উপ্তরূপ ওইনা —গীতা ৯।১১), spiritual body না ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানমবু, মূর্ত্তি লৈবা অমসুং মূর্ত্তি লৈতবগী অপুনবা অমথক্তা ওইনা, ভক্ত, মুনি, যোগী, ঋষিশিংগী জ্ঞানগী মিৎয়েংদা উই।

Spiritual universe অমসুং material universe অনিমক কোন্‌শিন্দুনা মপুঙ, ফাবা মপুম অমথক্তা ওইহনখিবা অসিবু, Absolute হায়বা রাডে অসিনা থম্ব নৈ। অহুঙ্গবা মপুম ওইবা অমথক অহুগী মপুঙ লৈবা পুম্নমক অমগা অমগা মরী লৈনহুনা মপুম অহুম্মক ওইহনখিব অসিবুম্বু, relative হায়বা রাডে অসিনা থম্ব নৈ। অসিগুম্বা absolute অমসুং relative হায়বা রাডে অনি অসিনা থবক ওইনা ঐখোয়না তৌহুনা, মতুংগী থোক্লকপা ফল অনি অহু মায়দে, তোঙান্‌-তোঙানবনি হায়না পুথোকুনা, হৈ-শিংলবা অমসুং জ্ঞান লৈবা মহৰি, জ্ঞানী অমসুং যোগীশিংনা কন্না কোৎনৈ। অসুম হায়না রাডে অনি অসিনা থবক ওইনা তৌহুনা, মতুংগী থোক্লকপা ফল অনি অহু থেৱৈ হায়না মীয়ামদা

খঙ্ হন্নবা হোৎনবদগী, মমৈ ইংকোন্ কোন্বদা মখোয়দা অতুক কান্নবা কংলকপা হায়বদু, খঙ্গে ভাল্লিবা Absolute ওইবা মপুম কাবা অমখক্ অতুগী থুনম খজিক্কুং কাওবা লৈহৌদনা; অমগ-অমগা করিমত্তা মরী লৈনদবগী মতৌ-মওং অমা ওইরকই, অমসুং মহুবু মীওইবগী রাইনা অমসুং লোয়না কোংদোকপস্থ ভমলয়োইদোবা থাক্ অমা (negative relativity) য়োয়কই। রাইয় অময়োমদ। হায়রগা, ভিন্নশিন্বদগী ওইখিবা অমথক্তা ওইবা মপুম কাব absolute পু খঙ্ননবা হোৎনবদা, থাইদোকপগী মতেঙ্ভনা (negative method ভনা— নেতি, নেতিগী method ভনা) হোৎনবদা, মপুম কাবা অমথক্কুং ওইবা absolute পু মপুঙ্ কানা নিংখিজনা খঙ্বা ঙমদে। অসিগুম্বা negative কী method অসি শিজিন্নহুনা অতুক ওইরকপা য়াবা অমসুং খঙ্লকপা য়াবা হায়রবু, অতুগুম্বা মীশিংহুগী মরল্লায় ওইবা, ভাবনা শাবা জ্ঞান অমা কংলক্কনি, হায়রদি Absolute অসি মওং লৈতবা অমসুং মগুণ অমত্তা য়াওদ্রবা, অতুগুম্বা অমনি হায়না খঙ্লক্কনি : মগুণ য়াওদবা হায়বা অসি মগুণ য়াওবগী ওয় ভৈনবনি। মরম অতুনা, মগুণ য়াওদবা হায়বা অতুসু, মগুণ য়াওবা হায়বা অতুগা মরী লৈনৈ (relation লৈনৈ)। Absoluteপু খঙ্ননবা অসুম হায়না negative কী methad অসিনা থিংদোকপনা, মমৈথঙ্দা অতুক্ খঙ্লক্কদবা হায়রবু,মুক্তি লৈতবা Impersonal Brahman হায়না খঙ্নবা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী দিব্যরূপ-কী মশাঙদগী ফুরোয়কপা ব্রহ্মজ্যাতিগী (spiritual sparks কী) মশক ওইবা মুক্তি লৈতবা (negative relativity ওইবা) অতুতবু ওইগনি. গীতা (৯।২৪), (১৩৬,২১, ২৪-২৮), (৬।২৮)। অসুম তৌহুনা, soul গা body গা করিমত্তা খেন্নবা লৈতহনদুনা, মুক্তি লৈবস্থ মুক্তি লৈতবস্থ পুন্নপ ওইহুনা spiritual body ওইরীবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ ৬।৮), খঙ্জবা অমসুং দরশণ তৌজবা জ্ঞানী অমসুং যোগীশিংনা কংজদে। অসিগুম্বা রাকম অসি গীতাদস্থ কোংদোক্লি, মহুদি—

"দেবতা অমসুং মহর্ষিশিং কনামত্তু ঐগী অবতারগী অথুপ্পা থৌ্বা উমদে। মরমদি ঐ অসি (কৃষ্ণ ঐ অসি) দেবতাশিং অমসুং মহর্ষিশিং পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইরি।" (গীতা ১০।২)

হৌজিক্কী যুগকী scientific knowledge গী মাখলয়োমদা থম্নু-মখক্তু, positive relativity গা (অভেদ-গা) negative relativity গা (ভেদ-গা) পুন্নগা মপুম ফাবা absolute অমা হায়বা অদু ওইগদবনি, হায়বদি কল্পবতদু থৌ্লগা পোৎ অমদু ফঙ্গবনি, নত্রগা ফঙ্গদবনি হায়বা ওমলোয়, কঙ্গবসু ফঙ্গদবসু পুম্না থৌ্লবা কান্দতা, হায়বা ওম্পনি। থাঙ্গেপেংবমক্তি, মপান্দসু মসুড্ দসু ঈশ্বরমক্তনি। মৈদগী মৈশা মঙাল থোরক্পগুম্না, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী তোঙান-তোঙানবা energy না মরম ওইদুনা, ঐখোয়না উবিবা পোৎ পুম্নমক্সি বিকাশ তৌরক্পনি। অসুম তৌদুনা তোঙান-তোঙান্বা, অমত্তা যাম্নজবা energy শিংগী মসুড্ দা, অমত্তা ওইবা পোৎশক অমা ওইনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান লৈরী, (গীতা ৭।৭)। পুম্নমক অসি অমত্তা ওইরবসু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী parts and parcels ওইরীবা মশীং লাক্পা উমজবা অমসুং complete unit ওইরীবা living entities শিংগী senses না সুংঙাইবা ফংলিবা অদু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মশাগী মূর্তি ওইবা মওং লৌদুনা সুংঙাইবা ফংলি। হায়বদি constitutional position গী মতুং ইন্না, living entities শিং অসি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী eternal servitude ওইবা মরম্না, living entities শিংনা সুংঙাইবা ফংলিবা পুম্নমক, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানসু সুংঙাইবা ফংলি। মরম অসিনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না supreme Absolute Truth or Absolute Reality নি, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী soul গা body গা করিমৎতা খেন্নদে অমৎতনি, spiritual body নি। ইবুংঙোগী থৌজাল ফংলবা অর্জুনগুমলবা ভক্ত, বৈষ্ণবশিংনা ইবুংঙোগী শ্রীরূপ-পু (মূর্তি লৈবা অমসুং মূর্তি লৈতবা অনিমক, অমত্তদা পুন্নবা ভাবনা শাবা Absolute form বু) থম্মোয়মুংদা জ্ঞানগী মিৎয়েংতনা দরশণ ফংজবনি।

গীতা (৪॥১০), (৫॥১৬), (৭॥১৯, ২৩, ৩০), (৮॥৭), (৯॥১৩,১৪,২৫,২৯;৩৪) (১০॥১০), (১১॥১৩,৫৪,৫৫), (১২॥২, ১৩–২০), (১৪॥১৯,২৭), (১৫॥১৯), (১৮॥৪৬,৫৫,৬২,৬৫,৬৬,৬৮)।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু ঐখোয়না মিৎনা উবা ঙমদে হায়রুনা, ইবুংঙো মাবু মশাগী ওইবা মূর্ত্তি অমা (personal existence) লৈতবনি হায়বস্সু য়াদে, মরমদি ইবুংঙোবু উবা য়ানবা অর্জুনদা দিব্যচক্ষু পীখিবা অদুগুম্বা (গীতা ১১॥৮) ঐখোয়গী লৈতবননি। ইবুংঙোগী থামদি material sky গী য়াংমদা লৈবা (time, space and causation গী য়াংমদা লৈবা), অমসুং spiritual sky গীদি মনুঙদা লৈবা, খ্বায়দগী য়াংলবা মফম, ভাবনা শাবা গোলোক বৃন্দাবন হায়না খঙনবা (গীতা ৮॥২১, ১৫॥৬) অদুদনি। খ্বায়দগী চাওরবা ঈশ্বর শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী য়াদি থম্বু থমখিসি, spiritual sky দা লৈবা ইবুংঙোদগী হন্থবা লাইময়াম কাওবা (demigods) spiritual body অমমম্ ওইনা লৈরিবনি। (Material না শেম্বা, হায়বদি প্রকৃতিগী গুণ অহুম্না শেম্বা মীওইবগী contaminated body গুম্বা (গীতা ১৪॥৫) নত্তবা, spiritual body অমমম্ ওইনা মথা হন্থবা লাইশিংনা লৈরিবনি।) খুদম—-বিষ্ণু ভগবান, নারায়ন ভগবান, মহাদেব ভগবান-নচিংবা। ধর্ম্মশাস্ত্রশিং নৈনবদগী থোক্লকপা লাইনিং লম্বেলগী য়াথলয়োমদা থম্মুরবদি, ঐখোয়না থাঙ্গৎমকপেংনা খঙলক্লে, মদুদি Absolute Truth or Absolute Reality নি হায়না খঙনরীবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না, খ্বায়দগী চাওবা spiritual body লৈবা (soul গা body গা খেন্নবা লৈতবা) অহিংবা supreme personality of god head নি, (ব্রহ্মসংহিতা—৫॥১) (গীতা—৭॥১৯) (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ—৬॥৮)। খ্বায়দগী খঙ-হৈরবা philosopher না কাওবা য়াগী ভাবনা শাবা জ্ঞাস্সুনা, ইবুংঙোবু কৈদৌউৈদসু খঙবা ঙমলোই, মরমদি মীগী জ্ঞান-দি material-sense-atmosphere গী মনুঙদা লৈবা, হায়বদি time, space and causation গী মনুঙদা

লৈবা জ্ঞান-নি। মাদুগী অমরোমদা হায়রগা, মীওইবগী জ্ঞান-দি প্রকৃতিদগী থোকপা সত্ত্বঃ, রজঃ, তমঃ, কৌবা গুণশিংনা ওইহনবা জ্ঞান-নি অমসুং imperfect নি, (গীতা ১৪।৫-৮)। অদুগুম্বা জ্ঞান অদু নত্তবা ক্ষেত্র (হকচাং) অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ (হকচাংগী মপু) অনিমক্ অদুবু পুম্না খঙ্‌লিবা অদুগুম্বা অশেংবা জ্ঞান (জ্ঞানম— গীতা ১৩।২), নত্রগা ঈশ্বরতত্ত্বগী জ্ঞান (গীতা ৫।১৬) অদুত্তনা, spiritual atmosphere গী মফমদা spiritual body ওইনা লৈবা, গীতা — (৭।২৪) (৮।২০,২১) (১৫।৬) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু খঙ্‌বা ঙমগনি।

জগৎ-সংসারদা লৈবা মীৎ০ী উবা অমসুং উত্রবসু জাত্রা লৈ হায়না খঙ্‌লিবা পোৎ অমত্তনা মশাগী ওইবা মঙাল লৈতে, হায়বদি মঙাল পুথোকপা ঙমদে। ইবুংঙোদি পুমিৎকুম্না মশানা ঙান্‌জরবা (গীতা ৮।৯ স্বপ্রকাশনি (self-effulgent নি, ভাগবত— ১।৩।৬৮)। ইবুংঙোদি মঙালগী মঙালনি (গীতা ১৩।১৭)। নুমিৎতা, থাদা, মৈদা লৈরিবা মঙাল্লা পুম্নক ইবুংঙোগী মঙালনি (গীতা ১৫।১২)। ইবুংঙোগী transcendental ওইবা হকচাংদগী ব্রহ্মজ্যোতি হায়না খঙনবা, spiritual sparks কুম্বা মঙাল ফুদোরকই (ব্রহ্মসংহিতা ৫।৪৯)। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী তত্ত্ববু খুদম ওইনা মীয়াম্না খঙ্‌ননবা পুথোক্লনা তাক্লিবা বিষ্ণুপুরাণদা (৬।৭।৬১) অসুম্না হায়রী, মদুদি—

"শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না spiritual atmosphere গী মফমদা লৈবা থায়দগী মাংলবা ধাম গোলোক বৃন্দাবন, নত্রগা কৃষ্ণলোক হায়না খঙ্‌নবা অদুদা spiritual body ওইনা সুকলেঙ্‌ লেঙ্‌দনা লৈরবসু, মৈ-না মৈশা অমসুং মঙাল মাগী অকোয়বদা শন্দোক্পা অদুগুম্না, ইবুংঙোগী তোঙান-তোঙানবা energy না (ব্রহ্মজ্যোতিগী মঙালনা) মকম খুদিংমক্তা ঙমখৈ লৈ চনা ফুদোরকই। ইবুংঙোগী তোঙান-তোঙানবা energy শিং মশিং লাক্পা ঙমদবনি। অদুবু ঐখোয়না চাওরাক্না মরু ওইনা category অহুম থোক্না খায়দোক্পা য়াই, মদুদি (১) মফমদ্‌ থংবা শক্তি

(internal potency), (২) চিদাইগী শক্তি (marginal potency), অমসুং (৩) বপানথংবা শক্তি (external potency)। Category খুদিংমক্তা মথক মচা-মচা ওইনা (sub-head ওইনা) লথা-লথা অমুক্ন্দ্র হাওরি। প্রকৃতিগী মঙুঙ্দা ওইরীবা থৌওং পুম্নমকপু, হায়বদি সুংশিৎ, মঙান, নোংনচিংবাবু শাসন তৌহল্লিবা ইবুংঙোগী মথা হুম্বা লাই মরাম (demigods) অমসুং অহিংবা জীব পুম্নমক, মীসু হাওনা, marginal potency গী মঙুঙ্ চল্লি। Material world না ইবুংঙোগী external potency নি। Spiritual sky না ইবুংঙোগী লৈকম ওইবা internal potency নি। অসিগুম্বা ইবুংঙোগী শক্তি মরাম অসিনা তোঙান-তোঙানবা মূর্তি লৈবা লাই, মী, অচৎ-চত্ত পুম্নমক ওইহন্দুনা, মথোয়দা তোঙান-তোঙানবা শক্তি পিশিন্দুনা জগৎ সংসার পুম্নমক চালায়রীবনি। অমুম তৌদুনা মূর্তি লৈবা ইবুংঙোনা, মাগী মূর্তি লৈতবা ব্রহ্মজ্যোতিবু (energy বু) তোঙান-তোঙানবা মূর্তি লৈবা ওইহন্দুনা, জগৎ সংসার পুম্নমক চলাইরিবনি।"

Vedanta philosophy গী মতুং ইন্না potent (শক্তি চেনবা জীব) potency (শক্তি) অনিগী করিমক্তা থেন্নবা লৈতে, পোৎশক অমত্তনি, মৈগা মাগী মৈশা অমসুং মঙালগা লৈনরীবা মওং অদুগুম্বনি। মরম অসিনা, পুম্নমক অসি মুন্না থিজিন্নরবদি, মূর্তি লৈবসু মূর্তি লৈতবসু পুন্না অমথক্তা ওইবা, soul গা body গা থেন্নদবা supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি।

বেদ, বেদান্ত, উপনিষদ গীতানচিংবা ধর্মশাস্ত্রশিংদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু খঙ্ননবা তত্ত্ব ভাকপদা, basic Truth মঙাথক লৈনরী, মদুদি (১) ঈশ্বর (supreme controller), (২) জীব (the controlled living entities including subordinate gods), (৩) প্রকৃতি (material nature), (৪) মতম (the duration of existence of the whole universe including the material nature),

অমম্লুং(৫)কর্ম্ম(activity)। Basic truth মঙা অসি, মখোয় খুদিংমক্তী constitutional position শী মতুং ইন্না, ময়য়ায় ওইনা মতোম্‌তা লৈবা য়াদে। মখোয় পুম্নমক অমগা অমগা মরী লৈনহ্নুনা, ভাবনা শাবা মপুম কাবা Absolute whole ওইবা অমখক্তংগী মমুঙ্‌দা অমত্তা চোয়খোক্তনা লৈহ্নুনা, অমনা অমগী মতেঙ, পাংনহ্নুনা পূর্ণ্ণ হিংমিন্নবনি (গীতা ১১।৭), হায়বদি অহিংবা, eternal ওইবা অমম্লুং মপুম কাবা অমখক্তা ওইনা অক্লুম্বক লৈরবা ভাবনা শাবা Absolute Reality অক্লুবু ওইহন্‌বনি অমম্লুং ফুংঙাইহন্‌বনি। (বেদান্ত সুত্রভাষ্য:—১।১।১), (তৈত্তিরিয় উপনিষদ — ৩।১) (ব্রহ্মসংহিতা — ৫।১,৪৪,৪৯) (গীতা—৭।৭)। Basic truth মঙা অসিনা অমগ-অমগা মরী লৈননা থবক তৌবদগী মখাগীশিংসি ওইরকুই, মখুদি—

(১) Spiritual atmosphere শী মমুঙ্‌দা লৈবা থাক্ষদগী য়াং-গ্রবা ধাম ভাবনা শাবা গোলোকবৃন্দাবন, নত্রগা কৃষ্ণ লোক হায়না থঙ্‌নবা অক্লুদা (গীতা ১৫।৬), মপুম কাবা অমখক্তা ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না Absolute Reality ওইনা eternally অক্লুম্বক লৈ। ইবুংঙো মহাক নত্তনা, জগৎ সংসারগী অহিংবা অমম্লুং হিংদবা অমত্তনা মশাগী নঙাল লৈতে, হায়বদি ইবুংঙোদি স্বপ্রকাশনি, মঙালগী মঙাল-নি। গীতা— (৮।৯), (১৩।১৭), (ঈশোপনিষদ মন্ত্র ৪গুবা,) (ব্রহ্মসং-হিতা ৫।১), (ভাগবত ১।৩।২৮)

[২] ইবুংঙোগী হকচাংদগী কুন্দোয়কৃপা মঙাল (ব্রহ্মজ্যোতি—spiritual sparks or energy) ওমথৈ লৈতে। নুমিৎকী অকোয়বদা তেজ লৈবা পুথম মানবা অকোয়বা শক্তক অক্লুগা লোয়ননা মঙালনা মফম পুম্নমক্তা শন্দোকৃপা অক্লুগুম্না, নত্রগা মৈগী অকোয়বদা মৈশা অক্লুগা লোয়ননা মঙাল্‌ শন্দোকৃপা অক্লুগুম্না, ইবুংঙোগী energy ওমথৈ লৈত্তনা শন্দোক্লক্‌ই [ঈশোপনিষদ মন্ত্র ১৬ গুবা]। ইবুংঙোগী energy মথল অনি থোকই, মখুদি [১] অথোইবা প্রকৃতি [গীতা ৭।৫] [মসিবু

superior energy, নত্রগা spiritual atmosphere, হায়বদি ইবুংঙোগী বিভূতি রূপকীমতুং ইয়া ত্রি-পাদ বিভূতি হায়না খঙ্নৈ—spiritual atmosphere which is ¾th of the whole of universal form of infinity হায়না খঙ্নৈ ।)(২) অতোনবা মওংগী প্রকৃতি [গীতা ৭।৪] [মসিবু inferior enegy, নত্রগা material atmosphere, হায়বদি ইবুংঙোগী বিভূতি রূপকী মতুং ইয়া এক-পাদ বিভূতি হায়না খঙ্নৈ-material atmosphere which is ¼ th of the whole of universal form of infinity—গীতা ১০।৪১,৪২ হায়না খঙ্নৈ।] প্রকৃতি অনি অসিগী মপান থোক্পা করিগুম্বা অমম্তা লৈতে, গীতা—(৭।৬,৭)(১০।৮) ।

[৩] বিষ্ণু পুরাণগী মতুং ইয়া ইবুংঙোগী ওমথৈ লৈতবা শক্তিবু [অচিন্ত্য শক্তি—inconceivable potency] চাওয়াক্না মখল অহুম থোক্না খায়দোক্উ, মদুদি— [১] internal potency, [২] marginal potency, অমসুং [৩] external potency । Internal potency না ইবুংঙোগা লোয়নবা মকোক্ থোংবা লাই ময়াম, marginal potency না মথা হুম্বা লাই ময়াম, অমসুং external potency না material world দা লৈবা অহিংবা জীব অমসুং হিংদবা পোৎ পুম্নমকপুনি হায়না খঙ্হল্লি ।

[৪] spiritual atmosphere গী মমুঙ্দা লৈবা মথা হুম্বা লাই ময়াম spiritual body লৈবা মকনি, হায়বদি পোকপা শিবা লৈতে [গীতা ৮।১৫] । মকম অহু সিদ্ধি ফংগ্রবা মহাত্মাশিংগী লৈফম্নি । শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী internal potency না ওইবা মকোক্ থোংবা লাই অমমতু, spiritual atmosphere গী মমুঙ্দা লৈবা spiritual universe খুদিংমক্কী মপু [controller] ওইহল্লি । খুদম—পুরুষোত্তম, ত্রিভিকর্ম্মা, কেশব, মাধব, অনিরুদ্ধ, হৃষিকেশ, সঙ্কর্ষন, প্রদ্যুম্ন, শ্রীধর, বাসুদেব, দামুদর, জনার্দ্দন অসিনচিংবা ।

[৫] Material atmosphereগী মনুঙ্‌দা ইবুংঙোগী মথা হৱবা লাই ব্রহ্মা অমমত্ত্ material universe খুদিংমকী মপু [controller] ওইহল্লি। Material universe কী মনুঙ্‌দা লৈবা হকচাং লৈবা অহিং-বা জীব পুম্নমক, হায়বদি ব্রহ্মাদগীনা পিকপ্রবা কক্চেং কাওবা শিবা নায়বা জীব ওাক্তনি, [গীতা ৮॥১৬]। ব্রহ্মাগী আয়ু লাইগী চহিদা চহি ১০০ নি [ভাগঃ ৩॥১১॥৩৩,৩৬)। মরম অসিনা material atmosphere বু মৃত্যু লোক হায়রীবনি, [গীতা ৮॥১৬]। ব্রহ্মাগী চহি ১০০ মীওইবগী চহিদা 311 trillion and 40 million years নি। (লাইনিং লশেল Vol. I, page 112-113 দা য়েংবিয়ু।) লাইগী চহিদা সত্য (৪,৮০০), ত্রেতা (৩,৬০০), দ্বাপুর (২,৪০০); অমসুং কলি (১,২০০), চতুর্যুগ পুল্লপ পুল্লগা লাইগী চহিদা ১২,০০০ অমসুং মীগী চহিদা ৪৩,২০,০০০ নি। অসিগুম্বা চহি ১০০০না ব্রহ্মাগী সুংথিলগী মতমনি (গীতা ৮॥১৭), মীগী চহিদা কোটি ৪৩২ নি। অতুগুম্বা চপ্‌ মান্নবা মীওইবগী চহি মশীংনা ব্রহ্মাগী সুমিদাং মতমনি, (গীতা ৮॥১৭)। মহাক্কী সুমিদাং খুদিংদা খণ্ড প্রলয় ওই। খণ্ড প্রলয় খুদিংমক্তা material universe কী মনুঙ্‌দা লৈবা জীব পুম্নমকী হকচাং মাঙ্‌খিনি, শিখিনি, গীতা (৮॥১৮,১৯), (৯॥৭)। জীবাত্মাদি শিব লৈতবনিনা (গীতা ২॥২০) spiritual atmosphere দা চঙ্‌খিনি। Spiritual Sparks না ওইরীবা জীবাত্মাগা ইবুংঙোগা কৈদোউৱেদসু তিন্‌শিনবা হায়বা অতু লৈতে; অতৎ-অথম লৈতবা মরীমি লৈনৈ, মৈগা মৈশাগা লৈনরীবা মরী অতুগুম্বনি। ইবুংঙোদি eternal নি; মরম অদুনা, ইবুংঙোগা লোয়ননা spiritual sparks না ওইরীবা [ইবুংঙোগী মশাল্না ওইরীবা] জিবাত্মাসু অনি থোক্লা; তোপনা-তোপনা eternally অমুম্মক লৈরগদবনি; [গীতা—২॥১২, ১৫॥৭], [ভাগবত ১০॥৮৭॥৩০]। ব্রহ্মাগী সুংথিল ওইরকপদা, জীবাত্মা পুম্নমক হকচাং লৈবা জীব মম্নাম ওইনা অমুক থোয়রকনি [গীতা ৮॥১৯]। লাইগী চহি ১০০ শুরুদুনা ব্রহ্মা অমনা শিপ্পবদা, মাগী material universe মাঙ্‌খিনি; মহুৎ

মহাপ্রলয় হায়না খঙ্নৈ। ইবুংঙোগী law of material nature গী evolutionary cycle গী মতুং ইন্না; অককনবা মতম যুগ থরগীদমক material atmosphereগী মনুঙ্দা material universes লৈরকই অমসুং মাঙ্খি। অসুম হায়না natural activity অমা ওইনা অমসুং মতমগী খোঙচৎ অমসুং যুগ-কী মতুং ইন্না,হন্না-হন্না enternally অহুম্মক তৌহনা লৈরবনি; (গীতা ৮॥১৭-২১)।

[৬] পোকপ অমসুং শিব নায়রিবা জীব পুম্নমক মা-মাগী কর্ম্মগী মতুং ইন্না, প্রকৃতিগী evolutionary processনা মরম ওইহনা,অরাংবা থাকী, নত্রগা মথা হল্লবা থাকী জীব ওইনা পোকই,-গীতা(২॥২৭),(৮॥৬)।

(৭) আত্মা (soul) মখল অনি লৈ। অমনা minute particle soul (জীবাত্মা), অহুমগী অতোপ্পা অমনা supersoul (বিভু আত্মা নত্রগা পরমাত্মা)। মখল অনিমক হকচাং লৈবা জীবগী থম্মোয় মনুঙ্দা পুন্না লৈমিন্নৈ, (গীতা ৮॥৪, ১৩॥১৭) (কঠ উপনিষদ—১।২।২০)।

(৮) বৈষ্ণব, সাধু, গোস্বামীশিংগী (দ্বৈতবাদ Dualism) মীৎয়েংদা জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা তোঙান্-তোঙানবনি, গীতা (২॥১২), (৮॥৪), (১৩॥৩), (১৫॥৭), (কৃষ্ণ ঐগা ভক্তশিংগা তোঙান-তোঙানবনি খল্লি— গীতা ৯॥১৫) (কঠ উপনিষদ ২॥২॥১৩)(শ্বেতশ্বতর উপনিষদ ৫॥৯),(ভাগবত ১০॥৮৭॥৩০)। তৌইশুমসুং জ্ঞানী অমসুংযোগী-শী (অদ্বৈতবাদ monism) মীৎয়েংদা জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা অনি শুদে, অমত্তনি, গীতা (২॥১৭), (৬॥৩১),(৭॥৬),(১৩॥৩০) (ভক্তশিংগা কৃষ্ণ ঐগা তোঙানবা নত্তে, অমত্তনি খল্লি গীতা ৯॥১৫)।

(৯) বৈষ্ণব, ভক্ত,সাধু, গোস্বামীশিংনা Impersonal Brahman বু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতিনি হায়না খল্লি, (গীতা ১৪॥২৭) [ব্রহ্মসংহিতা ৫॥৪৯]। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণ, গোবিন্দ, ভগবান, পরমাত্মা, অমসুং পরংব্রহ্ম মমিং তোঙান্ তোঙান্ থোন্নজিনবনি, মথা অমত্তনি হায়না খল্লি। তৌইশুমসুং Impersonal Brahman বুদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতি,

হায়বদি জীবাত্মা ওইনা থম্লি, [অথোইবী জীব কোৎনী ইবুংঙোগী প্রকৃতি গীতা ৭॥৫]।

[১০] Material atmosphere গী মফুংদা লৈবা material universe অমগী মফুংদা conditioned living being ওইনা পোক্লিবা (মায়ানা শুমহৎলবা জীব ওইরীবা—গীতা ৭॥১৩) মীওইবনা, unconditioned ওইরবা মতমদা হায়বদি Krishna consciousness তা পূক্নিং লুপ্না মী ওইদুনা, থবক থুদিংমক god centred activity ওইহন্দুনা, ইবুংঙোগী dovetail loving devotional Service তৌদুনা, professional work, worship, prayer, meditation and love পুক্থা থানজনা অমত্তা ওইনা চৎথিরহন্দুনা, ইবুংঙোগী কৃপা ফংজরবদি (গীতা ১৮॥৬৬), মী অদু material atmosphere গী মপান লাম্থোক্পিদুনা, law of material nature গী রাংমদা লৈরগনি, অদুগা spiritual atmosphere গী মফুঙ্দা লৈবা spiritual universe অমদা spiritual body ওইনা অদুম্মক লৈরগনি, মীদুগী পোকপা শিবা লৈররোই। গীতা—(৮॥২০॥২১), (১০॥১০) (১২॥৬-৭)(১৮॥৬২)।

মথক্তা হায়রীবা পুম্নমক অসিদগী ঐখোয়না থম্ভবা ভুমলে, মদুদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতিনা মময় ওইদুনা,spiritual and material universes, অমসুং মখোয়গী মফুঙ্দা লৈবা মূর্ত্তি লৈবা লাউ ময়াম, মী, শা, হিংচাবা অমসুং হিংবা পোৎ পুম্নমক (বিষ্ণুপুরাণগী মতুং ইন্না, internal potency, marginal potency and external potency হায়না থম্ভনবা) ওইখিবনি। মরম অসিনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদা মূর্ত্তি লৈবসু মূর্ত্তি লৈতবসু, অনিমক্তা অপূনবা অমথক্তা ওইবা তাবনা শাবা Absolute Truth or Absolute Reality হায়না থম্ভনবা, Supreme personality of godhead নি। অসিগুম্বা কীতম-মতা অসিবু, মায়া শায়া গীতাগী মকম থম্লদা অমসুং ব্রহ্মসংহিতাদা কোংদোক্লি, মদুদি—

"হে ধনঞ্জয়! ঐগোন্দগী ভোগানবা ঐ নত্তবা অমত্তা লৈতে, আংগুংদা মণি মন্নাম লেংশিনবগুমনা পুন্নমক অসি ঐগোন্দা লেংশিল্লুনা লৈ।" (গীতা ৭।৭)

"জ্ঞানী ভক্তনা মপোক কয়ামক্কম পোকলুরগা অরোইবদা পুন্নমক বাসুদেবনি হায়বগী জ্ঞান কংথুনা ঐগোন্দা চত্ লৈ। অদুগুম্বা মহাত্মাদু অতাপ্ত্ বনি।" (গীতা ৭।১৯)

"হে অর্জুন! অদুপ মায়া খঙলুহুনা করি কান্নপদগে! ঐনা ঐগী অংশ মচেৎ অমত্তনা জগৎ পুম্বা পুত্থনা লৈহিবনি।" (গীতা ১০।৪২)

"সচ্চিদানন্দ মূর্তিনা মহাক্কী ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ পরমেশ্বরনি। মহাক আদি অমসুং গোবিন্দনি, মহাক কারণ-পুন্নমক্কী কারণনি অমসুং অনাদিনি।" (ব্রহ্মসংহিতা ৫।১)

## ১৫। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অমসুং ইবুংঙোগী মথা হন্থবা লাই ময়াম,মী, অহিংবা জীব অমসুং হিং-দবা পোৎ পুন্নমক্কী **Constitutional position** গী মরমদা খঙ্ হনবা, অমসুং মতুদগী থোরক্পা লাইনিং লম্বেলগী মরমদা খঙ্ হনবা।

### (ক) Constitutional position গী মরমদা খঙ্ হনবা।

(১) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মথা হন্থবা লাই ময়াম, মী, অহিংবা জীব অমসুং হিংদবা পোৎ পুন্নমক্কী constitutional position দি whole absolute ওইবা অহিংবা মপুম অমগী মচেৎ খুদিংমক্কা, মপুম মশামক অদুগা লৈননীবা মরী অমসুং ওইহল্লিবা কীডম-মত্তা অদুগুম্বনি। ইবুংঙোগী

মুর্তি লৈতবা ব্রহ্মজ্যোতিনা ইবুংঙোগা সুকথা থানদে, হায়রবসি পূর্ণ পূর্ণগা মশা অমত্তা ওইনা লৌই, থায়দোক্লবা সুকয়া য়াদে, গীতা (১০৷৮) (১৩৷১৩-১৬) (১৪৷২৭)। য়াহৈ অমরোমদা হায়রগা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতিনা ওইহল্লিবা spiritual atmosphere গী মমুঙ্দা লৈবা মশীং লাকপা ওমদবা spiritual universe ময়ামগী constitutional positionসু,অমসুং মখোয় খুদিংমক্কী মমুঙ্দা লৈবা মথা হন্নবা লাই মরাব, মহর্ষি, মহাত্মানচিংবগী constitutional position সু অমসুং ইবুংঙোগী ব্রহ্মজ্যোতিনা ওইহল্লিবা material atmosphere গী মমুঙদা লৈবা মশীং লাকপা ওমদবা material universe ময়ামগী constitutional position সু, (ব্রহ্মসংহিতা ৫৷৪৯), অমসুং মখোয় খুদিংমক্কী মমুঙ্দা লৈবা মুমিৎ, থা, গ্রহ, উপগ্রহ,ব্রহ্মা, যী, শা, অহিংবা জীব অমসুং হিংদবা পোৎ পুম্নমক্কী constitutional position সু, মৈ পা,মৈশা অমসুং মত্তালগা সুকথা থানদনা মরী লৈনবা অন্তুগুম্বা',ইবুংঙোগা মখোয় পুম্নপ অসিগা অমত্তা চোইথোক্লনা থানবা য়াদবা মরী লৈনৈ(eternal relationship), — গীতা(৭৷৬-৭),(১০৷৪২),(১৩৷১৩)। Scientific ওইবা অতোপ্পা য়াহৈ অমরোমদা হায়রগা, whole organic Being অমগী মমুঙ্দা unit অমমম্ ওইরীবা অহিংবা cells অমসুং organs ময়ায়া মা-মাগী লৈজবা শক্তিনা অমগ-অমগা unified ওইনা থবক তৌ-হুনা, whole organic Being অদুগা জোয়নদা পুন্না হিংবিন্নবা, পুং-ভাইমিন্নবা অমসুং সুংশিনবা অন্তুগুম্বনি। মুমিৎ, থা, গ্রহ, উপগ্রহশিংনা মা-মাগী থোঙচৎ সুকাই কায়দনা লেঙ্হুনত' লৈরীবা অমসুং মথা হন্নবা লাই মরাম (demigods), যী অমসুং অহিংবা জীব পুম্নমক্কা হিংহুনা লৈরীবা কীভম-মত্তা অসি, ইবুংঙোগী মতেঙ্ য়াওদনা seperated and independent entity অমমম্ ওইনা, মত্তোমতনা হিংজবা ওয়া অন্তুগুম্বগী কীভক্সু নত্তে, নত্রগা পাত্র অমগী মদুগা ফুঙ্মচা মরাম অমগ অমগা মরী লৈনদনা লৈবগী কীভম্সু নত্তে। Living being অমগী

মপুক্ত্দা অহিংবা cells অমস্তুং organs ময়ায়া unified ওইনা লৈবগী মতৌওম্বনি, গীতা (৬।৩০) (৭।৭)(১৫।৭)। অসিগুম্বা কীভমংমতা অসিবু বেদংদা য়ায়া শয়া কোংদোক্লি, মহুদি "God is all and in all—জগৎ সংসার পুম্নমক করিগুম্বা অমত্তা চিংথদনা পুমকোন্ কোনশিন্নগা ঈশ্বরগী স্বরূপনি, অমস্তুং অদুগুম্বা স্বরূপ অদুগী মপুক্ত্দা লৈবা অমমম্ থুদিংগী মপুক্ত্দসু মপান্দসু ঈশ্বর লৈ। (তৈত্রিয় উপনিষদ ৩।১), গীতা – (৬।৩০, ৩১), (৭।৬,৭), (৮।২২), (১০।৮,৩৯), (১৩।১৫,২৭,৩০), (১৫।১৪,১৫)।

(২) ইবুংঙোগী ব্রহ্মজ্যোতিনা মপান নায়দবনা মময় ওইহুন', ঐ:খোয় দা খঙ্হল্লি, মহুদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী constitutional position অসি, অসিগুম্ব' ভাবনা শাবা circle অমগী মওংমতানি, মহুদি মাগী circumference দি মকম থুদিংদা থিরুবদসু থিকম খঙ্ব্রবা, অদুমুদি ওইরগা মাগী centre দি মকম থুদিংমক্তা শীনবা থুংনা লৈ। (ঈশপনিষদ মন্ত্র ৫ তবা) গীতা— (৭।৭), (১০।৩) (১১।৭, ১০, ১১, ১৬, ১৯)।

(৩) ইবুংঙোগী Parts and parcels ওইরীবা জীবাত্মাশিংগী গীতা (১৫।৭) constitutional position অসি, অসিগুম্বা ভাবনা শাবা circle অমময়গী মওংমতানি, মহুদি মখোয় থুদিংমক্তা circumference দি মকম থুদিংমক্তা থিরুবদসু থিকম খঙ্ব্রবা, অদুমদি ওইরগা মখোয় থুদিংগী centre দি হকচাং লৈবা অহিংবা জীব অমগী মপুক্ত্দা লৈ। ((কঠঃ উপনিষদ ১।২।২০) গীতা—(১০।৪১), (ক্ষেত্রজ্ঞ ১৩।১), (১৭।৩,৪) (হকচাংগী মপু অধিদৈবত—৮।৪)।

(৪) Soul দা body দা করিমত্তা থেন্নবা লৈহন্দনা (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ—৬।৮) spiritual body ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মশামকনে অমস্তুং মাগী ব্রহ্মজ্যোতিনা ওইহল্লিবা spiritual and material atmosphere নে; পুম্নপ পূনশিন্নগা ওইরীবা infinity ওইবা ভাবা শাবা দিব্য রূপকী মূর্ত্তি অদুবু (গীতা ১১।১০,১১) ধর্মশাস্ত্রশিংনা সৎ-চিৎ-আনন্দ বিগ্রহ স্বরূপ-নি হায়না কোংদোকই [ব্রহ্মসংহিতা ৫।১]। অদু

নত্রপা, শান্তি মন্ত্রদা তাক্লিবা, হায়বদি "ওঁ পূর্ণমদঃ পূর্ণমিদং পূর্ণাৎ পূর্ণমুদচ্যতে। পূর্ণস্য পূর্ণমাদায় পূর্ণমেবাবশিষ্যতে ॥" গী বাখল্লা Complete and absolute whole নি হায়না কোংদোক্লবা, ভাবনা শাবা অহিংবা universe of infinity গুম্বা. Supreme personality of godhead শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-নি হায়না কোংদোকই।

(৫) শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না ওইরীবা,ভাবনা শাবা অহিংবা universe of infinity গুম্বা মূর্ত্তি অমুগী মনুঙদা লৈবা (গীতা ৮॥২২, ১৮॥৪৬) মথা হুম্বা লাই, মী, শা, অহিংবা জীব অমম্মুং হিংদবা পোৎ পুম্নমক্কী constitutional position গী মতুঙ, ইন্না, মখোয় খুদিংমক অমম্তা মায়দে, অমগা অমগা ওন্থোক্লবম্ম মাদে, অদুমদি ওইরগা, মখোয় খুদিংমক্না complete unit অমমমনি হায়না খঙ্নরীবা অসি অতৈ অমনা তোইনবা নত্তে, unit খুদিংমক্না unified ওইনা খবক তৌদুনা, হায়বদি অমনা অমগী মতেঙ্ পাংনদুনা (positive relativity) পুন্নপ হিংমিন্নবনি (গীতা ৩॥১১,২৫) অমম্মুং মখোয় পুম্নমক্কী অদুগুম্বা থৌদৌ-মতা অদুনা Absolute and complete whole অমখক্তা ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ওমথৈ লৈতবা দিব্যরূপ-পু ওইহল্লবগী কীডম-মতা অমম্মু ওইহল্লি। খুদম— মুমিৎকী অকোয়বদা লৈরীবা গ্রহ, উপগ্রহ পুম্নমক অমগা-অমগা চিংথোক্-চিংশিন তৌনদুনা, মখোয় খুদিংমক্কী থোংচৎ মুকায় কায়দনা লেঙ্দুনতা লৈরীবা থৌদৌ-মতা অসিবু, মীওইবা ঐখোয়না পুন্নপ পুন্বা মিংথোল অমা থোম্মুনা সৌরজগৎ হায়না খঙ্নরীবা অসিনি। নত্রপা মী, শা, নাগী-শিংবী, অহিংবা অমম্মুং হিংদবা পোৎ পুম্নমক্না অমগ-অমগা মরী লৈনদুনা অমম্মুং মতেঙ্ পাংনদুনা পুন্নপ হিংমিন্নরীবা অসিগুম্বা থৌদৌ-মতা অসিবু, ঐখোয়না জগৎ-সংসার হায়না খঙ্নরীবা অসিনি। অর্জুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী হকচাং মনুঙ্দা universes পুন্নপ পুন্না অমখক্তা ওইনা; অমুগীসু মখক্তা universe শিংদুগী মনুঙ্দা অহিংবা অমম্মুং হিংদবা পোৎ পুম্নমক, চাওখ্রবা ব্রহ্মাদগীদনা পীকখ্রবা

ভুমিং-কাণ্ড্ কাওবা, পূল্লপ পূন্না অমথক্তা ওইবগী মওংদা অমগ-অমগা মরী লৈননা হিংমিন্নবত্থ উবগনি, (গীতা ১১॥১৩,১৫)। Conditioned living being ওইরিবা মীওইবা ঐখোয়গী constitutional position সু, ইবুংঙোগা অতৎ অথম লৈতবা মরী লৈনবা অত্থুনা মরম ওইত্থুনা (গীতা ১৫॥৭), মীওইবা ঐখোয় ইবুংঙোগী নিত্য-দাসনি (eternal servants নি)। মরম অসিনা, ইবুংঙোগী dovetail loving devotional service তৌত্থুনা (গীতা—৩॥৯, ৫॥১০,১৮॥৪৬,৫৭), হায়বদি Krishna consciousness ওইত্থুনা পুন্সি লেল্লব কান্দতা, মীওইবা ঐখোয় খুদিংমক্তা ইবুংঙোগী complete unit অমমম্ ওইগনি। অত্থুগুম্বা complete unit ওইরবা মী অত্থুনা,লাইনিং লম্বেলদা থাক্-থাক্ নায়না কাখৎলক্তুনা মমৈথঙ্দা ইবুংঙোগী spiritual universe কী মনুঙ্দা চংননবগী খুদোং চংবা ফংগনি, (গীতা ৮॥২২,৯॥৩৪,১০॥১০,১২॥১৬-২০,১৮॥৬৬)। Material knowledge দা biasness লৈত্থুনা পুন্সি লেনবা মীওই ওইরবদি,হায়বদি সংসারিকী সুংঙাইবা অমসুং অপাম্বগী (sense gratification and selfishness কী) রাখলগা লোয়ননা মীত্থুনা শিগ্রবদি, মানা পামজবগী মতুঙ্ ইন্না, রাহৈ অমরোমদা হায়রগা, মীত্থুগী কর্মগী ফল মতুঙ্ ইন্না ভুঙ্গী মপোক্তা material universe কী মনুঙ্দা হন্নবা জীব অমা ওইনা পোক্কনা (গীতা ৮॥৬),পোকপা শিব চক্রগী মনুঙ্দা (গীতা ৯॥১০) কোয়লৈ লৈত্থুনা অত্থুমক লৈগনি, (গীতা ২॥১২, ১৩, ২২, ১৪॥১৫)।

(খ) Constitutional position গী মতুঙ্ ইন্না ওইরকপা মীওইবগী লাইনিং লম্বেল।

(a) মশামক spiritual body নি হায়না ভাবনা থনত্থুনা ভক্ত অত্থুনা লাইনিংবগী মরমদা থঙ্হন্বা।

লাইনিং লম্বেলগী রাখলয়োমদা থল্লুরবদি, মীওইবগী অশেঙ্বা শক্তমদি জীবাত্মানি (গীতা ১৫॥৭)। সংসারিকী রাখল্য়োমদা মীয়ামা

হৌজিক থঙ্নরিবা মিং অমসুং হকচাংগা কোন্নবা ঐখোয়গী মুক্তি অসিনা মীওইবগী অশেঙ্বা শকতম নত্তে। লাইনিং লম্বেল মথল থুম্বিংমক, হায়রবদি কর্ম যোগপু ওইরবসু, রাজ-যোগপু ওইরবসু, জ্ঞান-যোগপু ওইরবসু, ভক্তি-যোগপু ওইরবসু, ঐখোয়না practical ওইনা চৎথরক্লবা হোৎনবদা, মীওইবগী অশেঙ্বা শকতমদি জীবাত্মামনি হায়বা রাখলগা লোয়ননা ভাবনা শাম্নুনা, ঐখোয় ইশানা পাম্জবা লাইনিং লম্বেল অমদা চংশিন্দবা সুকয়া য়াদে। মরমদি, material atmosphere গী মনুঙ দ অহিংবা জীব অমা ওইনা পোকুনা লৈরিবা মীওইবগী হকচাংদি, শেংদবা অমসুং অমাংবা হকচাংনি(contaminated bodyনি),হায়বদি মীওইবগী হকচাংদি লৈপাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ, অমসুং অতিয়া হায়না থঙ্নবা মাঙ্বা নায়বা মৃত্যুলোকী মনুঙদা লৈবা (ব্রহ্মা অমনা controller ওইবা material universe অমগী মনুঙদা লৈবা) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অতোনবা মওংগী প্রকৃতিনি, (গীতা ৭।৪)। অশুঙবা অমাংবা (contaminated) হকচাং অসুনা, মাঙ্বা লৈতবা (অশিবা লৈতবা), মায়াগী রাংমদা লৈবা (গীতা ৭।১৪) অমসুং হকচাং ওইরকপগী কারণ ওইবা মগুণশিংবু লাংথোক্কুনা লৈবা মকমসু ওইবা (গীতা ১৪।২০), ঐখোয়না অশু-ঙবা ভাবনা শাবা মকম অদুবু spiritual atmosphere হায়না থঙ্নবা ইবুংঙোগী ব্রহ্মজ্যোতি (ইবুংঙোগী infinity ওইবা স্বরূপকী শরীর কি না ওইবা ত্রি-পাদ বিভূতি-ব্রহ্মসংহিতা ৫।৪৪,৪৯ গীতা ১৫।৬) অদুগী মনুঙদা চংলুবা সুকয়া য়াদে। অদুগা হায়রবদা, ঐহাক মীয়াম্না থঙ্নরিবা মিং অমসুং হকচাংগা কোন্নবা মুক্তি অসি নত্তে, ঐহাক জীবাত্মানি হায়না ভাবনা শম্নুনা; spiritual body ওইহন্দবা য়াদে। মাইৎ অমাংবামদা হায়রগা; লাইনিং লম্বেলগী অনুষ্ঠানদা (গীতা ১৩।১) মরম ওইদুনা, মপাম্বোংগী হকচাং (apparent body), অমসুং পুক্নিংনা লেপ্লিবা সুগী হকচাং [astral body], মাঙবা নায়বা লৈতবা মকুদি (গীতা ২।১৮) অমসুং মথোয়না জীবাত্মাবু কুপশিন্দুনা থমহন্নবনি (গীতা ২।২২, ৫।১৫,

৭॥২৫; ১৪॥৫) হায়না ভাবনা থন্দবা লুকপ্পা য়াদে।

**(b) ভাবনা শাবা ভক্ত অদুগী spiritual body অদু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-গা মপা অমত্তা ওইথিনি (অদ্বৈতবাদ), নত্রগা তোঙান্-তোঙাপ্না অনি থোক্না অদুম্মক লৈগনি (দ্বৈতবাদ). অদুগী মরমদা খঙ্‌হনবা।**

ইবুংঙোগী সনাতন অংশ ওইদুনা নায়তোম লৈবগুম তৌরিবা জীবাত্মানা (Complete and Absolute whole ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পুংঙাইনবা; হন্না ওনবা, অমসুং মপুঙ্‌ ফাননবা ইবুংঙোগা dove-tail ওইনা লুকথা থানদনা complete unit অমা ওইনা, অমসুং eternal servitude অমা ওইনা;থবক তৌদুনবা লৈরীবা Individual soul or spirit না —গীতা ১৫॥৭); material atmosphere গী মপুঙ্‌দা চংদুনা (গীতা ১৪ ৩,৪). হায়বদি মায়াগী মপুঙ্‌দা চংদুনা মহানা শুমহৎতুনা জ্ঞান মাঙ্‌লবা (গীতা ৭॥১৫) মী অমা ওইনা পোক্‌না; নত্রগা প্রকৃতিগী সত্ত্ব; রজঃ তমঃ কৌবা গুণশিংনা মাঙ্‌দবা জীবাত্মাবু হকচাং মপুঙ্‌দা ফাবগুম্না থমদুনা conditioned living being ওইনা পোক্‌না লৈরীবা মীওইবা ঐথোয়না (গীতা ১৪॥৫), লাইনিং লশেলদা চংশিল্লক্‌না থাক্-থাক্ নায়না অরাংব' থাক্না কাখৎলক্লবা মতমদা, spiritual atmosphere গী মপুঙ্‌দা spiritual body ওইনা (unconditioned body ওইবা complete unit অমা ওইনা) তোঙান্না লৈগনি। হায়রীবা রাকম অসিমক্ত শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদা কোংদোক্নি, মহুদি "ঐগী ভক্ত কনাগুম্বশিংনা ঐগা (কৃষ্ণ ঐগা) মথোয়গা তোঙান্-তোঙান্‌বনি হায়রী" (গীতা ৯॥১৫)।

রাথক অসিগী ওয়-তৈনবদা, জ্ঞানী অমসুং যোগীশিংনা হায়রী, মহুদি অদুগুম্বা spiritual body অদুনা, soul গা body গা করিমত্তা থেন্নবা

লৈতবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী spiritual body গা অমথক্তা ওইথিনি, তোঙাল্লা লৈরোই। মসিগী মথায়না লাওরী, মসুদি জীবাত্মাগী অংশকুবা শক্তম ব্রহ্মন নি— "একমেবাদ্বিতীয়ং ব্রহ্ম নেহ নানাস্তি কিঞ্চন—The Brahman, the one without a second, alone exists, nothing manifold in the world." মথায়না হায়রী জগৎ সংসারগী লেঙ্লি পাল্লিবা পুরুষকী অংশবা শক্তমদি self, নত্রগা ব্রহ্মন-নি। ব্রহ্মন মতোমতনি, অদৈত করিমত্তা লৈতে, মশাক মপামকস্তু ব্রহ্মণ-নি, মসিনা ব্রহ্মন ওক্কনবা অমস্তুং ওইরকপবা নত্তে, য়েল্হৌদগী ঐনা হায়না ব্রহ্মন ওইতুনা eternally লৈরবনি। অজ্ঞান ওইতুনা ব্রহ্মনবু থঙদবগী মরমনি। ঈশ্বরতত্বগী জ্ঞান-না (গীতা ৫।১৬), নত্রগা সাত্বিক জ্ঞান-না (গীতা ১৮।২০) অজ্ঞানবু মাঙহনগা, জ্ঞান-না শুদ্ধিৎকুয় তাম্মুনা ঈশ্বর নত্রগা Self নত্রগা ব্রহ্মনবু উহল্লি। মরমসিনা অসিমক গীতাদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না হায়রোল্লি, মসুদি "ঐগী ভক্ত কনাগুম্বশিংনা মথায় মপাবু নীঙোন্দগী (কৃষ্ণ ঐতোম্মগী) তেংহানবা নত্তে, অমসুনি থল্লি" (গীতা ৯।৩৫)

জ্ঞানীশিংগী মাথক অসি, ভক্ত, বৈষ্ণব সাধু গোস্বামীশিংনা য়াদে। মথোয়না হায়রী, মসুদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না সাক্ষী সরূপ ওইনা পরমাত্মাগী মওং লোতুনা, জীবাত্মাগা লোয়ননা হকচাং লৈবা জীব খুদিংমক্কী থম্মোয়মুংদা থানবা লৈতনা মতম পুরুষক্ত, তোঙান্না লৈ (গীতা ৮।৪) (কঠ উপনিষদ ১।২।২০)। মথোয় অনি অভৎ-অথম লৈতবা মরী লৈনৈ, থরৎপা য়াদে, হায়রগী অতুম্বক্‌ লৈরক্তই, চৌজিকস্তু লৈরী, মেজুহতস্তু লৈগনি, হায়রবদি eternal নি (গীতা ২।১২)। হকচাং অমস্তুং হকচাংগী মপু জীবাত্মা, মথোয় অনি অসিবু পুম্না থঙলিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ঐহাকস্তু অথঙবা অমনি, (গীতা ১৩।২)। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মতম পুরুষক্ত ভংনবা থানবা লৈতবা মচেৎ অমা ওইনা লৈরবা জীবাত্মানা (সনাতন ওইবা অংশনা প্রকৃতিদা লৈবা ইন্দ্রিয় মত্তা মনগা থারগা তরুক্পু মহোক্ষ চিংশিল্লি, (গীতা ১৫।৭)। অদুম হায়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা জীবাত্মাগা

তোঙান-তোঙানবা অনিথক্কি হায়না গীতাদা কোংদোক্লি। মাখল অম-য়োমদা অমুক হায়রবদা, জ্ঞানী অমসুং যোগীশিংনা জীবাত্মাগা পরমাত্মা-গা (শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা) মশা অমত্তা ওইনা তিনখিনি হায়রীব' অদু অতৈ অমা নত্তে, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ব্রহ্মজ্যোতিদা ওইখিবা মুক্তি লৈতবা Impersonal Brahman গী মনুঙ্দা (গীতা ১৪॥২৭) (ঈশোপনিষদ মন্ত্র ১৫) (ব্রহ্মসংহিতা ৫॥৪৯), হায়বদি spiritual atmosphere গী মনুঙ্দা জীবাত্মানা চঙ্খিবা অদুবু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা মশা অমত্তা ওইনা তিন-খিবনি হায়বনি। হায়বদি, জীবাত্মানা অমাংবা হকচাংগা লোয়নদুনা conditioned life ওইবা মী অমা ওইনা লৈরম্বদগী—গীতা১৪॥৫, ভক্তি যোগ-কী সাধন-না মরম ওইদুনা (Krishna consciousnessকী সাধনা) physical body অমসুং astral body মাঙ্খিদুনা spiritual body ওইরক্লবদা, হায়বদি সিদ্ধি স্বরূপ ওইরক্লুনা গোকপা শিবা লৈত্রবা ধাম spiritual atmosphere গী মনুঙ্দা চংখিব' অদুবু, গীতা ৮॥১৫ শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা মশা অমত্তা ওইনা তিনশ্রে হায়না জ্ঞানী অমসুং যো-গীশিংনা নিংই। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা জীবাত্মাগা তিনশিনখিদুনা অমত্তা ওইখিবা হায়বা সুকলৈ লৈতে। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী spiritual body না supreme spiritual individual identityঅমা ওইনা, eternally অদুম্মক লৈগনি। ইবুংঙোনা স্বপ্রকাশ (self-effulgence) ওইবা মরম্না (মঙালগী মঙাল ওইবা মরম্না– গীতা ১০॥১৭), মাগী ব্রহ্মজ্যোতিসু ইবুংঙোগা তেন-থানবা লৈতনা, সুমিৎনা মৈশা অমসুং মঙালগা তোঙান্না লৈনবা অদুঙুম্না, eternally অদুম্মক লৈগনি, তিনশিন্নবা হায়বা সুকলৈ লৈতে। মতৌ অদুঙুম্না, ব্রহ্মজ্যোতিদা ওইরীবা জীবাত্মাসু ইবুংঙোদগী তোঙান্না অদুম্মক eternally লৈগনি, তিনশিন্নবা হায়বা সুকলৈ লৈতে। সুমিৎ লৈরীবা মথৌ, মাগী মৈশা অমসু মঙাল্ তোঙান্না অদুম্মক লৈগ-নি। সুমিৎ লৈত্রবদি, মাগী মৈশাসু মঙালসু লৈরোই। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না eternel ওইবা মরম্না (গীতা ২॥১৮,২৪)(ব্রহ্মসংহিতা ৫॥১), জীবাত্মাসু

eternal নি (সনাতন অংশনি গীতা ১৫।৭) অমস্তুং তোঙাম্না অচুম্বক লৈ-গনি, তিনশিন্নবা হায়বা সুকলৈ লৈতে। অচুম্বদি ওইরগা, মখোয় অনিগী অতৎ-অথম লৈতবা মরীদি লৈ (eternal relationship লৈ, কঠ উপ-নিষদ ১।২।২০)। অসুম হায়না জীবাত্মাগা পরমত্মাগা(শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা) অমত্তনি হায়না যোগী অমসুং জ্ঞানীশিংনা খঙ্লিবা মথঙ্, অমসুং মখোয় অনি অসি তোঙান-তোঙানবনি হায়না চক্র, বৈষ্ণব, গোস্বামীশিংনা খঙ্লিবা মথঙ্, অসিগুম্বা মথঙ্ অনি অসিবু পূম্না খঙ্বা অচুবু বেদদা জ্ঞানম্ (ঈশ্বরগী জ্ঞান-গীতা ৫।১৬), হায়বদি spiritual knowledge বু মপুঙ্ ফানা খঙ্লবা মীনি হায়না হায়নৈ।

(c) গৃহস্থ ধর্ম চৎলিবা মীওইবগী লাইনিং লম্বেলগী মরম-দা খঙ্হনবা।

Conditioned living being ওইরিবা অমসুং গৃহস্থ ধর্ম চৎ-লিবা মীওইবগী লাইনিং লম্বেলগী রাখলম্বোমদা খল্লুরবদি, মুংশিবগী হৌরকপম অমসুং তুঙ্নকম ওইরীবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা মীওইবগা, মুংশিনবগী eternal relationship য়েলহৌরৈত্তগী হৌনা লৈরীবা অচুবু(শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী সনাতন অংশ ওইচুনা লৈরীবা জীবাত্মা অচুবু—গীতা ১৫।৭) surrounding materials and circumstances না মরম ওইদুনা, (প্রকৃতিদগী থোকপা সত্ত্বঃ রজঃ তমঃ কৌবা গুণশিংনা মাঙ্দবা জীবাত্মাবু হৃকচাংদা ফাবগুম্বা থম্বনা মরম ওইচুনা —গীতা ১৪।৫), খদৎপগুম তৌনা মপেং মরাংতা ওইনা লৈ। অচুম হায়না ইবুংঙোগা মীচুগা মুংশিনবগী মরী থদৎপগুম তৌনা লৈরীবা অচুবু শমজিনহন্নবগীদমক, মা-মানা পোকলুরীবা লমদম্ অচুগা চাম্নবা মথা হিংননবগীদমক (থবক তৌচুনা অহিংবা হৃকচাং ওইনবগীদমক— গীতা ৩।৮) standard of living maintain তৌচুনা তাইবংপানবগী লান্‌-কমদা কর্ম যোগী অমা ওইনা মীচুনা হিংচুনা লৈন লৈনা-গীতা(৩।১৯,২৫)

(৫।১০), (৯।২৭), (১৮।৯, ৪৫,৪৬), শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু মিকুপ অমত্তা ফাওংবা থানদনবা অমম্মুং নিংশিংনবা হোৎনগদবনি, হায়বদি professional work, worship, prayer, meditation and love পুম্বা চৎথিনবা হোৎনগদবনি, থায়দোক্লবা য়াদে। অসিগুম্বা য়াকয় অসিবু ইবুংঙোনা গীতাদা য়াম্মা শম্মা ফোংদোক্লি, মদুদি "মতম লৈবা খিবিক্তা ঐহবু নীংশিংউ, অদুগা লান শোক্লো" (গীতা ৮।৭)। শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুগী মধুর রস হায়না খঙ্নবা প্রেম ভক্তিগী মরু ওইবা য়াকয়দি অসিনি, মদুদি "সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ স্বরূপ ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অসি ঐগীনি" হায়বা philosophical ওইবা, দ্বৈতবাদ হায়না মীয়াম্না খঙ্নরিবা অদুগুম্বা লাইনিং লাংখলগী ভরগী ভাব অসি মপুঙ ফানা খঙ্‌হনবা, ইবুংঙোগা ঐগা অচুৎ-অমম নৈতবা মরী (eternal relationship— কঠ উপনিষদ ১।২।২০) খঙ্নবা হোৎনগদবনি। অসিগুম্বা সাধনাগা লোয়নবা গৃহস্থ ধর্ম্ম চৎলিবা মীশিংনা কর্ম্ম যোগী অমা ওইনা লৈন-লৈনা, ইবুংঙোবু সখী ভাবদা সেবা-পূজা তৌজগদবনি। হায়বদি, সখীশিংনা Absolute and complete whole ওইরিবা ইবুংঙোগী complete unit অমময় ওইদুনা মুংডাইবা ফংজবা অদুগুম্বা মঙ্গুংডাই, ঐথায়মু ফংজনবা হোৎনগদবনি। য়াথঙ অমরুম্মদা তায়রবদ, নিংথৌনা মুংডাইজবা অনম্মুং চরাওজনদা, নিংথৌগী অচৎনবা মনাইশিংনা নিংথৌ মপামক্তা মুংডাইরীবা অদুম্মক, মখোয়মু মপা মপাদা transmit তৌরকুনা মুংডাইবা ফাংবা অদুগুম্বা, সখীশিংগী সেবা পূজানা মরম ওইদুনা, ইবুংঙো ইবেম্মগী মুংডাইজবা অমম্মুং চরাওজবা অদুনা, সখীশিংগী মপামম্মু মুংডাইবা ফাওই। গৃহস্থ ধর্ম্ম চৎলিবা মীশিংনা ইবুংঙোবু সখী ভাবদা সেবা পূজা তৌজবদা, মথক্তা হায়রিবা অসিগুম্বগী বিশুদ্ধ প্রেমগী মঙ্গুংডাই (Absolute Bliss কী মঙ্গুংডাই) শোয়দনা পুক্লিংদা ফাওগনি। অসিগুম্বা মধুর রসকী লাইনিং লাংখল অসিগা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননা গীতাদা তাকপীরিবা professional work, worship, prayer, meditation and

love পূন্না চংশিল্লনবা হোৎনৌ হায়বা লাইনিং লম্বেল অদুগা, করিমত্তা খেন্নহন্দে।

## (d) দাস্য ভাবতা ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু নিংঙ্গবগী মরমদা খঙ্‌হনবা।

বেদ, বেদান্ত, উপনিষদ, গীতাদা তাক্লিবা জ্ঞান, বিজ্ঞান, সাধন অমসুং ভক্তি শিংথুগী রাখলগী মরমদা করিমত্তা নৈনরুক্রবা, হায়বদি জীবাত্মা, আত্মা, পরমাত্মা, ব্রহ্মন, পরংব্রহ্মন, ঈশ্বর, ভগবান, Absolute Truth or Reality, মূর্তি লৈবা, vs. মূর্তি লৈতবা, (personal vs. Impersonal Brahman), হকচাং, পুক্নিং, ইন্দ্রিয়, মতম, মাঙ্‌বা নায়বা vs মাঙ্‌বা নায়দবা, কর্ম্ম, মপানগী মীৎনা উবা অচেৎ-চত্ত পূন্নমক মথোয় মসিগী ফীভম মত্তা, অমসুং অমগা-অমগা মরী লৈনবীবা অদুগী মরমদা করিমত্তা খঙলুবা পামজবা, অদুগুম্বা ভক্ত, সাধু অমসুং বৈষ্ণবশিংগী রাখলদদি, মসমগী সর্ব্ব শক্তিমান ওইবা ঈশ্বর শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অদুতনা মরম ওইদুনা, ইবুংঙো মানা শকলোন তোঙান-তোঙানবা মপাঙ্গা পুথোক্লুনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড শেম্বনি অমসুং লীলা শাল্লবা মরুনি, অতৈ করিমত্তা নত্তে, হায়না নিঙ্‌শিংঙে জীব পুন্নমক্না তোঙান-তোঙানবা রূপ ওইনা, অমসুং মগুণ অমত্তা মাপ্পৎলদনা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-ন বিরাজ ওইদুনা লৈবনি হায়না, মথোয়না নিংঙৈ। মরম অদুনা, মথোয়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী নাম তম্বুনা পোনজবা, ইবুংঙোবু নিঙ্‌জবা, খুকমজবা, দাস্য ভাবতা পাদ-সেবা অমসুং পূজা তৌজবা, নুংশিনা খুরুমজবা অমসুং পুক্চেল শেংবত্তনা মরম ওইদুনা, ইবুংঙোগী দয়া ফংজগনি অমসুং পাদ-পদ্মবু ফংজগনি, হায়না নিংঙৈ। অসিগুম্বগী রাখল অসিবু নারদ পঞ্চরাত্রদা ভগবান শিব মহাদেবনা মহর্ষি নারদতা কোংদোক্লুনা তাক্লি, মদুদি—

দ্বিতীয় রাত্র প্রথম অধ্যায়, শ্লোক ২১ অমসুং ২২।

"আব্রহ্মস্তম্ব পর্য্যন্তং সর্ব্বং কৃষ্ণং চরাচরং।
পুনস্তস্মিন্ প্রলীনঞ্চ পুনরেব চ সম্ভবং ॥" (২॥১॥২১)

"এক একেশ্বরঃ শশ্বদ্বিশ্বেষুনিখিলেষু চ।
সর্ব্বে তৎকর্ম্মসিদ্ধশ্চ মোহিতাস্তস্য মায়য়া ॥" (২॥১॥২২)

"ব্রহ্মা কাওবদা নৈরিবা অচৎ-চত্ত পুম্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দগী অকোংবা মশক পান্‌বা ওইনা পুথোরকৃপমক্তনি। পুম্নমক ইবুংঙোনা অমুক মশা মসুঙ্‌দা লৌশিল্লি (চুপশিল্লি), অস্থুগা অমুক্ হন্নস্ন মপান্দা পুথোক্ই। ইবুংঙো মত্তোমভনা অখিল ব্রহ্মাণ্ডগী মপুনি। পুম্নমক্না লেঙ্‌খোৎপা ওম্বহন্দুনঃ কর্ম্ম তৌরিবা পুম্নমক, ইবুংঙোগী মপাস্তননি। মহাক্কী মায়ানা মন্নম ওইদুনা, পুম্নমক্পু শুমহৎলি।" (২॥১॥২১-২২)

মথক্তা হায়রিবা অধ্যাত্মিক তত্ত্ব জ্ঞান অসিবু শব্দোক্ত্‌না ভাকৃপা ওইনা, মথাগী অস্মুম্না শিব মহাদেব ভগবান-না মহর্ষি নারদ-তা হায়রি, মস্থুদি—

# দ্বিতীয় রাত্র,

## দ্বিতীয় অমসুং তৃতীয় অধ্যায়গী শরুক খরা।

### (ক) ব্রহ্মাণ্ড শেম্বা অমসুং রাধা পুথোকপগী বারোল।

"আকাশ অমসুং মায়কৈনা ভৎন-থানবা লৈতনা হায়দগী অহুম্মক অমত্তা ওইনা লৈবওয়া, গোলোক বৃন্দাবন বৈকুণ্ঠ ধামগী মসুঙ্‌দা দেহগা মনগা থেম্নবা লৈতবা, অমথক্তা ওইবা পরমাত্মা নারায়ণ-না খুৎ অনি পানবগী রূপ ওইনা, ব্রহ্মতেজগী মন্নাইদা মতম পুম্নমক্তা ভাম্বোয়হনা লৈ। অকোয়বা আয়কৈ পুম্নমক্তা ইহাং হাংনা চপ মান্নবা উবা অম্বুদা ইবুংঙোনা

সৃষ্টি তৌনিংলম্লনা, মশামক্তী রূপ-কী ওইথংবা শক্তকুগী বিষ্ণুমায়া পুথোক্লম্মী। অদুগুম্বা মুপীগী শক্তম ওইবী রামাম্বগা লোয়নননা রাস লীলা শান্নবদগী, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী হকচাংদগী শিন্নরূপা হুমাং মরিক্-শিংমু আকাশতা মুংশিংনা পুবিম্বনা, ইবুংঙোগী কৃপাদগী ব্রহ্মাণ্ডগী তংথায় মথক্ থংবা শক্তক পুম্নমক ঈশিং ওইনা শিন্থুংনা লৈখি। ইবুংঙোগী ওই-থংবা হকচাং শক্তকুগী থোক্‌খিবা মুপীগী শক্তম্ ওইবা বিষ্ণুমায়া অদুবু, রাধা হায়না মরোল অহমদা কাওখি। লক্ষ্মী, সরস্বতী, দুর্গা, জগৎধাত্রী, সিন্ধুকন্যা, পার্ব্বতী, বিষ্ণুপ্রিয়ানচিংবা জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী আদি দেবকন্যা পুম্নমক, রাধাগী কলা অংশমক্তনি। গোলোক বৈকুণ্ঠ থাবদা অম্মুম হায়না রাস শান্নবা অদুদগী রাধাগী গর্ভদগী ডিম্ব (মরুম) অমা পোক্‌খিরম্মী। ইবুংঙোগী হুমাং মরিক্‌শিংমুনা ওইখিবা মহজল (ঈশিং ঈপাক) অদুগী ঈরাইদা ডিম্ব অমুনা তাখিম্বনা, অনি থোক্লা তংথায় ত'না কায়খি। ডিম্ব অদুগী মনুংদা অতাং মচা অমা লৈরম্মী, মদুবু মহাবিষ্ণু হায়না খঙনখি। মহাবিষ্ণু অদুগী হকচাংদা শীনথুংনা পান্‌বা মশীং লাকপা ওমরবা তুহাও থুদিংমক্তা ডিম্ব অমমম্ম লৈরম্মী। অদুগুম্বা ডিম্ব থুদিংমক অদুগী মনুংদা বিশ্ব জগৎ অমমম্ লৈ। অম্মুম হায়না জগৎ ব্রহ্মাণ্ড মশীং থংদনা লৈ। বেদগী মতেঙ্ তনা সাধু ওইবা মীওইবন' ডিম্বগী মনুংদা লৈবা ব্রহ্মাণ্ডবু জ্ঞানগী মিৎয়েংনা উগনি, অতৈ অ'তাপ্পা মীনা উবা ফংলোয়।" (২।৩।২৪-৪৩)

## (খ) পাতাল শেম্বগী ৱারোল।

"পাতাল মরোল ৭ নি, মদুদি অতল, বিতল, সুতল, তলাতল, রসাতল, মহাতল অমসুং পাতাল। পাতালগী মথা থংবা শক্তক অদু রায়া সুই। মদুবু উবদা জীবনা কিবনা থক্ থক্ নিকই। মমুদা লৈরীবা ঈশিং অদুগী তুনকমদু ডিম্ব অদুনি। ডিম্ব অদুগী মথা থংবা শক্তক তংথায়

অমদি, শেষ নাগরাজ ভগবান আনন্তগী লৈফম্ব। মহাক্কী মকোক্‌ মথক্তা অম্মুম হায়না মতম পুন্নমক্তা স্তৃষ্টি ওই।" (২৷২৷৪৪-৪৭)

## (গ) পৃথিবী শেম্বগী বারোল।

"অতলগী মথক্তা তোয়রাশি(লৈটিন নোংকাই অমম্বুং ঈশিংগী ওমথৈ লৈঙবা মপৈ) লৈ। মতুগী মথক্তা বসুন্ধরানা ভাওম্বুনা লৈ। মতুগী চাওবা শাংবা সপ্ত দ্বীপনি। সাগর ৭ না অমগ-অমগা শন্নলা লৈ। ঈশিংদা থম্মাল মনানা ভাওম্বুনা লৈবমুক ফজে। সপ্তদ্বীপকী মমুঙ্‌দা জম্বুদ্বীপনা খ্বায়দগী মঙল লৈ। লবণ সমুদ্রনা মাগী মায়কৈ মরিদা কোয়শিল্লি। দ্বীপশিংগী মমুংদা হিমগিরিনা মণিমুক্তাওম্বনি। মতুগী মথক্তা কৈলাস কোবা চিংদোম্দা প্রভু শঙ্কর মহাদেব লৈ। সুমেরুগী চিংদোল (স্তম্ভ) ৮ লৈ। মখোয়শিং অতু মায়া পাক চাওই; অতুগা মখোয়গী মথক্তা লোক্‌পাল ৮ গী শান্নকম ওই। মায়কৈ ৮ দা চিংদোল ৮ লৈবা, অতু পুক্লিং হুনবগী মথক্লি। মফম অতুদা দিক্‌পাল ৮ লৈ। সুমেরুগী মথক্তা ব্রহ্মলোক লৈ। ব্রহ্মলোক অসিগী মথক্তা ডিম্ব লৈ। ব্রহ্মাণ্ড অসি ডিম্বগী মমুঙ্‌দা শেম্বনি। অতুগুম্বা ডিম্বগী মমুঙ্‌দা লৈবা ব্রহ্মাণ্ড মশাং থংদবমথৈ লৈ। খ্বায়দগী অরাংবা চিংদোল যষ্ঠলোক অতু মতম পুম্ন-মক্তা মমিং চৎতুনা শাংথানৈ। মতুগী মথক্তা ব্রহ্মলোক লৈবনি হায়বসি নিংশিংউ।" (২৷২৷৪৮-৫৭)

## (ঘ) ঊর্দ্ধলোক শেম্বগী বারোল।

"হে নারদ! ভু, ভুব, স্বর্গ, জন, তপ, মহ, সত্য লোকশিংসি মথক থংবা লোক হায়না খঙ্‌নৈ। মখোয়শিংসিগী মমুঙ্‌দা সত্য-লোকনা থোয়বনি। সত্যলোকতা যুগ মরিগী ধর্ম্ম পুন্নমক থম্মা লৈ। ব্রহ্মলোকতা লৈবা জীবতনা ধ্রুবলোক উবা ফংগনি। ব্রহ্মলোক শেমলবা মতুঙ্‌দা, প্রকৃতিগী মাংমদা লৈবা অসিগুম্বা বিশ্বখণ্ডশিংসি

শেম্মী। মথোয়শিংসি ইন্দ্রজালগুম্বনি, সত্য নত্তে। মথোয়শিং অসি মাঙ্ বা নায়বা পোৎশক্কি হায়না খঙ্উ।" (২॥২॥৫৮-৬০)

## (ঙ) জম্বুদ্বীপ শেম্বগী ৱারোল।

"ওহে মুনি! ঐনা খঙ্লিবা উহিবা অহুম্মক নঙোন্দা হায়রীবনি। জম্বুদ্বীপকী মনুংদা চীং তুরেল উমং মশীং খংদবমখৈ লৈ। মসি পৃক্কিং তুনবগী মশক্কি। মহুদা লৈবা জীবশিংচু মতম পুম্নমক্তা অমর ওনা লৈরবনি। সাধু ওইবা মীশিংগী কর্মফল মতুং ইন্না ভোগ কংননবং দমক কর্ম্মক্ষেত্র ওইবা মফম্নি। পুণ্যগী অশেংবা মফম্নি হায়না খাগৎলৈ। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মফম অসিদা আবির্ভূত ওইবা মতমদা, বৃন্দাবনগী কানন শেমং তুনা বিরাজ ওইতুনা লৈ।" (২॥২॥৬১-৬৩)

## (চ) প্লক্ষদ্বীপ শেম্বগী ৱারোল।

"জম্বু দ্বীপতা লৈবা বন, তুরেল, চীং, অহুদগীম্মু হেন্না দ্বীপ অসিনা ফজবা হেন্নী। মসিদা লৈবা জীবশিংগী জরা রোগ অমত্তা লৈতে। হোৎথিবা কর্ম্মগী ফল মতুং ইন্না, জীবনা অসিগুম্বা মফম অসিবু ফংলি-বনি।" (২॥২॥৭৬-৭৮)

## (ছ) শাকদ্বীপনচিংবা দ্বীপ অতৈ শেম্বগী ৱারোল।

"প্লক্ষদ্বীপতগীম্মু শাকদ্বীপনা অমুক্তা হেন্না ফজনা শেম্মী। মসিগী মায়কৈ মরিমক্তা সুধাসিন্ধুনা কোইশিল্লি। কুশদ্বীপনা মসিদগীম্মু অমুক্তা হেন্না ফজবা হেন্নী। মসিগী মায়কৈ মরিমক্তা ঘৃতসিন্ধুনা কোইশিল্লি। বকদ্বীপনা মসিদগীম্মু অমুক্তা হেন্না ফজবা হেল্লি। মসিগী মায়কৈ মরিমক্তা দধিসিন্ধুনা কোইশিল্লি। বকদ্বীপতগীম্মু শাল্মলী দ্বীপনা ফজবা অমুক হেন্নী। মসিবু ক্ষীরোদ সাগরনা কোয়শিল্লি। ক্ষীরোদ সাগরদা লৈবা উপদ্বীপ অহু য়েংবদা পুক্কিং তুনবগী মশক্কি। মহুবু শ্বেতদ্বীপ হায়না মমিং

চৎলি। মফম অদুদা শ্রীহরি ভগবানবু কময়লানা সেবা তৌদুনা মতম পুম্নমক্তা ভাম্বোয়দুনা লৈ। শ্রীনারায়ণগী অংশনা মফম অসিবু বৈকুণ্ঠ অমা ওইনা শেম্মী। মসিদা লৈবা জীবদি অমুক পোকত্রে। মফম অসিদা শ্রীহরিনা শ্যাম চতুর্ভুজ মূর্ত্তি ওইনা শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্মদা বনমালা থোম্দুনা মতম পুম্নমক্তা ভাম্বোয়দুনা লৈ। মথুং মরি পানবা শ্যামবর্ণ ওইবা ইবুংঙোগী মনায়শিংনা (পার্ষদশিংনা) ইবুংঙোবু সেবা তৌদুনা লৈ। মফম অসিদা কল্পবৃক্ষ লিশিং লিশিং, কামধেনু লিশিং লিশিং লৈ, অরাৎপা অমম্তা লৈত্তে। হে ঋষি! শ্বেতদ্বীপ অসি পুণ্যভূমী মফমনি। ক্রৌঞ্চ দ্বীপ কৌবা দ্বীপ অমসু লৈ। মফমবু ঈশিংনা পুমকোয় কোয়শিল্লি। শাল্মলি দ্বীপতগী মসিনা শক্রক অনি হেল্লা চাওই। মসিগী মমুঙ্দা পুষ্কর দ্বীপকী মশক ওইবা মফম ১০০/১০০ লৈ। সপ্তদ্বীপকী মফম ঋষি নঙোম্দা ঐনা খঙ্হল্লিবা অসিনি। মসিগী মনুংদা চীংজাও, তুরেল, বন, সিন্ধু, মশীং থংদনা মফম-ফজবা লৈরীবনি চায়বসি নহাক্না খঙ্গদবা ওই।" (২॥২॥৮০-৯৩)

(জ) কাঞ্চনী ভুমি শেম্বগী বারোল।

"ভক্ত পুম্নমক্কী মাংমদা লৈবা কাঞ্চনী ধরণী-নি। মশামক্তগী থোরকপা মঙাল্না মতম পুম্নমক্তা পুমঙাল ঙাম্দুনা লৈ। থাবদগী পরমা তেজরূপিণী ওইবী বিশ্বম্ভরা-নি। মাপা মায়না ফজবা অমা অমুক লৈত্রে। হায়রিবা বিশ্ব অসি ডিম্ব অতুগী মমুঙ্দা শেম্বনি। হে নারদ! শ্রীমহাবিষ্ণুনা অপুম হায়না বিশ্ব পুম্নমক শেম্বনি। মহাক্কী মশাদা মশীং থংদবমখৈ পাম্নবা ব্রহ্মাণ্ড খুদিংমক্তা ডিম্ব অমমমসু মতম পুম্নমক্তা লৈ। ডিম্বপা পুন্শিনখ্রবা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক অদুনা বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক ওইখ্রবনিনা, ইবুংঙোনা পুম্নমক্তা চংদুনা মুংঙাইরবা লীলা মথল অমা ওইনা, মতম পুম্নমক্তা শারদুনা লৈ। ইবুংঙোগী ব্রহ্মাণ্ড খুদিংমক্তা বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ড অমমমগী তুঙ্নফমনি। শ্রীমহাবিষ্ণুনা মহজ্জল ঈশিং ঈপাক্তা মুংঙাইনা

তুমহুনা অহুমক লৈ। মহজ্জলসু মহাবায়ুসু শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী কলা অংশ মত্তনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না নিত্যধাম গোলোক বৈকুণ্ঠদা লেঙ্-দনা লুংঙাইনা লৈরবসু, ইবুংঙোগী হকচাংদগী থোকখিবা হুমাং মরিক্ মরিকৃশিংদগী ওইখিবা মহজ্জলগা শ্রীমহাবিষ্ণুগী তুহাও পুম্নমক অহুগা লোয়ননা পুল্লপ পুল্লা লৈমিন্নৈ। ভোঙান্-ভোঙান্‌বা তুহাও থুদিংমক্তা লৈমিন্নরীবা মহজ্জল অহুগী মথক্তা, ইবুংঙোগী কলানা ওইরিবা মহাবায়ু পবন-না অমুকসু লৈ। মহজ্জল অমসুং মহাবায়ু অহুগী মথক্তা, কূর্ম্ম ভগবান-না লৈ। কূর্ম্ম ভগবানগী মনঙ্গদা মকোক ১০০০ প'নবা শেষ নাগরাজ আনন্ত ভগবান-না পঙ্কেন্দ্রগী কীভম-মতা ওইনা, অমুকসু ভোং-চুনা লৈ। নাগরাজগী মকোক্তী শরুক অমদা ডিম্ব মরাম অহুনা, অমুকসু লৈ। হে মুনি! য়েংউ, অঙক্রপগী থোদোক্নি। মশামক্তা ওইরিবা লিনগী শক্তমবু (সর্ষপ) নাগরাজ মশামক্তী জ্ঞান্না (সদৃশ জ্ঞান্না) উজবগী কীভম মতানি। ভোইওম্বসুং, অহুম্ হায়না জ্ঞান্না উবা মউ অহুগী শক্তম অহুনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ডদা ঙাম্মোয়হুনা লৈ। অসুম হায়না জগৎ ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক অসি অনিত্য কৃত্রিম ওইবা, হায়রদি অয়েপ্পা লৈতবা অমসুং প্রকৃতিগী রাংমদা লৈবা জ্ঞানগী পোৎশক অমগুম্বনি। ডিম্বগী মনুংভদা মহাক অহুনা অসুম হায়না লৈবনি। সাধু ওইবা মীভনা, বেদগী মতেঙ্‌না, মহুবু জ্ঞান্না উপনি। অতোপ্পা মী অতৈনা, মহুবু সক্ষাৎ ওইনা কৈদোং-ঙৈদসু উরোই। শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী আশীর্বাদতগী ঐনা মহুবু দর্শন ফংজনহুনা, মুনি নহাক্তী মফমদা ঐনা হায়রিবনি।" (২।২।৯৪-৯৮)

"মশামক্তা ওইবা লিনগী মনুঙ্‌দা, লিন মশামক্তা চংহুনা অমুক লৈরবদা, মহুগী মরমদা করিমত্তা থঙ্‌বা হৌনদে। মতৌ অহুগুম্নহুনা বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ডগী ভুঙ্‌নক্ষম ওইবা ডিম্ব অহুমক্তা, নাগরাজগী মকোক্তী শরুক অমদা চংহুনা অমুক লৈবনি। পরমাত্মানি হায়না থঙ্‌নরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অহুগী অংশ ১৬ থোক্পগী অংশ অমথক্তা শ্রীমহাবিষ্ণুদা মাইন্নৈ। অহুগুম্বা প্রভু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অহুনা প্রকৃতিগী মনুংদা চংহুনা অমুকসু

লৈ। মণ্ডোলগী হেন্নবা লেব অমত্তন্সু লৈতে। ব্রহ্মানচিংবা ওমখৈ লৈবা (মণ্ডং লৈবা) পুম্নমক সৃষ্টিগী মহিমা উৎননবা থগু্হনবা মক্তনি। ময়ম অসিনা, হে মুনি মহাশয় ! পুম্নমক অসি মিথ্যানি হায়না থগু্উ। অয়েপ্পা লৈতনা, সত্য ওইবা পরব্রহ্মবু চিংনবা লৈতনা নিঙ্উ। অদুগুম্বা রাধানাথ অদু ত্রিগুণগী রাংমদনি। মাবু পুক্লিং অনি লোংদনা সেবা তৌ।" (২॥২॥৯৯-১০০)

"বিশ্বাধারশ্চডিম্বশ্চ স্থূপেঁ চ সর্ষপোযথা।
স এব চ মহাবিষ্ণুঃ কৃষ্ণস্য পরমাত্মনঃ ॥" (২॥২॥৯৯)
"ষোড়শাংশে ভগবতঃ পরস্য প্রকৃতেঃ পরঃ।
ব্রহ্মাদিস্তম্বর্ধ্যন্তং সর্ব্বং মিথ্যৈব নারদ।
তত্ত্ব সত্যং পরং ব্রহ্ম রাধেশং ত্রিগুণাৎ পরং ॥" (২॥২॥১০০)

মথা অমুক ভাথরদুনা, শিব মহাদেবনা মহর্ষি নারদ-ভা তাক্পিখি, মদুদি দাস্য ভাবতা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু সাধন তৌবদা, রাধা কৃষ্ণ মশা অমত্তনি, অনি নত্তে; হায়না নিঙ্গদবনি, মদুদি—

"রাস মণ্ডলমধ্যেচ রাসক্রীড়াং চকারস্য
কৃষ্ণচর্ব্বিতভাম্বুলং চ খাদ রাধিকা সতী ॥" (২॥৩॥৬৬)
"রাধাচর্ব্বিতভাম্বুলং চ খাদ মধুসূদনঃ
একাঙ্গোহি তনোর্ভেদো দুগ্ধধারণয়ো যথা ॥" (২॥৩॥৬৭)
"ভেদকা নরকংযান্তি যাবচ্চন্দ্র দিবাকরো
তয়োর্ভেদং করিষ্যন্তি যে চ নিন্দন্তি রাধিকাং।
কুম্ভীপাকেন পচ্যন্তেযাবদৈ ব্রহ্মণো বয়ঃ।" (২॥৩॥৬৮)

"অহিং চুপ্পা রাধাগা লোয়নননা রাস শান্নবদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না শায়রবা তাম্বুল অদু রাধানা চায়। অদুগা রাধানা শায়রবা তাম্বুল অদু মধুসূদন-না চায়। শঙ্গোমগা শঙ্গোম্ হাপ্পা পাত্রগা অনি থোক্না খেন্না উহন্নবা অদুগুম্না, মখোয় অনি খেন্না মপান্দা উৎপতনি। (শঙ্গোমগী পাত্র মাওদনা শঙ্গোম লৈবা মাদে। শঙ্গোম হায়রগা শঙ্গোমগী

পাক্রদ্ধু মাওনা পুল্লপ অদুবু থঙ্নৈ।) মপানগী হকচাংভদা অনি থোক্না খেন্ননা উহুন্বনি, অনিমক্না অঙ্গ অমথক্তনি। হে তপোধন! মসিদা নহাক্না চিংনগনু। মাধা কৃষ্ণবু অনি থোক্নুনা ব্যাখা তৌরবা মীশিংনা মুথিৎ থানা লৈমিবমথে শোয়দনমক্কী নয়ক ভোগ তৌহুনা লৈগনি। অনি অসিবু খেন্নহন্দুনা, মাধিকাবু নিন্দা তৌরবা মীহুনা ব্রহ্মাগী আয়ু অমগী মতম ফাওবা কুম্ভী পাক্তা তাহুনা লৈগনি।" (২॥৩॥৬৬-৬৮)

(e) Scientific যুগকী মীওইবগী লাইনিং লম্বেলগী মরম-দা থঙ্হনবা।

ছৌজিকী মতমগী scientific যুগ অসিগী মী কাংবু থয়না science and technology না চাওখৎলকপা অদুতবু উহুনা, মহুদা ময়াই কাখিহুনা, ঈশ্বর হায়বা অমা অমুক লৈতে হায়না খন্খিহুনা, মীৎনা উম্বিবা মওংনায়বা পোৎ অসিনা খ্বাইদগী মরুনি হায়না থল্লি। অদুবু ঐথোয়না মুগ্না থয়দংগা অমুক খিজিন থোৎচিল্লবদি থঙ্বা ওয়গনি, মহুদি science and Technology গী মতেঙ্না মীয়ামদা থঙ্হলক্লিবা চাওখৎপগী পোৎ পূয়মক অসি অতৈ অমা নত্তে, মীগী হকচাং মনুঙ্দা মাওরীবা spirit না ওমথৈ নায়দবা শক্তি লৈ হায়বা অদু মীয়ামদা উৎপনি (অথোইবী জীব কৌবী শ্রীকৃষ্ণ ভগবান ঐগী প্রকৃতি জিবাত্মানা জগৎপু পুরিবনি, হায়রবদি function তৌহল্লিবনি —গীতা ৭।৫), পোৎশিং অদুগী ওমথৈ নায়দবা শক্তি লৈ (omnipotence) হায়না থঙ্হন্বদি নত্তে। প্রকৃতি-গী মনুঙ্দা লৈবা পোৎ পূয়মক অসিগী অচুম অয়ান খিদোক্পা ওল্লিবা অসি মীগী পুল্লিংননি। অদুগা পুল্লিংদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী seperated inferior energy নি, (অতোনবা প্রকৃতিনি —গীতা ৭।৪)। Scientific discovery ওইরবসু, Technical development ওইরবসু, নত্রদা artistic creation ওইরবসু, মীৎনা উম্বিবা পোৎশক

নায়বা মথং-মনাও নায়না পুথোক্লিবা অমসুং থোকহল্লিবা থৌদোক থুদিং-মক অদুদা, human being অদুমক্তা পোৎশক অদুগী পোৎচাক্ অমা ওইনা, নত্রগা থৌদোক্ অদুগী মনুঙ্ চন্বা অমা ওইনা য়াওরুবদি নত্তে। মিতুন হন্দুনা অমসুংbrain workতৌদুনা কোংদোক্তবা অরৈবা অছিংবনি হায়না মী মশা মশাদা ফাওহন্বা অদুনা মরম ওইদুনা মীদুনা থাজে, মদুদি মহাকী পুক্লিংগী ওইবা ভাবনা শাবা থরায় নত্রগাIndividual soulহায়না থঙ্নবা হকচাংগী মপু অমা লৈ. (অধিদৈবত-গীতা ৮।৪, ক্ষেত্রজ্ঞ—গীতা ১৩।১)। Spirit কী মরু ওইবা অদুগুম্বা কোংদোক্তবা পোৎশক অদুনা মীদুগী মশা মনুঙদা লৈবা মরম্মা, মীদুনা অঙকপা থবক ময়াম তৌবা ঙম্লিব-নি। অসিগুম্বা কীঙম-মতা অসিবু গীতাদা য়াম্হৈ থরদংনা কোংদোক্লি,মদুদি "শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অথোইবী জীব কৌবী—ever related superior energy অদুনা জগৎপু পুথিবনি (গীতা ৭।৫)।" হায়বদি individual embodied spirit না মাগী purity and perfectness অদুবু material nature গী য়াংমদা ফুদোক্লনবা (manifestation) মতম পুম্নমক্তা material nature বু exploit তৌদুনতা লৈ হায়বনি। অদু নত্রগা, প্রকৃতিদগী থোকপা সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ কৌবা গুণ-শিংনা মাঙ্দবা জীবাত্মাবু হকচাং মনুঙ্দা (material nature গী মনুঙ্দা) ফাদুনা থম্নবা মতম পুম্নমক্তা হোৎনদুনতা লৈ হায়বনি—গীতা ১৪।৫। য়াম্হৈ অময়োমদা পুম্নমক অসিবু গুপচিন্না হায়রগা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অতোন্বা প্রকৃতি নিপালনা হায়বদি লৈপাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ, অতিয়া, মন, বুদ্ধি অমসুং অহঙ্কারনা-গীতা ৭।৪ (হৌজিকী মতমগী scientific যুগ-কী মীওইদদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী energy, law and system হায়না থঙ্নবা অসিনা), material universe কী মনুঙ্দা পীক্ থম্মা লৈ—গীতা ৭।৬। Embodied spirit না ওইরীবা মীওইবনা গীতা ১৪।৫, science and technoiogy গী মতেঙ্না, অদুগুম্বা অতোন্বা মঙংগী প্রকৃতি নিপাল অদুগী অশেঙ্বা শক্তম অমসুং মথোয়গী

মতিক্ মগুণ থঙ্‌ননবা অতৎ-অথুম লৈতনা research তৌহুনবা লৈরী (জীবনা জগৎপু পুরি, হায়বদি function তৌহল্লি— গীতা ৭।৫), অমসুং মহুদগী কংলক্লিবা scientific discovery and technical development শিংহুবু, মীওইবগী মুংঙাই মাইকবা অমসুং চাওখৎ থৌরাংদা শিজিন্নরী হায়বনি। অমুম হায়না research তৌরিবা অসিবু, material nature গী মায়োক্তা মীওইবনা লান শোক্কহুনবা লৈবনি, নত্রগা জগৎপু function তৌহল্লিবনি হায়না, গীতাদা কোংদোক্লি, গীতা ৭।৫ ।

Scientific research তৌরিবা পুম্নমক অসি Truth পু থিদোক্নবা হোৎনবনি। Truth হায়বসি করিনো? Truth তি মীওইবগী পুক্নিংনা শেম্বা ওবা অহুওম্বা পোৎতি নত্তে। মাদি মীওইবগী মাথক্তা থন্‌বা ওবা অহুগী মাংমদা লৈবা, মতম পুম্নমক্তা মুক্‌লেঙ লেঙ্‌দনা, হোংদোক্-হোংজিন নায়দনা অহুম্মক লৈরবা, অমসুং লৈহম্মবম্ব ওত্রবা, অমত্তা ঙাইবা, মত্তোম্মগী অকেনবা অমা অমুক লৈরবা, অক্তিংবা হায়বহুম্ম ওইহুনা মত্তোম্দা চংজহুনা পুন্না ঙানিঙ্গাই ওইবা, অহুওম্বা অহুবু Truth হায়না থঙ্‌নৈ। অহুওম্বা Truth অহুবু থঙ্‌ননবা মীওইবনা scientifically research তৌহুনা মতম পুম্নমক্তা হোৎনহুনবা লৈরী। ঐখোয়না ইতিহাসতগী থঙ্‌বা ওম্বী, মহুদি খ'ম্নগী মীওইবনা চাওখৎত্রিত্তৈদা লোকমুং অমসুং ওহাদা লৈরিত্তৈগী মতমদগী হৌহুনা, হৌজিক্কী থম্‌থেংনা চাওখৎলে হায়নবিব' থ কাওবা মীনা চৎপা ওত্রব' মতম অসি কাওবগী মপুঙ্‌দা থোক্লিবা থোদোক্, অমসুং চাওখৎ-থৌরাংগী মতুং ইন্না পুথোরক্লিবা অনৌবা পোৎশিং অসি, হোংদোক-হোংজিন নায়বা মক্কনি। অম্ভুম হায়না হোংদোক-হোংজিন্ নায় হায়না থঙ্‌জিবা অসি, মীওইবগী mind অমসুং senses তনা থঙ্‌বা নত্তে, মীহুগী মপুঙ্‌দ কনাথত্তা থঙ্‌হন্দনা লোৎহুনা লৈরিবা spirit নম্ম থঙ্‌জিবনি। ঈশ্বরগী ওক্কবপা মায়না মীওইবগী মুত্তিবু শেম্বনি হায়না থঙ্‌হল্লিবা; নত্রগ'

মীওইবগী হকচাং অসি ঈশ্বরগী দেবালয়নি হায়না ধর্ম্ম শাস্ত্রশিংদা লাওরীবা, অসিগুম্বা পাওজাকশিং অসিনা ঐখোয়দা অমুকম্ থও হল্লি, মতুদি sense world অসিগী মমুত্ত্ দা থোক্লিবা থৌদোক খুদিংমক্তা "অশেঙ্ বা শক্তমগী ওইবা ঐনা" নত্রগা "থরায়" হায়না খঙ্ নবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননগী অংথোইবী জীব কৌবী (গীতা ৭॥৫) অতুনা থৌদোক অতু থোক্হল্লবগী মচাক্ অমা ওইনা য়াওরুবদি নত্তে হায়না তাক্পনি। হায়বদি, human beingনা থৌদোক অতুগা অমত্তা ওইশিন্খিতুনা পুল্লপ পুন্শিন্খিবদি নত্তে, human beingনা তোঙাম্না অতুম্বক্ লৈবনি হায়না তাক্পনি। (হকচাং মমুত্ত্ দা লৈতুনা সাক্ষীগুম্ব তোঙাম্না য়েংতুনা লৈ হায়না তাক্পনি— গীতা (৯॥১৮)(১৩॥২২)(১৪॥২৩)। য়াহৈ অমরোমদা হায়রগা,মীতুগী মমুত্ত্ দা করিগুম্বা কোংদোক্পা পোৎশক অমা লৈ,অমম্বুং অতুগুম্বা পোৎশক অতু প্রকৃতিগী পোৎশকুগী তায়োম্বনি (un-natural element নি)। অতুগুম্বা কোংদোক্পা পোৎশক অতু লৈবতুনা মরম ওইতুনা, মীতুনা প্রকৃতিগী মমুত্ত্ দা থোক্লিবা থৌদোক খুদিংমকী অচুম-অরান খঙ্ বা ঙম্মী। মতুগীমু মথক্তা, প্রকৃতিনা মপান্দা উৎলক্লিবা পোৎ পুম্নমক অসিগী অশেঙ্ বা শক্তমুসু মীতুনা খঙ্ বা ঙম্মী। মরম পুম্নমক অসিদগী ঐখোয়না খঙ্ জনবা য়াবদি অসিনি, মতুদি ঐখোয়গী মুংদা লোৎতুনা লৈরিবা spirit পু সাংসারিকী মায়াগী লাংনা কাজিন-পুনশিনবগুম্বা থম্মুনা, conditioned living entity ওইহল্লবনি (গীতা ১৪॥৫)। ঐখোয়না য়াবু spiritual knowledgeগী মতেঙ্ না (ঈশ্বরতত্বগী জ্ঞান-না গীতা ৫॥১৬, সাত্বিক জ্ঞান-না গীতা ১৮॥২০) খঙ্ ননবা হোৎনজবদি, নত্রগা spirit অতুবু practical ওইনা খঙ্ জনবা মীতুগী হকচাংমুংদা হল্লিমুনা য়েংববু থৌওইজবদি (self introspective কী method পু শিজিন্নবদি), ঐখোয়গী হিংজিতৈগী পুন্সি অসিদা করিমত্তা তৌবা ঙমদনা, হায়বদি হৌজিক লৈরীবা কীতয়-মতা অসিদগী চাওখৎনবা করিমত্তা তৌবা ঙম্ দনা, নত্রগা তুংগী মপোক্তা (transmigration

of soul or evolutionary process তা —গীতা ৮।১৬, ২।২২) অহেনবা থাক্কী মপোক্কা পোক্কনবা কম্বিমত্তা তোবা ওম্বদনা, মাঙ্‌বা নাম্বা পোৎশক অমগুম্মা, ঐখোয়না মতম থম্মা লৈরম্লগা, পৎতুনা পুমহুনা মাঙ্‌খিপদবা, অদুগুম্বা অমা ওইবা তাবনি। মীওইবদি মচুদি নত্তে, মরমদি মীওইবগী রাখন্না (reasoning না) মপানগী খোঙ্লোক অমম্বুং পোৎশক্ অমবু অচুম্ব-অরান খিদোকপা ওম্মী। মাম্মা শম্মা হাম্মবদা, Being দি (spirit or soul or Truth দি) মাঙ্‌বা লৈত্তে, পোকপা শিবা লৈতে, মকম থুদিংদা শীনবা থুংনা লৈ, হাম্মদগী অহিংবা অম্মা ওইনা অম্বক লৈরকই, হৌজিকসু লৈরি, মতুংদসু লৈখিগনি, লৈতম্মবসু ওমলোই, অদি শুদে, মংতাম্‌তনি (গীতা ২।১৭)। অসিগুম্বা Being না ওইবীবা Truth অদুবু থঙ নবা scientist শিংনা rational knowledge গী পাম্বৈনা অতং-অথম লৈতনা research তৌহুনবা লৈরী।

Art হাম্মবা অসি করিনো? Artistic creation হাম্মবা অসি অসিগুম্বা কীতম মতা অমনি, মচুদি মতুম্ব মীচুনা উকম্বপা, নক্কপা, তাক্কম্বপা পুক্কিংদা থুক্ লাওনা থঙ্‌বা হাম্মবা অমা কাওরক্‌ই। অদুগুম্বা মথঙ্ অদুগা মীচুগী মশাখা হাম্মনা লৈজম্ম থম্মগী ওইবা থবক্কা পাম্মজবা spiritual intensity হাম্মবা অদুগা পুনশিনখিহুনা; মীচুনা উকম্বিবা নক্কপা তাক্কম্বিবা artistic creation অদুবু, মপুঙ্ ফাবা অহিংবা পোৎশক অমা ওইহনখি, অদুগুম্বা অহিংবা পোৎশক অদুবু art হাম্মনা থঙ লৈ। ঐখোম্বগী লমলম অসিদদি অম্মুম হাম্মনা হাম্মলৈ, মচুদি art হাম্মবা অসি অসিগুম্বা কীতম-মতা অমনি, মচুদি মাবু উকদিবা নক্কপা তাক্কম্বিবা মীচুগী পুক্কিংদা eternal ওইবা, অমম্বুং সংসারিকী রাংমদা লৈবা অদুগুম্বা রাখল অমা মী অদুদা ফাওহল্লি। মরম অসিনা, art না থবক ওইনা পাঙ্‌খোক্কুনা মীওইবদা কাম্মহল্লিবসি অসিগুম্বা কীতম-মতা অমনি, মচুদি ঐখোয়না world অসিগী মফম্‌দা লৈল-লৈনা, সংসারিকী রাখলগা তাম্মোয়বা কম্বিগুম্বা অমা পুক্কিংদা ফাওহন মতম

তৌই। Scientific creation দু ওইরবসু artistic endeavour দু ওইরবসু, নত্রগা technical developmentপু ওইরবসু,মখোয় পুম্নমক অসিনা মীগী পুক্নিংদা অসিগুম্বা অমা কাওহল্লি, মত্তুদি ঐখোয়না মনুঙ্ হন্জিন্না absolute sense তা অপুন্বা মীৎয়েংদা য়েংলুররদি, মী হায়বা অসি প্রকৃতিগী শরুক অমা ওইবা ভাক্তা নত্তে, প্রকৃতিগী পোৎশক নত্রবা, প্রকৃতিদগী হেনবা মরু ওইবা কোংদোক্নবা পোৎশক অমা মীত্তুগী মগা মনুঙ্দা য়াওরী, অদুগুম্বা পোৎশক অদুবু থরায়, নত্রগা spirit নি, নত্রগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অখেৎইবী জীব কৌবী প্রকৃতিনি (গীতা ৭।৫), নত্রগা হৃদচাংগী মপু অধিদৈবতনি (গীতা ৮।৪), নত্রগা ক্ষেত্রজ্ঞনি (গীতা ১৩।১), নত্রগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী সনাতন ওইবা অংশনা জীব ওইবনি (গীতা ১৫।৭) (ever related superior energy of shri Krishna Bhagavan) হায়না খঙ্লৈ। ঐখোয়না world অসিদা অহিংবা জীব অমা ওইনা লৈত্তুনা থবক পুম্নমক পাঙ্থোক্পা ওন্নিবসি, অদুগুম্বা spirit অদুগী মপান্নি।

Scientist না rational knowledge গী মতেঙ্না Truth পু খঙ্নবা হোৎনরী, অদুগা ধর্মদু পায়জবা মীনা rational knowledge গী মথক্তা spiritual knowledge য়াওশিল্লুনা, Absolute Truthনা ওইরিবা ঈশ্বরবু খঙ্জনবা অমসুং ফংজনবা হোৎনরী। Rational knowledge অমসুং spiritual knowledge মখোয় অনি অসি অম্মুপকী মতিক মরী লৈনৈ,মত্তুদি ঐখোয়গী হৌজিকমক্ ওইরীবা মীওইবগী পুন্সিদা মপুঙ্ ফাবা মী অমা ওইহল্লবগীদমক (a complete human life with full value অমমম্ ওইনবগীদমক)মখোয় অনি অসি শুকথা থানবা য়াদে। করি অমুক হায়রগনি, ঈশ্বরগী স্বরূপনি হায়না খঙ্নরবা universe of infinity কাওবা শরুক ১না (শ্রীকৃষ্ণভগবানগী এক-পাদ বিভূতিনা)scientific and material knowledge গী থোঙ্ ওইবা physical or related or sense world নি (গীতা ১০।৪১,৪২),

অত্থুগা লেমহৌরিবা শক্তক হ্রী না (শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ত্রি-পাদ বিভূতিনা) Spiritual knowledge গী খোঙং ওইবা spiritual world নি (ব্রহ্মসংহিতা ৫।৪৪,৪৯) (গীতা ১৫।৬)। মীশু য়াওবা মথা হুদ্দবা লাই ময়াম, থবায় পানবা অচৎ-চত্ত জীব পুম্নমক, অমসুং অহিংবা নত্তবা পোৎ পুম্নমক কবিগুম্বা অমত্তা চিথদনা universe of Infinity অত্থুগী মমুঙ্দা লৈরিবনি (গীতা ১১।৭,৪৭)। মপুঙ্ ফাবা মী অমনি হায়না এখোয়না হৌজিক মীৎনা উরিবা অমসুং খঙ্লিবা অসিবু, ধর্মশাস্ত্রশিংদা ঈশ্বরগী মূর্তিমা-পা মায়না শেম্বা মীশক্তি হায়না অমুকন্থু লাওরী, মরমদি মী হায়বা অসি spirit পু body না য়োমশিল্লুনা অমসুং surrounding materials, environments and circumstances না কোয়শিন্নুন অমসুং ফাজিন্দুনা থম্নবা (গীতা ১৪।৫), অমসুং মখোয়গী influence না conditional factor অমা ওইহন্দুনা conditioned living being অমা ওইহন্নবনি। য়াহে অমবোমদা হায়রগা, মী হায়বা অসি spiritual touch in the material world or body হায়না খঙ্নবা, matter গী মমুঙ্দা spirit য়াওশিন্নবনি (গীতা ৭।৬, ১৪।৪)। মীপুম থুদিংমক্তা spiritual knowledge অমসুং material knowledge পুম্নপ পুম্না য়াওরবমু, মখোয় অনিগী চাংদি মীপুম থুদিংমক্তা মায়দে। Scientist না Absolute Truth পু খঙ্ননবা হোৎনবদা; material and rational knowledge গী মথক্তা spiritual knowledge য়াওশিন্নবা কান্নত্তা, হায়রবদি বেদ, বেদান্ত, উপনিষদ, গীতা অমসুং ধর্মশাস্ত্রশিংগী রাথল য়াওশিন্নবা কান্নত্তা, মায় পাক্পা ঙমগনি, নত্রবদি মখোয়না ফংগে ভাজিবা target অত্থু মুকয়ো য়োবা ঙমলোয়। ভাবনা শাবা universe of Infinity না ওইরীবা Absolute Truth কী কীভন-ময় ৫। অসি science মতোমগী মতেঙ্না কৈরোইদ্রমু মপুঙ্, ফানা খঙ্বা ঙংমায় হায়না শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না গীতাদমু কোংদোক্লি, মত্থুদি "হে ভারত! থবায় পানবা হায়মুনা লৈরিবা অচৎ-চত্ত পুম্নমক্

অহানবদা কোংদে, ময়াইদা কোংউ, অহুগা শিরবা কান্দা অমুক কোংলোই (গীতা ২॥২৮)।" অহুনদি ঐখোয়না মসিদগী ইহু লে, মহুদি scientist না খঙ্‌লিবা অসি Absolute Reality গী ময়ায়গী শরুক মচেৎ অমথক্তং ওইবা অহুবুনি, হায়বদি physical or relative or sense world হায়না খঙ্‌নবা universe of Infinity গী ময়াইগী শরুক অহুবুনি (ব্যক্তমধ্যানি), নত্রগা ভাবনা শাবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী স্বরূপ ওইরীবা অহিংবা universe of infinity গী শরুক ¼ অহুভবুনি (ঐশ্বর্য্যনা থিনবা, তেজ লৈবা অমসুং শক্তি লৈবা বস্তুশিং, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী তেজগী পিক্লবা শরুক অমত্তং অহুবুনি— গীতা ১০॥৪১)। মরম অসিনা, মীওইবা ঐখোয়না scientific ওইবা rational knowledge শিজিন্নহুনা Absolute Reality গী মচেৎ অমত্তং ওইবা ময়াইচবুক্পু খঙ্‌লিবা অহুগী মথক্তা, spiritual knowledge মাওশিন্দুনা Absolute Reality গী অহানবা অমসুং অকোনবা শরুক খঙ নবা ঙোংনবা য়াই। হায়বদি spiritual knowledge (ঈশ্বরতত্ত্বগী জ্ঞান গীতা ৫॥১৬, নত্রগা সাত্ত্বিক জ্ঞান-গীতা ১৮॥২০) শিজিন্নহুনা ভাবনা শাবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী স্বরূপকী spiritual atmosphere নি হায়না খঙ্‌নবা লেমহৌরিবা শরুক ¾ বু, হায়বদি ইবুংঙোগী ত্রি-পাদ বিভূতিবু খঙ্‌নবা ঙোংনবা য়াই। Absolute Reality বু খঙ্‌নবা ঙোংনবদা, অউবা অমসুং অখঙ্‌বা পোৎতগী হৌদুনা মহুত্‌ হুপ্পিন্না থিদবনি (empirical route তা থিদবনি) হায়না তৈত্তিরিয় উপনিষদনসু হায়রী, মহুদি ঐখোয়না উরিবা world অসি মতৌ করম্না অমসুং করিনা ওইরিবনো ? (১) মসি matter না ওইত্রা ? (২) মসি life না ওইত্রা ? (৩) মসি mind না ওইত্রা ? (৪) মসি মীওইবগী intelligence হায়বা অদুনা ওইত্রা ? (৫) নত্রগা হায়রিবা পুম্নমক অসি নত্তবা, মথোয় পুম্নমক অসিগী য়াথঙগী য়াংমদা করিগুম্বা অমা লৈত্রা ? অসুম হায়না সংসারিকী অমসুং scientific knowledge গী জ্ঞান্না

উবা পোংতগী হৌন্না, মথং মথং থাক্-থাক্ নান্না মথল মতা থোক্না থিজিন্-হৎজিন্নপা, মমৈ ইকোন্ কোন্থদা spiritual knowledgeগী পাম্বৈনা ছান্নবদি বেদ, বেদান্ত, উপনিষদ, গীতা অমস্তুং ধর্মশাস্ত্রশিংগী মতেং দগী spirit না ওইবীবা Absolute Truth or Reality বু, জ্ঞানগী থিৎহৈংনা খঙ্জনবা হোৎনবা য়াই। অদুগুম্বা Absolute Reality অদুগী য়েল্হৌবেদগী হৌনা সুকহোং হোংদনা অহিংবা অমা ওইনা লৈরীবা কীতম-মতা অমস্তুং nature অদুবু (গীতা ২৷১৭). মীওই-বগী য়াথলনস্তু কোংদোক্না অমস্তুং তাকুনা মীতোপ্দা খঙ্হনবদি ওমলোই (য়াহৈনা য়াথলনস্তু কোঙ্বা ওমলোই— গীতা ৮৷৯)। মরমদি অদুগুম্বা Reality অদুদি related or sense world গী কমিগুম্বা পোংশক অমত্তগা চাংদমন্না তাকপা ওম্রোইদবা, spiritual idea and perception ওইবননি। পুম্নিংগী জ্ঞান উক্লিবা অমস্তুং খঙ-লুম্লিবা মী মশাবক অদুতনা খঙ্জগদবনি, মী অতোপ্পনা খঙ্বা য়ারোই ছায়না মুনি, ঋষি ভক্তশিংনা লাওবী। (যতঃ বকঃ নিবর্ত্তন্তে অপ্রাপ্য মনসাঃ সহঃ।)

মরম পুম্নমক অসিদগী হৌজিক মতমগী scientific যুগকী মীওই-বা ঐথোয়না খঙ্লে, মদুদি scientific, artistic, materialistic knowledge গী মথক্তা spiritual knowledge য়াওশিন্দুনা, অদু-গুম্বা combined knowlege অদুনা practical ওইনা থবক্তা apply তৌদুনা ঐথোয়না পামজিবা অরাৎ-অপা লৈজবা অমস্তুং peace, prosperity and happiness ওইবা মীওইবগী অপুনবা সমাজ অমা ওইহনবতা নত্তনা, অহিংবা তাবনা শাবা universe of Infinity or Absolute Truth না ওইরীবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু জ্ঞানগী থিৎহৈংনা উত্তবা অমস্তুং খঙ্জবা ওন্নপনি।

## ১৬। শ্রীকৃষ্ণ মন্ত্রগী রহস্য (অথুপ্পা ৱাফম), অমসুং মরুওইবা শ্রীকৃষ্ণ নাম মন্ত্র থরা।

### (ক) শ্রীকৃষ্ণ মন্ত্রগী রহস্য।

শ্রীগৌরাঙ্গ দেব কৌবা ইবুংঙোগী মমিং হায়রগা, ইবুংঙোগী দেহ-নে, রূপ-নে, লমচৎ-শাজৎ, ৱাঙাং-শঙাং, ভৌবা ওম্বা শক্তি, লৈফম পুম্নমক অমত্তা চিংখদনা, পুম্নমক কোন্‌শিন্দুনা ঐথোয়না থঙ্‌নরিবা অহুঙুম্না, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী ভোঙান-ভোঙানবা নাম মন্ত্রবু পোল্লগা নত্রগা ভারগা, ইবুংঙোগী দেহ-নে, রূপনে অমসুং ইবুংঙোগী সর্ব্বব্যাপী, অচুত্য অমসুং অচিন্ত্য ওইবা গুণ অমসুং শক্তি পুম্নমক্ (all pervasiveness, eternal all-knowing, infallible and inconceivable potencies) অমত্তা চিংখদনা, সৎ-চিৎ-আনন্দ বিগ্রহ স্বরূপ ওইবা (Absolute Existence-knowledge-Bliss in complete vigraha form) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু থঙ্‌হল্লি। ৱাহৈ অমরোমদা হায়রগা, শ্রীকৃষ্ণ ভগবান মহাপ্রমত্তনা মীৎনা উবম্ব অমসুং উজরবম্ব ভাবতনা অরৈবা অহিংবনি হায়না থঙ্‌নবা, অমথক্তা ওইবা, ভুমথৈ লৈতবা ভাবনা শাবা জগৎ সংসার পুম্নমক ওইবনিনা— গীতা (৭৷৬) (১১৷৭,৪৭) (১৩৷১৩) (Both spiritual and material universes known as, both Tri-pada Bibhuti and Eka-pada Bibhuti of Shri Krishna Bhagavan), ইবুংঙোগী ভোঙান ভোঙানবা নাম মন্ত্রবু পোল্লগা নত্রগা ভারগা, ইবুংঙোগী body গা soul গা খেন্নবা লৈহন্দ্রনা, অমথক্তা ওইবা ভাবনা শাবা spiritual body (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ ৬৷৮) or sat-chit-Ananda body ওইবা (গীতা ৮৷২০-২২) শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু থঙ্‌হল্লি। ৱাফম অসিবু কোংদোক্‌পা ওইনা নারদ পঞ্চরাত্রগী

পঞ্চমগুবা য়াত্র অমসুং অষ্টম অধ্যায়গী মনুঙ্‌দা ভগবান শ্রীমহাদেবনা মহর্ষি নারদকী মফমদা মথাগী অসুম্না হায়রি, মহাক্নি —

"হে নারদ! শ্রীকৃষ্ণ মন্ত্রগী অর্থ হায়গে, মহাক্ নহাক্না পুক্নিং চঙ্‌না তাও। ক-কারগী অর্থনা সৃষ্টি তৌববু (creation), ণ-কারনা স্থিতি তৌববু (maintenance), ষ-কারনা সংহার তৌববু (annihilation) খঙ্‌হল্লি। অনুস্বারনা নির্ব্বাণ ওইরে হায়বা খঙ্‌হন্বতনি। অদুগা অমুক্তসু, ক-কারগী অর্থনা যম ছুত-না কি হায়বনি।" (৫।৮।১-৩)

"ঋ-কারগী অর্থনা পাপ পুন্নমক কোকৃপবু খঙ্‌হল্লি। খোক্নাক্না য়াওবা য-কারনা মহ পান্‌বা লিন, হিংচাবা, ভুত-নচিংবনা কিহুনা লাপ্না চেন্‌থিববু খঙ্‌হল্লি।" (৫।৮।৪)

"ণ-কারগী অর্থনা অনা-অয়েক পুন্নমক মাঙ্‌হনববু খঙ্‌হল্লি। অ-কারনা শান্তি কংববু খঙ্‌হনবা মরম, মহাক্ অসিবু কল্পবৃক্ষ রূপকী মশক্‌মক্তি হায়না ঋষি মহাশয় নহাক্না পুক্নিং চংনা তাগদবা ওই।"

(৫।৮।৫)

"ক-কারগী অর্থনা ইবুংঙোগী খা-জ মানবা মায়খোং ফজববু খঙ্‌-হল্লি। মতৌ অদুগুম্বনা, ঋ-কারনা নেত্রমণ্ডলগী ফজববু, য-কারনা পাম্বোম অনিগী ফজববু, অমসুং ণ-কারনা চরণ অনিগী ফজববু খঙ্‌হল্লি।"

(৫।৮।৬)

"হে দ্বিজ সত্তম (virtuous)। মহ্ম অদুদা য়াওরিবা অ-কারগী অর্থ অদুনা ইবুংঙোগী ফকচাং পুন্নমক পুনি হায়না খঙ্‌হন্নুনা, জগৎ সংসারগী মবোল অকনক্না কাওরিবনি। মঙ্গ অসি তারবগী মতুঙ্‌দ, মথং চৎথরক্পা ওইনা অতৈ অতোপ্পা রূপ অদুগী মরমদসু হায়গে, মহ নহাক্না পুক্নিং চঙনা চংখোম্না তাও। হে ব্রাহ্মণ সত্তম! ক-কারগী অর্থনা মতম পুন্নমক্তা ব্রহ্ম-রূপ ওইবনিনা, জনার্দন-না সৃষ্টি কর্ত্তানি হায়না খঙ্‌হল্লি। ঋ-কারগী অর্থনা বেদবিদ্যা শ্রীহরি-নি হায়না খঙনবা

মরম্মা, মুমাঙ্গি-না স্মৃষ্টিকর্ত্তা ওইনা মতম পুম্নমক্তা ঙাম্মোইহনা লৈ।"
(৫॥৮॥৭-৮)

"য-কারগী অর্থনা শিব-রূপ ওইবনি হায়না খঙ্‌হল্লি। অম্সুম তৌ-হনা সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয়গী মরম ওইহল্লি। ণ-কারনা অঙোবা রূপ ওইবা মরম্মা, নির্ব্বান (selvation) ফংননবগী মরম ওইহল্লি।" (৫॥৮॥৯)

"বিসর্গ-না জগৎ-বীজ ওইহনা, পুম্নমক্কী মায়ানি হায়হনা কাওরি-বনি। শ্রীকৃষ্ণ নামগী অর্থবু অম্সুম হায়না খঙননবা হোৎনরবা ভুঙদা ওহে মহামতি (বুদ্ধি চংখাম্মা লৈরবা মী)! পূক্নিং মরা তপনা নহাক্না রাগল চৌগদবা ওই। ইবুংঙোগী নামগী অর্থ অতোপ্পা খরসু হাঙথিগে, মহু নহাক্না তাও। মা—শব্দবু বেদগী লোন্দা লক্ষ্মীগী রূপনি হায়না খঙ্‌লৈ। ধব শব্দ না মহাক্কী মবুংঙো নরায়ণ-বু খঙ্‌লৈ। হে ঋষি! মরম অসিনানি, মবুংঙোবু পুরুষোত্তম, হায়বদি ইবুংঙোবু পুম্নমক্তা মাধব হায়না মমং থোক্সুনা খঙ্‌নরিবসি।" (৫॥৮॥১০-১১)

"মা-শব্দগী থোরকপ থোক্লোক্কী ফজবা মওং অসিনা নিরাকার-নি হায়না খঙ্‌হল্লি। মহাক্কী চেক্লন মূর্ত্তিগী স্বরূপ ওইহনা, হরিবু থাজেং-শেংনা মহাক্না খুত্থম চল্লী হায়না সংসারদা কাওরিবনি। মরম অসিদগী ঋষীকেশবু মাধব হায়না খঙ্‌নরিবসি।" (৫॥৮॥১২)

"হে নারদ! মকম পুম্নমক্তা শিনব থুংনা লৈবগী ভাবসু এহাক্না নহাক্কী মফমদা হায়গে! বর্ণ ভাব লৈতবনা মরম ওইহনা, ইবুংঙোগী মিংবু বিষ্ণু হায়না খঙ্‌হল্লি। মঙাল্লগী অতৈপা লৈতনা মঙান্ ফংহনা সর্ব্ব জন্তু, পুম্নমক থোরকই হায়বদগী মহাক্কী মমিংবু "কাশ" হায়না কওই। "প্রভবন" ওইবা মরমদগী (থোরকফম ওইবা মরমদগী), ইবুংঙোবু প্রভু হায়বা রাহৈ অসি হায়নখিবনি।" (৫॥৮॥১৩-১৪)

"মশা মতোমতনা লেঙ্‌বা থোৎপা ঙমজদবা, অমসুং অক-কত্ত হাথন্ থনবা ঙমদবা (চৈতন্য বিহীন) অচুম্বা জীব কয়া অমা লৈরিবা মথোর অমসু, মতম পুম্নমক্তা চেতনা-না তিন্নুনা লৈরিবনি, হায়বদি

অহিংবদি ওইরিবনি। মহাক য়াওবত্তুনা "জড়ীভূত" ওইহল্লিবা, হায়বদি হিংদবা পোৎপু অহিংবা জীব ওইহল্লিবা অত্তুগুম্বা ইবুংঙো মহাক অত্তু, চৈতন্য হায়না জগৎ-তা ফাওরিবনি।" (৫॥৮॥১৫)

"শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংবু সেবা তৌবা য়াই হায়না খল্লুনা সেবা তৌরিবা অত্তুগুম্বা হকচাং অত্তুবু, কেশব হায়বা মিংথোল্লা জগৎতা ফাওই। অত্তুগুম্বা কেশব অত্তু, মতম পুম্নমক্কা পরম পুরুষ ওই।" (৫॥৮॥১৬)

"হে মুনে! কেশব হায়না মিংথোল থোল্লিবসি, নহাক্কা হৌজিক্কি তায়ে। অত্তুগুম্বা দেব অত্তুনা জগৎকী ইস্ত্রি পুম্নমকী মপুনি। মরম অত্তুনা, মীনা মহাকপু হৃষীকেশ হায়না মমিং থোন্দুনা জগৎ সংসারদা ফাওরিবনি। মরম অসিদগী হৃষীকেশবু নারায়ণ হায়না মমিং থোল্লিবনি।" (৫॥৮॥১৭)

"হে নারদ! নহাক্কী মফমদা রাফম্‌সিমন্তু হায়গে, মত্তুদি মহাপ্রলয় মতমদা ইবুংঙো মহাক্কা অক-ফত্ত খল্লনা মী পুম্নমকপু চপ্‌ মান্ননা অরাবদা তাহল্লী হায়বদগী, অত্তুগুম্বা প্রভু নারায়ণ অত্তুবু বেদ-দা মতম পুম্নমক্কা জনার্দ্দন হায়বা রাহৈনা কোংদোকই।" (৫॥৮॥১৮)

"নারা শব্দগী অর্থনা ঈশিবু খঙ্‌নৈ, অয়ন শব্দগী অর্থনা চুপশিন্‌ববু খঙ্‌নৈ। মরম অসিদগী পুরুষোত্তমবু নারায়ণ কৌনরিবনি।" (৫॥৮॥১৯)

"অত্তু নত্রগা, নারা শব্দনা মী পুম্নমকপুম্বু খঙ্‌হল্লি, অয়ন শব্দনা ইহান হান্‌বা হৌরকফম ওইবা মফম্বু খঙ্‌নৈ। অত্তু নত্রগা, অয়ন শব্দনা "মুনি সাক্ষীভূত" ওইনা লৈবনি হায়রত্তুনা, অত্তুগুম্বা প্রভু অত্তুবু নারায়ণ হায়না খঙ্‌নৈ।" (৫॥৮॥২০)

"গো-শব্দনা পৃথিবীগী নত্রগা স্বর্গগী রাহৈবু খঙ্‌নৈ, অত্তু নত্রগা, শা (পশুবাচক) পুম্নমকপু খঙ্‌নৈ। শ্রীকৃষ্ণনা মথোয়গী তেজ নত্রগা মথোয়বু শেন্‌ববু খঙ্‌নৈ। মরম অসিদগী ইবুংঙোবু গোপাল হায়বা

মিংথোল অসি ওইরিবনি।" (৫॥৮॥২১)

"অঙাংগী শকৃকম ওইবা কৃষ্ণ বর্ণ-নি হায়রদুনা; ইবুংঙোবু বালকৃষ্ণ হায়বা মিংথোলনা জগৎতা ফাওরিবনি।" (৫॥৮॥২২)

"বা-শব্দনা বায়ু বোধবু (নুংশিৎনা হকচাংদা য়ৈবদুনা মরম ওইদুনা, মহাক লৈবগী হকচাংদা ফাওববু), অমসুং লা-শব্দগী অর্থনা লৌশিনববু খঙহল্লি। ক-কারগী অর্থনা ইবুংঙো মহাক্না ব্রহ্ম রূপনি হায়না খঙ্হল্লি। মরম অসিদগী, ইবুংঙোবু বালক হায়না খঙ্নরিবনি। হে নারদ! পুক্নিং চঙ্না তাও। জগৎ অসিদা ইবুংঙো মহাক্না কর্ত্তা-হর্ত্তা-পালয়িতনি, হায়বদি শেম্বিবা মাঙ্হনবা অমসুং য়েংকৃপিবনি। অদুগুম্বা ভোক্তা অদুনা থৌজানবিদুনা দাতাসু ওই। মরম অদুদগী ইবুংঙোবু জগন্নাথ হায়না খঙ্হল্লি। হায়রিবশিংসি শোয়রবা রাকফম্লি হায়না নঙোন্দা ঐনা খঙ্হল্লবনি।" (৫॥৮॥২৩-২৪)

"মীওন্দা অরাবা পীদুনা পাপ লৈরবা মীবু হরণ তৌনবগীদমক (মাঙ্হল্লবগীদমক), নরসিংহগী হকচাং ওইনা মতম পুম্নমক্তা লৈ হায়দুনা ইবুংঙো মাগী মমিংবু হরি হায়না খঙ্হল্লি। হে ব্রাহ্মণ! হায়রিবা পুম্নমক অসি ভক্তিগা লোয়ননা তাও।" (৫॥৮॥২৫)

"মহা প্রলয়গী মতমদা কৃষ্ণ ভক্তশিংদুবু কৈদৌঙৈদসু 'চ্যুত' ওইহন্দে হায়বদি মাঙ্হল্লবা তৌদে হায়দুনা, ইবুংঙো মাবু "অচ্যুত বিশ্বাত্মা পুরুষোত্তম" হায়না খঙ্নরিবনি। মরম অদুনা, ইবুংঙোবু অচ্যুত (Infallible —যুগ যুগ থুদিংমক্তী থোক্লিবা থৌদোক্শিং পুম্নমক কাওবা লৈত্রবা, অমদি উম্নতা লৈরবা, অমসুং মতম পুম্নমক্তা অরানবা লৈত্রবা, চুমদুনতা লৈরবা) হায়না মরোল অদুমদা ফাওরিবনি। (৫॥৮॥২৬)

"অদু নত্রগা, ইবুংঙো মহাক্তি করিগুম্বা মতম অমত্তদসু চ্যুতি ওইদে (fallible ওইদে) হায়। অদুগুম্বা অব্যয় পুরুষবু (Eternal ওইদুনা মাঙ্হনবা ঙমত্রবা পুরুষবু) অচ্যুত (Infallible) হায়না খঙ্লৈ। ইবুংঙো মহাক্না জগৎ অসিগী আদি, অন্ত অমসুং মধ্য ওইরদুনা মরম ওইদুনা,

অনাদি-নি হায়না জগৎ অসিদা থঙ্ নরিবনি ।" (৫৷৮৷২৭)

"গো-বাক্যদগী ইন্দ্র নিরূপণ তৌখিবনি হায়বত্থনা মরম ওইত্থনা, ইবুংঙোবু বেদ বিদশিংনা গোবিন্দ হায়নস্থ মমিং থোল্লি। অস্তুম তৌত্থনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম রহস্য অয়োম্ব-অথম লৈতে ।" (৫৷৮৷২৮)

"শ্রীকৃষ্ণ নামগী অয়েম্বা কনানবু হায়বা ঙম্ গদগে ? কনাগুম্বা অমনা পৃথিবীগী উকুল মশীং থীননবগীদমক, হজিন-হজিন ১০০০ লুক পোক্লবস্থু, কৈদৌঙৈদস্থু মশীং থীবা ঙম্নোয়। অত্থগুমলত্থনা, ইবুংঙো মাগী নাম নিরূপণ তৌবা কৈদৌঙৈদস্থু ঙমলোয়। হে দ্বিজসত্তম! শ্রীকৃষ্ণ নামগী অয়োম্ব অথম লৈতে। ভক্তিনা মাবু কোংদোক্পা ঙম্গনি ।" (৫৷৮৷২৯-৩০)

ভগবান শ্রীমহাদেবনা মহর্ষি নারদকী মফমদা কোংদোক্লুনা তাক্লিবা মথক্কী পাওতাকৃশিং অসিদগী ঐখোয়না হৌজিক্কি থঙলে, মত্থদি শ্রীকৃষ্ণ নাম মন্ত্র অত্থমক্তা, body গা soul গা খেন্নবা লৈহন্দত্থনা ভাবনা শাবা spiritual body ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান অত্থ ওইরিবনি। অত্থগা অমুকস্থু, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী spiritual body অত্থমক্তা, ভাবনা শাবা spiritual and material universes পুমকোন কোনশিনবা অমথক্তা ওইবা, Infinity or Absolute Truth or Absolute Reality অত্থ ওইরিবনি। মরম অসিনা, scientific যুগকী মীওইবশিংগীদমক্তদি transcendental vibration ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মূর্তিগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণ নাম শ্রদ্ধাগা লোয়ননা শোনবত্থনা, সাধন অতৈ তৌরুরবস্থু মুক্তি ফংগনি, শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী পাদ-পদ্মবু ফংগনি ।

## (খ) মরুওইবা শ্রীকৃষ্ণনাম মন্ত্র খরা।

১। "ক্লীং কৃষ্ণায় নমঃ।"

২। "ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায় ।"

৩। "নমো নারায়ণ ।"

৪। "লক্ষ্মীমায়াকামবীজং ঙেচান্তং কৃষ্ণপদং ততঃ।
বহ্নিজায়ান্তমন্ত্রকমন্ত্ররাজংমনোহরং॥"

(শুদ্ধ কৃষ্ণ ভক্তি, দাস্য ভক্তি বীজ মন্ত্র।)

৫। "হরিং নরহরিং রামং কৃষ্ণং বিষ্ণুঞ্চ মাধবং
দামোদরং হৃষীকেশং মুকুন্দং মধুসূদনং॥"

(ঈশ্বরগী দশ নাম।)

৬। প্রণবাদ্যা মহামায়া রাধা লক্ষ্মীসরস্বতী।
কৃষ্ণ প্রাণাদিনা ঙেঽস্বাহনলজায়ান্ত এবচ॥"

(ষডক্ষরী মন্ত্র।)

৭। "ক্লীং কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন বল্লভায় স্বাহা।"

(অষ্টাদশাক্ষরী নাম মন্ত্র।)

৮। "হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে
হরে রাম, হরে রাম, রাম রাম, হরে হরে॥"

—(হরি নাম মন্ত্র।)

৯। "শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভু নিত্যানন্দ।
শ্রীঅদ্বৈত গদাধর শ্রীবাসাদি গৌর ভক্তবৃন্দ॥"

(শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভু অনন্ত নহাকী মনায় ভক্তশিংগী
নাম মন্ত্র।)

---



( অহানবা মথুম লামায়দগী চৎথরকপা )

ওই। ইবুংঙো মহাক কনানো অমসুং করম তৌই হায়-বসি ইবুংঙো মহাক্তনা খঙ্‌জৈ, অতৈ কনামত্তনা খঙ্‌দে।"

৪। "কনাগুম্বা-মী অমনা ঈশ্বরবু মপুঙ্‌ ফানা তশেং-না সুংশিন্নবদি, মহাক্না ইবুংঙো অহুবু মশা মতোম্‌ত্তগীনি হায়না নিঙ্‌জৈ। মসিগী কীভম মত্তা অসি বৃন্দাবনগী গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা মশা অমত্তনি হায়না নিঙ্‌জবা অহুগুম্বনি। মখোয়না ইবুংঙোবু গোপীনাথ হায়না কৌজৈ, জগৎনাথ হায়না কৈদৌউদসু হায়দে।"

৫। "কর্ম্ম তৌহুনত্তা লৈরা হায়বসিনা মীওইবগী পুন্সিগী লমথুংকম নত্তে, মসিনা ঈশ্বর ফংনবগী উপায় অমা ওইহন্‌ত্তনি। আসক্তি য়াওদনা (doership য়াওদনা অমসুং non-attachment ওইনা) কর্ম্ম তৌবত্তনা সাধক অমনা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা মায় ভন্‌-শিল্লি। উপায় ওইনরিবা অহুবু, লমথুংকম্নি হায়না ওন্ন-তৈননা খল্লোয়দবনি। সহর য়েৌহল্লিবা লম্বেল অহুমক্তা, সহরমক্তি নত্তে।"

৬। "ঈশ্বরগী দয়া ফংল্লিবা মথৈ, ঐখোয়না কনা কন্না হোৎনহুনসু, করিমত্তা কান্নবোই। অহুগা দয়া অহু ওরায়না ফংবসু য়াদে। ঐনা তৌরিবনি অমসুং ঐগী-নি হায়বা ইশাগী ওইজবত্তা য়েংবা থোদো-মত্তা অহু হান্নমা থাদোকদবনি। মহু ভমজ্রিবমথৈ, ঈশ্বরগী নাক্তা নকৃন্সি-ন্নুবা সুকয়া য়াদে। কনামত্তা খঙ্‌হন্দ্রন ঈশ্বরগী লোৎ কম ওইরিবা মীওবগী অশেঙ্‌বা থম্মোয় অহুবু, ঐগী হায়বা রাখল অহুনা (egoism না) মচু শঙখিন্নুনা শেংদবা অমসুং অমাংবা মকম ওইহল্লি।"

শ্রীকারাম গৌরকিশোর সিংহ